# ওজাঃ হলঃ সাহিত্য, সমাজ অমাদি সংস্কৃতি



এলাংবম দীনমণি

# অঙাংহল: সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি

এলাংবম দীনমনি

বোধি পব্লিকেশন্স
ইম্ফাল

শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই
ইম্ফাল, ৭৯৫০০৮

১৯৯২ দা বোধি পব্লিকেশনগীদমক্তা
দিনেশরী অমদি দিনেশরনা অম্বিকা প্রেস, খোয়াথোং ইম্ফালদা অহানবা ওইনা
মগীং ১০০০ নম্বগা কোন্তবা

পব্লিক বুক ষ্টোর
পাওনা রোড ইম্ফালনা পুন্না থাগদবা

এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা
খোংমন মংজিল ইম্ফালনা মখুমগী লাই অমদি মওং পুখোকপা

# মাঙওইননা

লৈতেং কয়ানা ৱারোল ৱারোল শেমগৎ শাগৎলবা মী অমবু খঙনবা লাক্রবসি পঙলায় লায়বা নত্তে অদুগা মী মরাম অমবু খঙনবা সাধনা তৌরম্লিবা অইবা অমবু খঙবদি য়াম্মক লুবা য়ানি। মপুম ওইনা খঙবদি ওইরবোইদবা য়ানি। অদুবু খঙনবা হোৎনবদি ভাই—লানবা খঙদে চুবা খঙদে।

'ভাই' হায়বা ৱাফমসি পান্দমদা থমগা খোর্জে থুৎমাবিরবা, অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যবু শেমীরম্মিবশিংগী মতুংদা অমা ওইরিবা হিজম অঙাংহলবু মায়কৈ থবদা মচেক্কী মশক খঙনবা লাক্রবনি।

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা অরিবা অমদি য়ারায়চনবা মতমগী সাহিত্যগা য়রী থোইনা লৈনরবা তৌদনা, ভারত অমদি নোংচুপলোমগী সাহিত্যশিংদা য়পা লাক্লগা ইনৌ নৌনা হৌরকপগী মতাং অসিদা অনৌবা সাহিত্যগী মচল অয়াম্বদা থুং থারবদি অঙাংহলদনি হায়না থাজবা য়াই। মসিগী ঈরোয়ননা হকথেং-নরিবা মতমগী সমাজগী পুক্সিবু য়থার্থগী মীৎয়েংদা অহৌবগী ওইনা য়েংনবা সাধনা অমা অইবা অসিনা তৌরকখি হায়না থম্ববসু য়ারোইদবগী মওং অমসু উরি। মণিপুরী সাহিত্য অসি, মীয়েং অসোমদা য়েংবদা, ভমজনফমগী চাইগোইহুংদগী নাম্বোকপা হৌরকই. অদুগা, য়থার্থগী মায়কৈ ভম্মকই হায়না থাজবসু য়ারকপগী ৱাফম লৈরি। সমাজ মশক খঙদোকপা অমদি অয়াবা মতাংদা সমাজ অসিবু অপূনবগী ওইবা য়াইফ-লবেস অমদা পুরক্রবা লাক্রবদা সাহিত্যগী চাউরবা মফম অমা লৈরি হায়বগী ৱাকম অমা অইবনা নোহোননা খঙলকপা অমদি খঙহল্লকপগী লৈখোন অমসু অপাননা উরকই।

মাঙজীন থাবা অইবা অসিবু মশক খঙনবা; অদুগা খঙলুবা খণ অদু মরাম মাঙদা লাম্বোক্রবা লাক্রবতনি। ওরপ খঙলুবসু য়াদ্রি অদুগা উৎপদা তৈনথিরবসু য়াদ্রি। হায়গী অঙাংহল অদু ইনৎ নত্তবা অতোপ্পা মথলগী অইবা অমা ওইরবা য়াবগী ৱাফম অমসু য়ায়া নত্তা লৈরি। মীনা মীবু মশক খঙগদ্বে কবিগুরুদা ওরনসু খঙগনি।

খঙনবা লাল্লবদা অইবস্থ্ নকশীননা লোয়নবদগী খঙবিহোবা মীওই কয়াগী মতেং লৌজরি। ময়ম তোনশিক্কবা নত্তনা কবিয় তৌবা ঙমজদে। খুৎ য়াওবগী পনখোৎ খোৎনুবা হায়বদুনি চুয়া মশক তাকপিয়কথিবদি ইথকথোকবশিং অসিনি। লায়োক-পদা অবাৎ-অপা অশোয়-অভাব তায়ী'মা মাওবা হায়বসিমদি শোয়রবনি। হেয়া মরীক চুবা শক্তম শেমগৎপদা চঙবা মাদবা মচাক অতৈগী মকম, মথং খুৎনমগীদমক্তা য়ায়া চাউনা থমজরি। হৌনা মথেলগী বাখলদা অহানবা খুৎনম অসি সাহিত্যদা শিন্নজরি।

ইম্ফাল

মে, ১৯৯২

এলাংবম দীনমনি

# হীরম

# শীজিন্নরিবা অশক্না রাইহৈ/খুদম

| | | |
|---|---|---|
| আ০ | = | আরবী |
| '—ইমু' | = | শিডেওল ইমু |
| '—কোহ্' | = | মাইথিং কোহ্ |
| খৃ০ খূ০ | = | খৃষ্টী খুম |
| ফা০ | = | ফারসী |
| মেং | = | মেংগি |
| লাঃ | = | লাযায় (শিং) |
| বৈঃ | = | বৈষ্ণব |
| '—শৈরেং' | = | খব-খোইবী-শৈরেং |
| সং০ | = | সংস্কৃত |
| সম্পা০ | = | সম্পাদক (শিং) |
| হন্দো০ | = | হন্দোকপা |
| < | = | দগী/তগী |
| > | = | দা/তা |

## অহানবা মতাং

# হিজম অঙাংহল সিংহ, কবিরত্ন

### তাইবং পুন্সিগী লমদাং*

মণিপুরগী থুঙ্গং অমদনি। খৃষ্ট-কুম ১৯০২ গী অহুন্ন'ইদনি ; মেরা থাগী মাকমৈ অহুন্নাইদনি। লৌ-সুবশু লোইশ্রবা অহুগা লোকপশু ম্নাদ্রিঙৈগী থুঙ্গংগী পুন্সিনা মতম কনা পোথানরিঙৈ মতাংনি। য়াচঙবা মতুং ফনা কুইরবগী মতাং অহুন্নাইদা অয়ুক-চুংথিল উফুল ম্নাম্না হোৎলম্বা, ঈংথরকপদগী কাবক ফপ্রবা লৈরক অমদা চহী তরামুক শুরবা হুপামচা অমা ঙবোং মচা অমা নাকল য়েংলোম-মায়রোম হাইগন্তুনা ইল্লদনা তহা-তহা চংলম্মী ; মথন্নতা। থামমজ্জরবশু মানা চীম্ফা পুবা লম্বেলনি ; অহুগীশু মথক্তা, নকলপ্পা কয়া চাউদবা মৈঙাল অমশু য়েংনা য়েংনা উরি ; মহু তম্না তহা-তহা চংলি ; চেনবমক্তি চেন্দে। মৈঙাল অহুগী কোম্বোংদা শৎ হাইজিল্লি ; মমাঙ শঙ্গোয়গী মপাদা, য়ুমগীনা তুলসিবোং ময়াদা ফমথৈ। মমাঙ শঙ্গোয়দগী 'উঝা'গী শৈহেক মথা চথরি ;—পেনা চৈজীং মরক্তনি—

'চিংথুবগী মনাইনা পুরুম শনবু ফাদৌরি'
হায়না লৈপাক নিল্লক্লে। লৈবাক ফাঙৌ ফৌরকলে
কুম্মৈ অমা ওইরক্লে লৈমনিংথৌ লেঙখোক্লে।

(ফজ্জে হায়দা ইপনশিং হুমিত্তুগী কুম্মৈদো)**

---

* মতাং অসিগী থোদোক বাথোক পুম্নমক কবিগা হকথেংননা থেংনবিহৌবা মীওইশিংদগী লৌজবনি ; ফোঙদোকপগী মওংদং লাইরিকসি ইবা মশাগীনি।
** লাইরিকসি ইবা মশাগীনি।

পাক হেক ফাবা ভস্মদো, খন্ন মানা শনত্তবু
কোক হেক ফাবা ভৌদরে, কুম্মৈ ওইনা ভৌরক্লে।[১]

* * * *

পূম্নমক চেক-মোক লাউনদে ; তা-নরি য়া কা-বমথৈ। মুপা-মচাহুম্নুনি ; মীৎকুপ নাহুমদে।

চহী কুইরবগী তুংদনি। খৃঃ কুঃ ১৯৪০ গী অত্তুদনি। মণিপুরগী কোম্নুং ইম্ফালগী ময়োলগী লৈকাই অমদনি। চহী নিফুমাপলমুক ম্নুরবা মীয়াই অমনা, অয়ুক ভন্তা, চন্দোনচরা লংনা থিন্দুনা মৈতৈরংগী ফিশেং তরু-তরু শেত্তুনা মাঙ্গোনগী ফমফম থক্তা খুরু-খুদক কুন্দুনা ইবা লোইবা তাল্লি ; অত্তুগা লোইশিল্লি—

"থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা সংদিং ওইজরে"—লাওথোকথরে লাইয়ামদা।
লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎখ্রে।
খম্না খোইবী অনীগী মপুং ফাখ্রে লাংওনদো।[২]

মুপামচা অঙাং অমগা অহল অমগসি মীওই অমত্তনি অঙাংহলনি—হিজম অঙাংহল সিংহ।

থুঙ্গং অসি ইম্ফালদগী মথারোমদা কিলোমিটর তরামঙামুক লাপ্না লৈবা শামুরো[৩] হায়বা থুঙ্গং অত্তুনি। ইতিহাসতা পেনা অমগা মরী

১ '—শৈরেং' লাঃ ২৪

২ মথক্কীসি, লাঃ ১৪৮২ ( ইরোই লোইবা পরেংশিংনি )

৩ থিংবাই নোংম্নাংবগী থালৈ লৌ নীনবদা মনাই হাওবা ম্নাজোই খমলৌ লিতোম্না চানবা শা লাউই ; মত্তু থানিং ম্নাংদৈম্নুনা থক্লবা মু লাওত্তুনা পুম্নকই। মতৈ-মনাওনা লাওত্তুনা পুম্নক্রিবা শা মু অত্তু শানা হাওবা হেনবরা ম্নুনা হেনবরা ম্নেংনবদা শানা ম্নাৎলে ম্নুনা মোরে ( হেন্নে )। মরা হাওবা ম্নাজোই খমলৌ লিতোম্না লাওলকপা শাবুদি মত্তু থানিং ম্নাংদৈম্নুনা লাওলকপা ম্নুনা মোরে হায়নরবদা মত্তু থানিং ম্নাংদৈম্নুনা থংলেন ইকায়গদগী শরুকপুদি ম্নুনা ম্নাৎলে শানা মোরে হায়রিম্নু হায়জবদা মম্নাম্না ম্নাবিরত্তুনা শানা মোরে হায়না ঙাংনবদগী মফম অত্তু শামুরো কৌনখি।

—লম্বিৎলোন ; সরাংথেম থম্বম্নি সিংহ ; অইবা ম্নশা, ১৯৮৮ ; লাঃ ১২০

লৈনবা লমদমনি। লমদম অসিমক্তদা খৃঃ কুঃ ১৮৯২ দা. জুলাই তাং ২৮ শগোলশেল থুমীৎতা অঙাংহল পোকখি। অপোকপগী মিং ছত্র সিংহ কোই; মতম অমদা ঈশৈনচিংবা কলাদা মমিং লৈখিবা রূপসিংহগী মচা ইবুংঙোনি। অপোকপীগী মিং চাউবীতোন দেবী কোই; কোঙেংবম চনুনি; ছত্রগী অনীশুবী তালোয়নি। মপুবোক রূপসিংহগী হাক্তক্তা ইম্ফালগী হিজম লৈকাই (হৌজিক অহানবা মণিপুর রাইফল লৈরিবা) দা লৈরম্মি। মচীঙাক চাজবা ইমুংগী মপা ইবুংঙোগী হাক্তক্তা শা-লানগী ঈরাং কনবা অমদি লম অসি সরকারনা লৌশিনখিবদগী শামুরৌদা খুন্নাখি। অঙাংহলনা চহী তরামরী সুরকপা মতাং অহুম্রাইদা হিজমগী ইমুং অসি ইম্ফালদা অতুম লাকখি; য়াইস্কুলগী হিরু হনবা লৈকাইদা লৈখি।

শামুরৌদা, য়াংগোই এল পি স্কুলদগী ময়েক চৎলক্লবা অঙাংহল ইম্ফালগী পেটিগ্রু স্কুল অমদি জোনষ্টোন স্কুলদা (১৯১১) লাইরিক মথা মতমথখি। ক্লাস ফাইব ফাওবা তমহৌই; মথা তমথখিদ্রে। কনা হৌরকপা মহৈরোয় অমা ওইখি; ইমুংমনুংগী ওইবা মরম, লোম্নবী মমা অনীগী ক্রক-ক্রক য়েংশিন্নবা মওং অমদি লৈবাক্কী চরাংনবা ফীবমগী মরম কয়া অমদগী মথা তমথখিদ্রে; নহা ওইনা অতুম লেপপ্রে। মশাগী চহী কুনমঙা সুরকপা, খৃঃ কুঃ ১৯১৬ তা, ওক্তোবরগী তাং ২৩ দগী মতমতুগী চৈরাপ য়ায়েন লোয়শঙগী দরখাস্ত ইবা, বাজে মোহরী, ওইনা থবক তৌবা হৌখি। থবক অসিদা মশানা তৌদবা য়াদনা মতৌরগে হায়হুনা য়ুম শোয়দনমক পুননবগী ওইনা কয়া হায়জ-খোচ্চ তৌহুনা চঙখিবা নত্তে। মতমনা হাংলপ লৈবা অতুগা পাখঙ ওইরিবা অঙাংহলনগা লোইনবা তিন্নবা নুংঙাইবা, হেক য়েংবদা মীনা চানবা শকফমগা ওইবা অতুদা মথক্কী অহল য়াইতোঙ থমদোংবা মচীনচংশা মীওইশিংনা পক্লবা চা-নবা য়াই হায়হুনা পুশিনবিবনি। পক্লরে।

মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবা য়াকম অমনা, অঙাংহলগী মমা অনী- নি—অপোকপী অমা, পোক্তবী অমা; ইমুং অমত্তদা লৈমিন্নৈ। লোম্নবীগী

মহাভারত্তি রামায়ণগী হাক্তক্তগীদি ; মসিগীসু মমাং আ—লাই হাক্তক্তগীনি ; রারী-লাইরিক্রা থুদম থুরক হাঙদনা পীরি। লোইবা লোইহনবা রাবা লাল্লোং নত্তে। মৈশা থাঙবা নত্তনা উপাই লৈতে। অঙাংহলসু নীংথিনা থাঙখি। মৈশা অসিগী কল অতৈদা তারমগনি অহুগা লেঙজ্রবা কজরবা কলদি অইবগী লীলা অনী 'ইবেম্মা' অমদি 'পোক্তবী' দা ময়েক শেংনা তাই। লীলা অনীমক্তা পোক্তবী মমা অমগী কাউঙমজ্রবা খোরম খোরাং অমদি খোদাং মচা খায়ন থায়না উৎলি। অইবগী ময়েক্তা মশাগী পুন্সিগী মঙাল তাদ লাক্তবা রাবা নত্তে। অহৌবা মতাংগী মায় পাক্লবা লীলা অনী পুখোকপদা মত্তেং ওইনবা পুন্সিগী খোঙকম অমনি। পুন্সি চুপ্পা থবক অসি মশাগী শেন্দান শিনকম ওইখি। ১৯১৭ তা খোঙাম নিংঙোল মিকোই দেবীগা লুহোংখি। মচা মুপী অনী, মুপা অহুম—মঙা, মথংশিংনা ইন্দুরেখা, ললিতা, রোমনি, তোনু অমদি কজবী থম্বারম্মী। মচাইবুংঙো মরীসুবা তোম্বুনা মেত্রিক থারবা মতুংদা লৈথিদরে অহুগা ইতোনতোনবা কজবীনা ক্লাস আইট লোইরকপগী অহুদা লৈথিদরে। অহুমসুবা মচাইবুংঙো রোমনিনা রাজকুমারী সনাজাউবী পান্নহুনা মচা মরী মথংশিংনা রোমা, রোসো, রঞ্জিতা অমদি রাজু পোকই। স্লাইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা লৈরি।

শা-লানগী মতমনি। লৈবাক য়াম্না লাঙবা মতাংনি। পৃথিবীগী অনীসুবা লাজাওনা ইম্ফাল চায়থায়রকখি। নহা ওইনা য়ুম পুবগী অয়াবা মরক্তা লৈবাক কায়বগী অরাবসু মায়োক্লবা তাখি। লাজায়বদা ইম্ফাল থাদোক্তুনা কৈরাউ লংহুমদা লাক্লেম্লি—ইমুং হুপ্পা চেনবনি। মকম অহুদা লৈনা লৈনা চৈরাপকী থবক অহুম কাখি। চখোক চংশিন খুদোং চাদবা মতমনি। খোঙনা চখোক-চংশিন তোবনা অনম্বনি। মথন্তা শাংন শাংনা চংপা হৈনবা মীওইনি। খোঙচং থুদিংদা মশাগী কলপনাগা শোয়দনমক খোঙলোয়নরমগনি। মঙলান্দসু

তাউজরমগনি। কবিসি তাইবঙ পুন্সিদগী লনাই নাথৈগল্লি। তাইবঙগী অন্নাবা মরক্তসু অইবাদি মচু শঙলবা মঙলান কয়াদা নুংঙাইজবা ওয়ে।

কৈরাউদা পঙকুই কুইনা লৈতে। মতুংদা নিঙোম থোংজাউদা অমুক লাক্তুনা লৈরখি। মরৈকাইদা চঙহুনা লৈবগী খুদোংচাবা কংখিদবনা নিঙোমথোংজাউদা লৈবা, অঙাংহলগী নুপী মিকোইগী অহমসুবা মোপ্রাগী নুপীগী মপামদা মতম খরা শাইদাংহনা লৈখি। খবক চাং নাইনা অহুম চৎলি। খরদি নকশিল্লে। অহুবু পাক হেক শিন্দবা ফি-খোঙউপ অঙাংবা অমগা চৈরাপ কাখি—য়াম্না চাং নাইনা কাখি। লালগী ঈরাং কুইনা ঙংহনা লৈখিবা মতম্নি। মরৈ শাংবা অঙাংবগুম তপ্না ইরোয় লোইশিন্দবা মতম্নি। অঙাংহলসু থোইদোক্না মোং হাক্লবা লৈতে ; ঈংনা তপ্না খৈ-থৈহনা কান-কান্দুনা মশাগী লম্বেলদা অহুম মচৎলি—খাদীগী লংবো কৈজোম অহুমগা।

খৃঃ কুঃ ১৯৪১-২ অহুরাইদা অঙাংহল মশা ঙম্মক্তরে। চৎনা ওইনা লৈরকপদি মকুইরবনি। ডাইয়োপদিস (ঈশিং পুকচৎপা) লাইনানি হায়বা খঙলকখিবনি। পুঙকোক হেক কোক্না, পুঙক-কবা, লাইথোথোকপা হেক্তা য়াবা লায়না নত্তে। মহুনা বোম হেক তুহনা য়ামকক তাহনা লৈবসু নৎহিক্রি। লৈমিন্নবা, য়াম্না হৈ-শিংনা লোয়নহনা লৈমিন্নবা তাবনি। লৈমিন্নবা লোয়নবা হৈবা অঙাংহলনি। মতম ফনা শাংনা লোয়ননা লৈমিন্নরম্মী। অহুবু মপু মাগী লীলাবু তাইবং কনানা খঙবা ঙম্বা ! কবিমক্তী দর্শননি।—

হান্না পানবসু হান্না কেল,
কোন্না পানবসু হান্না কেল,
অরেপ্পা কয়ায়দা লৈবগে !
কনা কৌবা মাইবনা শিব-লায়না কোকপগে,
অখংব-মকসু চৎলুদানা
চৎপরা তারক-উরকপা কনানা ![8]

৪। '—শৈরেং খরা' (২রা) 'খংহবা' (১৯৩৪ দা ইবা ) লাঃ ৩০-৩১

কনাস্থু খঙবা পোৎ নত্তে। খঙহৌদে, ১৯৪৩ গী এপ্রিল তাং ২৫, নোংমাইজীং হুমীৎ অসি য়েরকখি। অয়ুক্কি। নিঙোমথোংগী য়ুম মচা অহুদগী অরোইবা নামতকাগী মি-রগা খোঙ্খাংগা লোয়ননা অখৈবগী তাম্বা থারকখি—

'খমুং কুম-কুম সন্নাই তাম্'[৫]

খৈবগী তাম্বানি। অদুবু অহৌবগী পাউজেল অমনি। অঙাংহলগী পুন্সিদি হুমিৎ অসিদগী নৌথোক্কি; নৌথোকপা হৌরি। ১৯৪৮ না নৌহৌননা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা 'কবিরত্ন' হায়বা মিংথোল অসিনা কবিবু মশক খঙলক্কি। নৌচুনতা লৈরবা লম্বেলনি।

অস্থুম্না, পারপ্পা তনাপ্পা, মাংবা তোংগানবা, ঈংবা তপ্পা মতম পুম্নমক্তা মৈশা কয়াগী মরক্তা কাওবা মোং হা-দবা মৈতৈরং ফি শেৎপা অঙাংহল নোমহৌ-নোমহৌ চৎলম্মী। ঙসিদি চৎখিদরে; চৎস্থু অমুক চৎললরোই। অদুবু মাগী সাহিত্যদি হৌজিক্তা মতম ফনা চৎলক্কি চৎস্থু চৎখিগনি—নোমহৌ-নোমহৌ, কাইদ-কাইদ লিরী খোইরীনা অশেংবা মৈতৈরোনগী ফীজোন্দা।

## পুন্সিদগী সাহিত্যগী লম্বেনদা*

অইবগী সাহিত্যদা মশাগী পুন্সিগী মমি শোয়দনা তাই—ফজনা ময়েক শেংনা তাই। তিন্নরুবা সঙনা মীবু মশক তাকপদি মপানগী খরদনি; মচুং মাওরবা কাওবদা পঙলু লুথবা নত্তে। সাহিত্যনা অইবা মী অমবু মশক খঙহনবদি, মতাং খরদদি য়ুক লাউবা জাৎনি। সাহিত্যদি হুংগী পোৎনি।

---

৫। '—ইন্দু'; লাঃ ২৭৪

* কোঙদোকপগী মওং নত্তনা মচাক পুম্নমক উন্নফবা মীওইশিংনা তাকপিরকপনি।

ত্তৌবগীদি নাউশুমদগী মোংকম ফাওবগী লম্বেলদা লৈথিবা অঙাংহলগী হুমীৎ খুদিংমক ; হুমীত্তা নত্তে, মীৎকুপ খুদিংমক মরা ওইবা অশেংবনি। মীৎকুপনা শাবা পুন্সিনি। অতুমকপু সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী থৌদোক-য়াথোক্কী ওইনা য়েংবা তারবদি থৌদোক লোইনমক মমল লৈবা নত্তে। হুতিগী পুন্সিদা সাহিত্যগী সাধনা ত্তৌবনিদি হায়ববু অপা-অপাননা মরী লৈনবদি য়াম্বা নত্তে। মীওং ( পার্শোনেলিটী ) গী ফল মশাগী লমচৎনি অতুগা মশাগী লীচৎকী মমি সাহিত্যদা তাদবা হৌনদে।

অঙাং ওইরিভৈদগী হৌনা অঙাংহল কেবা নত্রবসু লুবা-নানবা তরু তরু লৈবা হৈনজরকই। লৈজবা থরহু ঈশিং মনম নম্না শেৎ-চাবা পামজরকই। য়েংবদা খেংদবগুম লীচৎ শাজৎসু মোং-হাদে ঈংনা তপ্পা লৈবা হৈনজে। অঙাং ওইরিভৈদা মশানা ফি য়াম্না ত্তোয়না সু-চাম্মী। মতুমক্তা মতম লৈবা খিবিক্তা ফু-ফু কামতুনতা লৈবা লুগুণদা নিম খাবা চনাং খাবদি নত্তে ; লু-নাঙবগী য়ানি কেবা নত্তে। অঙাংহলনা অঙাংহল ওইতুনা মৈতৈরং ফি শীজিন্নরবা মতাংদা য়ুম পাল্লে ; অঙাংসুবী লৈরে। শিনফমনগা নৈশিন্দুনা ফম্মগা ইব-খোৎপগী খবক ত্তৌবনিনা, অতুগীসু মখক্তা লংবৌগী ফিগা ওইবনিনা অঙাংহলগী হুপী মিকোইদি হুত্তিগী ফি সুবা তাখি—কুম্বী-কালেন নোংজু-হুংশা লেপ্তুনা সুবা তাখি। মোং-হাজদবী ঈশৌ-লাংবগী হুংশিৎ য়োত্রবী মিকোইসু সু-চামতুনতা লৈজে। সুমল্লদনা লৈকাইগী মচেম-মনেম্না 'মিকোই নঙবু, নখুৎ অতু চেংশিনবা চিংশিনবা তারেনে ইবেম্মা।' হায়দনা হুংশিনা লরুবোই, করিবোই হায়নবা মতাং য়াওরকখি। মিকোইসু অঙাংহলগী চপ-চাবী লোইনবী ওইখিবনি। ফি সুবত্তা নত্রি মপুরোইবনা শেৎলিবা মৈতৈরংগী ফি অতু মশানা তরেংদা নাইরগা য়োঙ্খমদা শাজে। লং নাইননবা লশিং অঙাংহলনা লৈরকই। অফবা খিতুনা মখুৎনা থল্লগা লৈরকই। করিগুম্বা মতাংদা অফবা লশিং থিবা বিষ্ণুপুর তান্না

খোঙনা চৎলি অহুগা বোরাদা হাপ্লগা খোঙনা পুরকই। লৈতবগী ঙাক নত্তে মশাগী মশানা ভম্বা থবক মশানা তৌজবগী মওংনি। মতমহুদা শন্দোকখিবা গান্ধীগী দর্শনগী মমিনি; অহুগা মসিগী মমিনা 'জহেরা' দা অমদি 'মৈতৈরং' কবিতানচিংবদা ময়েক শেংনা ভাবা উই। অরোইবা মতম নকশিল্লকুবা ফাওবদা নোংমত্তা ঈরুজদবা য়াওখিদে অহুগা ঈরুজক্রিবমখৈ চাক চাখিদে। ধর্মগী ম্রা ঙাক নত্তে; ধর্মবুদি হিন্দু-বৈষ্ণবনি; লুবা-নানবগী হৈনবীনি। সুমিৎ খুদিংগী চন্দোল খিল্লি। অহুগা চন্দোল লাইপোৎ নাইহুনা ইষ্টদেবগী মূর্তি মাঙদা থম্মগা য়াম্না কুইনা ধ্যান তৌহুনা লৈবা, মতম পুম্নমক্তা মালা-থাও থাখিদবা মওংগী বৈষ্ণব অহুদি নৎখিদে। মাংবা শেংবগী রাখল লৈখিদে। রায়েন লোয়শঙদা খেংনখিবা মী জাৎ পুম্নমকীনি; পুম্নমকপু ইকাইথুম্নজে। উরিক লুগুন মচা ভানা থাংই।

চাক-চা ঈথক তরু-তরু ভনান ভনাল্লি। শা চাদে ময়াইকাবা শীজিন্নদে। কাদং মরক মরক্তা চাই অহুগা হিদাক (মৈথু) থকল্লি। ঙাম্বকী হিদাক, বেরী চুরুপ পাম্না অহুম শীজিন্নে। অঙাংহলগী মরুওইবা পাত্র অয়াম্বা, সুপীসু য়াওনা মৈথু শীজিন্নে। মতমগী চৎনবী অমসুনি মৈতৈ সংস্কৃতিগী মচল অমনি। মৈতৈগী চৎনবী চিঞাকত্তা থরাই লুপচৈ; শিংজু, কোত্তুনা চাবা য়াম্না পামজে। অচোইপাদা লৈবাক হরাই লৈঙাল চাগল্লি। 'জহেরা' গী ৩৫ সুবা মতাংদা মমি উই। পামদবা পোৎ ফরবসু থক চাদে অহুগা হৈনবা মীনা চাবদদি কৈসু হায়দে। পাক-না অহুম য়েংই। অথুম্বা চাগল্লি! চাবদা বেরা তৌদে, লৈরম্বা অমা অহুম লোখৎলি; রা ঙাংদে। তৌবত্তবু হৈনরগা থাক্তে হৈনত্রগনা য়াত্তোন ভংদে। ইমুংগী মীনা কিনা হোৎনজে; মরুপমপাঙশিংসু অহু মঙাই।

যুমদা লৈবদা মশাহু ঙাইহাক্তা কম:দাক খোত্তোক্তুনা লৈবা হৈনদে; করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা তৌরবদি হৈনদে। কমহুনা

ইশ্রগা ইশ্রে; মী-পোং লাকুনা উম্নরগা উম্নরে (ইগল্লি লোয়ননা মী লাকুনা উম্নগল্লি) নত্রগদি ইথোল পীশক অতু হনবগা শম্বল-শম্না শেম্বগা খোৎপগা তৌতুনা লৈ। নত্রগনা পাইজ-থেঙ্গু-হোরাই পুথোকুনা কাংথোল অতেকপগুম্বা, ফাল নাম্থোকপগুম্বা শেম্বগা য়ৈবগা লেনবগা তৌই। উ স্তৃবম্নু খরা অতুম হৈ; লীলা উৎপগী মাগুপ খনবা ষ্টেজ শাবদা মায়পুননা লেনবা, হকপা, য়ৈবা অতুম তৌই। যাত্রা হনবগী মন্ত্র ফাওবা থিবা য়াওই। নত্রগনা অঙাংশিংগী লাইরিক মথুম পানবদগীনা লৈরকপা চে অচোইবনা বোই থুপ্লিহনা পীবা অসি তৌই। মশাগী ইজনবা বোই পুম্নমক মশানা চেকশিম্না মকোয় মান্নবা ফোং খোতুনা তৌজবা ঙাক্লি। য়েত্তুম মথুন খজিক মপা শোয়নবদা হনবগী অম্নাবা লৈতে; চেনা অমা করি অমা মপান খজিক হেন্দোকপতু কাতিনা নাপ তৌতুনা ককই শেমজিল্লি। হৌজিক লীতুনা থম্বিবা অঙাংহলগী থুৎই (মেনস্ক্রিপ্ত) পুম্নমক মশানা থুপচবা মশানা শেমজবা বোই ঙাক্তনি। চেকশিম্না হোৎনজরম্বনি। অচৌবা থৌওংদি নত্তে। অতুবু মচু তাবা থবক হৈনবদদি অচৌমচা নাইদে। মাগী সাহিত্যগী মচল থুদিংমক লোইনমক নীংথিনা মকোয় মান্নবা ফিগা পৈহন্দনা তাশিন-খোমজিন্দুনা থনম্মীবসি হৈনবী অসি লৈবননি। কুপ্না, কায়াৎকী লীচৎ মনুং হনজিন্না শীংখাবা হৈবগী শক্তি অসি তাইবং পুন্সিদা কুপ্না খঙলুবননি। সাহিত্যগী সাধনাদি খাঙতপুগী হৌবা য়াদে; চরমদগী নত্তে থুয়াদগী হৌরকই। অশেংবা সাহিত্যগী খোঙথাংনি।

মীগী মীওং অসি মশাগী শিনফম্না শেমদোক শাদোকই নত্রগা চাউখৎহল্লি। ব্রাঙাং শাঙাং অমদি হৈনবী ফাওবদা শিনফমগী মমি তাদবা হৌনদে। অঙাংহল রাইটরনি (দরখাস্ত ইবা); লোয়শঙগী রায়েন লোয়শঙগী মরৈদা বুক্ষম ওইবা অচুম্বা খিবা অমদি থিহনবগী লমদাংনি। অতাবা পুথোক্তবা য়াদে; অহোবা থনম্বা য়াদে অতুগা

য়াম্নমক পুকচেল শেংবা (সিঙ্গিয়র ওইবা) তাই। অইবা অঙাংহল য়াম্নমক সিঙ্গিয়র ওই, লোয়ননা সিরিয়সনু। ওইদবা য়াদবনি। লোকসাহিত্যগা মরী লৈনবা রারীগী মতাংদদি খজিক কোমখোল্লবসু কল্পনাগী রারীগী প্লোটশিংদি অহো-অরাক লৈতনবা কম্না হোৎনবা অইবনি। অইবগী লীলা অনী 'ইবেম্মা' অমদি 'পোক্তবী' দা লোয়শঙগী দৃশ্য অমদি মতমগী রায়েনগী পরীং ফজনা উৎলি; অইবনা তত্তনা ইবা দরখাস্তকী মরোল ফাওবা চপ চা-না য়াওরি। সমাজদা রায়েন লোয়শঙগী লৌশিং অমা পীনবা হোৎনরি। রারী পরীং অমদি খোদোক-রাদোক পরীং (প্লোট) শেম্বদা মতেং পাংই অমদি মম্নি তাই। খোদোক অমগী মরম অমদি ফল পীবদা, হান্না পীবা নত্রগা কোন্না খঙহল্লকপগী রাদনি. রায়েন পথাপকী মীৎয়েংনা মতেং চাউনা ওইনৈ। চৈরাপ কিনরিঙৈ মতম্নি, য়েক্লবা নত্তে মরুপ্নি হায়বা তাক্লবা লাক্লে।

মশানা হৈনজদবা মথল্লায়না য়ানীংদবা থরসু অহুম মথমজে। মরম লৈবা লৈতবা, মীৎয়েংনা বিজ্ঞানগী ওইবা ওইদবা তুকা থিরুবা য়াবা রা নত্তে হৈনদবনি। মা মশা য়াওনা য়াওনা মশাগী রারী শাবা, মাগী কলাগী খোরম-খোদাংগী মরমদা ভাংন-শা-নবা, থাগৎপা থাদবা অসি য়াম্না হৈনজদে। থিংঙুবা য়াদবা মতাংদদি মশা ফুক হোগত্তুনা হেক্তা খোকথি। মশানা ইবা লাইরিকশিংগী মরমদা মরূপ মপাঙদা ফাওবা রারী শাজদে-নৈনবদি লায়রদনা। অহুবু মতাংসিদা পনবা য়াবদি করি করিগুম্বা মতাং থরদা, চাক চাবা তোকপগী ভাইহাক ফম্মিনরিঙৈ নত্রগা ভাইহাক শাংদোক-খোত্তোক তোবা মতাংদা 'শিঙেঙল ইন্দু'দংদি হেক হেক পল্লি; ইন্দু হায়বী হুপীমচা অহুগী মরমদা লাউনা রাখল তোবগী মতোদা রারী শারম্মী। অহুসু অতৈদা নত্তে মশাগী হুপী মিকোইদা। ইন্দু অমদি গোপালগী ময়ামগীদগী খজিক থৈরপ খোক্কদবা হুংশিবগী মতাংদা খল্লুবা

ওইরম্বা য়াই। অতৈম্‌মু লৈরমগনি। মুপী হায়বসি মানা মুনা-চাম্না থম্বা হীরমনি। মুপীদা অমদি মুপীগী মরমদা—শাজৎ-শাথেক, ম্রাঙাং শাঙাং, লীচৎ-শাজৎ অয়াম্বদা থরায় তাজে। সমাজদা মুপীগী মকম অমদি থাক রাংখৎহন্নবা কন্না হোৎনরম্মী। মুপীমচাবু লাইরিক তমহন্নবা স্কুল লিংখৎলম্মীবা মীনি। অদুবু মুংঙাইরিবা রাথলগী লংজিন অমদি, করিগুম্বা মতমদা, চি-রবা মতাং ফাওবদা মুপী অমনা মা মশাগী মমি নেৎপদদি ময়াদ্রে। অঙাং ওইরবা ফাওবদা য়াখিদে। অদুগা অমনা অমুক তুলসীগী মমি অসিমা অঙাংহল নেৎপা মুকয়া য়াজখিদে—মশানম্মু মীনম্মু। লৈরমগনি মানা থঙজবী অমা। কন্না ইরিঙৈদা কায়হল্লবা অসিমা মা মপুম হেক্তা থিৎলে। শাউই।

শাউবগী রানি। শাউবদি জীবগী হৌনবনি। মুপাগীদি চঙদবা য়াদবা গুণ অমম্মুনি। লোইনা শাউনবা ঙাক্লি। তৌবতবু অশাওবনা পীরকপা ফল (রি-এক্সন) অমদি মদু ফোঙদোকপগী মওংদদনি মীগা মীগা অমদি জীব অতৈগা থেন্নরিবা। খৃঃ কুঃ ১৯৪০ গী অদু-রাইদনি (?)। 'ইবেম্মা' লীলা পানখত্তুনা থাইরম্বল কৈথেল্দা উৎকাদবগী শেম শাহুনা লৈরে। টিকেৎ লৈখিবা ভাবোক্লা হোল অদু পীক থল্লে। লীলাগী কাঙবুম্মু মফি মরোল শেৎ-চাহুনা সাজোন লোইনরে। পুঙম্মু তাশিল্লক্লে। অদু ফাওবদা 'হিরো' শারিবা মী অদু লাক্তরে। কুইনা ঙাইনরক্লবনি। ময়াম্না থরা থরা ঙংবা হৌনরক্লবনি। কীর্তন মপু শাজরিবা অঙাংহলদি থরক হুনগৎলে মুংশা থিবদগী শাউরক্লে। ময়ামগী থবক্লি। কম্বা-লাকপা য়ারক্তরে। পুঙকম্না খম থেংনা চকরায়রকপগী অদুদা 'হিরো' অদু মরালগী মোমোন অমগা লোয়ননা, উচীন-নাচীম্না য়োরক্লে। অশাউবনা লুতোন কাপ্পবা অঙাংহলনা শকফম খজিক হজীল্লগা হায়রকখি—'নহোয়বু নথি সনা ফাম্রো!' মসি মাগী শাউবা য়োরবনি; অয়োবীদা জোত্রা থোক্না মীমাঙ-পুমাঙ নাইদনা হায়রবনি। অমেঙবা ফলনি। মচা-মস্মুদা ঙাঙ,বদি

ঙাঙবনি ; ফু-চৈবদি কয়া তৌথিবা নত্তে। অঙাংহলগী মরূ-মরূওইবা পাত্রশিং মতাং মতাংগী ওইনা শাউই ; য়ৌনা-য়ৌনা শাউবা য়াওই। অদুবু মকন্থীনা মরল ফোয়দংপগী ফীবমদি করিগুম্বা প্লোট অমত্তদা য়াওদে। ফলমদা তাবা মমিনি। শাউরক্লবদা চাবা-থকপা নীংশিংদনা অইনবা অমদা চপ য়ুংনা হেক্তা ইনথিবা কবিগী লীচৎ ওইথি। অশাউববু অমাঙ-অত্তা (দিষ্ট্রকটিব) গী মায়কৈদা শীজিন্নখিদে। অয়াম্বা মতমদা নোক্তুনা লৈ—শাউরবা কান্দমু।

ফজবা অসিমা অঙাংহল য়াম্নমক পামজে। ফজবদা ঙাওজবা মীনি। পোৎ, শা, ঙা, মী-পুম্নমক্তা ফজবা য়েংই উবমু ঙম্মী। লৈ ফজবা, ঙাইহাক্তা ওইরবমু য়েংলে ; প্রকৃতিগী নীংথিবা অমা থেংনবদা ঙাইহাক্তি অদুম লমদল্লে। মশাগী পীকপ্রবা সুমাঙ মচা অদুদা লৈ-সু পরেং পরেং থাই ; অশংবা মতম নমদুনা কাইথোক্তুনা ঈশিং চাই মথোঙ শেংই। সুমাঙ মত্তোন্দা পুথ্রী মচা (৫´×৪´ গী) অমা তরু-তরু শেমদুনা থমজে। মদুদা ঈশিংগী লৈ কয়া পুরক পুবক্তুনা থাই, শাংহল্লি। পক্লদদুনা হৌদবা অদুগা শাংতবা মতাংদা মথৌমক ওইনা য়াজে ; চিন্তা তৌই। ফুগায়না শাংপা লৈরাং পং থত্তুনা হেক্তোকপা য়ানীংদে ঈশ্বরদা কংপবু হেকপা হেক্তবা লৈবরা লৈথোক্তা অদুম মকংলু হায়বগী য়াথন্দা লৈরম্বা য়াই।

য়াঙাং ফজবা ফনমক চিন্দুদুনমু মতারে। সুর ফজবা হেক্তা পামজরুরে—ঐগী মীগী হায়বগী য়া লৈতে। ফজবা থেংনবা উবা য়াদে কল্পনা ঈহোরে। তাইবং ঙাইহাক্তা ওইরবমু মকাউরে।

মতাং অসিদা পনবা মতা চাবা অমদি, ফজবা অসি হুপীদমু য়েংবা অমদি উবা পামজবনি। খৃঃ কৃঃ ১৮৩৮ নত্রগা মসিগী মমাঙদা, অঙাংহলনা সাহিত্যগী সাধনা কয়া তৌরিঙৈ মতমদা, (অঙাংহলনা য়ায়া কয়া ইবগী মতমসি ১৯৩৩ দগী ১৯৪০ ফাওবা, চহী ৮ লোম অসিনি) মতম অদুগী মাগী নহাওইবা মরূপ অমনা মুসলমান লৈশাবী

অমা পামজরুবগী য়ারী হেক হেক শাবে। অহানবদা কাগী-ওই করি-ওই লৌরষত্নুনা মরূপ নহা অত্নুনা চান্নবা অশুম হায়ক্তিল্লকুবত্নুদদি নোংমা চত্তুনা লোয়া য়েংলুই। মকমনা ইম্ফালগী মিহুখোংগী (হাপ্তাগী) অত্নুদনি। অঙাংহলগী মমীৎতসু নুপীমচা নৈশাবী অত্নু তশেংনা ফজরম্মে। য়েংবদা নুংঙাইন থোকলুরে। মরূপ নহা অত্নুদা 'ফজবগী হায়রুরবদি জাৎ তাবা কাওবা য়াই' হায়বগী মোৎ কোঙদোকখি। মাবু লুনা চান্না কিনা ত্তোবা নহা-মরূপনি। মতম অত্নুগী ওইনা নৈবা 'জাৎতাব'গী অন্না-নুংঙাইদা অনীমক চঙলুদে; চঙশিনগে হায়নসু খনখিদে। ফজবত্নুবুদি অনীমক্না খোয়দামিন্নখি।

নহা-মরূপ অত্নুগী খোয়দাবদি লনাইগী পেঙবা লমদাংগীদা ওইখরে। অত্নুগা অঙাংহলগী কল্পনাদি 'জহেরা' ওইহৌরে। সাহিত্য-কারগী অপেনবদি ময়ামগী পেন্দবনি। জহেরা পাবগী পেনবা নাইনদ্রি।

ফজবা পামজবগী মতাং অসিদা অইবগী ওইবা য়াফম অমনা খোৎ-নৌবা অসিসু হৈনজে। ফজবগা খোৎ-নৌবগা পুন্নবদি কবিগী, কল্পনাদি থীন্নপ ঈহৌরক্লবসু, তাইবং লৌচৎতি হেক্তা ইপোম্নবা শোয়ক্রে। করি হায়বগী য়া নৈবোই কমদৌনা হায়বগী মতাংদদি ফজবগা অখোৎপগা পুন্নবা মতা চাবা চনু খেংনরবদি হিদাক ঙাম্বক অমা-করিমদি অত্নুম থক্লে। খোয়দাবা চনুশিংগী য়ুমদা চঙত্নুনা হিদাক ঙাম্বক অমা-করিমা থকলুবা মতমসিদা চৎনৈ। অঙাংহল মফম অমত্তদা নত্তে, হোং হোংত্নুনা ঙাম্বক মশিং য়াম্না থক্লি। মতমত্নুগী সমাজদা মরায়বক খীরবীশীংদা চল্লবী মপুরোইবগা মওং অমদা নত্রগা অমদা নৈমিন্নত্রবী কযা নৈ। 'হল্লকপী' মিংথোল কংলবী কয়া অমসু সমাজদা নৈতবা য়াদবনি। সমাজদা মখোরবু খরা য়াংনা লৌনবসু হৌনবনি। অসিগুম্বী চনুশিংগী মফমদা অঙাংহলগী মিহুংশি নৈ অত্নুগা থমসু থম্মী। অঙাংহলনা থক্লিবা ঙাম্বকসি মখোয়গুম্বী অসিগী মফমদনি। য়ুম্নসু খোইনা শাউদে; অঙাংহল আদর্শগী ঙমখে

লাম্বোরুম্দে ; 'হে-রা'না লৈ-তুনা পুবা ঙমদে, 'করি লৈগে' দা মরূ লুকথবা মীনি। চহুশিং অসিগী মীহুৎনি 'জহেরা' গী ইবেমচা অমদি অতৈ। হুমিদাংন্নাই হুমিৎ লৈরিঙৈদা কোয়খোক্লি। থবক চত্তবা মতমদা অয়ুক-হুংথিনদা কোয়খোকপস্থু য়াওই। কোয়খোকপা চৎপদা অঙাং ওইরিবা মচানুপা অহল রোমনি, হেক হেক, মরক মরক্তা পুই। চথোক-খোত্তোকপদা ঈশৈ ঙংগল্লি।

ঈশৈ য়াম্না পামজবা মীনি। মখোনস্তু চৎনবা য়ানা কৈ। পেনা শৈশক খোয়দানা পামজে ; শকপদি শক্তে। শকপদি শনশেনবা, গৌরলীলা, উতুখলনচিংবদা মাগুপ ময়াইদা শকই। ইম্ফালদা লৈরবা মতুং কাইনথংফাওবদা শামুরোদা লিংথৎপা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাশিংদা শরুনবা নেক্লে। মতম কায়খোক্লুনা সেবা অতুম তৌরুই। অমরোমদা অমুক মতম অসিমক্তি ভারতকী হিন্দুস্তানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈহৌ অমা কন্না লাকপা মতম্নি। সঙ্গীত অসি কন্না শন্দোক্লরকপা অমদি মৈতৈরোনগী ময়েক কয়া সঙ্গীত অসিগী স্থুরদা পান্দুনা শরুবা মায়পুননা হোৎননরকপা মতাং অমনি। মায়কৈ অসোমদস্তু অঙাংহল মায়পুননা শরূক য়ারকপা মীওইনি। কোয়না চত্তুনা লৈবাকমাঙদা অশকপা অমা ওইনা থোকপমক্তি নত্তে। কলাগী অনৌবা মথল অসিবু মণিপুরী সমাজদা পুশিনবা কৈ হায়বগী থাজবা অমগা লোয়ননা হোৎনবদা চপচানা থন্নায় য়াওবনি। সংঙ্গীত অসিদা শীজিন্নবা থুৎনা লেন্দুনা খোংবা যন্ত্র অয়াম্বা পায়বা ঙম্মী ; হারমনিয়ম কজনা পায়খি। পুঙগুম্বা তবলাগুম্বা য়ৈবগী অসিমদি অঙাংহল শোক্তে। পেনাগী শৈশকী মমি 'শিঙজেল ইন্দু' অমদি 'থম্ব-খোইবী' শৈরেংদা ময়েক শেংনা তারে ; তাবত্তা নত্তে পেনা-শৈশকী ছন্দমক্তি। রাহৈ-রাতা অমদি ফোঙদোকপগী মওং থরদা অতৈ মচলশিংদা মমি ময়েক শেংনা উরি। অনৌবা ঈশৈ অমদি হিন্দুস্তানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী মওং থরা অঙাংহলগী লীলা অনীদা

য়েংবা য়াই। চপ চাবা নট-সংকীর্তনগী শৈশক মওংদদি কা হেন্না থন্নায় য়াওদে অহুগা মৈতৈরোনদা ঈশৈ শক্লবা হোৎনবরোমদদি খোদাং য়াহুনা ভেংবাংই। পামজবা ঈশৈ কাগল্লি অহুগা কাথ্রবদা কাউগন্দে। বঙ্গালীনচিংবা লোনগী মহত্তা মৈতৈরোনদা ঈশৈ লেংহুনা শক্লবা লাক্লবা খুৎয়াবা মীওইনি—মরুওইবা অমনি।

ময়ামগী সেবা তৌবা অঙাংহল পীক্লিডৈদগী হৈনজ্রকই। মশাগী ওইজবা অমদি অমাঙ-অতোংগী য়াথল লৈতে। ময়াম পুন্না থবক তৌমিন্নবা অমদি মসিদা অপুনবগী য়াইকবা পুমিন্নরক্লবা অমত্তা ওইনা হোৎনমিন্নবগী য়াফম কয়া চীননা অমদি থবক্তা কোঙদোকই। য়াওশঙগী মতমদা নহারোল খোমজিল্লগা লৈকাইদা শান্ন-খোৎনবগী (স্পোর্ট্‌স) থৌরম কয়া পাঙখোক্লবা অত্তাই ওইনা কন্না হেক্তা লাক্লে। মশামক মায়পুনরবা স্পোর্টসমেন অমদি নত্তে অহুগা শান্নবগী মগজ লৈবা (স্পোর্ট্‌স-স্পিরিট) অমদি লৈহন্নবা লাক্লবা মীওইনি। মতম অহুদা চৎনরবা অমদি চৎনবা হোৎনক্লবা মশান্ন কয়াগী লমদা অথোই-অহেন ভান্নবগী খোরম শীল্লি। মৈতৈগী মশাগী মশান্নসু য়োকখৎনবা কন্না লাক্লে। মৈতৈগী কাং শান্নবা অসি থন্নায়-হকচাং য়াওনা পামজে। হৈবস্ন য়ান্না হৈ। কাংগী অকুপ্পা পথাপ মুন্না খঙই। পানবসু য়ান্না পানগল্লি। থুনেক্তসু শান্নবা কোয়চৎ চৎলি। মশান্না অসিগী পোথি-পোইরৈ কয়া (টেক্নিক) খঙই অমদি নহারোলদা খঙহল্লি। শামু ময়াগী কাং ৭/৮ থম্মী। কাং পাম্বা নত্তবা মতমদসু থবক শংলপ ভৌবা মতাংদা পুথোক্লুনা তকতুনা মি ভাবমথৈ লংনা থম্মী। মশান্না অসি য়ান্না কুপথনা, সাহিত্যদা মরুওইনা মহাকাব্য অনী 'শিঙেঙল ইন্দু' অমদি 'থম্ব-খোইবী শৈরেং'দা পাক শন্না শীংথাই। কাংবু থেংনরম্মবা অঙাংহল, ভাইবঙদনি খঙদে, সাহিত্যদসু অহু মঙাই, হেক্তা লমদল্লে। নাক-য়েৎ অহুম কাউরে। অপুনৈ।

ময়ামগী লনাইগী ওইবা সভা-সমিতি কয়া লিংবা পাম্মী, লিংই অমদি লিংবদা মতেং পাংই। 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ' লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং য়াখি। সংস্থান অসিগী ফাউণ্ডর মেম্বর অমনি। তুপীমচাগী মহেশঙ লিংই। অহৌবা মতমগী লৌলাগী সংস্থানশিং অমদি হোলশিং লিংখৎপদা শীংথারবা থৌদাং কয়া লৌই। ময়ামগী ওইবা সভা-সমিতিশিংগী মাকম কয়াদা ইমুং-মনুংগী থবক্তি অতুম শীৎলে। ময়ামগী থবক্তুশু থরাই হেক ময়াওরবা, হান্নবা মনী' ফুল্লবদি খঙত্রে, নত্রগদি শেৎ-চাবদি য়াখোঙ থুম্বা হৌনত্রে। অঙাংহলগী মতমতুগী শেল-থুমগী ফীবম খুয়া তুশিংনা পানবা হায়বত্তু ওইখিদে। কবি মশা থোইনা নাচুংখিদে; য়াম্না নংবা মাওই অমত্তু ওইখিবা নত্তে ময়ুমগী কোবী থাবগী মহুত্তা য়ুমলক্কী মণ অশিবা অহাংবদা পুখোক্তুনা ফুম্মিনরুবা, বারুনী কাবা চৎপা অমদি হল্লকপশিং চৌংলম্বেল অমদি তমলম্বেনদা মতেং পাংমিন্নবা, ঈশিং ঈচাউ অমদি মৈপোক-লাংহৌদা কিশি তাখত্তুনা তেংবাং থৌদাং লৌবদনা হেন্না থরায় য়াওখিবা সেবারী অমনি। হায়রিবশিংসি শেল্লান লদ্বী নত্তে শেল্দিং ঙাক্লি। অসিনদি তোংলিবা কি খোঙউপ অত্তু ফোংপা তাবা। অত্তুবু অঙাংহলগী মথম্যোরদি ফোংননবগী মফম লৈখিদে। ইমুংদি খঙদে মশাদি চমফুততা শারেং ঙারেনগী অপেনবা ফংখি। লল-থুমদা থোইনা মিহৌদে; ফংলকপা থরত্তুনা য়ানবা শীল্লি।

লৈত-লাইরবা, চাকনি-ফিনিবা, নাম শোয়বা অমদি পীদৎ-পাদৎলবা মরুওইনা অঙাং লমজাশিং অঙাংহলনা য়াম্না লুনা চান্না তোই। য়ুমদা লাক্লবদা হাঙনা অমুক্তা হলহনখিদে। থেংনবা মকমদা ম্রাহৈত্তনা ওইরবত্তু দান থরদি শোয়দনমক মতোরে। তাইবংগী মীৎয়েংদা পঙচাউ চাউবা দান নত্তে হায়বা য়াই—মিনুংশি মচেৎ অমত্তুংদনি। অত্তুগা হায়রিবা শীশক শীকপা ঈরিক মচা অসিনা

সাহিত্যগী লমদদি চাউরবা ঈপাক অমা ওইররি। অঙাংহলনা য়েক্লিবা বাৎশল্যগী মচলতনা কাব্যশিংগী শংবাই চোন্নরি ; লীলাশিংগী ন্নারক্তা তন্নাল ওইনরি অহুগা উপন্যাসশিংদনা সনাদা তম্‌ফা।

অঙাংহলগী য়াম্না চাউবা থৌদাং অমনা মণিপুরদা ফম্বাক লীলাগী লমদা পাঙথোকখিবা অসিমম্নুনি। লীলা ময়েক্তা (স্ক্রিপ্ত) মণিপুরগী মশাগী ওইবা অমা—'নরসিংহ' থোরকপ্রবা মতুংদা অঙাংহলনা 'ইবেম্মা' 'পোক্তবী' নচিংবা ইহুনা সামাজিক লীলাদা অনৌবা ঈনোৎ হাপ্পি। ময়েক পুথোকপগা লোয়নননা ভারতকী ওইবা থিয়েটরগী মওং পুশিল্লকপা অমদি মণিপুরী সমাজগী লৈহাওগা চান্ননবা শেমশাবগী থৌরম-থৌদাং কয়াদা মায়পুননা মায়রোঙ য়াখিবা অসি ইতিহাসতা চাউরবা থৌদোক অমা লৈরবনি। ইম্ফালগী বাবুপাড়াদা কলকট্টাগী থিয়েটরগী সাচাদা লিংখৎখিবা 'মণিপুর ফ্রেন্দস ড্রামাটিক য়ুনিয়ন' (১৯০৩) গী মতুংদা খৃঃ কুঃ ১৯৩০ দা (এপ্রিলগী তাং ১৭) 'য়াইস্কুল ড্রামাটিক য়ুনিয়ন' লিংখৎখি। মসিদা অঙাংহলনা ফাউণ্ডর মেম্বর অমা ওইনা শীংথানরবা শরূক য়াখি। য়ুনিয়ন অসিনা 'মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন' ওইরকুনা ঙসি ফাওবা লীলাগী কলা অসিবু য়োক্ল। থিয়েটর অসি চপ চানা লিংখল্লিরৈঙদা ১৯২৮-২৯ গী অতুন্নাইদগী হৌনা য়াইস্কুলগী মমাঙ শঙ্গোয় অমদা ফম্বাক শারগা লীলা তত্তনা শান্নরবনি। শান্নরিবা লীলা কাঙবুনা অঙাংহলনা মায়পুননা হোৎনহুনা লিংখৎপা 'য়াইস্কুল হুপী-মচা স্কুল' গী মীওইশিংনা শাবা কাঙবু (পার্টি) অমনি। অঙাংহল মশামক্তা লীলা কুমদে হায়বদনি থৌইনশিন পীবদগীনা লীলা পুথোকপা ফাওবদা অঙাংহলনা য়াঙলেন শরূনি ; শান্নখিবা লীলাস্নু অইবা মশাগী 'ইবেম্মা,' 'নিমাই সন্ন্যাস,' 'থাবল চোংবী' নচিংবনা অয়াম্বনি। মতমতুগী ভাবোকনা য়াম্না পান্নখিবা লীলাশিংনি।

অঙাংহল অফাওবা লীলা য়াওবা মী, এক্টর অমদি ওইখিদে। ললিত সিংহগী 'সতী খোংনাং' নচিংবা লীলাদা শক্তম (পার্ট) মচা-মচা

লৌছ্না মতাং থরদা কুম্বা নত্তনা মসোমদদি মঙ্গুং হকীননা চঙঙুবা ভোরুদরে। অতুগা লীলা পানথৎপগী মতাংদা থম্ন-নৈনবা, মী নেকপা শেম-শাবা তম্বদগীনা উৎপা ফাওবদা শীল-লাংবা য়াওবদদি থোইদোক হেন্দোকপা শক্তম লৌরকপা মীওইনি। থবক-ইথাঙ কোঙ্গায় কাউথোক্তুনা পুঙলুপ হেক্তা লুপ্পা জাৎনি। অচৌবা মায় পাক্লবা ডাইরেক্টর অমম্তু ওইথিদে; ওইগে হায়নম্তু হোৎনথিদে। ডিরেকশনগী মওং থঙদবদি নত্তে; চিরবা তানফমদা তম্বী-তাকপি-রিবশিংনা মাগা তান্নে। মতম অতুদদি, য়াফম অমনা, অকক্লবা অথন্নবা ডাইরেক্টরগী থৌদাংগা কোন্নবা ফম অমা থৌওইনা থম্নবমদে। মথক থোংবা মন্না চৎপা মওং থঙবা অরিবা কোক থরা চুঙশিন্নরগা পাঙথোক্লে। 'পরিচালক' হায়বগুম্বা অমদি অতুম থম্মী। অতুগা লীলাতু ওইনবদি ময়াম চঙশিন্দুনা অতুম হোৎনমিন্নে। অইবা অমা ওইনা অমদি থঙ-হৈবা মীওই অমা ওইনা অঙাংহল অয়াম্বা মতাংদা থম্না-নৈনবা য়াওই-শরূক চাউনা কোনশিন্না য়াওই। মতমসিদা লীলা অমা পানথৎপদা মরূওইনা চঙদবা যাদনা চঙলিবসি 'ষ্টেজ মেনেজর', 'পরিচালক', 'রেহর্সেল মাষ্টর' অসিনি অতুগা পাত্র ময়ামনচিংবগী মমায় থৈ-থোক্তুনা তৌবা 'পেণ্টব' অমম্তু শীংথানৈ। হায়রিবশিংসিগী মঙুংদা অঙাংহল অমত্তা ওইদে। অতুবু লোইনমক্তা ইয়াওদা য়াওই। মথৌনি নত্তে হায়বগী অথিংবা থমদে হোৎনরকপা কান্দা অহীং-সুংথিল লীলাগীতা, উৎকদোরিবা অতুদা থন্দুনা লৈ। কয়াগী মতিক থরায় য়াওজবগে হায়ববু চৈরাপতগী কুম্মকপদা ষ্টেজ শেম্বদা নত্রগা অতৈ লৈতেংবদা কাম্নগনি থনবা নত্রগা মানবা সোরোক্তা তারম্বা চে অথাবগুম্বা লংবারগুম্বা অরংবা পোৎ ফাওবা থুন্দুনা পুশেম্মকই। কম্থোক্লগা ঙসাই অয়ুক্তা হোংলকপা ফুরিৎকী থাউদা হাপলকই। মতুদগী হেনবা কয়া কয়াম্তু লৈখ্রবনি। লৈত্রগম্তু কয়াবু লুবা পোৎনো! পোৎকী য়া নত্তে লীলাগী ওইবা মীওই অঙাংহলগী থিয়েটরদা য়েংবা মীৎয়েংগী য়ানি।

লীলা তম্মিন্‌ৈদা (রিহর্সেল মতুংদা) অঙাংহল মতাই ওইরপ্না নত্রগা মনীং ওইরপ্না তুমিন্না য়েংহুনা অতুম লৈ। কা হেন্না য়ানীংদবা মতাং য়াওরকপদা তপ্না হেক হেক, কাগীওই করিওই তৌবগী মওংদা, হায়রকই—"থঙবদি পীরে ওইবদি পীত্রে।"৬ কম্না য়ানীংদবা উত্তুনা খিংলুবস্তু নত্তে অতুম্মক থাদোকখিবস্তু নত্তে হন্না শেমজীন শাজীনবগী মতাং অমা ঈংনা তপ্না ফাবগী ব্রাকম্নি। মশাগী লীচৎনি।

থিয়েটর চাওথৎনবা অমদি চাউথোকহনবগী লমদা অমুক 'চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির' কৌবা অমস্তু লিংখৎপদা মায়পুনবা থৌদাং য়াখিবা অইবনি। মন্দির অসি এম: ডি: য়ু: দা য়াওরম্বা, মোত তিন্নরক্লবদগী চোংথোরকপা কাঙবু অমনা লিংখৎপনি অতুগা কাঙবু অতুদা অঙাংহলস্তু তোংশিনখিবনি। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু লীলাগী সংস্থান অমস্তু লিংখৎখি অতুগা মতুনা লীলাগী লমদা থৌদাং কয়া অমস্তু পাঙথোকলম্মী হায়বসিমদি শোয়দ্রবা ব্রাকম্নি। মসিদস্তু অঙাংহল ফাউগুর মেম্বর অমা ওইনা শীংথাবা য়াবা থৌদাং কয়া পাঙথোক্লম্মী। মতম অম্বায়দা ইম্ফালগী তোঙান তোঙানবা মকম কয়াদা—শীংজমৈ, থাংমৈবন্দনচিংবা, লীলা কম্না পানথৎনরক্লে। মতাং মতাংগী অমদি মতম মতমগী ওইবা কাঙবুশিংনা থিয়েটর থরগী মিংদা লীলা পুথোক্লরকখি। হৌজিক ফাওবা তেক্ত কায়দনা লৈরিবা থিয়েটর থরদি রূপমহল থিয়েটর, এরিয়ান থিয়েটর, সোসাইটী থিয়েটর অসিনি।

থিয়েটরদা থরায় য়াওবগী মমি অসি, ময়েক লানা মূর্তী ওইনা চোংথোক্লবা লীলাশিংদতা নত্তে 'জহেরা' উপন্যাসতস্তু ফজনা তাই। থিয়েটর অসি মতম অসিদা নত্রগা অসিগী মংমাঙ, কমলনা অনৌবা

৬। চপ হেক চাবা ব্রাহৈগী মতাংদদি হংজকবদা তাকপিরকপা সাহিত্যকার ভাগ্য সিংহ য়েংথোইবগা অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহগা মত খজিক্তং তৈতৈ। ব্রাহৈদা খজিক্তং তৈতনবগী ব্রাদনি পুন্নিবা অর্থদি চপ অতুম মাৈম।

মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা উপন্যাস[7] ইরিঙৈগী মতমদা, মণিপুরী সমাজদা অনৌবা নত্রে—ময়ামগী হায়বদি কমন ওইরে। অদুবু ঙম্মোকতোনা তৌবগী মওংদা লৈখি। পেঞ্জদবা অমনা—"মৈতৈ লৈপাকতা ড্রামা পার্টিনা চেংগুম সোবগুম লৈনবা অসি কনাম্বু সংস্কারগী আশা তৌনদে হায়বা য়াই"[৮] অদুনা থিয়েটরবু লায়েংবগী হিদাক অমা ওইনা শীজিন্নবা লম্বেলম্বু তাকলম্মী। পামজবনি। থিয়েটরবু তাইবঙ পুন্সিগা নকশিনহনবা পাম্বগী য়ানি।

মতমগী সমাজবু শেমদোক শাদোকপা পাম্বগী য়াখল পরীং অসি অঙাংহলদা লৈখি। চুম্না'শুম সেবা তৌবগী মওংদা সমাজ সেবা তৌবা নত্তে অইবা অসিগী সমাজ সেবাদা সংস্কারগী লমথুঙ অমা ঈয়োয়নরি। মতম অদুদা নুপীনা স্কুলদা মহৈ-তম্বা অসি চৎনদবা ওইনা তৌই। নোংচুপলোমগী মহৈ-মশিং তম্বসি মাংই হায়না লৌনব-গুম্বা অমা ওইনা লৈ। অতম্বা থরা য়াওরকপশিংবু মরিং-মরাংবগী মীৎয়েংদা য়েংনৈ। অদুনা নুপীমচাগী স্কুল লৈত্তে। নুপাগীদি মতম অদুগী ওইনা চপ চা-না লৈবা হোরে। মসি অঙাংহল থরায় হকচাং য়াওনা নুংঙাইত্তে। অদুনা মখোমক ওইনা লাকুদুনা খুদোংচাদবা ফীবম কয়া মায়য়োকুদুনা নুপীমচাশিংবু লাইরিক তমহল্লি, স্কুল লিংখৎলি। য়ুম কয়াদা চত্তুনা ইমুংদা লৈবা নুপীমচাশিং লাইরিক তমহন্নবা অহল-লমনদা হায়বা, করিগুম্বা মতাংদদি হায়জ চৎচ তৌবা কাওবা য়াওই। লাইম্বু থঙবনা থঙবনি অদুগা নুপী লাইরিক হৈহন্দবা য়াদে তমহন-গদবনি হায়বসি অঙাংহল চেৎনা থাজখি। অদুনা তমদবীশিংগী কাঙবুবু ময়েক চৎহনবা, ময়েক চৎলবীগী কাঙবুবুনা মখা তমথহনবা অসি সাহিত্যকার অসিগী মপুন্সিদা মঙফাওনখিবা মঙলান ওইখি।

ধর্ম অমদি অন্ধবিশ্বাসকী মিংদা লৈরিবা মপাম্মোংগী থোক-মোক্কী মওং অঙাংহল য়ানীংদে। অদুমকপু চৎনবীগী অকবা শরুকপুদি

৭। য়েং—'মাধবী'; কমলনা থিয়েটরবু য়ায়া লায়না পল্লি।
৮। অহেবা; লাঃ ৩৩০

ঈকায় থুম্নৈ মশা হিন্দু বৈষ্ণবনি। অতুগা অখণ্ডবা থেংনবা ধর্ম পুন্নমকপুম্ব চপ চা-না ঈকায় থুম্নৈ। য়ায়েন লোয়শঙগী মচী অমদা কমতুনা চে ইবা মতমদা ধর্ম মথল মথলগী জাৎ মথল কয়াগী মীওই লাকই, থেংনৈ। শিনকমগী য়া ঙাকম্ব নত্তুনা পুন্নমক্কা লোন্দিনৈ তোরো-খদানৈ। মী থুদিংমক্কী পোইরৈ য়েংতুনা ময়ামগী ওইবা লীচৎ অতুম চৎলি। ধর্ম অমদি ওইনবদা থাজবগী য়ুমুক্মদা মাংবা-শেংবা শোরু-পন্না য়াবা-য়াদবা অসিগী য়াথল তোদে। অরাবা অফবমখৈ শেংই অমোৎপা, ফত্তবা পোৎ মথৈ মাংই। মূর্তী লাৎপা লাৎতবা শা চাবা চাদবা মী-মীগী অপাম্বনি ধর্ম ধর্মগী লীচৎনি কায়দে। ঈশ্বরদি অমত্তনি মমিং তোঙান তোঙান্না থোনবগী য়াদনি, হরি, অল্লাহ, কৃষ্ণ, খৃষ্ট চপ মান্নৈ। ধর্ম খেন্নবা কায়দে। অতুগা খেন্নবা অসিদগী লৈমিন্নবা মশেল য়েংথীনববদি চং ফংনা কায়রে হায়বসি সাহিত্যকাব অসিগী থাজবনি। ধমগী লমথুংদি য়াইফনবা শেমগৎ শাগৎপনি; মাঙনবা থুগাইবা নত্তে। লীচৎ অসিগী মমি অঙাংহলগী সাহিত্যদা, মরাওইনা 'জহেরা'দা তাই। পুন্নমক অমত্তনি হায়বগী লীচৎ অসিনা খেন্নবা কয়া মুথৎপা পার্ম্বনি।

মী নীংতম্না পোকলকপনি নীংথা তম্না হিংবা তাই। মতম অসিদা মণিপুর অমদি ভারত অসি বৃটিশকী মথা পোন্দুনা লৈরি। অতোপ্পা মীখা পোনবগী মওং অমনা শেলথুমগী মতাংদা মাপান তাংতুনা লৈরিবা মওং অসিমম্বুনি। মণিপুর সমাজ লাইবরি। মবক অসিদা মীবৈবাকক্কী 'মীফী' শীজিন্নতুনা কান্নদবা মপানগী অকে-অমোদা শেল কয়া অমা মীরৈবাক্তা ফোংনা ফোংনা য়াম্না য়াম্না পীথোক্লি। লীচৎ অসি অঙাংহল য়ানীংদে। লমদম অসিদা থোকপা লশিংনা ইশানা নাইজরগা শাবা ফি 'লংবৌফী' মপুন্সি চুপ্পা শীজিন্নখি। মচান্না থোরুম্ব হায়—

তুংগী লম্বী য়েংলসি,
ইচা ইনাওবু য়োক্লসি,

ইমাগী লমন শিংলসি
পম্বো খোঙ্গুল লীরসি
লাইর-খাউবু থম্নবী
লাইর নম্বু কম্নবী
পলেম থুৎকী লংহিংবী
হোংলসি চরৈ লংবৌ ফী।[৯]

হায়রগতা ভোকপা নত্তে মশানা হান্না হৌবনি ময়ামদা কোন্ননা হায়বনি। মীথুৎ শাসনদগী অর্মাদি লাইরবগী মীথা পোন্না হিংবদগী মণিপুর লোয়ননা ভারতপু নাম্বোক্লবা অমদি কম্ননবা হোৎনবা হৌবনি। মহাত্মা গান্ধীগী লিচীং মথাদা হৌবা অহিংসাগী লালহৌগী ফল অঙাংহলদা ভাবনি। অফবা খোরাংনি।

## সাহিত্য-সাধনাগী লম্বেনদা

"মীগী সাইওন্দা লাইগী মপু ওইরবা শ্রীশ্রী থম্বা খোইবী অনিগী লীলা অসি অপংবা লাইরিক ইবগী নাকোংদা তারকপা অসি পুকনুং-দগীনি। মীরোল থংলকপদগী মাগী মুম্বা লীলা অসিগী ইপাক্তা অকংবা উনা ওইদুনা থমোই অসিনা ভাওদুনা লাকই; শকনিং শোম্নিং ইনিংবনা পুক্নিং অসি লাংতক্লরকই। পুস্তিগী চহি মতাং ৩৪/৫ সুবদা মঙ্গরগে নিংলে।"[১০] পনবা য়াবা রাকম অমনা অঙাংহলগী মমা ইবেম্মা কোঞ্জেংবম চনু চাউবীতোন অসি নৈশারিঙৈদগী হৌনা শাইয়োনগী রারীশিংদা য়াম্নমক খোয়দাজরকই। হায়নৈ পেনা তাবদা খোইদোক হেন্দোক্লা পুক্নিং চঙলকই। যুম পাল্লবা মতুংদা অমদি মশা রাই শংলক্লবা মতাং কাওবদা য়াম্না তোয়না পেনা তাবা চৎলি।

৯। – শৈরেং থবা (২বা) 'বৈতৈ-রং' লা : ২১ (১৯৩১ দা ইবা)
১০। থব-খোইবী শৈরেং: 'হৌরকফম' লা : ১

চুম্নগী মতম ভাইহাক লেনবগী ওইনা তাবা নত্তনা পুক্সিং হকচাং য়াওনা ভাবনি হায়নৈ। অহুনা 'নাকোংদা তারকপা অসি পুক্সুংদগীনি' হায়বা য়াকম অসি অর্থ য়াম্না চেনবনি হায়না লৌবা কায়দে। ইনীংবগী ঈথিল অসি অঙাংহলদা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদগী শোয়দনা লাক্লবনি। করিগুম্বা মশক নাইবা মচল অম্না ইরগে হায়না লেপ্পসিনা, মশানা হায়রম্বগী মতুংইল্লবদি, খৃঃ কুঃ ১৯২৬-২৭ অহুম্বাইদনি হায়বা মশানা তারে। 'খম্বা-থোইবী শৈরেং' ইবগী য়ানি। মতাং অসি ফাওবদি ইত্রি ; মচাক্তি চপচাবমক নত্রবস্নু খরদি লৈরবনি। ইগে হায়নস্নু হোংনবা হৌরবনি। তশেংনা ইবদি মশাগী চহী নিফু সুরবা মতুংদা হায়বদি ১৯৩২-৩৩ গী মতুংদা ওইগনি। ইবদা চহী অমগা মথায় চঙই।[১১] মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ফোঙহুনা য়েনবা চে অমদা লাইরিক অসি ১৯৩৯ দা ইবা হৌই অহুগা ১৯৪০ দা মপুঙ ফাই হায়না পল্লি। চপচাবা তাং. সুমীৎনচিংবদি খঙনদ্রে। মসিগী মমাঙদা হায়বদি, ১৯৩৮ দা 'শিঙেঙল ইন্দু' ফোঙলে হায়নস্নু থাজনরি। অহুবু মতাং অসিদা খনবা অমদি খন্নবা য়াবা য়াকম অমদি, '—শৈরেং' অসি করম্বা লাইরিক মওংদা ইগদগে হায়বা চমমনথিবা (য়েং-হৌরকফম) অমদি '—ইন্দু' দা হায়না চীনবুঙদা লৈরম্মবা য়ারী অমদি ছন্দগী মতাংদা '—শৈরেং' গা য়াম্নমক শান্নবা মওং অসি য়েংলুরবদি '—ইন্দু' দগী '—শৈরেং' না হাম্না ইরমগদবা মানবনি। অমনবু হাল্লবস্নু অমনবু হাল্লবস্নু অনী অসি ইবগী মতমদি ইকান কান্নবা নত্রে ; অমগা অমগা য়াম্নমক নক্সরি।

অনী অসি ইত্রিঙৈদা শৈরেং মচাদি কয়ামুক ইথ্রবনি। করম্বা শোক তারীখতগী করম্বনা ইহান হাম্না ইখিবা হায়বহুদি তাংদাংবা হায়বা ঙমত্রে অহুগা ইবদি ১৯৩১ অমদি মসিগী মমাংদগী হৌখ্রে। শৈরেংশিং অসি অমুক্তদা পুম্লপ ইখিবা নত্তে, মতম হায়বা মতাং

১১। য়েং- 'শৈরেং', 'হৌরকফম' ; লা ঃ ৫

হায়বা থমদনা ঈথিল-লাকপদা ঈশি-বনি। হৌকম লোইকম অকক্নবা মতাং লৈবা লাইবিক (থূংই) নত্তে। মতাং অমগী ওইবা থূংই অসিসু লান কায়বদা মাঙলুবদগী মমৈদা 'মৈতৈ লৈরাংগী মনসক্রিফক্ত জনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর গৌরসিং, সে: মাষ্টর মধুমঙ্গল সিংহ অমসুং এঙ্গঃ ইবুংঙোহল সিংহ মা: অসিগী থৌজানদগী কংই।'[১২] মতম অহুগী কমলগী 'লৈ পরেং' অমদি চাউবগী 'থায়নগী লৈরাং' গী মওংদৌনা থনম্নবা তৌরম্বা মাল্লি। থূংই লাইরিক অসি মতম অহুদা নিংথৌ ওইরিবা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ (পানথিবা-১৯৪১-১৯৫৫) না, লাল হেক কায়-রমদাইদা, নোংমা থেংনবদা 'মামা ঐ অমুক্তা পারুগে' হায়দনা পুথিবদগী লাল কায়রক্লনা মরাং-মরাং তৌনবদা থিবা অহুম থঙথিদ্রে।

তশেংবদি অঙাংহলনা সাহিত্যদা চঙলকপসি ঈশৈ ময়েক (লিরিক্স) হায়না ইরগা চঙলকপনি। মতম অহুগী ময়ামগী ওইবা সভা মীফম্ম-চিংবসি হৌদোকপদা 'প্রস্তাবনা' হায়না খঙনবা হৌন-থৌরম অমা চৎনরম্মী। (মসিমক্তি হৌজিক্কী শৈহৌ ঈশৈ—ওপনিং শোংগুম্বগী মওংনি।) মসিদা ফজ ফজবা ঈশৈ-ময়েক থল্লগা মথল মথলগী স্নুর পান্দুনা নাইতোম নক্রগা পুন্না ঈশৈ শকনৈ। হায়রিবসি হৌগদৌরিবা মীফম নক্রগা লীলা-পালা অহুগী মশাদা মনু'চনবা কায়াৎ অমনি হায়বা য়াদ্রবসু তৌদবা য়াদ্রবা থৌরম অমা ওইনদি পাঙথোক্লরবনি। মসিদি ফোংনা নক্রবসু থনুং-থনুংদদি শৈদান-হিদাম্নবগী মওং অমা শোয়দনা লৈরম্মী। মীশক থন হন্দুনা ফজবা ময়েক ইহন্নরম্মী। মতম অহুদা ময়াম্না থঙ্গৎনবা মীওইশিংগী মনুংদা অঙাংহলসু অহানবা পরেংদা য়াওবা মীওইনি। অচিনবা কোঙ্গায় থাদোক্লনা ইথি। মোত্ত তিম্নরক্লবদগী এম. ডি. যু. দগী চোংথোরকপা কাঙবুনা লিংথৎথিবা চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দিরগীদমক্তদি অঙাংহল কিশি শোয়দনা তাথৎলমগনি। অহুবু লুংঙাইত্রিবদি 'ইবেম্মা' অমদি 'পোক্তবী'দা দা য়াওবিবা ঈশৈ-ময়েক

১২। থম্বাল; ৫বা মতাং লা: ৪৩

২০ যুক অসি নত্তনা ময়েক অতৈদি মফম খঙখিত্রে, হৌজিক ফাওবদি। ইখিবা ঈশৈশিং 'মৈতৈ লৈরাং'[১৩] দা শিঙ্গিন্দুনা থম্লবা য়াই।

১৯৩৩ দগী অঙাংহলগী শৈরেং মচাশিং 'ললিত মঞ্জরী পত্রিকা' দা ফোঙবা হৌরকই। ইবদি মসিগী মমাঙদগী শোয়দনা হৌরমগনি। অহুদগী অরোইবরোমদনা ১৯৪০ দা মহাকাব্য ইবা লোইরে। মসিগী মতুংদদি মরুওইবা য়ুক লাউবা মচল থেংনদরে। ইরম্বদি য়াই অহুবু হৌজিক ফাওবদদি থেংনদরে। পম্লবা অমত্তংদি সাহিত্যকার অঙাংহলগী মশানা ইবা পুন্সি য়ারী অসিনি। য়ারী অসিগীসু অপীকপা য়ারী অমা লৈরি। য়াম্না শম্মবদা—মতম অহুগী শিক্ষা, সাহিত্য অমদি অতৈ কলাশিংদা য়াম্না থম্নায় য়াওবা কৈশাম মধু সিংহনা অঙাংহলদা মশাগী পুন্সিগী য়ারী অমা ইনবা কম্না হায়বনি। মতমসি ১৯৪১ অহুরাইগীনি। মতম অসিদা অঙাংহল মশা ঙমদবা হৌরক্লবনি; ভোপ তুহুনা হিপ্পদি নত্তে। অকনবা থৌইনশিন অমদগী অঙাংহলনা অশংবা মতম কাইথোক্লুনা, ঙমত্রবসু ঙমদনা চেকশিন্না হায়রগা মচানুপা রোমনি সিংহদা ইহনবনি। মতাং অমগী ওইনা মপুঙ ফারবা অহোয়নহুম ফাহল্লবা মতমদা থুংই অহু কৈশাম মধু সিংহনা য়ার্ধাদা করিগুম্বা সভাগুম্বা অমদা শীশিন্নরুগদবনি হায়হুনা পায়হুনা লংকৈ চৎপদা পুখ্রে। মতমহুগী মরূপ-মপাং অয়াম্বা হুংঙাইনরে পেম্নরে। অহুবু লাইবক থীবদি কৈশাম মধু সিংহ লৈখিদরে। থুংইসু অহুম লৈখিদরে। মাঙপ্রবা অনীগীদমক ময়াম্না হুংঙাইনদে। য়ানৈ হায়বহু মঙাই উপাই লৈত্তে। মতম অসিদা অঙাংহল লৈরি। অহুবু অইবনসু অনীরক হুনা হোৎনরমদরে। অঙাংহল অমদা অনীরক হম্না ইগন্দে।

মাঙপ্রবা, পুন্সি-য়ারীগী থুংই অসি ফুল্‌স্‌ক্যেপ সাইজ লামারদা ইবনি; চেনা চাউরাক্লা হুমফুমুক পাল্লি। মথক্কী মকু অসিমঙাইরে

১৩। য়িবা ফংত্রিবা, অঙাংহলনা ইরম্বা শৈরেংগী লাইরিক

নীংশিংনরবদা ; মন্থুংগী মরুওইবা মচাক অহূদি চৎপ্রে। অইবদগী পুক্সি য়ারীনা হাল্লা চৎখিবনি। ওম্বোকপা হায়রহূনি।

য়ায়মক কাল্লগদবা লাইরিক অসিনি অঙাংহলনা ১৯৪০ গী মতুংদা ইবা। মসিস্থু মশীং চনবা য়াদরে। অহূনা শম্মা অঙাংহলগী সাহিত্য-সাধানা তৌবগী মতমসি খৃ: কৃ: ১৯৩৩ দগী ১৯৪০ ফাওবনি। চহী নিপানগী মন্থুং অসিদম্থু অকোনবগী তথায় চহী মরী (১৯৩৭-৪০) অসিনা য়ক লাউবী মতম্নি। অঙাংহলগী মাষ্টর পিসনি হায়না লৌবা য়ারবা 'শিঙেঙল ইন্দু' ১৯৩৭-৩৮ (?) গী পোথোক্নি ; 'থম্বাল' '৩৮ দা ইবনি ; 'য়াইখিং কোন্থু' অমদি 'ইবেম্মা'[১৪] '৩৯ দা ইবনি ; 'পোক্তবী' '৩৯ গী অবোইবা শরুক্তা ইবনি।[১৫] মসিগী মমাঙদা 'নিমায় সন্যাস' অমদি 'থাবল চোংবী' ইপ্রে। অনী অসিদি চপ চ'বা ফম্বাক্তা শান্নবা মখলগী লীলামক নত্তে। শুমাংদা মাঙ্গোম্বা, অহা'বা মফম অমদা ভাবোক্না ইকোয় কোয়না য়েংবা য়াবগী মওংদা, শুমাঙ লীলাগী মওংদা শান্নবা য়ানবা ইবনি। নীংথিজনা শেমগৎ-শাগৎলবা লীলাগী মওং মাম্দবদৌনা তৌই। খুৎই ফ'দ্রবনিনা মফম খঙনদ্রে। ঈশৈ ময়েক (লিবিক্স) থবা য়'ওরমগদবা মাল্লি। অতোপ্পা খুৎই অমদি খিবা ফ'দ্রিগা, থেংনহৌই উহৌই হায়নবা, মৈতৈরোনগী পাম্বৈ-পাউরৌ পবেং শানা মথং মথং ইবগা মরী লৈনবা য়ারী থৌদো'ক্নচিংবা কয়া শম্মা পীবা মখল অমসিনি। ডিক্সনরীগুম্বা গ্লোসরী গুম্বগী মওং ওইরম্বা য়াই। মসিস্থু 'মৈতৈ লৈবাং'দৌনা মতম মতমগী ওইনা থেংন থেংনবা নীংশিংলগা লাচম্লম্বা য়াই। মসিগুম্বসিদি অহৌবা মতাং অমা নাইববস্থ পুমলোই লোইরবা মপুঙ পুংফা ফারবা অমদি

১৪। য়েং—ইবেম্মা ; লা : ১০৫

১৫। ৺কবিরত্নগী 'পোক্তবী' গী য়াভাং লোনচৎ চহী মাথ্রৈরোমগী মমাঙগী হায়রবদি 'ইবেম্মা' প্রেগী হেক থংনবা লীলা ওইরবস্থ ঙসি ফাওবা অতূম্মক মুংঙাইবা পী, য়াখল-লৌশিং অফবা পোক্কহল্লি। —অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ 'পোক্তবী'—য়াথোল থরদং ; ১৯৮৪

ওইরোইরবনি। লোইরগে হায়দনা লোইশিনবগী রানি; অসিগীস্তু মথক্তা মসিগুম্বসিদি সাহিত্যগী মচল ওইহন্নদে।

অহুনা হৌজিক সাহিত্যগী মচনদা মতম লেপ্পা ঙমফাগ্রিবসি 'জহেরা' উপন্যাস মঙাইরে। মসিস্তু ঙল্লবদা ১৯৩১ গী মতুং অমদি খেঙলবদা 'ইবেম্মা' নচিংবগী মমাঙ, ১৯৩৯ গী মমাঙদা ইবা শোয়দনা ওইগনি। ১৯৩৯ মমাঙ চহী খরা অসি ফাওবা মণিপুরগী থিয়েটরদা সামাজিক লীলা অসি য়াম্না তাঙনা থোক্লি, শাম্নবদি ১৯২৮/১৯ দগী ১৯৩১/৩২ ফাওবসি খরা হৌরবনি। 'জহেরা' দা অঙাংহলনা পীরিবা নাক-য়েংনি—

"ঐখোয় জাতি অসিগী মহুংদা ধর্ম্মগী মরিদস্তু রাজনৈতিকীদস্তু হেক লৈরিবা মথৈ মায়কৈ খুদিংদা, হৌজিক হৌজিক্কী সনা মণি মুক্তাগুম্না কাম্নরবা ঙাক্তা, উৎপা য়াবা খুৎ হাইবদা পনবা মথৈ খন্না লৈরিবনি। লাইরিক লৈজদেনে, ঐখোয়নস্তু ইজবা হৈজদে, ইবিগেনে হায়না আশা তৌবিবা মীস্তু লৈতে। কনাগুম্বগী সামাজিক অমা অনি লৈবা অসিনদি শেৎথুং চাথুংবস্তু নত্তেদো"।[১৬] ফীবম অসি ১৯৩৭-৮ দগীদি ওল্লবনি। সামাজিক লীলা তাঙনা থোক্লিবসি 'অরেপ্পা মরূপ' অমদি 'সত্তী খোংনাং' (অনীমক এসঃ ললিত সিংহগী) গুম্বা খরদমক শাম্নরিবা মতম, হায়বদি চাউরাক্না ১৯৩০ দগী '৩৫-৬ ফাওবনি। অহুনা ১৯৩৫-৩৭ অহুল্লাই ফাওবদা ইরম্বা য়ানা লৈ। মতম লেপ্পা ঙমজ্রিবা উপন্যাস অসিমা থৈদোক্লবস্তু লৈহৌরিবা মরূওইবা মচল-শিংসিদি ১৯৩৭ তগী ৪০ ফাওবগী মহুংদা ইরে। অহুনা স্যুপচীননা য়েংলবদা, মাঙদা লৈরিবা মচলশিংসি অস্তুম্না খম্বা য়ারে—

১৯৩৭/৩৮—শিঙেঙল ইন্দু
১৯৩৮ —খম্বাল
১৯৩৯ —য়াইখিং কোন্নু, ইবেম্মা, পোক্তবী
১৯৩৯/৪০—খম্ব-থোইবী শৈরেং

---

১৬। জহেরা; লা ৩২৯-৩০

মসিগী মঙ্গুংদম্ভু অমুক মরক মরক্তা শৈরেং মচা অতুম চথরি। অতুনা মথক্কী অসিদা, অকংবদা 'জহেরা' অতুগা কংত্রিবদনা 'মৈতৈ লৈরাং', 'নিমাই সন্যাস', 'থাবল চোংবী' পুন্সি-মায়ী অমদি পাহৈ-পাউরো লাইরিক অসি পুল্লগা অঙাংহলগী সাহিত্য মপুম নত্রগা ইরম্বা লাইরিক মশীং ওইরবনি।

কবি অঙাংহলনা তৌবিরম্বা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী চাউরবা দান অসিবু নোহোননা শক খঙলকতুনা 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল' না 'কবিরত্ন' হায়বা মিংথোল অসি পীতুনা (১৯৪৮ দা) কবিবু অমুক হন্না ইকায়খুম্মরি।

---

## অনীসুবা মতাং

# কাব্যকার অমা ওইনা অঙাংহল

### কবি অমদি কাব্য

অঙাংহল অশেংবা কবিনি। কবিদি লৈশেম-মপুগী শক্তি চঙবা, থৃৎশেম হৈবা মীওইনি। অঙাংহলগী সাহিত্যগী ওইবা থৃৎশেমদা তাইবং পুম্বিগী লৌশিং, হৈ-শিংবগী মওং, কলা বিদ্যা অমদি তাইবগু লৌচৎকী থৌদাং-থৌওং পূম্নমক অমত্তা চিথদনা উবা ফংলি। ভরত মুণিগী মীৎয়েংদম্ভু[1] কাব্য অমদা পূম্নমকসি তঙাইফদনা চঙই। চঙদবগু য়াদবনি। কাব্যগী থাক লেপ্পা মতমদা তাইবং লৌচৎকী মচল অনী-মন্নাদংদ নত্তে, য়াম্না চঙই; মশীং লাকওমদনা চঙই—মীওইবগী, লৌচৎ-লোনচৎ পূম্নমক চঙই। লোনচৎ য়েকপন্থু মথক্তা থজিক নাল্লগা তোকপা য়াদ্রি; পাকচাউবা অমদি লূথবা তঙাইফদনা চঙই। কবিগী অনৌবা অমদি ন্নাংলবা কল্পনা শোয়দনা চঙই। মসিগীদমক্তা লৈশেম-মপু মাগী শক্তি ওইরিবা প্রতিভা হায়বসিমস্থু মশা মচা ওইনা নত্তে, মউ অমদি মন্না ওইনা হায়বদি, য়ুম্ফম ওইনা চঙলি। থৌজাল লৈবা মীওইদত্তা হায়রিবা গুণশিং অসি লৈবনি—পূম্নমক্তা মান্ননা ফংবা নত্তে। অঙাংহল থৌজাল লৈরবা কবি অমনি।

### মহাকাব্য অনী

কবি অঙাংহলগী ন্নান্নী য়াওরবা (প্রবন্ধ) কাব্য অনীনি—শিঙেঙল ইন্দু অমদি থম্ব-থোইবী শৈরেং। কাবা অনীমক, মফম মতম থেম্ন-

---

১। ন তজ্‌জ্ঞানং ন তচ্ছিল্পং ন সা বিদ্যা ন সা কলা।
ন স য়োগো ন তৎকর্ম নাট্যেহস্মিন য়ন্ন দৃশ্যতে ॥—নাট্যশাস্ত্র; শ্লোক ১১৬

জরবস্থ, মীৎয়েং অমত্তদা অমদি য়ুক্ষম অমত্তদা শেমগৎথিবনি। অনীগী মাম্নদবা মওং কয়া অমা লৈজরবস্থ মাম্নবা মওং কোঙ্গায় লৈরি।[২] মহাকাব্য অনীমক্তা কবিগী মশাগী ওইবা, অনৌবা অমদি তোপ্পোপ তাবা মশক য়াওরি। অনীমক উত্তম কাব্যগী থাকমক্তদা থম্বা য়ারবা কাব্যনি। অনীমক মহাকাব্যগী ঈচেনদা চাউরবা অমদি য়াংলবা মক্ষম শোয়দনা লৈরবা থুদোলমক ওইরবনি। য়াম্না চাউনা খেম্নরিবা অমত্তংবু—থম্ব-থোইবী শৈরেংনা মশামক্কী মচানি খন্দুনা য়োকচবা সনানি অহুগা শিঙেঙল ইন্দুনা মশানা হেক পোকচবা মচানি। পুম্নমক্কী মীৎয়েংদা অনীমক অঙাংহলগী মযোমযক্লি। ঈগী মরী অমা লৈক্ষম থোকপসি কয়া য়াম্না অমদি কদাই ফাওবা সনা ফীগেনা নীংথিনা কুপ্পা য়াগদগে হায়বগী য়াহং অমদি লৈতবা য়ারোই; থুম্বা থুমদবনা অমনি; থুম্বা ঙাক্তনা পাউথুম শকপম্থ য়াদরি।

## মহাকাব্য অমা ওইনা—ইন্দু

'—ইন্দু' অঙাংহল মশাগী য়াথনদগী পুথোকচবা, শেমগৎচবা অমদি লোইশিনজবা য়ারীনি। মসিগী থোদোক-পরীং অসিমক কবি মশাগীনি। কাব্য অসিগী নাক-য়েৎকী মচল পুম্নমক কবি মশাগী কল্পনাগী মহৈনি। মক্ষম মতম কবিনা শেমজবনি। শেমগৎ শাগৎলিবা মীওই-শক্তম অয়াম্বা, মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তি নত্তনা অইবা মশাগী মাথা অমদি থম্মোইদগী থোক্লকপনি—কবি মশাগীনি। য়াহৈ য়াতা, শৈহেক-শৈদা অঙাংহল মশাগীনি হায়বদা তুকা থিরুনিঙাই লৈত্রবনি। শম্না অমুক হায়রবদা, কাব্য অসিদা মহাকাব্য অমা ওইবগী মচাক অয়াম্বা ময়েক শেংনা অহুম্মক য়াওজরবনি। চিংনবা য়াবা অমদি চিংনবমক তাবা য়াক্ষম অনী-মরীদি অহুম মরৈ। অহুবু মসিম্নু থৈদোক-থৈজিন তৌনবদা কায়দবা জাৎনি।

২। য়েং—লাইথিকলিগী অহমম্বা মতাং, 'মহাকাব্য অনীগী মাম্নবা।'

মারীগী মতাংদা ইতিহাসকী নত্রগা পুরাণগী ওইবা অকাওবা ীয়াম্না খঙনরবা হায়বত্থ নত্তে হায়বা য়াই। অত্থবু অনৌবশু সুপয়া াদে হায়বগী মা লৈতে। অফবা মীওই অমগী পুন্সিগী মারীনা াহাকাব্যগী মারী শাবা অত্থম য়াই। ইন্দুবু অফবা মী নত্তে কনানা ়ায়গনি। মথংদা, চুম্মী; মঙ্গলাচরণ হায়বা মচল অত্থ য়াওদরে। মনৌবা মহাকাব্যশিংদা য়াওদবশু অত্থম ময়াওই। মচল অসিমশু ়াম্নমক লুরবা কায়াৎ হায়বত্থমক্তি হায়না লৌদ্রবশু য়ারি। সর্গ হায়বদি পন্দুপ খায়বগী মতাংদা, মহাকাব্য অমদা সর্গ নিপানদগী তাদনা ৈলগদবনি হায়নৈ। '—ইন্দু' দা সুপ্পগী তরুক্তমক য়াওই। মসিগীশু মথক্তা ছন্দগী মাকমদশু অকায়বা লৈ। '—ইন্দু' দা শীজিন্নরিবসি অয়াম্বা মতাংদা '—শৈরেং' দা শীজিন্নরিবা পেনা-শৈশক ছন্দ অত্থগুম্বা অমত্তনি। হৌবদগী লোইবা ফাওবদা ছন্দ অমত্তমক শীজিন্নৈ হায়না লৌবা য়াই। কায়রবনি। মসিশু ইবগী চাউবা-পীকপগী মাকমদা য়ুম্ফম ওইবনি। মপানগী শক্তমনি। 'কংসবধ'[৩] দা সর্গ তরেৎতমক য়াওই। অমরোমদনা অমুক '—শৈরেং' দা নিকুহুমদোই, 'বাসুদেব-মহাকাব্য'[৪] দা কুনমাথোই য়াওরি। রামায়ণ মহাভারতনচিংবা মহা-কাব্যশিং অঙক অঙকপা ফংনা চাউই। তাঙ্কক মশীং চপ হেক চানা অকক্লনা লেপথোকপশু হেনমল্লি। পন্দুপ নত্রগা সর্গ খায়বা হায়বসিমদি মশানা তাবদৌনা লৈজরবনি। রসকী মতাংদশু অত্থ মঙাই। '—ইন্দু' দা আদি রস ওইরিবা শৃঙ্গারনা মপুং ওইরে। অত্থবু মপুং ওইবা অসিশু শৌগৎলিবা রস পুম্নমক অত্থগী মনুংদা থরদি অত্থম মরাৎলে। ভয়ানক, বীভৎস, অদ্ভুত, রৌদ্র অত্থম রাৎলে। নায়ক-নায়িকাগী মতাং তারকপদশু '—ইন্দু' গী মরুওইবা সুপা অমদি সুপী অসি লাই নত্রগা লাইগা চাংদম্নবা য়াবা অরাংবা থাক্কী মীওই হায়বত্থ থোক্লে। অরাৎপা অশোনবা খবদি অত্থম লৈবা শোয়দ্রে।

৩। কংসবধ, অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ, শ্রীমতী যামিনী দেবী, ১৯৪৫
৪। বাসুদেব-মহাকাব্য, কালাচাঁদ শাস্ত্রী, ও, কে, ষ্টোর ইম্ফাল, (খুৎশেম ?)

থৃংশেমদদি অমদা থরা রাং অমদা থরা হেন তৌনবা ঙাক্কনি। কলাবু নম-হাবগী নিয়মনা চপ হেক চানা পুনবগি রানা থোক্কনি। দোষ সুকলৈমক লৈতবা থুশেম লৈবা হৌনদে। লৈরক অমগা শৈশক অমগা হায়বত্থনি। অত্থগীন্থ মথক্তা অমুক, সাহিত্য কলাগী মত্তাংদদি (কলা পুম্নমক্তুনি) মচলনা হান্নরা লৈরক্লগা ফজবা অফবা নিয়ম কয়াদি কাইনথংদা শেম্নরকপনি। নিয়ম শেম্মে হায়ত্থনম্থ অমুক তুংদা লাকপা মচল অত্থবু মৈ-ঈশিং চঙদবা তাবু অমদা ফাজীনবদি ঙম্মোই। সাহিত্যদি থিংবা য়াদবা অহিংবা ঈচেলনি; ফজরবা নিয়মদি মতাং মত্তাংগী লৈরাইদা শেমত্থনা থমহৌবদনি। মহাকাব্য হিংলিবা মচলনি; কুচু-কুমেন মশক-মতৌ থরদি তত্তনা ওল্লকপা তাবনি। অহিংবা মহাকাব্যগী ঈচেনদা ঈংনা তপ্না চেম্হরিবা '—ইন্দু' নি; মহাকাব্যনি। অয়াউবা মচাক অতৈদি ময়েক শেংনা য়াওরিবা মহাকাব্যনি। কাব্যদা লৈবা দোষ নৈনবগী মত্তাংদা বিশ্বনাথ কবিরাজ (১৩০০-১৩৫০ ?) না পল্লম্বা রাফম নীংশিংবা য়াই—"কবি-শিংনা শেম্লম্বা নিয়মশিংদা মীয়াম্না থঙনদ্রিবা রাফম অত্থমকম্থ অফবা কাব্যগুণ ওইনৈ।"[৫] রারীনচিংবদা অওনবা থরা লৈবা কায়বা নত্তে। অনৌবা থরা পুথোকতনবু অনৌবা কদায়দগী লাক্কনি। থিবু থিগে হায়রবদি অশোয়বা অশোনবদি, পুম্নমক্তা শোয়দনা অত্থম লৈগনি। য়েংবা তাবদি অশোয়বগী চাংত্থনি। লোয়ননা শোয়রিবা মত্তাংত্থগী মরূওইবা-ওইদবগী রাফম্নি। রাফম অসি '—ইন্দু' গী মত্তাংদা লায়-থোকপা য়াই।

## রারী অমসুং প্লোট

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিনা পাল্লিবৈগী মতমদা শাগৎপা রারীনি। ইতিহাসকী য়ুক্ষমদা শেমগৎপমক্তি নত্তে। নিংথেমপিশকনা মন্নাং

৫। কবীনাং সময়ে খ্যাতে গুণ : খ্যাতবিরুদ্ধতা, —সাহিত্য-দর্পণ ; ৭/১৮

লৈবাক কছারদা চেন্দুনা লৈবা মতাং অছুদা শামান লেংমান্নবা যাত্রা অমদি তোম্বগা লুনা চান্না তিন্নখি। যাত্রাগা কৈনা কৌবী চম্ম অমগা য়াম্না হুংশিনৈ। হুংশি ন্নায়থুংনদনা কৈনাদি লৈখিদরে। অমুক হন্না উন্নবা খেংনবা অমদি থুংনবগী মমি স্থকলৈ লৈত্রবা কান্নবা অমদি খায়নবগী মৈনা চাকুনা যাত্রা ঙাওচৎনখি। মৈচাক কোক্লনবা হায়ন্থনা, মৈত্রাবাক্তা খোঙলেংলকপা কান্দা, হৌমিন কামিন্নবা যাত্রাবু পুখিরকখি অমদি মতম-মতাং চারকপা কান্দা লৈপাক্লে কৌবী খুরাইদগী নিঙোল অমগা লুহোঙবিরগা ন্নাওং ইন্দুনা খুন্দা লৈতাহনখি। যাত্রা অমদি লৈপাক্লে অনীনা গোপাল পোকখি।

যাত্রাগী মমান্নবা তোম্বনা লৈখিত্রবী কৈনাগা য়াম্না লুনা তিন্নরম্বী তোনসিজগা লোন-লৈনছুনা ইন্দুগা মোপ্রা (মমিং থোনদে) অমগা পোকই। ইন্দুগা পুংকক চাউরকপা অছুগা মোপা। অছুনা মমাগী খোন্নাং অমুত খায়ত্রিডৈদা তোম্বা অমদি তোনসিজ নোঙ্গাখরে। পিতং-পাতংলবা লমজা অনীবু তোম্বা অমদি তোনসিজগা ন্নাম্না লুনা তিন্নরম্বা কেশ অমস্থং তম্পাক্লা য়োকখি।

যাত্রানা মরমদম মালুগ্রামদা মতম থরগী লাকপা মতাংদা অঙাং অনীবু উরকই। লৈখিত্রবী কৈনাগী চান্নজবী মতাগী মচা অনীবু য়োক্লগে হায়ন্থনা মৈত্রবাক্তা পুরকখি অমদি য়োকখি। মৈদিংঙুনস্থ মাগীদমক্তা ন্নাজখিবা অমাদ ন্নাক্লখিবাশিংগী খন্দুনা লমজা অনীবু লু-না চান্না তৌবিখি।

লাকপা হুমিংকী অহানবা হেক উন্নবদা গোপালগা ইন্দুগা হুংশিনখি। অনীমক্না করিগুম্বা মতাংদস্থ ফোংদোক্লখিদে। মন্নান্নস্থ খঙখিদে।

মৈদিংঙুগী ইনাউইবুংঙো অমদি হুমিংসিজগী মচা ইবেম্মা খাবনসনা কৌবা অমবু গোপালদা খাজৈ। গোপালদি য়ানীংদবনি অছুবু মপা-মমাদা হায়বদি ঙমখিদে। ন্নারোইপোৎ পুরবা মতুংদা গোপাল মপাগী

পোককম মালুগ্রামদা চেনখি। ইন্দুবু বিদাই তৌরম্মী। তিংদম তাহৌরবী থাবনসনাবু অমদা, থিত্নুনা লুহোংবিখি। কোম্নুং হুম্না শাউখি। অঙম্বা অমগী মচা নোবো কৌবা অমদা ইন্দুবু থাজে। ইন্দুদি য়াজদবনি অহুবু মপাগী মমাঙদা হায়দোকপা ঙমখিদে। মরক অসিদা গোপালগী মমানা ইন্দুগা মচানুপাগা চান্নে হায়বসি খঙলকখি। অদুদগী ইন্দুবু য়ায়া শাউখি তুকৎচখি। মরক অসিদা নিংথৌগী রাণীনা নিংথৌগী ময়ান্নুংগী মচা ইবুংঙো গোপালসনা কৌবা অমদা পীনবা লাক্নে। মতুঙ্গ ইন্দুদি য়াজদে। গোপালগী মমা লৈপাক্লেনা ইন্দুবু নুংশিরক্তবদগী ইন্দুগী মাঙনবা থজিক শীনখি। নিংথৌগী ময়ান্নুংগী মচা গোপালসনানা ইন্দুবু ফাত্নুনা চিংনবা থৌরাং তৌই। ফারমদাইদা পাউ থেঙনা তারকপা, গোপালগী চান্নরবা মরুপ লালানা ইন্দুবু নাথৈন্নুনা অমবোমদা অহীং অমা লোত্নুনা থম্মী। লৈবাক প্রজানদি ইন্দু লালাদা চেনখ্রে হায়না য়ায়া শাউনরম্মী লৈবাক নিংথৌম্মু মৈ হোত্নুনা শাউখি। মপা যাত্রাদি ইকায়-নুংশি য়ায়না শাউখি। অতুবু মমৈথংদা ইন্দুগা গোপালগা নুংশিনজবনি হায়বা অশেংবা পুন্নমক খঙলকই। নিংথৌনা ইন্দুবু মচা শক্নুনা গোপালদা হোঙগনি হায়না লেপ্নি। গোপালবু কৌথোকই। গোপাল থুংলবা নুমিত্তা মমা লৈপাক্লেদি শিত্নুনা থাডেনকমদা লৈরম্মে। মমৈথংদা ইন্দু অমদি গোপাল অনীবু মবুং অমদি মচন নত্তে হায়বসি খঙনহল্লবা অমদি য়াহল্লবা মতুংদা মৈদিংঙুনা ইন্দুবু অপোকপা মচামক্তি হায়না গোপালদা লুহোংবিখি।

লুহোংবগী নুমিৎ অসিদ। পুন্নমক্তা মিত্তগী পিরাং শিন্নরি—
অহুক চাউবা সভাদো তারে, মিৎতৈ পি-হুবু,
ময়াম অহু উবদা মপু সনা মাইথোংবু—
মিৎস্না থম্বাল অনিদা লাইজ পি-না থুম্নক্লে
মুক্তা পরেং তৎপগুম পিগী মতুম কেল্লক্লে।[৬]

৬। শিডেঙন ইন্দু, অঙাংহল, লা : ৩২৬।

অন্না পোলোইগী পিরাং নত্তে, থুংনবা অমদি হুংঙাই-পোলোইগী ঈহৌরকপা পিরাংনি।

হুংশিবা উৎপা হুংশিবদা শাগৎপা, হুংশিবদা পোলোই ওইবা কাব্যনি। অশেংবা হুংশিবদি মায়পাক্লুনা লৈ—মায়থীবা মশক খঙদে হায়বা উৎপসিনা মহাকাব্যসিগী পম্বুংনি।

কবিগী কল্পনানা শেমগৎচবা ন্নারীনি। অপনবা অন্নাবা কয়াগী মতুংদা গোপাল অমদি ইন্দু অনীবু থুংনহনবনা কাব্য অসিগী ন্নারীগী ওইবা লমথুংনি।

ন্নারী-পরীং অসি মপুম ওইনা উৎনবা হোৎনরকপদা কবিনা শেম্মকইবা প্লোট অসি মচু তা-না ফজে হায়বাসদি শেংলবনি। থোদোক-ন্নাথোক পরাং অমা শেম্বগী মতাংদদি ন্নারী য়াওরা পা-নবা অমদি তা-নবা ইবা কাব্যনা উৎনবা অমদি য়েংনবা ইবা কাব্য, লীলানচিংবদগী থুদোং চাবা হেল্লি। অইবা মশা লোত্তুনা অম্নুম লৈরম্বদগী ময়াম মমাঙদা ফন চোংথোরক্লুনা সে-গা মাইগা হায়রবা য়াবনিনা লীলাগী প্লোটতা থেংনবা য়াবা থুদোংখীবা কয়াহু চাং য়ান্না হম্মনা খেংনবা মশানা তাবনি।

ময়াং লৈবাক কছারগী কোন্নুং ওইরিবা শিলচরগী মালু কোবা গ্রাম অমদগী কাব্যগী থোদোক-পরাংগী পো কাঙবা হৌই। মশাগী চহী তরারেৎ সুরকপদা থাদোক্লুনা চৎলুরবা মতুংদা চহা কুন্থা হেল্লকপগী অতুদা লাকপা যাত্রাবু অহানবা ওইনা শক্তাকলমই। পুল্সিগী ন্নারী তত্থায়দগী হৌই লোয়ননা মরুওইবা পাত্র অমা পুশিল্লকই। ফজবা অহৌবনি। হেক মতুং তাবদা হৌথিবা নীংশিংলকপা (ক্লাশ-বেক) পাম্বৈনা যাত্রাগী অহৌবা পুল্সিদগীনা মণিপুরদা লাকপ ফাওবগী থোদোক অমদি চাউরকপা মরম শম্না উৎলি। ন্নারী পরীংদা য়ান্না য়াঙনা চেম্বা পাউদম্নি। মতুংদা ইন্দু মাচন-মোপ্না মৈতৈ লৈবাক্তা পুরকপা,

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্তিনা লুনা চান্না তৌহনা লৌশিনবিবা উৎলি। বাৎশল্য রস (মচা-নুংশিবা) না মপুঙ ওইবা অহানবা পন্দুপনি।

অনীস্থবা পন্দুপকী অহৌবদা যাত্রাগী ইমুং-মনুং মশক তাকলকই। যাত্রাগী তালোয় লৈপাক্লে পুশিল্লকপদা কবিনা মনোবিজ্ঞানগী মুক্ষম অমা শেম্মকলিবসি হৈ-শিংবগী খুদমনি —

লৈরাং লৈয়াই ওইজবী শিঙেঙন মাবু-মানবীনি,
পিক-তক পুম্না ফজবী আগ্নি মানবী মহাক্নি ॥
মিৎমৈ নাকচি তাবদা হাইফেৎ-য়েংথোরকপদা,
ওস্থোক্লদি মানখরে মাগী মিৎক্ষম অতুদা,
লৈরাং মাগী মিৎতাদো কৈনা কোবী মুজাদো।[৭]

নুংশিবগী সেন্টিমেন্ট[৮] অমদা মুক্ষম ওইবা শীংখাবগী মওংনি। মতুংদা রারীগী থোরা ওইরিবা গোপাল অমদি ইন্দুগী অচম্বা মবী অমা উৎলকই। গোপালদা খাবনসনা খাজনবা থৌবাং তৌহনা রাবী মথা য়াম্না য়াঙনা চথে। হৈজিংপোৎ পুবা, হোঙনবা তৌবা মরক অসিদা শুকয়ামক য়াজনীংদবা গোপালনা উপায় লৈতহনা ময়া'লৈবাক কছারদা চেনখিবা উৎলি। মপুঙ ওইবা তেংবাংবা পাত্র ওইরিবা গোপালগী মরুপ লালা পুশিল্লকই। গোপাল ইন্দুগী বিদাইগী থৌদোক পনবা য়াই। মতাং অসিরাইদা কবিনা গোপাল-ইন্দু অনীগী নুংশিবা অসি শৃঙ্গারগী মওংনি হায়বসি ইঙ্গিৎ তৌববনি—ময়েক্তি শেংবা নত্তে। হায়ন-শীংনবগী রারম খঙবদা ইন্দুনা নুংঙাইতবা, ইন্দুগী মঙ, পুপ্রি লৈরাংদা ইন্দুনা নুরা মপাঙ লিরুবা গোপালনা চৎলমদাইদা খুদোপ পীরম্বা অমদি লৌখিবা অসিনচিংবা থৌদোক খরা অসিদা মচীন-মৌপ্রাগী নুংশিবা শৃঙ্গাররোমদা খবগী মথৈ লৈশিনবা হৌখরে।

৭। শিঙেঙল ইন্দু, লা : ৪৭।
৮। য়েং—সোসিয়েল সাইকোলোজী, মেক ডুগোল, মেথ্যুয়েন

অসিন্নাই ফাওবসি ম্নারীগী ঈচেল চপ চানা য়াঙলি। মতুংগী খোঙথাংদি তপ্লে; শৈথাবা শীংথাবা অমদি পাক শন্না য়েক্লিংবা মুংগী অমদি পানগী দৃশ্য কয়া য়েকপদা কাব্যগী ময়াই পোঙবা হোরে। গোপাল মাঙখরে হায়বা খঙনরকপা, কোমুংলোমদা অশাওবগী মৈ হোবা, মপা যাত্রানা শাউবা, থাবনসনাবু অমদা লুহোঙথিবা, অমরোমদনা ইন্দুবু নোবোদা লুহোঙনবা শীল্লকপা অমদি ইন্দুনা ম্নাবা পুম্নমক অসি য়েকললকই। অসিন্নাইদা অনীগী শৃঙ্গার ময়েক লারে। লুহোং খোঙদোংখিদোরে হায়বা পাউ তাবদা মালুগ্রামদা গোপালনা মথন্নতা ত্তেংথাজবগী পরেংশিংদা অনীগী মুংশি মরী উৎলরে। অনীগী মুংশিনবা অহানবা উন্নবদগী হোরন্তুনা লেপ্পা লৈতনা চথরক্লিবনি হায়বা ময়েক শেংনা উৎলরবনি—

ঐবু পোকপা পম্থোনা লৈরাং মাবু পুরক-তৈ,
ঐগী মাঙ্গোন য়ৌবদা হৃদান হানবা উরক-তৈ,
লৈরাং মাগী মচুনা থমোই লন্না চুরমই,
নূরা মিৎমৈ উরিনা থমোহ পামেন য়েৎলমই।
মথং—হৌমিন কামিন্নৈ মুমিৎ পুংজা নাইরক্তে,
তোরোৎ খদা-নরকই, থান-কোবা লৈরক্তে।
অপাম পুংশি লৈরানা শিঙেঙন মরী চৎলকই
নাক্ত হোবা পামেন্দা মুংশি মরী কারকই।[১]

মবুং-মৌপা মুংশিবদগী মুপী-মুপা মুংশিনবরোমদা যাম্না রানা পুশিল্লকই। অচম্বা মুংশিবদগী ওনশিল্লকপা অসিদা মীগী অমদি সমাজগী লীচৎ নীংথিনা হকথেংনরিবা কবিনা খজিক চিংনথি। কাব্যগী অরোইবা মতাং ফাওবদা চিংনবা অসি লৈথি। কবিনা দরবার ফমন্তুনা খন্ন-নৈনন্তুনা অচুম-চুমদগী মরৈ কয়ামুক লাম্থোকথি। মমৈদা অনীগী মুংশিবা দোষ নত্তে অনী লোন-লৈনবা য়াই হায়না কবিনা লায়থায় তাহল্লি—

---

১। —'ইন্দু', লাঃ ১১১

বিধি মানা শেম্বদা লৈরাং লৈপুল ওইবনা,
য়ানরকই মমৈদা লৈবাক মীয়াম পুম্বনা ;—
'য়োকপনা ঙাক চৎনদে, হৌনবগী মখক্তা,
পিনরক্তে ইন্দুবু যাত্রা মাগী মথুৎতা,
পিব-য়াবা মীনদি,—থোইনা বেরা লৈরোইদা,
কাইবা লৈত্রে' হায়দুনা ভানরকই মমৈদা ।।[১০]

মতুংদা শৃঙ্গার ভারবদগীদি, শৃঙ্গারগী চাউরবা মাম্নগৈ অমা পুরিবা কায়নবা হায়বসিগী বর্ণন কবিনা লৈজবী থাদুনা ভৌরকই। কায়নবগী অম্নাবদা অম্নাবা মনম মনম হাপচিম্নবা শীল্লকই। নোংবোগা লুহোংবগী অরোইবা রাকম পুশিল্লকই। গোপালগী মমানা অঙাং অনীগী মুংশি মরী ময়েক শেংনা খঙলকই। অশাউবনা লুত্তোন কারকই। মতাং থরদা মমা লৈপাক্লেনা তুকৎচরবী ইন্দুগী মাঙনবা থরা শীল্লকই। গোপালসনা কৌবা নিংথৌগী ময়াম্বগী মচা অমনা ইন্দুবু কন্না মিত্তারকই। চঙজকম ওইরিবা কোমুংগী লৈমশিংনা গোপালসনাগী মীচঙদা লৈরকই। ইন্দুগী অম্নাবদা অম্নাবা মথং মথং হাপকৎলকই। ইন্দুবু কাং শাম্নরুবা হল্লকপদা নমদুনা কানবা গোপালসনাগী কাঙবুনা শেমশারকই। মরক অসিদা গোপালগী মমা লৈপাক্লেনা মচাগী চাম্নরবা মরুপ লালা অমদি ইন্দুগী মরীদা চিংননা য়েংলকই। মাদনা চিংনরিঙৈ থরা সাফরম্মী, মতুংদা লালানা মরুপকীদমক্তা ইন্দুবু কন্নবা অহাং অমা লোৎতুনা থম্মুবদগীদি লৈবাক মীয়াম্না ইন্দুদি লালাদা চেনখরে হায়দুনা চপ চানা থাজরে।

অচুম্বা লোৎপা য়াদবগী মওংদা লালা অমদি ইন্দুগী মরা ময়াম্না খঙনরকই লোয়ননা গোপাল অমদি ইন্দুগী মরী পুম্নমক্না খঙনরকই। মীনা কানা-কানী থরা ভাংনজরম্মবসু থেম্নবদগী মপা যাত্রা অমদি লৈবাকী মপু মৈদিংঙু ঈংথরকই অদুগা ইন্দুগী মীচঙদা লৈরকই। মতাং

১০। '—ইন্দু'; লাঃ ৩০২

অসিমক্তি য়াম্না লুবা ৱারীগী মতাং অমনি। কবিগী থৃংলাম্নোক্না থৱা থুমনবা ওইনা থোকই। প্রবন্ধ কাব্যগীদা ফংবা থুদোংচাবা কবিনা মতাং চানা লৌবনি কায়দে। মরক অসিদা অপাম্বা অমদি মিকা-নবদগী শাউগ্রবা নোবোগা গোপালসনাগা অনী অশাউবা অমদি থুজীন থৌরাং ময়ামদি মওং চুম্না মতা অমা চানা লোইশিল্লমদরে। কবিনা কোমগোম থজিক থারুবনা পাত্র অনৌসিমা নাম্নোকখ্রে। অমুকশু অমুক পাত্র শেম্নবগী মতাংদা মরুওইবী পাত্র ইন্দুগী মৌপ্‌্বা মুপা অসিমা চপচাবা অকক্নবা মমিং অমফাওবা থোনবিরমখ্রে। ৱারীদা তঙাইফদনা চঙদবা য়াত্রবা পাত্র অমমক ওইত্রবশু মচেমগী পুম্বুম তারবা শক্তম অমা শেমগৎপদদি মাশু ফনা মকাম্নরি। পীক্ত পীক্লিঙৈদা মালুগ্রামদা. লমজা মচেমলোমদা পুম্নমক্কী মিহুংশি চিংশিনখিবহু মৌপ্‌্বা অসননি। মতুংদা অমুক মচেমহু লালাদা চেনখরে হায়দনা অৱানবা ৱাখলনা মাঙওইনহুনা শাউগ্রবা যাত্রাবু ইচম চম্বা ৱাহৈ থৱনা ইপৌ পৌনা থেমজখিবনি। লোয়ননা মচেমগী লুহোঙবগী বর বার্তোন মানা চৎপনি অমদি মচেম লুহোংবদা—

> লাইবক চাওবী ইন্দুগী মৌপ্‌্বাহু থোরক্লে,
> পুরিত-তুগী মাংওইনা মাওব-ম্নাইদা ফমখরে।
> বেদ পথাপ ইন্দুনা সংকল্পদি তৌখরে,
> পুরোন পেরোন কৌহুনা হুগী শাখা তৌরক্লে।[১১]

মকাম্নজরিবা মৌপ্‌্বানি; মফম চাউরপ পীবিরম্বা ফবনি।

অৱোইবা পন্দুপতা ৱারী অমদি থৌদোক পরীং য়াঙনা থোকই অমদি কুণ্ডই। মালুগ্রামদা গোপালনা মৈত্রবাক থোরক্লো হায়বগী চিঠী ফংই। সোমদা লৈপাক্লেনা মচা অমদি মমৌ ওইগদবীবু মুংশিরকই। মচা-মমৌগী ৱাখলদগী অনা লোয়নরকই। মমৈদা মচা গোপালনা থুংলবা মতমহুদা লৈপাক্লে শিহল্লি। অচুম-অৱানগী মিংয়েংদা মনা

১১। '—ইন্দু': লা: ৩২২

নত্রগা দথি পীবা মতাংগী থোদোক্লি। কবিগী হৈশিংবা ময়েক লা-না উবা ফংই। লৈপাক্লে লৈত্রবা মতুংদগীদি ইন্দুদা ইমুংগী থবক-ইথাং পুম্নমক তাহোরে। মসিদগী অপনবা মচা-মচা থরা পোলোইগী খোঙথাংদা লোইশল্লগা থৈদিংঙুনা মচাদ মচা শক্লা চাম-চামনা থুজীং ওইনা অওং-অউন তমহ্না গোপালদা লুহোংবা ফাওবগী খোদোক শেম্মী। মঙ্গল আশীর্বাদকা লোয়ননা মহাকাব্য লোইশিল্লি—

"মঙ্গল ওইয়ু ইবেম্মা! নুরা মপোক অসিদা
ম্নারক্লবী নহাক্লি লোইদাম অস্নুক কুইনবু,
চানবিসন্থু নহাকপু হল্লি কৌবা মানবু॥"[১২]

## প্রকৃতিগী শক্তম

মহাকাব্যদা মহৌশাগী পোৎলম অসি চঙদবা থাদ্রবা মচল ওইনা লৈবনি। মাওইবগী পুস্নিগ মহৌশাগী তৎন-থানবা লৈত্রবা মরী অমা লৈবননি। নিয়মগী ম্না ঙাকস্ন নত্তে অত্তাবাগী ম্নানি। অশেংবা পুস্নিদদি মীওইবা অসি মতম পুম্নমক্তা মফম পুম্নমক্তা প্রকৃতিগী মথা পোন্না লৈ। জাব অসিমক প্রকৃতিদগী পোকপনি, হোবদগী ওসি ফাওবদা লৈরক্লিয়া ওল্লক্লিবা অনোবা লৈরক্লিবা পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী কায়াৎশিংদগীনি। ডার্বিনগী ম্নাখল্লোন অমদি মাগী ম্নাখলগী লায়থায়[১৩] গী যুম্ফম প্রকৃতিনি। কবি জয়দেবগী দশ অবতার ফাওবা প্রকৃতিগী খোঙথাংদা শাগৎখিবা ওইবা য়াই হায়না খাজবা য়াই। বৈজ্ঞানিকনা হুমহ্নুনা মাহ্নুনা খিরবা অমদি ফংলিবা আসিসু প্রকৃতিগী অরোন-অথুপ ঙাক্তনি। কাব্যদদি ম্নাফম অসি থৈরপ থোকই। শীংথাবদা থেংনারবসি মীওইবনা প্রকৃতিদা তাংবা নত্তে, মীগী লাচত্তা

১২। '—ইন্দু' লাঃ ৩২৬

১৩। য়েং-ঙি ওরিজিন ওফ স্পেসিজ বাই মিন্স ওফ নেচরেল সেলেকশন, চার্লস রোবর্ট ডারবিন। ('ইবোলুৎশনীজম')

প্রকৃতিনা তাংবনি। মহৌশা অসি মীওইবগী মথা পোন্না লৈ। মীৎয়েং অমদি ফোঙদোকপদা থন্না থৈনবগী হ্নাদনি। ফলদি চপ অহুম মান্নে। কবিগী থুৎশেমনা অমা ওইথিবননি।

কবি অঙাংহলগী প্রকৃতি শীংথাবগী মওংদা শক্তম অনীথক উবা ফংই—চুম্না ফজবা উৎপা অমা, অমনা মীদ মী ওইনা য়েকপা অমা। '—ইন্দু' দা মতাং মতাংগী ওইনা চন্না ফজবা উৎপগী ওইনা শীংথাবগী মওংদি পঙয়াম য়ামদে; মসিদা ফাওবা মীওইবগী হুংগী ফীবমগী মওং উৎপগী চাং য়াম্না ন্নাওরি; য়াম্না থোক্লিবদি মী ওইনা শীংথাবগী মওং অসিনি। প্রকৃতিগী নীংথিববু থন্নায় তা-না পামজবা কবিনি। কাব্যগী ইহান হেক হান্না হৌবা পরেংশিংদা প্রকৃতিগী ফজববু চুম্না শীংথারকই—

ইন্দ্রম থাদি মমৈনি তাইবং পানবা পুম্বনা
মতু মমান খিংলকপা লমতা থাজ কোবনা
নিন্দুং হুন্নি কোনবদি পুক্লিং হুবা অহিংনি,
থাজ মাগী মঙান্না লুপা মচু মানবনি।[১৪]

শৈরেং মচা-মচাদা চুম্নগী ফজবা শীংথাবনা শীংথাবগী লমথুং ওইবা শক্তম নত্তে অঙাংহলগী বর্নন, মসিদগী হেজিল্লকুনা, অয়াম্বা মতাংদা হৌজিক হৌজিক য়েক্লিবা নত্রগা য়েকলক্কদবা পাত্রগী হুংগী ফীবমগী মমি চপ চানা তাহন্নবা লাক্ররকই। চহী তরাহুমদোই হেন্না মরমদম থাদোকলুরবা যাত্রানা মশাগী পোক্লফম লমদমদা লাকপা মতমদা লোয়ননা অঙাং ওইরিভৈদগী য়া-ওনমিন্নরকপা পোৎলম অমদি মীওইশিং থেং-নরকপা অমদি উন্নরকপা মতাংদা কয়াগী মতিক তয়াং-তশোইনা তথক-তথকচথিবা! তথকপা হুংগী ফীবম অসি মান্ননা তথকপা মহৌশাগী মচল শীংথাবদা মচেক্তদা ওইববম্ন উৎলকই—

ঙৌরোক ঙৌবা চাংজ্রোনা য়েৎক ওইগা চপ্তুনা,
লংনা থক-থক নিক্তুনা ইচেন য়াইদি থংহুনা,

১৪। '—ইন্দু'; লাঃ ১

মথা পাংনা চেম্বরি বোরাক তুরেল ইচেম্না
তারি মাগী তোর্ব্বান্দা মালু কোবা গ্রাম-ছুনা।
তুরেল ইথকশিংছুনা ফাগে ফাগে তাম্নরি,
থব্রান-মিচাক শিংছুনা ইথক-শিংবু-লংনরি।[১৫]

পেনা শৈশক-শৈদাদা থব্রায় য়াওজবা কবিনি। পেনা শৈশক-পশিংনা হৈরাং অমত্তং লৈরাং অমত্তং মতাং চানা খেংনরকপদা মকম মতম অমদি ব্রারী পরীংগী ব্রাখন খজিক ওয়ওয়নরগা প্রমান-পাম্বে কয়াগী ঈথক-ইপোমগা লোয়ননা ফজবা শীংথারকই। থাগে হায়না হেক থারক্লবদি মিকুপলোমদা নত্তে, পুঙজারোমদা নত্তে হুমিং শীংবুম-লোমদা লৌরকপা মতমনি। মৈত্রাবাক্তী লৈরোন শৈদানা লেঙত্রবা খুদমনি। খুদো'চাবা অসি অঙাংহল লৌদনা তোক্তে; মতমগী ব্রাখনদি কাব্যগী লমনিনা কবি খন্দনদি তোকখিদে। 'লাইশঙ ময়া সনারৈ' হায়দনা লমদম অসিদা ফাওরিবা লৈরাংবু অচম্বা ফজবা থাবগী মীংয়েংদা নয়া মায়পুনছুনা থারকই—

মাইকৈ ঙানবা লৈরাংনি লৈকোন হুংদা হৌবদা,
লৈরাং মানা শাৎপনা ইংবা—মেরা থাছুদা
হরি মন্দির ঙান্নরৈ পোইরৈ শৈশক পন্নরৈ
সনা কোলোই লৈভেংবী সনা মচু মানবা লৈ,
লৈরাং চিহলাও থিদবী পোইরৈ থুংনা শাৎনরৈ,
শুমাং কাদা হৌরগা লৈরাং খেলোং ঙান্নরৈ।[১৬]

শীংথারিবমখে পেন্দবা, ব্রারীগী ফরিগী ব্রাখলনা হেক থামত্রিবা মখে লেপ্তবা কবিগী কলমনি; অপুনবা লৌচৎকী মশক্তি। ব্রাফম অসি কবিম্নু কবি ওইবত নত্তনা অপাবা অত্তাবা ভাবোকম্নু ওইরিবনিনা খঙই; পেন্দবা ফোঙদোকপদা অঙাংহল পেঞ্জখি—

১৫। '—ইন্দু'; লাঃ ১—২
১৬। শিল্ভেল ইন্দু, লাঃ ৮৯

ফৈরাং ফৈনা অমগী শিঙেঙল গুণবু থাবদা,
কবি পুক্নিং পেম্পেদো কোয়ৌ শিংবুম কয়াদা।
ফৈরিক অমা য়েকপদা লাইরিক অমা থোকপনি
ফৈরাং অমুক য়াম্বগী মগুণ করম য়েকনি।[১৭]

অম্মুয়া চয়া কুজবা শীংথাবদা কবি পেনবা নাইথিদে। কবিনা যুম-ইথোল নীংথিনা শীংথাই। (লাঃ ৫০—৫৫) মতম-মতম অমদি মতাং-মতাংগী ওইনা তেল্লপ তেল্লপ অমদি করিগুম্বা মতাংদা থরা শাংলপ শীংথারকই—নিংথমথা (লাঃ ৫৯), বসন্ত (লাঃ ৬৩), নোংজু পাম্বা (লাঃ ১২৭), মেরা থা (লাঃ ১৫৮) অসিনচিংবা মহৌশাগী পোৎ-লম কয়া। অসিদসু নত্তনা, চীং, তুরেল, লৌবুক-লমহাং, মৈত্রবাক্তী হরাও-কুম্মে কয়া অমা অমদি কছারগী নাক-য়েৎ কয়াসু নীংথিনা শীংথারি। কুজবা ভাক্নি।

অত্তোপ্পা মহৌশাবু শীংথারিবা মওং অমনা প্রকৃতিদা ভাইবং লৌচৎ হাপচিনবা অসিনি। মীবু য়েংগনবা, উগনবা উশিনগনবা কবিনি। কল্পনা নৌনা-নৌনা অমদি য়াংনা-য়াংনা তৌগনবা কবিনি। হায়নবা ফৈ 'সুমীৎকী মঙালনা চঙবা ঙমদবা মফম অহুদা কবিগী কল্পনাদি চঙই'। হায়রিবা কল্পনা অসিবুনি ক্রোচে (Benedetto Croce) না সাহিত্যনচিংবা কলাশিংগী লমদা য়াম্মক মরুওইবা গুণ অমনি হায়না লৌরিবা। ক্রোচেগী মতপু শম্দোক্পা ভাকপগা লোয়ননা য়িলডন কার (Willdon Carr) নসু নীংথিবা কুজববু শক্তাক শকথঙ-হল্লিবা শক্তিসি অতৈ করিসু নত্তে কল্পনা অসিনি হায়না চাউথোক্পা হায়রিবনি।[১৮] হায়রিবা কল্পনা অসিগী শক্তিনা কবি অঙাংহলনা

১৭। লাইরিক অসি, লাঃ ৩১৭-৮

১৮। The aesthetic activity—the activity which gives us the artistic aspect of reality, which presents reality to us as a single, immediate, individual thing, free as yet from every logical or conceptual element—is a faculty of imagination.—The Philosophy of Benedetto Croce—Willdon Carr, লাঃ ৫৪।

প্রকৃতিবু ঈ-তোংশানা শারবা মরোল থোকপা পাত্রগুম য়েকলকই। ঋারী লীথবদা, পাত্র মশক তাকপদা মতেং ওইনবা, কবিনা থরায় য়াওনা পামজবা কোঙদোকপগী মওংনি। (মওং অসি অঙাংহলগী অতৈ সাহিত্যগী মচলদস্ু—খর থোইবী শৈরেং, থম্বাল, নচিংবা শ্রব্য কাব্যশিংদসু চপ চানা শীজিন্নে।) মী য়েকপদা হৈ-শিংবগুম মীওই-হল্লবা মহৌশাগী পোৎলম লাম্থোকপদসু কবি চেকশিন্না হৈ-শিংই।

কাব্যগী অহৌবা মতাংদা যাত্রানা চহী তরাহুমদোইমুক্কী মতুংদা লানুগ্রামদা লাকপদা পোৎলম মথং মথং উরকই। থোংনাং অহুনা, কবিগী কল্পনাদা, কৈনাগী মতা অমগী শক্তম লৌতুনা কৌরকই—

মমাই নোংচুপ ওনবদা থোংনাং অমা হৌরমই,
থোংনাংতুনা কৌরক্লে যাত্রা চিংনা য়েংতুনা।

* * *

"মাঞ্জ যাত্রা কৌববু লাকইবরা ইবুংঙো
থংলেন শকপু উদবা কুইরুরেদা ইথংঙো।"[১১]

মতুংদা থোংনাং অসিদা মীদ মীগুম হৌব্রবা,ময়েক শেংলবা, ঋারী অমা ক্লাশ বেককী মওংদা লীথরকই। ফজবা মওংনি থোংনাংনি হায়বা, মরক্তা, নীংশিংদবা য়াবা মওংদা কবিনা শৈথারকই। মতাং অসিদা থনবা য়াবা ব্রাফম অমদি উজাউ ওইবা থোংনাংগা নুজা অমগা শকমান্নবা য়েকলকপসিনি। য়াদে চুমদে হায়বদি, সাহিত্যনিনা লৈতে। অহুবু উজাউনা ইতা ওইবসিদি নুপানা নুপী শাবা মান্নকই। হেন্না মওং তা-না থম্মোয়দা তিং হেক পান্না থোক্লিবদি, ইন্দুনা মতম পুন্নমক্কী ওইনা মৈত্রবাক পাংলকপা মতাংদা মতা কায়ন-মৈশাগী নুংশিৎনা হুমলকপদা তথকচরবী 'লৈরাং যাতি পাম্বীনা' শিঙেঙল ইন্দুদা কৌরগা হায়রকসিনি—

১১। '—ইন্দু'; লাঃ ৫-৬

"শিঙেঙল ইন্দু ইতারোই। চান্ন থোইবী! কমদৌনি!
নত্তা লৈরাং পাংদবী—হুজা কনা ঙাকপিগনি!
উরি ওইনা হৌতুনা পামেল'মদা য়েৎঙমদে
পাম্বী ওইনা য়ুংহুনা লৈরাং লেপ্পা ঙমজদে
পুকচেন চাওবা কনাদা থেংজ-ঙাজ লেনবনি,
নূরা নংনা য়োকপগী লৈরাং ঐনা হিংবনি।[২০]

কায়নরমদাইগী মতমদা লুনা চান্ন তিন্নঙ্গবী হুপীমচা অমগী নীংঙমদবা তথকপা থমোয অমা লৈবাং যাত্তি পান্বীদা কবিনা হাপ্পি। নীংথিজরবা কবি-কল্পনানি। অস্তুম তৌনা, থুংঙাইজদবদগী মশাবু চেকশিল্লুবা তৌদনা থোকলকপা ইন্দুগী ফীনা কোম্বোংদা পল্লি অমুক থিম্দোকপা চৎপা মীয়াম্না চিন্না ইন্নতুনা চৎপদগী থোঙ্গাল অতু তেকহৌই। থোঙ্গাল অসিদা কবিনা ইন্দু মচান মোপ্নাবু ঙাক শেনজরম্বা অতুগা লমজা অনীবু ফাজ্জা পান্নতনা খাম্নগে লাক্লুজকুঙা তৌজিক্কা তঙাইফদবদগী হম্দোকপিবম্মদা, ময়াম্নদ মন্না লৌবিদবা মীরাম্নবিববা অহল অমগী হিকথত্তুনা জানবা থমোয অমা লাংথিনা হাপ্পি।[২১] হিংত্রবা থরাই থোংগানদা ফাওবা কবিনা থন্নায় হাপ্পি। হাপ্পা ঙম্রি। কবিগী থমোয়না নাপী-শিংবীদা (লাঃ ৩৬) মপা-মমা অহল-লমন ওইবগী মচা হুংশিবা হাপ্পি। লৈরাংশিংদা (লাঃ ৭৩-৭৪) হুপীজ্জা থমোয়গী থুপ্পবা কাচিন কয়া উৎলি। লৈরাংশিংনা পাঙ্গন থোকপা ঙমজদবী মত্তাশিং (ইন্দুগী) ওইহনবা মতমদা থোইমু শাগল কনবশিংবুনা ইন্দুগী ফীবম খঙলুবা অতুগা লৈরাংশিংগী নাক্তা লাক্লগা পাউ অমুক তম্নবা য়াবা মিহুংশি খঙবা নীংথিবা নাগরিক অমা ওইহল্লকই। থোইমুগা লৈরাংগগী হুংশি মরীদি প্রকৃতিদা আ-মৈহৌরোম্দগীনি। মরী অসি কায়হন্দনা থম্নগা লৈরাং অমদা মত্তা অমগী থমোয় হাপ্পগা লৈরাং মাগী মথংলেন ওইরিবা

২০। শিঙেঙন ইন্দু, লাঃ ৩০
২১। লাইরিকসিগী লাঃ ৩৯-৪০ দা

খোইমুদা মতা ইন্দুগী পাউ লৌবিরুহুনা সুংশিবগী ঈপাক্তা মাইওন অমত্তদা হোম্বমিন্নরিবা মরুপকী অন্না-সুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নবা লাক্লবদা মিসুংশিগা লোয়নননা তেংবাংবিনবা হায়জরুই—মশাগী ম্না খজিক কাউথোক্লুনা—

খোইমু শাগল কনবনি মাঙ হুক্সু থেংদরি,
খর লেংসিনবিরম্মু খাইম্নু ভম্না লৈনরি।
লৈরাং ইমাই ওইজগে নুরা মাগী কাহুদা,
অমুক মাগী মপাউদো ভম্বিরম্মু ঐঙোম্দা।[২২]

মান্নবা মশেল চান্নজে। ভম্বা তারগা সুংঙাইবগী চাংনা হেনগৎলি অন্নাবগীনা হন্থে। মরুপকীদমক্তা মরুপকী মকমদা মিসুংশি ইপোম্নরি। হৌনশা অসি অঙাংহলনা মহোশাদা য়েক্লি; চথোম্না য়েক্লি।

লমজা ইন্দুগী মমা শক্লবী, গোপালগী মমা অপোকপী, লৈপাক্লেনা মরুওইনা মচাগী মৈচাক্তগী শিন্নবা মতাংদা ইন্দুম্নু চপ চানা মৈশা লাংই; হাইহল্লুনা তাই শিগেমক তৌনা মশাহু কেম্মী। মমা শকপীগী মতুং ইন্দুনা শিনীংবগী ম্নাখল ফাওবা তৌই। অহুবু শিবমক্তি শিদে। মতাং অসি শৈথাবদা কবিনা 'লৈরাই য়াহিপ্পী' হঙোই অমা পুশিল্লকই। হিন্দু সংস্কৃতিদা খাজনবীনি—হঙোইনা বৈতরণী লাম্লি। অশি লম্বেল চৎপদা মমাদি বৈতরণী লানখরে। মাদি লানবা ভমদরে। তেংবাং-বিনবা কনাম্নু লৈতরে। কোয়না য়েংবদা 'লৈকু তেংথা হৈজবী' হঙোই উরে। মতাদা হম্না হম্না কৌজে হায়জে। হঙোই খুমদে তাশিন্নদে য়াম্না ম্নারোনা লৈরম্মী। লানবীম্নু য়াদে। মরম হংলুবদা হঙোইনা পারৌ-পুকলোনা খুম্মকই—

"অহুঙৈ নহাক্না পম্বৌ মাংগোন অহুদা,
নুরা মোলাং য়াইদথোং নংনা মথোন কাঙৈদা,

২২। শিঙেল ইন্দু; লাঃ ৭৯-৮০

পিণ্ড্রাই সমুক মাংদ-থা, চরৈ খোইবু কোনশৈদা,
থম্বাল ওইনা শাৎপগী খোইমুশিংনা তোংশৈদা,
পম্বো মুমাং চিথেক্তা নত্তা হণোই খাংসিদা
তাংজ লীল্লা অহুনা হণোই ঐবু লাকশৈদা
নুরা নংবু কৌবদা থম্বান ওইবী তাথিদে,
থম্বান, ময়াই কাবনা ঐবু হল্লা য়েংথিদে।
নংবু ঐনা হৌজিক্তা বৈতরণী লাম্লিংদে,
তুগী মুংঙাইখিদেদো নত্তা ঐনা য়ানিংদে" ।[২৩]

শিজগে হায়বম্মু য়াদে হায়বসিদনি উৎলিবা। মসিদা য়ায়োগনবী, খোয়খা-লিনখা থাগনবী, লোয়ননা নমন খুমগনবী চন্থু অমগী লীচৎ ময়েক শেংনা উৎলি। মীগী লীচৎ মমুদ তানা থিজিন খণজিল্লুরগা মহৌশাগী পোৎলমদা পানশিন্দুনা য়েংবা কবিগী মীৎয়েংনি।

কবি অঙাংহলগী প্রকৃতি বর্ণন অসিনা কাব্য অমদদি থল্লায় অমদি হকচাংনি হায়না লৌনরিবা (নোংপোক্লোমগী সাহিত্য নৈনবশিংনা) রস অমদি য়াহৈ হায়বদি অলঙ্কারনচিংবা অসিবু ফোঙদোকপদা তঙাইফদবা মতেং ওইনরি। মীগী লীচৎ পাবা নত্রগা তাবদা ফংলিবা রসকী মুংঙাইবা অহুমক প্রকৃতি বর্ণনদা চপ চানা ফংলি। কবিগী হৈশিংবনি। মহাকাব্য অসিগী মপুঙ ওইবা রস অনীনি—শৃঙ্গার অমদি বাৎশল্য। (কনাগুম্বা নৈনবশিংনা বাৎশল্য অসি শৃঙ্গারগী মহুংদা থম্মু য়াওই।) মুংশি-মুংঙোন (শৃঙ্গার) গী শক্তম অনী—কায়নবা অমদি উপ্নবা নত্রগা থুংনবা ময়েক লানা শীংথারি। বাৎশল্যদা মমামপা অমদি মচাগী মুংশিবা, মচৌন-মৌপ্‌া মুংশিনবা মচা থায়ন থায়না উবা ফংলি। মুংশিবগী মতাংদা অমুকম্মু মরুপ মশেন মুংশিনবা, মরৈবাক-মজাতি মুংশিবা, লৈবাক প্রজাবু মুংশিবা, মশাগী সংস্কৃতিগী

২৩। '—ইম্মু': লা: ২৭৩

মচলশিংবু লুনা-চান্না তৌজবা অমদি মতুগীদমক্তা চাউংখোকচবা পূন্নমকসিমু মহাকাব্য অসিদা থেংনরি। পূন্নমক অসি অপাননা, নত্রগমু করিগুম্বা মতাংদা নাকোয়ননা শমূপ শমূপ প্রকৃতি শীংখাবদা শোয়দনা থেংনরি।

ইন্দুগী সুংশি-সুংঙোম্দা মরুওইবা শক্তম অমা ওইরিবা কায়নবগী লময়োবী থাক শীংখারকপদা কবিনা প্রকৃতিগী মতেং লৌই—

যাঙ্জি কৌবী লৈবাংনা বুন্দা দেবী মখোংদা,
লাংবন গুংশা মৈরক্তা মালেম লৈমায় থক্তুদা
যাংতি মানা কেনবগুম শিঙেংন ইন্দু কেহ্লোরে,
তিনখ্রোক যাংদৌ চোংবগুম মালেম থক্তা তুহোরে।[২৪]

খুদমদা, প্রমাণদা নত্রগা চাংদম্নবদা প্রকৃতিবু পুশিল্লক্তুনা শীংখাবনি। লময়োবী থাক অসিগী দৃশ্য উৎপদমু মহোশাগী ওইনা সুংশি খোঙ-দামিন্নরিবা লৈরাং অমদি খোইমুগী তাইবং লৈচত্তা মুক্তম ওইহল্লি; মা মশা পাইরকপদা কৌদে, তরাম তরাম তৌদে হায়না ওইনরক্লবা মতাংদা লৈরাংনা পাউদম্মকই—

মুক্তা কৌদে হায়নুনা খোইমু রারোবিগনু!
লৈরাং মাগী খনবদা থমোই মৈগুম শাখরে,
ইন্দু কৌবী ইতাদো, লাগুম লৈগুম কাখরে।
'খোইগী ইখোং অসিদা তুথি জ্ঞানবু মাংহুনা,
পলেম পম্মৌ অনিনা পুথি মাবু পোহুনা।
মাগীদমক খনবদা থংলেন!—করি হায়গনি,
মাঙ উরম্নবদি থংলেন কপথরগনি![২৫]

অসিগীমু মথক্তা, অমুক্তা, কায়না মৈশা লাংলবী ইন্দুগী লায়না লাইওং খঙনত্রবা মতাংদা ইহান হান্না, নুবা মাগী থমোয়দা কনাগুম্বা মপা ওইগদবা মাঙ অমা লৈবে হায়বসি খোইমুশিংদা পাউদম্বদগী খঙনবনি।

২৪। শিঙেঙল ইন্দু; লাঃ ৭৭
২৫। মথক্তৌসি; লাঃ ৭৯

প্রকৃতিনা তাংবনি। মহৌশা অসি মীওইবগী মথা পোন্না লৈ। মীৎয়েং অমদি কোঙদোকপদা থরা থৈনবগী মাদনি। ফলদি চপ অচুম মামৈ। কবিগী খুৎশেমনা অমা ওইখিবননি।

কবি অঙাংহলগী প্রকৃতি শীংথাবগী মওংদা শক্তম অনীথক উবা ফংই—চুম্না ফজবা উৎপা অমা, অমনা মীদ মী ওইনা য়েকপা অমা। '—ইন্দু' দা মতাং মতাংগী ওইনা চম্না ফজবা উৎপগী ওইনা শীংথাবগী মওংদি পঙয়াম য়ামদে; মসিদা ফাওবা মীওইবগী সুংগী ফীবমগী মওং উৎপগী চাং য়াম্না য়াওরি; য়াম্না খোক্লিবদি মী ওইনা শীংথাবগী মওং অসিনি। প্রকৃতিগী নীংখিববু থম্বায় তা-না পামজবা কবিনি। কাব্যগী ইহান হেক হাম্না হৌবা পরেংশিংদা প্রকৃতিগী ফজববু চুম্না শীংথারকই—

ইস্থম থাদি মমৈনি তাইবং পানবা পূম্বনা
মচু মমান খিংলকপা লমতা থাজ কোবনা
নিন্দুং হুম্নি কোনবদি পুক্লিং হবা অহিংনি,
থাজ মাগী মঙাম্না লুপা মচু মানবনি।[১৪]

শৈরেং মচা-মচাদা চুম্নগী ফজবা শীংথাবনা শীংথাবগী লমথুং ওইবা শক্তম নত্তে অঙাংহলগী বর্নন, মসিদগী হেজিল্লক্নুনা, অয়াম্বা মতাংদা হৌজিক হৌজিক য়েক্লিবা নত্রগা য়েকলকদবা পাত্রগী সুংগী ফীবমগী মখি চপ চানা তাহম্নবা লাক্লরকই। চহী তয়াহুমদোই হেম্না মরমদম থাদোকলুরবা যাত্রানা মশাগী পোল্লকম লমদমদা লাকপা মতমদা লোয়ননা অঙাং ওইরিবৈদগী য়া-ওনমিন্নরকপা পোৎলম অমদি মীওইশিং থেং-নরকপা অমদি উন্নরকপা মতাংদা কয়াগী মতিক তয়াং-তশোইনা তথক-তথকচখিবা! তথকপা সুংগী ফীবম অসি মান্ননা তথকপা মহৌশাগী মচল শীংথাবদা মচেক্তদা ওইরবন্নু উৎলকই—

ঙোরোক ঙোবা চাংজোনা য়েৎক ওইগা চপ্তুনা,
লংনা থক-থক নিক্তুনা ইচেন য়াইদি থংহুনা,

১৪। '—ইন্দু'; লাঃ ১

মথা পাংনা চেম্বরি বোরাক তুরেল ইচেম্না
ভারি মাগী তোর্ববান্দা মালু কৌবা গ্রাম-হুনা।
তুরেল ইথকশিংহুনা ফাগে ফাগে তাম্নরি,
থব্বান-মিচাক শিংহুনা ইথক-শিংবু-লংনরি।[১৫]

পেনা শৈশক-শৈদাদা থব্বায় য়াওজবা কবিনি। পেনা শৈশক-পশিংনা হৈরাং অমত্তং লৈরাং অমত্তং মতাং চানা খেংনরকপদা মক্ষম মতম অমদি ব্রারী পরীংগী রাখন থজিক ওয়ওয়নরগা প্রমান-পাম্বে কয়াগী ঈথক-ইপোমগা লোয়ননা ফজবা শীংথারকই। থাগে হায়না হেক থারক্লবদি মিকুপলোমদা নত্তে, পুঙজারোমদা নত্তে হুমিৎ শীংবুম-লোমদা লৌরকপা মতমনি। মৈত্রাবাক্তী লৈরোন শৈদানা লেঙত্রবা খুদমনি। খুদোংচাবা অসি অঙাংহল লৌদনা তোক্তে; মতমগী ব্রাথনদি কাব্যগী লমনিনা কবি খন্দনদি তোকখিদে। 'লাইশঙ ময়া সনারৈ' হায়দনা লমদম অসিদা ফাওরিবা লৈরাংবু অচম্বা ফজবা থাবগী মীৎয়েংদা নম্না মায়পুনহুনা থারকই—

মাইকৈ ঙানবা লৈরাংনি লৈকোন নুংদা হৌবদা,
লৈরাং মানা শাৎপনা ইংবা—যেরা থাহুদা
হরি মন্দির ঙান্নরৈ পোইরৈ শৈশক পম্নরৈ
সনা কোলোই লৈভেংবী সনা মচু মানবা লৈ,
লৈরাং চিহলাও থিদবী পোইরৈ থুংনা শাৎনরৈ,
শুমাং কাদা হৌরগা লৈরাং খেলোং ঙান্নরৈ।[১৬]

শীংথারিবমথৈ পেন্দবা, ব্রারীগী করিগী রাখলনা হেক থামজিবা মথৈ লেপ্তবা কবিগী কলমনি; অপুনবা লীচৎকী মশক্তি। ব্রাক্ষম অসি কবিম্সু কবি গুইবত্ত নত্তনা অপাবা অত্তাবা ভাবোকম্সু ওইরিবনিনা খঙই; পেন্দবা ফোঙদোকপদা অঙাংহল পেঙখি—

১৫। '—ইন্দু'; লাঃ ১—২
১৬। শিঞ্জেল ইন্দু, লাঃ ৮৯

লৈরাং লৈনা অমগী শিঙেঙল গুণখু খাবদা,
কবি পুক্নিং পেন্দেদো কোরৌ শিংবুম কয়াদা।
লৈরিক অমা য়েকপদা লাইরিক অমা খোকপনি
লৈরাং অম্নুক য়াম্বগী মগুণ করম য়েক্কনি।[১৭]

অম্মুম্না চম্না ফজবা শীংথাবদা কবি পেনবা নাইখিদে। কবিনা য়ুম-ইখোল নীংখিনা শীংথাই। (লা: ৫০—৫৫) মতম-মতম অমদি মতাং-মতাংগী ওইনা তেল্লপ তেল্লপ অমদি করিগুম্বা মতাংদা থরা শাংলপ শীংথারকই—নিংথমথা (লা: ৫৯), বসন্ত (লা: ৬৩), নোংজু পাম্বা (লা: ১২৭), মেরা থা (লা: ১৫৮) অসিনচিংবা মহৌশাগী পোৎ-লম কয়া। অসিদম্নু নগুনা, চীং, তুরেল, লৌবুক-লমহাং, মৈত্রবাক্কী হরাও-কুম্মৈ কয়া অমা অমদি কছারগী নাক-য়েৎ কয়াম্নু নীংখিনা শীংথারি। ফজবা ঙাক্নি।

অতোপ্পা মহৌশাবু শীংথারিবা মওং অমনা প্রকৃতিদা তাইবং লীচৎ হাপচিনবা অসিনি। মীবু য়েংগনবা, উগনবা উশিনগনবা কবিনি। কল্পনা নৌনা-মৌনা অমদি য়াংনা-য়াংনা তৌগনবা কবিনি। হায়নবা লৈ 'নুমীৎকী মঙালনা চঙবা ঙমদবা মফম অত্থদা কবিগী কল্পনাদি চঙই'। হায়রিবা কল্পনা অসিবুনি ক্রোচে (Benedetto Croce) না সাহিত্যনচিংবা কলাশিংগী লমদা য়াম্নমক মরুওইবা গুণ অমনি হায়না লৌরিবা। ক্রোচেগী মতপু শন্দোক্না তাকপগা লোয়ননা য়িলডন কার (Willdon Carr) নম্নু নীংথিবা ফজববু শক্তাক শকথঙ-হল্লিবা শক্তিসি অতৈ করিম্নু নত্তে কল্পনা অসিনি হায়না চাউথোক্না হায়রিবনি।[১৮] হায়রিবা কল্পনা অসিগী শক্তিনা ক'ব অঙাংহলনা

১৭। লাইরিক অসি, লা: ৩১৭-৮

১৮। The aesthetic activity—the activity which gives us the artistic aspect of reality, which presents reality to us as a single, immediate, individual thing, free as yet from every logical or conceptual element—is a faculty of imagination.—The Philosophy of Benedetto Croce—Willdon Carr, লা: ৫৪।

প্রকৃতিবু ঈ-তোংশানা শারবা মরোল থোকপা পাত্রগুম য়েকলকই। য়ারী লীথবদা, পাত্র মশক তাকপদা মতেং ওইনবা, কবিনা থরায় য়াওনা পামজবা কোঙদোকপগী মওংনি। (মওং অসি অঙাংহলগী অতৈ সাহিত্যগী মচলদম্—থব থোইবী শৈরেং, থম্বাল, নচিংবা শ্রব্য কাব্যশিংদম্ চপ চানা লৌজিন্নে।) মী য়েকপদা হৈ-শিংবগুম মীওই-হল্লবা মহৌশাগী পোৎলম লাম্বোকপদম্ কবি চেকশিন্না হৈ-শিংই।

কাব্যগী অহৌবা মতাংদা যাত্রানা চহী তরাহুমদোইমুক্কী মতুংদা মালুগ্রামদা লাকপদা পোৎলম মথং মথং উরকই। থোংনাং অহুনা, কবিগী কল্পনাদা, কৈনাগী মতা অমগী শক্তম লৌহুনা কৌরকই—

মমাই নোংচুপ ওনবদা থোংনাং অমা হৌরমই,
থোংনাংহুনা কৌরক্লে যাত্রা চিংনা য়েংহুনা।

* * *

"মাঙ যাত্রা কৌববু লাকইবরা ইবুংঙো
থংলেন শকপু উদবা কুইরুরেদা ইথংঙো।"[১৯]

মতুংদা থোংনাং অসিদা মীদ মীগুম হৌরবা, ময়েক শেংলবা, য়ারী অমা ক্লাশ বেককী মওংদা লীথরকই। কজবা মওংনি থোংনাংনি হায়রবা, মরক্তা, নীংশিংদবা য়াবা মওংদা কবিনা শৈথারকই। মতাং অসিদা থনবা য়াবা য়াকম অমদি উজাউ ওইবা থোংনাংগা মুজা অমগা শকমান্নরা য়েকলকপসিনি। য়াদে চুমদে হায়রবদি, সাহিত্যনিনা লৈতে। অহুবু উজাউনা ইতা ওইবসিদি মুপানা মুপী শাবা মান্নকই। হেন্না মওং তা-না থম্মোয়দা তিং হেক পান্না থোক্লিবদি, ইন্দুনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা মৈত্রবাক পাংলকপা মতাংদা মতা কায়ন-মৈশাগী মুংশিৎনা হুমলকপদা তথকচরবী 'লৈরাং যাত্তি পাম্বীনা' শিত্তেল ইন্দুদা কৌরগা হায়রকসিনি—

১৯। '—ইন্দু'; লাঃ ৫—৬

"শিঙেঙল ইন্দু ইত্তারোই। চান্ন খোইবী! কমদোনি!
নত্তা লৈরাং পাংদবী—হুজা কনা ঙাকপিগনি!
উরি ওইনা হোত্নুনা পামেল'মদা য়েৎঙমদে
পাম্বী ওইনা য়ুংত্নুনা লৈরাং লেপ্পা ঙমজদে
পুকচেন চাওবা কনাদা খোঞ্জ-ঙাজ লেনবনি,
নুরা নংনা য়োকপগী লৈরাং ঐনা হিংবনি।[২০]

কায়নরমদাইগী মতমদা লুনা চান্ন তিন্নজবী গুপীমচা অমগী নীংঙমদবা তথকপা খমোয় অমা লৈরাং যাতি পাম্বীদা কবিনা হাপ্লি। নীংথিজরবা কবি-কল্পনানি। অম্সুম ত্তৌনা, হুংঙাইজদবদগী মশাবু চেকশিল্লুবা ত্তৌদনা খোকলকপা ইন্দুগী ফীনা কোম্বোংদা পল্লি অমুক থিন্দোকপা চৎপা মীয়াম্না চিন্না ইন্নত্নুনা চৎপদগী খোঙ্গাল অত্নু তেকহোই। খোঙ্গাল অসিদা কবিনা ইন্দু মচীন মোপ্‌ৄাবু ঙাক শেনজরম্বা অত্নুগা লমজা অনীবু ফীজ্জী পায়ত্নুনা খামগে লাক্লজরুবা হৌজিক্কা তঙাইফদবদগী হন্দোকপিরম্মদা, ময়াম্নদি মন্না লৌবিদবা মীরায়বিরবা অহল অমগী হিকথত্নুনা ভারবা খমোয় অমা নীংথিনা হাপ্লি।[২১] হিংত্রবা খরাই খোংগানদা কাওবা কবিনা থন্নায় হাপ্লি। হাপ্পা ঙম্লি। কবিগী খমোয়না নাপী-শিংবীদা (লাঃ ৩৬) মপা-মমা অহল-লমন ওইবগী মচা হুংশিবা হাপ্লি। লৈরাংশিংদা (লাঃ ৭৩-৭৪) হুপীজা খমোয়গী থুপ্নবা কাচিন কয়া উৎলি। লৈরাংশিংনা পাঙ্গন খোকপা ঙমজদবী মত্তাশিং (ইন্দুগী) ওইহনবা মত্তমদা খোইমু শাগল কনবশিংবুনা ইন্দুগী ফীবম খঙলুবা অত্নুগা লৈরাংশিংগী নাক্তা লাক্লগা পাউ অমুক তম্লবা য়াবা মিহুংশি খঙবা নীংথিবা নাগরিক অমা ওইহল্লকই। খোইমুগা লৈরাংগগী হুংশি মরীদি প্রকৃতিদা আ-মৈহৌরোল্দগীনি। মরী অসি কায়হন্দনা থন্নগা লৈরাং অমদা মত্তা অমগী খমোয় হাপ্পগা লৈরাং মাগী মথংলেন ওইরিবা

২০। শিঙেঙল ইন্দু, লাঃ ৩৩
২১। লাইরিকলিগী লাঃ ৩৯-৪০ দা

খোইমুদা মতা ইন্দুগী পাউ লৌবিরুহুনা হুংশিবগী ঈপাক্তা মাইওন অমত্তদা হোম্বমিন্নরিবা মরুপকী অন্না-হুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নবা লাক্নবদা মিহুংশিগা লোয়ননা তেংবাংবিনবা হায়জরুই—মশাগী মা খজিক কাউথোক্নুনা—

খোইমু শাগল কনবনি মাঙ্গ হুকম্নু থেংদরি,
থর লেংসিনবিরম্মু খাইম্নু ঙম্না লৈনরি।
লৈরাং ইমাই ওইজগে নুরা মাগী কাহুদা,
অমুক মাগী মপাউদো তম্বিরম্মু ঐঙোম্দা।[২২]

মান্নবা মশেল চান্নজে। তম্বা তারগা হুংঙাইবগী চাংনা হেনগৎলি অন্নাবগীনা হৈম্বে। মরুপকীদমক্তা মরুপকী মকমদা মিহুংশি ইপোম্নরি। হৌনশা অসি অঙাংহলনা মহৌশাদা য়েক্লি; চখোন্না য়েক্লি।

লমজা ইন্দুগী মমা শক্লবী, গোপালগী মমা অপোকপী, লৈপাক্লেনা মরুওইনা মচাগী মৈচাক্তগী শিরবা মত্তাংদা ইন্দুম্নু চপ চানা মৈশা লাংই; হাইহত্তুনা তাই শিগেমক তৌনা মশাহু কেম্মী। মমা শকপীগী মতুং ইন্দুনা শিনৌংবগী রাথল কাওবা তৌই। অহুবু শিবমক্তি শিদে। মতাং অসি শৈথাবদা কবিনা 'লৈরাই য়াহিপ্পী' হঙোই অমা পুশিল্লকই। হিন্দু সংস্কৃতিদা থাজনবীনি—হঙোইনা বৈতরণী লাল্লি। অশি লম্বেল চৎপদা মমাদি বৈতরণী লানখরে। মাদি লানবা ঙমদরে। তেংবাং-বিনবা কনাম্নু লৈতরে। কোয়না য়েংবদা 'লৈকু তেংথা হৈজবী' হঙোই উরে। মতাদা হন্না হন্না কৌজে হায়জে। হঙোই খুমদে তাশিন্নদে য়াম্না রারোনা লৈরম্মী। লানবীয়ু য়াদে। মরম হংলুবদা হঙোইনা পারো-পুকলোনা খুম্মকই—

"অহুঙৈ নহাক্না পম্মো মাংগোন অহুদা,
নুরা মোলাং য়াইদথোং নংনা মখোন কাউদা,

২২। শিঙেন ইন্দু; লাঃ ১৯৮০

পিগ্রাই সমুক মাংদ-থা, চরৈ খোইবু কোনথৈদা,
থম্বাল ওইনা শাৎপগী খোইমুশিংনা তোংথৈদা,
পম্বৌ সুমাং চিথেক্তা নতা হঙোই খাংসিদা
তাংজ লীল্লা অহুনা হঙোই ঐবু লাকথৈদা
নুরা নংবু কৌবদা থম্বান ওইবী তাখিদে,
থম্বান, ময়াই কাবনা ঐবু হন্না য়েংখিদে।
নংবু ঐনা হৌজিক্তা বৈতরণী লান্নিংদে,
ছুগী সুংঙাইখিদেদো নতা ঐনা য়ানিংদে'।[২৩]

শিজগে হায়বস্সু য়াদে হায়বসিদনি উৎলিবা। মসিদা য়ারৌগনবী, খোয়থা-লিনথা থাগনবী, লোয়নন্না লমন থুমগনবী চন্থু অমগী লীচৎ ময়েক শেংনা উৎলি। মীগী লীচৎ মমুদ তানা থিজিন খঙজিল্লুরগা মহৌশাগী পোৎলমদা পানশিন্দুনা য়েংবা কবিগী মীৎয়েংনি।

কবি অঙাংহলগী প্রকৃতি বর্ণন অসিনা কাব্য অমদি থবায় অমদি হকচাংনি হায়না লৌনরিবা (নোংপোক্লোমগী সাহিত্য নৈনবশিংনা) রস অমদি য়াহৈ হায়বদি অলঙ্কারনচিংবা অসিবু কোঙদোকপদা তঙাইফদবা মতেং ওইনরি। মীগী লীচৎ পাবা নত্রগা তাবদা ফংলিবা রসকী সুংঙাইবা অহুমক প্রকৃতি বর্ণনদা চপ চানা ফংলি। কবিগী হৈশিংবনি। মহাকাব্য অসিগী মপুঙ ওইবা রস অনীনি—শৃঙ্গার অমদি বাৎশল্য। (কনাগুম্বা নৈনবশিংনা বাৎশল্য অসি শৃঙ্গারগী মন্নুংদা থম্বস্সু য়াওই।) সুংশি-সুংঙোন (শৃঙ্গার) গী শক্তম অনী—কায়নবা অমদি উন্নবা নত্রগা থুংনবা ময়েক লানা শীংথারি। বাৎশল্যদা মমামপা অমদি মচাগী সুংশিবা, মচীন-মৌপ্যা সুংশিনবা মচা থায়ন থায়না উবা ফংলি। সুংশিবগী মতাংদা অমুকস্সু মরূপ মশেন সুংশিনবা, মরৈবাক-মজাতি সুংশিবা, লৈবাক প্রজাবু সুংশিবা, মশাগী সংস্কৃতিগী

২৩। '—ইন্দু'; লা: ২৭৩

মচলশিংবু লুনা-চান্না তৌজবা অমদি মতুগীদমক্তা চাউথোকচবা পূন্নমকসিন্থু মহাকাব্য অসিদা থেংনরি। পূন্নমক অসি অপাননা, নত্রগন্থু করিগুম্বা মতাংদা নাকোয়ননা শন্নপ শন্নপ প্রকৃতি শীংথাবদা শোয়দনা থেংনরি।

ইন্দুগী হুংশি-হুংঙোন্দা মরুওইবা শক্তম অমা ওইরিবা কায়নবগী লময়োবী থাক শীংথারকপদা কবিনা প্রকৃতিগী মতেং লোই—

যাত্তি কৌবী লৈরাংনা বৃন্দা দেবী মথোংদা,
লাংবন হুংশা মৈরক্তা মালেম লৈমায় থক্তুদা
যাত্তি মানা কেনবগুম শিঙেঙন ইন্দু কেহ্লোরে,
ত্তিনথ্রোক য়াংদৌ চোংবগুম মালেম থক্তা তুহোরে।[২৪]

থুদমদা, প্রমাণদা নত্রগা চাংদম্নবদা প্রকৃতিবু পুশিল্লক্তুনা শীংথাবনি। লময়োবী থাক অসিগী দৃশ্য উৎপদম্থু মহোশাগী ওইনা হুংশি থোঙ-দামিন্নরিবা লৈরাং অমদি থোইমুগী তাইবং লাচত্তা মুক্ষম ওইহল্লি ; মা মশা পাইরকপদা কৌদে, তরাম তরাম তৌদে হায়না ওইনরক্লবা মতাংদা লৈরাংনা পাউদম্মকই—

হুজা কৌদে হায়হুনা থোইমু ম্নারৌবিগনু !
লৈরাং মাগী থনবদা থমোই মৈগুম শাথরে,
ইন্দু কৌবী ইতাদো, লাগুম লৈগুম কাথরে।
'থোইগী ইথোং অসিদা তুথি জ্ঞানবু মাংহুনা,
পলেম পম্বৌ অনিনা পুথি মাবু পোহুনা।
মাগীদমক থনবদা থংলেন !—করি হায়গনি,
মাঙ্গ উরম্নবদি থংলেন কপথরগনি ![২৫]

অসিগীন্থু মথক্তা, অমুক্তা, কান্নবা মৈশা লাংলবী ইন্দুগী লায়না লাইওং থঙনত্রবা মতাংদা ইহান হান্না, নুবা মাগী থমোয়দা কনাগুম্বা মপা ওইগদবা মাঙ্গ অমা লৈরে হায়বসি থোইমুশিংদা পাউদম্বদগী থঙনবনি।

২৪। শিঙেঙন ইন্দু, লাঃ ৭৭
২৫। মথকাসি ; লাঃ ৭৯

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব থরগী থারি ফীদা থরদা,
অতৈ মীয়াম অপুম্বা ফীদা য়াওদে অমত্তা।[৪১]

পোকপা-শিবগী, লুহোং থোঙদোংবগী, শোরাৎ-মুংলংকী লমদা হিন্দুগী মীৎয়েং মপুঙ ফানা লৈরি। কবি মশামক অশেংবা বৈষ্ণবনি। বৈষ্ণবকী য়াথল, হিন্দুগী মীৎয়েং গৌরীয় সম্প্রদায়গী থাজব' কবিগী কলমদা ময়েক শেংনা উরি। নাউয়োক-নাউংকাপ্লিবা নাক-য়েৎকী ফল কলমদা তাদবা হৌনদে। শীংথাবগী মওং কয়াদা কাওবা হিন্দুগী মীৎকম ময়েক লারি—য়াচঙবা শীংথ'বদা—

কোরৌহনবা লাইনিংথৌ অঙান ফিরু থুমথরে,
মহৌশাদি কৌবীনা অমু' ফীজোন থোনখরে।
থুংতা বত্তি পায়হুনা সন্ধ্যারতি কংখরে
কংসি মথোন লেপথরে, শরিক থোজেন তামখরে।[৪২]

সনারৈ শীংথাবদা—

লৈরাং মানা শাৎপনা ইংবা—মেরা থাহুদা,
হরি মন্দির ঙাম্নরৈ পোইরৈ শৈশক পন্নরৈ,[৪৩]

মঙ্গল পীবদা—

"মঙ্গল ওইয়ু ইবেম্মা! নূরা মপোক অসিদা
মারক্লবী নহাক্কি লোইদাম অম্মুক কুইবু
চানবিসহু নহাকপু হরি কৌবা মানবু॥"[৪৪]

হরাও কুম্মৈগী নাক-য়েৎ উৎপদা—

অয়ুক নুংখিল অসিদ শান্নৈ পাথং কাংবুনা
থুং তরেৎনা কয়ামা, তোম্বান তৌই কয়ানা

৪১। —ইম্মু, লাঃ ১০
৪২। লাইরিকসি; লাঃ ৩০০
৪৩। লাইরিকসি; লাঃ ৮৯
৪৪। লাইরিকসি: লাঃ ৩২৬

য়ারি পেনা ভারিবা নূরা পাখং শিংহ্নবা
সাধু বৈষ্ণব লোইনমক ঙকই হয়াওনবনা
অহনশিংনা কয়ানি নত্তে অঙাং মখেদা,
লাইরিক লাইশ্নু ভারিবা হরি মন্দির খুদিংদা ॥[৪৫]

হিন্দুগী ওইবা শক্তমদ নত্তে লমদম অসিগী মশাগী ওইবা, নীংশিংবা য়ানরবা মতমদগী চৎনরক্লবা লোনচৎ কয়া অমসু সমাজ অসিদা লৈরি। য়ুম্লে-কৈরৈ অমদি য়ুম্বান-কৈবান্দা মৈতৈগী ভোগ্রোপ তাবা মশক অঙাংহলনা উৎলি। জগোই রাস, জন্ম, কাং য়াউশঙদ নত্তে সুমাং লীলাসু, মৈত্রবাক্তদা নত্তে, মৈতৈ তাবা কছারদসু শাম্নরি পায়া য়েংনরি।

মৈতৈ রোমগী কাংবুনি "খম্ব-থোইবী" মতাংনি,
ঙসি লাকপা যাত্রানি নিংথিজবা লীলানি।
মাগুব ময়োন খরদা কোইরপ কোইনা মখাকই,
মীনা পুমঙো ঙৌহ্না মাইকৈ মরি কয়কই।[৪৬]

পল্লিবা 'যাত্রা' অসি ইন্দুগী মপাশাবা যাত্রহ্ নত্তে যাত্রা হায়না খঙনরম্বা সুযাংলীলানি। লমদম অসিগী কুম্মেনি। লাংবনদা হিয়াং অহুম তাম্নরি (লা: ২২—২৬); জগন্নাথগী কাং চিংবতা নত্তে কাঙশঙদা কাংসু শ য়রি (লা: ২০৪—২১৬) লোয়ননা শজিবুদা চৈরাও-চীং কান্নরি—

চৈরাওবগী হুমিৎতো নিংথিজবা হুমিৎনি,
কুমজা 'মগী মহুংদা চহি হোবা হুমিৎনি
হুমিদাংয়াইগী মতমদা লোইবী চিংদা কাথৎনৈ
কেনা মৌনা চৎনৈদো সনা লুপা খোংনেৎনৈ—
চিংঙা পিম্ন'চিংমৈরোং মীনা পুমঙো ঙৌনা উই।[৪৭]

---

৪৫। —ইম্বু; লা: ১৭৩
৪৬। লাইরিকসি; লা: ১০
৪৭। লাইরিকসি; লা: ১৭৩

লাইনীং লম্বেনগী মতাংদসু মৈহৌরোন্দগী লৈরক্লবা মৈতৈ জাতিগী লাইয়াম অতুম্মক লৈরি। হিন্দু লাইনীং লম্বেননা থুদোন তম্মকপা হরি অমদি হরিগী শাইওনশিংবু খুরুমজবগা লোয়ননা যুম কোনবীরিবা লাইরেম্ব-লাইরেম্বীশিংবুসু থাগোম্নজরি—সমাজ অসিনা—

সনামহি লৈমরেন খুরম্মরো হায়নরে,
চৎকদবা মরিদো খুরুম্মুরে চংথরে।[৪৮]

চেক্ত চেকশিল্লক্লবা, লুরবা অমদি চিরবা মতাংদা 'পাম্হোই হৈবী'বু নীংবৈ খুরুম্মে লোয়ননা থাজনরি—

লৈরাং থন্নায় রাজথি অরুবনি থন্দুনা,
পাম্হোই হৈবী খুরম্লে নুরা পুক্নিং অহুনা।[৪৯]

লনাইগী পুন্সিদি মী-মীগী মশা-মশাগী য়ারীনি। তমহুনা থাহুনা লোইবদি লায়রদনা হৌবু হৌদ্রিবা জাৎনি। মনু, নমু, নত্রগা এদামনা হৌদোকখিবা লনাইগী পুন্সি অহু ঙসি ফাওবা চথরি; চৎসু চথখিগনি, সুমীৎকী ইমুং-মনুং অসিনা লোইখিদ্রিবা ফাওবদি। লনাই পুন্সিগী মীৎকুপ অমমমনা কাব্য অমমম ওইনবা য়াবনি—য়ামগ্রবা পোৎনি। অহুবু—অহুম তিল্ল সভানি; সমাজনি—অপুনবগীনি। অপুনবগী পুন্সিদি পথ্মে খরগী মনুংদা লৈ—লৈফম থোকপনা। পথ্মে অসি কায়রকপা নত্রগা থুগায়রকপদনি গ্রহ অসিনা দোন-গোন হেক-হেক হাই-রক্লিবসে। মতা চাদ-চাদ্রগনি মচি-মচিদা পোকথায়রম্বদগী মপুম ওইনা অমুমুক উজার-মেলা শানা পোকথায়রক্লিবসে। হৌখিবা মতমগী লাচল-হৌরবা অশেং-অচুম্বশিংনা প্রমান ওইরি। মীৎন-খোঙনা লাম্বা ফংবদগী হায়রগনা লৈরি পৃথিবীগী লাঙাও অনী। অনীসিগী ফল ঙসি ফাওবগী সমাজনা থায়-থায়হুনা চারি—অথুম্বসু ময়াওই অথা-অয়াকসু কোঙায়নি। লৈথিবা, লৈরিবা অমদি লৈহল্লিবা পথ্মে অসিবু কায়দ্রিমথৈ অপুনবগী

৪৮। '—ইন্দু'; লাঃ ৬৩
৪৯। লাইরিকসি; লাঃ ২১৫

পুন্সি মরা তপ্পা, মখোয় লোয়না লৈবা ত্তাবনি। '—ইন্দু'দা অঙাংহল অমদি চন্দ্রকীর্তিগী সমাজ মবুক ঈংনা তপ্পা লীরি-খোইরীনা চেম্হরি। মী-মী মাম্নবা নত্তে নোবো, গোপালসনা, লৈরেনসনা (থাবনসনাগী মপাবুং) খোয় থরনা নৈখায়নবা হোৎনরকই। অহুবু অঙাংহলগী তমজ-নকমনা ফৈগাক ফৈনা ঙাকখি। ইপোম খজিক কারগা তোকখি। রামরাজ্যগী পাউজেল অমা '—ইন্দু'গী সমাজদা পুরকপা পামখিবা কবিনি।

## মৈতৈ সংস্কৃতি

অইবা মৈতৈনি ; ষারী মৈতৈগীনি ; নাক-য়েৎ মৈতৈগীনি লোল মৈতৈরোননি অহুনা মৈতৈ সংস্কৃতিগী মচল খুরক হাঙদনা য়াওবা ত্তাবনি। তোবগীদি সংস্কৃতি হায়রিবা ষাকম অসিদা চনবা য়া'দবা শাজৎ-লীচৎ অমত্তা লৈত্তবনি। মী মশা অসিমক সংস্কৃতি হায়বা য়াবনি। মী অমনা চৎলিবা শাজৎ অসিমক পাকনা হায়বা ত্তারবদা সংস্কৃতিনি। পাক্লা য়েংলুবা ত্তারবদি কাব্য অসিদা থারিবা লনাই অমদি অপুনবগী লীচৎ পুম্নমকসি পুল্লপা সংস্কৃতিমক্লি হায়বা য়ারবনি। অহুমকপু অকক্লবা লম নত্রগা সমাজ অমগী লনাইগী ওইবা তোপ্তোপ্পা মশক তাকপা য়াবা সংস্কৃতিগী মচলদি শোয়দনা লৈ। মৈতৈগী লম অমদি জাতিবু তোপ্তোপ্পা মশক তাকপা তোপ্তোপ তাবা মচলশিং মহা-কাব্য অসিদা য়াওরি। য়াম্নমক মরু ওইবা মচল থরা লোথত্তুনা নৈনরি।

সংস্কৃতিগী মতাংদদি মচল অমা ওইরকপসি মঙানি-তরানি, থা, চহী অমদা পাক ওইরকপা নত্তে ; মতম শাংনা চঙই। ওইপ্রগা মুখৎপদি লায়রদনা খজিক্তং ওলহনবা ফাওবদা মতম চঙই। মতমদ নত্তে খৌনা লিংজেন চঙই। লিংজেনদ নত্রি করিগুম্বা মতাংদদি ঈ অমদি পুন্সিম্ন চঙই। অহুনা মচল অমা অমুকপু ওইপ্রবদি য়'ম্না কুইনা মতম শাংনা অহুম লৈ। কাব্য অসিদা শীংথারিবা য়েক্লিবা অমদি

উৎলিবা মচলময়াম অসি হৌখিবা কুইরবা অতুগা হৌজিক ফাওবা, হৌজিক হৌজিকমক নত্রগনু য়াম হ্রবদা অইবা মশাগী মতম ফাওবদি লৈরবা ঙাক্তনি। কুনম্নুবা চহীচা লোইগদবা চহী তবামুক-করিমুক্তা ঙায়রক্লবা মত্তাং অসিদদি মাঙপ্রবা মচলশু খরদি য়াওরবনি।

মহুম য়েংলগা উ:চকসি চাউব্রা পীকপ্রা খঙনৈ ; মকোন উরগা শাগী মও' খঙবা ঙমনৈ, লৈফমনা জীব মশক তাকই অ:গা য়ুমশা-কৈশানা লৈরিবা মীগী শক্তম লাকপা ঙম্মী। য়ুম্বান-কৈথানগী লমদা মৈতৈগী তে'প্তে প্পা সংস্কৃতি অমা লৈজরি। মমাঙ ওনবা য়ুমজাও অমা লৈবা, মমাঙ শ'ঙ্গায় অরা' শঙ্গোয় লৈবা, (ইকোই কোইশিনবদি তৌকৈদে হায়বা উত্তুনা মথা শঙ্গোযদি লৈতপ্রবা), শম্বল নত্রগা চেকপন ইকে'য় কোযনা থাবা, থোঙ্গাম্দগীনা স্তুমা মচীন ফাওদহু নাকন য়েৎলোম মায়রোমদা লৈ-স্তু থাবা, ইঙ্খোন মহুং অতুদা তরু-তরুবা পুখ্রী অমা থম্বা মহুদা থবো থম্ব লনচিংবা লৈ শ'ৎহনবা পুখ্রীগী অকোয়বদা হৈ-লৈ পরেং-পরে' থাব', চাউনপ তেৌবা পাম্বীশিংদা মথল কয়াগী উরৈ তাংতুনা শাৎহনবা অসিনচিংবা য়ুম-ইঙ্খোন থম্বগী মওং অসি নীংথিনা উৎলি।[৫০] স্তুমাংদা বুন্দা থাংনু কবি কাউ ন (লাঃ ৩৩)। মীগী শওং-শাদ, লাইনা পীবনি ; শোক্রব যাদে। অতুগা শাওং-শাদা অসিগী কয়'ৎশিংবু ঙাক-শেনদুনা থম্বগী মওং-শমথাক-মুংথাক, ফীজেৎ-লৈতেং অসিনচিংবা থুংলেমগী মচল অসিদদি সংস্কৃতি ময়েক-লারি। মতমসিগী চহুশিংগী শত্তম্নি—

কোকসেৎ মচা অমনা অওন শম্নুন খাহুদা,
হুরা লাক্রা কিবম্মি সাইনোন লুম ং থক্তুদা।
হিগোক মঞ্জুনরবী হুনা মগী খাংচেৎতা .
চবৈ হিজম ময়েক্রি, খোংথক খোংথা অনিদা ;

* * *

৫০। —ইন্দু: লাঃ ৫১-৫৩

তুংগী শমদি অতুনা মুরা মানা থাদোকপা,
শক্সৈ শমকোক মান্নবী, নিংথু হেন্না চোম্ববা
হিগোক থাংচেৎ মথক্তা লংপাক লান্না তাবদা,—
নূবায় কুচু অতুগা—লৈচিন ঙাংনা থোকপদা,
ধুমকেতু থোকপগুম মুরৈননা নোংদোল্দা,—

* * *

অউপ-লাংগী মওংনি লুমাং তাবা শন্নাংনা
নাইথেম চেক্তী নারৈনি মুরা শাইদি অনিনা
মাইথোং থম্বান মাল্লিদো করি মনিং খিজনো[৫১]

মুমদা লৈবা অমদি মুতিগী তৌদবা য়াদবা য়ুমগী থবক তৌতুনা লৈবী মৈতৈ চনুগী শক্তম্নি। কুম্মৈ-ফিয়োংগী মতাংদা লৈবাক মাঙদা চথোকলকপা মতাংদনা—

লৈহাও লৈরেন মাল্লবী খুৎতা পুমুমনবীঙাক,
খুজিন পরেং অতুনা থাজ মঙানগুম্বী ঙাক,
খুৎকী খুৎশা খুদিংদা সনাখুদোপ ইঙাং-ঙাং
তাথরকপী খুজেংনা সনা খুজি কোইনা ঙান[৫২]

অমুকন্‌—

ঙৌনা পানবী লাইবক্তা শন্নাং চোইনা তারকপা
ঙকশম শাইনোন লক্তগী নাইন লিক্না ঙাল্লকপা ;
হুপচিপ লমদম চেকয়াদা হুমদং নাওং ফবদা,
হুমদং-ইপোমহৌবগুম মালংবনা হুমবদা,
তুংন্নান তাবা শন্নাংনা নিংথু-ফাম্দেং লৈথবা,
থেক্না খোইনা তানবা শন্নাং লেং-লেং চৎনবা

৫১। '—ইন্দু'; লাঃ ৫৬
৫২। লাইরিকসি ; লাঃ ২০৫

নৌর মচু কয়াগী খাংচেৎ খাগোন শেৎনবা ;
নুরা লমথাং তপাবী শমু নমদা কুপ্নবা,
শক্লা-খম্বাল-লকা ঙাক, লং-খোং লৈমা লংচাক্লি,
ফুন্দ্রে ময়াং চিংগুম্বী নিংথিজবী শাবাম্রি।[৫৩]

কীজেৎ-চাকচানা মীগী মপানগীতা নত্তনা মনুংগী মশক তাকপা ঙম্মা শোয়দবনি। উম্না কুপ্না পুককী মশক অমুক্কা হেন্না মচা খায়না তাক্লিবসি মীওইবগী য়াঙাং-শাঙাংনি। খোঞ্জেন্দগী কাক্লি কোকিলনি মশক খঙবা ঙম্মী। মমীৎ তাংবা সাধু অমনা য়াঙাং তাবদগী লাক্লিবসি লাম্মীনি, মন্নীনি অমদি নিংথৌনি হায়না খঙথিবগী য়ারী লৈরি। তমহ্নুনা শাহ্নুনা মান্নবা লৈজবী খাহ্নুনা হোৎনবদা ওইয়ু য়াগদবা লৈত্রবা য়ানি। লীলাগী ফম্বাক্তা শক্তম লাংঙুবা সীতা কয়া ভাগ্যচন্দ্র কয়া কয়া চৈথ্রা ওইনা প্রহলাদগী মপা ওইনা ইমুংদা লৈনরিবা কয়ানি। য়াঙাং-শাঙাং মপানগী ওইবদ নত্তে মনুংগী শক্লাইদবা শক্তমম্নুনি। লোল ময়ামগী পোৎনি; লোম্মা-পুদানা সমাজ মশক তাকই; মীশিংগী মরক্তা লৈবা মরী উৎলি। 'ইমা' হায়বা পীকপ্রবা য়াহৈ অসিনা কয়াদা হকপ্রবা কয়াদা পাক-চাউপ্রবা থৌদাং পাঙথোক্লিবা হায়বসি 'নাউতম শেন্নরিবা খুৎনা মালেম লৈঙাক্লিবনি'[৫৪] হায়না শীংথারম্বা মহাক্ত নত্তে থাদকী নম্না ফাওবা খঙই—হায়দোকপা হৈত্তবগী য়াদনি। ইচম চম্বা মানবা ইয়ায় লায়বা মিংগৌ অসি ঈশ্বরগী মমিংমক কৌব-দৌনা কৌবা য়াবা নত্তে। মৈতৈ সমাজগী চহুদা কৌনৈ য়াম্না লায়না 'ইমা'—শকখঙনত্রিবা নত্রগা খঙলবা হুপীজা অমদা—

পারী মানবা নহাকম্নু ইমোম শকপী ইমা-ও,
পলেম পম্মৌ লৈরিদো মরক ময়া নত্তেদো,
পোইরৈ লৈবাক অসিদা প্রজা কনা য়াওদেদো
ইম্নুং শোইবা অসিদা ইমোম শকম্নু খংউদে[৫৫]

---

৫৩। '—ইন্দু'; লাঃ ২০৬

৫৪। The hand that rocks the cradle rules the World

৫৫। —ইন্দু; লাঃ ২২৪

অম্মুম্না কাব্যগী লামায় কয়াদা (লা: ২৩৯, ২৫১, ২৬৯, ৩২৮-৫ অসিন-চিংবা) মুপীগী মফম অমদি থাক তাকপা মিংগী অসি শীঙ্জিন্নরি।

'ইপা, হায়বা ব্রাহৈগী মিংগে অসিস্মু সমাজনা মুপা অমদা কৌবদা শীঙ্জিন্নে—নহা অহল থ ছে—

মাইকৈ তরা মক্লিদা ঐনা চুম্ব লৈতবে
নমায় পাপ্পা-নমাদা হৌজকসিদা চাক্লবে,
নপা নচা নখোংদা শিঙেছন ইন্দু কৌবিদা
লানথরেদো ইপ-ও। নখোই থাংহগী নফমদা ॥[৫৬]

নিংথৌ পানবা লৈবক্কি, নিংথৌদা প্রজা অমদি অঙহনা করি হায়না কৌবা লৈবাক প্রজাদ নিংখোন ক.ব কবম্বা ব্রাহৈগা ইকায়-খুম্নবা উৎপা পুম্নমকসি কাব্য অাদা উবা ফংলি। নিংথৌগা মরী লৈনবা মতাংদা 'সনা' না মাঙ থাব।—'সনা য়াথং' (লা:) 'সনা চরণ' (লা: ৮), সনা থোংলেং (লা: ২৩); সনা মায়থোং (২৫) 'সনাবুদ্ধি' (২৮১) চৎনরকই। নিংথোবু বিষ্ণুনি হায়না লৈপাক্লা লৌজে—কবিগুম্বদা বিষ্ণুনক্তী শাইগুর্নানি হায়নস্মু লৌজে (লা: ২৯৭)।

যাত্রা থবাই থে 'গাম্ভ শ্র-য় ইশ পুনংরে,
পাংদ মাগী শংখো-মু' বিষ্ণু মাবু থোংদ রে।[৫৭]

লেংমান্নবা মশেন ইতাও' কৌনবা লেঙ্গা ওইবীশিংনা 'ইতা' কৌনবা চৎনরি। মরুপ ওইনা তিন্নবা লেঙ্গ ওইবা মুপাগা মুপীগদি মতা চারুবা অমা কৌনৈ অকক্লবা থোইনা লৈতে। ইন্দুনা লালাদা 'ইতাও' হায়না অহুম কৌই। অচৌবা তঙাই ফদবা মরম লৈবা নত্তে—

ইন্দু লাকপা অহানবা লালা মমি থংজদে,
লাল লাকপা মতমদ মমি' মথা থক পন্দে

৫৬। —ইন্দু, লা: ২৪৯
৫৭। লাইরিকসি; লা: ২৭৭

পলেম পম্বো অনীনা "নতাও, নতাও" হায়খিবা,
গোপাল লালা অনীনা "ইতাও, ইতাও" কৌনবা,
মাম্মু মাচু তমদনা "ইতাও" কৌই লালাবু,
তাবদদি হুংশিনৈ খাইনা লঙনৈ ইন্দুবু।[৫৮]

সমাজসিদা চৎনবা অমনা ইশম শম্না ইকোক কোক্না মিং ঙাক্তা তাপ ফাহনা কৌবসি চৎনদে। থক থোংবা ওইরগনা ইয়াম্বা, ইবুং, তাদ মামা খুরা অম্মুম্না, মথাগী ওইবগনা ইবুংঙো, ইবেম্মা, পারী মানবা ইমোম মানবী অসিনচিংবা হাযনা কৌনৈ। পন্দবা য়াদহনা পনবমক তারবম্মু মিং ঙাক্তা পম্নদে, মমাঙদা ইকায়খুম্নবনচিংবা উৎপা রাহৈ অমা ঈরোইনৈ—খুরা অহু, 'য়াম্বা অদা, ইবুংঙো অহু মরুপ অদা অসিনচিংবা। মীনাই ফুঙ্গা লৈরম্বা লৈবাক্তি মীনাই খম্বা চৎনৈ। মীনাইদা ফাওবা, থক্কী অহল ওইরবদি মিংদঃ ফারগা কৌনদে। থক্কী অহল ওইগ্রবা নত্রগস্মু অতোন-অবেং ওইনা লৈগ্রবা, মীগুম-লাইগুম লৈগ্রবা থোংলেন[৫৯], চাউবা অসিগুম্বা নত্ত-নত্রগা মমা-মপা ময়াম্বা মবুঙগুম্বা য়াম্না নক্নবা মরীগী মীওইশিংগীনা রাফম অমা ওইনা লৈগ্রে। মসিমক্তদম্মু লৈবাক মাঙদা থোক্লরক্লবাদ ইচা, ইনাও ইচননচিংবা কয়া হাপচিনবনা লৈবাকমচা তাবগী মওং ওইনা লৈ। নত্রগদি শয়েংপাম্বোম ঙানগদবা হমু-নাইমু তানরগদবা য়েক্নবা ফাওবদা ব্যবহার উৎনৈ। মতেং পাংখিদবদগী লমন খুমগদবগী শীংহনা লৈরবা হঙ্গোইনা, ইন্দুগী থরাইনা বৈতরণী লানবিয়ু হায়রুবদা খুমলকখি—শাউনা—

তাইবং চন্থু করিনো খুম্নিংদ'না তৌবনি
থঙেঙ নংগী নরাদো তৌরোহদবা ঐহাক্ল।[৬০]

ফজদে হায়নররোইদবা চৎনবীনি। থকসী-খাসীগী ফজরবা মওংনি। 'নঙ', 'মা' গী মকম লৈবাকমচা তাবা সমাজদা থমদে। অকবা

---

৫৮। '—ইন্দু'; লাঃ ২৭৭
৫৯। থম-থোইবীগী বারীগী মকওইবা পাত্র
৬০। '—ইন্দু'; লাঃ ২৭২

চৎনবীনি। অসিগীম্বু মথক্তা ঈশ্বরনি থনবা নিংথৌনা ঙাক্লিবা লৈবাক্লিনা নিংথৌকোন অমদি লৈমকোনগী থকসী-খাসী কয়া অমম্বু লৈরি। সমাজগী মহুংদা অমুক সমাজ অমগী লোনচৎনি। অতয়না তাকপী-ত্তিকপীত্রবদি মীচম অমদা লায়না খোকপা হৌন-লোনচৎ নত্রি।

য়ুমদা লাকপা অতিথিবু তরাম-তরাম তৌবা লুনা-চান্না থনবা সমাজদা চৎনৈ। রারী পরীংগী ওইনা লাক্লেন্দুনা কছারদা শাইদাংলবা নহা ওইরিবা নিংথৌবু[৬১] (নিংথেম পীশক) লমদত্থগী মীয়ান্না য়ান্না লুনা চান্না তৌই ; মণিপুরদা নিংথৌনা পুরক্তুনা লৈররবা যাত্রাবু লৈবাক্না চান্না তৌই অমদি পল্লেপফম খঙদনা ককঙাওনত্থনা মণিপুরদগী মালু-গ্রা'মদা চৎখিবা গোপালবু পুন্নমক্না তরাম-তরাম তৌই। ইন্দু মচীন মৌপ্াবু মৈত্রবাক্না মীরম মচানি মীচাবোক্লি হায়বা থন্দে। অচৌবা অমদি অপিকপা মরম কয়ামুক লৈবদি শোয়দে। অত্থবু ঐগী ঐগীদা লাকপা খুদিংমকপু হুংশ্রিনা তৌবগী চৎনবী অসিমদি লৈরে। থরা অমুক পীকশিন্না য়েংলবদা ফয়াই-ফনাইবনা অততাই ওইনা খোক-হল্লকপা লৈবাক্কী ইরাংগী লাল্লক্তা থন্নাই পুত্থনা চঙলুবা ইন্দু অমদি লালাবু লমলানবা য়ুম্বু অমনা নীংথিনা থম্বী (লা: ২১৪)। মথা তাবা খোঙথা'না কোন্না থাংলবম্বু, অচুম-অয়ানগী রাখলনা তপ্না তৌরবম্বু হৌজিক্কী ওইনদি মশক-মশা ইথঙ থঙত্রিবা পাথং অমগা লৈশাবী অমগা অহীং নোংশোয়বা ঙাক-শেন্দুনা থম্মী। অচৌবা রাখলগী মমিনি। থরগা অমুক চপশিন্না য়েংলবদা—

নোংমা ইন্দুগী ময়ুমদা মতারোই অনীথক কাং নেকপগী পাউ হায়বা লাকই। মতাংত্থদা—

---

৬১। শ্রীযুৎ মহারাজাত্তি শ্রীমমাশিজা মহারাণীকা লোয়ননা মমাং চৎথিঞ
—চৈথারোল কুম্বাবা (লা: ২৬৪-৫)

লৈরাং ইন্দু উন্নরে—"লৈরাং ওইবী ইভারোই
কদায় লেংউরিবনো চান্ন থোইবী মরুপ-লোই!
ঐদি ইঙক ঙকউরে, লেংথোক-ত্তনা লেঙঙকপু,
উনিংনা লৈরম্মি লৈরাং নহোয় অনিবু।"[৬২]

হায়না হৌখিবা মুংদাংদা পাউ পুন্নমক খঙলবী ইন্দুনি। অহুগীম্মু মথক্তা ইন্দুদি ইহৈ হৈনীংজবনি ইত্তন তল্লবনি। অত্তবু তরাম-তরাম ত্তোই হৈনীংদবা হঞ্জানবা উত্তে—

নুরা ফীদা থাজরে তরু তরু ত্তোহ্ননা
হিদাক লাংথক হাঞ্জরে লৈরাং মথুৎ অহুনা।[৬৩]

অমুক্তম্মু, মুমিৎ সিজনা ইখঙ খঙহৌদনা মভারোইগী ময়ুমদা লাকপা মতমদা—

"হাইমায় পেম্মা ইবেম্মা! কদোমদৈনো সিজদে?
করি মত্তো কোয়াইগে তুমিল লেপ্পম্মিবদে!
লেংসিল্লকউ অসোমদা, খুদা খুদা। থুরকউ!
খিল্লে ইবেম্মা খিল্লে! খুদোং কাকা হাল্লকউ।"[৬৪]

অত্তভাই ওইনা ত্তোদবা য়াদহুনা ত্তোবা তারগম্মু মমা শকপী লৈপাক্লে লৈতবা হংবা লাকপা মথল, কয়াগী মীওইশিংবু মতম হায়বা নাইদনা ইন্দুনা তরাম-তরাম ওকচখি অমদি লুনা-চান্না ত্তোজখি। ত্তোবগীদি সমাজ পুন্নমক্কী লোনচৎনি হায়বা য়াবনি। অরাকপশিংবু ফীদা থাহুনা কমহল্লবা হেক মতুংদা হিদাক হান্দুনা সেবা ত্তোবসি মৈতৈ সমাজদা চৎনৈ—থকপা য়াওবা য়াওদবগীনা রাকম অমনি। (য়েং লামায় ৬১, ১৮৪, ২৭৬ অসিনচিংবা) অঙাংহলগী পাত্র অয়াম্বা হিদাক থকল্লি। মতমগী নাক-য়েৎনম্মুনি।

৬২। '—ইন্দু'; লাঃ ১৮৪
৬৩। লাইরিকসি লামায়ম্ম
৬৪। লাইরিকসি; লাঃ ৬০-৬১

লৈবাক-নিংথৌগী ওইবা হরাও-কুম্মৈ কয়ামুকসু শীংথাবি। হিন্দু ধর্মনা পীবা কাং, ঝুলোন, রাস শনশেনবা গৌরলীলানচিংবা কয়াসু, থরনা য়াম্না শম্না শম্না অহুগা থবা অমনা পাক শন্না শীংথারি। মসিগা লোয়ননা লমদম অসিগী মশাগী ওইবা, তোপ্পোপ্পা থরসু পাক শন্না শীংথারি। তৌবগীদি, হিন্দু ধর্মনা মপান মরা তাহুনা সমাজ অসিগী ধর্ম ওইনা লৈপ্রবনিনা অয়াম্বদা ইত্তোং তোংশিন্নবা মওংদা পাংথোকপগী মওং লৈ। অহুমকপু মৈতৈগী ওইবা শক্তমগী মচলনা নম্না য়াওবা থরদি—হিয়াং তান্নবা, চৈরাওচীং কাবা, কাং শান্নবা, লিকোন শান্নবা অসিনচিংবা—য়ারিবমথৈ মপোপ কায়হন্দনা উৎলি। লিকোন শান্নবা মৈতৈগী তোপ্পোপ তারবা মশান্ননি। লৈশাবী পাখংগী পাম্নরবা ইরাংনি। কবিনা উরুবদা

ফরাংজীনা খাবনা মাঙোন থেঙ্গং ঙাংথরে,
খাইগী ময়োন অহনা ঈশিং ইঙৌ লৈগুম্লে,
ফীঙৌহনা মযোম্পা ঙৌরোক ঙৌনা থাজিল্লে,
লৈরাং থোইমুই মমিনা ঈশিং থক্তা তাগুম্লে,
নিংথিজবা লাইয়ুম্না ফীঙৌ থক্তা থাজিল্লে,
নূবা পাখং অপুম্বা লীকোন শম্ন-হৌথরে ॥[৬৫]

মী অমনা হেক পোকপদগী শিব ফাওবগী মতুংদা, মতাং থরদদি শিরবা মতুং ফাওবদা, কর্ম কয়ামুক পাঙথোক্লে—ষষ্ঠীপূজা নাহুৎ নারেং, লুকুন থাংবা, লুহোংবা, শিব-নাবগী-অস্থি সঞ্চয়, শোরাৎ, ফীবোম্ন অসিনচিংবা। ময়ামসিগী মতুংদা, কাব্য অসিদা য়াম্নমক পাক-শন্না শীংথাবিবসি লুহোংবগা শোবাৎকনি। য়াম্নসু মরু ওইবা তঙাইফদ্রবা কর্মনি। লুহোংবগী মতাংদা অঙাংহলনা শীংথাবিবসি হায়েন-শীংনরগা হোংবা অমসুং হুংশিনহুনা চেন-চোংহুনা হোংবা অনী অসিনি। অহল্লমন্না

৬৫। '—ইমু'; লাঃ ১৩৯ (লাঃ ১৪৫ দসু লিকোন শান্নবা শীংথারি)

হায়ন-শীংনরগা ইন্দুবু হোঙনবা থেঞ্জাং অনী থোক্লা লাক্লথিবনি। অনীমক্তা মায় পাকখিদ্রে। অদুবু অহল্লমম্না শীনবদা ইয়াদ য়াজ্জরবী থাবন সনা হোঙথি অমদা হেক্তা। সমাজদা কম্না চৎনরিবা মওং অমনি। অতোপ্প মওং অমদি ইন্দুগা গোপালগা হোঙবগী মওং অসিনি। মসিমক্তি ওম্বোকপা মথল অমনি। হিন্দু শাস্ত্রশিংনা য়াবা লুহোঙবগী মথল নিপাল[৬৬] অদুগী মনুংদা অমগা অমগা ইয়ান য়ান-শিন্নবদৌনা তৌই। অহল মশেল য়ানদুনা ইন্দুবু নোবোদা তোঙগনি হায়দনা লেপ্পরগা মাগা হুংশিনজবা গোপালগী মকুপ লালানা মরুপ মশা য়াওদনা চেনবদৌনা তৌবগা (গোপালসনা কৌবা অমনা নমদুনা ফাগে তৌবদগী) মমৈদা অহল্লমন য় নদুনা হুংশিনজবা গোপালদা হোঙ-খিখিবগী য়ানি। হায়ন-শীংন-চেলহোঙগী মওংদা লৈবা লুহোংবনি। মওং অসি মৈতৈ সমাজদা চৎনদবা নত্তে; লান তান্নদবসু, মরক মরক্তা, নত্তে। মথলগী হায়রুন্নবদি ব্রাহ্মণশিংগী ওইনা য়াম্না চৎনবম্বা 'ব্রাহ্ম' হায়বা অদুদা নকশিল্লি হায়বা য়াই। অমবু ওইববসু অমবু ওইরবসু মৈতৈ সমাজদা চংনবিবা হোঙবগী মওং অদুমদি মযেক শেংই—

৬৬। The Hindu Sastras recognised eight modes of marriage. They are (I) rākṣasa or kṣatra vivaha, where the bride is carried off by force ; (II) paisāca, a secret elopement , (III) gāndharva, a secret informal union by copulation ; (IV) āsura, acquired by purchase ; (V) brāhma, where the bride is freely given to a worthy bridegroom with due ceremony , (VI) daiva, where she is married to a priest , (VII) ārsa, in which the bride's father, in giving her away, receives from the bridegroom a formal gift of a pair of oxen ; and (VIII) Kāya or prājāpatya, in which the proposal comes from the side of the bridegroom.

A Cultural History of Assam (Early period) Vol. I ; B.K. Barua, (1951) p. 116

সংকীর্ত্তনগী পালানা মাগুবময়োন কোয়রিবা ;
হরি মাপী নামচুনা নিংথিজনা শোল্লিবা,
রাজ পুরিত অচুনা ঘোটপু মাংদা থারকপা,
বেদ মন্ত্র শোয়বা ময়াইমক্তা কয়রুপা
মণ্ডাকিনি লাইজগুম সেংনা অমুক উখরে
খোদো অচু উবদা মিৎপু পুম্পেন পেয়রে।

* * *

লৈরাং ইন্দু কোবিদো লৈম' খুৎনা পায়চুনা
মাগুব ময়াই তায়বু পুথোরক্লে শমচুনা
পালা মচিল অচুদা লৈরাং মাবু শিয়রে ;
লৈমসনা খুৎতগী 'মনা অমুক শমথরে।[৬৭]

য়া ঙাংগম্লবা গোপালগা মচীন লুমজবী ইন্দুগা লুহোংই। য়া খজিক্তা শয়-শয়া চোমলপ-চোমলপ তুম্পক-তুম্পক ঙাংলগা তোকপা মোপ্ৰানা মচেমগী কন্যাদান পীখি—

লাইবক চাউবী ইন্দুগী মোপুরাচু খোরক্লে,
পুরিত-তুগী মাং-ওইনা মাগুব-য়াইদা কমথরে।
বেদ পথাপ ইন্দুনা সংকল্পদি তৌথরে,
পুরোন পেরোন কৌচুনা তুগী শাখা তৌরক্লে।[৬৮]

শিব-লাবগী মতাংদা করি চৎনবা হায়বচুম্লু কবিনা শীংথারি। কৈনা লৈতবা কান্দা তোর্ব্বানদা শীং শেমল্লগা চাঁদরা য়ুংচুনা মৈ কোইরগা পোল্লোইবা, গিরা থাংবা, চিন্তামণি লৌবা অমদি কুম্বনচিংবা লোনচৎ ময়া কুপ্না শীংথারি (লা: ৬—৮)। গোপালগী মমা লৈপাক্লে শিবদম্লু অচু মণ্ডাই। মৈতৈ অমগী অরোইবা খোঙচত্তা, মেঙনা মিন্লা, থুরুপা

৬৭। '—ইন্দু' লা: ; ৩২১-৩২২
৬৮। লাইরিকসি :: লা: ৩২২

কিরপা মশা নত্তনা অতৈদনা তাবা ফাজিন্দুনা খোকহনবা লৈবাক পুন্ডজ'ও থীনবগী ততাইফদবা তাল - 'খয়্‌ং কুম্-কুম্ সন্নাই তাম্' হায়বা নামতাকাগী তাল-গী অর্থ অত্তাংহলনা হল্লি। চৎনবীগী তালনি। অরোইবা শাংবা য়াত্তাবগী পাক্লবা দর্শন অমা শয়া—য়ায়া য়ায়মক শয়া পীরি—

লৈপাক্লেগী হকচাংদো খাম্বি মৈবু চুমহৌরে
পুংজা নাতৈ লাক্তুনা হকচাং মৈতান ওইখরে,
ভসি কোরৌ সিদগী হুজা শরুক লোইখরে।
তাইবং হায়বা কাহ্নদা য়াথৈনরে মৈতান্না
লৈপাক্লৈদি কোলোই-ফাও পুখিদেদো মহাক্না
তাইবং মপোক ওইরিবৈ মপোৎ মরন অপুম্বা
যাত্রা মরান য়াইহ্নদা লৈহৌরেদো লোইনবা।[৬৯]

মসিগী ঈরোয়নবা, শোরাৎ শোনবগী মঙংগী চাউরাকপা শক্তম উৎলি (লাঃ ২৭৫-২৭৭)

তরাগমাপল মুবা চহীচাদি মখল কয়াগী বিজ্ঞানগী যুগ ওইরবনি। থাজনবা কয়াবু য়াথলগী থাঙ থাহ্ননা য়েংনরক্লবনি। মকম অমদি মতমগী তাম্বা য়েংহ্ননা থাজনবীবু নোনা অমুক য়েংনরক্লবনি। অহ্নবু লুরিবা অমত্তংদি মীওইবগী খমোয়বু লোশিংনা থুহ্নম পুমচন চনবা ভমদবসিনি। বিজ্ঞান্দগী সংস্কৃতি হেক হেক নাম্বোকপা য়াওই। তাইবংগী সংস্কৃতি ওইবা তাই। মঙবু মকু মঙলানচানি হায়নৈ। অহ্নবু মঙদা কপ্লি মঙদা নোক্লি; মঙগীদমক্তা হরাওনরি য়াবম্নু য়ানরি। অচুম্বা খরম্নু করিগী লৈতনি। নোঙাল্লমদাইগী মঙ হায়নরি; মঙতাকী য়া পন্নরি মঙনা খুশেম কয়াগী য়ুম্ফম ওইনরি। মণিপুরগী রাস অমদি গোবিন্দ

৬৯। '—ইন্দু'; লাঃ ২৭৪

সংস্কৃতি মৈদিংঙু চী·থংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) গী লেঙত্রবা খুদোলনি।[৭০] খুদোল অসিগী হোৎকমদি মৈদিংঙুগী সনা মঙলানচানি হায়নরি। মহাকাব্য অসিদা মঙদা থাজবা কন্না উৎলি। গোপালদা থাবনসনাগী হৈজিংপোৎ পুথ্রবা অহুগা গোপালনা যানীংদহুনা ময়াংদা চেনখিরমদাইদা ইন্দুনা মঙ অমা মঙই।[৭১] পঙলা' শাংবা নত্তে। ঈরুজরিঙৈদা মাগী লিকুবু উচেক অমনা চেন্দুনা পুখিবা, তান্নবা, তেম্পাক্লা থাবা, লিকু উশাদা পনবা, মমাগা মপাগদা তাকলুবা অহুগা মমৈদা—

পলেম পম্মো চৎতুনা লিক্লা' অহু লৌখি,
লিক্ল''হু হেক ক'বদা খোম্লেন 'মকপ খোকচখি।[৭২]

মঙ অসিগী মও'দা ইন্দুনা কায়নখ'দা গোপালবু ফংজখি। লোইবম-দাইদা, ইন্দুগা গোপালগা লুহোং লমদাইদা পুন্নমক্লা ইয়া যানববা মতাংদা অপনবা মচা অমা নিয়তাপ্তা। নত্রগা (ঢেঙমা) গী মওংদা লাকখি মত্তাংহুদা ইন্দুগী অশাংবা মঙ অমা পুশিল্লকই।[৭৩] মথংলেন গোপাল কাযনবম্বগী নোংঙাল্লমদাইদা মঙবা মঙনি। য়াম্না রাজখি, ওস্থোক্লা শোকখি—

নুবা মাগী মঙহুবু লৈবাং মানা থনখিদো,
মঙশিং ওইবম্লবদি ইন্দু রাবোইদানিদো,
খোম্লেন মিকপ খোক্লগা ঐগী রাবা কোকনি।[৭৪]

মঙদা থাজনরি; মকু মঙনি হায়নবি, মঙগা তাইবংগা তাইওম্নে

---

৭০। ১১ নি ঈরাইদা কাক্কিপুরগী বাপমঙলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌএ। হুমিৎ ৫ নি রাস শাইরএ।
চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ১৩৩

৭১। —ইন্দু; লাঃ ৭২-৭৩

৭২। লাইরিকসি; লাঃ ৭৩

৭৩। লাইরিকসি, লাঃ ১৮৬—১৯২

৭৪। লাইরিকসি; লাঃ ২৯২

হায়নরি ; মগুগী অর্থ তোঙান-তোঙানবা মওংদা হল্লরি। ফ্রোইড (Freud, S.) জং (Jung, C.G) নচিংবা অনৌবা যুগসিগী মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা মগুগী মরমদা তোঙান তোঙানবা ৱাখল অমদি লায়খায় পুখোক্লরি। মোরিস নিকোল (Maurice Nicoll) না মগু হায়বসিদি খোরি-খোরাংগী লাই (Cartoon) নি, অর্থ হনবদা হৈ শিংলবা কয়ানা ঙকপ্র ঙকপ্রবা অর্থ হল্লে হায়না কন্না থাক্লে।[৭৫] মহাকাব্যগী মগু অনৌসিগী অর্থসু অনৌ-মরী খোল্লা অহুম হনবা য়াগনি। অচৌবা ৱারেং অমা ওইনবা য়াগনি।

শম্পৎনা হায়বা তারবদা কবিনা মগু অসিবু থাজনা য়েল্লি ; ফলসু পীনবা লাক্লরি। মৈত্রবাক্কী সমাজদা মগুগী মফম লৈরি। চৎনবী অমনি। অন্ধ বিশ্বাস অমা ওইনা শৈথাবদি নত্তে।

চাউনা চাউনা শম্ভোকপা উৎলিবসিদ নত্তনা অতৈ মচল কয়া অমসু শন্না শন্না নাকোয়ননা শীংথাবা থেংনরি। লমদম অসিগী ক্রিশালোনশানচিংবা শিনফমশিং, কলাশিংগী শক্তম কয়া মতাং মতাংগী ওইনা শীংথাবা পরেংশিং কাব্য অসিদা য়াওরি। সংস্কৃতিগী মচলশিংসি শীংথাবদা কবিগী থাজজবা, নুংশিজবা অমদি ইকায়খুম্নজবগী মওং ময়েক শেংলি।

## নুংশিবগী শক্তম (শৃঙ্গার)

'—ইন্দু'গী ৱারী অমদি ৱাবী অসিবু শাগৎলিবা থোদোকৱাথোক পুন্নমক নুংশিবদা য়ুক্ষম ওইবনি। ময়াই শইবপ চাউবা মহাকাব্য অসিগী মপুঙ ওইবা—অমত্তনি হায়বা ফাওবা য়াববা বসতি শৃঙ্গাবনি। পোৎলম শীংথাবা ফাওবা শৃঙ্গাবদা মপা লাকই। রস অতৈদি (অয়াওবা

৭৫। য়েং—Dream Psychology, Maurice Nicoll, Oxford University Press, 1917.

খবা) মরক মরক্তা খর খরদা মোংবা ওইনা ভোই। রস অসিমক্তি মরু ওইবা সাহিত্যগী রসনি হায়না লৌনরিবনি।

ইন্দু অমদি গোপাল অনীগী নুংশিবা অসি শেংলবা তরু-তরু উৎলবা নুংশি নুংওনগী শক্তমনি। মসিদা খাদোকপগী কখোক-কৎশিন ভোবগী, শ্রদ্ধা-ভক্তি খম্বনচিংবগী মগুণ লৈর-লৈরবা, চাউব-চাউবব পোৎয়ান অমত্তা চঙদে মীনোক অমদি মীনু চঙবা অপাম্বনু নত্তে শেংনা চেম্বক্তবা নুংশি-ঈচেলনি।

অহানবা হেক উন্নবদা পোকথিবা নুংশিবনি—খমোই অনীদা—

ঐবু পোকপা পম্থোনা লৈরাং মাবু পুরকঙে,
ঐগী মাংঙান পোবদা ইহান হানবা উরকঙে,
লৈবাং মাগী মচুনা খমোই লকা চুরমই,
নূবা মিৎমৈ উবিনা খমোই পামেন য়েৎলমই।[৭৬]

মবম হংবা য়াবা নত্তে; নুংশিজরুবদা মবম লৈত্তে নুংশিদবদদনি ওম্বোক ওম্বোকপা মরম লৈবা য়াবিবা। থৌযাম্বা মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা পারী-পুরী থিগত্তুনা মপোক লাংওন কযাগী শকপান্দবা নাক-য়েৎপু খাঙখা শঙলেম্না পুশিন পুশিন্দুনা নিজসমু অরোইবদা। শিংকুপ শানা লেন-খায়রুরগা কংদোরিবসি নুংশিবনি—নুংশিবতনি অহানবা মীৎয়েংদগী পোকথিবা ইন্দু-গোপালগী নুংশিবা অসি পুম্নমক্তা য়োকথিবনি। ইচম-চম্বা নুংশিবনি।

নুরা-পাখং অনীগী নুংশিবদা কামগী ঈরাং মাওক্তি। তশেংববুদি নুপা-নুপী নুংশিনবদা ঈবাং অসি য়াওদবা হৌনদে। মসিদি মহৌশাগী লৈশেমহৈদগী লোয়নবক্রবা ঈথিল[৭৭] গী রানি। হকতিন-ঈরাং-ঈথিনগী

৭৬। '—ইন্দু'; লাঃ ১১১

৭৭। য়েং—Instinct in Man, James. Drever, Cambridge University Press, 1917,

(Sex-Instincnt)—শৃঙ্গারগী মরূপ্ন (রতি) মসিনি। অদুবু শৈথাক্তনা ফোঙদোকপদা অলবার্টো মোরাব্রিয়া, কালিদাস, জয়দেব অসিনচিংবা সাহিত্যকারশিংগী মওং অদুদি উদে। ফোঙদোকপগী মওংগী রানি, ফবা-ফত্তবা, চুম্বা-চুমদবা, নেম্ব-রাংবগী রা নত্তে। ইন্দু-গোপালগী নুংশি মরিদা হকতিন-ঈরাংগী রা য়াওদে। অদুক কুইনা লৈমিন্নরকপা অমদি মথল কয়াগী খুদোংচাবা ফ'লবা ফীবম অদুদা য়ামদ যান্নবদা বিদাইগী মতাংদা, খুদোপ পীবগী মতাংদা মখূৎ অনী খজিক শোক্লখি—

রাথন তাবা লেপথরে পাখং ইরেন-চংলক্লে,
মাইথোং চেৎনা থুম্মিবা নুরাই খুৎপু লৌথোক্লে।
ইন্দু মাগী খুদোম্বী মবুং 'খুৎনা থাইদোক্লে,
মাগী অদু শিবিরে মচন' খুদোপ সক্তোক্লে।[৭৮]

মতাংসিদা পলহৌবা য়াবা রাকম অমনা খুদোপ অসি খুদোম্বীদা শিবা ওইনা তৌরি। হৌজিক অসিদা অতৈ খুৎশাশিংদা শিবদি চৎনৈ খুদোম্বীদদি শনিগী করিগী ফল লৈ-থোৎলি হায়বগী মতাংদতা শিবা চৎনৈ হায়না থাজনরি। মসিদগী থরগা অমুক হেনজিল্লবদা 'মচন খুৎপু নামা পায় পাখং সংত্রিক য়েংঙম্রে' অদুগা য়াম্না থুনা-য়াঙনা গোপাল চৎখি। রা ভাংগন্দবা মীসি রাথল য়াম্না থনগল্লি, মথল মথলগী কল্পনা তৌগল্লি লোয়ননা মড মঙগল্লি। রা ভাংগনখিত্রবা (Introvert type কী) মীওই—শাবী শানৌ—অনী অসি রাথল অমদি কল্পনাগী থাক্তা ফাওবা নকশিন্নজদে! কবি য়াম্না চেকশিনজৈ। তমজনফমগী ওইবা নুংশিবনি।

অনীগী নুংশিবা 'নুংশিব'গীদমক্তা নুংশিবা নুংশিবনি—অৱাংবা থাকী নুংশিবনি। লনগী থুমগী ওইজ-ওইথকী শাগৈ ভাৎকী অমদি অপাম্বগী করিগুম্বা থৌইনশিন অমত্তা য়াওদে। শক অমদি শা-ওং

৭৮। '—'ইন্দু'; লাঃ ৭৬

শাদাগী ম্নাকমবুদি অদুম মরে। হোনবনি। ফনমক হায়রুনশু মীগী থাক্তা লৈরিবনিনা অনীসিগী মচুংদা অমনা মথোঙ-মথুং অমত্তা য়াওদনা, মমায় অদু লৈত্তেম চপ মান্ননা খিন্দুনা লৈরম্বদা অমদা চুংশিবা পোক্লম্মোই—মিচুংশি পোক্লম্বদি য়াই। নত্রগশু কাব্যদা নীংথিবা-ফজবগী বর্নণ য়াওরম্মোই। মসিনা ভাহবং লীচৎকী থাজবদা শিন্নরগা য়েংবা ভাবদা অনীগী চুংশিবদা অপাম-মিহোৎলাং য়াওদে। অমনা অমবু স্পৃম্নগী অমত্তুতবু অমত্তুগীদমক্তা থন্নে। চুংশিবা চুংশিবী মাগীদমক্তা চপ য়ুংনা লেপ্পুনা লৈনৈ। অপনবা কন্না খুদোংথীবা পুন্নমক ঈচঙ থোনা মায়োক্নৈ। মশুংলাংগীদমক্তা লেপ্লদা মৈ-ঈশিং চঙদে মীশু লাইশু কিদে। ম্নাশক চেৎপা নীংবদা থোবা লেপথিবদগী লেঙদবা বীর অমগী ওইবা লীচৎনি। গোপালগী লেঙদ্রবা অমদি হোংলরোইদবা ম্নাথলনি—

মপু গুণশু থংঙি ঐ, থাবন সনা' কৈদৌনি,
কথেন কথেন খুদিংদা মচায় লমন শিংসনু
লৈবাক কুম্মে ওইসনু ঐবু খুঙ্গোইনসনু।
পোকপদগী ঙসি ফাওবা পলেম পম্বো অনিদা
য়াথং-হিক্তোরক্তবা ঙসি কোরৌ ফাওবদা—[৭৯]

অদুনা—

পলেম পম্বো অনিগী য়াথং ইল্লোই লেপথবে,
মীশু লাইশু কিদবে, লৈম নিংথৌ য়েংদরে
থাবন সনা কৌবিবু হু-গুম ভিন-গুম খাথরে।[৮০]

ইন্দুশু অদু মঙাই। গোপাল মাগীদমক্তা পুন্নমক করিশু ওইনা লৌখিদ্রে; করিগুম্বা অমত্তা পাম্মুবা লৈবক্তবে, মথন্নাই ফাওবা থাদোক্লগে লেপঞ্জে—

উপায় লৈত্রে হায়রগা ভাকপি-হোরো ইভাওনা।
ইশিংদবা মৈদরা ঐনা থোকপা তৌরগে
য়াম্না থুনা হায়বিরো ঐগী লম্বী য়েংজগে।[৮১]

৭৯। '—ইন্দু'; লাঃ ৬৯
৮০। লাইরিকসি; লাঃ ৭০
৮১। লাইরিকসি; লাঃ ১১৮

হিংলিবনা থৱায় পাম্মুরক্রবা হায়বসি মরক-ময়াগী পোম্বা নত্তে অয়ৌবী অরোইবীনি। অনীনা অমনা অমগীদমক্তা থনবা অমদি লেপ্পা মরক-কয়াগী নত্তে থমথোংবীনি।

উন্নবা অমদি কায়নবা—নুংশিবগী লমদাং অনীনি।[৮২] রারী পরীংগী শেম্লিবা খৌদোক রাথোকসিদা উন্নবগী মতাংদি ইন্নাম য়াম্না রাওত্রে। অহৌবগী মতাংদা রারীসিগী মুক্রবা হৌদ্রিভৈগী য়ুম অমত্তদা মখোয় অনী পুন্না লৈমিন্নরিভৈগী অতুদা থরা অমা অতুগা ফল ফংলক্রবা ডেন্থমাগী অরোইবা মতাংদা থরা অসিদমক হাপ্লে। মরক্কী বর্নণদা খোইমু লৈরাংনচিংবগী লীচৎ শীংথারকপনচিংবদা থরদি ময়াওই অতুবু মসিম্মু পাথং-মুক্তা অনীগী কায়নবগী মৈচাকপু হেনগৎহন্নবা ওইনা থোকই। কায়নবগী মনুংদা অতুম লৈ। পুন্না লৈমিন্নরৈগী মতাংদা, পুক্নিং তয়াং-তশোইজরবম্মু মকা-লান্না লৈমিন্নখি। মথন্নাইনা য়ানীংনা ফাজেৎ লৈতেং তৌজখি; য়ুমগী থবক ইথ্বাঙদা পুক্নিং লৈতাজে; য়াইবী মরাং কায়না হিংজৈ অমদি হিংমিন্নজে। চথোক খোক্তোকপদম্মু—

শিঙেঙন ইন্দু কৌবিদো সজিবুগী কাংলেন্সু,
জন্ম কর্ম্ম অমদা মফম মফম খুদিংম্মু,
মবুং গোপাল য়াওদনা চৎপা লৈতে মহাক্না,
চাংজৌগুম্না লাইজগী য়োকই থম্বান মবুংনা;
মবুংসিনা থন্নাই-ওই, নুরা মাগী পাংগন্নি,
মরুপ মপাং তিনবম্মু থবক খুদিং মক্তনি।[৮৩]

অম্মুম্না রারী রাতাই থজিক শামিন্নজবা, মশক-মশক থজিক য়েংনবা উন্নবা, খোয়থুম্না খোকপা মপাউ তমজ-তাজবা পুম্নমকসি উন্নবা লমদাংগী ওইবা বর্নণনি। মতাং অম্বায়দনি অশেংবা বর্নণদগী থরা

৮২। তস্যাশ্চ অধিষ্ঠানে সম্ভোগো বিপ্রলম্ভশ্চ।
—নাট্যশাস্ত্র; ৪৫

৮৩। '—ইন্দু'; লাঃ ৫৭

কল্লনাদগী থরম্‌ উন্নবগী মুংঙাইবা ফংলিবা। অন্না-অনা পূমকোক কোক্লবা, অপনবা পুন্নমক মচেৎ অমত্ত ফাওবা লৈরক্তবা মতাংদা মতা-শিংগা মুংঙাইনা হন্নাও-মথোই কা-না লৈমিন্নবা; 'লাইখো চাক' চামিন্নবা (লা: ৩০৪) মযৈদা পাখং ময়াম লৈশাবী ময়ামগা লোয়নননা চেংহী শম্বাল লাংমিন্নবা; পুন্নমক অসি উন্নবগী মতাংনি। লমঙ্গোবী থাক হায়রগনা—

মমাংঙৈদে হৌহুনা পুবা ঙমদে মমাইবু
পাখং মাগী কাদদি লৈরাং তোঙখ্রবীনি,
ইকাইবনা তুজুংবী কিজবনা নিকপনি।
ঙসি কোরৌ সিদদি লৈপাক কুমৈ ওইরুবে,
লৈপাক মীয়াম তিনবদা পাখং নাক্তা ফম্মুরে
ধ্রুব সত্য কৌরুরে পাখং মাগী কাহুদা
লৈপুন পরৈ কিখরে নূবা খুৎপু অনিদা॥[৮৪]

য়ারীশু অসিদা লেপ্পা তাবনি। ময়াং লৈপাক্কী লৈকাই মমা তোনসিজনা তেংথাবগী অমদি লৈবাক মীয়াম্না শিঙ্কবা পিরাংদি মুংঙাইবগী অমদি য়াইফবগী লম্বেল শেংদোকচবত্তনি। মতাংসিদা ইন্দূনা মতু চুংলিবা, গোপালবু নাকচেৎতা উজবদা নত্রগা মা লৈরে হায়বা ফাওরবদা কিজরিবা নীকচরিবা অকি-অখংগী খুদম নত্তে মুংশিবগী—অশেংবা মুংশিবগী লীচৎনি। লুহোং-মুমীৎ ওইবগী য়াদ নম্রি য়ুম অমত্তদা মতম কুইনা লৈমিন্নরকপা, কুম্মৈ-ফিয়োং কয়াদা হন্না হন্না চৎমিন্নরকপা মতাংদম্‌ মমীৎ হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমজদে, য়া ঙাংবা ঙমজদে অনীংবা কয়া ফোঙ-দোকপা ঙমজদে; য়া ঙাংগন্দবগী মথক্তা মুমহৎয়াইনা মুমহৎপ্রবী অমগুম লৈজবীনি লোয়নননা মহ কনবা জীবগী হুতনা মশাহু 'পাখং মাগী হুহুনা মুজা মুনা কারিবা' (লা: ৩২২) ওইহুনা ইপঙ-পঙথবগুম লৈজবী ইন্দুনি। "মুংসিবগা মুংসিবীগা অনিগী মুংশিনবা অহু চান্নবা

৮৪। লাইরিকসি : লা: ৩২২

মুংশিনবা ওইরবদি মুংসিবীদি মুংশিবগী মমাংদা অহানবা হেক উন্নবদা ব্রা'নথৈ, মসি প্রেমগী হৌনবিনি, মাস্নুম্না ব্রানথবা অহুবু রসিক ওইবা কবিশিংনা 'ব্রানথবা' হাঙ্গৈবসি হাঙ্গৈনদে ব্রাহৈ-ব্রাতানা ব্রানথবোইরে হাঙ্গৈবা থংহল্লি, মরমদি ব্রানথবা সিবা হাঙ্গৈবা অসিগুম্বা ব্রাহৈ অসিদি অমঙ্গল ওইবা ব্রাহৈনি কাব্যদা মাহু হাঙ্গৈরবদি দোষনি।"[৮৫] ইন্দুদদি গোপালগা উন্নবা থুদিংমক অহানবা উন্নবনি। ইন্দুগী মুংশিবা অশেংবা মুংশিবনি।

মহাকাব্যগী ময়াইনা পোঙলিবা অহুগা অভাংহল্লনা লৈজবা পুম্বা খুং থাহুনা লম কনজরিবদি কায়নবগী মতাং অসিনি। কাব্য অসিদগী কায়নবগী মৈশা অসি লোথোকপ্রবদি চুবাদমক লেমহৌগনি। পিরাং-লক্তা নাউবুবা, পিরাংথক্তা নাউনৌবা পিরাংতনা নাউয়োকপা শিঙেঙল ইন্দুনি। ইন্দুগী মোলাং চোংন-পিতনা অশংবা [৮৬] মচু শঙলবা কাব্যনি। য়ুম অমত্তদা নুজ্জা ওইবীগা পাখং ওইবগা লৈমিন্নৈ। অনীমক্কী থমোয়দা মুংশিবা লোত্তুনা থম্মী। অহল-লমনদি লায়রদনা মথোয় অমীফাওবা অমনা অমদা ফোঙদোক্লদে। ফোঙদোক্লদবা অমদি থঙহন্দবা অসিদগী কায়বা হৌরকপনি। পাখঙ-লৈশাবী লৈবনি মৌ হায়বা লাকই মৌ থাজবা লাকই। অনীমক্তা চান্নবা চান্নবী অনীমক্কী শেনমাঙনি। মুমিৎ সিজনা থাবনসনা থাজবা লাকপা মুমিত্তুদগী শনি চঙবা হৌরবনি। মুমিৎ অহুমক্তদা ইশম শম্না হেক্তা লোইশিনবা হৈজিংপোৎ পুবা কাওবা লেপ্পরকপা মতাং অহুদা—

মবুং গোপাল কৌবগী তালোই লেপ্প-ব্রা-হুবু
নুরা ইন্দু কৌবনা পায়ম-মুংদা থনববু
মুকলেপ লেপ্পা ঙমজদে মেনবু ইতা তাজদে।[৮৭]

---

৮৫। শ্রীশ্রীগীতগোবিন্দম্-শ্রীশ্রীকবিজয়দেবপ্রনীতম, বিদ্যাবতী ব্যাখ্যা সমেতম্;—শ্রীঅতোম্বাপপূ বিদ্যরত্ন, চুড়াচান্দ প্রেস ইম্ফাল, (১৮৫৯ এতচ্ছকী য়াশিন পুর্নিমা) লাঃ ৩৮

৮৬। শ্যামো ভবেত্তু শৃঙ্গার; (অশংবা শৃঙ্গারগী মচুনি)
—নাট্যশাস্ত্র; ৪১

৮৭। '—ইন্দু'। লাঃ ৬২

ইন্দুগী থমোয়দা মথুম-মরাঙ হৌবা হৌরবনি। কায়ন মৈচাক্কী মমী তম্বা হৌরবনি। হৈজিংপোৎ পুথিবদা ইন্দুদি তুক্ক-তুকাই চনবা হৌরবনি। মরক অতুদা, অমুক্কা, ফোঙদোক্লদবনিনা গোপালগী মবুকস্থ খঙত্রি অতুগা অমরোমদা গোপালনা হৈজিংপোৎ পুরবী থম্বানসনাবু তীংদম শিবা য়াবা ফীবমদা হুন্দোকলম্বগী ব্রাকম অমস্তু ময়েক শেংনা উরকপদা মস্তুং মমান্নবী অমগী খল্লুবদা লৌশিং থোক্কবা হৌরবনি। গোপালবু থেমহুনা য়াহনগেস্তু খল্লুই ; ঙমদে, মানা সুংশিরুরিবনিনা। মমঙ-মহা ইচোয় চোইরক্লে। থোপচিনবস্তু ঙমদা থাদোকপস্তু ঙমদা নীংজিং-মাঙজিংনৈ, মশা অহু ঙাইহাক্তা লৈত্তাবা ঙম্মক্তে। থমোয়গী মৈনা মফম মরাং খঙদনা চাকলকপনা চিন্নাইদবীনি হায়বা কাউথোক্তুনা লৈ পাম্বী অমদা ব্রারী শাবা হৌরুই। মৈচাক্তা মশাবু অমদি নাক-য়েৎপু উরক্তবা কাউরকপা অমদি চোইরোল-পারোল লোল্লকপগী ফীবম্নি। ঈংনা তপ্না ঙাওচৎনরকপনি। অস্তুম তকশিল্লকপনা মথোঙ-মরম পোরম-পারম ইথঙ খঙদনা গোপালনা প্র-প্রপ লাক্লদা খুদোপ শিন্নরম্মগা ময়াংদা চৎলনি হায়দনা য়াম্না শম্বা, তেনবা বিদাই অমা পীরম্মগা থুনা-য়াঙনা চৎখিবা অতুদদি—

> যাতি কৌবী লৈরাংনা বৃন্দা দেবী মথোংদা,
> লাংবন সুংশা মৈরক্তা মালেম লৈমায় থক্তুদা
> যাতি মানা কেনবগুম শিঙেঙন ইন্দু কেহ্লোরে,
> তিনথ্রোক য়াংদৌ চোংবগুম মালেম থক্তা তুহৌরে।[৮৮]।

লৌশিং মাঙহুনা ব্রাম্বনি। ব্রাম্বা হায়বসি অতোপ্পা তাইবং অমদা চৎপগুম্বনি, শিবগুম্বনি, অরোইবনি। শিবা য়ানা ব্রাবা অসিগী মৈচাক থজিক-থরাক্তগী ওইবা মৈচাক নত্তে।

সুমিৎ অসিদগী অতুম মতম শাংনা কায়নথ্রবনি। মমান্নবী থাবনসনা অমদা লুহোংখরে। মাগী ব্রারম্বহু নাথৈ অমা শেংনা শাফরে। অতুবু

৮৮। '—ইন্দু' ; লাঃ ৭৭

নোংমা ফানা মপি কংবগী ম্রাদি লৈথিদরে। পুন্সি অসিদা ওহোক্লা হৈনীংদনা, শিদবগী হিংদবা য়াদবগী অতুক হিংবা ওইনা লৈরক্লে। চাবা থকপদা খোয়জঙথিদরে। মশা অসি অনা লোয়রে। সমাজ অমদি পুন্সিবু ওয়ওয়নবা মতাং য়োরক্লে। হুংশিবগীদমক্তা পূম্নমকপু করিন্সু লৈতে হায়না লোবগী মওংমক্লি।

অরাবদা অরাবা হাপ্পা, লু কোকপা কুমদা লেন ভাবা ভাইবংগী হোনবনি। ইন্দু নোবোদা খাজগ্রে। থনবদা চময়ে। হাম্না কেমহুনা লৈরবীনি খাঙবা রানা থোকই; গোপালগী কাদা তুকথহুনা ভাই। লোশিং মতেক মতেক মাঙবগী ফীবমনি। অতৈদা হোঙবা ইন্দু স্নুকয়া য়ানীংদে। মরক অসিদা অমুক মাবু গোপালসনাদা থাজনবা শীনবা য়াওরক্লে। নোবোদগী হেন্না ফবা নুপানি। ফবা-কত্তবা, লন-থুম পূম্নমক্লা ফেৎ হাইহনবা ঙমদ্রবী ইন্দুনি। ফং অতুম কম্হোকই। নিং-থোগী মনাও ইবুংঙো অমগী মচা অমনা নিংথৌনা পাল্লিবা লৈবাক্কী পীকথ্রবা প্রজা অমা ওইরিবী ইন্দুগী থমোয়দা কৈস্নু ভোবা য়াথিদে। গোপালতবু লাত্তুনা থমগ্রবা ইন্দুগী থমোয়দা অতৈ অতোপ্পা অমগী মফম লৈতে। অমা পুশিল্লকপদা য়ানীংবা য়ানীংদবগী মরৈগী মতম অমদি মফম স্নুকলৈমক লৈত্রবনি। থমোয়দা লোশিংগী ভাঙ্গা ফাওবা লৈথিদরে। পুক্লিং হকচাং থমোয় থরাই পুন্সি পূম্নমক গোপালদা পীথরে। ভক্তিগী থাক্তা ওইরম্মবদি পূমকং কংথাক্লবা হায়বত্তু য়োরবনি—অয়োবীনি। ভক্তিদি নত্রবস্নু নুংশিবগী মতাংদাদ য়োরবনি। গোপাল ফংলোইদবা লৈরবদি পুন্সি অসি খাদোক্লগে হায়না চপ য়ুংগ্রবী ইন্দুনি—

ইশিংদরা মৈদরা ঐনা খোকপা ভৌরগে,  
য়াম্না থুনা হায়বিরো ঐগী লম্বী য়েংজগে।  
ঙম্মোই হায়না থনবিন্নু—হিং'না করি কায়নি,

ইতাও ! নংনা হায়বদা ঐনা শোয়দ-ভৌগনি ।
হায়বিহৌরিবা অসিনি ঐদি ঙম্মোইদ'নিকো
ঐবু হয়েং ইতাওনা হায়দে লাক্তে হায়নুকো ।[৮৯]

গোপালশু অচু মঙাই । ইন্দু মাগীদমক্তা হুংশিরবা মমা-মপা খাদোকই হুংশিজরবা মরৈবাক খাদোক্তুনা মীরমদা তাংহুনা লৈরুই । মকমত্তুদা কায়নবগী মৈচাক মতম পূম্নমক্তা খাঙহুনা লৈজে । মাতবু খন্দুনা লৈবনা গোপাল ঙাওচৎনরকই । মথমোয় পুবা ঙম্লক্তবা মতাংদা অশি-অচংগী য়াখল কাউথোক্তুনা নোংমদোনগী খাজ মঙোন্দা মচনগী মপাউ হংলুই—

ইচন মপাও তম্বিয়ু নংনা লোইনা খঙজিনি
কোরৌ য়াংনা থোকপনা খাজ লোইনা উরিনি ।[৯০]

অম্মুয়া কায়নবা-কায়নবী অনীগী কায়নবগী মতাংদা মগুণ লৈরম্বা মফম চাউনা চাউনা লৈরম্বা মীওই অমদি প্রকৃতিগী মচল পূম্নমক করিম্মু লৈরক্তে । ইন্দুদি মৈশানা লাকহৎলকপা মতাং থুদিংগী শিব পাংথক্লনা তরেক-তরেক তারকই ;—মথোঙ মথুৎ হামগনি চৎখিবী ইন্দু—

ইন্দু মথোং হায়মদে পুথ্রি শিরি থক-তুদা
তুমিল-লৈদা কয়ম্মি নূরা পুথ্রি মপান্দা ।
"ইন্দু ইন্দু" কৌরকই, পলেম, মাবু উবদা,
নূরা ইন্দু থুমখিত্রে করিগুম্বা অমত্তা !![৯১]

হুংশিবগী মতাংদদি ক'য়নবগী মৈচাক অসি লাইনীংনি ; সাধনানি ; তপনি লোয়ননা ব্রতনি । হায়রিবশিংসিদা পুক্নিং অনী লোঙদবা, থমোয় তনিক-তনিক্তবা য়াখল চোইদবা অমত্তদা চপ য়ুংনা খনবা অমা

৮৯। '—ইন্দু' ; লাঃ ১১৮-১১৯
৯০। লাইরিকসি : লাঃ ১১২
৯১। লাইরিকসি ; লাঃ ১১৯

চঙই। অমসুদা চপ মুংবা অসি ইন্দু গোপাল অনীগী সুংশিবদা মচু শেংনা লৈরি। কবিনা থাজরি—

নুরাশিংনা য়োগীনা, লাইনিংবগুম নিংনরি,
লাইথোং খুদিং চংহুনা লৈপুন খয়োম লাক্নরি।
অপাম কাদা থুংজগে, লাইশোন ওইনা শোম্নরি,
সুংশি কাদা য়োজগে হুগী ব্রত ভৌনরি।[২২]

লাইনীংদা, লাইশোন্দা, ব্রতদা ভাইবংসিগী ওইবা অরাবা খাঙবা ভায়— কায়নবগী মৈচাক থেংনবা ভায়। তপ তৌজমন মৈশা খাঙজমন মহৈ ওইনা ফংবনি কলি অসিদা চংনবীগী ওন্ন-তৈনবা অপাম্বা ফল অমা—

কলি কৌবা য়ুগ অসে ওন্নতৈনরবনি
হান্দক্কীদি খন্বানসে লোইবী খক্ত শাৎপনি।
খেঞ্জোং খাদা পোম্লিঙৈ হংভোই মানা সংলকপা,
ঐগী লৈরাং ওইরেদি লৈরাং সংগ তৌজবা
খেঞ্জোং খক্ত কাপ্রগা লৈরাং মীগী ওইথিবা
চিঙগী খোইমু শা-পানবা মাগী খম্বাল খোকখিবা,
হান্দক্কীদি লৈরাংসে খোক্তে হুম্বা লৈরাংদো
খেঞ্জোংখাদে হৌজিকক্তাও খম্বাল মপু হোংত্রিদো।[২৩]

সুংশিবগী উন্নবা অমদি কায়নবগী বমণ তৌবদা কবিগী হৈ-শিংবা অহুম নীংথিনা উরি। নোংপোক্লোমগী সাহিত্য নৈনবশিংনা শীংখারম্বা অমদি ময়াম্না য়ানারবা উন্নবা অমদি কায়নবগী থাক অমদি মচল ময়ামহু মহাকাব্য অসিদা মচা খায়ন-খায়না অহুম্মক থেংনৈ।[২৪] শীং-খাবগী রানি। অসুম্না মরীক চূম্না শীংখারিবা পুন্নমক অসিগী ফলদি

২২। '—ইন্দু'; লাঃ ৩০৬
২৩। লাইহিকসি; লাঃ ৩০৭
২৪। য়েং— ভরত মুনিগী নাট্যশাস্ত্র; শ্লোক ৪৪-৪৫ অহুগা পানশিন্দুনা য়েংবিবা য়াই।

গোপাল ইন্দুগী হুংশিবা মশক উৎপনি। অনীগী লেঙত্রবা হুংশিবা অসিনা কাব্যগী অহোবা ময়াই অমদি অরোইবনি।

ইন্দু-গোপালগী হুংশিবা তাইবংগী অপাম-হুংশিগী ওইবা হুংশিবনি; শ্রদ্ধাসু নত্তে অত্থগা, ভক্তিসু নত্তে; ঈরোয়নবা অনেম্বা থাকী কল্লক-করাম-মিহোৎবসু নত্তে। অশেংবা তাইবং অসিগী মুপা-মুপীগী অশেংবা অমদি লেঙত্রবা হুংশিবনি। আদর্শবু লুনা তৌজবা অমদি সমাজবু ইকাইখুম্নবা পামজবা অঙাংহলগী আদর্শনা মপুঙ ওইনা শাগৎপা হুংশিবনি। মৈত্রবাক্তা মোইরাং-শাইওনগী হাক্কেক্কুগী লৈরক্লবা হুংশিবা অত্থ মশেংবা মচ্ লোক্লবা মৈ চঙতুনা অমুক্কা য়েংবতনি অঙাংহলগী আদর্শগী কোনশঙদা।

## লোন্দা-পুদা

রসকী হুংঙাইবনা সাহিত্য-কাব্যগী থল্লায় ওইবা মতমদা থল্লায় অসিনা লৈগদৌরিবা হকচাংদি ফোঙদোকপগী অমত্তা ঙাইরবা লোল অসিনি। লোল হায়বসিমক্কবু মীওইবদা—কবি অমদা পোকপদা লোয়নরক্লবা, ঈ-তোংশ অমদি হকচাংগী কায়াৎশিংদোনা ঈশ্বরনা পীনবিরক্লবা মনা নত্তে; সমাজনা সমাজগীদমক্তা পীবনি। লোল মীনা শেম্বা থৃৎশেম্নি। অত্থনা লোন্দি তম্বা নৈনবা অমদি শীজিন্নবা (Practice) তাবনি। ফনমক হায়তুনসু কাব্যগী লোলগী মতাংদা পীখোরকপা প্রতিভাদা পুল্লপ ওইনা থাজতুনা হৈবোং মথাদ য়া কাথৎলগা হিপ্তুনা লৈখোকপা য়ারোই; হোৎনদবা য়ারোই। উম়ং-রামংদা চীংহুং-মাহুংদা চন্নত্রবা লাইপোক মশীং থীঙমদনা লৈরম্বা য়ারি। অনৌবা যুগকী সাহিত্য সুবশিংনা ফনমক ময়ামগী ঙাংন-শানরিবা লোন্দাদা থাজতুনসু সাহিত্যগী লোন্দাগা অয়ুক-হুংদাংগী লোন্দাগা মান্নহনবদি য়ারোই। সাহিত্য অমত্তগী নত্তে তরা তিন্নবগী পোৎনি। তরা মমাঙ খোকপদা ফি শেত্তবা য়ারোই থজিক্তুংদা ওইরবসু লৈতেংদবা য়ারোই—

পেংমক চোইত্রগদি। এরিষ্টোটলনা চুম্নগী রাঙাং শাফাংগা সাহিত্যগী লোন্দা-পুদাগা খেন্নে হায়দনা ঈচঙ খৌনা হায়রম্বা রাকমচু[১৫] চুম্মবনি। সাহিত্য কলা অমনি। কলাদদি থূৎশেম শোইদনমক চঙই। কলাগী ফজবা লৈরিবস্থ থূৎশেমদনি।

কবি অঙাংহলগী লোন্দা-পুদা মশাগী থূৎশেম চঙলবা ফজবা সাহিত্য-কায়াংনি! সাহিত্যগী লোল অমদা অহানবা ওইনা চঙলিবসি রাহৈনি; রাহৈ-পুকৈ (vocabulary) নি। '—ইন্দু'গী রাহৈ-পুকৈদা রাহৈ মখলশিং অসি য়াওই—মণিপুরী মশাগী ওইবা—খরা লিবা অমদি অনৌবা; মীরোল্দগী লৌশিনবা (loan-words)—সংস্কৃত, বাঙ্গলা, অসিনচিংবদগী, মসিদস্থ মওং কায়হন্দবা (তৎসম-original) অমদি মওং কায়হল্লবা (তৎভব—corrupted) অনী থোক্লি। মণিপুরীগী রাহৈ-শিং খনবদা কবি হৈ শিংই। রাখল অমদি থমোয়গী ফীবমগা চান্নবা থোৎপা, মেঙবা কনবা রাহৈশিং শীজিন্নৈ। অর্থ মথং মথং পুন্না ভম্বা রাহৈ শীজিন্নবা হোৎনৈ। পাত্রগী মমিং খোনবা ফাওবদা লীচৎকা চান্নবা মীন্তা হেক উবা, থমোয়দা ফাওবা য়াবা মওংদা থোক্লি—ইন্দু (থাজ), লৈপাক্লৈ, কৈনা, তম্পাক অসিনচিংবা। মওং কায়হন্দনা লৌশিনবদা প্রেম, মন্দির, হরি, বৈষ্ণব, ইন্দু, তীর্থ বিষ্ণু (সংস্কৃত) রোরাক সোসান (লা:৮), মংগোল, (বাঙ্গলা) অসিনচিংবা। মওং থুগায়রগা লৌশিনবস্থ ফনা য়াম্মী—কৈনা (<কন্যা-সং), গালিচা (<গলীচা ফা), জৈগ (<য়ঞ্জ-সং), ভাবোক (<ভাবুক-সং) রেসম (<রেশম-ফা°) মানকোষ (<মালকোষ-সং), আনোক (<ঐনক-অ°) অসিনচিংবা।

মতাং খরদা মণিপুরীগী রাহৈ শেমদোক শাদোক্লুনা মশাগী ওইবা

১৫। The Diction becomes distinguished and nonprosaic by the use of unfamiliar terms, i. e. strange words, metaphors, lengthened forms, and everything that deviates from the ordinary modes of speech.

Aristotle, Poetics, sec. 22 (P.75)

মওংদা, চৎননবা পরীক্ষা তৌহ্নুনা য়েংবস্তু য়াওরকই—ফাগি যুগাইনবা (ফাগী জুগাই তৌনবা লাঃ ৫৪), লমছকনবা (লম্মুক্লবা ৭৭), শঙ্গৈ-রৈনচিংবা (শহ্রিদা শাৎপা লৈ-৮৩)। মতাং খবদা চৎনদবা ৱাহৈস্তু শীজিন্নরকই—চ্রিবোন চিবোন (১৬৭); খাবাং খাবাং (১৯৩) অসিন-চিংবা। ওইফম থোকপদি চিবোন চিবোন, খব্রাং-খব্রাং অসিনি।

অম্মুয়া খল্লবা, মল্লবা অমদি ঈৎ-থোক্তুনা শেম্লবা ৱাহৈ ময়াম অসিবু লেংশিল্লগা লাম্ছোকপদনি পরেংগী মওং অমদি কাব্যগী ইবগী মওং (form) লৈরিবসি। মওং অসিদা সাহিত্য কলাগী ফজবস্তু লৈরবনি।[৯৬] মওং অসি শেম্মক শারকপদনি মশাগী পীথোরকপা প্রতিভা হায়বা শক্তিনা ময়েক শেংনা থবক তৌরক্লিবা। মসিদনি মী অমগা অমগা খেন্নরিবা অতুগা মান্নবস্তু উরক্লিবা অতুগা অমুক্কা পামজরুবা হৈনজরুবা অইবশিংগী মমি খিনরিবা, উনরিবা, অমদি ফংনরিবা। মসিনি শম্না শৈলী হায়রিবাস। শৈলী হায়বসিদদি, চাউনা হায়রবদা ইহুনা ফোঙ-দোকপদা লোম্পাদা চঙবা য়াবা ফজহনবগী মচল পুম্নমক চঙলবনি।

অহানবমক্তদা ছন্দ[৯৭] হায়নবা, নিয়ম নাইনা খোম্থোক হায়বদি ময়েক, শীন্দোক-শীজিন তৌবগী মওং অহ্ নৈনবা তায়। লোল অমমমগী মশাগী ওইবা ছন্দগী মওং তোঙান তোঙান্না লৈফম থোকই—মান্নবস্তু য়াই মান্নদবস্তু ময়েক্লি। মত্তৌ তম্নহুনা হোৎনহুনা লোল অমগী ছন্দ অমদা অহুম পুরকপা য়াই ফত্তবস্তু নত্তে। মৈত্তৈরোন্দা সোনেট শেম্বা য়াই, বাঙ্গলীদা পেনা শৈশক লৈহনবা কায়দে। সংস্কৃতকী ছন্দ ময়াম

৯৬। The aesthetic fact is form and nothing but form.—Aesthetic as Science of Expression and General Linguistic, Croce, (হন্দোক্লা) Douglas Ainsle (ডগ্লস এনসলী) P.26

৯৭। লোলবু থুম্না তাহরবগীদমক অমস্থং অতাবগী পুক্লীংদা যস পোকহনবগীদমক অমদি ৱাহৈগী মহুংদা লৈবা ৱাখলবু অর্থগী মপান্দা পুথোক্লবগীদমক মওঙ নাইনা খো-মোক শীন্দোক শীজিন তৌবগী নিয়ম, ছন্দ কৌই। —বা, কু, সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, ছন্দবীনা- লাঃ ৩

ভারতকী আর্য লোনশিংদা নীংথিনা লৈরিবসিনি। হোৌরকফম পুনবা লোল মশেন্দদি মাল্লবা ছন্দ থিবা নত্রগা শেন্না কোয়া থোকই। হৌরকফম পুন্নবা, ফেম্নিলী মাম্নদবা লোনশিংদদি থরা য়ানা থোকই; হোৎনবা অমা চওই; মতা চাত্রগদি অরিং-অরাংবা ওইনা থোকপস্থ য়াদবা নত্তে। লোল অমগী মশাগী ওইবা ছন্দ শোয়দনা লৈজগনি। সংস্কৃতকী গ্রীককী ইংলিসকী ছন্দ মৈতৈরোনদা, লৈরম্মোইদবা উরবদি- থিদবা কৈ নাম্মৎ শীংকনি।

মমিং থোনবা খণ্ডদে থোন্দবা খণ্ডদে মৈতৈরোনগী মশাগী ছন্দ লৈজে—কুইরবা, শৈরেং মখল মখল ইনরক্লবা লোননিনা। কবি অঙাংহলগী ছন্দ মৈতৈরোনগীনি। হৌজিক ফাওবদা অকক্লবা মমিং অমা থোনবা অমদি মমিং অক্ষু ময়াম্না য়ানরবা ওইত্রবস্থ '—ইন্দু'দা পাক-শন্না, হৌবদগী লোইবা ফাওবদা শীজিন্নরিবা ছন্দ মখনদি—

লাইরিক সিদা ইরিবা

শৈরেংসিনা লেপ্লদি—থোম্বোক তরেৎ তরেৎনা
মতুপ অমা ওইবনি, সোর হোনফম অমদা
মশিং অমা লৌরগা তাংকক নিপান নিপান্দা
পরেং শাবা শৈরেংনি, থাইদৈ লাইবা মওংনি।[৯৮]

য়াম্না শম্না স্বর থোম্বোকী অশাংবা-অতেনবা (গুরু-লঘু) নত্রগা মৈতৈ- রোন্দদি অক্লম-অয়াংগী য়াথল থাদোক্লগা চুম্নগী স্বর ময়েক অমা পুরিবা থোম্বোক অত্থদমক মশীং থীবদা থোম্বোক তরেৎনা শাবা পরেং মতেক অনী পুনবা হায়বদি থোম্বোক ওইনা তরামরিনা পরেং অমা শাবা মওং হায়বনি। মসিদা কবিনা অমুক পামজরিবনা পরেং মতেক (তথ্যায়) অমা পারগা ঙাইহাক লেপ্লা, হায়বদি পরেং মপুম অমা পাবদা অনীরক ঙাইহাক ঙাইহাক লেপ্লা, লেপ্লিবা মতাং অসিম্থ থোম্বোক অমমমগী

৯৮। খগ-থোইবী শৈরেং, অঙাংহল, লাঃ ১৪৪৬

ভাবত্তা লৌবা, অতুনা পুন্না খোম্থোক নিপান+নিপান, হায়বদি তরা-তরুক অসিনা পরেং অমা শাবা হায়বনি। হায়রিবা মওং অসিনি কবিনা পান্না শীজিন্নরিবা। মওং অসি কবিনা কয়ামুক খোয়দাজবগে হায়ববু 'খম্ব-থোইবী শৈরেং' গী পবেং লৌশীং কুন্থ্‌'মাপল্লোম অসি হায়রিবা পরেং অসিনি।[৯৯] ছন্দ অসিমক পরেং লৌশীংনিপান হেন্না য়াওবা 'শিঙেঙল ইন্দু' দস্মু মরক্তা চিম্থ-নাম্থ য়াওবা থরা নত্তনা, অতুম শীজিন্নরি। অনীংবা অমগা ফনা কন্না হোৎনবা জাৎনি। পরেং অসি মশানা ইরাই-ইরাই লাইনা পোপ পোপ তাজবস্মু কোঙ্গাইনি। অতুগা পরেং অসি তা-নবা লাক্লবদা চৎনবী য়াহৈবু খে ম্থোক থুগাইবস্মু য়াওরকই ;—

'হরি সংকিরতোনগী মখন পুম্বা তাজরে।' (লাঃ ৪২) মসিদা পাবা তারকই ; সং-কি-র-তোন ; স-কীব-তন হায়না পাবগী মহুত্তা। অমরোমদা অমুক ঙাংন-শান্নবগী ওইবা য়াহৈনি হায়বগী থাজবদা খোম্থোক পুনশিল্লকপা য়াওরকই ,—

'নমায় মত্তা ওইবগী নংনা ইমা কৌবনি।' (লাঃ ৩২৬) মসিদা 'নমাগী' হায়বা খোম্থোক অহুমগী মহুত্তা 'ন-মায়' হায়না অনীথক্তা শীজিন্নরকই। অস্মুন্না ইন্দুই (ইন্দুগী), ফ্রাংজি (ফরাংজি), হিং'না (হিংতুনা নত্রগা হিংঙুতুনা নত্রগা হিংলুতুনা), অসিনচিংবা। করিগুম্বা মতাংদা কায়দনবা হোৎনবদা নাউনদা ভার্ব শেম্বস্মু য়াওরকই—ফাগী যুগাইনবা (লাঃ ৫৪) অসিনচিংবা। অসিগুম্বা মওং অসি কবি এ, দরেন্দ্রজিৎ সিংহগী 'কংস বধ'[১০০] কাব্যনচিংবদস্মু উবা ফংই। মতম অতুগী হোৎনবা মখল অমা ওইরম্বস্মু য়াই।

ছন্দ অসি তাদবা, কন্না হোৎন-হোৎননা, পরেং থরস্মু কাব্য অসিদা থোংনৈ। পাবদা কন্না হোৎনতনস্মু মশী' স্থনবা যাদবা পবেং যাওই—

৯৯। য়েং—লাইরিক অসিগী অহুমস্মুবা মতাং।
১০০। কংসবধ, এ, দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, যামিনী দেবী, ১৯৪৫

'পাপকী লম্বী অমতা মাপী য়াখন্দা।' (লাঃ ১৬০) পয়েং অসিদা অকোনবগী পয়েং ভথায় অসিমদি খোম্ হোক মঙাদগী হেনবা য়াদ্রে; 'য়াখন্দা' হায়বসিদা য়া-খ-ন-দা হায়দনা থুগায়রবা ফাওবদা অমা অহুম য়াংলে অহুগীম্ মথক্তা অর্থ মতা চাদ্রবদি পাক হেক খাইদোকপা থুগাইবা য়াবা য়া নত্তে। অসিগুম্বা পয়েংসি অমথক্তা নত্রি; ওইরম্লবদি ইবদা নম্বদা শোয়খিবা নত্রগা চিথহৌবনি হায়বাময়াবা। অহুবু থরদি (লাঃ ৪৭, ৮২, ৮৬, ১৭১ অসিনচিংবদা) য়াওরে। অম্মুক য়াম্মদি শোয়রমগনি থাজদে। অমরোমদা অমুক, ফনা য়াম্মা পূনশিনবা য়াবা মওং য়েংহুনম্ব খোম্ হোক হেল্লবা পয়েং থেংনৈ—

যাত্রা মানা পোকপদৈ চহি তরা তয়েৎম্বুবা ফাও (লাঃ ৩) পয়েংসিদা অনীম্বুবা ভথায় অসিদা হেন্দুনা অহুম্মক লৈরে।

ছন্দ অসিগী ফজরিবা, পাবদা অমদি তাবদা মুংঙাইরিবা অমনা পয়েং অনী অনীগী অরোই-অরোইবসি, য়াহৈগী ওইনদি খেম্নজয়বম্, খোম্ হোক মাম্নহল্লি। হায়বদি, ইহান হানবা লামায়মক্তদা; লৈরে —না,—না; —নি,—নি; —ম্না,—না; লে,—ক্রে; ন্দা,—ন্দা; —না,—না; —না,—ম্না অসিনচিংবা। ছন্দ হায়বসিদা পাবা অমদি তাবদম্ব মুংঙাইনা খোকপগী য়াফম লৈ। শিঙেঙল ইন্দুদা শীজিম্নরিবা ছন্দ অসি ফজে হায়দবা য়ারোই। য়াহৈগী লৈতেং অমম্মুনি (মতোন-তাবা মাম্নবী)।

য়াফম অমত্তংবু, অমত্তগী ওইবা খোঙকাপ মশীংদা পাক্ক্লনা অম্মুম চথরকপনিনা কাব্য অসিদা, অমথক্তা অম্মুম চাহুনতা লৈবদগী মহাও য়াংলকপগুম্বা তম্হরকপগুম্বা অমা তৌনা খোকই। অয়াবগীম্ব মুংশিবগীম্ব অকনবগীম্ব অকিবগীম্ব হায়বদি, শম্না হায়রবদা য়স পূম্নমক্কী মতাংদা ছন্দ অমত্তদা পাবা অমদি তাবসি তমজনফম ওইনা খোক্লোই। মসিদি তশেংবদি ছন্দ মশাগী দোষ নত্তে শীজিম্নবদা মত্তা চাখিদবননি।

মসিননি মহাকাব্যদা ছন্দ মখল মখল শীজিন্নবগী র়া শাস্ত্রশিংদা পন্নরিবা। নিয়মগী র়া ভাক্তন্সু নত্তনা মথেল হায়বসিন্সু মহাও অমনি। ছন্দ মখল অমত্তমক শীজিন্নবগী দোষ অমদি অতুম মরৈ।

হৌজিক ফাওবদা মৈতৈরোনগী ছন্দ অসি পল্লেপকম অমা ইখন্ড খন্ডদনা ইভাও তাউহুনা লৈরি। ছন্দগী মরমদা শক্তাকপা অমদি নৈনবা লাইরিক অতুম-মরীথক্তং[১০১] তরক-তরক মোংলক্লিবা অসিদস্মু ছন্দগী শক্তম অসি পুম্মুম ভাউ হায়বা ইয়া য়াদে। মা-বগী ফীবমদা লৈরি। মওং-মরীন নাইবা মশক অমা থিবা হৌরকপনি, হৌরিবসি করিবনি। শোয়দনা লৈরে হায়বদি খন্ডনরবনি। অতুবু থিবদা মতা অমা তৌথি-বননি। থিবদা মৈতৈরোনগা নক্লরক্লি অমদি নক্লরি হায়না খনবা সংস্কৃত অমদি ইংলিসকী পথাপলোমদগী য়েংদবা তাবনি। সংস্কৃতকী চৈতপ ময়েক্তা অশাং—অতেন—গুরু—লঘু—গী মশীং থিত্নুনা ময়েক মশীং ককলুবা য়ারোই। মৈতৈরোনগী চৈতপত্তি য়ান্না মনীং তম্মী সংস্কৃতকী অফা অপুন অতু লৈতে—লৈরবসু মতাং খরদতনি। 'গী' 'গি' চপ মান্নরি। অশাং-অতেনগী র়া লৈতে অরূম-অয়াংদা চৎপা লোননি। সংস্কৃত-হিন্দীনচিংবগী অশাংবতু তেল্লা অতুম হায়নৈ, অতেনবা মতাংদস্মু পঙচিং মচিংই। চৎনবীনি হৌনবীনি মৈতৈরোনগী মগুণনি—দোষ মুকনৎ নত্তে। ইংলিশনচিংবদা চৎনরিবা এসেন্টেড, অন-এসেন্টেড অমদি ফুট মওং মতৌ অদোমদগী মপা লাক্লগা মণিপুরী প্রোসোডিবু পশোৎ মান্নবা য়েংবা ফত্তে। অমুবা কোরা ওইগুমসি লয়াই-লেমফুদা শিখা চাউনস্মু ফুমগুমসি। বাঙ্গালী হিন্দীনচিংবদস্মু লুপশিন্দুনা হাউরবা সরবতস্মু শেমগুমসি পুম্নমকপুদি ইকায় খুম্নসি হায়বগী য়ানি।

---

১০১। ১। শৈরেং লৈতেং, কালাচাঁন্দ শাস্ত্রী (১৯৬৪)
২। ছন্দবীনা, রা, কু, সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯৬৯)
৩। মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ, এলাংবম নীলকান্ত (১৯৭৩)
৪। লোনগী রারোল—২বা, ২বা, রাহেংবম যুমজাউ (?)

ছন্দ অসিমক্তি পেনা শৈশক্লি। স্বুর পান্দুনা অশৈবশিংনা পেনাগা লোয়ননা শকপা ভারবদি রস পুন্নমক্তা শীজিন্নবা য়াবা অত্থগা য়াম্না তোয়না শীজিন্নবা মথল অমনি। মৈতৈরোনগীস্ মায়চৌশিংনা কন্না হোৎনত্থনা, হোৎনদবা নত্তে; ছন্দ মথল কয়ামুক পুখোক্লবা লাক্লে। কোম্বীরৈ শীখাদোই, থাবলচোংবী থাবুংতোন (কালাচান্দ শাস্ত্রীনা); উচন শৈরেং, খোল্লুমখোই, শৈনিখোই, খোম্লিম্বোই (সুরেন্দ্রজিৎনা) হেপলি-থাংবৈ, পাবোৎ, (নীলকান্তনা) অসিনচিংবা কয়া পুখোক্লরক্লি। ফলদি লাক্লে চরা-চরাবগী য়াদনি।

কাব্য অমদা থমোয়দা ভিং হেক ফাওবা মীত্তা শং-শং হেক উবা য়াবা প্রমাণ-পাম্বৈ কয়াসু চঙই। অঙাংহলগী লোন্দাদা হায়রিবা মচল অসি মরাঙ কায়না নীক-নীক লাউনা ঈমায় চোন্না য়াওরি। অলঙ্কার নত্রগা রেটোরিক (Rhetoric) কী য়াকয়ি। অলঙ্কারগী মতাংদদি মমিংদা মথলদা খেন্নবগী য়াতনি মন্থংগী মতোং-মচাক্তি লোল অয়াম্বদা ফনা য়াম্না মান্নে হায়বা য়াই। মফম মফমগী অমদি মতম মতমগী মতুং ইন্না প্রমাণগী নত্রগা চাংদম্নবগী পোৎ খেন্নবা য়াই; হায়বা ঙাংবদা মান্নদবা য়াই। অত্থবু মীওইবগী য়াখল, লৌশিং অমদি থমোয়গী ঈথিলদি অমত্তনিনা অত্থগীসু মথক্তা চাবা থকপা তুম্বগুম্না ময়ামগী ওইবা লীচৎ ওইবনিনা প্রমাণ-পাম্বৈস্ অত্থম মমান্নে। পৌরপ নৈনবা নত্রগা কুপ্না খিজিনবনা মওং-মতৌ মশক-মমিং (অলঙ্কারগী) অমদি মথলদি অত্থম খেন্নগনি। সংস্কৃতি খেন্নবস্ খেন্নবগী মরম অমনি। কাব্যদা লৈতেংদি থুদিংমক্তা চঙই।

পরেং অমদা, থরদা নত্রগা ময়ামদা য়াহৈ অমা মত্রগা খোম্বোক অমা হন্না হন্না লাকপসি ভাবা সুংঙাই ফাবা লায় নীংশিংবদা য়াদে। কবিনা শৈথারি—

শক্ন শক্ন য়েংবদা ইশৈ শকই খংনদে
মাগী মখোন তারগা ইশৈ শকই খংনৈদো,
লৈয়াং মাবু উবদি কল্লরুদে মুংশিদো।
কল্লক্তবা য়াদবা খরদনা কল্লকই[102]

মতাংসিদা 'শক' অমদি 'কল্লক' হায়বসি হন্না হন্না মওং চুন্না লাকপদা মুংঙাইবা অমা কাওই। ময়েক্তা নত্রগা রাহৈ-মচেত্তা নত্রগা রাহৈদা লৈবা লৈতেংনি ফজবা লৈতেংনি। অসিগুম্বসিবু সংস্কৃতকী পণ্ডিতশিংনা অনুপ্রাস কৌনৈ; ইংলিসকী স্কোলারশিংনা এলিটরেশন হায়নৈ অদুগা মৈতৈগী পণ্ডিত অমনদি বসকন্নতুংইনবী[103] হায়না মিংথোল্লি। রাহৈ লৈতেং অসি অখণ্ড-অহৈশিংনা মখল মঙা থোক্না খান্নদোকই। অসিগুম্বা রাহৈ-লৈতেং অসি '—ইন্দু' দা য়াম্না যাওই। অসি নত্তবা কয়া অমস্তু নীংথিনা য়াওরি।

অর্থদা তোৗবা লৈতেং (অর্থালঙ্কার) কয়া অমস্তু কাব্য অসিদা থন্না য়াওবি। চাংদম্নবদা প্রমান পাম্নৈ কয়া পীবা অদুগা মান্নবা উবুনা চাংদম্নবা অসি অঙাংহলনা তোযনা অমদি চাং হেন্না শীজিন্নবা লৈতেংনি। মীওইগী মপানগী শাওং-শাদা ফজবা শৈথাবদা, মনুংগী শকপান্দবা ফীবম শীংথাবদা, মহৌশাগী পোৎলম যেকপদা, শমজিল্লবদা, শীংথা-শৈথাবা অয়াম্বদা চাংদম্নবসি কবিনা শীজিন্নৈ। ফজহনবদা ফজবা ঙাক্তনি। মখল মখলগী মীৎয়েংদগী মখল-মখা য়াম্নবা চাংদম্নবগী শক্তম খরা—

কনা 'মনা হায়রকই—"মপু চরণ হায়বদি,
গঙ্গা কৌবা তীর্থনি পোইরৈ লৈবাক 'খোইগীদি (লাঃ ২৯৭)
অউপ-লাংগী মওংনি লুমাং তাবা শন্নাংনা
নাইথেম চেক্কী নারৈনি মুরা শাইদি অনিনা
মাইখোং থম্মান মাল্লিদো করি মনিং থিজনো (লাঃ ৫৬)

১০২। '—ইন্দু'; লাঃ ১৫১
১০৩। শৈরেং-লৈতেং, কালাচান্দ শাস্ত্রী, লাঃ ৫

লোক্তা হৌবা উগুম্না তোংগানৈনে শাবান্দো,
মক্তোন পুংবা পামেনগুম সন্নাং নিংখিজবদো। (লাঃ ৫৫)

চাংদম্নবা মথলগী নৈতেংনি। উপমা অমদি সিমিলী হায়নবা মথল অহুনি। চাংদম্নহুনা তৌবা নৈতেংগী মতাংদদি অঙাংহল য়াম্নমক হৈ-শিংই। প্রমান-পাম্বৈনা ফোঙদোকপনা কাব্য অসি মবুক পীক থল্লি। সংস্কৃতকী শাস্ত্রদা শীংথারিবা উপমাগী মথল পুম্নমক—পূর্ণোপমা, লুপ্তোপমা, মালোপমা অসিনচিংবা য়াওই।

মণিপুরী সাহিত্যদা মমিং তোয়না তা-নরবা অলঙ্কারশিং উপমা, রূপক, উৎপ্রেক্ষা, সমাসোক্তি, অতিশয়োক্তি উল্লেখ, সন্দেহ অসিনচিংবা অসি মখোয় মখোয়গী মথলশিংগা লোয়ননা য়াওবদা নত্তনা তাঙনা পম্নবা কয়া অমস্তু মশিং য়াম্না থেংনৈ ; কৈদাবু—

বীপ্সা[১০৪]

পলেম ইমা ইবেম্মা! শাওবীগনু ইমানা
ইমা খোকপ্রে' তুংহুদা ইহুনিংথৌ কোন্দুনা,
নমোম লাইবক থীবিদো হিপথরুরে পলেম-ও (লাঃ ১৩)

অতদগুণ[১০৫]

লাইজ থক্তা হৌবনা থম্না থম্মান মনানা
লাইজ পকউ য়াদগুম তোক্লে পকউ য়াদনা

* * *

লম্ফাং হৌবা পাম্খোক্কী মনাহুনা তৌবগুম
নোংগী মরিক অমতা পকউ হায়বা য়াদগুম (লাঃ ১২৩)

---

১০৪। অরাবা, হুংঙাইতবা, হয়াওবা অকিবা হক্লোইবা অসিনচিংবা ঈথিল ফোঙদোকপা নৈতেংনি রাহে-নৈতেংনি।

১০৫। অতোপ্পা পোৎকী মশাগী ফল চঙদবা উৎপা অলঙ্কার।

য়াফম অমনা, লৈতেংশিং অসি কবিনা অসিমদি শোয়দনা য়াওহল্লগে, মমিং অসি কৌবসিমা হাপ্লম্ব চুম্মী হায়বগী অকল্পবা য়াখল অমগা লোয়ননা হাপ্লমগনি হায়বগী য়া লৈতে। মায়চৌ ওইবা খরদি অকল্পবা নিয়মদা চপ-চপ চাবা খোঙথাং থাংহনা চৎলম্বম্ব ময়াই। অহুবু অয়াম্বা মতাংদদি কবি ওইরিঙৈদা 'মায়চৌগী য়া' কাউবমগনি। অঙাংহলগী কল্পনানা ঈফুৎ অমদগী শেমজখিবা লৈতেংনি। কবিগী মীৎয়েংনি। লৈতেংদি হান্নমা লৈজরবনি। মমিংনা কোয়া, নৈনরবা মতুংদা খো-ল্লকপনি। কাব্যগী লৈতেং কবিগীনি মমিংনা শাস্ত্রগীনি। অহুগা অমুকম্ব শাস্ত্রদি সাগরনি। মসিদা য়াওদবা পোৎ লৈবা নত্তে য়াওরমত্রবম্ব চলহনবা য়াই মতম চঙবগী য়াতনি।

অঙাংহলগী লোনগী লৈতেংদা মণিপুরী মশাগী ওইবা তোপ্পোপ তাবা মওং অমম্ব উবা ফংলি। তত্তনা শীজিন্নবা থেংনৈ—হিদাক খুদোং (২৭৬), মোংবা মরান য়াই (৬), খোইনৌ ইতা (৮), পম্বৌ নপা (২২), লোইবী চিং (৭৮), মালেম পৃথি (১৬৫), লেয়ে ঙা (২৭১), কোরৌ হুমিত (৩00), তরেৎ সেঙ্গা (২৭৩), ফিজং য়ুখল (১৩৬) অসিনচিংবা। য়াহৈ পুঙবা অমমমগী য়াহৈশিং অসি চৎনবীগী ওইনা অর্থ মায়ে। মুন্না য়াহৈগী হৌরকফম, শীজিন্নফম, মহুংগী অর্থ, ওইবা য়াবা ওইরিবা, ফীবমগা চান্নবা চান্নদবা অসিনচিংবা য়েংলুরগবুদি মখল মখলগী অর্থ খোকপা য়াবম্ব কোঙ্গাই য়াওরি। অহুবু দর্শননচিংবগী মীৎয়েংদা ব্যাখ্যা তৌবগী য়াফম থাদোক্লগা হৌজিক চৎনরিবা মওংদদি অর্থ মান্নবা য়াহৈ অনীনা শাবা পুঙবানি। পরেংদা য়াওরকপা মতমদা পাবা অমদি তাবদা হুংঙাইবা ফাওই। অনুপ্রাসনচিংবগী মওংদা চপ মান্নবা য়াহৈ অনীনা হায়বদি,—পম্বৌ পম্বৌ, ইপা ইপা, লোইবী লোইবী, পলেম পলেম হায়দনা শীজিন্নরুবদা ফজবা য়াৎকনি হুংঙাইবা ময়েং তানা খোকনি। কবিগী লৈতেং মতা অসিদদি কাব্যগী হুংঙাইবা শোয়দনা কংনরি।

তৌবগীদি লৈতেংগী মওং অসি মৈতৈগী সাহিত্য অমদি লৈশক্তা থাইনতৈদগী চৎনরকই। পেনা খোংজোমপর্ব, খুলঙ ইশৈ অমদি অইবা সাহিত্যদা পাক-শন্না উবা ফংই। মৈতৈরোনগী তোপ্তোপ্পা কাব্য ফজহন্নবা লৈতেংনি। লৈতেংগী মখল অসিবু কালাচান্দ শাস্ত্রীনা সংস্কৃতকী পুনরুক্তবদাভাসালঙ্কার (হঞ্জিন হঞ্জিন হ'য়গুম্বা) নি হায়না কন্না থাজরি।[১০৬] অতুবু য়েংবদা হাইরপ মানবগী ৱানি ; তশেং-তশেংলবা পুনরুক্তবদাভাস ওইদে। মরমদি হায়রিবা লৈতেং অসিদা য়াওরিবা অর্থ মান্নবা উবা ৱাহৈ অনীসিগী অর্থ হনবদা পীরিবা ৱাহৈ পরেং অতুগী পোইরৈ য়েংবা (context) অমা চঙই। হায়বদি মওংবু,—পুনরুক্তবদাভাস ওইবা পরেং—

'তপ্পা তপ্পা মচারী থর থরম্মু মহারী, হায়বসিদা অহানবগী 'চারী' অমদি অনৌবগী 'হারী' হায়বসিগী অর্থ মথংশিংনা 'চীন্দা শায়বা' অমদি 'স্বর ফুন্দুনা লোক খুবনি' হায়বসি তাহন্নবা হোৎনবদা ৱাহৈ পরেং মপুম অসি য়েংবা তারকই ; হায়বদি শোয়দনবা চেক-শিন্না তপ্প তপ্পম্মু চাবা হায়বতু তৌরিবনি হায়বগী মওং অমা লৈরিবা অমদি হোৎন হোৎননা শোয়তুনা স্বর ফুনবম্মু থরা থরা তৌরি হায়বা অসিদি পরেং মপুমসিদা পাশিন্নরগা থোকচরকপনি। হায়বদি অর্থ মান্নবা উবনি তশেংবদি মান্নদে হায়বা অসি পরেংদগী থঙবনি। ফীবম অসি মৈতৈরোনগী লৈতেং ওইরিবা পরেং—

লাইজ কংলক্রবদা মালেম থক্তি অতুদা
লেম্লৈ ঙানা চোংবগুম ৱাপ্রে ইন্দুই মবুক্তো। (লাঃ ২৭১)

হায়বসিদা 'লেম্লৈ ঙানা' হায়বা ৱাহৈ তুমা অসিগী ৱাহৈ অনীমক অর্থ চপ মান্নবা লৈবম্মু মাল্লি অতুগা লৈবম্মু লৈ—লেম্লৈম্মু ঙা ওইনা অতুগা ঙাম্মু লেম্লৈ ওইনা অতুম্মক লৈ। পরেংদা লৈত্রিতৈগী অর্থ অতু লৈরবা

১০৬। শৈরেং লৈতেং ; লাঃ ১৯-২৭

মতমদস্থু অহুম্মক লৈরি। করিগুম্বা মওং অমদা অর্থ ত্তোঙানহনবা য়াদে। য়াকমম্মু থোক্তে। দর্শনগী করিগী ব্যাখ্যা তৌহ্না নম-হাহ্না ত্তোঙানহনবম্মু ইয়া-হেক য়ারবদা 'অহু ওইরস্থু' হায়বগী মরৈদা ভাগনি। চাবু চাগে লেপ্লবদি য়াউ মচানা নৈত্রবম্মু ঈশিংহু মমানা অহুম নৈহন-খিবা ভাবনি। তান চাম্নরুবদগী নত্রগা হৈ-শিংনা শেম্বদগী মৈত্তৈগী লৈতেং অসিদা সংস্কৃতকী লৈতেংস্থু য়াওরকপা য়াদবা নত্তে; পরেং অমদা নত্রগা থরদা লৈতেং মথল অনী-মরী অহুম য়াওবা য়াই। করু ফজরবদি ইফদ ফজে। ফজবনা ত্তোরবদি চগোত্তা চন্দোল লাম্মবস্থু অহুম ফজবা য়াই। অহুগা মৈত্তৈগী লৈতেং মওং অসিমদি মশাগী অশেংবনি, হাম্নদগী লৈজরক্লবা। লৈতেংনি হায়বা য়োনা খঙলুদবা মথৈ ফজবা মথলগী লৈতেংনি।[১০৭]

অঙাংহলগী লোন্দা অসিদা রাহৈদনি থঙদে, পরেংদস্থু অহুমঙাই, শৈরেং মতুপ অমদস্থু, থক্তোরকপা থোম্বাংগী অর্থ অমা নত্রগা হেন্না ঈরোয়নরি। কাব্যদদি অচম্বা রাহৈনা অপা-অপাননা চুমত্রিং হেক্তো হায়দোকপা চৎনদে। ফজবা রাংলি। চৎনরিবা মরামগী ওইবা লোন্দাদা হায়বদা নাকোংদা থোয়থুম্নমা থোক্তে। য়েংদ শিন্না মাং লাওবা তায় চাদ শিন্না চথোম চাউবা তায়।

ইচেন চেনখিদবা ইন্দুদা, চেনগ্রবনি হায়না চপ য়ুংনা থল্লবা অমদি মরো থরা লৈরবা লৈপাক্লেনা মচীন হংবা লাকই; হংই—

হংঙে ইন্দু মমানা—"ইন্দু কৌবী নহাকপু
পাংগন চাউবা কনানা খুজেং পালোইনববু,
মৈতৈ মচা কনানো নম্না হানা পুবরা,
মুজা নবুক্লিংহ্না হোয়া ভানা চৎপরা?

১০৭। A Figure looks best when it escapes one's notice that it is a figure—On the Sublime, Longinous Ch. XVII.

তকশিল্লি, য়াম্না থুনা থুম্নবা—

হায়ু হায়ু ইমাদা ইমা লাকএ কিরুনু
থুম্মু থুম্মু ইমাও মীবু কনবিরুগনু।

মায়গৈ কয়াদা ইপা পাখৎচরবী ইন্দুনা—

মমায় ম্নাসি তাবদা কিরে ইন্দু কৌবিদো
"পুদে ইমা" হায়হুনা ম্নাহ্ শম্না হৌজেদো।

হায়না খরুম তৌরবা লৈপাক্লেনি, "য়াম্না ফরে ইবেম্মা" হায়রম্মগা অহুম চৎখ্রে। মফি মুং কল্লম্মী য়াম্না শাউনা চৎখি।

থৌদোক মচা[১০৮] অসিদা ঙাংনরিনা ম্না অসি থজিক্তুনি। মমানা হংলিবসি মীনা ফাহুনা চিংবরা নত্রগা নশানা য়ানা চেনবরা অসিনি। ইন্দুনা হায়রিবনা চেনবা-চোংবা নত্তে ওম্মোকপা মওং অমনি অসিনি। থজিক্তুংগী অপীকপা ম্নারী-ম্নাতায় অমদি উৎলিবা ফীবম অসিনা ইন্দুগী হৌথিবা থৌদোক উৎপদ নত্তনা তুংদা লাকদবা ফীবম ম্নারীগী মায়গৈ শাম্বা ফংহল্লি। কবি অঙাংহলগী লোন্দাদি পায়রে থুদাপ হুল্লে ফৈদোম'দা লৈবা লোন্দানি। শৈরেংগী ওইবা লোননি। অসিগুম্বা মওংগী ম্নাঙাং শাঙাং অমদি লোন্দা-পুদা অসিবুনি বক্রোক্তি, অলঙ্কার, ঔচিত্যনচিংবা সম্প্রদায়গী পণ্ডিতশিংনা কন্না শৌগৎলম্মীবসি। অসিগুম্বা ম্নাহৈ-ম্নাতাশিং শীজিন্নবুনি লোনজিনস (Longinus) না সন্নাইম তাবা লম্মেনগী মচল অমা ওইনা শৌগৎলম্মিবসি।[১০৯] মচেক্তা য়ৈরগা ময়াঙদা ফাওবগী লোন্দাসি কবিনা অথাকপা লৈতনা শীজিন্নরি। অম্নাংবা কাব্য ওইবগী থুদম্মি। মহাকাব্যগী মনুংদা লৈবগা লোয়ন-লোয়ননা উত্তম কাব্যগী থাক্তা থম্বা য়ারবা মচল অমনি।

---

১০৮। '—ইন্দু'; লাঃ ২২৮

১০৯। For in fact beautiful words are the very and peculiar light of thought—On the Sublim, Longinus

অহুমশুবা মতাং

# কাব্যকার অমা ওইনা অঙাংহল (মখা চপ্পবা)

## খম্ব-থোইবীগী-শৈরেং : মহাকাব্য

খম্ব-থোইবীগী ৱারী অসিদি পেনা চৈজীংদা লৈরিবৈদগী হৌরক্লনা মশানা লোক-মহাকাব্য (ফোক ইপিক) ওইনা অহুম লৈজরম্মবনি। ৱারীগী মতাংদা কনানা মোইরাং শাইওনগীনি হায় কনাগুম্বনম্ মু ইতি-হাসকী থোদোক্তা য়ুম্ফম ওইবা ঐতিহাসিকনি হায়নৈ ; খরা অমনা পৌরানিকনি ( Mythological ) হায়না থাজনবম্ মু য়াওই। অমবু ওইরবম্ মু অমবু ওইরবম্ মু ৱারী অসিদি মণিপুর নত্রগা মৈতৈদদি খাই-দগী হেন্না ফাওরবা খঙনরবা ওইরবনি। ফাওবা হায়ববু অতৈ ৱারী-শিংদ 'নোংবান কনানো' হায়না হংনরবনি। অহুগুম্বা ৱারীহ্ মপোপ ইক য় কায়হন্দনা কাব্য অসিদা থম্মবনি। ৱারীগীদক্তা কবি করিম্ মু হোৎনখিদ্রবনি মরু ওইবা থোদোক মচা পীশক অমা ফাওবদা কবিগী ৱংখলনা লাম্ মু দ্রবনি। হান্নবা তোক্তুনা খম্বিরম্মবনি। পাত্র ফাও-বদা পীশক পীকপা, য়ংওদবা কায়দ্রবা খোঙমী-লাম্মীগুম্বা, মুপা অমা মুপী অমা হায়বগুম্বা অমনী নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি পেনাদগীহ্ অহুম্মক থম্মবনি। কাব্যগী মহাও (রস) পুম্নমকম্ মু মুরে ; য়েৎনহুনা লৈরিবা শান্ত ফাওবা করিগুম্বা মওং অমদা থিবা অহুম য়ারে। অতৈদম্ মু তাঙনা থোকপা তুকৎচবা (বীভৎস) অমদি অঙকপা (অদ্‌ভুত) মু, পারপ-পারপ তৌজরবম্ মু অহুম য়াওরবনি। মুংশি-মুংওন (শৃঙ্গার) অমদি অকল-অথৌ (বীর) না মপুঙ ওইনা লৈজরে। হান্নগী ৱারী মশাদা অহুম য়াওরবনি। অরাং-অপাগী মুংনাংবা লৈত্তরে। ইন্দুদা

য়াৎলম্বা খুরুমজবা (মঙ্গলাচরণ) হাপ্লরে। খুরুমজবা অসিদা কবি মশাগী ননাইগী ওইবা, পেনাদা য়াওদবা, হাপচিনবা অমগী মওং উরে হায়বা য়াই। অসিমকম্থু য়াহৈ-য়াত্তা খেন্নবগী য়াদনি পেনাদদি শকপা হৌবা হেক খুদিংগী খুরুম্বা চৎনরি। ছন্দগী মতাংদা লৈবা অন্নাংপা অতৈমদি অতৈম লৈরে। মসিগীদমক্তদি করিস্থু য়ানীংঙাই লৈত্রে। লাই-মক্লা শেম্বা কাওবদা মী অনী মান্নৌ য়াত্রবদা য়াৎপু য়াৎমন্দে হায়না লৌবা কায়ত্রে। কাব্য মপূমসিদা ছন্দ অমথক্তমক য়াওই হায়বগী থুংঙাইতবথুদনি। পেনা চৈজৌংনা পীনবিবা শৈশক (ছন্দ) অমাদ অতৈম য়াওরবসিনি। খম্ব-থোইবী-শৈরেং পূমশেং শেংলবা মহাকাব্য ওইরে।

মহাকাব্য অসি মপূম ওইনা পেনাদগী ফুক্লগা হেক্তা খিনবা ওইনা ত্তোরে। অইবদস্থু থাজবা তাবনি—"ওঝা ইবুংঙোগী য়াহৈ-শৈরেংগী মপৈ শ্রীমুখদগী চেম্মোরকপা পুম্বা মপুং ফানা লৌশিনবা ঙমদথুনা য়াখরে। পোলাংগুম্বা খমোইনিনা হাপউবা মণিপুম্বা ওঝাগী সংগাই মাংগোন্দা অতৈম তাহৌই। অপৌবা মকোন খরা পকহৌবা অতৈ পুত্নুনা লাকই]। অস্থুম্না শনশেনবদগী লুহোংবা থুমিৎ ফাওদগী লীলা মতাং অসি ওঝা ইবুংঙোগী শ্রীমুখদগী শ্রীগুরুদেবগী কৃপাদগী ইজে।"[১] য়ারী অমদি থৌদোক য়াথোক পরীংদা নত্তনা য়াহৈ-য়াত্তা খোলহাই খোম্মোক, শম্মা হায়রবদা কোঙদোকপগী শৈলী ফাওবা হান্নমা লৈজরম্বদগী অতৈম খোৎচিল্লে। অতৈনা কবিগী পরেং লীশিং কুম্ব্রা মাপললোম অসি ফজপ্রবা চাউপ্রবা অমদি য়ান্নমক থাজনীংঙাই ওইবা রেকোর্ড অমদগী পঙহেন হেন্দবদোনা থোক্লে। য়াকম অসি হেক্তা হায়জিনবা পুমলানলানবা হায়বথুদি নত্তে। অতৈগা অমরোমদা, পুমচুম চুম্বা হায়বথুম্থু ওইরোই। মরম ওকপা কেরাণী অমনা রেকোর্ড শেকৃশনদা থাখিনবা ফাইল অমা শিন্দোকপা নত্রি। খিজিন খোৎচিনবদা খরায় য়াওনা

১। খম্ব-থোইবী—শৈরেং—য়াহৌমোক—হৌয়কফম

মায়পুনজবা মায়চৌ মায়নৌশিংদতা কান্নবা অচুম্বা ঙাক্তা খোংচিন্নবা মচল অমমু নত্রি; কাব্য অমা ওইরি—কাব্যগী অশেংবা মহাও পীগ্নি শেংলবা সাহিত্যগী মচল অমা ওইরি।

সাহিত্যদদি লৌশিন্নবা খোপচিন্নবা ঙাক্লি। লৌদবা পূদব—হুরান্দবা য়াওনবা নত্তে। কৃষ্ণনা মশাগী শঙোম হুরাগ্রদি কনানা হূবিনি? মপোংনি, মমানা খম্বা মরলনি। মপু মাগী লৈকোন্দগী লৈরাং হেক্লগা মপু মঙোন্দা কংপদা কনাগী কনানা মেল্লে লাংজরনি! মজমজুগী অতৈনা মপু শাহুনা ঙবোং মহুংদা কিন শীংভিভৈদা 'অশৈবা' মাত্তনা লৈরাপক্কী লৈরাক কয়া নাচুংলুদনা চোয়-চাং ওনদবমথৈ হুহোবনি—

রাহৈ অমা অনিংদং লৈগী লৈশক খংদবা
অপংবা—"অঙাং" ঐনা, লৈরাং ওইনা খন্দুনা,
নাচোমনি তুক-নিংবা-শা, নাচোম ওইনা পুনবনি ॥

* * *

ইনাওশিংনা "ঐখোয়বু ইমা লৈত্ত-মচারা"
চিংনগনি হায়বগী "ইয়াম্বা ইপি লৈথি"
কাওদনবা হায়হুনা—ইমায় শাগে য়েকপনি।
লৌশিং চাউবা নখোইনা নয়াম্বগী অপংবা
চাওরাকপসি য়েংলগা ইমায় চেংলৌ শেম্মকউ।
থাওগী থাংমৈ থাল্লকউ অচৌবদি ইমাগী
গুণ ময়াম ওইবদগী লাইরজবা ওইবনা
ইনিং থুংবা ঙম্মমদ্রে। নহোয় ননিং থুঙঙরোই !![২]

পোংকী অশেংবা মগুণ খঙবত্তনা লৌগদবনি। অঙাংছলনা মহুবা অমদি কান্নবা মশক খঙলুবনা পেনাগী লনগৈদগী খম-খোইবী লৌবনি; হূবদা নত্তে মূনমু মূনবনি। মূনহূনি।

২। শৈরেং লাঃ ১৪৪৭-৮

পাক-শন্না চোইজাইনবা মণি মতুম ময়াম অমবু কা-খোম খোম্নগা কা-থৈ পৈবা হেক্তা য়াদবগুম পৈত্নবা লৈরিবা পেনাগী হীরমশিংদগী মহাকাব্য অমনি হায়দনা হেক্তা খিল্লবা নত্রে। মনা মুংদোকপগুম শেমদোক-শাদোক্লগা, ইথোক নাম্নোক তৌরগা লা-চনখিবনি। মসিদনি কলানা লৈরিবমু। লৈতেংবা কলাগী থোদাংনি।

অহানবমক্তদা, কাব্য অমা শেম্বগী য়াথল লেপখিবগা লোয়ননা, করি ইবা করিবুনা থাদোকপা, কদায়দা পাক-শন্না শীংথাবা কদায়য়াইদনা শর্মজিনবা হায়বসি খনখি, মনখি অমদি লেপখি। অশেংবনি—"ইবেম্মনা কবোদগী কারকপদা মনাই নাইজহনবনা লীবা অমম্মুং তাকপা লম্মিং তুমিংকী য়ারী ময়াম অসিগুম্বদি চাওবগী মথক্তা চাওখিগনি হায়বগী লাইরিক অসিনা থাদোকই।"[৩] পেনাদা হনজিন হনজিন লীবা মতাং কয়া, শাংনা শাংনা শীংথাবা কয়া য়াওহন্দে অমদি তেনশিনহল্লি। লোইনমকপু হেক হাপ্লক্লবদি মহা শৈরেং হায়বত্থু ওইরম্মগদবনি। খবং হেক্তা ককপা য়াবা পোৎ নত্তে উচন য়েংবা তাবনি। কলাগী মীৎয়েং চঙই।

পেনানা পেনানি কাব্য (অইবা) না কাব্যনি। অনী অসি খেন্নবা পাম্বৈনি। হেনবা তাবগী নত্তে মশা-মশাগী কোঙদোকপা অমদি লামোকপগী মওং ( ষ্টাইল অমদি টেক্নিক ) লৈজে। কলা খুদিংমক মশাগী থোরম-থোদাং অমদি ঙমথৈ (স্কোপ অমদি লিমিটেশন) লৈবনি। লামশিন্নরুরবদি চনৈ খয়েথিনি। কাব্য-কলাগী মীৎয়েংদা অঙাংহলগী কাব্য অসি তোলেনগী থাক্তা (উত্তম কাব্য) লৈবনি। শাস্ত্রগী ওইনা য়েংবদম্মু ইচম চম্নবু য়েংলবমু পাবা তাবদা মুংঙাইরবা সাহিত্যগী প্রচল অমনি।

ইত্থনা কোঙদোকপনিনা লীলা-ময়েক্তা তৌবগুম মীৎয়েং য়ারুওননচিংবা উৎনবা শন্না নত্রগা পোইরৈ তাকপা ওইনা ব্রেকেৎনচিংবা (লাঃ

৩। '—শৈরেং' য়াহোদোক —হোৎকফম

৪১, ৭৫০, ১৪৫৭) শীজিন্নরি ; লেপফম পোথাকমগী মওং (পংচুয়ে-শন) চপ চানা শীজিন্নরি। হায়বদি খম্ব-খোইবী ইরিবনি শকপা য়েকপা শাবা থেকপা নত্রি। অঙাংহলনা সাহিত্য ওইনা ইবনি—

লাইগী, মমিং ফাওরবা কুবেরগী লংগৈদা,
লাইগী নিংথৌ ওইরবা সোরারেনগী কোন্থংদা—,
সংসারগী মপানি নারান্ লখী অনিগী
গোলুক হায়বা অদুদা, লনগী মপু ওইবিবী
লখী মাগী পুক্তৈদা "সাহিত্য-মণি" কংদে ।।
পাংগন, মিৎয়েং শোল্লবা মীওইবদি ভোল্লবা
মাগী থাংপোক শংদুগী, য়ারী কাংথক-চরু-লক
হিপ্লফমগী কম-থাদা. সাহিত্য মণি মহাক্তি—
ফংই খুজোক খুজোকপু !![৪]

হিংলম্বা অঙাংহলদি থুপথরে অদুবু পুক পুরম্বা চৈরাপকী নাশোান্দ হু-হৌবা, য়ারেম-খৌরেমগী পদবী ফংলমগদবা কলমনা নাথেহৌবা খম্ব-খোইবীদা অঙাংহল ঐখোয়গী ইরক্তা নোমহৌ-নোমহৌ চৎলি. মোমোন মরক্তা মুরুম-মুরুম শোনবগুম ভৌরি—

"থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা সংদিং ওইজরে"—লাওখোকথরে লাইয়ামদা।
লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎত্রে।
খম্ব-খোইবী অনিগী মপুং ফাত্রে লাংওনদো।।[৫]

পাক-শন্না শন্দোক্লা ভাউদুনা লৈবা অশৈ-য়ারী (Minstredlsy) অমদগী মওং চুম্না অপানবা পোলোই অমগীদমক্তা শেমজীন শাজীনজদুনা

---

৪। '—শৈরেং' ; লাঃ ১৪৬৩
৫। লাইরিকসি, লাঃ ১৪৮২

মহাকাব্য অমা ওইনা থমলল্লবা অঙাংহলগী খুৎইনি। হায়রনা চীন্দা লৈবা মহাকাব্যবু অইবা মহাকাব্য ওইনা শেম্বিরম্বনি। অকাও অকাওবা ভারত অমদি অতৈ লমগী মহাকাব্যশিং অসিগুম্বা ঙাক্তনি। বাল্মীকি তুলসীদাস হোমরগী খুৎশেমদা মওং অসি লৈরোইদগী রাকম লৈতে।

হায়রনা লৈজরম্বা রারী অসিদা কবি অঙাংহলগী মশাগী ওইবা তোপ্তোপ ভাবা নারৈ-নাওং কয়া অমা থোঙথাং খুদিংগী থেংনগনি। পুন্সিগী ওইবা দর্শন অমম্মু য়েংবা য়াগনি।

## থোদোক পরীং শেম্বা

সুংশি-সুংওনগী সুংঙাইবনা মপুঙ ওইনা পুথৎলকপগী লমদাংনিনা য়ুম্ফম ওইরিবা খম্বা অমদি থোইবীগী সুংশি লমদাং চপ চারবা চহী মতাং অমদি অহানবা উন্নবা, 'শন শেনবা' হায়বা ইহান হানবা পন্দুপতা উংলকই। অহানবা উন্নবদা পোকপা সুংশিবনি শাবী শানৌ অনীগী সুংশিবা। মহি ময়াই কনগ্রবী মজাইবেম্মা থোইবীন্থু খম্ববু হেক উবদা—

লূ'দ চংবা লীহলাগুম মহি-ময়াই চমখরে ॥
লৈথোকসিম্মু ঙমদরে লৈসিনবম্মু য়াদরে।
উত্তিংগুম তুমিন্না ত্তিংদম খম্বা য়েংহনা
লৈরে মজা ইবেম্মা হোয়নি মাইনি হায়খিদ্রে ॥[৬]

অশেংবা সুংশিবদদি উন্নবা খুদিংদা মশা পূম্বা রাই থাবগুম তোই। মথংদদি মিৎ-মায়থোঙ ফুগাইবা লৈরাংগুম মকারাম্মকই ; মোমোন-মোমোন তোই, সুংশিসুংশিবা রাঙাং ঙাংলকই, রাখল্দা শাজৎতা পুক্নিংদা থমোয়দা ইপেন পেনজে।[৭] খম্বা মাম্মু—

৬। —শৈরেং, লাঃ ১০

৭। নয়নবদনপ্রসাদৈঃ স্মিতমধুরবচো ধৃতিপ্রমোদৈশ্চ ।
মধুরৈশ্চাঙ্গবিকারৈস্তস্যাভিনয় প্রয়োক্তব্যঃ ॥
(—নাট্যশাস্ত্র, ৪৮) গা চাংদমনবা রাই

লমজা খম্বা মহাকম্, মখোংদগী মকোক-ফাও
মতু চুমই ; থল্লকই—ফজগ্রেদা হুরাসে।
হুংশিগ্রেদা করিনো ! ইঃ হায়বা রাখল অহু
লোম্টনা ইমান মাল্লরে। করি'মতা ঙাংনদে ।।[৮]

মতুংদা মপুঙ ওইগদৌরিবা অকল-অথৌগী হুংঙাইবা রাহৌদোক পী-রকই— লাকচম ফাঙমত্রবা পুরুমশন শেলহনবা অমদি খম্বা নোংবান মুক্লা শান্নবদা। ফজবা শৈহৌনি। রারীগী ময়াঙ ওইদৌরিবা অমদি মুক্লবগী [অপনবা) মরা ওইদৌরিবা পাত্রশিং খম্বা, থোইবী, নোংবান চিংথুবা অহুগা য়াম্না মরু ওইবা তেংবাংবা পাত্রশিং—খম্ন, সেহু পুশিল-লকই লোয়ননা মমিংদা ওইরবস্‌ লাক্নোকপা হৌই— কৈরোইজাম্বা, চাওবা নোংখোন, মোইরাং নিংথৌ। অহৌবদা চঙবা য়াবা গুণ কয়া য়াওরবা থৌদোক পরীংনি। শয়া শাংনা বর্ণন তৌবা য়াবা মতাং থেং-নববা ফাওবদা হেন্না শাংনা তৌদে। রাহৈ-রাতাস্‌ চপ চাবীনি—থমোয়গী ঈহৌ কয়া চপ চানা পুবা ঙম্মী। তুংদা লাকদবা মতাং খঙ-নীংহনবগী মতাংদা থনম্মী। কাং শান্নবগী মতাং অসিনা বর্ণন তৌবগা থোইবীনা হুংশি রায়থুংনজগে হায়বগী অনীংবা উৎপগা অনী অসিনি। ইন চিংবদা খম্ব-থোইবী অনীগী হুংশিবা ফোঙদোক্লবনি, তৎন-থান-গুমসি, হায়না রাশক্লবনি। খম্বনা হুংশিক্লবদি থাদোই মাবুনি হায়বা খঙলবদা থোইবীনা মাগী অনীংবস্‌ ফোঙদোকই—

মিস্না থম্বাল মানবীদা তরং লাইজ ইহৌরে—
"তাবিয়ুকো ইবুংঙো! লোইদাম কুইরে ঐ অসে,
রাজরক্লে ননাওদি পাম্মু নংগী রাথম্না,
থম্মোই অসি চাকথবে. মতম ওইরে কোকপিরো।"

৮। —শৈরেং, লাঃ ১১

হায়রকুনা থাদোইনা থম্ব থোইবী অনিদো.
কোরৌ ফুমিৎ অহুদা সরি নামুং শোম্নরে
ম্নরিক মচুম থক্লরে ।[১]

মরীম্নবা পন্দুপকী কাংজে শান্নবদা, ফুংশি-ফুংওনগী রাথোক লোইরবদা অকল-অথৌগী শরুক অমুক লাম্হোকপা হোরে। অম্বায়দা রাহৌদোক নত্রগা অহৌবগী মতাং লোইরে। মতুংদা লৈ হেকপদগী মুক্লবা হোরে। পন্দুপ অসিদা পন্দুপ মচা ভরুক, মথংশীংনা লৈ হেকপা, ফী রায়বা, লৈরাংবা, লৈরোন, লৈ য়েনবা অমদি জগোই রাওরি। মুক্লবা চথবা (রাইজীং এক-শন) হায়বসি মথা কম্না চথবনি। অম্বায়দগীনি মম্নাই য়াম্না পোঙননবগী মচাক ওইরিবা শীংথাবা হায়বসিনা নোংজু পম্বাগী ঈমায়গুম হেনগৎ-লক্লিবা। রারী পুখৎলকপদা মথং-মনাও কায়বা নত্তে। মসিদা লৈরোনগী ঈনোৎ অমা লাক্লিবসিনি য়াম্না ফুংঙাইনা থুদি থৌরিবসি। মসিদগীনা জগোই ফাওবসিদা মৈতৈ অশৈবগী তিং ফুদোকপা হৌবগী মম্নি ফজনা তাই। শেনাগী য়েংলুরবদি পীকপু-পীকমল্লি; অহুগা কাব্যগী ওইনা য়েংলুরবদি খজিক নোয়মল্লি। মশীং ককপা ঙমদবা শাস্ত্রগী মীৎযেংদগী লাল্লি হায়বা য়াবগী রাম্ন লৈবা পোৎ নত্তে। মচিগী ওইনা য়েংলুবদা শন শেনবদা হৌথিবা ফুংশিবা অসিগী উম্নবা শরুক জগোই ফাওবদা মতম ফনা চথ-রি। মথংগী লাকপা লমজেনদগী. মতাং মতাংদা খজিক খজিক উৎপা হৌগ্রবা অচুম্বনা লাকচরকপগী রাক্ষম ফজনা হোবে। মহাকাব্যদদি উৎপা য়াবা রাফম য়াম্বনিনা ফুংঙাইবগী ঈহুল ময়াম ননশিন্নবা হৌনবনি।

মতাং অসিদা থম্বনা কাও ফাওবগী থৌদোক অমা পুশিল্লকই—কাও। পন্দুপ মচা ভরাহুমদোই য়াওবা, ওথাকপা খণ্ডকাব্য অমা ওইবা য়াবা তাঙ্কল্লি। কাব্য মপুমগী চথরকপা রারী পরীংগী মরক থৎনা ফ্লাশ বেক্কী মওংদা, থম্ব-খম্বগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি মতাং অসিদা পুশিল্লকই অহুগা পুন্সিগী খাঙতপ্না হৌথিবা মানবগী অহাংবহ্ মেনশিললকই।

১। —শৈরেং; লাঃ ৫৫

অকল-অথৌগী হুংঙাইবা পীবগা লোয়ননা. কাব্যদা মকম চাউনা কল্লিবা মপা-মমাগী হুংশিবা (বাৎশল্য) মপুঙ ফানা উৎপা মতাংনি। য়ারীদা অমদি অতৈ শীংথাবদা য়াম্না পাকশন্না শৈথাবগী মওংতু মথা অতুম্মক চথরি। অতুবু 'মন'বগী অরাবা অপনবা লৈতে। মরম কয়া-মুক্কী মতুংদা য়াম্না মরুওইবা থরদি মথক্কী য়ারী, মিতুংশি খোনবা মপা-মমাগী হুংশিবা, মী ওইদবা জীবদা ভাইবঙ মীগী লীচৎ হাপ্লা, ফাগী হাইরপ য়াওবা, মপুং ওইরিবা অকল-অথৌগী দৃশ্য মথা চথবা অসিন-চিংবসিনি। অসি ইনৎ নত্তবা তাবদা থনবদা অমদি থঙবদা ময়ামগী চৎনরিবা মওংদগী থরা লাপ্না থোকপা ঙক্লম্নু থোকপা থরম্নু য়াওরি।[১০]

কাও কিবদগী চহী কুনমুক মী অমত্তনা ঙা ফারক্লিবা ইকোপ পাংকী ঙাশিংতু শীংথাবদা পল্লি—

ইকোপ পাংকী ঙাশিংদো পেংবা 'মনা চাওবনা,
খুদেং-খুদেংমুক পাক্লে। সরেংনা তৌ হৌরক্লে।
ঙাক্রা মকোক অতুনা হিরুবাকমুক পাকথরে,
সংত্রিক সংত্রিক সংথরে—থজিং তাওগ্রা তাম্নরে।
ঙথা' ঙানূ তাম্নরে, ঙাকচৌ হায়বা ঙাহুনা
চেক্লাওবী ফারে,,চারে।'[১১]

থোদোক পরীংগী থোংঙথাং অসিদা লাইরমলেনগী ওইবা লীচৎ থরম্নু উৎলি। অঙাং ওইরকপা ঙাক্লিনা থাবু থাজরবম্নু থাবু থাজদ্রবম্নু লাইরমলেনগী অঙকপা থোদোক তাবদা নুংঙাইবা ঙম্মিবা ভাবোকনি; অতুম হুংঙাইনরি।

১০। Aristotle না হায়রবা বা লৈ— The reason is that such veriation imparts greater dignity to style ; for the people have the same feeling about style as about foreigners in comparison with their fellow citizens—they admire most what they know least ... We all admire anything which is out of the way and there is a certain pleasure in the object of wonder.

Rhetoric, (Tr.). Welldon, III 2

১১। '—শৈরেং' লাঃ ; উদ্ধৃত

উকায় কাপ্পগী, হৈজিং পুবগী অমদি তোবু'ং শাদানবগী থৌদোকশিংদা য়ারী মথা চথরি ; থেংন-থেংনবা অপাম্বা হীরম পোৎলমদা পাকশন্না শীংথাবগী মওং অহুম চথরি। ময়াই পোঙবা প্রয়ত্ন ( raising action) মথা চথবনি।

শামু খোঙয়েৎপদগী য়ারীসি চরমসীমা (crisis) তান্না ফুককৎলকপা হৌই। মতুংদা চিংখুববু বন্দিদগী থাদোকপা মতুংদগী লোই থাবদগীনা খম্বনা কবোদা কোয়রুবগী য়াথোক অমদি বিচার কাওবদা কায়নবা অমদি শেৎনবগী চাউরবা বর্ণন তৌবনি। তেল্লপ তেল্লপ তৌবা শন্না শন্না শীংথাবা মওংগী থৌদোক ঙাক্তি, মরীক চুমই। লোই কাবদা উন্নবা অমদি থু'নবনা পোল্লোই ওইনৈ। মতাং অসিগী থৌদোকশিংদা হা'ন্নদগী য়েক্তুনা লাকপা মরুওইবা পাত্রশিংগী লমচৎ-লীচৎ য়েকপা মপুঙ ফারে। থৌদোকশিং শীংথাবা মতাংদা মরক মরক্তা থোইবীবু লাইগী শক্তি চঙবী, শাইওনগী শক্তম পুবী ওইনা য়েকপা কাউদে। তাইবংগী চৎনরোম্দা নৈবা য়াবা দোষ কয়া কোক্লবা চাউরবা লৌশিং শীজিন্নৈ হায়বা য়াই। থাজনবীবু মওং চুম্না শীজিন্নবনি। বর্ণনদা পোঙবচুমদি হন্দ্রি।

কংলা বিচারদা বিচার লোয়শঙগী মশক কজনা উৎলি। য়াথোক অসি মপাম্হোংদদি খম্ব-নোংবানগীনি অতুগা মতুংদদি লোয়শঙ মপু নিংথৌগী মনাও ইবুংঙোনা মায়কৈ অমদা অতুগা বিচার তৌরিবা চাওবা থোংলেন তোংলিবা মায়কৈ অনীগী য়াথোক ওইবা শেংলবনি। মীচঙ সঙ্গ নৈবা কল্লবা কাঙবু অনীগী বিচারনি। মতম পুন্নমক্তা মফম খুদিংমক্তা হৌখিবদম্ব হৌজিকম্ব থোক্লিবা য়া'থোক্তি। ময়ামগী ওইনা চুম্মবা বিচার তৌবগী মওংনি। মীনা মীগী মীচঙদা বিচার তৌবনি ; য়াই তাবা ঙম্বা হৌনদে। অচুম-অরান মশক খঙনা খঙনা 'চুম্মী লাল্লিগী য়ারেপ তাবা ঙমখিদে। মীগী বিচার মায়থিথি লাইগী বিচার য়েংবা তারি—

হয়েং ইমুং ঙানবদা

খম্বা নোংবান অনিমক খোইরেন তাকতা কুমগনি,
কৈ তানবা মাসিদা অশোকপনা শোক্রে, হুগা
পাম্বা ফাবা নিপানা ইমোম খোইবী ফংগনি।[১২]

পনবা য়াবা য়াফম অমনা পন্দুপ অসিদা মহাকাব্যনচিংবদা 'উপন্যাস' হায়না খঙনবম্বা য়ারী মপুঙদি নত্তবা অহৃগা মপুঙগদি মরী চপ চানা লৈনবা, য়ারী মচা-মচা য়াওনৈ হায়বগী য়াকমহু কুঞ্জমালাগী য়ারী মত্তেক অসি লৈরে। তোবগীদি মথক্কী পন্দুপশিংদস্তু ফনা য়াম্না পনবা থেংনথি।

পম্মুং মৈ থারকপা খম্বা অমুক চঙলকপা হায়বা মতাংসি চরম সীমা-নি। অশেংবা মুংশিবগী মায় পাকপা, য়াইথুংনবা; লাম্দাবনা লাক-চবা হায়বা পম্মুং অসি অকোনবা পম্মুং চংবদা নোংবান কৈনা শোক-পদা য়োবনি। থম থেংবা বারীগী চরম সীমানি। ফুবালাগী কৈবাও পূরকপা পন্দুপ্তুগী খম্বা-খোইবী লুহোংবা কাওবগী মতাংদি হুইথরকপা পোলোইনি, খোমজীন-তাশীনবা আরতী কৎপগুমনি।

মরীক চুম্বা খৌদোক পরীংনি। পরীং শেম্বদা (প্লোট-মেকিং) খোকউ হায়হুনা, লাইগী নোংদমদগী, তান অমা চারুবদগী— হায়বন-চিংবা মরম ইচা চাদবা মতাং ফনা য়াম্না য়াওই। মসিম্ভু অইবগী কল্প-নানা শেম্বা য়ারী ওইরবদি অফবা গুণ নত্তে। অহুবু শাইওনগী মী লাই মরক্কী য়ারী ওইনা তোবনিনা কায়বা নত্তে। য়ারী পরীংবু শীন্দোক্নুনা লেংথোকপদা কবি অঙাংহল ফজনা হৈ-শিংই। পোৎ শাবা শেম্বদতা নত্তে পোৎ থেন্দুনা খম্বদস্তু কলাকারগী হৈ-শিংবা চঙদবা য়াদে। ইচম ইচম চম্বা অহোংবা লৈ ফাওবা মায়না পরেং চা-না লেংহুনা

১২। '—শৈরেং'; লাঃ ১২৬৮

শেম-শারবদি ফজরিবনি। ফজবা হায়বসি সাহিত্যগী চঙদবা য়াত্রবা কায়াৎ অমনি। মশানা ফজত্নুা লৈরবা, থাজদবা পুন্নমক খুথাত্নুা থাজরবা থৌদোক রাথোক কয়ানি। মসিবু অমুক্তা হৈ-শিংনা লেং-শিল্লবা অসিদদি কুমগা লাইগা পাবনি খঙদে, সনাদা তম্ফা হৎপনি খঙদে '—শৈরেং'গী পরেং মরীক চুম্নে। ফজরবা কলাগী খুৎশেমনি।

## সমাজ অনী: হিন্দুগী মমি

হৌথিবা মতমগী রারী অমা হৌজিক্কী মতমদা ইবনিনা মহাকাব্য-সিদা সমাজ অনীখক থিবা য়াবগী রা লৈ। অইবা খুদিংদা সমাজগী কল তাদবা হৌনদে। সমাজদা লৈরিবা মীওইনা সমাজগীদমক্তা সমাজগী থৌদোক রাথোক কয়া ইবনি। অত্নুা সমাজ থাদোকপা য়াদে ঙমম্বু ঙমদে; ইচম চম্বা লৈগী ফজবা শীংথাবা ফাওবদা মতমত্নুগী মীৎয়েং অমদি রাঙাং শোয়দনা চঙলবনি। অইবনা লৈরিবা, হিংলিবা অহোয়নত্নুম হিংহল্লিবা মশাগী সমাজ অত্নু থাদোক্তে। মসিগা ঈরোয়ননা অমুক ইরিবা হীরম অত্নুা অইবগী মতমগী নত্তত্নুা হৌথিবা (ইতিহাসকীবু ওইরবস্নু পুরাণগীবু ওইরবস্নু নত্রগা ফুঙ্গা রারীদগীবু লৌরবস্নু) মতমগী ওইরবদি সমাজ অনীদি ময়েক শেংলে— রারীদা নত্রগা হীরমদা শীংথারিবা অমা অত্নুগা অইবনা হিংলিবা অমগা। কলাদি কলাগীদমক্তনি হায়বদা কম্না থাজত্নুা মথম্নতা চীংত্নুংদা ঙংজরুবা ঈশৈ অত্নুদা সমাজগী মচাক শোয়দনা য়াওদবা য়ারোই নত্রগদি কলা পোকলম্লোই। কলা অসিমক সমাজগী পোৎনি।

ঐখোয়গী মাঙদা লৈগনি থম্ব-থোইবীগী সমাজ অমদি অঙাংহলগী সমাজ। থম্ব-থোইবীগী অসি চাউরাক্না ১৩/১৪ সুবা চহীচা অত্নু-রাইগী মতমদা থোকথিবনি হায়না থাজরে। খরগা অমুক সুপচীন্নবদা, কংলৈদনা মৈদিংঙু খংবী লাম্ববা (১৩০২-১৩২৪) না অমদি মোইরাংদনা

পুরিকলাই লাইচিংখু উরা ভেলহৈবনা (১৪বা চহীচা) পাল্লিঙৈ মতমগী য়ারীনি হায়না থাজনরি। চপ হেক চাবা শোক-তারিখতি খঙনদে খম্ব-থোইবীগী মতমগা অইবগী মতমগা (১৯/২০ চহীচা) অনীদা চহী চামঙা-চাতরুকলোমগী ফাক অমা লৈ হায়না লৌবা য়াই। চহী ১০০ অসি মীগী পুন্সিনি হায়না য়াম্না চাউনা লৌরবদা সমাজ অনী অসি মীয়োন মঙাগী লম অমা থেন্নরি। হিংমিন্নরিবা যুগ অসিদা মপাগা মচাগা মন্নুগা ইমান মান্নৌ হায়বা য়াত্রবা মতাংসিদা সমাজ অনীসি ফনা য়াম্না চাউনা থেন্নদনীংঙাই লৈতে। থেন্নবা তাবনি।

অইবা মশাগী সমাজদগী নাম্বোক্নুনা চৎখিবা ঙমদে। মাগী পুন্সি (থব্লাই) অসি ঈশ্বরনা পীনবিবা ওইরবা ফাওবদা চাউহল্লিবা অমদি য়োক্লিবদি সমাজ অসিমক্তি। অতুনা কবিগী খুৎশেম নত্রগা খুৎইদা মশাগী সমাজগী মমি অতুম্মক তায়। তাগল্লি; ময়েক শেংবা শেংদবা, চাউবা পীকপা হায়বগীনা য়াকম অমনি। তাবস্নু ফৈ।

হৌখিবা য়ারীবু হীরম ওইনা লৌশিনবগী মতাংনা লুনা থোক-লিবা অমনা সমাজ অনী অসি, মতা অমা চানা চেকশিনহৌত্রবদি, কোৎশিন্নগে হেক তৌরকই, লৌশিন্নবস্নু য়াওরকই। উৎলগে তৌরগে হায়দনা অনৌবা (মোডর্নিটী) অমদি চাংয়েং (এক্সপরিমেন্ট) গী মওংদা অনৌবা মচল অমা ওইগ্রবদি ওইগ্রে, অনৌবা মশক অমা ওল্লকপনি। অতুগা চুন্নগী অরিবা য়ারী পরীংদা হাম্না লৈরম্মোইদবা থেংনরবদি লুংঙাইরক্রে। সাহিত্য পাব-তাবদদি ইশানা য়ানা থাজদবা অপুম্বা মম্বিনজরুক্রে হায়বা লৈরগম্নু থাজবদা লান্নরিবা মীওইপোক্লি; সা-হিত্যগী মচল চাকঙাই য়ারীদা তাখিনি। মসিমক্তি সাহিত্যনা সমাজনা য়ারোই।

খম্ব-থোইবী শৈরেং অচম্বা কাব্য নত্তে মগুন লৈবা হরুপ্রবা মহাকাব্যনি। য়াংনবা মচল য়াওদোবা মান্দে। অতুমকপু য়াককী লম অসি থরা তাম্বনিনা য়াহং থরদি অতুম লৈ।

কবিনা শীংথা-শৈথাবদা খায়দগী লুনা চাউনা খনবা লাই অসি বিষ্ণুনি

নিংথৌ হায়বা অসিদি বিষ্ণু মাগী অংশনি
মাগী থৌগন ভোরগা ঐগী পুইমা ওইজগে,
মাসি খনবা, মপুগী মনাই হায়বা অতুদি,
য়াওদে পংনা কনাম্বু ।[১৩]

অয়া-মুংঙাইগী ফীবমদা বিষ্ণু ওইরিবা হরিবু মতম অতুগী সমাজনা শোনজৈ । শমু খোঙদা য়েংলবা মতাংদা খম্বা শিবমক য়ানা শোক্লে । মতাংতুদা খম্বা হরি মাবু শোনজৈ (লাঃ ৭৭৩) তখেন শারুংহনবমা 'অগতিবের গতি' ওইরিবা হরিবু শোনজনবা তাকপিরকই—

তখেন শারুংহনবদো
মিৎতা পিবু তাতুনা কপই—"খুমন ইবুংঙো !
হরি শোল্লু মাদনি । খোয়ুম মাবু নৎতানা
উপায় লৈতে ঐখোয়গী ।" হায়না মপাও মেল্লকই ॥[১৪]

ধর্ম লৈবা মীবু বৈষ্ণব কৌনৈ । কবুই শলাং মাইবনা হরাও মখোয় কা-না লাউরকই—

মপু সংগাই স্নমাংনি হরি' রাস মণ্ডোল্লি,
বিষ্ণু নংগী সংগাইনি নংগী মন্দির হায়গে,[১৫]

অসুম্না লাইনীং লাইশোনগী লমদা মোইরাংগী মতমতুগী মীয়ামসি বিষ্ণু অমদি বিষ্ণুগী শাইওনবু লাৎচবা বৈষ্ণব ওইনা তৌই ।

---

১৩। '—শৈরেং' লাঃ ১৪৭৪
১৪। লাইরিকসি ; লাঃ ৭৭৩
১৫। লাইরিকসি ; লাঃ ১৩৭০

মতাংসিদা নৈনবা য়াবদি বৈষ্ণব-সমাজগী ঈথিল অসি মতমচুগী মোইরাংদা লৈরবরা অসিনি। মণিপুরদা বিষ্ণু লাৎপদি খৃষ্ট-কুম ১৪৭০ দগী হৌইহায়না রা, কু, ঝলজিৎনা পল্লি।[১৬] অসিগী মথক্তা মৈতৈদি 'লাই ৩৬৫ পূজা তৌথি।[১৭] অচুগা অমরোমদা কাব্যসিগী সমাজদদি লাই কোটী কুম্বাহুমদোইদা থাজবা থল্লি—

খোইয়ুম লাইবু য়াওরক্লে। লাই কোটী কুম্বাহুমদোই।
মীগী মশক ওইচুনা মাঙোপচুদা ফমখরে।[১৮]

মসোমদগী য়েংবা তারবদি সমাজ অসি অইবা কবিগী পুন্সিদা হকথেং-নখিবা সমাজ ওইবনা হেল্লি। লাইনীং-লাইশোনগী লমদাং অসি সং-স্কৃতি অমদা য়াম্না পাক-চাউই।

চুম্মী, মতম অচুগী লাইশিংগী বনণ নীংথিনা য়াওই—থাংজীং অয়াং লৈমা অসিনচিংবা। অচুবু মৈতৈগী অবিবা কাব্যশিংনা লুনা চান্না কি-না তৌরম্না লাই ওইবগী মগুণ অচু ইরং রাংলি। কোট-রেল-লাই ওইবা 'ইবথৌ' অমদি যাম্না হৈ-শিংবা অশীন-অরাং ওইবদগী পঙহেন হেনগত্তে:—

থাংজিং মাগী খুজিন্না মাঙোপ মনুং অচুদা
লোইনা পুমচন চনখবে। ভাবোক মথৈ রাংথৎলি
ময়োন চুনা কুৎখরে। অমতম্ন থম্নদে,
লোইনা পুমউ উনবে।[১৯]

---

১৬। The year 1470 is an important watershed in the cultural history of Manipur and, therefore, is the history of Manipuri literature. Worship of Vishnu was begun in this year.
—A History of Manipuri Literarure, P-12

১৭। মৈত্রবাক' নন্দলাল শর্মা, লা: XIV

১৮। —'শৈরেং' ; লা ১৪৮০

১৯। '—শৈরেং' ; লা: ১৪৮০

অমুকন্ —

লৈপাক মীয়াম তিনবনা
খোয়ুমময়াম কম্বনা—থাংজিং লাইনাচিংবনা
পুমপেন ওইনা পেনখরে। "থাংজিং ঐনা শিনবদি
লীলা সংদিং ওইজরে"—লাওখোকখরে লাইয়ামদা[২০]

মী অমগী পুন্সিদা পাঙখোকপা খোদাংশিংগী মমুংদা লুহোঙবা হায়বসি তঙায়ফদবা সমাজগী ওইবা খোদাংনি। মৈহৌরোল্দগী লৈরক্লবা মীওইবগী চৎনবীনি। মকম অমদি মতম খেন্নবগী মতুংইন্না পাঙখোকপগী মওং খেৎত্রে। খেন্নবা ভাবনি। সমাজ অনীসিগী মওং অসি মান্নবা উরি। হৈজিং পুবা, বার্তোন-মুংদোন তৌবা অসিনচিংবদি মৈহৌ-রোল্দগী চৎনবা ওইরম্বা য়াই মপান্থোংগী মওংদা খজিক খেন্নরমম্ মান্নরি হায়বদা কায়দ্রি। অহুগা মাগুপ খনবা মখোঙ নিপান য়ুংদবা য়াদবা,—

মপু মোইরাং নিংথৌগী সনা সংগাই মুমাংদা
মখোং নিপান মপুং ওই, খনখিবা মাগোপ অহু
শেম্বে লোইবা লৈখিদে, হৌজিক ফাওবা মশেম্মি।[২১]

অরাকপা ভাবোকপু লৈচন্দোননা ওকপা,—

ঙাস লুহোংবগী মাগোপতা চিংথৈ মমাংদৈ
মী ফম্বা হোরে। ছুগী লৈ চন্দোল্দগী নিপা
চামরি চামঙানি, মুমিৎ য়ুংবা মতুংদা
নিংথৌ অনি কমথরে, পাত্র মন্ত্রি পৈথরে।[২২]

লোয়ননা, কন্যানা বরবু তরেৎলক কোয়বা, লৈ চাইবা, লৈ-পরেং হুরুবা, (লাঃ ১৪৮১), ফীজি কিনবা, ইমুং চঙহুনা সনামহী থুরুম্বা অপোকপা থুরুম্বা (লাঃ ৬৯২) অসিনচিংবা কয়া অমা মওং ফজনা উংলি। মখোঙ

২০। '—শৈরেং; লাঃ ১৪৮২
২১। লাইরিকসি'; লাঃ ১৪৭৬
২২। লাইরিকসি; লাঃ ১৪৭৯

নিপান মুংবগী মওং অসি রাধা-কৃষ্ণগী অথুপ্পা লীলাদা সখী নিপানগী রাংলবা রাখল অহু পুশিনবনি। মসিমক্তি মণিপুরদা হিন্দুগী গৌরাঙ্গগী ক'ণ্ডলুপনা পীবা বৈষ্ণব লীচংবী ঈথিলনি। ঈথিল অসি মপুঙ ফানা মপান-মউ লিংবদি ১১/২০ মুবা চহীচাদনি। মৈতৈদদি মশীং ১, ৩, ৫, ৭, ৯ অসি রাম্রা লূনা থাজনা শীজিনৈ ৮ অসিদদি কয়া কন্না শীজিন্নদে।

পাপ-পূন্য, স্বর্গ-নরক অমদি বৈকুণ্ঠগী শক্তম (কনসেপ্ত) অসি হিন্দু দর্শনদগীনি। পুন্সিগী অরোইবা মতাংদা শ্রীহরিগী মফম ওইরিবা বৈকুণ্ঠগী আশা তৌজখি নোংবাননা—

'থম্মুং নৈপাক য়োরগা
শাকম-লানফম অহুদা নমায় ওল্লক্তবগী
মহেদি বৈকুণ্ঠদা নয়ুম ওইহুনা লৈজো'
হায়না পাখৌ ইবুংঙো বোর পিনবিরোবা।[২৩]

(লাঃ ৭৫১, ৭৫৬ নচিংবদসু য়েংশি) মৈতৈদা সলাই তরেৎ চৎনরক্লি। অহুগা জাৎ-কুচুগী মতাংদা আর্য লোমগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি বৈস শুদ্র হায়না লৈবা জাৎ মরিগী শক্তম অসিদি চৎনবা কুইত্রি। মহাকাব্যগী সমাজদা লৈবা মীসি অয়াম্বনা ক্ষেত্রি ওইনা তৌরি—

নোংবান হায়বা ঐসিবু পাম্ব-নথুবাক-সিদা
মাঙেঙা মতম-থরবোই। হে কৈ নংসু ক্ষেত্রিনি,
নোংবান ঐসু ক্ষেত্রিনি, ঐদি খুৎলাই থারেদো।[২৪]

মহুং অসিদা অতৈ জাতি (কাষ্ট) গী রাদি পনবা ইথেং থেংনদে। অহুবু অতৈসু লৈরম্বা রাবগী রানি। মসিমক্তি হিন্দু মযাঙগী সমাজদা লৈরম্মোই। অত্তোপ্পা রাকম অমনা চৎনবীগী ওইনা অশেং-অমাংগী রাকম খম্ব-থোইবী সমাজদা সমাজগী চৎনরোল ওইনা কবিনা উৎলি।

---

২৩। '—শৈরেং'; লাঃ ১৩৭৩
২৪। লাইরিকসি। লাঃ ১৩৬১

হৈজিংপোৎ পুবগী মতাংদা সেমুনা নোংবানলোমগী মীতম ঙা পুরকপ-শিংহুবু লৌশিং তৌহনা—

নাকন থোংদা থোকথরে—চাইথ শংলোম চংগ্রগা
সেমু মথুৎ হৎতুনা "মীতম ঙাদো অসোমদা
থিল্লে থিল্লে" হায়রমই। সেমু মাদি লৈসিনগ্রে।
মশা অহু শেংদোক্লে মকী অমুক হোংদোকই
থোইবী নাক্তা-কমথরে।[২৫]

লম্বেল লাম্না চঙলুবী মুপীশিংহুবু মাংলে হায়হনা লৌরে। অমোংপা কোক্নবা থোঙহাম থুৎহাম তৌবা মায়-মীত তাবা ইরুজবা ধর্মগী করিগী নত্রগমু মীগী হোনবদি চৎনবা ভাবনি। অহুগা ধর্ম-কর্মদা মুমকম ওইবগী রাদা মাংবা শেংবগী রাথন্দা ইরুজবা অমদি কি-রোল হোংবসিগী রাসিমদি কোম্নগী রানি। হিন্দু মতুংগী, হায়বদি কবিগী মশাগী, সমাজদা অয়োবী থাক্তা চৎনবনি। ঙসি ফাওবা পুঙমুৎ মুৎপা হায়বহু রাত্রি।

মতাং অমদনা হৌজিক চৎনরিবা লুপা—শেন ময়েক অসি অহুমক চৎনরবদোনা শৈথারি। থোইবীনা থোঙশঙবা অমদা পৈশা পীজে—

তরেৎ সেক্সা লৌবিয়ু। হায়দোকপিমু মীঙোন্দা"
হায়না লুপা তরাদং পিরে সনা থুৎমক্সা॥[২৬]

মতম অসিদা শেন-ময়েক চৎনরে, শেংলবা রানি। পৃথিবীগী লম কয়াদা সনাগী লুপাগী অমদি অতৈ ধাতুশিংগী শেন-ময়েক চৎনরবনি। অহুবু থোইবীনা পীরিবা লুপা ময়েকী মওং অসিদি মৈত্রবাক্তা ময়ামগী ওইনা চৎনত্রি। ১৯/২০ মুবা চহীচাগী মচলনি হায়বদা কায়দে—

লম-তু য়েনবা থোৎপগী মতাংদা ওম্বোক ওনশিন হৈবা মী অমা—মোহোরী—হৌজিকী মতম অসিদা চৎনৈ। লম-তু মান-চাং য়েন্নবা

২৫। '—শৈরেং'; লাঃ ৬৮২
২৬। লাইরিকসি ; লা ৬৪৯

হায়বসি পুম্না লৈবা সমাজদা শোয়দনা চৎনরি চৎস্নু চৎনরমগনি। অহুবু খোইবীগা মপাবুঙগা লম য়েন্নবদা পল্লিবা

"ঐন। য়েন্নি" হায়হুনা থাং অমনা খোইবীনা,
ফমুং ফমুং মপাদো মমা মাপন মপানে
কোৎশিন্দুনা থাক্লম্মে; সনামহি কাচিদৈ,
চিংথ্রে লয়ি অমত্তং। মোহন্নী 'মা কৌরুরে।[২৭]

'মোহন্নী' অসিদি কাব্যগী সমাজদা লৈরম্বা মীওই নত্তে; হৌজিকীনি।

অস্নুম্না সমাজ অসিবু মপুম ওইনা য়েংলকপদা স্নুমাঙ মন্নাইদা বৃন্দা থানরি—চুম্না ফজবগী মনমগী হিদাক-লাংথক্কী নত্তে; (লা: ৮); শরি শোনবদা 'সত্য' না সাখী ওইনরি (লা: ৭২৯); দুর্গাগী মফম চপ চানা থম্নরি (লা: ৭৮৩); কৈলাশ পতি শিববু ইকায় খুমরি (লা: ৯); থমগী শক্তম লৈরি (লা: ১২৬৮); বীনাগী স্নুংশিরবা খোম্বাং তা-নরি (লা: ১৪৭৫) লোয়ননা মীরমলেন্দা চাউরবা থৌরম অমা পাঙথোকপদা লাইরমলেন্দগী লাইয়াম্না পারিজাৎ লৈরাং চাইথরি (লা: ১৪১০)। অহুনা মপানগী শক্তমদগীতা নত্তনা মহুংগী লীচৎ কাওবদা হৌজিক হকথেংনন্নিবা কবি অঙাংহলগী হিন্দু সমাজ অহুনি মহাকাব্যসিদা মপুঙ ওইনা য়েক্লিবসি। শীংথাবা শৈথাবদা ফাওবা হিন্দুগী ওইবা মীৎয়েংনা নম্না খোকপনি।

অসি হায় হায়হুনস্নু খম্ব-খোইবীগী সমাজবু পুমকাউমক কাউথোকপদি নত্তে। মশাগী নাৎপু চপ-শহেক চা-না ইকায় খুমজবা কবিনি। শ্রীশ্রীশ্রীখম্বা মহাপভু'বু 'গোলোক পতি শ্রীশ্রীশ্রীকৃষ্ণ' মন্নি থনজখিবা অঙাংহল কবিনা মর্ত অসিগী লীচৎ থাদোকপা নত্তে অহুম্মক শাগোন্নরি।

খোইবীবু রাধা ওইনা উখিদে; অম্নাং লৈমা পাম্ভোইবীমক্কী শাইওন ওইনা য়েংলি—

২৭। '—লৈরেং'; লা: ৬৯৭

পান্থোইবীগী ছাইওন্দি নিংখৌ মচা ইবেম্মা।
সনা' শাবা মুত্তিনি থন্নাই পান্ন লেংলবা,
চেদা ন্নেকপা মওংনা কল্পনানা থিবদা
উত্তম ফংঙমদরবা ;[২৮]

ফজবা নীংথিবত্ত নত্তে নীংবা থৌবদা অমদি থৌনা ফবদস্নু মৈতৈ তুপীমক্কি ; অহিংদা মথংলেন থম্বা মাগীদমক্তা মথন্নত্তা চেল্লকপন্থু—

মোইরাং তম্পাক য়ুমদগী থোম্নি কথেন পাংন্থনা,
নুজা ওইবী নহাক্না খাংচেৎ মচি লাংন্থনা,
সোরি অনি পায়ন্থনা, লুতুং তাবা শন্নাংনা
নিরু-চাইন পাইরিবা ; চেল্লকপগী শমন্থনা
মুনা হোবা নোংদি ওই। অমুবদি শমন্থনে,
লৈহাও কুচু মানবনে অরংবদি থাংন্থনে,
ফুইনা হোবা নোংলক্তা নোংখাং লৈম-লেপ্পনি।[২৯]

থৌনা ফবত্তা নত্রি পুন্সিগী লমদাংদা শিন অমা, শিন অমা নত্রগা অমা পায়ন্থনা সমাজদা নুপীগী থোদাং পাঙথোকই। পাত্তা চন্থুনা লোং থোল্লি ; চীংদা কান্থনা শীং চল্লি ; লোযননা—

পিথ্রাই সমুক মাঙদা-থা মোল্লাং য়াইদা চল্লমই।
'ভাংবা তেন্দু লৈকম-তাঙ 'মুবা চিংলাই-শানা থেক
'ঙৌবা তময়া মান্ন-য়েক, কবো য়েতুম অপিথক
য়েতুম মনা অন্থদা কাত্রং লংজা য়াম্পিল্লে,
লংথন তরেৎ তরানা চরৈ ফনেক লোল্লমই।[৩০]

২৮। '—শৈরেং'; লাঃ ৬৯৮
২৯। লাইরিকসি ; লাঃ ৭৮১-২
৩০। '—শৈরেং'; লাঃ ৮

মতম অদুগী সমাজদা লৈবা মৈতৈ মুপীনি। কনেক লোনবা ১০ সুবা চহীচা মৈদিংঙু য়াংলো কৈকাবনা (৯৬৯-৯৮৪) পাল্লিখৈদগী চৎনরক্লবনি ;[৩১] হৌজিক ফাওবা চথরি। অসিদসু নঙ্গি কি-শা লোনশা তৌদুনা যুম পুবগী থবক কোঙ্গায় তৌবগা লোয়ননা মুপীনা চাকথুমদগীনা কৈথেন কাওবগী কুপনোম লোইনা তৌই। থুনগী থৌদোক-য়াথোক অয়াম্বদা মুপী য়াওই, য়াওবদ নত্তে তঙাই ফদবা থৌদাং কয়া অমসু পাঙথোকই। শা-লাল অমদি কোনুংগী য়ায়েন থৌরমদদদি অথিংবা লৈ। খম-থোইবী মতমগী সমাজগী মুপী কাব্য অসিদা চপ চানা উৎলি। হেনসু হেন্দে য়াৎপসু নত্তে!

মতমদুগী লৈবাক নিংথৌনা ঙাকই। নিংথৌ অথনবা নত্তে পারী পুরীগী মীৎয়েংদগী ওইবনি। য়ায়েন-থৌদাগী মকোক্নি। মোইরাংগী পুরিকলাই অমা লৈ। অদুবু তশেংনা লৈবাক ঙাকপদি থোংলেন চাউবা অমদি অতৈ ফম্নাইবশিংননি। ফম্নাইবা অঙম্বশিংনা মাগী মাগী অকক্লবা থৌদাং নিয়মগী ওইনা পাঙথোকই। মরুওইবা তঙাইফদবা থৌদাং পুনবা লোয়্নশঙ লৈরম্মী। লাল্লুপ কাবগী চৎনবী লৈরম্মী। পুন্নমক ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লি। মীনাই অমদি লোইগী মফম সমাজনা তোঙাম্না পী।

ময়ামগী অপুনবগী ওইনা পাঙথোকপা শান্ন-থোৎনবা অমদি কুম্মৈ-ফিয়োংশিং—মুক্না, কাংজৈ জগোই, উকায়, শা-তানবা অসিনচিংবা মশাগী ওইবা পোরম-পরীং কায়হন্দনা অদুম্মক লৈরি। ফিজেৎ-চাকচা চাকচা-ঈথক হৌন-লোনচৎ মপোপ ইকায় কায়দনা লৈরি। শকথঙ-নক্রিবা মুপা অমদা 'ইপা' হায়না মিংগৌবা; থক্নী অহল ওইবীশিংদা 'পলেম মানবী' নত্রগা 'শকপী' কোনবা নীংথিনা চৎনরি। পাত্র

৩১। "মহাক থক্তা লাংথবান্দগী কৈ ফায়এ অমম্নুং কনেক ফিবান্দা থোই লোনবা হৌদোক্লমএ।"

—চৈথারোল কুম্বাবা; লাঃ ৮

পুন্নমকী মিং (কুঞ্জমালা নত্তনা) লমদমসিগী মত্তমচুগী মিংথোল ভাক্কনি। ফম নত্রগা য়ুম্লাক পল্লগা মিংগৌনবা চৎনখি, চৎমু চৎনরি। কাগুম্বা হিদাক (মৈথু) কুম্বা নত্তনা অতৈ য়াম্না হেন্না ময়াই কাবা পোৎ পনবদি পল্লি; (লাঃ ১১৮৩) সমাজদা শীজিন্নরমদবনি। ওক্তুবা অমদি নত্তবা লীচৎ চত্তুনা লৈমিন্নরিবা মরামদা অপনবা শীবা সুকচৎমক চৎনদবগুম উদে। মৈদিংঙু সমৈরাংনা[৩২] (৫১৮–৫৬৮) হৌদোকলম্বা অকল-অথৌদা চাক থাঙবা অহু ফাওবা পনবা কাউদে (শৈরেং য়েং-লামায় ৭৩১)। মঙ-হাগী ফল থাজবা মাইব-মাইবীগী মন্না লৌবা কন্না চৎনরি। ময়ামগী ওইবা থৌরম কয়াদা হেনবা ভান্নবা (কম্পিটিশন), থোইদোক-হেন্দোকপা থৌদাং পাঙথোকপদা মনা শীবা লোয়ননা মরাল লৈবশিংবু অরাকম শীবা সমাজ অসিগী নীংথিজরবা লীচৎনি। শেগ্না-থূমজ্জা, য়াচৎ-য়ানোম মীচঙ-শঙগী পোরম-পরম লৈতবী হৌনদে—চাউবা শীকপগী য়াফমদনি।

মন্না-মন্নাওইবা অপুনবগী লীচৎ কয়াসিনা ভাকপদি কাব্যসিদা খম্ব-থোইবীগী সমাজসু লৈরি।

অঙাংহলগী সমাজ অনীসি ইপুন পুনশিন্নরি। পুনবসু ভাবনি মত্তাং থন্না ফাওবদা। পাগদৌরিবা অমদি ভাগদৌদিবা সমাজ অহুগীসু খল্লবা য়াদে। অসিগীসু মথক্তা কাব্য অসিদি পেনা অশৈবদগী য়ারিব-মথৈ লৌরবনি। ইহান হান্না শকলমগদবা য়ারী অমদি শৈশক অহুদা অওনবা মথং মথং লাকপ্রবনি। লোল-লীদগী প্রমাণ-পাদ্বৈদগী কনাগী থোদোক থরদ ফাওবা ওল্লকপা মশানা ভাবনি। কবিদি তুংগী য়াসু খঙই হান্নৈ। অহুমক ওইহুনসু হৌজিক লৈরিবা সমাজ অসিনা মরুনি। তুংগী লোল শেম্মুবা য়াবা নত্তে; হৌথিবা লোল্লসু পুমশিন শিন্নরুবা য়ারোই—কবি মশা-মশাদসু অরুবা ওইনা থোক্কনি, থোক্রুবা ফাওবদা পাবিনবা ভাবিনবা মী মশীং শীংথাবা য়ানা হন্নরক্কনি; অহুনা

৩২। অকল অথৌ চাক থাঙবসু অহুগী মথৈ হৌএ।
—চৈথারোল কুম্বাবা; লাঃ ৪

হৌজিক্তী, হায়বদি কাব্য ইরিঙৈগী সমাজ অসিবুনা হেন্না মরু ওইনা লৌবা তাবনি। কবি অঙাংহলগী মতমদা শরুরম্বা মোইরাং শাইওনগী শৈশক্তা মতমসিমক্তী সমাজগী মমি তাবা হৌনশানি। হৌজিক্তী মীয়োলনা খঙবা ভমনত্রবা মৈতৈগী শৈরেং লৈরি—য়াম্না লিবা শৈরেং। মন্ত্রমক নত্রবদি অসিগুম্বা শৈরেং অসি হৌজিক্তী সমাজদা চন্নরোই। খঙদবনা খঙদবগীদমক্তদি কাবা ইনদে। ১৯/২০ সুবা চহী-চা মণিপুরী সমাজ অমদি সংস্কৃতিদা হিন্দুগী মঙাল মপুঙ ফানা তারবনি। সমাজগী মিংশেল ওইরিবা সাহিত্যদা মঙাল অসি উদবা হৌনদে।

## মীওই নত্তবশিংদা মীগী লীচৎ হাপ্পা

লু-না খম্বরুরগা লা-য়না তারকপা লাইখাইদি—সাহিত্যনা তৌ-রিবসি মীওইগী লীচৎ য়েকপনি। মীগী লীচৎকা মরী লৈনদবা সা-হিত্যগী মচল অমত্তা লৈতে। তাইবঙ মীগী অথুপ্পদি অথুপ্পা ওইহনতা লৈবনি; হোফম লোইফম খঙবা নত্তে, ব্রহ্মগুম্বনি। মীনা মীগী লীচৎ য়েংবা, উবা, খঙবা মথা অমুক খঙনবা হোৎনবা য়ুংঙাই। ওন্থোকপা মীগী লীচৎনি। মীনা মীদদ নত্তে অতৈদমু মী ওইনা উরগা য়ুংঙাইজে পেঞ্জে অহুগা পেলহনজে। চীকপদা হু কাহুনা অরুম হৌরিবা খোইমুগা নোংম লেনখিবদা মনম নমথিরকদবা লৈরাংগা অনীগী মরীবু সাহিত্যনা লুনা তৌরিবসি মীগী লীচৎ হাপ্প,বদগীনি। শোয়ত্রবনি, কালিদাসকী লৈচিলদগী তাইবং লীচৎ হেক লোখোকখিবদা লৈহৌগদৌরিবসি নোংমৈ শীংজং হুম্বরকদবা, মীগী কর্ম থুগাইদৌরিবা নোং অহুনি। কাকতসু নোংঙাল্লমদাইদা লা-প্পা খোংবা তাবদি য়ুংশিরুবগী য়াফম লৈ। চাউথ্রবা শাংথ্রবা, মশানা শাথিবগী মথক্তা অমুক্তা মী অনী শোরু্রবা খোইরেন-তাকী কৈজাউ অহুবু পুন্নমক্তা য়ুংশিনরি, কবিনা কৈগী মবুক্তা অম্মুনা মলহনবদা—

(খবগী) মূর্ত্তি অহু উবদা "কন্ঠেন্দকো নহাক্কে ।
ঙসি নংগী নথুৎত্তা লানবা ওইগে লমজ্জা-ও।"
খল্লি কৈগী মবুক্তা ।[৩৩]

অমরোমদা অমুক, চাউজত্রিবা লমজা নচীন-মোপ্‌্রাবু লুনা চাপ্পা মপাম মপাগুম ভৌরিবা ভে-প্রবা কাও অমবু, পীশক পীক্লিবা মচা চেল্লবী সুপী অমনা অমুত নঙথরক্লুনা মচা নীংশিংলকপা মতাংদা মমাগা মচাগা কায়নহল্লিবা অসি মীজাবা ষণ অতুননি হায়না চৈবা য়াওরকপা মতাংদা সুংশিবা খজিক হল্লি—

"খোইনা য়ারিবসিবু
পাপী ! ইকোপ পাৎতুনা চাক্তারিবা মী চাবা,
শন নংননি মাসিবু থোকহল্লী পুম্বসে।"
ঙাংবা শনবু চৈরকই ।[৩৪]

অসিনি শীংথা-শৈথাবনা থোকহল্লিবা, হৌহল্লিবা ঈথক। সাহিত্যদা কান্নরিবস্‌ মসিনি।

'—শৈরেং' শেম্বা কবিনা মীগী লীচৎ কয়ামরুম মী নত্তবা অতৈ জীব অমদি পোৎ-চৈশিংদা উৎলি। মৈতৈ অশৈবগী চাউরবা মগুণ অমনি। চাংদমবদা, প্রমাণ ভৌবদা পোৎলমশিংদা মীগী লীচৎ য়েকপদি সাহিত্যদা ময়ামগী ওইবা চৎনবীগুম লাকই। অতুগা জীব নত্রগা পোৎপু য়া ঙাংহন্দুনা য়াথল খলহন্দুনা অনীংবা কয়া অপাননা অমদি নাকোয়ননা মীগী লীচৎ চপ চানা চৎহনবদি ভাঙনা থোকই—লৈতবদি নত্তে। সুংঙাইরিবা অমনা অমুক মীগুম উৎলুরবস্‌ মরক মরক্তা মতাং মঙাংগী ওইনা মীমক নত্তে পোৎ নত্রগা জীবনি হায়বসি উৎলকই। সাহিত্য পাবগী নত্রগা তাবগী সুংঙাইবা লৌবদা—রস চুপ্পদা—করিগুম্বা মতাংদস্‌ অপনবা ওইনা থোক্কে। মতেংতুম হেন্না পাংঙি হায়বা য়াই।

৩৩। '—শৈরেং'; লাঃ ১৩৬৯
৩৪। '—শৈরেং'; লাঃ ৩৯১

'—শৈরেং'দা মীগী মীচৎ চৎলিবা জীবশিংগী মনুংদা মরুওইবদি অহুম্নি, কাও, কৈ অমদি শামু। কাওবু ইহান হান্না পুশিন্নকপদগী হৌনা মী অহুম ওইহল্লকই। চাউজক্রিবা লমজা মচীন-মৌপ্াগী অন্নাবসি মোইরাংদা মীওইবা কনা অমত্তনা উবিরক্রুবা মতমদা—

মাহু পুন্না উবদি—
পলেম পম্মৌ অনিনা লোইজরম্বা কাওরেন্দো
ঙাঙব নিংথি পামহৈবা উরি মাদি পুন্নমক !![৩৫]

মসিদগী হৌবনা কাও অসিদা মীওইবগী বুদ্ধি-লৌশিং, রাখল থমোয়, অন্না-মুংঙাইগী হকথেং (এক্সপরিয়েন্স), থন্নায়-হকচাংদা কাওরকপা (ফিলিং) পুন্নমক হাপ্পা হৌরবনি। রা ওইনা সে-গা-মাইগা হায়দবগী রানি থুদম-লোল (সাইন-লেজুত্রজ) দি পুন্নমক ঙাঙলবনি। লোম্বোক্তবা মপুঙ-মরৈ চপ চানা কারবা মীওই অমা ওইরবনি। মাগী পানজরিবা হকচাংগী কায়াৎশিংনা লৌশিং চাউরবা মপা-মমা ওইবা অমগী চপ চাবা থৌদাং পাঙথোক্লবনি।

কাওরেন মানা—"ইবেম্মা! নহু নিংথৌ অসিদি
ইংঙরিনি, ইপানা, কোনগে নচিন নৌপুন্নাবু"
হায়রদনা কাও অদো কুম্থরে ফমাংদা।

* * *

কাওগী থুমাং অনীদো
ভিংথোরকই ইরেন্না। থারে থম্ মৌপুন্না
কাওগী মথা অমোনবা অপাকপদি মচিন্দা।
থম্বই মোম্পাক ওইরুরে থুমাং মোলাং শকউরে॥

* * *

৩৫। '—শৈরেং'; লাঃ ৩৬৭

হাইজিন্দুনা মচিন্দো,

কাওগী মথা অপাকপা, মচি 'মনা কুপনরে,
খম্ন থম্বা অনিদো কৈজুপ মাইথ থুংখরে।
কোক্তা মায়দা তোংবা ইমুং কাংবী অহুবু
হাইজিন্দুনা মমৈনা তান্নি হমই কাওহুনা।[৩৬]

মপাম্মোংগী মশক্তদনি '—শৈরেং'গী কাও। মীগী অন্নাবদা মমিত্ত মপি অত্তৎপা লৈতনা শিন্থহনা কপ্পি; মুংভাইবা মতমদা অপেনবা কোক-দোকই। মপাঙ্গল মথোনা লৈবা মীওম মঙোম্বা শীংনবা য়াদে; শাউগ্রবদা হনবা লৈত্তে। অচেনবা মীদি তানবা হাৎপা হৌনদে থন্দুনা লেপ্পুনা লৈরুরবা কাও অহুনা—

—চেম্লে থম্বা লাওরম্মি—

"ঐদি চেনবা নত্তেকো কাওরেন নংবু থংজৌও।"
চেম্লবদি তান্নরোই থম্নবদৈ শল-অদো,
চেম্দে হায়বা তাবদা, মমিৎ থন্নান নারন পাই
মথোং নোংথাং ওইহুনা পরি মঙা তরুক্তুং,
মালং মমাং থাহুনা থম্ববু তান্নরক্লে।[৩৭]

'—শৈরেং'গী কারও যণ নত্তে তাইবং-কাওনি। তাইবং কাও অসিগী তাইবং লীচৎ-শাজৎকী মত্তেং লৌহুনা মপা-মমা ওইবগী মুংশিবা (বাৎ-শল্য) নীংথিনা উৎলরি। শাগা মীগা মুংশিনবগী য়া য়াম্না তাঙলবম্ম লৈতবদি নত্তে। কাওগী মুংশিবদি শাগী নত্তে মীগীনি—মীদ মীগীনি হায়বা য়াই।

শামু খোঙয়েংপগী শামুম্মু, অম্মুম্না মীনি; মীওম শিংই; মীওম য়াথল থল্লি; মীদ-মীওম মীয়োন ঙাংনবা য়াহল্লি। কাব্যগী মীৎ-য়েংদবুদি প্রমাণনি থুদমনি হায়বা অহুবু শীংথা-শৈথারদদি শামুগা শারুক্তহনবগা অনী য়ায়ী তৌই—

---

৩৬। '—শৈরেং': লাঃ ৩৭৫
৩৭। '—শৈরেং'; লা ৫৪৩

সারুংহনবা ঊজিংনা
সুংঙাইতবা লোইননা—"লাংগোই নংনা কমুকো !
বৈষ্ণব ওইবা নিপাসে।" হায়রকপদা খংখরে।
শামু-হুনা মবুক্তা য়াখিবদো ওংওকই,
"নংনা কাতি থাবদা নাপ্ররোইকো ঐহাক্না।
খন্না খন্নাই কন্সিকো।" সুম্না থুমই য়াইশদো ।।[৩৮]

মারী-মাতাই শাবত নত্তে কনপ্রবা মানা উপাই লৈরক্তবা অমদি সুগু অনীগী মরক্তা হা ওইহুনা লৈরক্লবা মতমদা অওম্বা অকংবা মনা-মশীং খরা কংলগা অশেংবা লাই-মনাই অমগুম থাংজীং লাইবু থুরুম-জরকই ; পুনেমজরকই—

নিগ্রে শামু অহুনা। শামু মনাতোনহুনা,
থেংনরুরে চরোংকী হাবুং অমা সুন্দগী।
শামু অহু থাংগংলে—কংচরক্লে মপুদা !
মিংতা পিবু তাহুনা থুমন খন্নায় নিরক্লে—
"নংনা কৃপা তৌবিয়ু কাতি চৈনা খোনসিবু
ফাওহনবিয়ু ঐঙোন্দা।।[৩৯]

ধর্ম্ম লৈবা বৈষ্ণব অমগুম লান্দবগী মিচঙ চঙলকই তুহং-তাহংপিরবগী মায়কৈদা লেপ্লকই। অক-কত্ত অচুম-অরান খনবা অমদি খঙবা ওম্বা নাগরিক অমা ওইরকই।

'—শৈরেং'গী কৈ অসিসু নোংবানগুম্বা খঙ-হৈরবা কেন্দ্রি মচা অমদগী য়াম্না হেন্না কনবা শিংবা, বিষ্ণুগী ভক্ত বৈষ্ণব অমনি। শান্দা আনদা মমাঙবা লাম্বা পারকপদা লাঙক্তা বুদ্ধি চোইবিবা জীব নত্তে। নোং-বানগী 'বিষ্ণু মন্ত্র শোঙকপা' তা অহু কৈ মানা ওক্তে নীংলহুনা 'বিষ্ণু

৩৮। '—শৈরেং'; লাঃ ১৬৯
৩৯। লাইরিকসি; লা : ১১৫

চোয়োন খুরমথি।' অচম্বা য়থী নত্তে লানফমদা হৈ-শিংলবা য়েক্লববু থঙ্কৎহনবা ওকহনবা হৈবা মহারথীনি—

পাম্বা ময়া কাথোকই—ভৌশিন্নরে কৈন্থনা।
নোংবান মবুক অন্থদা ময়া মক্তা থিনথরে
স্নুম্না নিংই। কৈন্থনা পাম্বা চিন্দোন য়ৌদৌবা,
শক্ষৈ অমা লৈরিঙৈ কৈগী মথুৎ অন্থনা
ফারে নোংবানগী ভাদো।[৪০]

য়েক্লবা নোংবান ওকথি; য়াম্না হৈবা কৈনি হায়না হন্না হন্না থাগৎথি। মীরোন খওবা কৈনি; মীগা য়াম্না নক্লনা, কাওবগুম্বা লৈমিন্নবগী ভাঙ্গা ফংদবনিনা য়ারী-য়াত্তাইদি থোইনা শাত্রে। অন্থগা খম্বনা ব্যবহার তৌনা ভাংলকপত্থদি তায় ফজনা থওই—

তায়—কৈদো, কোংয়ানববু থাদোক্লে চুপ্পম্বদো
কৈনা খম্বা য়েংন্থনা—"ওন্থোকপনি নং অসে
নংগী কাদা বৈবী ওইবা মাবু পম্নুংসিদা
প্রাণ লৌগে লোইরগেদি নিংবানিদো ঐহাক্না,[৪১]

মহাকাব্যনা ঈখেঙ থকপা শাহিং চাবা কৈজাও অমদা ধর্মলৈবা অচুম্বা পামজবা অরানববু তাথীবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা লাল্লোই অমগী লৌচৎ ময়েক শেংনা হাপ্পি। কৈ শিবা মতমদা অপাবদা কলক পেনবগী য়াথলদগী মিহুংশিগী য়াথলনা হেন্না পোকহল্লি। নোংবানবু শায়দেকপা মত্তাংদা অয়েংবমক নত্রবস্নু অপাবা অমদি অত্তাবদি কৈবু ন্নংশি—

অম্নুম্না থন্নাই পানবা জীবশিংদা মীগী লৌচৎ হাপ্পি। অসিদস্নু নত্তনা জীব অত্তৈদস্নু অমদি জীব নত্তবা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংদস্নু তাইবং লৌচৎ ফজনা হাপ্পবা লাক্লরি। উ-য়া নাপী-শীংবী পুম্নমক্তা

৪০। '—শৈরেং'; লা: ১৩৬১
৪১। লাইরিকসি; লা: ১৩৬৮

মীগী লীচৎ উরি। হি হোন্নবা নৌ কাওবা মরোল খোকলকই (লাঃ ৫০১); ঈশিংদা হোনবা অকংবা উগী হিদা ঈ খোকলকই—চৈনা-চৈখোল খাঙই (৫১৩); উনা-রানা অপুম্বা তাইবং মীগা কপমিন্নৈ (৩৬৬)। শামুখোঙ য়েৎপগী অহিং অমুদা; নোংঙাল্লমদাইগী 'ফাইরেন থাগী পূর্ণিমা থাজ মানা মখুত্তা সোরি অনী পায়মুনা চেল্লকপী খোইবীবু উবা মতাংদা লাউরকই—

নুরা নংবু কনানো? খোমুম কনায় ছায়ওম্নো?
থাজ ঐনা নিংবদি, ঐনা উথি অমুঙৈ,
চিংউ মহাদেবগী মনেম মচা ওইরিবা?
কোরৌ নোংমা নহাক্লা, ইরোই ওনবা হিংচাবা,
মাবু হাৎপা ইবেম্মা! দুর্গা কৌবী নহাক্লা
মাংবা তারে ঙসিদি মোইরাং হায়বা লৈপাক্নি।
লমজা মাবু লাকচবা দুগী লমন খুম্বিগে,
লাকপিরবোই দুর্গানা, মানি দুঙৈ অমুনি।
কেগে নোংবান, চিংখুবা অনিমুদা লোইবিরো"[৪২]

ইবগী লৈতেংনি; শীংথা-শৈথাবগী মওংনি সাহিত্যগী কজরবা কায়াৎ অমনি। মঙলানগী নত্তবা তাইবং লোশিংনা চুমদে নত্তে ওইরোই হায়বা খঙনা-খঙনা লীরি পারি। মনোবৈজ্ঞানিকশিংনা থম্লায় তাবা মক্নি হায়না থাজবা (মেক বিলিফ) অমুগী চাইগোইনুংদা লৈরিবা খিবিক্নিনা মুংঙাইবা ফংবা নত্রগা লোবা তারি। অমুগীমু মথক্তা লোক সাহিত্যদদি থাজদবা কোন্সায় থাদোকপা তায়।

মহোশাগী পোৎলম কয়া অমম্মু মীরমচৎ হাপ্তুনা শীংথারি। অশৈবনা অপাবগী থম্মোই খোন্নবা লাক্লবনি। শক্লাইদবা পোৎলমবু শক্লাইহনবদা কবিগী হৈ-শিংবা শোয়দনা লৈগনি। মহোশা শীংথাবগী চাউরবা লম্বেল অমনি।

৪২। '—শৈরেং'; লাঃ ৭৮২

মীওইহনবগী লমদাং অসিদা কবিনা লৌরিবা নত্রগা পীরিবা খুদোং-চাবা কয়ামুক লৈবা য়াই। মসিগী মহুংদা চাউরবা অমদি রারীগী মতাংদা মপানগী ওইনা মশক মওং নাইদবা নত্রগা লৈবদা রারবা হুংগী ওইবা মশক অমা উৎপনি, রারী মথা অহুম চথ-চথনা। রারী-রাতাইন-চিংবা পাম্বৈগী মতেং লৈরক্তবা নত্রগা কবি মশাগী শীংথাবগী (বর্ণনগী) পরীংনা লমশাং চৎলক্লবা মতাংদা অওনবা অমা মওং চুম্না পুশিল্লক্তুনা মহাও পীনবা লাক্লরকপদা মসিনা চাউরবা পাম্বৈ ওইরকই। মসিগা ঈরোল্লননা জীব নত্রগা পোৎলমগী মশাগী ওইবা লীচৎ য়েকপদা লীচৎ অহুগী মরম্দা লৈবা য়াবা মরম খিহুনা অপাবা অতাবশিংবু পেলহন্নবা লাক্লবা অসিমম্ কবিগী নাৱৈ অমা ওইনা লৈরকই। কবিনা মশাগী কল্পনা মরেক শেংনা শীজিন্নহুনা হীরম অমদি রারী পরীংদা হুংগী ওইবা ফিথুপ পীবনি। শিংলি খওগনবা অশৈবনি। অঙাংহলনা কৈগী শারমচত্তা মিহুংশি হাপ্পবা নীংথিনা লাক্লে; থাদোক্লবা কাওগুম চৎথিবা মনদা লমন খুম্বগী লীচৎ অমা হাপ্তুনা ফজনা লাক্লে। মাম্ন পক্ত-লাক্তবা কবি নত্তে।

## নোংবান শাগৎপগী শক্তম (কনসেপ্ত)

তাইবঙদা মীগী লমচৎ ওইববুদি, অমরোমদা, সাহিত্যদা লমচৎ শেমগৎ-শাগৎপনা হেন্না লুবা মওং লৈ। তাইবংগীদি মরাম চঙহুনা শেম্বনি অহুগা কাব্যগীদি অইবা অমত্তনা নত্রগা খরদনা শেম্বনি। অহুগা অইবসি মীচঙ য়াম্না চঙগল্লি; চঙবম্ তাবনি; ইফোং ফোংনা চঙবদবু চুমদে হায়বনি। অফবা অচুম্বা তমজনকমগী লমচৎ য়েকপসি লাম্ন, তাইবংদা ওইবদবু লুই হায়বনি। খম্বা, থোইবী য়ুধিষ্টির, হরিশ্চন্দ্র জেসস কয়া কয়া কাব্যগী চেনাশিংদা লৈরি পুম্নমক্লা হকচাংমক য়াওদ্রবম্ পুক্লিংদদি ইকাইখুম্নরি। কয়া অমা মন্দির য়োনখরবনি। অহুদগী তশেং তশেংনা ফৎখিদ্রবা, অফবা মনা অমত্তা পকখিদ্রবা দুর্যোধন,

কংশ, রাবণ, চাইত্রানচিংবসিংশু অহুম লায়। অশেংবা পুন্সিদা মথোয়মক শেংনা ওইবশু য়ায়া লুবা জাংনি। অনীমক অসি সমাজদা পঙহিং হিংবা নত্তে অহিংবা ওইনা য়েক্লবদা হিংবগী য়ানি। লুয়িবদি মতম মতমগী সমাজ খুদিংদা হকথেং হকথেংননা, মশীং য়ায়া য়ায়া হিংমিয়রিবা, লাইশু মীশু য়াওরিবা, সুমতি কুমতিনা মতাং মতাংগী মসুং-মসুংদা পুন্না চংলিবা সমাজগী মী য়েক্পসি য়ায়মক লুই—অশেংবা পুন্সিদা ফংবদি লায়বা হায়ববু মী খুদিংমক্তি, মসিমক য়াম্মল্লবশু চাদ মরিফু-তরাদি অহুম ওইরে। চয়েংনবা (কমপ্লেক্স ওইবা) মথলগী লমচংনি। মহাকাব্যগী নোংবান চয়েংনবা লমচংকী মীওইনি। অশৈবশিংনা চয়েংনহনবনি। মনোবিজ্ঞানগী থাক্তা চয়েংনহনবদি নত্তে; ফত্তবা মী অমা শাগৎপদা মপানগী শক্তয়া নয়া উৎপনা য়েংনহনবনি।

ইহান হেক হায়া শকতম উথিবা অমদি শেমথিবা অশৈবা মাগী নোংবান অহু করি করম্বা ওইরিদোনো খঙবদা য়ারে অহুগা '—শৈরেং'গী নোংবানদি রাথলগী থাক্তা নৈনবা মীশক অমা ওইররে।

মপাম্বোংগী হেক য়েংবদা নোংবান ফজবা, চুং-ফীরান চাবা খোঙ-ভোন মায়বা সুপাদ-সুপা অশেংবনি (হি-মেন); খম্বগা চপ মায়ে। ফজবা মীওইনি অনীমক—

থুহুপ তরেং তরেংনি অনিমকতু য়াংবনা
মরেপ মঙান য়েংবদা করি মতা য়াৎচদে ॥
তোংগানবা পাম্বনা তোংগাননা অহুম উই।
ফুল্লেনবা পাম্বনা ফুল্লেননা অহুম উই।
খম্ব নোংবান অনিদো খোয়ুম মানা শেম্বা ওই,
য়েংউ য়েংউ মফমদা খন্দোক্লফম নৈনদে ॥[৪৩]

মীনশু য়াবা, লাইনশু মীচঙ চঙবা, য়ায়া ঈংবা তপ্পা পুকচেল চাউবা অমদি ফবা, যুগ পুগদোবগুম্বা লাইপোককুম্বা সুপাদ-সুপা খম্বা অমগা

৪৩। '—শৈরেং'; লাঃ ৭৫

হৌবদগী লোইবা ফাওবদা লাম্বা পাগদৌবা নোংবান অমগী শক্তম শেমগৎপা তাবনি। ইচম চম্বা, মুপী হাইরপ চঙবা, হেঙেঙা-হেঙ্গেঙাবা, অওন-অওন চাবা, হোরগা মায়গদা হাইরপ অক্তম মান্নবা লৈবা মী অমা ওইনা শেম্বা য়ারোই ; নোংবান ফত্ত-লাইপোক (ইব্রিল জিনিয়স) অমা ওইহনবা তাবনি। য়াৎহনবা হেলহনবা য়াবা নত্তে। য়াৎ-লকপদা হাপচিনবা হেল্লরুগনা লৌথোকপা তাবনি—পেনান্না অমদি কললমনা। নত্তিগ্রি-নরাইনি হায়দনা সুপত্রেক নাত্রেক শৎ হেক্তা লং-থোকপা য়াত্রি ; মেত্তনা-খোত্তনা ঈত্তুনা শেম্বা তাবিবনি। অহানবা হেক উন্নবদা, ম'গা লাম্বা পাগদবা মীওই অমা, মীনৌ অমা খেংনবদা নমথনীংবগী য়াখল অমগা লোয়ননা উশিত্তনা কবম্বা কমদৌবা মীওংনো খঙনবা তাখৎনা কায়হৌরুই—

"মে ইবাং মচা অসিনি অসাই সন শেল্লম্বদো।
ঙাইথো হায়য়ু থাম্মুখো।" হায়বিত্তনা নোংবান্না
সঙেল্লোইশিং থাবক্লে। খম্বা মাবু থাম্মুরে॥
নোংয়াই খংলেপ-লেপ্তুনা-"কৈনো ঐবু থাম্ববো?"
"মোইরাং নংবু কনানো কবি লৈকাই লৈবগে?"
হংবিরুবে নোংবান্না। "কৈদোগেগে খুম্বকনি
নংনা ঐবু হংবদে?" খুমদোরক্লে খম্বনা

*　*　*

"করি পাওথুম লাকথুমনো য়াম্না লম্বু হেল্লিদা"
হায়রুবসাই নোংবান্না। "কবি চায়না হেল্লুনি।
নংগী য়াঙাংত্তননি।" হায়বিবক্লে খম্বনা।[৪৪]

য়াঙাংদদা নত্তে পাঙ্গল থৌনাম্ম য়েংনবা তাবনি। অহানবা মীৎয়েংদা সুংশিবা লৈবগুম অহানবা মীৎয়েংদা হঙ্গোইনবা (হেট্রেড এট ফার্ষ্ট সাইট)

৪৪। '—শৈরেং'; লাঃ ২৬

লৈবা ভাবনি। নুংশিনবদা অমনা খরা হেন্না খল্লাই য়াওশিনবগুম হঙোইনবদসু অমনা খরা নত্রগা য়াম্না হেন্না হোৎনহনবম থোকই। থোইবী খম্ববু ভান্নবগুম নোংবানসু ভানশিনবা তাবনি। নুংশিবদা ঙমনবা অমদি থুংননবা থল্লাই হকচাং য়াওবা হোৎনবগুম তুকৎচনবদসু মাল্লপুনবা হোৎনবা তাবনি—মাঙননবা অমদি কায়ননবা। কল থেন্নবগী য়াদনি হোৎনবদি চপ মান্নে শীজিন্নবা পাঙ্গল, থোনা উপাই চপ মান্নে। চাউনা থেন্নরিবা অমনা নুংশিবদদি লোন্না লনাইগী ওইনবা লনাই হোৎনৈ অতুগা তুকৎচবদি পুন্নমক্তা নত্রগা হেক য়ারিমথৈ পাক-শন্না তুকৎচনীংহল্লি হোৎসু হোৎনহনীংই। অনীমক্তা অপনবা অতুম মায়োক্লবা তাবনি। খম্বা-নোংবান-থোইবী অহুম্মক অপনবা খুদোংথীবা কয়া মায়োক্লে; অহুমক্তা থোনা কনা মায়োক য়াই; মরক ময়াদা হন্নথিদে চঙলুরবদা হন্নদে, পায়থ্রবদা থা-নদে।

নোংবান্না খম্ববু উশিত্তবা অরানবা নত্তে। মশক কজে, শাগৈজাৎ অঙোমনি, কোন্থু'গী কয়াইবনি পাঙ্গনদা লনদা, মোইরাংদা তোমথিল্লি নহানি ইনখৎলক্লিবনি। থোইবীমক নত্রবসু থোইবীগুম্বী চন্থুরা খরনা সেবা ত্তোরিবনি। চাউথোকপা তাবনি। খম্বা অহানবদা লমজানি· লাইরবনি নোংবাননা চহী তরেৎ মনম লৈবাক তাক্রিভৈদগী মা অতুম লৈরবনি হন্দক্তা মীনৌ ওইনা থোরকপনি কনানসু খঙবিবা নত্তে। মহৈ-মশিংনা চুমদেকো হায়বগী য়াখন-লৌশিংনা ক'থনথিবগী য়াদনি য়ক্তা (ক্লাশ জ্বারগী) খঙচাউ চাউনা চৎশিন্দুনা মুক্লরিবনি। পুন্সি অসিমকসু থোঙথাঙ খুদিংগী জ্বারনি। নোংবাননা শান্নরিবসি লাইধী নত্তে জ্বারনি—পোম্বানা থল্লায়। জ্বার শান্নবা চুমদে। অতুগা শান্নরুবা মা অমগীদি মীক ওইরুবা চুমদে মাঙই; অতুগা মাঙনবা শান্নবদি কনাসু য়াওবা নত্তে। করিগুম্বা মৃওং অমদা শান্নকমদগী তোংনা হল্লকপা তাবনি। নোংবাননা মায় পাক্লবা লাক্লবদা শীজিন্নথিদবা

কত্তবা উপাই অমত্তা লৈখিদে। জয়-পরাজয়গী লানকমদা অয়াবা উপাই কয়া শীজিন্নবা ভাবনি শোঞ্জুননা নত্তে মুপা থোক্লা। ওইদবা কয়া ঙাঙহনা য়েংই—খম্বনা মুক্লা শেংখথিবগী মমায় কায়বা অহু লোৎপদগীনা, হনবা লৈতে, কৈনা মাবু চারমদাই ঙাইহাক অহু কাওবদা। মাবু চারম্মগদবা কৈ অহুবু, নোংবানগী রঙাংদা—

"অঙ্গা ননাই নোংবান্না
হান্না থেংনৈ কৈ অসি। কৈ অসিগী মকোক্তা
নোংবান ঐগী তাখোক্লা ফুরে মঙারক হন্না;
মতমসিদা কৈ অসি য়াম্না শোল্লে ইনিংথৌ!
পাম্বা চংনা অহানবা কৎকে চিংউ খাংজিংদা,
হুদৈ মপু চোরোন্দা অমুক কৎকে খঙরুই।"[৪৫]

অওইবা অমত্তা য়াওবা নত্তে। হৈনা, চুম্না শেমজিন্দুনা খাজবা য়াবা মওংদা মায়থোঙগী মওং উত্তুনা ঙাংলকপহ্নদা অচুম-অরান ইখঙ হেক খঙননা বিচার তৌবা ঙম্রিবনি। ফত্ত লৌশিং পুবা ওম্বা, অরানবা অমা কৃপ্নবা লাক্লবদা চামা শেম্বা ওম্বা চীন অমম্ম য়াওরি। অমনা পাক ওম্বা নত্তে; তম্বা অমা চঙই। ওইদবা ঙাংবা কিবিবা মীম্ম নত্তে। মাগী মী অচোবা অমম্ম লৈরি—চিংখুবা, মকু ওইগদবা ঙাইহ্না লৈরক্লিবা। থোংলেনগী খাঙ চাউবগী মরৈ নিংথৌগী চৈরাকনা ফেৎ হাইহনবা ওম্বা নোংবান নত্তে। ওইদবা ঙাংবম্ম কলা অমনি। ওইদবদম্ম ফজপ্রবা অচুম্বা অমা য়াওহনবা তায়। অচুম্বা খিবা তাবগী রাফম কাওবা লৈরকপা য়াই। সাহিত্যগী শৈহেক শৈখাবু কদায়দা কনাগীদা পুংচুম চুম্বা য়াওবগে!

নোংবাননা থোইবীবু তশেংনা পাম্বনি-মুংশিবদি নত্তে। পাম্বা মুংশিবগুম মুংগী লীচৎনি—লাইনা শীবনি। সমাজগী চৎনরোলনা

৪৫। '—শৈরেং'; লাঃ ১৩৪০

নমথখিবনা ফংনবা লাক্লবদা চুম্মী চুমদে খন্নবগী য়াকমনি মতুংদদি পুন্নমক করিনো অমমমদি লোইনা পান্নবা ঙাক্নি। মপান থোক্লক্লবদি চুমজে অতুগা মতুংদা পামজবদি পাপ নত্তে, নোংয়াক ভারোই। তুনা ভিমবা মরুপকী তুপী পান্নরি; অত্তোপ্পগী নৈকোন্দা শাৎপা নৈরাং উরুবমক্তা খজিক্তা ওইরবসু মিতারুরি; ঙাংখরৈমমক পীথোক-পীশিন লোথোক লৌশিনগী লাংদা থুরুরি; অরাপ্পগী নত্তে মোইরাংমক্তদনি। থোইবীগী অপাম্বদদি তুংশিবা য়াওখিবনা লোয়ননা তুপীগী শক্তি উৎপা ঙমখিবদগী ভৌবনি নত্রগদি মনেমগী দষাহ্ মঙোম্দসু তারমগনি। অপাম্বদি ফংনবা হোৎননৈ। ফংত্রবা ফাওবদা হোৎনবদা তুংঙাইজরিবা মীদা শক্তি অমদি নৈকম থোকই। মানা পামজবদা অমদি অপাম্বদা চিংখুবগা মপাগা নত্তনা অত্তে পুন্নমক্লা অপনবা পী। কনাদগীসু মত্তেং ফংদে। লাই ফাওবা মাগী মত্তেং পাংদে নোংদম্বদগী কান্নবা কৈসু ফংদে। অতুনা কনাবুসু মানা থোওইদে। খম্বা পুথৎলকপদদি মীসু লাইসু ইয়াও য়াওই মখন্নতা চৎপা নত্তে তেংবাং কয়া বর কয়া নোংদম কয়া লোইনরি। নোংবানগীদি মতুংসু থোক্তে। পুন্নমক মাগী, মা মশামক মশাগী য়েক্রবা ওইরকই। মা মথন্নতা হোৎনজে। মঙোম্দা ইনশিনবিবা, মাগীনি হায়তুনা লেপ্পিরম্বা চিংখুবা ফাওবা, শমু থোঙয়েৎপগী মতাংদা, মাবু হুম্পোক্লম্মগা চেনখি। মা থোইদোক্লা রারোদে, হান্ন-হান্নগী মওংতুদা অতুম নৈ। খাংজীংনা কল্লম্বগী ফবনি নত্রবদি থোইবীগী শোয়হৈত্রবা খাঙদা লোইরম্বা য়াবনি। ইরায় লায়না লোইবা য়াবা নোংবানগী শক্তম নত্তে। মখস্তা ঙাইরবা, মপা মমা ফাওবনা মীচঙ চঙবিত্রবা, শাপ মরক্তা হিংলিবা নোংবাননা অপাম্বত্ত ফংনবা অমদি অপনববু মাঙহন্নবা হোৎনবদা ইকাইবা, ইজ্জৎ, অকিবা পুন্নমক খাদোকপনি। য়ারবা অমদি চি-য়বা মতাংদা ফাওবা লাই নীংথিনা নীংশিংদে শোন্দে। মখন্নাই তুংঙাইরকপদা করেম কথাইনবগী মওংদা নীংশিংলকপদিময়াওই—

—"মুংঙাই মুংঙাই থাংজিং-লাই !
নংগীদমক হায়দুনা কুমজা খুদিং লৈরাংবা
তোর্বুং শাদান-লান্দানবু নংগীদমক য়ারকপা
কাউদবোইরে নংননে।[৪৬]

লাই কিরক্রুবা মী উশিৎলক্রুবদি মীওই অমু মখোনা ফংনবা তাবনি ; লৌশিং শিংহন্দবা য়াদে য়াথন থলহন্দবা কাচিন কোয়া উবা মী ওইহন্দবা য়াদে। কিগনবা নত্তে। শা-কৈনা লাইনা থল্লবা অমম অথেংদা মথন্তা চৎলি। অচিকপা মী তাদবা, মত্তা চাদবা মকমদা মুপী খোজেল অমনা কপ্পা তারকপদা নোংবান থুক্তে ; তাবমক্তা থল্লি—করি অল্লা-অনা লৈরবনো, অঙাওবীরা, লম্মাংনরবিরা নত্রগা—

তমখিরবা নিপাদি মপুরোইবা কনানা
তাম্বোল্লবি মুপীরা ! লৈবাক মাংঙম তাল্লমদায়
কথেন লাইরেম্বীদুনা, তেংথা নাওইরবরা ![৪৭]

মীনি, মুপী অচম্লি অল্লাবা নংলবীনি থঙলকপদা মখোয়দনা মতেং পাংগে হায়রুই। মীনৌ চম্লুশিংনা—

অঙোম নোংবান কৌবগী চাওনা শাংনা ঙৌরোক-ঙৌ,
মবুকনিংদা পেনবগী নিংথিবদা ঙাংঙকপা,
চাওদুনা জুৎ অমু ফজরেদা নোংবান্দো,
লোক্তাক খোংবান অদুদা খুমন মুপী-মমিৎতা,
খোযুম মাগুম উখরে।[৪৮]

তোরো কৌবী অমু মাগী মচননি ফজবদা কাওই হায়রুবদা মুপীশিংমু নীংথিনা থাজে। চুম্বা থঙদে লানবা থঙদে মচীন-মথাদি কৈ ; কহন্দবা

৪৬। '—শৈরেং' ; লাঃ ৩৯২
৪৭। '—শৈরেং' ; লাঃ ৩৯০
৪৮। লাইবিকসি ; লাঃ ৩৯৭

য়াদে। ওইবা ঙাক্তনা চৎনব্রি মানবা হায়বসিমস্থ সমাজদা মকম চাউনা লৈরি। চিরি য়াঙ্গং অমনা মরৈ লৎ-লৎ তৌতুনা নোংবান শারুবা য়ারোই।

থৌনা কক্ত-লাক্তবা নোংবান নত্তে; মী শোকলুরবা শা-থীরবা কৈজাও মথম্নতা হিংনা কাগনি হায়ত্বনা চঙলকই। থুৎলাই য়াওব্রবা কাওবদা 'থোইরেনতাকী পাম্ব-নং, করে করে থাঙঙ্ুদো থুত্বম-ত্তনা কুত্বনা হাৎকে কাগে নোংবাম্না।' হায়ত্বনা লেপ্পি হোৎনৈ। হৈত্ত-লাক্তবা নত্তে, শাদা-লান্দা বুদ্ধি চোইবা মী নত্তে; লাইওইরবা 'কৈনা— নোংবান-নংমক্তি থংদবা নিপা মক্তি থোক্তবোইরে।' হায়না থল্লি। মরীনস্থ য়াম্না খাবা সুপানি; কৈনা মঙক লুচাওত্ব প্রোক চিকথেকপ্রবা কাওবদা—

মরিন কবা নোংবাম্নি, মবুক নিংদা সুংঙাইত্তে,
লাকচৈদা হায়না থল্লি—অচ্চা হায়গে ত্তৌবদা—
থিংথি ইক হায়না সোর ।।[৪৯]

নোংবান সুংশিদবা মরক্তা হিংলম্বনা কল্লক পেন্না শিথি। অশি-অনা উৎপা পামজদবা কবিনা উত্তবত্তনি। কল্লক পেনবগী সুংঙাইবা মরক্তা শিবনি পাঙদবা অমগী মীশি নত্তে। অকবগীনি থঙদে কত্তবগীনি থঙদে, মমান্নবগা লাম্বা পাবদা শাকম লানকমদা মমায় ওল্দবা 'বৈকুণ্ঠ'দা লৈবা য়াবা মীশিনি।[৫০] পামজরুবা অমগীদমক্তা শিবনি। পামজবা মাগীদমক সমাজদা হিংনা হিংনা শিবগী মহুত্তা শিনা শিনা হিংবনি। থাজনরি ঙসি কাওবা নোংবান পিথাদোই ওইনা হিংলি। (কাব্যদদি পল্লমদরে) নোংচুপ্রোমদনা চুং মথক্তা হিপ্পগা ময়ুমদা হল্লকপনি। কজরবা মীশিনি।

---

৪৯। '—শৈরেং', লাঃ ১৩৬৬
৫০। লাইরিকশি, লাঃ ১৩৭৩

মথুন চঙলমম্বাই লিলনা থেককোইরম্বা মশাহু চুমম্রিং চুম্মকপগুম মোংবানগী মরীল চুম্মকই। খম্বগী মমাঙদা মামা ত্তোখিবা অরানবা পুন্নমক য়াজরকই। মোংবান খঙদবা নত্তে; লোইনা খঙই হৌনবা হৌনদবা পুন্নমক খঙই; অচোপ-অয়েম খোখোম্লা ঙই। অহুবু লাল্লি খঙনা খঙনা অহুম মত্তৌই। ফত্তবসিদি সমাজ খুদিংমকী মীওই পুন্নমক্না ত্তৌনবা ঙাক্তনি—চাংদা হেনবা হেম্বগী য়াত্তনি। ফোংদ্রবম্ফু লোম্লা ত্তৌনরি। চৎনবীনি। ত্তৌদবদি য়াই অহুগা ঙমদবনি। লাইমক্তি নত্তবনিনা লোয়ননা হং-লাইমকম্ফু নত্তবনিনা মোংবানবু চুমদবা ত্তৌহল্লি। ত্তৌরবম্ফু সমাজগী শুকয়েংমক য়েংদ্রবা অঙাও লীচৎনা মমীৎ লোক্তাং তাঙলবা হিংচাবদি নত্তে। হাৎপু হাৎকে হায়রবদি খম্বহু মচে পাঙ্গন শোনবী অমগা ইগী য়ুম শেগায়বা অমদা অচীকপদা লৈবনি, নিংথোগী হেক মনাও চিংখুবনা মাগীদমক ফৈগাক ফৈনা লৈরি। অহুবু সমাজগী য়েংবনা লৈবাক য়ায়েনগী য়াথন্না পৎ থৎ-পোক থেক্তুনা হাত্তে। চিংখুবগী য়াহৈদা হায়রগা—

> ফু খুৎলিংহুনা নং। চুম্ন ফুরোইদবনি,
> মথয়ায়দা হেক খাকউ। নংনা হাৎপাদি য়াদে।
> অমা হাৎল-কোবদি 'মম্ফু হাৎলু হায়রনি।
> হাৎপদি ঐনা হাৎকে। ঐদি ফনা হায়নম্ফু
> নিংথৌ ওইরি 'য়াম্বনা। নংগা ঐগা মায়দে।[৫১]

ময়াম মরক্তা হিংলিবা অমদি হিংবা পাম্মিবা মী অমদদি য়াকর্মসি য়াহনবা তাবনি। কাব্যগী মোংবান্না অহুম য়ারি।

মানা য়াদ্রে-য়াদে খঙনা খঙনা পাম্মুরিবী অহুগা ফংনবম্ফু হোৎ-নরবা খোইবীদদনি মোংবান্না মোংবান ওইরিবা; য়েক্নবা খম্বগী থম্নায়দংদা পাম্বা হিংচাবা ওইরিবা: মাগী কুপীশিংগীদমক্তদি অশেংবা থাজরবা

৫১। '—লৈবেং'; লাঃ ৩৭১

মপুরোইবা ওইরি পোক্লকদবা মচাগীদমক্তসু অশেংবা মপা অমা ওইনা লৈ। শিরমদাই য়ৌরক্লবা পুংলোইমক লোইরে হায়বা মতাং য়ৌরক্লবদা মতাও ওইরবা খম্বদা হায়বা য়াবা হায়বে; নি-বা য়াবা চিংথদরে। ইকোন কোনবদা খাইদগী লুবা অমগা শিন্নে—

ইতাও ঐনা নঙোন্দা খাইদৈ লুনা অমগা
শিন্নজগদবা'মা পাখৌ 'বুংঙো তাবিয়ু।
মাবু ঐনা সুংশিবগী নত্তে, ননাও তোম্বী
কুমাবম নিঙোন অদো, লোইদাম থাবুম সুদৌবা
তবানিদা মঙাইরে। হৈবাং মপুং কাপ্রবী
তাউজিং মক পানগ্রবিনি।[৫২]

অবোইবা য়াফম হায়নবিবনি। অবোইবা ওইনা মাগী সুপী মাগী অঙাং শিন্নরম্মী; পামজবে হাযরিবী খাদোইগী য়া পল্লমদে। নোংবাননা থোইবীবু সুংশিবা নত্তে; পাম্বনি, পাম্বসু অশেংবা নত্তে হন্নে; মিহৌবনি মিকানবনি। পাম্বমক ওইরম্মবা ফাওবা মথমোয়দা, উন্নবাকায়নবগী মতাংদা, অবা-সুংঙাই খজিক্তা ওইরবসু ফাওরমগদবনি। সুপীবু হৈ-লৈগুম্বা পোং ওইনা থনবগী মওংনি।

ফুবালাগী অহল অমনা হাযবনি—'ধর্ম্ম হাযবসে লৈ-হাই।' (লাঃ ১৪২৩) ফুবালা খুদিংগী অহল খুদিংনা পাউজেল্লি—লান্দবনা লাকচরকই। অসিনি কাব্য অসিগী পন্থং। অচুম্বনা মায় পাকপা হায়বসিগীদমক শেম্মকপনি অচুম্বগী শক্তম—থোইবী। 'থোইবী' থুংনবা লম্বেল অমা শেম্মে অচুম্বা—খম্বা। য়াহৈ অনী-মরীথক্কী পাউতাক অমা নত্তবনিনা শেম্বা তাবনি 'নোংবান'। নোংবান নোংবানশিংগী মীচুংনি; অয়ুকসুংদাংগী পুন্সিগী অপাম-মিহৌ লাংদা থুবিবা মতমগী মীওইনি। অশেংবা ফজবা অচুম্বদি ইচম চম্না ইবায় লাযনা খঙবা অমদি ফংবা য়াব

৫২। '—শৈরেং', লাঃ ১৩৭৫

নত্তে ; থম্বগুম্বভনা ফংগদবনি। থম্বগী লম্বেল অরাম্বা নত্তে—নোংবান কয়াগী অপনবা খোঙথাং-খোঙথাং থুদিং শৌ শাহ্নুা লৈ। শৌ অমি নমহত্তুনা চৎপা তায়। অহুভদা অশেংবা অচুম্বা ফংবা ঙমগনি। নোংবান কৈদা পীজথোকপা তায়। মসিদগীনি নোংবানগী মনিললা নোংবানগী মশক ওল্লকল্লিবা।

মমুং অমদি মপানগী লীচত্তা ফত্তবগী শরাক্লা য়াম্না হেনখিবা মীওই অমা ওইনা কবিনা শক্তম লাকলকপা নোংবাননি। অরানবা তৌবা অমদি ধর্ম কায়বগী অমাঙবা উৎপা ম্রারীগী চপ চারা মীওই অমনি। ম্রারী অমদা য়াওবা নত্রগা হাপ্পা তাবা মুক্লবা হায়বহুগী মপুঙ ওইবা শরাক অমা পুগদবা নাক-য়েক অমা শেম্বা তাবনি। নাক-য়েৎ অহুদা মপুঙ ওইবা মীওই অমা ম্রাওদবা-য়াওহন্দবম্ু য়াদবনি। মসিদা যুক্তম ওইরগা শেমগৎখিবা নোংবানগী শক্তমনি। মরা ওইদবা পাত্র নত্তে। মাগী লীচত্তগী হৌরকপা মুক্লবা মা মাঙখিবদা লোইশিনগদবনি। অচুম্বগী মায়পাকপগী ফিরাল য়ুংগদৌরিবা মফম অহুমক ওইরিবনি। ইরায় লায়বা ইচম চম্বা পাত্র অমা ওইদবনি। থম্ববু লাম্বা তৌবা ঙম্বা নোংবাননি। চৎনবী ম্রারীদা য়াওবা তাবা ফত্ত-মীওই অহুমক্লি।

## নুপীগী মফম অমদি থাক : ওইরিবা অমদি অপাম্বা

"সেনু চৎলো হংগৎলু নবেম্মদা, তাবরা।
নহোয় নুপীনা খঙেঙাইকো! লৈবাক নিংথৌ পানবগী
লৈরি হৌনবা হায়বা।।"[৫৩]

মজাইবেম্মা থোইবীদা খঙহল্লকপনি ; লৈবাক্তী ম্রায়েন থোদাংদা চাউনা শরুক য়ারিবা চাউবা নোংথোননা হায়বা ম্রানি। মানা পিশুম খজিক্তং শুকপদা মোইরাংদা ঈথক হোগদবা কোম্নংগী অমত্তা পোকপী থাদোইদো—

৫৩। '—লৈরেং'; লাঃ ৮৭

মজাইবেম্মা য়ারোই ইকাই মুংশি য়াম্নে।
"তোনখরেদা ঐহাক্সে মুপী ওইবা মরমনা
য়াহৈ অসি তারেদো।" খল্লি সনা পুক্লিংদা ॥[৫৪]

মতম অহুগী লৈঙাক থোরমদা মুপীগী মকম লৈতে। কংলা বিচারদা মুপী য়াওহন্দে; মুপী চঙহন্দে। কীবম অসিগী মায়োক্তা ইহান হেক হানবা ওইনা য়াখল লাকপা হৌবদি লাইরিক-লাইস্নু হৈরবা,[৫৫] নিঙোল কাঙলুপ অমা ওইরিবী মজাইবেম্মা থোইবীদনি। মীনা য়া মথক থংবা য়াদবী ঈচঙ থৌবী থোইবীনি। মীখা পোম্না হিংবা থোইবী হৈনদে পামদে। মাগী লীচৎ-শাজৎতা মুপীবু হম্বনা লৈবা অমদি লৈহনবা পামদে হায়বা উংলি। মহাকাব্যদা উৎপা য়াফম কয়ামুক্কী মনুংদা মুপীগী মকম তানবসিন্নু অমনি। থোইবীনা লুচিংবীনি।

মতমহুগী সমাজদা মুপী অসি নীংথিজবা কজবা চীন্দমহৈগুম্বা হৈরাংনি; লৈরাংনি। অপাম্বা মুপানা তরা চিনগে কুশিনি চাম্বা থেৎকে মনীংনি। নোংবানগী মুপী অহুমনি, চিংখুবগী তরামাথোইনি, নিংথৌগী য়াম্মী থোংলেন য়াম্না লোল্লি। মুপী লোনবা মুপীনম্নু য়াই, লৈপাক্নম্নু য়াই, মীনম্নু লাইনম্নু য়াই; সমাজদা লেম্নু লেমনৈ। পাপ নত্তে চৎনবীনি। অম্নুম য়াবা ত বরা? মহাকাব্যম্নু অহুম য়াই। তৌবতবু মুপী মশা মশাদদি চেকশিলহল্লি—কোঙনা নত্তে নাশোন্দা শম্না। লোনবা সমাজনা য়ারবনিনা লোলহন্দবা তারবদি মুপীনা কৈগাক কৈনা ঙাক-দবনি। অহিংদা নোংবানগী মনাক্তা লেকউসি হায়রকপা মতাংদা অহল খজিক ওইবী মুপী অমগী মচীন্দগী—

অহন ওইবী অহুনা—"শক অসিগী ময়ুমদা,
য়াবরা লেকউ লাকউবা! মুপী অমতগী
মপু ওইয়ু হায়বদি থোক্তরবা নিপানি।

৫৪। লাইরিকসি লামায়নু
৫৫। লাইরিকসি; লাঃ ৯০৩

তাত্রা মানা ঙাংইসে ! নংবু করম মুপীনো।
নচা কায়নৈ হায়বগী কপ্পম্বদো হৌজিক্তা,
ইকাইদবী শাসিদি।" চৈরে নহা অহুবু[৫৬]

কত্তে, চুমদে হায়বসিদি অহুম মকাওনৈ। হেন্না খঙজিন-উশিনগদবদি মুপী মশানি। মহাকাব্যগী য়াথলনি। ফজবা মশক থিরুবগী লম্বেনদা থেং-নরকপা পন্থুং অমনি। করি তৌবা তাবা হায়বসিমনা ভাবোক্তা শিন্নরম্মে।

মুপী মপু ওইবা মুপাগী শীজিন্নমনীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়াবা লনগৈগী কায়াৎ (য়ুনিট) অমনি। লুনা চান্না তৌহুনা মুংশিনা তৌবমক নত্রবম্মু পামহুনা মীহৌনরিবা থোইবীবু থন্নাই খুবাক্তা হাপ্পুনা কংনবা হোং-নবদা হালেংবা লৈত্তরবা নোংবাননা ইরায় লায়না, য়েক্লবিবা খম্বদা থোক পীথোকই—

—"নাবা ইভাউ লোজোদা !
ফাগি তৌবনি কৈনো ! শগোন পিথ্রিবহুনি,
লোজো নংগীদমক্তা ওকপিরুবনি ঐনা।"[৫৭]

মথন্নাই হিংনবা লন-থুম খন্না পীবহুমঙাই। নোংবানগীবুদি নোং-বাননি করে, য়াংলে। অহুগা পুরেম্বগা পুরিক্লাইগা অনীনা পায়-পায়দনা পীথোক-পীশিন তৌরিবী ঙাংখরৈমদি ফনা হকপা য়াকয়ি। মসিদগী অমুক হেন্না হক্লিবা থোইবীগী ফীবমনি। থোইবী অসিদি চিংখুবগী খাক্লুনা থম্বা শেনকম (ডিসক্রেশনরী ফণ্ড) গী অচৌবা মশক থোকপা শেন ওইনা লৈরি। লৈবাকী নত্রগা লনাইগী য়াকম খরদা মপাবুঙ চিংখুবনা খম্বদা পীরে হায়না হন্না হন্না লাউথোকই অমুক অমরোমদনা মুপী অমদগী হেন্না লৈরবা নোংবানদা লোন্না অমদি ফোঙনা পীথোকই। মত্তাংসিদনি মুপী অসিনা লোয়াম চাবগী লো অহুগা গোম্বামীগী গৌ (শন) গুম্বা ফজত্রবা লন ওইরক্লিবা।

---

৫৬। '—শৈরেং'; লাঃ ৩৯৭-৮
৫৭। '—শৈরেং'; লাঃ ১১৮৪

মসি থোইবী য়ানীংদে। থোইবীগী লালহৌ, লাল্লোং, বন্দ (খুপা লোক্তাক কুম্বা য়াদবগী মতাং), চন্না হেনবা, সত্যাগ্রহ অসিনচিংবা মথং মথং লাক্লিবসি মসিদনি। খুপানা মকোক ওইবা সমাজদা থোইবীনা মশাগী মকম অমা তাল্লি। খুপী ফক্লাংদা থেংনবা কজথবা লৈতেংপোং নত্তে, শক্নোনবগী শন নত্তে, লাইধী নত্তে; মীনি, খুপাগুম্না লৌশিং লৈবা, থমোয় অমা য়াওবা মশানা লেপচবা ওম্বা মীনি হায়বসি থোইবীনা উৎলি। থোংপা নোবদা লৈরাংগুম্বীনি হায়বদি কাব্যনা য়াই অদুগা পাজল শোনবী খুজানি হায়বদি য়ানীংদে। কয়াং থেম্নবগী ওমথৈ লৈনবগী য়ানি শাদা-লান্দা, থবক ইথাংদা, বুদ্ধি-লৌশিংদা খুপী-খুপা অমগুনি হায়বসি মহাকাব্যনা উৎলি। থোইবী য়ুমদা ফনেক লোল্লি; চীংদা কাহুনা শীং চল্লি; পাত্তা কুমহুনা লোং থোল্লি; মতাং লাকপা মতমদা থাবৈ-চেগপকী মহুত্তা থাঙ পায়হুনা নোংথাঙ লৈমগী শক্তম লৌরকই—

মোইরাং তম্পাক য়ুমদগী থোরি কথেন পাংহুনা,
খুজা ওইবী নহাক্না থাংচেৎ মচি লাংহুনা,
সোরি অনী পায়হুনা, লুচুং তাবা শম্নাংনা,
নিক্ক চাইনা পাইরবা; চেল্লকপগী শমহুনা
মুন হোৱা নোংদি ওই, অমুবদি শমহুনে,
লৈহাও কুচু মানবনে অৱংবদি থাংহুনে
ফুইনা হোবা নোংলক্তা, নোংথাং লৈম-লেপ্পনি।[৫৮]

থোইবীনা তৌবা নিঙাই অঙাংগী নত্তে; মকম তানবগী লাল-হৌনি। মহাকাব্যগী থোইবানা অহল্লমনগী ইন্দে। অদুবু মাদি লমকেৎ-লমহাইবী শমঙ নত্তে পৃথিবী-সমাজদা লৈরিবী খুপীশিংগী মহুৎ শিন্দুনা চঙশিল্লকপী সত্যাগ্রহগী লাল্লোইনি। মাগী লাহেল্লো ঈথেঙগী নত্তে;

৫৮। '—শৈরেং'; লাঃ ৭৮১-২

খমোয় 'অর্মদি লৌশিংগীনি। অচুম্বা লম্বী ওইরিবা খম্বগী লম্বেল য়াংপনি। মুপীনা মুপা ওইগে হায়বা নত্তে মুপীমু মুপী অমনি হায়বসি উৎপনি। খোইবীগী লাহেল্লৌ শুসিদি মায় পাক্লরে।

মুপীগী শক্তম অমনা থয়ুনি, চৎনবীবু লৈরিবা কীবমবু ইকাই-খুম্নজরিবী, খাঙবা কনবী লাইবক্কা য়াম্ন-চেদা সহী ভৌজবী লাম্লক্তা শান্তি ওইনা লৈজবী মুপী। অহল্লমনগী য়াহে মাগীদি লাই-য়ানি চৎনবী লাই-ভাক লম্বানি। খোৎপা নৌবা লিরী-খোইরীবা মুপীগী শক্লক্নি থয়ু। নাউয়োক-নাউকোনগী শক্তি চেনবী মুপীগী শক্তমি। শক্তম অসিগীমু সমাজদা মফম পীকম খোকই। মাম্নু মাগী মফম অম্না খমজরি-নীংতম্বা। অমগা অমগা মতেং লৌন-পীনহুনা হিংবদি পুন্না লৈমিম্নবগী হৌনশানি। অহুগা মীখা পোম্না, মীগী খদাং মথা থানা হিংবদি য়ানীংদে। পীশক পীক্লিঙৈদগী হৌনা কনা অমত্তা লৈত্রবা মুমজাও অহুদা মৌপ্র অপীথক অহুমগা লৈজরকই অঙম্বা মু-নোমহুনা লেজ্জরকই। মীনাই ফুঙ্গা লৈবনি অয়োমবা মীনাই ওইথিবা লৈত্তে। নাউয়োক-নাউকোনবী ওইনা পোকপদগী লৈরক্লবীনি। মদোম হিংজনবা লাক্লহুনক্তা লৈরকপনি। মীনা লাকচদনবা কন্না লাক্লে; লাকচখিবা অভাংদা খাঙবা ঙমজদে। মমাংঙৈগী য়াথোক-য়াশিনগী য়াফম (ওয়াইগেশন) গী খাজবদা, য়ুম্লোন-কৈরোম্নবা খাংগরাকপগীদা ফি য়ায়বা চৎলুই। পীরক্তে পিবন-পাবন্দুনা ঙাংলকই। থয়ু খমোয় শোক্লা মুংঙাইত্তে চাবা থকপা তুম্বা চঙদে; কপ্তুনত্তা লৈ—

"—চরৈ য়ায়বা চৎপদা,
পলেম পম্হৌ অনিবু চৈহৌবদো, ঐননি।
লাইরৈপাক্তা ভারিনি খমনু পাপচেনবিনিদা।"
অসিমগা খন্দুনা পিগী কংবা লৈতরে।[৫১]

৫১। '—লৈরেং'; লাঃ ১৫৬

মীনা লাকচ খুত্থম চনখিনি হায়বসিগী খনবদা খয়ু মীরক তিঙনীংদে, মোপ্‌াবুসু তিলহজনীংদে। নোনা লৌশিং তাবীনি। সুপীগী মশক অমা পুত্থনা চৎপা খয়ুনি। অতৈদা অন্নাবা পীরুবা নৈতনা নীংতম্মা মদোম হিংজবগী পাউজেলনি। ওইহনবা পাম্বা সুপী-মমাগী-শেংলবা শক্তমি। ধর্মগী লম্বেল ওইবা খম্বগা অচুম্বগী মশক ওইবী থোইবীগা অনী পম্নুং অমত্তদা পুন্নরবা মতাংদা মমাঙখক্তা অমুক্তা চনীং তানা নোকখিদ্রবী খয়ুদো—

খয়ু জগোই শাখরে—ইথুনিংথৌ কাদদি
য়েংলগদোবা মীদি উজদরে মোইরাংদা
খঞখরে মচেম্মা। ইঙুং শোয়বু লেনরে ॥[৬০]

থোইবীবু তৌওম্বী, লমকেৎপী ওইনা লৌজদে। খন্নাইগী পোথা মরক্তা থোইবীগী লালহৌ শোগৎলি। মোপ্‌াবু খামহুনতা লাকপা খয়ুনি থোইবীগী মতাংদদি খবক্লা থোশিলনা খন্নায় হকচাং য়াওনা শোগৎলি ইনশিল্লি। থোইবীদি থোইবী ওইবা নত্তে থোইবীনা তান্নিবা সুপীগী মকমত্থ পামজবনি।

লেমহৌরিবা সুপী পুম্নমক সতীগী ঘুমকমদা শাগৎপনি। মপু-রোইববু লাইনি খঞবী ঙাক্লি। ফত্তবদা মপা নৈত্রবা চুমদবনা মী ওইনা চোংথোক্তুনা চৎলবা নোংবান, মাগী তালোই অহুমগীদি পুম্নমক ওইখি। মপুরোইবা শোকখিবা কৈত্থ পুরকপদা—

সুজা অহুম অত্থনা মপুরোইবৈ মতাওদি,
মবুং খম্বা য়েংহুনা—"ইবুং-'বুংঙো-য়াইফবা!
নতাও শোকপা কৈত্থবু—সুজা তেম্নাং-ইখুৎ-সু

৬০। '—নৈশেং' ; লাঃ ১৪৫২

ননাও খুত্তা পায়তুনা য়ানজহৌগে ঐখোইনা !
নত্তাও লাইবক খিবগী করোং-খুৎকুম-জহৌগে,
ঙাইখোং-তোনবা-ইনাগে, তাকপিয়ুকো ইবুং-ও !"[৬১]

লুপ্রা ওইবা পামজদবগী য়ানি ; থম্ববুদি তাথীজদে খোইবীগী মরমদা করিস্নু খনবা লৈজদে। অসুম হায়না মবুক খোয়রবা চিংখুবগী তালোই ভরামাখোইমক, খোইবীগী মীচঙদি চঙই অহুগা, মপুরোইববু মীয়ায়বদি ত্তোদে। নোংবানগী মমা খুরাইলৈমনা মচাবু মুংশিদবা হৌনদে অহুবু ধর্মগী মীৎয়েংদা য়েংলকপদা, মচা কাবা লাকপা কোমুংগী মীয়ামদা হায়রকই—

ওস্বোকপা ঙাক্তা তাইদা ! হাই হাই ধর্ম লৈত্তবা !
ইচানি মুংশিপ্ররোই—ফংবা মকমদা হাৎলু
লৈপাক নখোয় চংতুনা। ইয়াই-বুংঙোবু অহুম
ত্তোই হায়ো অচৎ-চা। ঐ' পোকপা ইচানবু
অসুক ফত্তে হায়াইয়ো। কনা নিংখিনা ঐদি
পোকপরা হায়রবুকো ! ত্তোল্লিদা পাপী নংদে ।।[৬২]

অচুম্বা অমদি ধর্মবু মশক মুন্না খঙবী চমুরানি—কাব্যগী চমুশিং। কাঙবু অসিদি মুপীগী মকম তানবা নত্তে মুপীগী মকম তাকপনি। অপাকপা সমাজগীতা নত্তে অপুনবা মীওইবগী লীচৎনি।

সেমু ! অমগা লৈরি-সেমু। মজাইবেম্মগী খোইনৌ-ইত্তা সেমু। মপা-মমা ওইবশিংগী সেমু ; মতাশিংগী সেমু ; লৈকাইগী সেমু; লৈবাক্কী সেমু সমাজ পুম্নমক্কী সেমু অহুগা মশাগী ওইজবা ঙমজদ্রবী সেমু। মশাগী হায়বা য়াথল মরীক অমত্তা নশাদা লৈত্রবা, হেক পোকপদগীনা হিংলিঙৈ মতম ফাওবদা অত্তোপ্পগীতা খন্দুনত্তা লৈরবী সেমুনি। মশা কনানো হায়বা ময়ামদি লায়রি মশামরুপ্ খঙজদে। অহুবু সেমুদি

৬১। '—শৈরেং' ; লাঃ ১৪৪৭-৫০
৬২। লাইখিকপি ; লাঃ ৮৮০

হয়াওবনা নোঙপদা নোঙচৈ ইশি শিনা, মতানা কপ্পদা কপচৈ তীং শোক্না। নুংঙাইহন্না লৈসি য়াই হাউতনা চাসি য়াই, অসিমা তৌসি 'কৈ' মত্নমা তৌগুমসি 'য়ারে'। হিংমিন্নসি হিংমিন্নৈ শিমিন্নসি তুংইন্নি। খুন্নাই লোৎপী শান্নবদগীনা খন্নায়গী পোম্বা ফাওবগী লম্বেন্দা মতাগী তুং ইঙবী সেন্নুনি। অত্নবু সেন্নুবু পুন্নমক্না মীয়ায়বগুম তৌই। থোইবী লৈবা মফমদা সেন্নু লৈবনি, কবোদা মতম খরা নত্তনা অত্নবু মাবুদি কনানসু উবিদবগুম তৌই। সমাজদা মফম মচেৎ অমত্তা লৈত-বদোনা তৌই।

তশেংবদি সমাজদা 'সেন্নু' গী মফম চাউনা লৈরি। নুপা সমাজগীদি বিদূষক লৈত্রবসুময়ারি অত্নগা নুপী সমাজদদি সেন্নু লৈরি; লৈবসু তারি। নুপা ওইবা য়াই নুপী ওইবা য়াই থোইবী খুদিংমক্কী সেন্নু অমা লৈরি। ঋষি নারদগী অককন্নবা ফিদা অমত্তা লৈবা উদে স্বর্গদসু মর্তদসু। অত্নবু মাগীদি লাইগী সিংহাসনদগীনা হিংচাবগী শউন ফাওবদা অত্নম ফম্মী; ফম্বা য়াই। মানসু চিংনদে মীনসু কৈসু হায়দে। সেন্নু লৈবাক্তসু মফমদোকই অত্নগা থোইবীগী ফমুংদসু হিপ্তোকই। থোইবীনা নোংবান্দা লুহোংবদা সেন্নু অত্নম য়াওশিন্নি—মাগত্নম হোত্ত-দোকই। মাসু কৈসু হায়দে ভাবোকসু অত্নম য়াই। ওম্মোকপা সেন্নুগী লৌচৎনি। সেন্নুগী মফম চাউনা লৈ। 'নোংবান শাবা মানি' হায়বগুম 'মাদি মত্নগী সেন্নুনি' হায়বগী মফম ওসিগী সমাজনা পীরি— 'সেন্নু থোঙবানবী' অসিনা সাথীনি।

ন্নারীদা য়ান্না কান্নবা পাত্র অমা ওইনা মহাকাব্যনা মফম চাউনা পী। নুপী সমাজনসু অচেৎ-অকোম, অরোন অফোঙগী ন্না খাক্তবা ন্নাবগী মশাদা মশা ওইবগী মফম অমা থম্মী। মমাদা, মপাদা, কনাগী, মপুরোইবা ফাওবদা তম্বা-হায়বদা অপনবা লৈগদবত্ন 'সেন্নু'দা হায়বদদি 'থোইবী' কৈসু পন্দে। অসিগুম্বা মরূপ হকথেংনরিবা পুন্সি অসিদা শোয়দনা লৈ। য়ান্না মগুণ লৈবা মীওইনি।

অভৈনা সেন্নবু মীরায়রম্বসু য়াই অহুগা অশৈ-য়াচুম (পোইটিক জষ্টিস) অমদি অশৈ-মনিং (পোইটিক লাইসেন্স) শক্তিনা পুম্নমকপু ভাশিন-খোমজিন্নিবা কাব্যকারনদি মীরায়খিদে। শমুখোঙ য়েৎলুবগী অনাবা লাইকন্নবা লোইরবা হুমীত্তা, লাইখৌবগী মতাংদা খম্বনা (অচুম্বা লম্বেল ওইবা) ভরঙ-মালঙ অমদা নৈরুবা লৌশিং মরক অমদগী লাউরকই—

ইবাই খুৎলাই পায়বিয়ু। ঐবু ঙাইবিরগনু।
চিংখু কোম্নুং তম্বিরো—থুগাইখিরো অহুগা
খোইবী সেম্নু কৌরবী হুরা অনি অহুদা,
ফাবিরকউ ইবাইনা। মহাক-থক্লিনিদোসে!
অচৌ মচানি হায়না চাওখোক্লমাম্লে য়াম্না
ঐনা শিবদা নুরা অনি পুখিগে হান্দক,
ঐনা অম্সুক য়াববু হন্না নোংমত্তা য়েংদে।[৬৩]

নুরা অনীমক্তু মনাক্তা অহুম লৈরিবনি। ভাব তারকপা মতাংদা খোইবীনা চাক চখোম থরা ইল্লি। খম্বনা সেম্নুদা ঈশিং থজিক্তা ইল্লকউ হায়রকই। সেম্নুনা 'ননাই ঐদি মীনাইনি লাইজ করম ইনগনি? মুংশিবিবই ভাকপিবা, চানবিবদি উৎপিবা মুংঙাইজরে ননাই ঐ। ইবেম্মা, সনা খুৎনা খিৎত্তা ইনসি ইশিংহু' হায়রকই মজ্জাইবেম্মা খোইবীনা হায়খিবনি—

করি য়ানো মরুপ্নোই খোইবীবু কুপ্না সেনবই
কোন্নোই সেম্নু কৌবনি। কৈদৌবগে ইমানা
ইনবিয়ুবা অমুক্তা।[৬৪]

খম্বদা সেম্নুনা ঈশিং ইনখি। খম্বগী অনাবা ফখি। মীপুম তিংনা মুংঙাইনখি। অশৈবনা মীনাই ফুঙ্গা পামদবা উৎলি লোইননা জাৎ

৬৩। '—শৈরেং'; লাঃ ৯৩১-২
৬৪। '—শৈরেং'; লাঃ ৯৩৩

খেন্নবগী রাখল খাদোক্লগা অমত্তা ওইবগী মওং অমা পুথংপা পাম্মী। হুপানা মপুঙ ওইবা সমাজদা থায়রিবা থাক অমদি খোং মান্নদবগী রাখল অসি হুপীনা মাঙহনবা য়াই হায়বগী পাউজেল অমা ইরোয়নরি। ফনমক হায় শাবনি থম্বনা ফনা হায়জত্নন্সু খোইবীনবু হেক ময়াড্রবা. পিশুম স্নুক নাত্তোন পোমহ্নুনা হেক লৈগ্রবদা থম্বা পাক হেক ঙম্মোই ইলহনবা, নমহ্নুনা ইলহল্লম্মবদি ঙমগনি। অহ্নবু ঈশিং অহু শায়ন্ড্রবদি য়োংপা য়ারম্মোই। মফম চাউনা লৈরিবা কাব্যগী হুপীনা মান্নবা অমদি অমত্তা ওইবগী থাক ফংলি অমদি ত্তানস্নু ত্তাল্লি। লৈঙাক খোরমদকা য়াওরম্মবদিকো!

য়ারীগী মত্তমগী হুপীগী মফম অমদি থাক্কদি থরা খেন্নে হায়রবা য়াই। পেন্দবস্নু য়াই। খেন্নবা ত্তারবস্নু পঙয়াম য়ামদে। মপানগী ওইবা থরদা মঙাই। পামজবগী মীৎয়েংদস্নু. হৈগুম লৈগুম ত্তোবা, লৈঙাক খোরমনচিংবদা শরুক য়াহন্দবা অমদি হুপী লোনবগী চৎনবী অমা লৈবসিনা মরুওইবা পামদবা লৈহন্নোংদবা মচল ওইনরি। কাব্যনদি অপাম্বা মওংদা শেমগৎপা পাম্লি। লৈঙাক খোরাংগী লমদা নত্তনা অতৈদি খো'ইবীগী অপানবা অমদি নাকোয়নবা লালহোৌদা ফনা য়াম্না য়'ওরে। অওনবা পুরক্কবা লাক্কবদা ফনা য়াম্নস্নু মায় পাক্লে। কাব্যনা হুপীবু সনানা শাবা, চাদা-নাউদাগী যন্ত্র ওইনা উদে; মফম অমত্তদা হুপাগা ফম্মিন্নবা চপ মান্নবা থাক্তা লৈবা অশেংবা মী ওইনা উই। মীৎয়েং অসিনি সমাজনা পান্নরিবস্নু।

মহাকাব্যদা হুপীগী থাক-রাংনা অমদি মফম চাউনা অহুম লৈরি। পুন্সিগী লমদাং থুদিংদা হুপাগা খোং মান্ননা অহুম্মক লৈরি। চাক-শঙদগী খোকলক্তুনা পাত্ত কুম চীংদা কাহ্নুনা য়ুম পুবগী নাকন নাম্মা কৈগাক পুরি। ময়ামগী ওইবা পুন্সিদা হুপীস্নু চপ চপ চানা খোদাং য়ান্নি। থাঙ-ত্তাগী লানকমদদি থরা হুন্নুরবস্নু অতৈ লানফমদদি অচঙবা

লাম্মী অমা ওইরি। মফম ইরৈ নৈত্রিবসি নৈঙাক থোদাংগী লমগা থাজ-য়োঙবগী লমদাংগা অনী অসিদনি। মসিদফি হুপী অসি শুন্যদা হন্থরে। মসিমক্তি অশৈবগী চৈজ্জীংনা নত্রগা কলমনা য়ানীংদে। মহা-কাব্য অসিনা মেনথৎনবা লাক্লরি। থোং মাম্নবগী অনৌবা য়াথল হাপ্লনি।

## লোন্দা-পুদা অমদি ফোঙদোকপগী মওং (শৈলী)

‘শৈলীদি মী মশাহুনি’ হায়বা বিদ্বান বফোন (Buffon) গী য়া লৈ। অইবা অমগী শৈলী মপূন্সিদা খংওনম্নু ওন্দে অহুগা পুঙওনম্নু ওন্দে। মতম শাংলকপনা মথল মথা য়াম্না থেংনরকপা অমদি চাম্নরুবা পক্লরুবা অতৈগী শৈলীগী মমি ওল্লকপা নত্রগা হেল্লকপদগী থরগী মথৈদি ওল্লি; অহুম্নু মহুম্নু মপানগী ফীজেৎ-লৈতেংদা ওল্লকপা ওইনা তৌই; অইবা মশাদি অহুম লৈ। ‘—শৈরেং’ মহাকাব্যগী য়াহৈ-য়াতা অমদি ফোঙদোকপগী মওং হায়া ইথিবা ‘—ইন্দু’ কাব্যগীগা অহুম মাম্নরি। (য়েং-অনীম্নুবা মত্তাং) মাম্নদবা থরম্নু শোয়দনা লৈ। মরমম্নু লৈ।

য়াহৈ-পুক্কৈদা অতৈ লোনদগী লৌশিল্লুবা য়াহৈ য়াম্না য়াম্মকই। অয়াম্বদি সংস্কৃত লোন্দগীনি। ধর্ম অমদি সংস্কৃতিগী অতৈ মচলশিংগী মমি তারকপননি। হিন্দুগী লাই ময়াম অমদি মথোয়গা মরী লৈনবা পোৎচৈগী মমিং-মথা মওং থুগাইরগা (তৎভব) অমদি থুগায়দনা (তৎসম) য়াম্না লৌশিল্লে। হরি, বিষ্ণু, মহাদেব, দুর্গা মন্দির মাণ্ডব, অজ্ঞা, অসিন-চিংবা। মণিপুরীদা করিগুম্বা মওং অমদগী ওন্থোকপা মওংদা চঙলকথিবা ‘ধর্ম্ম’[৬৫] হায়বা য়াহৈ অহুম্মক লৌশিল্লে। মওং অমদা থুগাইবনি—ধর্ম (সং)>ধম্ম (পালী)> ধর্ম্ম ( মনি০)। উচ্চারনদি ‘ধর্ম’ নত্রগা ‘ধরম’

---

৬৫। ‘—শৈরেং’; লাঃ ১৪৫৮ নচিংবা। অতোম্বা থুঁদম-মুক্তি (১৪৪৯), কর্ণ (১৪৪১)

মসিমক্তি ইবদা চৎনথিবা ওইনা তৌই—তোর্ব্বান, থুর্জ্জি, তোর্ব্বুং

ওইনা অস্তুম তৌই ; 'থর্ মূম' ওইনা তৌনবা থেংনদে। অহুবু চংনবা ওইনা ইনবনি কবিনা লৌশিনবনি। অসিগুম্বা নত্তবা মৈতৈরোন্দা পুনশিনখ্রবা অতৈ লোনগী য়াহৈ কয়া অমস্তু লৈরি—সনা, লুপা, পাত্র, মন্ত্রী, ভাবোক, পুজা, প্রজা, অসিনচিংবা। য়াম্না তাঙনা থোক্লিবা কয়া অমস্তু—ইঙ্গনা, পিঙ্গনা, সুষমনা, (লাঃ ১২৮৯), অসিনচিংবা। মণিপুরীগীনি হায়না লৈবা অহুগা থরনদি মীরোন্দগীনি হায়না লৌবা থরস্তু অহুম য়াওই—পেনা<বীনা ?, লাই<লিঙ্গ ?[৬৬] কাও<গৌ[৬৭] অসিনচিংবা। থরা লাপ্লপ তাখিবা লোনশিংদগী লাকপা থরস্তু অহুম য়াওই—সাত্তিন, হুকুম (৩৩৪, ৫৩৪) অসিনচিংবা। কায়বা নত্তে ফরিবনি। মওং চানা লৌশিন্দুনা শীজিন্নবদি লোন ইনাক খুলহনবগী ফরবা উপাই অমনি। লৌফমস্তু থোকইবনি।

মৈতৈরোনগী, কবিনা শীজিন্নরিবা য়াহৈশিং অসি অরিবা, অনৌবা, অশেম্বা, লোম্হৈ (ডাইলেক্ট) হন্দোকপা (মীরোন্দগী অহুবাদ তৌবগী মওং) থরা অসি উই। মসিগী মহুংদা মীরমগী পোত্তা য়ুম্ফম ওইবা য়াহৈদগী হন্দোক্লুনা শেম্বদি পঙয়াম য়ামদে। নোংচুপ্লোমগী ইলেক্ত্রিক নম্রগা বিজলীবু 'নোংথাং থাংমৈ' হায়না হন্দোক্লুনা শেম্মী। (লাঃ ১৪৪৭) করিগুম্বা মতাংদা ইহন হন্দোক্লুনা থনম্বস্তু য়াওই—

সুত ব্রহ্মা লৈময়োন, কিংপরস্থ খগুদা
অম্রাপুর ইন্নাইকোন লৈরাং নংবু শাংলবী।[৬৮]

হন্দোকপদা ফজবা য়াংলনি থন্দুনা তৌরম্বস্তু য়াই। কবিনা পামজরুবগীনি ; কায়বা নত্তে। অমরোমদা অমুক হায়গী লৈজবা য়াহৈবু,

৬৬। মৈত্রবাক, লাঃ XIV
৬৭। মৈতৈ লোঙন, মীনকেতন, লাঃ ৪
সংস্কৃততগী লাকপা থরস্তু পীরি—নিংথৌ/ম্নিংথৌ<ইন্দ্র, শা<শ্বন, তৰা<তণ্ডল,পম্বৌ<পিতৃ, অসি<অসৌ।
৬৮। '—লৈরেং' ; লাঃ ৯৮৭

ছন্দ কায়দনবা কন্নিগুম্বদা শাংদোকহনবা কন্নিগুম্বদনা তেনশিনহনবা অসিশু তৌই। শকপগীদি মসিদা খুদোংচাবশু লৈ। কন্নিগুম্বা মতাংদনা ন্নাহৈ অনী-অহুম, সন্ধিদোনা, পুনশিন্দুনা শীজিন্নবশু ন্নাওরকই। চৎনবী সমাস মশীং ন্নান্না শীজিন্নরি।

ন্নাহৈশিং, ঈৎ-খোত্তুনা খন-খনহুনা পৈন্নবা, অসি পরেং ওইনা লেংশিল্লগা মুংগী ন্নাখল ফোঙদোকপদা নীংথিবা কন্না লৈরি। ছন্দগী মতাংদদি হান্নগী 'পেনা ছন্দ'গী মওং অহুম্মক কায়দনা লৈরি। মসিমতনি কাব্য মপুম অসিদা কবিনা শীজিন্নরিবা। ন্নাহৈদা লৈবা লৈতেং (অনুপ্রাস, যমকনচিংবা) মন্নাং কায়না থেংনরি। রস রসকী মতুং ইন্না কবিগী কললমদগী মথন্নতা থোকচরকপগুম তৌই। অপনবা অখিংবা লৈতবা অঙম্বা চীংদগী চেম্বরকপদোনা য়াঙনা চেম্বরকপগুম তাবদা মুংঙাইবা ঙাক্তুনি।

প্রমাণ-পান্থৈনচিংবা অর্থালঙ্কারগী মশক হান্নদগী তাদনা লৈরি। হেন্না ফজন্নকপদি শীংথা-শৈথারকপদা প্রমাণ-পান্থৈ পীরকপা মতমদা হেন্না চুশিন-চাশিন্নবা ন্নাহৈ, ফীবম অমদি পুক্নিংগী ঈহুল চপ-চপ চা-না লান্থোরকইবা অসিনি। খোইবী মম্মুংলাংগী খম্বা নোংবান অনীনা শন্নেং পাম্বোম ঙানরকপা মতাংদা কবিগী প্রমাণ অমনি—

অন্নাং কৌক্র লোকমাইদা শামু ন্নাতোন পোকহুনা
অমোম হাকন্নবগী য়াথিন্নবা মওংনি।[৬৯]

পীকপ্রবা প্রমাণ মচা অমনি। মসিদা খম্বা নোংবান অনীগী খোনা, পাজল, মবুক মবুক্নিংগী ন্নাখল, খোইবীবু হাকন্নবগী ফীবম, হৌখিবা মন্নী অমদি হৌজিক ঙাইহাক্কী মতুংদা অনীমক্কী ওইরকপা য়াবা ফীবমগী মওং ফাওবা মথং-মথং ফোঙদোকপা ঙম্বগী মফোঙদোক অমা ন্নাওরি। কাব্যদা তাঙনা থোকপা মফোঙদোক্নি।

৬৯। '—শৈরেং' ; লাঃ ৭৫৩

অমুক্তা, কবো তান্না চৎপগী লম্বেল লমখাঙদা খম্বা খোইবী অনীগী হকথেংনবা বিদাইগী মতমনি। অনীনা ন্না ভাংবা ভম্নদনা লৈনৈ। নাকন্দা ন্নাখোঙ লোয়্ননা থঙবা নাইজহনবগা খোঙলোইশিংগা মথমোয় চাক্লা লেপ্পরি। নাক-য়েৎ উনমুক চীকই অয়ুক হুংথিলগী মতম্নি। পুন্নমক পিন্নাং শিন্থনরি—কাঙম খিংঙমত্রবা। কবিগী কলমনা হায়রি—ন্নান্না নত্তে থরদনি—

নোংজু থাগী লৈবাংগুম পুমচোৎ পুমচোৎ চোৎনরে
মপাই মনাই শিং অদো থমোই মৈগুম শানরে[১০]

লৈরাং, মৈবা, লাইজ অহুমগী মশা মশাগী ভোঙান ভোঙানবা লীচৎ; পুল্লু য়াররোইদবা, হেক পুনবদা মাগী-মাগী মগুণ মাঙলগদবা অতুগা শরুাইদবা মচল অমা খোক্লগদবা। অহুম অসি অপাবগী থমোয়্নদা পুল্লরি অতুগা মতুদগী খোকলক্নি হুংঙাইবা রস—হুংশি-কায়নবগী রস।

অসিনি কাব্য অসিগী শৈলীগী-কবিগী মগুণ। অম্সুম্না ঈথক-ইপোম কয়া ঈহৌ-ঈনোৎ কয়া পুবা ভম্বা পরেং অসি অনী-মরীদ নত্তে লৌশীংনা থুজীংনি। অসিননি চাউবগী কিবনা অহানবদদি থাংবা খোৎতক চা-নয়গা খোনগৎপ্রবদি অমুক পোৎ থাবদা পাম্মু্নরিবা। মতাং চা-ন চা-ন শীজিন্নবা লৈতেংনি।

মহাকাব্য অসিগী ন্নান্নী থুৎলীগী মতাংদা পনবা য়াবা অমনা ভাবোকপু মরোল অহুমদা হায়বদি,—১৩/১৪ সুবা চহীচাগী মোইরাং লৈপাক্তা, অমুক মরক্তা ১৯/২০ গী মৈত্রবাক্তা অতুদগী অমুক থাংজীং-নচিংবা লাইগী লাইরৈবাক্তা, য়ান্না থাজনা পুবা ভম্বগী শক্তি অমা লৈরি। লাপ্পনা লৈবা অহুম অসি য়ান্না নক্লনা লৈ; কৌবদা তানবা লমদাং ওইনা ভৌহল্লি। ইপুন অতুম পুনশিল্লি। মোইরাংদা কুম্মৈ অম্সুম য়েংহল্লম্বদগী কবোদা লাপ্পনা পুই। মকমসিদা থাদোই অমদি

১০—শৈরেং'; লাঃ ১৯৬

চংনিংখোম্বীগী কাং য়েংহল্লি। খোইবী পাঙল পোরে। মতাংসিদা খঙহৌবা নত্তে, রাহৈ মঙা-তরাদং কেল্লম্মগা লাইগী সমাজদা পুই—

শাউরহুনা পাম্বোইবী কবো লাইদা তাইনরে।
"কবো ফুরা তরা-লাই! হাই! সেম্বী লুলাং মল্লাং'খৌ!
নহোয় মীচঙ চংবরা? —ননাই ঐখোয় য়াওজদে—
য়াওহু খোইবী চোপফদে।" হায়নরম্মে পাম্বোইবী—
মোইরাংলোমদা চেনখরে। থাংজিংগীদা য়ৌবদা,
থাংজিং লাইদি তারমদ্রি, হুংখিল তুমথুন তাল্লম্মি।
পাম্বোইবীনা কৌদরে—চোংশিন্দুনা কাংখোনদই
মশা লাক্লা চিংখরে। থংপেক থংই থাংজিংনা—
কনানো হাই?—হংগন্থ! হীঃ হীঃ কৈনো ইবেম্মা?—[১১]

লাই অনী রারী শাই। মফি হোংবা নংদনা চেনচৎ চত্তুনা রাংব্রেন লাই নেকলুই অহুগা কবোদা পুরক্লগা কাং য়াওহল্লি। কুইবদি নত্তে নাক-চাবীদা থাবা পোম্বা ওইনা তৌবনি; ভাবোকপু মোইরাং-মর্তদা পুথরকই। থাজবা মনথিনত্রবা অপাবনি অহুম হুংঙাই। রাজহংসনি; লৌবা য়াবা অর্থ (থকতোরকপা) অম্নুম মপুঙ ফানা লৌহৌই।

অম্নুম্না করিগুম্বা কানদা, অপাবা অতাববু, লুথনা লৈরুবা ঙা-না মরক মরক্তা সোর হোনবা ঈমায়দা হেক হেক হাইগৎলকপদোনা ১৯/২০ গী সমাজদা পুরকই। মতম অহুদা থোল্লম্বা উ-রাগী মমিং লম-তুগী মমিং মথা পল্লকপদা হৌজিক হৌজিক্কী লৈরোন নীংশিংলকই। নীংশিংলক্লবা ফাওবদা কবিনা মাঙদা ফন চোংখোরক্লুনা মশাগী সমাজগী মমাঙদা হায়রকই—

ইবেম্মনা হুংথক্তা কাখৎতুনা রাশকই—
"হুংশি থুংনগদবা লৈরবদি হুং নংবু

১১। '—শৈরেং'; লাঃ ১০১৯-২০

ঐনা নেৎপা অসিদা পেৎলো।" হায়না নেৎপদা
সুংছু খোংগুণ অনিদা পেৎলে। হৌজিক ফাও
খোংগুণ অছু লৈহৌরি। অতুদগী 'ছুম লাকএ।[৭২]

অসুম্না কবিনা চোংখোরক্লুনা, অশৈবগুম ভাবোকতা য়া হায়। (লাঃ ১১৫৬ নচিংবা) অসিগুম্বা মতাং য়াম্না য়াওই—শাংলপ তৌবসু য়াওই তেননা শম্নপ হোৎনবসু য়াওই। অতোপ্পা মওং অমনা, মৈতৈ সমাজদা চৎনবা খুল্লং ইশৈগী মওং অঁসি কবিনা পাম্না শীজিন্নৈ। মসিমক্তি সুর পান্দুনা তাল, লয় ঈরোইনরগা চৎনবনি। ইবদদি তশেং-তশেং হেক্তা উৎপা ঙম্বা য়া নত্তে। অছুমকপু শীজিন্নরিবা ছন্দ অসিগী খরমখৈ উৎচরবগী মথক্তা য়াহৈ-য়াতা খোম্হোক-খোলহায় অমদি য়ারীগী নাক য়েংকী ফীবমগা চুঙশিন্নহুনা য়েংলবদি শৈলীগী মওং অসি—মচল অসি, অছুম ময়েক লাজে। লৈ হৈল্লুরগা মথম্নতা অচীকপদা অসুম চীং-লম্বীদা চৎলকপদা, খম্বনা—

মওন মওন থনথরে। পাথং শৈশক তম্লক্লে—
"লমদম তাম্না লৈহৌবী। য়াংগোন তম্পাক হা-দবী!
চিংখু কোন্নুং-হা কোকপী! ঙসি কোরৌ অসিদা,
থৌছু-চেংজা-ছুপ্পাইবা, চেংজা-কোনখিন খোদ-নেৎ,
লোইবী থক্তা চৎচবী খুয়া মৌবী মরাক চাম;
নাপী শিঙনা মরক্তা চৎলকপগী য়াবনে
কোরৌ মঙান কনবনা থবাক মৈশা লাংবনে
য়ারকপনা পাথংবু লিরেন তংখাই পোক্লক্লে।[৭৩]

শকপা য়াবা শরুক্তি। তৌবগীবুদি শৈরেংনিনা সুর অম্না হেক্তা পানবসু য়ারোইদবদি নত্তে। অছুবু উচন চপ হেক চাননা থোকপদি খুল্লং

৭২। '—শৈরেং'; লাঃ ৯৯৭
৭৩। '—শৈরেং'; লাঃ ১২৩

ইশৈগী শৈহেক-শৈদানা থোক্কনি। (পেনাগী ওজাশিংনদি শকলমগনি।) মহাকাব্য অসিগা চা-নবা শৈলীগী মচল অমনি।

অতোপ্পা মচল অমনা লাই হরাওবদা শীজিন্নবা শৈশক-শৈদাস্থ কয়িগুম্বা মতাংদা শীজিন্নে। মতাংগী য়াম্নুনি অতুগা য়াহৈ-য়াত্তাদগী য়েংবদা খুল্লং ইশৈগুম্বা লাইহরাওবগী শৈশক অসি ময়েক শেংই হায়বা য়াই। চানস্থ চান্নে। থাংজীং লাইগী লাইমাঙদা থম্বগা থোইবীগা জগোই শারকপদা খোংলেন ঙমখৈ লৈতনা হরাওখরে; থাংগী জগোই শারক্লে; লোয়ননা—
খোংলেন হোইবু লাওরক্লে।—"হোয়-হোয়-হোয়-হোয় হা·হা·হা;

হোরিল্লে হয়া-আ-হে, সিবু খোইনা হরাওবা
লৈবনে-লৈবনে সে-সে-সে সন্নানসিদা।
সয়া শাগৎলো থম্বা! পারি'বুংঙো শাগৎলো।"[৭৪]

খুল্লং ঈশৈ, লাই হরাওবা শৈশক অসি মৈতৈগী অশেংবনি। অস্থুম্না খুৎ-ইদা, মতাং অসিদা থম্নবা য়াবা য়াফম অমদি, ময়েক-খোম্বোককী মশীংগী ওইনদি কাব্য মপুমগী ওইনা অমত্তা ওইজরবস্থ, হায়বদি ৭+১, ৭+১ =১৪+২=১৬ ওইনা লৈরবস্থ মরক মরক্তা শৈহেক শৈদা হেক হেক ওল্লি। অতুনদি মহাকাব্য অমদা ছন্দ মন্নাম শীজিন্নবগী য়াফম অতু মতাং অসিদা থরদি ঙাক্লবরা? তাঙ্কক তাঙ্ককী ওইনা ওনবগী য়াফম অতুমদি অতুম য়াৎতুনা লৈরি।

মৈত্রবাক্তা য়াম্না পাক-শন্না চৎনরিবা, মরু ওইনা য়ারী কোঙদোকপদা শৈলীগী মওং অয়াম্বা কবি অঙাংহলনা পামজখি। মরু-মরু ওইবা অচৌবা থরা মওং তা-না শীজিনননবা কন্না লাক্লে। অতৈ চৎনবিরা শৈশকী মওংস্থ (থাবলচোংবী, খোংজোমপর্ব) মীরায়দবগী মমি হুকথেংননা নত্রবস্থ নাকোয়ননা উবা অতুম কংই। মতম অসিদা, হৌজিকমক্তি থরা হন্থরবা

৭৪। '—শৈরেং'; লাঃ ২৭১

কাওবদা, ভারত-রামায়ণ লীনবগী মতম অসি কাওবা কবিনা পাম্জখি। মতাং অমদা, অমুক্তং, (কাও পন্দুপতা) হাইরপ হোংমতুনমু য়েংলুই—

বসম্পায়ন জয় মুণিনা হায় তাও জনমেজোয়,
মহারাজ—"হায়তুনা হোৎপ্রে কাওগী রারীদো
নুরা "সঞ্জয়" ওইখরে রারী পুম্বা লিখরে।"[৭৫]

মথাদি অসিগী মওংসি উথিদরে। অতুমকপু রারী রাতাই শাহনবদা, রাহং পাউথুম হংহন থুমহনবদা অমদি কবি মশানা শীংথা শৈদাবদা ভাংলিবা মীতু তোয়না পন্দবা, ইনবর্টেড কোমা থোইনা হাপ্তবা, চুম্নগী হাইফেন অমদি ড্যাসনচিংবা থরনা অতুম্মক থগুহনবনচিংবগী মতাংদদি মাগুব ময়াইদা ভারত-রামায়ণ লীবগী মওং অতুগা মান্নরি। চুম্না মান্নজরুবা ওইরম্বা য়াই। মওং অসিমক পেনা অমদি খোংজোম-পর্বগী শৈশক্তা পাক-শন্না অতুম লৈজরি।

রারীনা পাক-চাউবনিনা অমদি য়াম্না হকপা হীরমগা ওইবনিনা পাবা-তাবদা রারকপা মশানা তাবনি। রাদনদি মুংভাইবা ফংবা য়া-দেদি হায়ববু রারক্রবদি পুক্নিং চোইরকই .পাথানীংলকই। অশাংবা অরুবা. অহকপা মরক্তা অশৈবনা পোথানবা মতাং থম্মকই—ফাগী থরা তোতুনা অভোপ্পা রারী মচা-মচা থরা হাপচিন্দুনা। অমত্তদা চুমত্রিং অম্নুম রৈবসি হৈনদে অওনবা পাম্মকই। হাপচিল্লক্রিবা অওনবা পুরক্রিবা মতাং অসিম্নু রারী মপুম মহুংগী অতুম ওইহল্লি—ফলদা কান্নবা ওক্তা ওইহল্লি। মতাং চাবম্নু ওইরকই। মসিগীদনি শন শেনবনা হৌরগা লুহোংবনা লোইবগী রারী পরীংগী মরক্তা, মরক-মরক্তা, থম্ব-থম্ন, অঙাং ওইরিভৈগী, পুরেম্বা-ভাথরৈমগী, পুরেম্বা-চাউবা থোংলেম-নিংথৌগী মরীগী কবুই শলাং মাইবগী রারী মচেৎ মচেৎ অমদা নত্রগা অমদা নপশিন্দুনা হাপ্পক্রিবা। মসিগী লোয়ননা নোংবান-পৌরাগী,

৭৫। '—শৈরেং', লাঃ ৫৭৫

ভোরোগী খমু-লোইরাগী অমসুং অতৈগী ফাগী মতেক-মতেক হাপল্লি। ফুবালাগী অহনগী খোদোক অশাংবা ফাগীনি। পুন্নমক ঋারীদা লোইনা কাম্নহল্লি। কঞ্জবা মচু তাবা শৈঙ্গানি।

শৈখাবা, প্রমাণ পাম্বে অমসুং লৈতেংশিংগী মতেংনা মশক অকপা, মশক পানবা অমসুং মশক নাইদবা দৃশ্য কয়া উৎলকপা অজিদমু কবিগী শৈলী য়াম্না ম্নাংই অমসুং পাক চাউই। মচৌশাগী পোৎলম য়েঙ্কুনা মীগী শুংগী লীচৎ উৎপন্নদি কবিগী মপা কংবা ঋারিবনি।

শোয়রিবদি কবিগী, হঞ্জিনবা অসিনি। অমুক অনীরক অতেনবদা হঞ্জিনবদি অর্থ অমাদ ঋাহৈগী লৈতেং মওইনৈ। অতুগা অমুক হায়গ্রবা ঋাহৈ-অমা নত্রগা ময়াম, পনগ্রবা খোদোক, লীগ্রবা ঋারী-মতেক নত্রগা শীংখাগ্রবা দৃশ্য অমুক হল্লকপসি লৈতেং ওইরক্তে; গুণ ওইদে দোষ ওই-রকই। দোষ অসিগী মমিং করি থোনবা থোন্দবা অরায়বনি, শুংঙাই-রক্লিবা হঞ্জানরক্লিবা লকক ভৌরিবসি ময়ামগী ওইনা, দোষ অমনি। অয়াওবা পাত্র ফাওবদা মমিং পংপনদা পনবদা শুংঙাইরক্রুবা মতাংসিদা শাংলপ ভৌবা ঋাকম হঞ্জিনবা শুংঙাইতে। ভৌবগীবুদি করিগুম্বা ঋা অমা খন্নরগা অভোপ্পা খঙদবা অমদা অমুক ভম্বদা হঞ্জিনবগী মতাং লাকই। অদুম্বু অপাবা অতাবদি খঙলবনিনা হঞ্জিনবা ওইনা থোকই। শমু খোঙগী মতাংদা খবা কৌখৎপদা হায়গদবা ঋাহু চিংখুবনা দোলাই-পাবশিংদা হায়রে অদুদগী অমুক দোলাইপাবশিংতুনা 'না' 'বু' খন্না ওল্লগা অমুক খমুদা হায়রে; মতুংদা অমুক খরা খেন্নরগা খঙনা নোং-বান্দা অমুক হায়রে (লাঃ ৭৩৩—৭৪৮)। হঞ্জিন্না থোকই। অসিগুম্বা মতাংসি খরা য়াওই। খোইবী, খমু নচিংবা শীংখাবদা হন্না হন্না পনবা ঋাহৈ খেংনয়কই। পেনা শকপশিংনদি ভৌই। অদুবু মতুন্দা ফাওবা হৌবদগী শিশদা ভাবোকতি থজিক হঞ্জানবগী ঋা লৈ। কাব্যগা পেনা পায়তুনা শকপগদি ঋারী মাম্নরবমু কলাগী কোনচাক (মেডিয়ম) দি য়াম্না খেন্নে। মওং অসিনমু মহাকাব্যসি চাউখোরকপগী মচাক অমা ওইরি।

অতোপ্পা কোঙদোকপগী মওং অমনা অশেবগী পাত্রগী মীচঙ কোঙনা হেক হেক চঙবা অসিনি। মীচঙদি অইবা অমদা নত্রগা অমদা শোয়দনা চঙকম খোকই উৎপা পাম্বিবা কল অহু কংনবা লাক্লরকপদা চঙদবন্সু য়াবা নত্তে। পাত্র মশেন য়ারী শা-নবদা নত্রগা পাত্র অমগী য়াথন্দা মত্তাং মত্তাংগী ওইনা ব্যবহার তৌবদি মরেক্লীনি। তৌদবন্সু য়াদবনি, ঔচিত্য হায়বা সম্প্রদায়গী চুম্বা য়াকমন্সু লৈরি। অহুগা অইবা মশানা অথন্নবা পাত্র থরদা য়ারী লীবদা ব্যবহার উৎপদি মীচঙ চঙবগী মওং অত্তাক্লে। হায়বদি ;—

খাদোই লেংশিনখিহুনা চরৈ অমা পুরক্লে।
চংবী হাওগা তাংদনবী লাতোল অমা থৎলুরে।
তাংগ চাউনা য়াৎতুনা চরৈ অহু হাপচরে।[৭৬]

কবিনা য়ারী লীথবনি। 'লেঙশিনখিবা' য়াহৈসি ফজবনি ব্যবহার উৎপনি ; তাবদা ফজে নুংঙাই পকন্সু পকচে। থোইবীগুম্বী অমদা হায়কম খোকপনি। অহুদা লুরিবদি কবিগা থোইবীগা মরী কৈন্সু লৈনদে। নোংবান নত্রগা খম্বু নত্রগা খোংলেন্দদি অন্সুম্বা শীজিন্নদে। খম্বগী মত্তাং ফাওবদা শীজিন্নদে। লোনগী নত্রগা সংস্কৃতিগী চৎনবী ওই হায়না লৌরবন্সু, মাগুম্বা মাগুম্বীশিংদা শীজিন্নদে। ঈশ্বরদদি কায়দে। পাত্র অমবু অহানবা হেক পুখোরকপদা অইবা মশানা ব্যবহার তৌবদি মীচঙ চঙবনি। কোঙনা মীচঙ চঙলবনি। অপাবা অমদদি থোইবী লাই ওইরবন্সু কোননা ওইরকপনি ; মী ওইনা অহুম উৎপা চুম্মী। মসিন্সু অফাওবা য়ারীনি হায়বগী খাজবা গুণ ওইরসহু। য়ারী মত্তাংগী পাত্রশিংগী মরী অমদি কীবম উৎপা মওংনি হায়না লৌবা য়ারে। অসিগুম্বা থরন্সু মরক্তা য়াওরি। খম্বা নোংবান অনীবু অহানবা পুশিল্লকপা মত্তাংদা—

৭৬। '—শৈরেং'; লাঃ ১১

"মোইরাং মচা অসিনি অসাই সন সেল্লম্বদো।
ঙাইখো হায়য়ু থাম্মুখো।" হায়বিদুনা নোংবান্না,
সঙ্গেন্নোইশিং থারক্লে। খম্বা মাবু থাম্মুরে।।
নোংয়াই খংলেপ লেপ্তুনা—"কৈনো ঐবু থাম্বো?"
"মোইরাং নংবু কনানো করি লৈকাই লৈবগে?"
হায়বিরুরে নোংবান্না। "কৈদোগগে থুম্বকনি
নংনা ঐবু হংবদে?" থুমদোরক্লে খম্বনা

*          *          *

"করি পাউথুম লাকখুমো য়ান্না লম্ভু হেল্লিদা"
হায়রুবসাই নোংবান্না। "করি হায়না হেল্লুনি
নংগী য়াহংদুননি।" হায়বিরক্লে খম্বনা।[৭৭]

মসিদা অইবগী পাউদমনা নোংবানবু লানবা তাহল্লি। চুন্না অদুম তম্বগা থক্তোরকপা অর্থদা মশানা ফজবা লাল্লবা নোংবানগী মশক তাকপনা হেন্না ফজগনি। ফত্তে, কৈ, চুম্মী চুমদে হায়না হায়দনা অশেংবা য়াহৈনা হায়ববুদি হায়রুদনা থক্তোরকপা (ধবনি) অর্থনা হায়-হনবনা হেন্না ফজে।

লোইশিল্লকপদা, ছন্দগী মতাংদা থজিক হজিন্না পনগদবনা শৈলীদা অঙাংহলনা পাম্মীবসি পেনাগী শৈশক অসিনি। অদুবু ময়েক, থোম্মোক মশীং ফনা ফজুনম্মু সুরদি হাপ্পা য়াদবনিনা তাইবং পেনাগদি মান্নবা ওইথোক্তে। পাম্দুনা শকপবুদি য়াই। অদুবু শক্তিকৈদদি সুরগী য়াকম কাব্যদদি হাঙদুনা অদুম লৈরগনি। অঙাংহলগী লোম্দাদা হায়রগা—"লীনরকই—য়াহৈদি কলমদগী থোকপা য়াই, 'মাত্র' ফনা থায়দোকদুনম্মু 'বত্তি' মত্তেং ফনা লোতুনম্মু সুরদি থোকউ হায়বা য়াদে।"[৭৮]

---

৭৭। '—শৈরেং'; লাঃ ২৬
৭৮। জহেরা; লাঃ ৫৮

মহাকাব্যসিগী ছন্দদা স্নুরদংদগা হাপ্পা য়ারম্মবদি ময়েক শেংনা হেন্না পেন্নরমগনি।

## মহাকাব্যদা অশোনবা খরা

খুৎশেম্নিনা অশোনবা মতাংসু অহুম য়াওবা ভাবনি সাহিত্যদা মপুঙ পুঙকা ফারবা হায়রবা পোৎ অহুদি লৈবা হৌনদে। মহাকাব্য অসিমক্তি ময়াম চঙহুনা শেমগৎলকখিবনি। মকম কয়া মতম কয়া লান্দুনা লাক্লবনি। ঈচেল মচা-মচা কয়া অমসু ভিনগ্রবা ঈপাক মচা অমা ওইরিবনি। অমনা খরা হাপচিন অমনমুক খরা অমা ভিনশিন তৌরকপনা যুগ অসিদা য়ৌরকপদদি তাঙ্কক অমগী ওইনা মপুঙ ফাররবনি। হান্নগীগা খরদা নত্তে ফনা য়াম্না, মকম অমা খঙনা খেন্নরবনি। নীংলুবনবু লাল্লবসু অশেম্বনবু শোয়রবসু খুৎশেম অসিদা পেন্দবা খরদি লৈরবনি।

ছন্দগী মতাং অসিমা অহুম পেন্ত্রে। ফনা মহাও লৈহুনসু অমত্তা অমুম চাশিল্লকপদা য়াই শায়বগুম তৌরকপগী মওং অসিমা লৈরে। শকপা ওইরম্মবদি কায়রম্মোইদৌবনি। চাউব-শাংবগী য়াকম অসিমা কায়ত্রে; শৈশকী হায়রুরবদি পীকপু পীক্লবনি অহুগা চাউর-চাউরবা মহাকাব্য কয়া অমসু লাৎনরি।

চাউনা পেন্দবা অমদি য়ারী অসি য়াম্নক নৌবা মাল্লিবসিনি। চহী চামরী-চামঙা হায়বসি কূইরবা শাংলবা মতম্মনি। মতমহুগী য়ুম্ফম অমদি নাক-য়েৎত্তা অহুম্মক থম্বিরম্বা য়াই। মুকথম থমত্রে হায়বগী য়া নত্তে খরা য়াৎলি হায়বনি। হৌজিকী সমাজগী মমিদি ভাকমদি খোকই। অহুবু অনৌবা সমাজ অমদি সংস্কৃতি য়াম্না শেংনা, ইফোঙ কোংনা পুশিল্লকপসিদি য়ারীগী মগুণ হল্লরকই। লুহোং খোঙদোংবদা

হৌজিক্তী মপাম্বোংগী চৎনবী অসি শীংথা-শৈথারকপা, শিবা মতমদা পুণ্ড-ঝাননচিংবগী মখোলমা পুথোক-খোভোক তৌবা লাংব-খোৎপা তৌবা (লাঃ ৯৩৪) অমদি সংস্কারনচিংবা তৌবগী মওং অসিদি চুনকাত্তে।

মাইবী মরা লৌরগা ইনাও' মরু থুম্লিংই।
খিগে নিংলে ইনাওবু—সরু মচেৎ অমতং
ফংজরগা ঐ'সিনা ইনাও সংস্কার তৌগে।[৭৯]

পল্লিবা সংস্কার অসি চুম্না মওং অমদা অশিবগী থৌরম-থৌদাং লোই-শিনগে হায়বগী রাকমদ নত্তে হৌজিক চৎনরিবা ধর্ম-কর্মগী রাকম য়াওরি। মতম অত্তুগী নত্তে।

মতমত্তুগী সুপীনা কেবদা (সুপাস্থ) চন্দোল থিনবগী রাকম চৎনবা ওইনা পল্লি (লাঃ ১৫০)। হৌজিক্তী ময়াম্না থিম্নরিবা লাইবক্তা অনী ইনথৎপী নাত্তোন্দা শিরি হাপ্পী অসি নম্রবস্থ মওং অমদা থিম্নরম্বা য়াই। করে খিলহল্লসি। অত্তুগা লিক·কোন শি-নবা চিন্নবগী মতাংদা নাসিকাগী রা অমা পল্লি—

"ইমাত্তোন হায়রো থেংগ্রে" হায়রকপদা মমানা—
থোইবী অতৈ নত্তে:দা নুরা নংগী নাসিকা,
থমস্থ হায় ইবেম্মা!" হায়রে থোইবী শাওথরে।[৮০]

অতৈ লমগী সুপীশিংগীদি চৎনরম্বগী থুদম কয়ামুক থেংনৈ। মৈত্তে সুপীশিংনা মসি হাপ্পবগী রাসিদি থেংনদে। লমদমসিগী মতমত্তুগী লৈতেংপোৎ মান্দে।

কবি মশাগী ওইবা রাকম লাকপা মতাংদা 'নোংথাং থাংমৈ' (ইলেক্ট্রিক) কী রা পনবা কায়দে রারীদা য়াওবা নত্তে; ১৯/২০ সুবা চহীচাগী মীনা মতমসিমক্তী মীওইদা হায়বনি য়ারি। অত্তুগা মতমত্তুগী

৭৯। '—শৈরেং'; লাঃ ৫৭৬
৮০। লাইরিকসি; লাঃ ৯৮০

মোইরাংগী নাক-থ্রেৎ য়েক্‌পদা 'নাগনা' 'কণ্ডান', 'মন্দিলা', 'বীনা' (লা: ২৭০) অসিনচিংবা য়ৈনবা খোংনবা যন্ত্র ময়াম শীজিন্নহনবসিদি পেন্দে ; অন্নাইবা মাল্লি। অমুম্মা সাত্তিন (লা: ৩৩৪) শেন ময়েক লুপা (১২২৯ নচিংবা), হিন্দুগী লাই ময়াম, শিববু হায়বদি হিংদবা অসিবু যাত্রা তৌবা হায়বা (৭৩৭), স্বর্গ নরককী শক্তম (কনসেপ্ত) অসিন-চিংবসি হৌজিক্কী মতমদগী নত্রগা অতৈ সমাজদগী থায়রুবনি।

অমুম্মা থাহৈ-থাতাদা, প্রমাণ-পান্থৈগী লমদা, চৎনবী কয়াদা, অমদি থাখল পরীংদা মতম অমুগী মৈত্রবাকী নত্তবা মচল কয়া ম্যাম্না লায়না লায়না মুংঙাইনা শীজিন্নরি। চাউরবা লন অমা শাগৎপনি থায়নবা লৌনবা ঙাক্লি।

অরৈবনা লৈন-থম

অন্নাংপনা থাইনরি, অমই লৈওং অম' লৌ
শৈরেং লৈরাং চারাবু লৌনৈ লৈকোন খুদিংদৈ।[৮১]

লৌশিল্লুবদা অকায়বদি লৈবা নত্তেদি হায়ববু মতম মকম চা-না শীজিন্নত্রবদি ফজবা থাংলি। পুম্মক অসি কবিগী অশোনবা নত্রগা কাব্যগী অশোয়বা ঙাক নত্তে মথাং য়ৈন থৈনা লারুবা অশৈবশিংগী খুদোলনি, পেনানা লাংবা লৈরাংনি। থম্বাল লৈবাং লাংবদা ভিংথংগুম্বা খরা মখোক্তা অহুম য়াওবা তাবনি। ভিংথংগুম্বসিম্নু লৈরাংগী মগুণ মাঙহনবা তৌরোই।

মতাং অসিদা থমোয় শোক্লা মুংঙাইতনীংঙাই অমদি লোম্মা অমদি থাহৈ-থাতাগী মতাংদা ; মতেক অমনি—

নোংবান মতৌ উবদা কপ্পে তালোই মথৈদু।
"ইপা শোনগে" হায়দুনা শোল্লুবদা মপানা,

৮১। '—শৈরেং' ; লা: ৯৮৮

তাঙ্গা ওইরে হায়দুনা নোংবান মপা য়েংদুনা—
"নংগুম্বনা পেত্তি চোৎ পায়ম সোর কাওবনা
কামশিনবদি ঐভোন্দা।" চৈরে নোংবান ভাওশিন্নৈ ॥[৮২]

মতাংসিদা য়াওরিবা 'পেত্তি চোৎ' হায়বা য়াহৈসি মৈতৈরোনগী নত্তে; হিন্দিরোমদগী মওং থুগাইরগা লৌশিনবা মাল্লি ; হিন্দিগী 'বেটী চোদ' হায়বা য়াহৈ অতুদগী থৈথরকপা মাল্লি। মসিমক্তি য়াম্না কজদবা অর্থ পুবা চৈবদা শীজিন্নবা য়াহৈনি। চুমদবা মথল অমনি।

## মহাকাব্য অনীগী মান্নবা

অশেংবা হুংশিবগী পন্থুংনি হুংশি য়াইথুংবা—মহাকাব্য অনীমক্তা উৎলি। মহাকাব্য অনীদা উৎলিবা য়াকম থরগী মতুংদা পন্থুং অসিন্থু মরুওইবা অমনি। খম্ব-থোইবীগী লেঙদ্রবা শেংলবা হুংশিবগা গোপাল ইন্দুগীগা চপ মান্নৈ। পাত্র খেন্নবতনি হাপ্লিবা মচলদি চপ মান্নৈ। হুংশিবা অনীমক লেঙদ্রবনি। অনীমক্কী হুংশিবদা মৈ-ঈশিং চঙদে, সমাজ কিদে লৈবাক নাচুংদে। হুংশিবগীদমক্তা হুজা অনীমক মথয়াই মথয়াই ফাওবা অরোইবা পোম্বা ওইনা থাই—থয়ায় পাম্মুদে মকম মতম হায়বা নাইদে থাদোক্কে অতুম তৌই। অনীমক্কী হুংশিবা অহানবা হেক উন্নবদা পোকখিবনি ; উন্নবস্থু যুম্ব-যুমদা, থোইবীনা মপা-বুঙমক্কী ময়ুমদা ইন্দুগীস্থু মপামক ওইরবা যাত্রাগী ময়ুমদা। মপুঙ মরৈ ফানয়ক্লবা মতাংদা উন্নবনি। হুংশিবা পোকপগী অহানবা উন্নবগী হুংঙাইবগী দমা চহু অনীমক্তা লৈ। ফোঙদোক্লবস্থু অহানবা উন্নবগী মতুংদা, কোম্নমা ফোঙদোক্লে—ইন্দুগীনা থরা হেন্নদি খীদ্বৈ।

জুরা অনীমক্কী হুংশিবদা খায়দগী চাউনা অপনবা পীরিবসি অহল-লমনগা 'নোংবান'গনি। অনীগী অপনবা অসিদগীনি জুরাগী মতুংদা

[৮২]। —শৈরেং, লাঃ ৩৯৯

অমমমনা মরৈবাক মরৈবাক থাদোক্লখ্রিবা। অনীমক্কী কায়না মৈশা মীরৈবাক মীরৈবাক্তা ওয়-থোইনা থাঙনৈ—লাপ্প লাপ্পা থাঙনৈ। অনী-মক্তা পম্মো য়াথং তুংওইনবগী য়াকম চপ মান্নবা লৈরি। কায়নত্রিঙৈ মমাঙদা, নুংশিবগী উয়বা শরুক্তা য়ুম অমদা অহুম পাথং-লৈশা অনীমক অহুম লৈমিন্নৈ—থোইবীনা খম্বগী ময়ুমদা অহুগা ইন্দু-গোপালনা মখোয় অনীগী ময়ুমদা। তুমা অনীমক মরৈবাক মজাতি তিন্নদে—অমনা কাছার-মণিপুর অমগীনা খুমন-মোইরাং। অনীমক য়েকতি নত্তে, অপাকপা অর্থদা জাৎ তিন্নৈ; ধর্ম তিন্নৈ; সমাজ অমত্তুনি। শাই-দাংবগী য়াকম অনীমক্তা অহুম লৈ। অপনবগী পোল্লোইদা অহল-লমন অনীমক অঙাংশিংগী মীচঙদা লেপ্পকই, লুহোংবদা পম্মুং ওইনৈ। লুহোংবগী ঋঞ্জ ফাওবা অহুম মান্নৈ। অনীমক্কী লুহোংবগী লম্বেন্দা হৈজী পোৎ অমমমনা চাউ-চাউববা অপনবা ওইহনখিবা অহু ফাওবদা মান্নৈ। লুহোংবা হেক লোইবদা, অনীমক্তা, পার্থনানা লোইবগুম লাইগী নাম পন্দুনা লোইশিল্লি।

'—ইন্দু'

নুবা মপোক অসিদা
য়ারক্লবী নহাক্কি লোইদাম অম্মুক কুইনবু,
চানবিসম্ম নহাকপু. হরি কৌবা মানবু (অরোইবা)

'—শৈরেং'

লাইয়াম সভা পুম্বনা থাংজিং মাবু থাগৎত্রে।
খম্বা থোইবী অনীগী মপুং ফাত্রে লাংওনদো॥

(অরোইবা)

মহাকাব্য অনীমক অরাবা অমদি মিন্নুংশিনা হোৌখিবনি; অনীমক নুংঙাই পোলোইদা পম্মুংনৈ। মকম অমদি লৈহাও খেন্নবদগী অমনা

চাউনা শাৎপা অঠুগা অমনা পীক্তক শাৎলকপগী রাদনি লৈরাংদি চপ মান্নে—অমত্তনি।

মহাকাব্য অনীমক্তা মপী-মপা লৈত্রবা লমজা ওইবগী শক্তম চপ মান্নবা লৈরি। খেন্নবা হায়রবু অমদনা গুঙানি অমদনা পাথংনি। চৈথেং-চৈনা, অন্না-গুংঙাই অনীমক্কী অদ্মানি। পীবিবা অমদি ফংলিবা মিহুংশি অনীমক্তা মান্ননা লৈ। মমা-মপা ওইবগী নত্রগা মচাগী ওইবা হুংশিবনা মভাং মভাংগী ওইনা মফম চা-না চা-না শোগৎলি কাব্য অনীমক্তা। অন্নাৎপা মেনখৎপদা ফংবা হুংঙাইবা অনীমক্তগী ফংহ। অনীমক্কী লমজা মপী-মপা ফংথিবা ঙাক্তনি।

অনীদা উৎলিবা লৈবাক্কী ফীবম, ধর্মগী মওং, সমাজ অমদি সংস্কৃতিগী মশক অতুম মাগ্নরি। '—শৈরেং'দা পুরিক্লাই অমনা লৈঙাক্রি '—ইন্দু'দনা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিনা। নিংথৌ অনীদি মমিংতগীনি মায়েন থোৌদাগী অঙম্বশিংনা পুরি। কাব্য মহুংগী লৈবাক্তা কবিগীগুম্বা মথলগী লৈবাক-ঈরাং লৈথিদে ঈংনা তপ্না শান্তি ওইনা লৈরিবা লৈবাক অনীনি—মৈত্রবাক, মোইরাং। লৈঙাক থোৌরমগী মীৎয়েংদা লৈবাক অনীমক মখোয় মখোয়গী মপাল্লমশিংগা মরী য়াম্না ফনা অতুম লৈরি;—মোইরাং-কবোগী মরী, মণিপুর-কাছারগী মরী। চহী চামরী-চামঙা-রোমগী ফাক লৈজরবস্থ অনীমক্কী সমাজ অমত্তা ওইনা তৌরি। অমনা হিন্দু-মমাঙগী হিন্দু সমাজনি অমনা মতুংগী। প্রজাস্থ অমত্তনি অঙম-অথৌস্থ। সংস্কৃতিগী থৌরম কয়া মান্ননা অতুম চথরি থর হেন্দোক হেনজিন তৌরবস্থ। ঝঙ্গ চাউনা চাউনা অনীমক্তা লুহোং-খোঙদোং তৌনরি, হৈজিংপোৎ পুনরি; চাউনা চাউনা শীন্দুনা কাং শান্ননরি। ভাবোকস্থ চেককৈদা লমথাদা মীৎ কুপ্তনা য়া কাহনা য়েংনারি। অনীমক্কী সমাজনা লাইদা কন্না থাজরি—ঈশ্বর, থোয়ুম লৈমিন্নরি; মঙগী ফলদা থাজবা থম্নরি। সমাজ অনী অসি কয়াগী মতিক নক্নবগে, থংননা

হেক্তা তাইনরবগে হায়ববু শিঙেঙল ইন্দুগী সমাজদা ময়াম্না য়াম্না পাম্লরিবা শাম্লরিবা যাত্রারালীদা 'খম্ব-থোইবী' হিংলি—

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব খরগী থারি কিদা খরদা
অতে মীয়াম অপুম্বা ফীদা য়াওদে অমতা
মৈতৈরোমগী কাংবুনি "খম্ব-থোইবী" মতাংনি
ঙসি লাকপা যাত্রানি নিংখিজবা লীলানি।[৮৩]

অসিদম্ নত্রি থৌনাদা পাঙলদা লৌশিংদা খম্বগী মপা পুরেম্ববু নীং-শিংলি ('—ইন্দু'; লা: ২২) অমদি গোপালসনানা ইন্দু চেল্লক্লগনি পুশিল্লক্লগনি হায়বগী ঈরাংদা থৌশানরকপগী মতাংদা '—শৈরেং'গী লোইকাবদা য়েক্কদবা নোংবানগী ফীবম নীংশিংলকই—

গোপানসনায় ময়ুমদি "ইন্দু লাকএ" নিংনরে
শোয়ত্রে লাকএ হায়তুনা কমুং ফাতুং লাংখরে!
মোইরাং-অঙোম শাগৈগুম লোইকাবগী চুমিত্তা,
নিংথেম ময়ুম লাংনরে ঙসি অহিং অসিদা।[৮৪]

কাব্য অনী য়ানশিন্নে হায়বা নত্তে নীংশিংনৈ হায়বনি। কাব্যগী কোক অমদি থমোয়দা অনী অসি অতুম্মক লৈখি, লৈমিন্নখি—অহান অকোন নাইনা কোঙদোরকপগী য়াকমদনি। শিঙেঙল ইন্দু ইরিভৈগী মতম অতুদম্ খম্ব-থোইবী ইনীংবগী অপাম্বা চপ য়ুংনা লৈখি, অঙাংহলদা—

"মীওইবগী সাইওন্দা লাইগী মপু ওইরবা শ্রীশ্রীখম্বা থোইবী অনীগী লীলা অসি অপংবা লাইরিক ইবগী নাকোংদা তারকপা অসি পুক্নুং-দগীনি। মীরোন খঙলকপদগী মাগী মুম্বা লীলা অসিগী ইপাক্তা অকংবা ঊনা ওইতুনা থমোই অসিনা তাওতুনা লাকই; শকনিং শোম্লিং

৮৩। '—ইন্দু'; লা: ১০
৮৪। লাইরিকসি; লা: ২১৯

ইনিংবনা পুক্লিং অসি লাংভক্ররকই। পুন্সিগী চহী মতাং ৩৪/৫ সুবদা মঙ্গৈরগে নিংলে।"৮৫

অদুনা কোয়না লাচঞ্চরবস্নু থম্ব-খোইবীগী ব্লারীদি কবিগী থমোয় অমদি লৌশিংদা ইপ্পবনি। ব্লারী মপুঙ শাগৎপগী য়ুক্ষম অমত্তনি।

কোঙদোকপগী হায়বদি শৈলীগী মতাংদস্নু অদু মঙাই; কাব্য অনীসি চপ মান্নে। ব্লাহৈ-ব্লাতা অনীমক্কী অমত্তনি। ব্লাহৈ-পুকৈদা য়াওরিবা ব্লাহৈগী মওং অমত্তনি; মশীংগী ওইনা চাংদা '—শৈরেং'গীনা হেনখিবগী ব্লাদনি। শমজিনবা খাইদোকপা, শেম্বা অতৈদগী লৌশিল্লুবা; হায়বদি পুন্নমক্তা মান্নরি। মান্নবা তাবনি, ছন্দ অমত্তনিনা। ছন্দগী মতাংদা পনবা য়াবা অমনা '—ইন্দু'গীদনা পরেং অনী খুদিংগী ইরোই ইরোই লোইবা খোম্নোক অদু মানৈ অদুগা '—শৈরেং'গীদনা মান্নগনি হায়বগী অককুবা লৈতে; কবিনা মান্নবা হোৎনখিদরে; '—ইন্দু'গী-দদি তশেংনমক মায়পুননা হোৎনখিবনি।

শীংথাবা অমদি শৈথাবগী মওংস্নু অঙ্গানি। প্রমাণ-পান্থৈদা, চাংদম্নবদা অমদি লৈতেং অতৈ অতৈদা, ব্লাহৈ-ব্লাতা খেন্নবতনি, মওংদি চপ মান্নরি। য়াম্না তোয়না শীজিন্নগনবা ব্লাহৈ—লৈরাং, নুজা, পাখং নচিংবা, ফাওবা মান্নরি। ব্লারী লীথবা নত্রগা মথা চথবগী মরক্তা হৌখিবা নীংশিলকপগী মওং (ক্লাশ বেক) শীজিন্নবা ফাওবা অনীমক্তা ফজরবা উপাই অমা ওইনরি। ফাগী মতেক-মতেক হাপুনা পোথা-হনবগী মওংস্নু মান্ননা চথরি। ফাগীগী মতাংদা লাই পুশিল্লকুনা শীংথাবা ফাওবা মান্ননা থোকই। মাগী ফজবা শীংথাবা প্রকৃতি বর্ণন তৌবা অমদি অতৈ পোৎলম শীংথাবদস্নু য়াম্না মান্ননা উই। ফীবম শীংথাবদা নাক-য়েংৎ মান্নবত নত্তনা ব্লাহৈ-ব্লাতা অমদি প্রমাণ পান্থৈ ফাওবা মান্ননা য়াওরকই; য়েংবা য়াই—

৮৫। '—শৈরেং'; (হৌরককম) লাঃ ১

'—শৈরেং'দা

লু-দা চংবা লীলহাগুম মহি ময়াই চমথরে ॥
লৈখোকসিন্নু ঙমদরে লৈসিনবন্নু য়াদরে।
উতিংবগুম তৃমিন্না তিংদম খন্বা য়েংহুনা
লৈরে মজা ইবেন্মা হোয়নি মাইনি হায়খিদ্রে।[৮৬]

—ইন্দুদন্নু

লুদা চংবা লীলহাগুম থোনা ফসী ফঙমদা,
মপু মৈনা কনবনে লোয়ুম মাংদা লেপ্লদা ;
কন্না নোক্সি নোক-ঙমদা খুন্নিংবন্নু খুমঙমদা
মুজা মবুক্লিংগী ম্না মচিন থোক্সি থোক-ঙমদা।[৮৭]

অন্নুম্না মহাকাব্য অনী অসি অমত্তা ওইনা ভোই। ভোবন্নু মহাকাব্য অমা শেম-শাবগী ঈথিল অসি পেনাগী খন্ব-থোইবীদগী ফংখিবনি। শিঙেঙল ইন্দু অসি অপীকপা খন্ব-থোইবীনি অহুগা খন্ব-থোইবীনা অচৌবা শিঙেঙল ইন্দুনি।

মী অমগী পুন্সিদা তেল্লবা মতমদা মহাকাব্য অনা ইবা হায়বসি অচম্বা অরায়বা থবক নত্তে। হেন্না ইবন্নু মশীং চপ চানা অহুম মরৈ। পাকথ্রবা চাউথ্রবা মালেমগী সাহিত্যনি। অহুবু অতৈগী ম্না ময়াম পুঙতোক তোক্লগা চুম্না শিন্দোকপদত্তা চাউরবা থবক ওইগদবা চাউর চাউরবা কোর্বেক অনীথক তেল্লবা মতমদা ইহুনা থনম্মিবসিনা অঙাংহলগী মগুণ অহুম তাকচরে। অতৈ মচাক মচল ময়ামসি য়েংলুরবদি য়ামত্রবদা মৈতৈ সাহিত্যগী অঙাংহল মহাকবিগী থাক্তা লৈরবনি।

৮৬। '—শৈরেং; লাঃ ১০
৮৭। '—ইন্দু'; লাঃ ১০১

মরীসুবা মতাং

# থম্বাল : ৱারেং-শৈরেং অমা ওইনা

'থম্বাল' কবি অঙাংহলগী মশাগী ওইবা শেংলবা সাহিত্যগী পোথোকনি। মপানগী ওইবা সাহিত্য-মচলগী ইথিল য়াওদ্রবা লনাইগী ওইবা মরৌশিংদগী ইথিবা মচল অমনি। কবি অঙাংহলবু মশক তাক্লদবা অশেংবা মচল অমনি।

'ইং শোক ১৯৩৮ গী হৌরকপদা ষ্টেট দরবারগী হুকুম ওইনা স্কুল ডিঃ আইঃ না বিঃ এঃ ক্লাসকী ওইবা য়াবা এসে (রচনা) অমমম্ব ইদুনা থাগৎলকউ। মাদুগী মহুংদগী এসে মঙা-তরা থনগনি, মমল লুপা ১০/১০ মুক পীগনি।'[১]

মসিগী পাউথুম ওইনা 'থম্বাল' ইবগী ৱাখল লৈখিদে। কাইনথংদা চহীসিগী এপ্রিলগী তাং ১৩ দা মী থবনা হায়রকপদগী 'ইদুম ইগে হায়দনা' মথংগী শুমিৎ তাং ১৪ দা লেক্তা ইবা হৌই। 'ছুটি শুমিৎ ৪/৫ নিদা লোইদুনা থম্বাল অসি স্কুল 'ডিঃ আইঃ দা থাগৎলি।' থরা লৈরগা খঙবদা থম্বাল খন্দরে অসিনি।

থল্লমদবা ফৈ ; চুম্মীবনি। মীনা ইয়ু হায়বদি এসেনি অদুগা অঙাংহলগী 'থম্বাল'দি এসে নত্তে। কবি কলমদগী ৱারেং (এসে) থোরক্করে ; 'কবয়তীতি কবি ; তস্য কর্ম কাব্যস'—কবিগী মথৌদি কাব্যনিনা, থম্বাল কাব্য (শৈরেং) ওইনা থোরক্লে।' কবিগী থম্বাল শৈরেংনি ; ৱারেংগী মওংদা ইথোকপা শৈরেং।

---

১। থম্বাল ; (ৱাহৌগুব্বা) লাঃ ৪১

শৈরেংগী মওংদা ইবা ঙাক্তনা কাব্য ওইগনি অহুগা ম্নারেংদা ইবা ঙাক্তনা ম্নারেং ওইগদবমক্কি হায়বগী ম্না লৈতে। পাকতক্লা ইরে হান্নদনা ম্নারেং মক্কি হেক্তা হায়বা য়াবা নত্তে। মৈতৈগী অরিবা শৈরেং কন্না কন্না মায়চৌ নত্রগা অশৈবশিংনা পাক্তক্লনা ইরম্বা লৈরি। পাক্লা ইরম্বগী ম্নাদনি খম্বালদা কাব্য অমগী চপ চাবা মচল য়াওরি—কবিনা খঙনা নত্রগা খঙদনা হাপলম্বনি। খঙলমগনি হায়বম্তু থাজদে। এসে অমনি হায়বা শাদনা ইখিবনি। কোন্না দরবারনা খল্লকখি হায়। লান্না খনখিবনি।

খম্বালদা কল্পনানা নীংখিনা শাগৎলবা ম্নারী অমা তশেং-তশেংনা লৈজে-চাংগী ওইনা খরা পীকই হায়বদনি। 'ইমায় চোনবা লৈকোন পুম্রি অথেনবা মতাই ওইবদা খম্বাল কৌবী লৈরাংনা খেঙোংখাদা নোংম-নোংমগী মপুং' ফারমই। মপুঙ চপ চানা ফারক্লবা মতাংদা খোইমু অমগা মুংশিনজে। অপনবা কয়া লাম্হোক্লবা মতুংদা লৈরাং খোইমুগী ওইরে খোইমুম্তু লৈরাংগী। মরমচংকী হৌনবা খোইমুনা খম্বাল খাদোক্তুনা চংখরে অমুক হল্লক্তরে। হল্লক্রবা মাবু মৈচাক কয়াগী খোঙথাং লান্দুনা ঙাইরবা মতুংদা লৈরাং খম্বালগী পুন্সি কেমলক্লে। মমৈথংদা খম্বালগী পুন্সি লোইখি। অরোইবা মতাং ফাওবদা খোইমু মাবুতবু নীংজখি—চপ মুংনা মাবুতবু নীংজখি। অশেংবা ভক্ত অমা ওইনা পুন্নমক খাদোক্লগা খোইমুদা চঙজখি। মমৈথংদা খম্বাল 'তাইবঙ সতীগী পুক্নিং লৌতুনা জীবদা যোগীশিংনা পাও তাকপি। অসিগুম্বা যোগীশিংবু খম্বালনা নামাগী মশিং তাকপি।' পুন্নমক্তা ভক্তিগী মঙাল উংলি। ম্নারী অসিদা পাত্র মুনা য়াওরি—খম্বাল খোইমু, কোরৌহনবা, কংফাল লৈরাংশিং, মালংবা, খরো. লৈহাও, উথম্বাল, চিনিচম্পা অমদি নাউকোন ফবী প্রকৃতি। ম্নারী অসিগীদমক্তা তম্লিবা পান্দম—পম্বুং অহু ফংনবা থোদোক-ম্নাথোক পরীং (প্লাট) অমম্তু মথং-মনাও নাইনা,

খোঁদোক অমগা মরম অমগা কোম্ব কোম্বনা শেমগৎলি। (য়েং-'খম্বালগী খোঁদোক-ৱাথোক পরীং'—মতাং অসিমক্তদা) মুংশিবগী লম্বেনদা ভানবা ভক্তি অসিনা কাব্যগী লমথুংনি। তেল্লপ তেল্লপ ভোজরবস্থ ৱারী মশা মচা মচা ওইনা লৈহাওদা খোমু ইন্দবগী, শাওং শাদা মাল্লবী মাল্লজবী উথম্বালনা চীংদা শাৎথিবগী অমদি চিনিচম্প্রানা মনা মরক্তা লোৎথিবগী মতাং য়াওরি। নীংথিজবা ৱারী ৱাতাই শাবগী মওং য়াওরি। ৱাহৌ, চরম সীমা—ক্লাইসেক্স অমদি পোলোই ময়েক শেংনা পীরি। সমাজগী চৎনবী তাইবংগী লীচৎ ফজনা শীংথারি। পাত্রশিংনা মশা মশাগী লীচৎ ময়েক শেংনা অথুম্বক ফোঙদোক্লি। ইশেং শেংবা ৱারীনি। পাত্রদং মী ওইনা মমিং-মথা খোন্দুনা উস্তে হায়বদনি। অথুগীদি কালিদাসগী লৈচিনবু মীরদো! হিজন-হিরাউগী মমা মচাহু পামেলনি। মুংশি-মুংওনগী উল্লবা অমদি কাম্লনবগী মুংঙাইবা (রস) অথুমক কাব্য অসিদা লৈরি, ফংনরি। লৈরিবা পুম্নমকসি ৱাশকপা য়ানবা খম্বা মমিংতগী ওইবা মচাক নত্তে; খমোম্লদা চপ চপ চানা পানবা মচল ঙাক্তনি।

খম্বালনা অপাননা য়ৈরিবসি পাক-চাউরবা লৌশিংগী অচাবা মরৈ শাগোল্লরবা অথঙ-অহৈগী ওইবা তোপ্তোপ তারবা ৱাখলদা নত্তে কল্পনাগী খোংলবা খমোম্লগী মুংঙাইবা অমদি অপেনবদনি।

অহুনা মুম্না হেক খম্বক্লুরবদি খঙ-হৈরবা মান্নচৌ অমগী মশাগী ৱাখল অমদি মবুক্লিংদা ফাওরকপা ৱাফম অহু মথং মনাও নাইনা, তাঙ্কক অমা নাইনা ফোঙদোকপা ৱারেংদা ইবা খুৎই (লেখ/আর্টিকল) অমা নত্তে 'খম্বাল'দি। লৌশিংনা লৌশিংশিংদা পীবা চিপ্তাক নত্তে 'খম্বাল'দি; ৱাখল, মত অমদি শম্পোক্লা তাকপগী মওংদা ইবা ৱারেং অমস্থ নত্তে; খঙহন্নবা অমদি খম্বহন্নবা করিগুম্বা হীরম অমদা অহৌবা ময়াই অমদি লোইশিনবগী মতাং মতাং কক্লা অকক্লবা শৈলী অমদা

ইবা য়ারেং অমসু নত্তে; 'খম্বাল'দি য়ারেং ওইনা ইবা শৈরেং অমনি। চোইজাইরবা য়াখলদা ফংলিবা মুংঙাইবা অছু নত্তে কাব্য অসিদা ফংলিবা মুংঙাইবসিদি, শৈরেংগী মুংঙাইবছুনি। চিংননীংঙাই লৈতে।

চিংনবা অমত্তং লৈবা তারবদা ছন্দ, লয় তাল অসি মঙাইরে। মতাং অসিগী ওইনসু, অইবনা য়াহৈশিংছু পরেংদা লেংশিনবা মতমদা করিগীগুম্বদা খাইদোকই; করিগুম্বদা শমজিল্লি করিগুম্বদা পুনশিল্লি। খোম্বোক খোলহায়দা শেমদোক শেমজীন য়াম্না তৌরি অমদি তাংখক নাইনা, পাবদা অমদি তাবদা মুংঙাইনবগী মওংদা হোৎনরি। তশেংবদি 'খম্বাল'গী লোল অসি নীংথিজনা নিয়ম চুম্না শেমগৎলবা, মায়চৌনা মায়চৌগীদমক্তা ইবা, ব্যাকরণনা ইকায়খুম্নবা য়াবা লোন্দা ওইনা লৈত্তে, কবিগী ঈথক-ইপোমদা তাউছুনা চৎপা ওইনা তৌরি—

"চিংথৈ মশেক লাকপা নোংমগী মমুং নোংপাবারকপদগী লৈকোল লমদম অসিগী মপুং ফারবী লৈরাংশিংনা—তুমিন তুমিন জুরু, জুরু, তাখি খংখি ঙাখনি, ঙাঙঙকনি, চৈরকনি হায়না কিবগী মতানি, ইকাইবনা মকেল ওই, লংকেল লংলা অসিনা কৈনা খুরো চেনবগুমই, হাথু হাথু খুৎকমদি চোইনদে চরাং চরাং তৌনৈ।"[২]

মরু ওইবা য়াকম অমনা এসেদদি, শব্দ শক্তিগী মীৎয়েংদা, অবিধাগী য়াহৈশিংনা নম্না শীজিন্নৈ লক্ষনা অমদি ব্যঞ্জনাগী খোইনা শীজিন্নদে। অমরোমদনা কাব্যদদি ব্যঞ্জনা অমনি লক্ষনাবুনা য়াম্না হেন্না শীজিন্নৈ। অর্থরোমদা য়েংলবসু ব্যঙ্গ্যার্থ হায়বদি খক্তোরকপা অর্থবুনা হেন্না শীজিন্নৈ। হায়রগদবছু অপা অপাননা হায়বা নত্তবা, মচেক্তা য়ৈবা অছুগা ফাওবদি ময়াংমকুদা হেক্তা ফাওবা ঙাক্কনি অঙাংহলগী য়াঙাং—য়াহৈদা, পরেংদা, পেরাদা তাক্কক্তা অমদি লাইরিক মপূমদা।

---

২। খম্বাল; লাঃ ১

থম্বালনা খোইমুবু হুংশিরে—অবিথানি ; অম্নুমনা চুমত্রিং হেক্তা হায়দরি ; চাদশিম্না চখোমজাও, য়েংদশিম্না মীৎলাওবীগী ভাবত্তা অঙাংহললনা শীংথারি—

"ইকাইবদা নত্তে, খোইম্নু উরগা মশা অহু তনিক তনিকই, মমায় পুবা ঙমদে, অকিবা অমম্নু য়াওবগুম ত্তৌবরা—মকিরেনা হায়বম্নু য়াদে।"৩

অসিগুম্বা ঙাক্তনি থম্বালগী লোন্দা। নিবন্ধ—এসেদদি ত্তৌনদে ; অতা-অতাবীদা চাই, থকই, তুকৎচৈ, হুংশিরে ; মসোমদা চথৈ। লৌশিংনা হেনবনি থমোয়গীদি য়াওরবম্নু থজিক্তনি।

অহুনা থরা নক্না খোকই হায়না লৌবা য়ারিবসি ললিত রচন'—রম্য রচবা—বেলে লেটর অসিনি। অহুবু রম্য রচনাদি ম্নারী-মচাগী শাগৈনি কাব্যরোমদা লৈশিল্লক্তে।

এসেদদি লৌশিংনা পোৎ অমা নত্রগা হৌরম অমা মশক ভাকপা অমদি অকক্নবা মোত অমা পোৎ অহুগী মরমদা ফোঙদোকপনা লমথুং ওইনৈ—হায়বদি ওবজেকটিভ্রিটীনা হেল্লি। অহুগা কাব্যদদি কবিগী থমোয়গী ওইবা ঈহৌনা মরু ওই—সবজেকটিভ্রিটীনা মপুঙ ওই। থম্বাল নৈনহুনা অচুম্বা থিনবা লাক্নবা—হোৎনবা (Assay) অমগী মহৈ নত্তে কাব্যগী ওইবা অচুম্বা অমা নত্রগা ময়াম খোকহল্লকপা পোথোকনি। কাব্যনি। ম্নারী য়াওরবা শৈরেং অমা পাবদা ফংবা রস অহু 'থম্বাল, পাবা অমদি ভাবদা ফংলি।

## থৌদোক ম্নাথোক পরীং শেম্বা

"হেরা মণি মুক্তা পামত্রবা, মশক উবদা শানা শাগী পুকচেল কোক্নবা, মখোয়গী খুৎনা শোকপদা হুং ফাওবা পেৎলবা, জীবতবু

৩। থম্বাল ; লাঃ ৪

নুংশিগ্রবা—মহোয়না পাউতাক পীবদা :—'সতীনা মপুরোইববু নিংবগুম লাইবু নীংগনি' হায়।"[৪] মসি খম্বালগী পান্দমনি। পান্দম অসি ফংনবা লাক্লবদা অঙাংহলনা ম্নারীগী পরীংদা থোদোক মথং মনাও নাইনা থোকহন্নবা শীল্লি। প্লোটনি।

অথুবা মতমগী মনুংদা খম্বালবু পোকহল্লগা থম্মাখেজোং খাদা চাউহল্লি : পুংকক চাউহল্লি লোয়নননা নুংশি-নুংওনগী থমোয় চপ চানা পাল্লবী লৈশাবী অমা ওইহল্লি। মতম কনা ইনথৎলকপদা খোইমু অমবু নুংশিহল্লি।

কোঙদোকপা ঙমদবা নুংশিবগী মৈচাক থরা খাঙলবা মতুংদা খম্বাল অনা লোয়রকই। মচেম মনেমশিংদা হায়দোকলুবদি নত্তবনিনা কনাম্সু লাইওং খঙদে। অপাম-নুংশিবগী ম্নাকম মদোম কোঙদোকচবা নত্তনা কনাদম্সু খঙহল্লুদে। খঙদবদি য়াদবনিনা মতাংসিদা 'মালংবা' পুশিল্লকই। মাদি পুম্নমক্কীনিনা খঙলকই। মানা খোইমুদা পাউ অসি তম্মুই। অনৌ অনৌবা পাম্বা, খোইমুগী লীচৎনি, 'খম্বাল'গী মনাক্তা লাকই, ঙংলৈ হায়রৈ খেম্মৈ। 'খম্বাল' মাদি হোয়নি-মায়নিগী মরক্তা তিংদম তাত্থনা লৈহল্লি। নীংবদা হন্দবা অপাম্বদা মায় লৈদবা খোইমুনা 'লৈরিকনা য়োম্বা কোরৌ মঙাম্দা হুজিক্তা শাৎলিবা ইনুং লিক্লা ফাওবা চোংথিজ্রিবা লৈরাং মাগী অনৌবা ময়োল অতুমক্তদা ইরেন তোংউরে। লৈরাং অমুত চুপউরে। মমু তিংখং ওইবা খোইমা শোকউবদা লৈরাং জ্ঞান মাঙঙক্লে। খাংহৈবা পুম্বা মাংখরে। অঙাংবা খম্বালগী (লৈরাংগী) কুচুদো অমুনবা হৈরাং ওইখরে।"[৫] নুংশি-নুংওনগী উম্নবা তাক্কক্তা থমথোংবী মতাংনি, ক্লাইমেক্সনি।

৪। খম্বাল ; লাঃ ৪০

৫। খম্বাল ; লাঃ ২৬

'খম্বাল'গা 'খোইমু'গা অমত্তা ওইখিবদা মতম অমদা মুংশিনজরম্বী লৈরাং কয়া কয়া কল্লকরে ; শাউহল্লে। শাউখিবদগী 'লৈহাও' অভোপ্পা অমদা—লাঙমুবীদা, ওনশিনখরে—মমং অনী মুখরে। কল্লক খম্বনবা অমদি অশাওবদগী 'উখম্বাল' চীংদা কাপ্লে ; 'চিনি চম্প্রা'সু মনা ময়ক্তা লোৎখরে।

উম্নবগী মুংঙাইবা কুইবা নত্তে। মচোরিত্তকী হোৌনবা 'খোইমু' অমুক লাকখিদরে অভোপ্পা অনৌবা অমা খিখরে। 'খম্বাল'গী কায়ন-মৈচাক হোৌরক্লে। য়ারক্লবা মতাংদা অয়াবা হেন্নবা 'থাজ' অমদি 'থরো'গী মুংশি-লোম্মিনবা খোদোক পুশিল্লকই। অনীনা কায়নরবী খম্বাল মাগীদমক্তা মিমুংশি উৎলি। অদুবু মুংঙাইতে হায়দুনা মহুৎ শিল্লুবদি য়াবা নত্তে শবিরাইনা শবিরাইগী য়াকম্নি। য়ারক্লবা মাগী মতমনা লৈরক্তবা মতাংদদি মতা ওইরিবী থরো ফাওবনা 'খম্বাল কোৌবী অসিদি কোরৌ মাগী মরুপনি' হায়না শম্দোকপিরে। মরাল লৈজদবী খম্বাল পাউথোকপিরে। খম্বালনা কোরৌহনববু লুনা ভোজরুবদি মথংলেন খোইমুগী মপাউ তাজগদবগীদমক্তনি। খম্বালদদি খোইমু মাগী নত্তনা অভৈগী য়াখল চঙহল্দে।

নোংম-নোংমা অমুম হোৌজিনথিবনা পুক্সি লোইশিল্লকদৌরে। খোইমু লাকখিদরে খম্বালগী কায়ন মৈশা অমুম অমুম হেনগৎলক্লে। হম্না য়েংবদা কনাসু লৈরক্তরে। অদুবু খম্বাল করিস্নু নাচুংদে করিস্নু খল্লুদে মা মশাগী অরাবা ফাওবা খল্লুদরে। মতম পুম্নমক্তা খোইমুভবু নীংদুনা লৈখরে। অরা-মুংঙাইগী য়াখল খম্বালদা চঙহল্দে। অরোইবা মতম ফাওবদা 'খোইমু' মাতবু খঞ্জখি, উজখি অমদি অমত্তা ওইজখি। 'খম্বাল' খোইমুদা ভিনশিনখি—

"শিঙেঙল—মপান লৈরাং ওইবা, মহৈ তাওজিং হৈ ওইবা, মনা তাংগ-লা-ওইবা, মবুক-হোবা-মক্তবা, খাংহৈবগী লংজানা মপুরোইবগী

মকমদা লৈরাং মাগী খমোয়দগী তংন খান লৈতবী খম্বালগী পুন্সি ওনখরে।"৬

থোদোকশিং অসি খম্বদা ফা-খোম খোম্মগা ফাবৈ পৈবা নত্তে থোদোক খুদিংগী মরম পীরি অতুগা ফলসু উংলি। 'লাইগী নোংদমদগী' মত্রগা "সুম খোকউ হায়বা'নচিংবগী হেক্তা নম-হাতুনা পুশিল্লকপগী মতাং খমদে উচন চপ-চপ চাবীদা 'মহোশাগী' ওইবা পরীং অমদা খম্মী। থোদোক পুম্নমক পান্দমকমদা মমায় লোয়না ওনশিলহল্লি ফজনা শেম্মবা পরীংনি।

মরক মরক্তা মশক পানবা অতুগা মীৎতা শংশং হেক উবা য়াবা মওংদা শীংখাবদা য়াম্না লুনা নত্রগা পাক-চাউনা থোকখিগদবা মতাং লাকপদা লোয়ন লোয়ননা মানা পুনীংলিবা মায়কৈ অদোমদা পুবদা কন্থা কল্লেংননা থোকখিগদৌরবা মতাং লাকপদা কবি মশানা চোং-থোরক্তুনা খুদম প্রমাণ পীতুনা শমজিল্লকপা য়াওই। শন্দোক্না তাকপা নত্তে শয়া পাক্না-চাউনা খঙহল্লকপগী মওংনি (য়েং-খম্বাল, অহুমসুবা পন্দুপকী অরোইবা পেরা)। লৌনা নত্তবনিনা থোদোক ময়াম পরীংদা লেংশিনবদা কবি মশানা বর্ণন কয়া তৌতুনা অমগা অমগা তায়শিন্নবা লাক্লে। মায় পাকই। কল্পনানা মপুঙ ওইবনিনা তাইবংদা থোক্লিবা থোদোক মান্দবা খরসু অতুম হাপচিনবা ঙাবনি। অতুম ময়াওই। কাব্যদা কল্পনাগী মকম য়াম্না কন্দুনা থম্মে। অঙাংহলনা তৌরুবা কল্পনা পুম্নমক য়ারীদা অমদি থোদোক পরীং শেম্বদা কান্নহল্লি নত্রগা শেম্বরোমদা পান্দম লাকই।

## খম্বালগী থক্তোরকপা অর্থ অমদি দর্শণ

'খম্বাল' দা কবিনা লীরিবা য়ারী প্রকৃতি-নেচরগীনি। থোদোক-য়াথোক প্রকৃতিগী ফাওরবা মচল হুমিৎ, থা, ম'ল'বা থোইমু লৈরাং

৬। খম্বাল : লা: ৪০

অসিনচিংবগীনি ; পাত্রম্ মী অমত্তা য়াওদে হায়রিবা পোৎলমশিং অসিনি। মকম মতম—নাক য়েৎ. লীচৎ-শাজৎ সমাজ সংস্কৃতি পুম্নমক অসি প্রকৃতিগীনি ; অকক্লবা অমত্তা নত্তে মকম পুম্নমক্কী মতম পুম্নমক্কী মচাক ঙাক্তনি। মপুম্নগী ওইনা হায়বা তারবদা প্রকৃতি ঙাক্তনি। হকথেংনম্নিবা হৌজিক হৌজিকমক লৈরিবা ঙাক্তনি। অদুগা উৎলিবনা মীনি—তাইবংগী লীচৎ।

সুংঙাইরিবা অনৌবা য়াফম অমদি—অতৈনদি অতৈদা, প্রকৃতিদা তাঙবং লীচৎ হাপ্লে প্রকৃতিবু মীওইহল্লি অমতুগা থম্বালদনা, মসিগা মথক-মখা থোক ওন্নে ; তাইবং মীওইবদা প্রকৃতি হাপ্লি হায়বদি, তাইবংবু মচৌশা ওইহল্লি। অমরোমদা হায়রগা যীবুনা প্রকৃতিগী মকমদা থম্নগা প্রকৃতিবুনা মীগী মকমদা থম্বনি। অনৌবা, য়ামদ্রবদা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমদদি পুমনৌ নৌবা মখলগী মীংয়েংনি। প্রকৃতি অসিবু পামজনা অম্নম তৌরম্বনা অম্নম অম্নম সুংশিবক্তুনা প্রকৃতিবু অম্নম শোল্লম্বদগী চেনজিল্লক্তুনা মশাগ প্রকৃতি ওইপ্রগা মীওইববু (মশাবু) অমুক শোনজরকপনি। মীগা প্রকৃতিগা থেম্নরক্তুবা অমত্তা ওইপ্রবগী ভাবনি। ভাব অসিমকম্নি অঙাংহলনা হকথেংননা উৎপা পাম্মিবম্ন। (য়েং—লাইরিকসিগী অমদি মতাংসিগী 'থম্বালদা সুংশিবা শ্রদ্ধা ভক্তি' হায়বা শরুক)

তাইবংবু প্রকৃতিগা প্রমাণ তৌরম্বদগী প্রকৃতিবু তাইবংগা চাং-দম্নরকনি। অনী অসি পোৎ অমত্তা ওইবা নত্তে ফলম্ন অমত্তা ওইবা নত্তে। ম্না লৈরি। 'থাজমুক ফজবা মায়খোং' হায়বগী মহুত্তা 'মায়-খোংমুক ফজবা থাজ' হায়রকপনি। অঙাংহলগী কাব্য মপুম অসিদা অসি ঙাক্তনি চাংদম্নবদা হেন্না ফজরিবা লুম্মিবা অসি তাইবং ওইরবনি। প্রকৃতিগী মশক য়েকপদা মরক মরক্তা হেন্না ময়েক লা-বা তাইবং পুশিল্লকপনি। ইহান হেক হানবা পরেংদগী হৌবনি—

"ইমায় চোনবা লৈকোন পুখ্রিগী অথেনবা মতাই ওইবদা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা খেনজোংখাদা নোংম-নোংমগী মপুং ফারকপদি :— পুংকক চাউরকপী নিংথিবা ফিজেৎনা লৈতেংলবী মুপীমচাশিংনা মমা মচেমগী নাক্তা লৈজবত্নুনা তমজনকমনি।"[৭] শেরাম্নথিবা মাল্লি ওইফম থোকপদি—পুংকক চাউরকপী নিংথিবা ফিজেৎনা লৈতেংলবী মুপীমচা-শিংনা মমা মচেমগী নাক্তা লৈজবত্নুদি ; ইমায় চোনবা লৈকোন পুখ্রিগী অথেনবা মতাই ওইবদা থম্বাল কৌবী লৈরাংনা খেনজোং খাদা নোংম-নোংমগী মপুং ফারকপত্নুনা তমজনফমনি'—অসিনি হায়না হায়নীংবা ফাওই। তশেংবদি মসি নত্তে, শেরাম্নথিবা নত্তে কবিনা তৌগে হায়ত্নুনা, চপ য়ুংনা লেপ্তুনা তৌবনি। নত্রগদি শোয়বা হায়বসিমক্তবু অমুক অনীরক মঙাই ; হৌবদগী লোইবা ফাওবদি শোয়বা হৌনদে অত্নুগা মরক্তা শোয়রে হায়বা খঙলক্তবসু য়াইরোই খঙলক্লম্ববদা শেমদোক্ত-নিঙাই লৈতে।

করিগীনো কলাকার অসিনা ওন্ননা য়েংলক্লিবা অসিবো ? ময়ামগী থোক্নরিবা মুমীৎ অসিনা মনিংলোমদগী থোকহল্লগা মমাঙলোমদা তাহল্লিসিবো ? ঙাওরবা জাৎলা ? তশেংবনি ঙাওরবা জাৎনি। অপুন-নবা অমা য়াওত্রগদি অমুম হায়না তৌবা ঙম্ব পোৎ নত্তে। মথক্লোমদগী কাম্মগা থোংগদবা বাসীবু মনীংলোমদগী চিংঙগা থোংবসিবু, ঙাওদনদি ঙম্মোই ! ঙক্লিবদি ফজরবা শুর থোক্লিবসিনি।

তাং ১৩ দা ইরগে লেপ্লে। (মিকারুবা মতম খরদগী ওইরম্বা য়াই) মথংগী মুমীৎ, তাং ১৪ দগী পাকথত্নুনা ইবা হৌরে। লাল মরক্তনি ঈংনা কুম্বত্নুনা ইরিবত্সু। থবক-থনা পুমথা থাদোক্তুনা মুমীৎ মঙানি ইবনি ; তাং ১৮ দা লোইবনি। (য়েং—থম্বাল ; তাঙ্কক মঙাম্নুবা)

ইবা হায়বসিমক্তবু তলবকী খুৎসুমনগী ওইনা নম-হাবা য়াবা নত্তে। ইবদি লাইরদনা শিন্দোকপা ফাওবা হৈনীংত্রবদি (মুড লৈত্রবদি)

৭। থম্বাল ; লাঃ ১

ককপগা-খোৎপগা মথক্তা ইশিনবগা তেন কাপ্পগা করিগা হান্নগীহু নত্তবা অতোপ্পা কলা অমা ওইনা পুখোক্লম্বিবনি। হৈনীংবহু লাক্লগনা চাইথ-শঙদা মথমতা য়ায়ী শারিবা নোক্লিবা—কীবম অমদা অহুম লৈনবা জাৎনি। এসেনি হায়বগী ভাবতা হীরম অমা খিক্লম্লিনি—হুই হোদোং শন, ঐখোয়গী স্কুল, মীগী অহু, লাইগী অদা! অমা তাপ খেংনম্লিনি—থম্বাল! হান্না উম্লিনি ঈমায় থক্তা শাৎপা থম্বাল। মতাং অম্বায় ফাওবদি এসে-লৈয়াং থম্বাল লৈরমখিনি। মতুংদগীদি অমুম, অপুনবদগী, নোম্লি-নোম্লি অমুম য়েংলুবদা থম্বাল পুংকক চাউরম্মনি, ফিজেৎ লৈতেংলম্মনি, মোমোন তৌরক্লম্মনি। খঙহৌদনা মথংদগীদি মখোক কারকখিবদগীদি লৈরাং থম্বালনা চহু থম্বাল ওল্লকুনা জগোই খেক ঈশৈ ঙঙ তৌহনা অহুম পুখিবনা কবি-লৈবাক তান্না পুস্রবনি। তাইবং—অতোপ্পা অশেংবা তাইবং অমা হকখেংনম্রবনি। য়েংগনবা উগনবা মীগীদি মিংশেনগী মিংশেন ঙাক্তনি; য়েংলুবা অমদা মামি হেক্তা তাবা মম্লেক্নি। থম্বালদা কবিনা তাইবং লীচৎ উম্লকপানি। উরকপহু পাউদম্মকপদনি। হান্না উরুবা লৈরাং থম্বানদা মথংদা উরকপা তাইবং থম্বাল হাপ্পুবদগী তাইওম্নখিবা ওইরম্বা য়াই। তাইওম্নবগীম্ তোপ্তোপ্পা মমুংঙাই লৈজরি।

তাইওম্নবা থম্বালবু অমুক তাইওন্ননা য়েংখোকপদা উৎলরিবমি মী-থম্বাললনি। হুপীমচা অমনি; পুংকক চাউরকপী লৈশাবী মচানি; মপুঙ-মরৈ চপ চানা ফারকপী চহু অমনি। থম্মা খেজ্ঞোংখাদা নাউয়োক নাউকোম্লিবী অসি মমা মপাগী মরল ওইরিবী-থম্বাললনি। চহু অমগী পুম্সিদা অহললমনগী দায়িত্ব তাকপনি। পুংকক চাউরকপা চহুগী মতাং তানফম অমনি লাংফম অমম্নুনি। কমলম্ন লাংফম অসি শীংথারি—

শাৎসি ফিরে পোমসি চিংনয়ে
মুং অনীগী মরক্তা হা ওইরে

পুক্নিংগী য়াখল পুক্রুংদা কংলে
পুন্সিগী আশা পুন্সিদা ভিনখরে। (লৈপরেং)

মসিদগী হেক লানখংখিবদগী মথোক কারকপগী মতাং হোরে, মশাগী পুন্সি হোরে। লনাইগী 'থপাম-সুংশি' লম্বেল চংলক্লবনি। মতুংদা খোইমু থেংনরে; মপা-মমাগী ওইবা তোকুনা খোইমুগী ওইরে। মসিদগী কবিনা পামজবা সুপীগী শক্তম য়েক্লবনি। সমাজ অসিদা মখল কয়াগী মীওই লৈ—থক্কী অহল কয়ানি, মান্নবা কোঙ্গাই অত্থুগা মান্নদবসু মখল মখলনি। সুংশিবিবা কয়ানি কল্লকপা শাউবা য়েংথিবা কয়া কয়ানি। মী অমগী পুন্সিদা অপা-অপাননা হকথেংনরিবা য়াকয়ি। মীনি হায়দনা চপ মান্নবা নত্তে। পুম্নমকসি লোয়নবা তায়; ঈংনা তপ্পা য়াখল তৌনা লোয়নবা তায়। লৈহাওগুম্বা খংশাউ শাউগনবা তকিং-তকিং তৌগনবশিংগী মতৌগুম উচি কল্লক ময়ুম মৈ থাবা য়াদে; তহাগনবসি শোয়গল্লি মং অনী সুগল্লি। মীপুম খুদিংগী য়ানি—সুপী সুপা খায়দে। অশ'উবদি অপঙবনি হায়নবি মকম মতাং চাদনা তৌরুবা থবক শোযগল্লি অত্থনা নী'বা ক'য়গল্লি। হিংমিন্নরিবা পুন্সিদা অসিগুম্বা মা লৈ চেকশিনবা তায়; মা মশামকসু। ভিন্নরিবা মরুপ-মপাঙ নক্লরিবা য়ুম্নান-কৈরোন্নবা মুন্না মশক খঙলবশিংনা মী অমবু মাঙহনগে হায়রবদি মাঙহনবা য়াই। অচিং-অকোম খঙবা নরুবা মী পুম্নমক্কী লৈনৈ চেকশিনবা তাবনি। অমুকসু লুরিবা অমনা ভিন্নবা অনীবু লান্না য়েংবা মী সমাজদা য়াংপা হোনদে। ভিন্নবা লুনা তৌনবা হায়-বসিদি মরম কয়ামুক্কী থোইনশিন্দগী মশানা তাবনি। অচৌবগা মচাগা অয়াংবগা অনেম্বগা, সুপাগা সুপীগা চন্না মরুপ ওইবগী য়ুমকমদা ভিন্নবা কায়দে; ভিন্নরিবা ঙাক্তনি। অত্থবু মসিদা মরম ইরৈ লৈতনা, কান্নবা সুকদ্দং হেক কংলুবসু লৈতবদা লান্না য়েংথনা লান্না য়েংহন্নবা তৌবা মীওইসু লৈতবা নত্তে। অয়াবা নংলিবদি মীনি ভিন্নরুবা মী মহাক অত্থনি। ফত্তবা অমদি পামদবা মীওইতনা শো শাত্থনা লৈরবা লোখৎপা

য়াত্রবা সমাজ অমম্‌ নত্তে ; কান্নবা কান্নদবগী, অত্তোং-অমাঙগী য়াথল্দা থোইদোক্পা মন্থিনরুদবা, অত্তোপ্পা মীগী মত্তং পাংলগা সুংঙাইজবা মীশু লৈরি। মালংবগুম অত্তোপ্পগী ভেংবাংবা অচুম্বা অফবা শাজংনি। অফ-ফত্ত, অন্না-সুংঙাই অমদি অপাম-পামদা অনী-অনীনা থুজ্জীং ওইনা লৈরবা মীয়ক অসিদা থম্বাল খুদিংমক পূন্সি লেপ্লি ; লেনবা ভাবনিনা। 'থম্বাল'না উৎলিবা মীওইবগী পুন্সিনি ভাইবং পুন্সিনি।

অসিগুম্নবা ঈশিংগা লৈনাংগা পুন্না লৈরবা ভাইবং অসিদা থম্বালগুম্না ঈশিং মরীক পকহন্দনা লৈনাং মরীক অমত্তা ভৈহন্দনা অনীংবা অমদা চপ য়ুংনা নীংহ্নুনা লৈবা পুন্সিনি কবিনা পামজরিবা। অপাম্বা খুদিংদা ভোরুবা থবক কয়াদা লোয়ননা লমথুং ভানবা খুদিংদা পুক্নিং অনী লোঙদনা, অপনবা পূম্নমক ঈচঙ থৌনা ঈংনা মায়োক্নহ্নুনা চৎলগা মীওইবনা মায় পাকপা হায়বহ্নু ওইবনি। থোইমুদি অপাম্বা নত্রগা লমথুংগী খুদম (সিম্বোল) নি। লমথুং হায়বসিমক্তবু মফম অমত্তদা লেঙদনা, ফংবদা ইরায় লায়না থোকপা মওংদা লৈগন্দে—থোইমুগুম ভথক ভথকই, থোইমুগুম অমদমুক ভোং, অমদমুক লৈ, অমুক নক অমুক লাপ ভোহ্নুনা লৈ। ভাম্লিবা মী অহ্নুগী য়াকা য়েংহ্নুনা লৈবা পম্মুং নত্তে—লৈনীংবা মফমদা লৈবনি। লমথুংনা লাক্নদবা নত্তে ভাম্লিবা মীনা চৎকদবনি। মায় পাকপা হায়বসি লায়না পাকপা য়াবা নত্তে। মসিগীদমক্তা সাধনা ভৌবগুম, ভপ ভৌবগুম হোৎনবা চঙই। মায় পাক্পা ফংগদৌরিবা পম্মুং অহ্নু ভাম্না চৎপগী লম্বেলদা অপনবা অন্নাবা মরী-মরী থেংনবা ভাবনি। য়ৈথায়গে হায়না ভেমশীংননা লাকপদৌনা থোঙথাং খুদিংগী থেংনগনি। অপনবা অখিংবা য়ৈথায়বা পূম্নমক অসি লাম্হোক্নগা পম্মুং অহ্নু য়ৌই, পম্মুংগা ভাম্লিবা মীওই অহ্নুগা অমত্তা ওইরকই। অসিগুম্নবা পুন্সি অহ্নু মায় পাক্নবা পুন্সিনি—মা মশাগীতা নত্তনা মন্নামগী ওইরবা, পূম্নমক্কী ওইরবা পুন্সিনি।

অপানবা য়েবা মঙানদি, ঙামজরবস্মু মীৎ থকই মৈশা হেন্না ফাওই অচুগা থাম্মুনা থক্তোকহল্লকপা মঙানদি ঈংনা মেওনা থমোয় কাওনা ঙাল্লি। হুন্নীংকী মঙাননা থাদা য়েক্লরগা থক্তোরক্লবতদা থাজ-থাবল ওইনম্লিঘনি। থাবল হৈনদবা শোয়দবা জীব লৈবা হোনদে। অসিননি অশেংবা থম্বালদি থুইথয়ক্লবস্মু অঙাংহলগী 'থম্বাল'দি মতম পুন্নমক্তা ভগৎ-ভগৎ তেক্লা মপোপ ইকায় কায়দনা লৈরি। হেনজিল্লককদবা অমনা—নম্ন নম্নগা অনৌ অনৌবা মনম লাকথিনি; মনম থুদিংমক অফবা অপাম্ববু ওইরবস্মু পামদববু ওইরবস্মু, সাহিত্যদদি হুংশিবা মনম ঙাক্তনি।

## থম্বালগী নুংশিবা : অপাম-নুংশি, শ্রদ্ধা অমদি ভক্তি

থম্বালগী হুংশিবা মীওগী পোকপনি; খোইমু উক্লবদা খোইমুবু হুংশিক্লবনি। মীহুংশি নত্তে, মপা-মমাগী মচাদা নত্রগা মচাগী মমা-মপাদা লৈবা হুংশিবস্মু নত্তে; মরুপকী হুংশিবা নত্তে; মপোৎ লুনা ত্তোবগী হুংশিবত্থু নত্তে অপাম-হুংশিনি—হুপা-হুপীগী কামগী ঈয়াং য়াওনা পুংশিবত্থনি। অত্থনি থম্বালনা 'অমুবা খোইমু উরগা মপুং ফানা' ইকাইরক্লিবা; 'ইকাইবদা নত্তে খোইমু উরগা মশা অত্থ তনিক' তনিক্লিবা; মমায় পুবা ঙমজ্রিবা, লোয়ননা 'অকিবা অমত্থ য়াওবগুম' ত্তোরিবা অত্থগা কিয়োদনা হায়বস্মু য়াত্রিবা। অপাম-হুংশিবা পোকপগী থুদম্নি। অহানবা উবদা হুংশিক্লবগী লেঙত্রবা প্রমাণনি। অপাম-হুংশিদা ফনমক হায়ত্থনস্মু ইচম চম্না হুংশিবগী ভাব পুবা স্নুকয়া য়ারোই। চমথিবা তারগনা অপাম-হুংশি নত্রে। অপাম হুংশিবদি, উনীংবগী, উম্ননীংবগী নকশিন্ননীংবগী হকথেংননীংবগী অমদি শম্না হায়রবদা অমত্তা ওইনীংবগী অপাম্বা অমা ইরোয়দা লোয়নৈ। এস, ফ্রোইড, জংহোয়নচিংবা সাইকোলোজিষ্টশিংনদি হুংশিবা থুদিংমক্তা

ঈস্লাং অসি কোংনা নত্রবনু থুপ্না লৈহনা য়াওই হায়।[৮] অহু ওইরবনু অপাম-হুংশিগী মতাংদনা ঈস্লাং অসি চাং য়াম্না হেন্না য়াওই। সমাজগী চংনবী অমদি হৌনবা হৌনদবগী নিয়ম অমনা কৈগাক ফৈনা ভাকথিবগী য়ানি নত্রগদি মীগা শাগা থেন্নরম্মোই অকরুবা পাত্র খাম্নরম্মোই।

অপাম্বগী ঈস্লাং অসি লৈবদগীনি খোইমুবু উরে ইকাইরিবা উদ্রে লৈবা ঙমত্রিবা অহুগা উবদগী 'উদবগী অম্লাবা উনিংবা ইখোলাংবদো কোকথি' অহুগা 'উবগী পেন্দবা অহুদি উরিমথে' হেনগৎলক্লিবা। অহুনা ভশেংবমক্লি—

"লাইবকথিবী থম্বাল নংগী নমিৎ অসিনা উরুহুনা অপাম্ববু পোক-হল্লে৹ থম্মোইদা হুংশিববু চুহল্লে—'অপাম-হুংশি' মৈসিদা থম্বাল মাবু কাহল্লে। অপাম্ববু খঙঙমদা হুংশিববু উরমদা থম্বাল য়ারম্মোইদমনি।[৯]"

অপাম-হুংশি ঈশ্বরনা পীনবিবা লীচৎনি। মহৌশাগী ইথিলনি। হুংশিবা অসিমক্তি লনাইতগী ওইবা হায়বা য়াকম অমা শাগোম্লে। অহুনা মীৎয়েং অসোমদা সমাজগী কান্নবা য়াইফবা হায়বসি য়েংবা ভারবদি অপাম-হুংশিগী চাইগোন্নুং অসি পীকই। মানা হুংশিরিবা মী অহুদা মথন্নজা হুংশিবা, অতৈ য়াওহন্দবা অহুগা মী অহুনমু মাদবু হুংশিহম্নীংবা, অতৈ য়াওহম্নীংদবা অসিগী ফীবম অমা লৈ। মসিদগীনি ওন্নবা শামিন খজিক ফংলকপদা অমগা অমগা য়েংখিনরক্লিবা, কল্লরু-রক্লিবা শাউনরক্লিবা তুকৎচনরক্লিবা। লৈহাও লৈরাংনা শাউদনা লাঙ-হুবীদা লৈশিনখ্রিবসি খোইমুনা থম্বালবু পাম্মুরে মঙোন্দা চঙখিহনা মাবু কাউখোকপ্রে হায়বগী মলোমদগীনি। অম্মুম্না উথম্বালনা চীংদা কাথ্রিবা, চিনিচম্প্রানা মনা মরক্তা লোৎখ্রিবা পুন্নমকসি অপাম-হুংশিদা অহুমম্নুবা পাত্র অমা হাইজিল্লক্লে হায়বদগীনি। মখোয়না খোইমুবু

৮। য়েং—জেম্স ড্রেবর, ইন্স্টিঙ্ক ইন ম্যেন।
৯। থম্বাল ঃ লাঃ ১৪

মখোয় মখোয়গীডা ওইহল্লীংই। ওইরক্কবা মতাংদা পৈখোক-লৈখোক-নরিবসিনি। খরোমক্তা মথংদোন থাজদা ওইনরিবা অসিস্তু থাজ মানা থম্বালগী মমিং পল্লি হায়বগীনি। অতুগা অমুকস্তু অপাম-হুংশিগী মতাংদদি পিখোক পিশিন লোয়ননা লৌথোক লৌশিনগী ম্না অমা শোয়দনা লৈ। ঐনা হুংশিবগুম নঙস্তু হুংশিগদবনি হায়বগী মস্তিরুবা মওং অমা লৈ। অতুনা মসিদা অরায়-অথুমগী মওং অমা লৈবনা মান্নবা, থোং মান্নবা থাক মান্নবা মায়ওন মান্নবগী রাকম অমা ইরৈদ লৈ। মান্নরক্ত্রবা অতুগা পীরুবগুম কংলক্ত্রবদনি তুকৎচবা পোক্করক্লিবা। অপাম হুংশিনা তুকৎচবা ওনবা য়াম্না লায়না থোকই। মীকুপ অমগী মতুংদা অপাম-হুংশিদা উইথরম্বতুনা রাহে অমদগী লমচৎ মচা অমদগী তিন শিংপা থোঙ্গুন রাই তৈবগী রাকম হেক্তা লাকপা য়াই। অপাম-হুংশিদা অতৈ অতোপ্পগী মকম লৈতে; চন্দে পীশক পীকপা মকমনি য়াম্না থুবা লম্বেলনি। ঈরাং হৌনবা অমদি হোৎন্নবা মচলনি। লৈরাং সমাজদা হৌরিবা ঈরাং অপাম-হুংশিদগীনি।

অপাম-হুংশিদগী থরা পাক্লে হায়না লৌবা য়াবা হুংশিবা মথল অমা লৈরি—শ্রদ্ধা, হুংশিজবা। চাম্নরুবা হৈনরুবা অচৌবা মীওই অমদা মতিক মগুণ লৈবা লাইপোককুম্বা অমদা হুংশিজরুবনি। মসিদদি লনাইগী হায়বা পীকশিনবা রাখল অতু লৈত্রে। হুংশিজরিবা মীওই অতুবু অতৈ ময়াম্নস্তু হুংশিবদা কায়বা লৈত্রে; কায়বা নত্তে হেন্না হেন্না মাদোনা হেক য়ারিমথৈ মশীং হেন্না হুংশিজহন্নাংবগী রাকম অমা লাক্লে। তাঙ্গা ফংলকপদা মীওই অতুগী মতিক মগুণ শীংথাতুনা অতৈনস্তু হুংশিবিনবতুম লাক্লবা য়াওই—শাওবদি লায়রদনা। সমাজদা চৎনরিবা মপোক হুমীৎকী পালনশিং, শিথিবা হুমীৎ নীংশিংবগী থৌরমশিং অসি হুংশিবগী শক্তম অসিদা য়ুম্ফম ওইবনি। সমাজদা কান্নবা হুং-শিবনি। হুংশিবগী শক্তম অসিদা লনাইত্তগী হান্নবা রাখল অতু থাদোয়রকই

ময়ামগী ওইবনা মরু ওইরকই। উন্নবা নক্কবগী অপাম্বগী লৈরবম্ব চাং য়াম্না হম্বরকই। কল্লক য়েংখিবা, খোয়শাউনবা নীংবা কায়বগী মৈচাক হম্বরকই। ঐগীদা নত্তে ময়ামগীসুনি হায়বগী য়াথন্দা ভথি-ভথি, ভনা ভনা শাউগ্রবী লৈহাউদা কংফানগী লৈরাংশিংনা য়াকৎলি—“ভরাই মপু ওইবদি মাদি লেম্বা ঙাক্তনি পংথরেদা শাউমলি।” (লাঃ ২৮) য়াকৎ অসিগী মরমদা শ্রদ্ধাগী মমি লৈরি। হায়না অপাম-মুংশি লৈরুবনিনা থম্বালগী মনাক্তা চৎখ্রে হায়বা খঙলকপা মতাংদা লৈরাংশিং শাউই। অদুবু খোয়থা লিনথা থাহুনা লৈথোকপা তৌদে—‘অতৈ লৈরাং মথৈদি শাওবা হৌনৈ শাউরগা খোইমুদা ভক্তি কায়খিদে।’[১০] শ্রদ্ধারোমদা লৈশিল্লক্রবগী মওংনি। অম্মুম্না নক্কবা অমদি অমত্তা ওইমিন্নবগী মতাংগী মতুংদা থম্বালগী মনাক্তা লাকখিদ্রবা খোইমুবু থম্বালনা শাউই। মিকাবা মিহৌবা অতুম্মক মথমোয়দা পোকই। কায়নবগী মৈচাক অহুম থাঙই। অদুবু খোইমুবু কৈদৌঙৈদম্ব ভাখি ভা-ওইননা তৌদে; অহোয়নহুম— “ভৌবম্ব য়াহৈ ভাক্তি কায়দবা থম্বালনা ইহেল হেল্লি। অতৈ মচেম লৈরাংশিংনা ‘লাকইবরা’ হায়না হংলগা ‘লাকই’ হায়না থুম্মি। লাক্তে হায়রগা মমিং য়ামই হায়হুনা খোইমুগী মিংদা থিগনি হায়বা অসিগী থম্বালনা মপুরোইবগীদমক মীনম্মে।”[১১]

শ্রদ্ধাগী থোইদোকপা গুণ অমনি। মুংশিজরিবা মহাক অদুবু হম্বনম্ব য়েংনৌংদে অদুগা য়েংম্বু য়েংহন্নীংদে। মগুণ ঙাক্তা উবা অমদি য়েংবা পামজ্জে। মাগী ফরগা ফরে হায়বা য়াথল অসি লাকই। পাকথোরকপা য়াথলগী ওমথৈনি। অপাম-মুংশিগী শক্তম্না শ্রদ্ধাগী শক্তম লৌরকপনি। অপাম্বা লৈবদগী ওইজবা খিরম্বদু শ্রদ্ধা য়োরক-পদদি মাঙথরে; মশাগী য়াইফবা থনবগী মহুত্তা খোইমুগী য়াইফবা থম্বালনা থনবা হৌরক্লে। জীবনিনা মশাগী থন্দবম্ব ওমদে; থন্দদবম্ব

১০। থম্বাল; লাঃ ২৯
১১। থম্বাল; লাঃ ২৯

য়াদে। অদুগা মীগীম্ব খনবা চুম্মী। কননবা, য়াইফনবা কন চোংশিন্দুনা থবক ওইনা তৌরুবমক ঙমত্রবম্ব কন অমদি কনবা খনবা হায়বসি মীপুম তিংনা তৌনবা অরাইবা নত্তে। গুণ অসি মী পুন্নমক্তা চপ মান্নবা পীবিরম্বম্ব নত্রি। মী খল্লি। পোকপদগী য়াওরকপা গুণনি। মীনি হায়দনম্ব মীমান্নবা নত্তে; লৈনি হায়দুনম্ব লৈমান্নবা নত্রি। খম্বালগুম্বা খরদংদনা মশাগী য়েংবদগী অতোপ্পগী য়েংবনা হেন্না লুনা খল্লি।

মতুংদা অবোইবা শক্তম ওইনা কবিনা শীংখারকই—ভক্তি। ভক্তিদি অথন্নবা খরদগীতা ওইনা অমুক তৌরক্লে, মশাংগী ওইনা য়েংবদা য়ান্না পীকশিল্লে। অদুগা মশাগী য়েংবা ওইজবা তানবগী য়াকম অদুদি লৈরক্তরে। হকচাং কায়াংকী ওইবা অপাম্বা লৈরক্তরে। খম্বালদা খোইমু উনীংবগী উন্ননীংবগী অমদি তিন্ননীংবগী অপাম্বা লৈরক্তরে। মুপ্নগী মমিং শোনবতদা পুন্নমক থাদোবক্লে। সংসারগী ওইবা অন্না-অনা পুন্নমক্কী অর্থ লৈরক্তবে। লমথুং য়োৌরমদাই য়োৌবক্লবদা মমা, মপা, মরুপ মপাঙ পুন্নমক লোইনা লৈখোকখবে। মাগী কনাম্ব লৈরক্তরে লোয়ননা মানম্ব পুন্নমকপু থাদোক্লে—মশামক্কী ফাওবা থম্দরে মুপ্নগী খোইমু মাগী মমিংদা মঙাইবে মানা শোল্লিবা—অশেংবা খোইমুগী মশা ফাওবা কান্নদরে—

"লিক্লা ফাওবা তাখিদরে মপুয়োইবগী নাম শোনবদা লৈয়েং ফাইরে। অসি ফাওবদা 'খম্বাল কৌবা ঐবু মাঙবা তারে করি উপায় লৈবগে' হায়বা মমঙদম্ব থল্লুবা লৈতে। লৈয়েংদা খোইমু হায়বা ময়েক অসি ইথবে।"[১২]

ইরোই লোইবদা খম্বাল খোইমুদা পুনখি—তাইবং খোইমুদা নত্তে খোইমুগী মিংলেন্দা; মিংলেন্দা মতম পুম্বগী ওইনা পুনখি। ভক্তিগী অরোইবা থাক্তি।

---

১২। খম্বাল; লাঃ ৩৭

ভক্তি ভরাই-ভরাইনা কংবা য়াবা, মী পুন্নমক্কী ওইবা লুংশিবগী থাক নত্তে। অথবরা মী খরদগী অমদি কাণ্ডলুপ হায়বদি সম্প্রাদায় অমগী ওইবা লম্বেল অমদি লমথুংনি। মসিগীদমক্তা হোৎনবা হায়বসি সাধনা নত্রগা তপস্যা চঙই। খম্বালনা খাণ্ডলিবা কায়নবগী বৈচাক অসি তপনি—সাধনানি। মিং শোনজবা মিংতবু পামজবা অমদি মিংদা লুপশিনজবা অসি খম্বালগী পম্বুংনি। কায়নবগী অরোবা অসি ভক্তিগী ভক্ত অমদদি অরোবা নত্তে লুংঙাইবনি—আনন্দনি। কায়নরিবসি কায়নবা নত্তে উন্নবা মথল অমনি। মপাম্বোংগী সংসারনা কায়নয়ে উন্নত্রে রারে কপ্লে হায়না খনবগী রানি অশেংবা ভক্ত মহাক্তি মাগী পামজরিবা মহাক্কা মতম পুন্নমক্তা লোয়নহন্না লৈরি—শান্নরি নোক্লি লুংঙাইরি। বৈষ্ণব সাহিত্যদা নায়িকা শ্রীমতী রাধিকানা নায়ক কৃষ্ণগা কায়নবদা মৈশা খাণ্ডবা, মৈশা মরক্তা নীংহৃনত্তা লৈবা মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণবু শোন্দুনত্তা লৈবা অসিনা কৃষ্ণগা রাধাগা অমত্তা ওইনা পুল্লিবনি হায়না কোণ্ডদোক্লি। কৃষ্ণনা রাধাবু অম্মুম নীংবনা রাধাগা অমত্তা ওইরকই। অম্মুম্না রাধানা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না অম্মুম শোল্লম্বদগী মশামক কৃষ্ণগা খেন্নরক্তবদগী কৃষ্ণমক ওইরকপ্রবনা কৃষ্ণনা শোল্লিবা রাধা অহৃবু হন্না হন্না শোনবা হৌরকই; অহৃনা রাধা মানা মশা রাধাবু শোনবা হৌরকই হায়না হায়বা রা লৈরি। মসি ভক্তিগী অরোৌবী থাক্লি। ভক্তিদদি সংসারগী অরা লুংঙাই পুন্নমক তুংওইনরগা পামজরিবা মহাক অহৃদা অরোইবা ওইনা পুনশিল্লি। বৈষ্ণবকী নায়ক-নায়িকা অনীগী থাক অহৃদি অমত্তা ঙাইরবা তোপ্তোপ তারবা কংঙমত্রবা থাক অমনি। বৈষ্ণব পণ্ডিতশিংনা,[১৩] অসিননি, ভক্তিবু রস অমনি হায়না কন্না পুখৎলক্লিবা। ভক্তি অসিবু কাব্যগী রস অমা ওইনা লৌবমক্তি মন্নাম্বন্না

---

১৩। শ্রীরূপ গোস্বামী (হরি ভক্তি রসামৃত-সিন্ধু), মধুসূদন সরস্বতী (ভগবদ্, ভক্তি রসায়ন) অসিনচিংবা

পুক্নিং মানরবা মাকনমক্তি ওইজি। য়েংনবা থম্মা অদুম মরেনেরি। অদুবু ভক্তিগী মকম চাউনা লৈ হাম্নবনিমদি য়েংনবা লৈজবা মাকসনি।

হরি ভক্তিগী মাংলবা থাক অদুমক 'থম্বাল'দা শোয়দনমক লৈরে হায়বমক্তি য়াত্রি। হরি ভক্তিদি, বৈষ্ণব দার্শনিকশিংগী মা য়েংলুরবদি আধ্যাত্মিক লমদাংগী মা ওইনা তৌবনি, মীওই থরক্তগী ওইবা লমদাংনি। থম্বালগী ভক্তি অসি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী অদু কাওবদি য়োৎত্রি। অদুবু মমিদি মীংথিজনা তারবনি। ভক্তি ওইবদি শোয়দ্রে। মণিপুরী সমাজদা চংনরিবা 'ভক্তি মতেক অমত্তং তৌ' হায়বগী ভক্তি অদুমু নত্তে। মসিগী 'ভক্তি' অসিদি 'ব্যবহার মতেক অমা তৌ' হায়বগী 'ব্যবহার' অদুনি অয়াংবসি। অদুগুম্বা অয়াংবমু নত্তে। বৈষ্ণব ওইবা কবিগী মাথলনা শাগংচবা ভক্তি অমনি।

ভক্তিগী পনবা য়াবা দর্শন অমনা, ভক্তি হায়রিবা লম্বেল অসিদি নাক-য়েংতা লৈরিবা লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমক্তা পেন্নবা নত্তে লনাইগী আত্মাগী পেজনবনি। ময়ামগীদি লাইরদনা ভক্তি থমজরিবা ইস্তদেব অদু ফাওবগী পেন্নবা নত্তে; ভক্ত ওইরিবা মহাক্তা লনাইগী থমোয়দা অমদি পুক্নিংদা অপেনবা শরুক অমা ফাওজনবনি। ভগবান মাগীদি অমগীসু ওই পুন্নমক্তা ওই চপ মান্নবা, ফীবম অমত্তদা অদুম লৈখ্রবনি অদুম খিন্দুনা লৈরবা মূর্তীনি নত্রগা মাথলনা শাগৎলবা মালং অমনি। মাদি পেনবা পেন্দবা চপ মান্নরবনি। ভক্তিনা মঙোন্দা কান্নবসু পীদে অমাঙবসু লৈত্তে। তুকৎচ-হঙোইরবসু করিসু কায়দে। মাঙবা তোংবগী হিসাব অমা লৈরিবদি ভক্ত মশাদনি। সুংঙাইরবা কান্দা ঈশ্বর নীং-শিংলিবা রাদ-রায়রুবা মতাংদা মাবু শোল্লিবা ভক্ত মাগী থন্নায়না পেজনবনি। অনীংবা পুন্নমক মথং-মথং কায়থররুবা পোথি-পোরম পুন্নমক উত্তা খী হৈরুবা মতমদা ঈশ্বরদা হুক্কুনা চৈন্নিবা মঙোন্দা তায়নরিবা অসিসু মী মশাগী আত্মাগী সুংঙাইনবা পেন্নবনি। সংসার

অসিদা লৈমা লৈবা সংসার অদিগী য়াংবদা লৈরবা অচোম্বা সংসার অমদা তাউহনা লৈজখ্রবগী য়ানি। সমাজদদি অপাননা অপুনবগী ওইনা, পঙকান কাববা পোৎ নত্তে। য়াংমমখিবনা হাইরপ য়েংলম্মগা মোমোন থজিক তৌনরগা তোক্লবা ওক্নি।

অমুম্বু ভক্তি কাম্লবা মোন্ত্রংগী লৈচীম্বা কাপ্পা তেন নত্তে। হিম্রাব থমগজবা ঐখোয়দা পৈশা মঙা-তরাগী কায়বা অপাননা ফংদে, হৌজিক-হৌজিকী ওইনা চন্না মোংথন্নদে হায়বগী য়াওনি। ভক্তি মচেৎ থজিক্তং, মপুম ওইনকা নত্তে, পুকচেল শেংনা ফংলুবা চৈতন্য, খৃষ্ট, মুহম্মদ; মীৎনা থোঙনা লাম্বা ফংবদা হায়রগা তুকারাম, তুলসীদাস, গান্ধী ভাগ্যচন্দ্র পূম্নমক অসিনা তাইবং অসিদা মাগী মাগী লমদা চাউর-চাউরবা লম্বেল পীরিবনি। লনাই ওইরবসু য়াইফবা লনাইদি পুম্নমক্কীনি মরোল থুদিংমক্কীনি। থম্বালগী পুন্সি অপাম-হুংশিদগী হৌরগা শ্রদ্ধা লান্দুনা ভক্তিরোমদা লৈশিন্নকপা হুংশিবগী মশক অমনি।

## থম্বালগী কোঙদোকপগী মওং (শৈলী)

নোংপাবারকপা (লাঃ ১), পুংফাৎপা (২৫), থাংহৈবা (২৬), লৈরাং লৈমান্নদবা (৩০) অসিনচিাবা, শেমজীন-শাজীনবা য়াহৈ অঙাংহলনা শীজিন্নরকই। ফজে তাবদা হান্নগীগা মান্নদবা হুংঙাইবা অমা ফাওই। মণিপুরী মশাগী ওইবা, অরিবা অমদি অনৌবা য়াহৈ হান্নগুম য়াওরি; লোশিন্নুবা য়াহৈশু—মওং কায়বা অমদি কায়দবা, অহুম য়াওরি। সংস্কৃততগীনা নম্না লোশিল্লি। বীরনচিংবা রসকী মতাং পঙয়াও য়াও-দবনিনা অকনবা, কম্বা-হৈথানবা য়াহৈ শীজিন্নদে। শৃঙ্গারগী—উরবা অমদি কায়নবা, ওইবা থোংপা নৌবা মেডবা তম্না মরাঙ কায়না শীজিন্নে; য়ারিবমথৈ কন্তক তাবা য়াহৈ শীজিন্নদনবা হোৎনবগী মওং উই। লৈ, শিঙেঙলগী মহুত্তা লৈরাং; থাগী মহুত্তা থাজ; সুপ্নীগী

হুঙা, অঙাংগী নায়া, ঈশিংগী লাইজ ; অমুম্না থোথ-নৌথনবা লাক্লে। ব্যঙ্গ্য কাব্য ওইবনা হেনবনিনা লক্ষণা ব্যঞ্জনাগী ওইবা য়াহৈ-য়াতানা নয়া শীজিন্নৈ। অনুপ্রাসনচিংবা য়াহৈ লৈতেং (শব্দালঙ্কার) য়ায়া পামজনা অতুম শীজিন্নরি। দর্শনদা থয়াই থয়া য়াওবনিনা ভক্তি, সতী, মুনি, ঋষিনচিংবা য়াহৈশিংমু চৎনবা অমদি অয়ায়বা অর্থয়োমদা নত্তবা অরুবা অর্থ পুবয়োমদা নীংথিনা শীজিন্নরি। পাক্লা চাউনা শঙ্গোকপা য়াবা য়াহৈ ঙাক্লি। অতুমকপু দর্শননা মপুঙ ওইবা কাব্যদি নত্তে।

য়াহৈ-পরেংগী ওইনা য়েংবা ভারবদা চাংদয়বা. প্রমাণ-পাহৈনচিংবা অর্থগী লৈতেং ময়াঙ কায়না শীজিন্নৈ। খুদম-পান্দমগী হায়রুরবদি কাব্য মশা অপূম্বসি খুদমগী মওংদা লৈরিবনি। য়াথল অমগা খুদম অমগা মীৎয়েং অমগা কল্পনা অমগা তৌত্নুনা অতুম লোইবা কাওবা চথরিবনি। খুদম অমদি কল্পনাগী হায়রুরবদি কাব্য অসি এলিগোরী[১৪] মাল্লিবনি। অপাম্বা লৈহৌগী মহাও চেন্দবদগী খোইমু ইন্দবা লাঙহুবীদি তোংবা লৈহাওবু হুংশিবনা থাদোকপিরম্মবী শাওগ্রবী, শাওমনথিবনা তোগে মত্তাগুম অত্তোপ্পা মায়বা অমদা ময়ুম পানগ্রবী হুজ্রা অমা ওইনা উরকই।[১৫] অশাংপা থম্বালদা খোইমুনা তোংহনা লৈহৌ চুপ্পবু নায়ক—নায়িকাগী অয়োবী হকতিল্লবগুম শীংথারিবনি।[১৬] অম্মুমা শক-পান্দবা য়াথলগী মালং-ঈথিলবু মীৎমাঙদা শংশং উবা য়াবা পোৎলম অমা ওইনা উৎপা ঙম্বা পয়েংশিং পিক থম্না নীক-নীক লাউনা শীজিন্নরি। পাক-শন্না শীংথাবদি মকম অমা খঙনা করে। অতুগা পীক্লবমু পীক্লা

১৪। Allegory—Narrative in which a subject of a higher Spiritual order is described in terms of that of a lower. 'The Pilgrim's Progress' is a prime example.

—The Reader's Digest Great Encyclopeadic Dictionary; P. 1052

১৫। থম্বাল; লাঃ ২৮

১৬। লাইথিকদি; লাঃ ২৬

হঙ্লিন হঙ্লিন, য়াহৈ-য়াত্তা থেন্নজনবন্স, শীংথাবসিংদি পীক্লবা কাব্য অসিদন্সু হল্লি। অহুবু তেংববনিনা কাব্য অসিদদি পোৎলুম ওইনা থক থোক্তে। হৈনবী মীৎয়েংনি। শৈলীগী হৈনবীসিদি মহৌশানি; থরবু হেল্লি মহৌশা হায়বসি অনীস্বা হৈনবী ওইনা লৈ। মহৌশা (প্রকৃতি) বু পানজবা, সুংশিজনা বনণ তৌবগী মতাংদদি কবি মশামক প্রকৃতিদা চঙলগা তাইবং মীওইববু য়েংলকপনি। মী য়েকপদা প্রকৃতি য়াওবা নত্রে প্রকৃতি য়েকপদা মরক মরক্তা মী য়াওশিল্লকপনি। অনৌবা শৈলী অমনি।

য়ারী অম্মুম লীথবদা মতাং মতাংগী ওইনা পাত্র মশেল য়ারী শাবগী (য়ারী-য়াত্তাই) মতাং অসিমা কজনা অহুম শীজিন্নরে। লীলা-গুম্না, উপন্যাস, য়ারী-মচানচিংবদা য়াওরিবা অহুমকা মান্নবদি নত্তে। অহুবু হংবা খুম্বা মোত্ত কোঙদোকপনচিংবা ময়েক শেংনা অহুম য়াওরে। পেনানচিংবগী শৈলীদা শীজিন্নরিবা অহুগুম্বনা নম্মী।

"থরোনা—মীগী মন্নাবু ঐনা খঙজরুবরা খঙজদেদা তাজদে—হায়। থাজনা—মরুপনিদনা 'হুবু কংথৎচবা শান্নদনা থংই তাই ঐখোয়স্সু। —তারবদি অহু মঙাইদনা ঐঙোন্দা অমুক হংবিদবন্সু। —কৈনো 'বু শাওনিংবরনে? —শাওবগী য়া নত্তে করিগুম্বা থনবিবা লৈদনা হংবিরিবনোনো? —"[১৭]

অসিমন্সু কবি অঙাংহলগী হৈনবীনি। কাব্য অয়াম্বদা শীজিন্নবা থেংনৈ।

য়ারীগী মরক মরক্তা, প্রমাণ-পান্থে শীরকপদা কবিনা, য়ারীগদি অপাননা মরী লৈনবা নত্তবা অহুগা লীচৎনচিংবগীদি নিয়মগুম অমদি হৌনবীগুম চুম্মবা য়াকম কয়া অমন্সু মশাগী মোত্ত ওইনা নত্রগা না-কোয়ননা পীবা পাউত্তাককুম্বগী ওইবা কয়া অমন্সু হেক হেক হাপলকই।

(ক) "মানা অমগী কান্নবা লৈরক্রুবা অহুনা অত্তোপ্পা অমগী মাঙনবা ওইরকপা হায়বা অসি হৌনবনি।" (লাঃ ৩৭)

১৭। থম্বাল; লাঃ ৩৩-৩৩

(ঘ) "স্পর্শ মণিনা শোকপদা পোৎ অদু সনাতা মওই স্পর্শ মণিদি থক ওইদে।", (লা: ৩৩)

(ঙ) "থোইমু উরগা পোৎখাই হায়বনিনা থম্বালগী মাইবা হাপ্পনা চুমন্নু থোইমুনা ওইবা ঙাক্রে। খনবিয়ুদো?" (৮) অসিনচিংবা।

মথায়সিদি কর্জনি মরামগী অনুম খনজিল্লুবা উশিল্লুবনা মরক মরক্তা কবিগী মচাদগী পথাপকী ওইবা মিয়ম চৎনবীগী ওইবা য়াকম থেংনরকপনা ইখদা য়াওরকই; য়াওশিনখিবসু ময়াওই।[18] ইখিন লাক্নুনা ইরিথৈদা নাক-য়েং থজিক কাউরকপা—কবিগী মহৌশা অমনি। অদি মত্তবা থম্না হেনজিনখিবা, হেনজিল্লকুনা ইকোঙ কোঙনা পাউতাক পীগে মতাংগুম চথরকপা য়াওরকই। অপাবদা চুম্না মায়থেংগদমক ভাঙ্গনা শিজনবা য়ারমতুনা মথা ভায়রকই—

"অদি খঙদবা তাইবং পুম্নিং কত্থনা অতোপ্পা প্রমাণ অমা তৌগে নিংলবদি সভীদা লানবগী পাপ পুগনি, য়ারিথৈ থম্বাল মাগী মত্তমদা সভী মাবী বদনাম ইরক্নু।"[19]

দর্শনগী মপুঙ ওইবা কাব্য 'গীতা'নচিংবদদি '—গদবনি' '—য়োইদবনি' হায়বনচিংবা পাউতাক অসি কোঙনা হেক্তা পীনৈ। অদু কাওবদা অখেনবা, অরুবা, য়েন্না লুবা খাইদগী লুবা অর্থ মরোল মরোল ফুম্মগা য়াম্না ময়ৌ লৈনা পীবনি। ব্যাসশিংনা ইরম্বগী কানা-কানি ঙাওলম্দবনি। মসি কাওবদা য়াম্নত্তা ঙংবা কাওলুপস্থ য়াওরম্বা য়াম্মিবনি। অদুনা কাব্যদা ইকোং কোংবা অর্থদা, অভিধার্থদা পাউতাক পীবদি অকবা মচল ওইনা লৌনদে। রস চুপ্পদা লকক তৌরকই। মসিনি অপনবা হায়বনু। য়াদে হায়বগী নিয়মদি লৈবা নত্তে। অদুমকপু কাব্যগী নিয়ম হায়রবরু অপাবনি অতাবনি অয়েংবনি।

১৮। Poets speech is thunder, his thought is low, his words are universally intelligible as the plants and animals.—Emerson.

১৯। থম্বাল; লা: ৩৬

থম্বালদা অসিগুম্বা মতাংসি য়াম্না য়াওবা নত্তে অমুক অনীয়ক-কুম্বদং মোংবা ওইনা ভৌবা জাংনি। মসিমক্না কাব্য অসিবু চিংথবদি ওম্মোই। অতুমদি ওইরবদা দোষ হায়বসিদি দোষনিদনা।

## ব্লাকম অমা

থম্বাল কাব্যদা মতাং নত্রগা পন্দুপ হায়বদি সর্গ ওইনা মডা ফাওবা থায়রি। কবি মশানা ইরম্বগী মওং অতুমক পুথোরক্লবনি। মসিদা ব্লাকম অমদি মডাম্বুবা মতাং অসিনি। মসি তশেংবদি ব্লারীগী তাহক অমা নত্তে; ওইবম্ব য়ারোই। মশানা তাকবনি মতাং অসিদি ব্লাহৌদোক্লি। মসিমক্তি লাইরিকী মমাঙ পুথক্তা হাপকদবনি। লাইরিক অমদা ব্লাহৌদোক অমগী মকম চাউনা লৈ; চঙদবা য়াদবা ওইনা লৈ। ব্লাহৌদোক ইবগী তোঙানবা মই অমম্বু লৈজরিবনি। 'নোংমগী মওংদি অয়ুক্কগী থঙই' হায়বা নোংচুপ্রোমগী প্রমাণ অতুনি। (মৈতৈরোনগী অঙাংগী মওং নীংথাদা থঙনরি।) লাইরিক মশা মপুম অসি ব্লাহৌ-দোক্তগী চাউরাকপা মশক অমদি লাকপা ওম্মিবনি। কাব্য অসি মশক মুম্না থঙনবা লাক্লবদা মতাং '৫' অসি তঙাই ফদনা চঙলবনি। মসি য়াওগদবমক্লি। অতুবু য়াওকম অসি ওন্নরে। থারিবা '৫' অসি লোথোক্লগা অমদি ইহান হেক হানবা ব্লাহৈ-পরেং অসি লোথোক্লগা মথক্তা হাপ্না চুমগনি। অইবা মশাগী থুংকম কায়হনবা মুংঙাইত্তে হায়রবম্বু অতুম লৈহনবম্বু কায়দে। কবিনা অম্বুম মথং মনাওদা থনম্মে হায়তুনম্বু অরোইবদা থম্বগী মহুত্তা অহৌবদা থম্বনা হেন্না ফগনি। মুংঙাইতনীংঙাই মরমম্বু লৈত্তে কবিনা লৌরিবা থম্বালগী ব্লারীগী শরুক অমা নত্তে। 'থম্বাল' লাইরিক্তা মরী লৈনবতনি। কবি অঙাংহলবু মশক হান্না থঙনবা অমদি লাইরিকপু চাউরাকপা শক্তম লাকপা ওম্নবা ব্লাহৌদোক ওইহনবা চুম্মী।

---

## মঙাস্ুবা মতাং

# উপন্যাসকার অঙাংহল

অঙাংহল হেক হায়বদা ময়ামগী মাওদা চোংথোরক্লিবা সাহিত্য-কারগী শকুম অসি অচোবা ম্নারী য়াওবা শৈরেং ইবা অতুগা অচোবা ম্নারী য়াওবা ম্নারেং ইবা অনী অসিনি। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী থুমাবা মাওজীন থাবশিংনা অতৈ অতোপ্পা লোনশিংগী মপা লাক্লগা মণিপুরীদা মশক মওং তাক্লবা লাক্লবা সাহিত্যগী মচল (genre) শিংগী মনুংদা উপন্যাস অসিমু মরুওইবা অমনি। কমল ('মাধবী'), চাউবা ('লবঙ্গলতা'), হিজম ইরাবত ('চান্দনী'[১]), য়েংখোম ভাগ্য ('চাউবী'), রাঃ কুঃ শীতলজিৎ ('ইমা থাদোকপনচিংবা) অসিনচিংবা সাহিত্যকার-শিংনা হৌবদগী হোৎনরকখিবা লমদাংনি। মণিপুরীদা উপন্যাস অসিদি হৌবদগী (মাধবী) মওং অতুম তারকপ্রবনি। অম্নাং-অপা খরা য়াওরবমু মওং ফজনা তারবা উপন্যাস অসিদা অঙাংহলমু থুৎ থারম্মী। অনী থম্বীরম্মী—জহেরা অমদি য়াইথিং কোমু। মতম অতুগী সাহিত্যকার-শিংনা সাহিত্যগী চৎনরিবা মচলশিং অসি য়ামদ্রবদা খর খরদি মশক তাক্লনবা হোৎনসি হায়বগী মওং মাল্লি।

অহৌবা মতাংগী উপন্যাসশিং নীংথিজনা শেমগৎ শাগৎলবা (রেল-মেড) ওাক্তনি; তমজনকমগী চাউরবা পান্দম অমগী ওইনা ইনবনি। ইবগী মওং (টেক্নিক) গী মীৎয়েংদা চৎনরকপী (ট্রেডিশনেল) ওাক্লি। হৌরমগী অমদি শীংথাবগী মওং মতৌগী ওইনা য়েংবদা মতমসিগী উপন্যাস-শিংগী মথল অসি সমাজগী ওইবা, ইতিহাসকী ওইবা, লোক কথাগী

১। রাকাইরোল পত্রিকাদা মথং মথং কোওথিবা, ১৯৩২ দা

ওইবা অসিনি। কমলগী 'মাধবী'না সমাজগী ওইবগী অহানবা উপন্যাসনি; চাউবগী 'লবঙ্গলতা'না অহানবা ইতিহাসকী ওইবা অমদি অঙাংহলগী 'য়াইথিং কোন্নু'না লোককথাগী ওইবা অহানবনি। ঙসি ফাওবদা মখল কয়াগী উপন্যাস থোক্লক্রে। তাঙনা থোক্লিবদি ঐতিহাসিক অমদি লোককথাগী ওইবা অসিনি। লোককথাগী ওইবা অমিনা অমুক হেন্না তাঙনা থোক্লি। 'য়াইথিং কোন্নু' য়ায়মক ফজরবা মপুঙ ফারবা উপন্যাস অমা ওইবা য়ারবরা হায়রবা য়াহং অমিমদি লৈ। অদুবু উপন্যাস ওইবদি য়াররবা থুংইনি। (মতাং অমিগী 'য়াইথিং কোন্নু' নৈনবদা য়েংসি)

মতম অসিগী উপন্যাসশিংসি মচ্চা অমত্তদা হৈবদৌরা ইমান ইমান মান্নে। সুংশিবগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা হীরম ঙাক্তা ওইনা তৌবক্তা নত্তনা কোঙদোকপা হায়বদি থুংইগী মওংসু অদুম মান্নে। অউবা অয়েংবা অমনা পাউ তম্বা, রাহৈ-রাতা ইবদা শীজিন্নবা ওইনা তৌবা, পাউ তম্বগী মরক মরক্তা অইবা মশানা 'পাঠক' নত্রগা অপাবশিং হায়না কৌহুনা মশাগী মোত ফোঙদোকপা অমদি শন্দোক্না তাকপা অসিনচিংবগী মওংশিং অসি ইমান ইমান মান্নে। উৎলিবা রাকম (এম) অদু লোইরকপদা লোইনা ইফোং ফোংই অদুগা তমজনকমগী থাক্তা (আদর্শ) লোইনা থন্নে। চন্না ফজবা ঙাক্তনি। সমাজ অমদি পুন্সিবু তথি-তথি তনা-তনা তৌবগী ঈরাং চঙদে। মানবা-মালহনবা (নেচর তাবা) হায়বা অসিমা চঙদবা য়াত্রবা মচাক অমা ওইনা অদুম লৈনৈ। পুম্নমক্তা বাঙ্গলা উপন্যাসকী মমি অপাননা নত্রবসু নাকোয়ননা অদুম তাই। তাকমসু থোকই। পুম্নমক তরু-তরু তনান-তনান লৈবা উপন্যাস ঙাক্লি।

অঙাংহলনা কোনশিল্লিবা লমদাং অসি হৌথিবা মতমগী লোক সাহিত্য অমদি মশাগী মতমগী সমাজগী সমস্যা অসিনি। অনীমকসি

মশানা য়াম্না পাকপা হীরমশী লমদাংনি। হৌখিবা সংস্কৃতি অমা অহুপা হৌজিকী হকথেংনন্নবা সমাজগী কীবক-অনী অসি কনশিন্নবা থাই-থাইহনা উৎপা অসি অইবশী হৈনবীনি। মসি মাশী সাহিত্যগী চমল পুম্নমক্তা—কাব্য, উপন্যাস, লীলা—উবা ফংই। অনীমক্তা উরগা উৎলিবা মীৎয়েংশু (ট্রিটমেন্ট) অহুম মাটে। শীংথাবদা কাওবা ওথাক মাটে।

## জহেরাগী হীরম অমদি থোদোক পরীং শেম্বা

জাং অমদি ধর্ম তিন্নদবগী থেম্বা ময়ক্তা মপাম্থোংগী থেম্বা চণ্ডরবা অশেংবা নুংশিবগী লমদদি ঈ-তোংনা শাবা হকচাং অনী থুংন-ত্রবশু নিংনবনবু মাঙত্রবদি অশেংবা উম্নবা অমদি থুংনবা হায়বহনি হায়বসিনা উপন্যাসকারগী হীরম ওইরি। পশ্নুংশু মসি উৎপানি। নিংনবনা মরুনি ; মপানগী ওইনা হকথেংনবা হায়বসি অশেংবা নুংশি-বদদি সুকয়াও য়াওত্রবশু য়াই—য়াওবশু কায়দে। মসিমক্তি জীব ওইরুবা মীওইবগী পুন্সিদা য়াত্রা? জহেরাগী চাউরবা য়াহংনি। ঙিংবা হায়রিবসি হকচাংগী কায়াৎ অমগী লীচংনি ধর্মনি। হকচাংগী কায়াৎনা লৈত্রবদা নিংনগদোরিবা অসি কনাগী কদায়দনো? অসিগুম্বা মথলগী নুংশিবসিদি—য়াংবা নেম্বগী য়া নত্তনা, অতোপ্পা শকথঙদবা সংসার অমগী পেংৎ হায়বত্থ ওইরয়ে। অপাম্বা য়াওরিবা অপাম-নুংশিগী লম-দাংদদি মনুংশি অসি পরুদে। অপাম-পাম্মদগী হিসাব থোংলিবা, থোংপম থোক্তুনা, সমাজদা—ময়ামগী চৎনবীদা মসি ওইথোক্তে। মসি-দনি জহেরানা অপাম-নুংশিগী মুখম ওইরিবা নীংথিজরবা মাশী কায়াৎ-শিংনা পুক্নিং হুনা শাগৎনবা ঈ-তোংনা শারবা হকচাং অসি মশানা য়ানা থাদোকচরিবা। সমাজ অচৌবা পলনি অহুগা পুন্সিগী কায়াথোক-কনমনি। মতমগী সমাজ থাদোকপা ঙমদে। য়াদ্রবদি নত্তে। কায়রবা ঈশিং মরু ওইরবা থাও অনী অসি পুন্সা, তিন্নমা য়াত্রোই—

চঙনবদি য়াকয়া তাক্তুনি। পক্লনবা অমী পুনশিন্নবদি অমীনবী মহৌশাগী ওইবা থওন য়াওনবই। অমীনক নয়ানবী ওইনা চন্নকৎ লৈরক্তে। কপাজল মথোক্ত থোইদোক হেন্দোক্না লৈথিল্লা সমাজ অমদি চৎনবীবু য়ানখারবা অমা মত্রমল্ল অপা তোক্তানা থৈদোকপা অমা নত্ত-নত্রাগনা অত্তোবা কীয়াল হাইগদবুনা জাদী তোকনা অমা। মাসি অত্রবদি উপাই লৈতে। তোকশিন্নরিবা হি য়ানখায়বা ওন্নবদি কৈ মন্ত্রগদি খাদোক্লম্বগা ঈপাক্তা চোংথত্নবা ইরেনগা পূনখিবা অমাই। অহেন্নোগা কুকবিহারগী ইরেনদা পূন্নমিন্নখি॥

হীরম অসিদা য়াংনা হৌগৎলকপা অত্তাংহনবী কমন্না শীংখাবা থামা কজে। পাক-শন্না মপান-মন্ন তাহ্নবা লৈব্রবা সমাজগী চৎনবী অমদি লমস্যা ওইনা লৈয়বা ময়ামগী নীচৎ-লোমচৎ ময়ামগী মচুংদগী পামজনা থন্নুবা হীরম কজে। কদাইদগী কমদোনা কংলুবা অমদি লৌক্লবা হায়বত্নদি কথি অমদি মহৌশাদা শিন্নরে। (ওইবা য়াবা থয়দি পুশি উংপা অমদি লৈমনবা মতাংদা শম্না পনক্রে।) হুংশিনবী মওং অসি উৎনবা লাক্নবা পাম ওইনা থোক্নদবা সমাজগী নীচৎ (পামদবা) অমা ওইনা ধর্ম অমসুং জাৎ শেম্নবী হীরম অমা থক্নুমনি। হুংঙাইত্তবা সমাজগী চৎনবী অমিনী মাক্নোক্তা পাক-চাউরবা য়াকৎ অমসু অত্তাংহনবা সমাজদা লানথাৎলি। লোকলা কোংকাক্তনা চৎনবীগী থুদোংচাবা লৌরগা মশাগী অপান্না লিংহৌরক্তনা মশাবু থুহ্নম চনখবা মীওইশিংবুসু অইবনা চৈরি অমদি চৈহলি। কবি-লাইখায়বী মীংরেংদা হুলীগী হুপী কতিমান অমসুং খিরো লাংলা থুপ্রবা লোথা লিয়াবু চৈরাক পীহ্নবা অইবনা য়ায়েল্লি। মতা চারা মীৎরেংনি। চৎনবী শেমদোক্লবা য়াকম অমসু য়ারক্তা চংলি। মক্লওইবসি নত্তে থোইরশিন মচা অমা উৎলবনি।

হীরম অমদি পন্থুং অসি লাথোক্লবা লাক্নবদা অত্তাংহনবা শেম্মিবা য়ারী পরাংগী থৌদোকশিং নীংথিজনা শেমগৎলি। হিন্দুগী পাথং

অমগা পাঙনগী মুকশন লৈশাবী অমগা খনবা মতা চায়। মুকশন অসি মহৌশানা শক কজগল্লি। অনীমক পুং-পাং সুদবা ওইহনবনা অমদি মমা মমাগী অরোই অরোইবা আশা ওইহন্দুনা তুংগী পুন্সিদা মশা-মশাবু পুন্সি অমদি সমাজদা চেংনা কাক্তিন্দুনা খম্বা ওম্বগী নাক-য়েং অমা শেম্বনি। অনীমক লাইরিক লাইসু হৈবা ওইহন্দুনা লৌশিং অমদি মরেবা চৎপা অমদি চংহনবা মচিং-নশোনগী অপঙ-খৌনাদা তাউহনা চৎপা ওমহন্দবা ওইহল্লি।

অহানবা হেক উম্নবদা অনীমক্তা অপাম-সুংশি ইহান হাল্লা পোক-হনবা অচুম্বা খোঙখাংনি। অহান অহানবা পোৎলম হায়বসিমক্তবু পুন্সিদা কল চাউনা তাগল্লি। কৈসু লৈতে খন্নবা মচাক কাওবদা মী-মীহুদদি য়াম্নামক মরু ওইগল্লি। সুংশিবা হায়বসিদি রসরোমদা হায়রবস্ব আদিরমনি হায়নরিবান।[২] চহী মতাংসু মণিপুরদদি মতমহুগী চপ চাবীান, চহী ১৪ সুরকপা। অহানবা হেক উম্নবা মতুদা—

"কুঞোনা কনা অমবু ঙাইরুবা লৈতনা 'য়া অমতা হংজগে, হায়। জহেরানা 'কবি ওইরবনো' হায়না খুম্বগা হংবগা করিমতা কায়দে। ময়ক খজিক্তা অসিদা জহেরানা কুঞোবু কনানো হায়না চাময়ক হন্না হংখরে।"[৩] অনী অসি মশা মশা খঙদে। অনীগী তখক-তখকপা ইপা পাখৎনবা মওং অহু খঙগনবী মমানা—'কুঞোগা জহেরাগা অনি অসি খংনবরা' হায়না; খলহৌই। (লাঃ ১৪) মথংগী থৌদোক কজবা অমগা লাম্বোকই কাতমান (বাবুনী) অমদি তোমমিয়া (তোম্বা মিয়া) অনাগী চিংননীংঙাই ওইবা মরী অমদি জহেরাগী লম্বেলদা অপনবা শীরকপা য়াবগী মমি। চাউ-শাংলবা য়ারীগী য়াহৌদোক মওং অম্বায়-কাওবনি। তেন্না তেম্না মীওই, থৌদোক অমদি তুংগী ওইরকপা য়াবা

২। শৃঙ্গারমেব রসনাত্রসমামনাম :
—ভোজরাজ (শৃঙ্গারপ্রকাশ)

৩। জহেরা ; লাঃ ৯

য়ারী মথা নত্রগা মপূম ওইনা মচেক্তা উৎপা ভপ্পা য়াহৌনি। 'মথা করি ?' হায়না খঙনীংহনবা পোকহনবা তেস্তকপা অতুগা মপুঙ কাবা মায়পাকপা অহৌবনি। শাংলবা থোঙচৎ অসি অহানবা থোঙথাংনা হৌই হায়বা য়ালে।

জহেরাদা মুরুবা মথল অনী লৈরি। মপানগী সমাজগী অমা মসিদা কভিমান, তোমমিয়া, মাইকৈ অনীগী অহল-লমনশিং মরুপ মপাং অমদি ধর্ম অসিনা মরু ওইবা ; অতোপ্পা অমনা জহেরা মশাগী থমোয় অমদি লৌশিংগী ওইবা মুরুবা। অকোনবগী অসিমদি জহেরা মশাগীনি ; মসিদা মা মশাগী লীচৎ, য়াথল, মহৈ মশিংনা পীরকপা মরৈ অমদি মশাগী থেংনরুবা খুদম প্রমাণ (এক্সপরিয়েন্স) অসিনা মরুনি। মথংগী থৌদোক পরীংগী মচাক ওইনা জহেরানা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা জাৎ তাবা ইম্বোরুবা সুপা সুপীশিংগী য়াম্না খুদোং চাত্রবা কীবম খরা থমোয় শোক্না উরুই অমদি উরি। "অপুম্বা সুপী সুপা কয়াগী পুন্সিগী শরুক কয়া অসি উরুবদগী ইবেমচানা জহেরাগী অমম্বুং অতোপ্পা কুপ্পোগী মপুন্সিগী য়াথল তৌবদা অয়াবা অমা ওইরে।"[৪] অসিদম্বু নত্রি 'জাৎ তাবা হায়বা মিংথোল অসিগী মথক্তা কৎতবগী মথক্তা কত্তবদা ওইখিত্নুনা মাবু কৌনরুবা কাওবদা অমোৎপা কত্তবা চোঙ-ঙকদবোই নিংনত্নুনা থাপ্পা থাপ্পা হন্দোকনৈ। কৌনরুবা মী অতু কাওবা মরিং মরাংই।"[৫] অইবনা য়াম্না পীক্লা য়াম্না শয়া শীংথাবা থৌদোক্লি। অতুবু পীকপগী মতিক মগুণ লৈ শক্তি লৈ। মসিনা তুংগী জহেরানা সুংশিজপ্রবা কুপ্পোবু মাগী ওইনা লৌশিনবা য়াদনবগী অমদি শিথাঙ থাঙবগী মচাক অমা ওইনা লাক্লিবনি। মতমসিগী সমাজদা য়াম্না শক্তি লৈপ্রবা চৎনবীনি। জহেরাগুম্বা কুপ্পোগুম্বা থমোয় থোৎপ্রবা মেঙজপ্রবা লৈশাবী পাখংনা থুগায়রুবা ভম্বা নত্তে। য়াকম অসি য়াহৌদোকী

৪। জহেরা ; লাঃ ২৫
৫। জহেরা ; লাঃ ২৪

লোইশিল্লকপদা নীংথিনা রারীগা মরী চপ চানা লৈজনা পুশিল্লকই। কুজোপী মাইকৈরোমদনা মমা অশোনবী অসি য়াম্না পীকপোই নীংবনি, অইবনা মমিং কাওবা নীংথি হুংভাইনা থোনবীরমত্রবনি, অহুবু মা অমা মপুন্সি চুপ্পা শোন্দুনতা লৈহনবসি উপন্যাসকী শহ্‌ংগীদি মতোমনি। মকম য়াম্না চাউই। খজিত্তমা আ-য়োহনবগী হৈ-শিংবা মওং অমা অভাংহলনা লৈবা অলেংবনি। শাস্ত্র মচা-মচানশিংসি অইবনা য়াজনক চেকশিন্না চেংনা শায়শিন্দুনা পুবনি। চেংনা শায়শিন্নজনবনা চাউজন নীংথিবনু য়াওয়বনি—ইবেমচা, আমীর, মুজী অজিমচিংথা শম্না।

মতুংগী ওইনা মীওইগা থোদোকা মথং মথং অমুম পুখংলকপনা লাইরিক-লাইমু হৈরবা জামিনিগা কুজোগা অনীনা নোংজুগী অহীং অমদা অচীকপদা য়াম্না হোনা থমথিবা য়েংনথিবা মাগী মাগী মোত কোওদোকথিবা অহুগা অরোইবদা কুজোনা মাসী নীংথিনা লৈথায় ভাবা চপ যুংলবা য়াখল অমা কোওদোকপা মতাং অহুদা লাদ লাউ-থোকপনি, মুক্রবা ফজনা হৌয়বনি। কুজোনা লাউথোকই—"অওইবনি, ভাজামি ঐদি মাওলগা মাওলে ভারগা ভারে মাংবা শেংবগীদি কনিংমু থনবিদেদা, ঐনা ভাজামিদা থুপ্তুনা কান্নবা য়া নত্তে। মরূপ মপাং ওইনা কোবদা কোনরবমু ঐগীদি মপোক অসিমগী মহে য়ানজরবনি হায়না খল্লে।"[৩] সমাজগা ভশেংনা শীংনয়কপনি; শীংনবদা নত্তে লান্নাউনি; শেম-শাবা পুমলোই লোইরগা থৃংলায় থাগদবগী চিংলবনি। অকনবা য়াশক্তি। মহাভারতকী মতমদা ভীষ্মথোমনা শকুন্তা অরুনদি থ্যাসকী পৃথিবী নীকলমগনি। পৃথিবীমক্তি দোনমোম হাইদে অহুবু অভাংহলগী প্রকৃতিদি মথুম-মরাং হৌই—

"মতম অসিদদি হুংশিং অসি লৈনা লৈনা শিতুনা নোংনা য়ুমজাও মাজোনগী থোংজিন কাওবা ঈশিং হাইজিল্লে। অহুগা অরোনবা থোং

---

৩। অহেবো; লাঃ ৪২

কাওবা মীনা মমদৌনা পৌরোন কেনগদৌরবা মতমনি।[৭] তাক চাক প্রকৃতি বর্ণনশুনি। মতুংগী বীভৎস মপান্দা উৎপা প্রমাণনি।

মুক্কবা হৌরে—মখল অনীমক। লাল হৌরে হৌরমদাইগী চরাংবেকা সিপাইনবা হুংনাংনবা ইংথরে লালগী চরাংকরকা অকি-অনিকিবা মখোল য়াম্না ঈংনা তপ্না চথরে। নীংনবগী মুমকমদা কুর্জোগা জহেরাগা লোয়নি অহুগা মায়োক্লনা লেপ্লিবনা পুম্নমক। মিচুংথোংগী আখীরগা খৌবাকলী মাঙাগা অনী অসিনং মখোয় অনীগী মীচঙা লৈনগুম তোরস্থী। অহুম মখোয় মশা মশান্থু সম্রাজ্ঞী পল তাকপদা মরুওইবা মীওই তাকুনি। চেক্লা চেকশিল্লক্লবা মতাংদা মী ওইরগা লোয়নন-লোয়ননা হিন্দুদৌনা মুসলমান হেক্তা ওইরকখি। মতমনা ওইমক্তু য়াহল্লে।

ওইজ-ওইথক খরগীদমক ফত্তিমাননা জহেরাগী অমদি মমাগী মাঙনবা শিল্লকপা তান য়াম্না চাই। তুপীনা হাইজিল্লবনিনা মপুরোইবা মুসীস্থ য়াবা মতা চারি। মতৈ-মনাওগী থুজিন্দগী মবুকচেল চাউপ্রবা আমীর ফাওবা উপাই লৈহন্দবা, মা মশাতুম জহেরা (নত্রগা মমা) কোয়রে, লোরে হায়বগী অথীবা মিংচৎ চাহল্লকপা অসি ফাওবা নীংথিনা শেম শাগৎলি। মসিদগী হেন্দোকুনা অনীবু কায়ননবা শীনবগা লোয়ননা মী থৎনবা, মী মশেন থৎনরমদগী লৈকাই, লৈকাইদগী হেনজিল্লকুনা জাতি অনী নাকপাক নাকপাক তাহুনা ফুগায়নরকপা ; লৈবা ওন্মত্তকুনা জহেরা মমা মচা সদিয়াদা মচে-মতৈগী মনাক্তা চংহনবা পুম্নকায় কায়বা ময়াম অসিগী থৌদোক পরীং অসি কৈজে ; উচন চপ চপ চানবা অইবনা শীল্লি। থৌদোক অমা থোকহনবদা লাইগী নোংদম য়াওহল্লে চপ চপ চাবা ময়ম অমদি কল শীবা ওন্মী। ফজনা চেকশিল্লা মাপ তম তমহুনা চনশিনবনি। ওন্মী হায়হুনস্থু মী অমবু মশাগী ইথোন্দগী হেক তাম্বোকপা য়াত্রা, মতমতুগী সরকার পাত্রা আমীরহোয়না লৈথাক

৭। জহেরা ; লাংম্

ঙাক্লবরা হায়রবগী য়াক্ষম অপাবদগী শোয়দনা লাকনি হায়বা ক্সাওবা অঙাংহল খণ্ডই। কত্তবা কয়া মনুংদা লৈরবনু অচুম অয়ানগী মতাংদদি অচুম্বা কজনা তৌরিবা য়েহনা—ব্রিটিশনা লৈবাক ঙাক্লিবা মতমনি। খণ্ডহন্দুনা খণ্ডলবদা তুমিন্না নৈশিন্দুনা লৈথোকদবা সাশনগী মওং নত্তে। মুকদ্দমা তৌবা য়াইনা। হৈথোই শিংদোইদবী পাঙন লুবী নত্তে মমা তোম্বীবীবী অহুম্। হায়না মৌ ওইক্লবী মানা মীয়ৈবাক মচা পার্সিয়ান মুসলমান সিকাই অমদা মমুম পান্দুনা জহেরাগা মচেগা পোক্লিবনি। শীংনরক্লবদা কাচিন অমদা তুমিন্না ফমহুনা কপুনা লৈবা লুপী নত্তে ঙাশেমথাঙ অমা পায়রগা মুলী হাৎকে হায়হুনা কোয়তান তাক্লিবী মণিপুরী পাঙন চহুনি। গোপাননা 'মোকদ্দমাগী য়া হৌদোকপনি' মহুন্মু তোম্বী বিবিনা য়াক্রে। লুপা লৈবা মীগা খৎনবদা লাইরবা অমত্তনা মোকদ্দমা অহু ঙম্বা তাখিত্রি হায়না শীংকনবগুম কনথোক্লে। (লা: ২৩৮) শীকপ্রবা য়াক্ষম মচা অমা কাওবদা অঙাংহল চেকশিন্নৈ। থোদোক অমা চুম্না শীরম্মগা তোক্কে; মহুগী মরম অমদি কল থজিক্তা ওইরবনু শীরম্বা তোক্কে। মরম অমদি কল শীবদা মশানা য়ারী ওইনা হায়বগী মথক্তা নত্রগা মহুত্তা নাক য়েং শেমহুনা অমদি প্রমাণ তৌহুনা শীবা য়াম্না তোয়না য়াওই। লম্বেলদা কুক্তোনা জহেরাবু, য়ারী শারবা, মথোঙ অশোকপা অহু কাওবা হিদাক লাংথক তৌহুনা ফনা কুইনা লৈমিন্নরবা ফাওবদা মশক খণ্ডহন্দে। খণ্ডবা য়াই চুম্মী। চিংনজরবনু লুমিৎ অহুদা মথোঙ হিদাক তৌরিবা জহেরা অহুদি হিন্দুনি মুসলমান নত্রে অহুগা মনুং অমদি মপানগী চাউরবা য়াথোক ওইরিবী য়াম্না লুনা থোক্লরিবা অহুদি মুসমলান হায়রবহুনি। খণ্ডহন্দবগী মরম চারি। মসিগা লোয়ননা অয়োইবা উন্নবগী মতাংদা, হাংলমদাইদা. লুপামচা শাহুনা লাকপা অহুগা মাগা য়াম্না শাংনা য়ারীয়াতাই শাহুনা চৎমিন্নবা জহেরাবু কুক্তোনা মশক খণ্ডদে; খণ্ডহন্দে। খণ্ডহন্দবা য়াই। য়ারীদ য়ারী অতাক্লখিবগী য়া থোইনা লৈত্রি। অহীংনি, থাবল কবা তারবনু

নোং মংলি; নুংশিৎ কম্না কম্না শিংলি; অঙম্বা চীংলম্বেলনি। অঙাংহল্লগী নাক-য়েংকী খুৎশেম্নি—

"চংলিবা অনী অসিনা খা মশক উই। নোংনা লম্বী অহু পৌম্না মথাই মুক্তগী খনখরে। মাংলোমদা কয়া থাপ্পা খনখিবগে হায়বদা সোয়ারেন মখোং ফাওবনি! পুমফুন ফুনখরে। মমায়দা থাবম্না য়ৈ অহুনা লমদম অহু মম্বগী মথক্তা অমুক মুকখরে। পুক্লিংগা লমদম অহুগা মান্নখরে, করম্না, অমম্বা অসি চংগদরা, হায়না খল্লে।"[৮] অহুগীমু মথক্তা কুঞোদি ইপা পাখৎলিবনি; মিহুন-খাহুন মুনা ঈংনা ভাব তানা চংপা নত্তে; শিবা অমদি চঙবগী মরক্তা চংলক্লিবনি। হাংপা শিবা অনী অসি অমত্তা ওইনা খন্দুনা লাক্লিবনি। খঙদবা য়াই।

অমুম্না কুঞোবু চিরবা মতাংদা জোরহাটতা চংপা কনাম্মু লৈত্রবা মবাই শাখীনা নাবদগীনি। পাক হল্লকপা য়াদবা অহু হল্লক্রবা ফাওবদা ডিমাপুরদা ফাইহুনা লৈবা তাবনি; অমুকম্মু কুঞো মশামক সাদয়াদা জহেরাখোয় উন্নবা চত্তবা, চত্তবা তাবগী য়াফমদা থম্মী। চুম্নগী চিঠী মচা অমা মতম চা-না ফংদবা ফাওবা গাডী ড্রাইবরনা ঙাও-খোত্তুনা তৌরিডৈদা পীবিদবনি হায়বগী মবম পল্লি। মতম অমা চাদবদগী খেংনা কংলে হায়বগী অপাম্বা পোশিন্দা শিন্দ্রি। লোল্লে হায়বা শঙন খঙনা খুৎ ওয়না শো চিংহুনা অমুক য়েংবদোনা উপন্যাসকার চেক-শিল্লি। নীংখিজনা মরীক চুম্না শেমগৎপনি। নমখেত্তুনা মমায় চুম্বগী মওং খোইনা উদে।

মরক অসিদা শাজাওনা চাউনা ওনখিবা ওইনা খোকপা অমত্তুংদবু জহেরাবু—হিন্দু লৈশাবী অমদগী হেদোক্তুনা বৈষ্ণবী অশেংবা অমা ওইহনখিবা অসিনি। ঈরুজরগা চাবা থকপা, অরু-অহেন পামজবী মাগীনি জাৎকী ধর্মগী য়া ঙাক নত্তে মীগী হোৌনবনি। ফীশেং শেৎপা

৮। জহেরা; লাঃ ৩৪৮

চাবা কায়দে। পামজবগীনি। পামজবা লনাইগী পোৎনি। হিন্দু ঈরুজগন্দবা পীক থম্মা লৈগনি। পামজবনা ওম্থোক ওম্থোকপা থম্মা অতুম ভোবা য়াই। জহেরাগী মপাঙ্ শেংপ্রবা পাসিয়ান শাঙননি। মমা থা তরুক থায়নরবদি লৈশাবীগুম অমদা মুম পানবা য়াই হায়বগী থাজবদা মরীংজেন মথৌনা য়াত্তনা লৈজবী মৈতৈ পাঙননি; পাঙনগী চিঙ্গাক্লা চউম্মকখিবী, পাঙন থুল্লক্তা পাঙনগী হৌন লোনচৎ ময়ক্তা য়োকলক্লবী শে'প্রবী পাঙল চঙ্নি। ধর্ম অমসুং চৎনবী হায়বসি মপান্থোংগী, নীনি হুম্নিদা শেমগৎখিবা ফীজেৎ লৈতেংগুম্বা নত্তে; ঈদা ভোংদা চঙপ্রবা লীচৎ অমা ওইরবনি। থংলৌ লৌশিল্লগা থংথা থাদোকপা য়াবা পোৎ অমা নত্তে। চাউর-চাউরবা লাঙ্গাও কয়ানা হাৎপা মীংশিংদগী ভাদনা হাৎলিবা ধর্মগী য়াকম্নি। হৈনহনপ্রবা অতুগা হৈনববা য়াকম অমনি চিঙ্গাক হায়রিবসি। মসিদা জহেবানা শা-ঙা চাবোইদবগী মবম লৈতে। ফীবমনা য়াদদনা নত্রগা নমতুনা য়াশক-খোশক ভোত্তুনা থিংখিবনা য়াকম অমনি। মসিদা য়েরুম ফাওবা তুকৎচহনবা চুমদে। মসিমক্তু মওং অমদা, মী-মীগী হৈনবী অমসুং অপাম্বগী থাজবদা য়াবসি। অপাম্বনি চানীংবা চানীংদবা ইন্দ্রীগী অপাম্বনি। ষন চাবা মীশু শঙ্গোম উবদা ওবা অতুম য়াওনরি। ময়ারসি।

লুবিবা অমনা মুসলমান জহেরানা হিন্দুসু ওনবা নত্তনা মূর্ত্তী লাৎলিবা; ময়ুমদা চন্দোল হেক্তা থিনবা; ময়ুমদগী হেন্দোক্তুনা চন্দোল থিনবিরগা কৃষ্ণ জন্ম তুমীৎতা লমজাওদা হেক্তা পুথোরকপা অসিমসুং হেনমল্লে। অমুকসু তুলসী থারগা সেবা চৎপগী ফীবমদা লৈরকপা, থরাই তানা থুরুম্বা থিং কনমল্লি। অতুদগী অমুকসু মমা মুসলমান তুপী অতুদা—'ইরুদনা চাক ককা থোংবিতু, পাঙন ইরুদবীসিদি' হায়দনা চৈরকই। (লা: ৫১) মসিমক্তু হকমল্লি। মসিদগী অমুক মমাবু মাগুম্মা ভোহনবা অমুকসু সদিয়াদা মচেগা মতৈগসু হিন্দুগী ওইবা লীচৎ চৎহনবা অসিমু থরা হেনমল্লা থোকই। মতৈ অতুবুদি জহেরাবু পাম্বদগী

মা লোবা য়ানবা চক্রি ভোবা ওইনা য়াহল্লসি। অচুবু অতৈদি খরা খিৎ হেনজিন্না খোকই। শন্না হান্নরবদা জহেরাবু হিন্দুদা য়ান্না হেন্না লৈশিনহল্লি। পামজরুবগী ওইনা হৈনজে লায়বা উৎলগা জহেরা পাঙন ওইনা অচুম থম্বদা কায়দে। হেনশিনমল্লবমু হিন্দুরোমদা কোঙনা মীচঙ চঙবা ওইনা খোকই। অতা অতাবীগী মওংদা চথরকপদা য়ারীদ য়ারীনি হায়বগী মওং মাল্লকই। হেনজিন্না নমচুনা হিন্দু ওইহনবগী মওং অসি ফজবা য়াৎলি। শন্না মুসমলান অমনা পাবদা জহেরাদা মিঙুংশি য়াৎকনি। য়ারীগী মুসলমানশিং শাউহন্নবগী মরম ওইরম্বা য়াই। অচুম্বু ফতিমান মতৌ-মনাও লৈরে। ফতিমানগা তোম-মিয়াগবু দগি পীখিবা কবি-লৈথায়নি (পোইটিক জষ্টিইনি)। 'সদিয়াফুল' হাপচিল্লকপা অমদি অনীসিগা মরী লৈনবা খোদোকশিং য়ারীদা খোইনা হেন্না কান্নবা লৈতে। পাত্র য়াম্বগী অন্নাবদি লোইশিনবা ওমদবগী খুদোংথীবা অসিনি। অঙাংহলগী কলমদগী নাম্বোকতুনা চৎখিবা পাত্রশিংগী মচুংদা মায়া ছায়াম্নুনি।

খোদোক মচা অমা ওইজরবমু চণ্ডীদাস লীলা শান্নবগী অমদি লীলারোমদা কুঞ্জোগী পুক্লিং চিংশিন্নবা লাক্লবগী য়াকম পুশিল্লকপা য়ান্নমক ফজবা মওংনি। সাইকোলোজীগী ওইবা লম্বেল য়াৎপনি। লায়েং মথল অমনি। মসিনা কাওবা চঙবা ঙমজ্রবা কুঞ্জোগী লায়নানি হায়না উৎপদা অইবা মহৈ য়াল্লি।

অহোবদা খোদোক্কী ঈচেল য়াঙবগুম অরোইবদমু য়াঙই। খঙনীংবা অমদি কল ফংনীংবগী ঈখোলাংবা হেনজিননা পীবা ঙম্বা খোদোক্লি। চিরবা মতমদা পুন্নমক খাদোক্লগা কুঞ্জোনা খোবালদা লাকপা, পাঙন ময়ান্না য়ৈগদবগী হাৎকদবগী ভাইবা, শকথঙদবা পাখঙ মচা অমনা কন্দুনা লমূক্লাং অমদা পুখোরকুনা চৎখিল্লবা য়ান্না ফজবা পরীংনি। ভাইবংদ ভাইবং মানবা মতাংনি। চৎখিন্নবদা জহেরাগী

মখোল ফাওবা খঙহন্দবা ফজবা য়াফয়ি। অপাম-হুংশি অমদি নীংনবগী শাংলবা লম্বেলদা মবানীনা উন্নখ্রিবসি সুপ্নগী মঙারকতনি। অতুম্ব অকোনবগী য়ারী শাংনা শাবসিতনি, মথক্কী মরী অতুদদি অনৌসি য়ারী শান্নখিদে নত্রগা শারবম্ব য়াহৈ অনী মরী হায়নবা মঙাই। অতুনা কুঞ্জোনা জহেরাগী য়াঙাং-শাঙাং, হৈনবী য়াহৈ-য়াতা মশাঙ্গী ওইবা খোল্লৈ-খোন্দা খঙদবনি। মথুং শোক্ষরুবা ফাওবদা মশক খঙদে; কুঞ্জোনা জহেরাবু মখোঙদা খজিক্তুং নত্তনা অতৈদা অমুক্তা কুইনা মওং চুম্না শোকখিদরি। অহানবগী হিদাক ঙাম্বক্সচিংবা পীন-লৌনবদা অতুগা অকোনবগী খোবাল তান্না থিনবা চৎপগী মতাংদা য়াইখোদা রুমাল পীনবদা (লাঃ ৩৩৯) খজিক্তুংগা থেংনরমগনি। অসিনা লোইরে। অতুগীসু মথক্তা জহেরাদি হুপা শাগে হায়তুনা শারগা লাক্লবনি। অতুনা খঙদবা মতা চাই। ফজবা মওংনি। লাল্লক্তা অনীনা ইফীংফিংনা চেম্বোকমিন্নরক্লগা অচীকপা চীংলম্বেল অমদা ঈংনা তপ্না ভাব তা-না মরৈ য়েংনতুনা থমোয় থমোয়গী অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোক্লবা ফজবা খোদোক্নি। মুৎলমদাই থাংমৈনা ঙানবগুম য়া অমুক্তা নীংথি হুংঙাইনা ঙাংদবী জহেরা নুমীৎ অসিদদি যাম্না ঙাংই; মানা হেক খঙজবা ঙমজবা মথৈ পুখোক্তুনা ঙাংই। কুঞ্জোমক্না হায়খি—'জহেরা নংদি য়া ঙাংবা য়াম্না হৈগ্রেদা?' (লাঃ ৩৫৩) জহেরানি হায়বা খংখঙ খঙলকপা মতাংদা ঙাইহাক্কী ওইনা উৎলকপা কুঞ্জোগী ফীবম ময়েক্না তাবা মওংনি; তশেংনা ফজরবনি। জহেরা হান্নগী জহেরা ওইতুনা অমুক লৈরকপা অতুগা কুঞ্জোগী মখোঙ কোম্বুনা শিখাঙ থাঙবা ফজরি। কুঞ্জোনা পুমলোই লোইবদা ভাব তা-না য়াম্না ঈংনা য়াথল তৌনা জহেরাবু উন্নবগী অরোইবা হুংঙাইবা পীবা অমদি লোবগুম থাঙনা য়াম্না তপ্না ফরিদা শোয়খিগদগে হায়বা মতাগুম চেকশিন্না লোইরোই লোইরোই থিনর্জিল্লি। কদায় ফাওবা মতা চারি? চাউরবা য়াহংনি। জহেরা

শিরবা নত্রগা হাৎপরা ? (য়েং—মতাং অসিমক্কী 'জহেরাগী পোল্লোই : শিবগী বিচার')

## মীগী শক্তম শেম্বা (করেক্টরাইজেশন)

য়ারীদা মীগী শক্তম শেমহুনা লাম্বোকপা অসিমু য়াম্নমক মরু ওইবনি। অমরোমদা হায়রগা থৌদোক পরীং শেম্বদি মপাম্বোংগী মচাক মচলনা হেন্না মরু ওইবনিনা খরতুম শাকৈ হায়বা য়াই। অতুগা মীগী মশক মওং শেম্বদি মতুংগী লীচৎ অমমু শোয়দনা উত্তবা য়াদবনিনা খরা হেন্না কুপ্পি; কুপশিনবা মীয়েং অমা চঙই। অমুকমু হেন্না কুপ-শিল্লকপা মওং অমনা থৌদোক, য়াঙাং, য়ারী, নাক-য়েৎ কনাগী অচিক-অশা ফাওবা মীওইগা মরী লৈহল্লকপা তাবনি। য়ারী অশাংবদদি অমুকমু হেন্না চেকশিনবা তাই। মশক নাইদবা মী অমা মপানগী কায়াত্ত নত্তনা মতুংগী খঙবদা লুরবা মশক ফাওবা উৎলকদবনিনা চেকশিনবা তাবনি।

জহেরাগী মীওইশিংদি য়াম্না লুবা, য়াম্নমক য়েৎনবা মথলগী হায়বদি কমপ্লেক্স ওইবা পার্শনেলিটী পুবা মীওই য়াওদে। ফোটো নীংখিনা শিন্দোকপগুম মচু-মমেন চপ চানা তাহনবা তরু-তরু তশেং-তশেং অতা অতাবীদা ফজনা উৎপনি; অনৌবা লাইয়েক (মোর্ডন পেন্টিং) কী মতৌগুম মচু মফম ইখঙ খঙদবা মীনি শানি উনি হায়বগী তাংদাংবা পল্লেপকম অমা খঙদবা অখঙ-অহৈগুম্বগী শদোক্না তাকপা অমা ইচঙ চঙগুম তৌবা, শন্দোকপা অতুগী অমুক শন্দোকপা অম-নীগা চঙগুম তৌবা পিকাসো হোয়গুম্বগী লাইয়েক্কুম্বা নত্তে। চুময়েক্কি—ময়েক শেংবা তাইবংমক্কা মাম্নবা। ফ্রেম ওইরিবা মচল—উপন্যাসকমু পরুবা ওইবা থুয়েক্কি। মরক অসিদা খরগী মখৈ য়েৎনগে তৌরিবসি জহেরানি। মসিমু কিশি তাপ্রবগুম ইপূন পূনপ্রবা মীওই অমা নত্তে।

চাউথ্রবা শাংথ্রবা য়ারী মপুঙ অসিদা হৌবদগী লোইবা কাওবদা জহেরাবু ইরেং লেঙদনা নিকথোক পাথোকহনবা ভৌদনা লমথুং ভায়া পুবা অঙাংহলগী থুম্নেক মরীক চুমদ লাক্তবা নত্তে। হকচাংগী ফজবদা মশানা পোপ ভাজবগী মতানি; মপা পার্সিয়ানল্লি শাবান-হুংবান খোঙতোন মাম্লনা ফজবদা 'পার্সিয়ান ব্যুটী' হায়নবা লৈরিবনি। মমাস্তু মৈতৈ পাঙলনি; মণিপুরী পাঙনশিং হাক্তক অমদা নত্রগা অমদগী মুকশন ওইনা লৈরিবনি মুকশন ফজে হায়নারবনি, জহেরা মুকশননি। অসিনা সুম য়ারবদা লৈবাক অসিগী মৈতৈগী ফীজেৎ লৈতেং অমুক হাপচিন্দুনা পুথোরকপনি। অশেম্বা অঙাংহলনা ভাহন্নীংবা শক্তম চপচানা অত্থুম তাই। অরোইবা মতম কাওবদা ময়েক মাঙখিদে। ফুজোমক 'ঙাওবগী মথক্তা অমুক্তা' ঙাওখিবনি, অঙাংহলনা পীবা মরমনা—

"মমিৎ অনি অত্থু মপি ওরো ২ তারে, মশম মমায় উফুল ঙাক্তা তৈরে। কোট অত্থু থুৎনা পায়বা মপা অত্থুদা থবাক য়েৎ ওইদা মথুংগী ফুরিৎ অপাবা অত্থুগা লোইননা থবৎ থবৎ তৎলে। থবাক অত্থু হাইকেৎ ২ উরে হিক ২ কপ্তুনা লেপই।"[১]

শিরমদাই ঙাইহাক অত্থু কাওবদা নীংথিজরিবী জহেরানি। ফজহনবগী মতিক লীচৎসু ঈংহল্লি, ভপহল্লি চীং লেমহল্লি লাল্লক্তা শান্তি ওইনা অত্থুমক লৈহল্লি মমাগুম্না ফিংহন্দে ঙাশেমথাংগী কাম্নবা মা থক লোথিদে। য়া ঙাংগন্দবগী মতিক মবুক্লিংদা য়াখল য়ায়া খলহল্লি। য়োনবনি। খজিক্তুং হায়খিবা য়া অত্থু মাগীদি অরোইবী ওইগল্লি; য়া পঙনা হোংদে। হায়দোকখিবা ঙাংথোকখিবা য়া য়ায়া লুনা খল্লি; খোরীদগী হায়বা ঙাংবা নত্তে চনীংদগীনি। অহানবদা হায়খিবা য়াকম 'ঐদি য়ুম পাঙরোই' হায়বসি লৌন-লৈনবগী মতাং থোক্তুনা হংলকপা খুদিংগী অমত্তা ওইবা পাউথুম ওইনা পী; অরোইবা মতম কাওবা

১। জহেরা; লাঃ ৩৫৮

মসিদা লৈখি। হায়দোকখিবা য়াকম ঙাক্লম্নু চৎখি। হেক্তা হায়দোকখিবা নত্তে মুম্না খল্লগা হায়খিবনি; হোংদোক হোংজিনগী য়া লৈখিদে। হয়াও হয়াওনা, মশানা য়া-না হাৎহনখিবগী ময়মম্নু মসিনা অমনি। নীংবদা খোবী জহেয়া ওইনা অতুম্মক লোইবা ফাওবা লৈহনখি। লেঙ্কদবা মথলগী লীচৎকী মীওই শেম্বদা অঙাংহল হৈশিংই। নীংবা নীংনবনা হুংশিনবা অনীবু মতম পুম্নমক্তা নকশিন্নৈনা লৈহল্লি থুংনরবদি নীংনবা হম্বরকই অতুনা লাপথোক্লরকপগী মওং লৈ হায়বা অয়াংবা দর্শন অমা অরোইবা মতাং ফাওবা য়োংনা চু পায়বগুম পায়তুনা লৈখি। জহেয়া মশাম্নু মশানা থঙজবা মীওই অমা ওইহল্লি।

দর্শন অসি কুঞ্জোদদি চঙদে। অপাম-হুংশিগী মতাংদা হুপা অসিগী মোতনা 'থুংনগে হায়বগীদমক্তা নিংনরিবনে।' অমদি 'জহেয়াগী থয়াই নংম্নু মাঙবা য়াদে জহেয়া মশাম্ন ফংদবা য়াদে' হায়বম্সিনি। জহেয়াগী মশাম্নু পাম্মী। হৌবদগী হুংশিনা পাম্মী লোইবা ফাওবা পাম্না হুংশিখি। পাম্মিবা অনীমক ফংনবা হোৎনরিবা কুঞ্জোনি। মসিগীদমক পুম্নমক থওইরক্তবা তিনকি লাইকিদ্রবা হুপা অমা ওইনা লেঙদনা উৎপদা অইবা মাম্ন পাকই। কুঞ্জোবু অইবনা জহেয়াগুম্না ইন্ত্রোবর্ট ওইনা য়েক্কে অতুগা জামিনিদোনা এক্সট্রোবর্টকী মীওইম্নু ওইহন্দে; অনী পুনবা এম্বিবর্ট[10]ওইনা য়েকই। ফজবদা ঙাওজবা অমদি হুংশিবদা থয়াই য়াওজবা মী অমা ওইনা য়েকই। নীংবদা খোবা লেপখিবা অমদা চপ হেক্তা য়ুংবা হুপানি। মহৈ-মশিং (কুঞ্জো মেট্রিক পাসনি), মমাগী ফীবম অমদি জামিনিগী য়ারক-য়াতেম হৈবা অমদি চেৎপগী মওংনা ফাধখিবদগী থয়া ফবনি নত্রগদি কুঞ্জো অপুনবা অমনা অহুম পুখিরম্বা য়াবা মীওইনি। বুদ্ধি-লৌশিং লৈবা অশিংবা মীনি।

---

১০। জর্মনগী মনোবৈজ্ঞানিক সি. জি. জংনা মীওং (পার্সনেলিটী)গী মীৎয়েংদা মী মখল অহুম থাদোকই। মসিং 'সাইকোলজিকেল টাইপস';—হক্সো কেগন পোল।

নমথ নমথনা মানা ঙমহুনা লাল্লক্তা খঙনা খঙনা খোবাল চত্নুনা জহেরা লোইশিল্লুরিবনি। উগন খঙগনবা জামিনিনা চুম্না হায়বদা—'নোং সুংশিৎসু অসি য়েৌনা কল্লবা, নোংমাই মতুং অসিদা ইমা মতোমদা হুন্দোকলমই। খোং কনানা লোলহৌই। নং ভাও'না চৎলরনি।' (লা: ৩৯) হায়বা য়েৌনা পল্লবনি। অঙাংহলগী তুংগী রা খোক্লরগভা খঙই। কুঞ্জো তশেংবমক অঙাওবগুম চত্থিবনি।

জহেরাবুদি য়াম্না চেকশিন্না চেৎনা পায়শিন্দুনা পুবনি অহুনা লেঙদে। অহুগা কুঞ্জোগী মতাংদদি অইবনা কোমগোম থাদোকই অহুনা অরেংবা মথলগী লীচৎ ওইরকই। য়াম্না মরম ওক্না হায়বা ইনবা ভাব তাবা অঙাং অমা ওইনা হোৌরকপগী মওংদা থম্মী। মথক্কী অহন্না হায়রবদি লোইরে লাইগী রাকম্নি হায়না চৎচরম্বা কুঞ্জোনি। নাক-য়েৎনা, মহৈ-মশিংনা অমদি রাখল লোশিংনা সাধু বৈষ্ণব ত্তৌনা মোং হাদনা চৎচরম্বনা জহেরা হেক উন্নরুবা হুমীত্তগীদি মহুং অমদি মপানদা অওনবা মথং মথং লাকপা হৌথিবনি। লেঙদবা মথলগী মীওই শাগৎপা লুনা থোক্তে। জহেরা, ফতিমা, মুন্সী, ইবেমচা, আমীর মুথী পীকপগী পীক্রপ চাউবগীনা শন্দোকলপ অহুম পুশিল্লকই। খঙহনবস্থ রাদে লায়নম্ব খঙই। অরেঙবা মথলগী কুঞ্জো শাগত্নুনা পুথোকপদনি অঙাংহলনা মাথা শাথ্রিবসি অহুগা মাগী হৈ-শিংবম্ব উৎলিবা অমদি উরিবা। অরাইবা থবক নত্তে। থংওন ওলহনবা য়াবা নত্তে তপ্না তপ্না খঙবোই খঙহন্দবোই নৈরকপা তাবনি; অচৌবা অশাংবা রারী ওইবনিনা। (রারীচাগুম্বা, উপন্যাসিকাগুম্বা খণ্ডকাব্যগুম্বদদি অহুম মচৎনৈ, রাহৈ অমনীনা থোদোক মচা অমনা করিনা উৎপা অহুম য়াই।) লেঙই হায়বা খঙহন্দনা পৃথিবীগী খোঙচৎ অহুমগুম লেঙহনবা তাই। অঙাংহলনা কুঞ্জোবু ঈংনা তপ্না তাঙ্কক তাঙ্কক নাইনা পুথৎ-লকই ওলহল্লকই। কম্না পায়শিনবস্থ নত্তে কোমনা থাদোকপস্থ নত্তে

কৈ অমোমনা মচাগী মখোয়দা চীক্লগা লাংখোং চোংবদোনা পুবা ওইনা তৌই—কৈ। মসিননি খোদোক মচা-অচৌবা য়াম্না পুশিল্লকইবা অত্থুগা পাত্র মচা মচা, অচৌ অচৌবা ময়াম মখং মখং হাপলক্লিবা। মতেং পাংহন্নবা য়াদবনি। জামিনি, ইবেম্মা, মমা, মচে মুখী গোপাল, কলিকত্তাদা লাইব্রিক তম্মিবা মরুপ কেতুকী, থোবালদা 'মৈতৈ মমা', ডিমাপুরদা ড্রাইবরশিংগী য়ুনিয়ন, মবাই অনাবা. লৈকাইগী অঙাং অমা অসিনচিংবা ময়াম অসি মাবু ওল্লে হায়বা উৎপদা মতেং পাংহনবা ঙাক্তনি। কুঞ্জোবু ওলহল্লিবগী মরম অমদি লম্বেল ওইরিবদি জহেরানি। জহেরানা লম্বেলম্নুনি অত্থুগা লমথুংম্নু। সুংশিংনা মৈবু মৈজাওম্নু হোৎহল্লি অত্থুগা মুংম্নু মুংথৎলি। কুঞ্জোগী সুংশিংনি জহেরা। মীওই অনী অসি মমায় চুম চুমত্থনা অম্নুম পুরকপনা পুখৎলকপনা, অপনবা পীবিবা মরুপ-মপাং শাগৈ-নাতৈ কনাগী সমাজ লৈবাক পুম্নমক থাদোক্লগা ঙারিয়ানগী চীংলম্বীরোমদা পুরক্লে। লাক্লে পাখং অনী। 'পাখং অনী অসিনা লাকইবা অসি অঙকপনি। লমদম অসিনা করিনো হায়বা অসি খংদবা ঙাকনি, মপোকঙৈগী অমম্নু অমম্নু অমত্তা চৎনদ্রি। অসিগী মথক্তা অরুবদি থুংউকমগী মরমদা অমম্নু লৈরি।' (লাঃ ৩৪৯) তশেংবনি কদাইদা লোইশিনদোরি। লৈশা-পাখং অনী উন্নরে থুংনরে খোরক্লে য়াক্রবনি হায়না খনবা সমাজবু পুমথা থাদোক্তুনা। অনী থুংনরে নীংবগী মহৈ য়ালহল্লে। সুংগী ওইবা জহে-কুঞ্জো অমত্তা ওইরে। অত্থবু লুরিবদি অনীগী হকচাং অসি কদায়দা কদায় তাম্না পুদোরি ? চাউরবা য়াহংনি। মতাং অসিদনি অনী অসি অঙাংহলগী কলমদগী নাম্বোকথিগে তৌরকইবা। অনী থুজেং পালোইনত্থনা কাখৎপ্রে অমুক্তা চৎনজ্রিবা চীংলম্বী অমদা। হম্না য়েংউবদা মীরমচৎ ঙাক্তা চৎনবা হান্নগী সমাজ অত্থ উরকপা তাবনি। মত্থদা অমুক হনজিনখিজ্রা ? মচী অমদা পত্থুনা পুমত্থনা পুমশি শিনা হিংনরিবশিংদোনা হিংহন্নুগজ্রা ? য়ানা লৈত-লৈত শেম্নগত্থুনা মপুঙ ফানা য়োকখৎচরক্লবনি।

লৈখোক অমত্তদা শাংলবনি। মসিবু লুখাককোমদা করম্না লংথগনি। অকুনদি ? অতুনদি—য়াম্না লুনা লান্নবা লঘেমদি পিরাংলক্লা থোক লোইশিনখা। মথা লৈত্রে।

অরেংবা মথলগী লমচংকা লেঙদবা মথলশীগা লাপ্নয়ে লাপ্ননা নক্নয়ে নক্নবা সমাস্তর ওইনা অতুম পুহুনা চংপদা অঙাংহলগী খুংশেমগী ফজবা লৈ।

লমচং শেম্বগী মতাংদা অইবা য়াম্না চেকশিম্না লৈ। মী য়াম-খিবদগী মওং চানা মতা য়েংহুনা লোইশিল্লমদবদি থরদি মন্নাওরে—ইবেমচা, গোপালনচিংবা। মোংলম মোংলম্মগা তোকখিবস্নু য়াওই! অতুগা মরুওইনা পুশিল্লকপা থরসিদি মশা মশাগী ওইবা তোপ্তোপ তানা অতুম লৈজবা মওংদা থম্বী। জামিনি লোইবা ফাওবা তাজামি ওইনা অতুম লৈহল্লি—অহল ওইবা লৌশিং শিংবা অতাক্লনা। ফতিমান মতৈ-মনাও অমদি তোম্বা মিয়া অপাম লাংদা থুরবা মীথিঙ্গায় ওইনা অতুম লৈ। মাগী মাগী মপা মপা চাবা রাখল অতুম থলহল্লি, রাঙাংস্নু ঙাংহল্লি। রাঙাং-শাঙাং লীচং শাজংতা অমগা অমগা য়েংশিন্নবা মান্নবা য়াওদে। পাঙন সমাজগী মীওইনা উর্দূ চঙবা মৈতৈরোন শীজিন্নবা; লাইরিক হৈবা যামিনিগা কুপ্তোগা মরৈ য়েংনবদা লাইরিক লাইস্নুগী লৌশিং শীজিন্নবা, আমীরনা মকম খুদিংদা লৈবাকমচা তাবা রংঙাংদা মাগী হুংঙাইবা হুংঙাইতবা থিদনা মোত্ত ফোঙদোকপা অসি-নচিংবসি মচা থান্নবা থান্নবা অতুম থম্মী। অমগা অমগা, রাখল ফোঙদোক্লগা লোইরে হায়বগী মওংদা, চয়েংননা উংলকপগী মওং লৈত্তে। অইবা অসি মাগী পাত্রশিংদা চঙগল্লি। চঙদবস্নু য়াদবনি। অতুবু মাগী পাত্রশিংবু মীংত্তমহল্লি। মশা-মশাগী ওইবা, তোপ্পা অতুম লৈজবা শকুম অমমম লোইহল্লি। অসিনা জহেরা অম্নি তাইবং পুক্লিমক মাল্লি।

অকবা খণ্ডদে, কত্তবা খণ্ডদে পাত্র পুন্নমক অসি অইবগীদি মচা ভাক্লি; লোইনা হুংশিকম থোকই; লোইনমকপু লুনা তৌই। ফজরিবা মওং অমনা, মোত্ত পীগনপ্রবা অইবনা অমবু কৈ ফত্তে কান্নে কান্নদে অহুনি অদানি হায়দনা য়াহৈনা কোঙদোক্তে; খোঁদোক্লা মরমচৎ-মরমচৎনা লোইনা অহুম্মক ভাকচবগী মওংদা খম্মী। মান্নবা মীৎয়েং পুন্নমক্তা উই। অহুগা অতোল অভাংনিনা জহেরাবুনা থরা হেন্না লুনা ভোবগী মওং অমদি লৈ; মচীন্না হায়দোকপদি নত্তে। লৈশেম্বা অমগুম য়েংহুনা অহুম লৈ অহুগা মশা মশানা ভৌবা কর্ম অহুগী ফল মীচঙ মীচায় নাইদনা পী নত্রগা পীনবা লাক্লে। ফজবা মীৎয়েংনি।

## অঙাংহলদা সামাজিক চেতনা

পোকপদি ১৯ সুবা চহীচাগী মাকমৈদা পোকচরবস্ু জহেরানা কোল্লিবা মতমদি ২০ সুবা চহীচাগী অহানবা ভখায় অসিনি। মতম-সিগী মণিপুরগী সমাজ অঙাংহলগী সাহিত্যগী লানফমনি। মৈদিংঙু চুড়াচান্দনা পানবা চহী ৫০ অমগা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা পাল্লকপা চহী মরীরোম অমগা চাউরাক্লা চহী ৫৪ রোমগী হকথেংনহৌরবা সমাজনি।

সমাজ অমা হায়বসি চহী ৫০/১০০ দা হেক্তা শাগৎখিবা নত্রগা মাঙখিবা নত্তে। মৈত্রবাক অসিদা লৈরিবা সমাজ অসিনা ইং কুমজা ৩৩ দগী অমুকস্ু মহুগী মমাঙদগী হৌরকুনা ২০ সুবা চহীচা ফাওবা চথরক্লবনি। মতম মতাংগী খোঙলৈ মতুংইন্না সমাজগী লোনচৎকী কায়াৎ কয়া মাঙপ্রবনি কয়া অমা লাকপ্রবনি কয়া অমনা ওনপ্রবনি কয়া অমস্ু তেক্ত কায়দনা লৈরম্বা য়ারি। হুমীৎ ফাওবগী মৈশাদা অওনবা লৈরবদা মীকুপ খুদিংগী ওল্লিবা গ্রহ মচা অসিগী পীকপ্রবা লৈবাক অমগী চাউর-চাউরবা কায়াৎ কয়াদি করিগী ওল্লোই। অওনবগী

কল করিগী তাদনি। কল ময়াম অমা অঙাংহলগী যুগ অসিদা লৈরি—য়ামথ্রবা পোৎনি। কল ময়াম অছুনা শেম্মবা মৈত্রবাকী সমাজগী ফীবম অঙাংহলদা ফাওদবা হৌনদে। ফীবমশিং অসিগী মনুংদা অপাম্বা কয়ানি পামদবসু কোঙ্গাইনি। পাম্মী হায়রছুনা থুৎ অনী থারুবা য়াবা নত্তে পামদে লংখোকখিবা য়াবা নত্তে। ঈরোয়নন চৎমিন্নবা তাই। চৎসু চৎমিন্নরি। চৎমিন-চৎমিন্নন ফীবমশিং অসিদা অঙাংহলনা মী-ওইবা (মানবতা) হায়বা মীৎয়েং অচুদা মুক্কম ওইরগা য়েংবা পাম্রি। নত্রগদি সমাজ অমগী ফীবমদা অয়ানবা অচুম্বা হায়বা অমা লৈবা য়া নত্তে। মকম মকম মতম মতমগী চৎনবীনি। লোইনমক মাগী মাগী মকমদা অশেংবা ঙাক্তনি। চৎনবী অমদা অতোপ্পা চৎনবী অমনা তুকা থিরুবা য়াবা নত্তে। হেক থিরুবদা, থিরুবদি লায়রনদা থিগে হোৎনগে থল্লকপদা কেৎনবা শোয়ত্রে। থমদা তাল্লথিবা ঈথেঙনা মচু শংদবা ইতিহাসকী লামায় থিবা য়ারি। অছুম্মদি ওইরবদা লৌ-শিংগী মথক্তা থমোয় হায়বা ঈশ্বরগী ওন্থোকপা পোৎ অমা লৈরি। মসিগী মথক্তা শাগৎনরিবনি মীওইবা মতৌ হায়বসি। মসিগী মীৎ-য়েংদা অঙাংহলনা মাগী জহেরাদা সমাজবু য়েংলি।

অইবনা ইহান হান্না খেংনবসি হিন্দু অমদি মুসলমান অনীগী খেন্নবা য়াথল অসিনি। ধর্ম কত্তবা অমত্তা য়াওদে, পুম্নমক মীবু মী অমা ওইনবা য়াৎপা লম্বেল ঙাক্তনি। অইবগী মীৎয়েংদা ধর্ম অনীমক চপ মান্নরি। অনীগী চৎনবী মাগী মাগী মকমদা চপ-চপ চানা অছুম লৈরি। অশেংবা ঙাক্তনি। মণিপুরদা মমাঙৈদগী হৌনা হিন্দু অমদি মুসলমান অনিমক লৈমিন্নরক্লি। অমনা অমবু হন্থনা নত্রগা হঙৎনা য়েংবগী য়াফম লৈতবা তাই ; লৈবসু লৈত্তে। হিন্দু পাঙল অনী পুম্না অছুম লৈমিন্নরি ; লৈকাই লোম্নরি যুম লোম্নরি। অকায়বা কৈস্সু লৈত্তে। মাগী মাগী মশাগী লম্বেনদা ঈংনা তপ্না চৎনরি। হিন্দু

অমবু হেন্না ফবা হিন্দু অমা ওইহনবদা, মুসলমান অমবু হেন্না ফবা মুসলমান অমা ওইহনবদা[১১] অপনবা অখিংবা লৈরমদে। অশেংবা ধর্ম অনীদা করিস্নু মুক্নবা লৈতে। লৈমিন্নরগা তোঙান তোঙানবা ধর্ম চৎনবা য়াই, সমস্যা নত্তে। সমস্যাদি ধর্ম চৎলিবা কাঙবুগী মপানগী ওইবা থোক মোক অমদি অচাওরম অসিনি। মতমসিগী হিন্দুনা পাঙনবু ঈরুজদে শা চায় মাংই হায় হায়দনা শোক্ল-পক্লদে; পাঙননা অমুক মুর্তি লাৎলি হায়দনা হিন্দুবু হঙোইনা য়েংই। অমবু মাংই শেংই নত্রগা মুর্তি লাৎপা মীবু হঙোইগদবনি হায়বগী য়াকম বেদশিংদা কোরাণদা য়াওবা য়া নত্তে। ধর্ম চৎলিবা মীনা হেক্তা শাজিনবনি। মসিদগী কায়রকপনি। অকায়বা অসি লৈবনা খুদোং চাবা লৌহুনা থৎনহল্লিবা লোয়নননা জহেরা-কুঞ্জোবু ওৎলিবা অমদি কায়নহল্লিবা। চানবা চান্নদবা পুন্নমক্তা থরা থরা লোইনা য়াওনরিবা ঙাক্তনি। অহুবু অশেংবা ধর্ম চৎপা মী অমনা মীওইবগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি অকায়বা করিস্নু লৈবা নত্তে। থেন্নৈ হায়বগী য়াথল অসিনা লৈহুনা পুথিবদগীনি ফুনরিবা য়ুম মৈ থানরিবা তাম্নোক্লরিবা। সমস্যা অসি লৈকম থোকপা নত্তে হায়হুনা অত্তাই ওইনা কুঞ্জোনা অমদি ময়ামবু ভাব তাহন্দুনা আমীরনা কম্না লাক্লবনি। মপান্দা থেন্নবা উবতনি মহুংদদি মী-মী চপ মান্নৈ হায়বগী থাজবদা অঙাংহলম্নু কম্না লাক্লবনি। অহুবু সমস্যা অসিদি মী অমনীগীদ নত্তে, লৈকাইগী, মাইকৈগী দেশগী জাতি অপুম্বগী ওইনা লৈগ্রবা সমস্যানি। মণিপুরদতা নত্তে ভারত অপুম্বগী ওইনা, মতমহুদা, লৈরবা চাউগ্রবা মৈজাও ওইনা লৈগ্রবনি। মতম অহুদা, মমাঙদগী অমদি মতুংদম্নু রাজারামথোয়, মহাত্মা গান্ধীথোয়না

১১। "We must help a Hindu to become a better Hindu, a Mussalman to become a better Mussalman"—Mahatma Gandhi 'The Message of Mahatma Gandhi, ed. U. S. Mohan Rao, P. 38

ঙোক্লবা লাক্লরক্লিবনি। ময়াইচনবা যুগতম্ভ কবীর, তুকারাম, নানক-মচিংবা লাইপোক কয়ানা খেন্নবগী পল অসি য়ানখায়নবা লাক্ল-ক্লকলিবনি। মতমগী মওংদা খরা হন্থরুরবম্ভ অমুক হেক্তা হৌগৎলকপা সমস্যানি। অইবা মসি মরম থৌদোক অমদি ফল চপ চানা খঙবনি। উপন্যাসকী অবোইবদা সমাজ অনী অসি নকশিন্নথি হায়বগী ক্লাহৈ মঙা-ঙরানা সমাধান (সোলব) ঙৌরম্বগী ইঙ্গিৎতি তৌই। অদুবু জহেরানা য়ানীংনা মথল্লাই থাদুনা কুঞ্জোবু সমস্যা অসিনা পীবা 'জাৎ তাবা' হায়বা ফল অদুদগী কন্নবা হোৎনখ্রিবা। ঙমথিদে। কুঞ্জো, আমীর, থৌবালগী মামগুম্বা মীদি সমাজ অসিদা খুৎ থেক্তুনা পাবদা খুৎশা লোইনা থেকচিনবা য়াত্রি। জামিনি ইবেমচা, গোপাল, ফতি-মান মুন্সী সদিয়াগী মত্তৈগুম্বতনা খুবক হাঙদনা লৈবি। উপন্যাস মপুমদা উৎলবা সমস্যা অমনি।

মসিনা হিন্দু মুসলমান অনীগী চাউনা খেন্নবা লৈবা সমস্যানি। অসি নত্তবা পুন্না লৈমিন্নরিবা মৈতৈগা পাঙনগা অনীগী খেন্নবা মচা মচা কয়া অমম্ভ অইবনা পুথৎলক্লি। অনীদা লৈবা মশা-মশানা মশা-মশাগীদি চুম্মী অদুগা অতৈগীদি লাল্লি হায়না লৌনবা লীচৎ কয়া লৈরি। চৎনবীনিনা হায়বা অসি নত্তনা চুমগদবগী মরম ইলৈ লৈত্তবা খল্লা অনীমক্কী, উৎননবা অইবনা দরবাব অনীথক ফমহল্লি—কুঞ্জোগা জামিনিগা কম্বা অমা অদুগা অমনা আমীবগা মুন্সি, ফতিমান অমদি অতৈ পাঙল অহল খরগা। ময়েক্কীদি খন্না নৈনবগী সভা মচা অনীসি ক্লারী মপুমগবুদি মরী লৈনৈ অদুগা থৌদোক-ক্লাথোক পরীংগী হায়-রুরবদি য়াম্নমক মরু ওইবা নত্তে ক্লাওরমদবা অদুম য়াই শমজিল্লম্বা য়াই। অদুবু অইবনা মরম চাদবা চৎনবী খরা সমাজ অনীদা লৈ হায়বসি উৎননবা অতম্না হাপ্পবনি হায়না থাজৈ। হৈ-শিংবনা কোংনা খঙহন্দবগী ক্লানি।

অহানবগী কুঞ্জো যামিনিগী মীকমদা অইবনা মৈতৈদা চৎনরিবা অমাং-অশেংগী রা অসি খাঙৎলি। লাইরিক হৈরবা অনীনা য়েৎনবনি। কুঞ্জোনা মাংবা হায়বা পোৎ অসি করিনো হায়না হংই; জামিনা —"ফৎতবা খবক, ফত্তবা পোৎপু তৌবা জাতি, মী অহুবু মাংবা কৌই। —হুরানবা বামনবুদি মাংত্রগা মপোকতৈগী ফৎতবা অমসু তৌরকত্রিবা হরি অঙাং অমবুদি মাংগদরা?—মখোয়না করি খবক তৌবগে হায়বা অহুদি নংদি খংবরা?—খংই। —খংলবদি অহু মঙাই-দনা। —অঙাং অহুদি তৌদে মাংগত্রা? —মাংগনি। —করিগী? —তৌরকপগী দোষনা। —মাদি তৌদে। —মপা মমানা তৌই মাসু তৌরকনি জাতিগী ঈগী গুন্না। —ফৎতবা মীনা অক্কবা মচা পোক-ফত্রবরা? ফৎতবা অসিবু শেমদোক্লগা ফবা ময়াদরে হায়বা কনানা হায়বগে? —মীনি হায়হুনা মী মান্নবরা?"[১২] অসিনচিংবা। মরম চাদবগী হায়রুরধদি কুঞ্জোনা মরৈহু ঙমখিবা অশেংবনি। অহুবু চহী হনবা চৎনবীগী মহুৎ শিনবা পাত্র ওইরিবা জামিনিনা চৈহৎখি নম-হৎখি। কুঞ্জো মচানদি পেলহোই; হায়বা ঙমহোই—"তাজামি! থাইনগী মশিংনা অমান হৌজিক্কী মশিংনা অমনিদা থাইনগী হনুমান কল্লি হায়বহুনি তাজমিবু পংই হায়বা রা নত্তেদা।"[১৩] অঙমা কুঞ্জোনা মায়খিবা তাখি।

অমরোমদনা অমুক পুন্নমক অমত্তনি হায়না খনবা আমীরগা তৌগে হায়বা অমগা য়াওনা তৌরকপা মুলাখোয়গা কন্না য়েৎনহল্লি। পুকচেল চাউবা আমীরগী মোৎতদি মুসলমান ওইরগা শা চাদবা য়াই জীব হাত্তবা হায়বা গুণ অসিদি ধর্ম পুন্নমক্কী মীদা চেনবা য়াই; অক্কবদি পুন্নমক্লা তৌবা চুম্মী হায়বসিনি। চাউরবা রাখোক অমা ওইনা পুখৎলক্লিবা মুসলমান অমা ওইরগা হিন্দু অমদোনা জহেরানা

১২। জহেরা; লাঃ ৩৯-৪০
১৩। লাইরিকসি; লাঃ ৪১

মুত্তি লাৎলি হায়রগী মতাংদা আমীরনা খনবদি—"তুনিয়া শেম্বা মপুবু মূর্তি লৈ হায়গে হায়মু লৈতে হায়গে হায়মু, হিন্দুগী অমা পাঙনগী অমা লৈবা হৌনববা, হিন্দুনা মূর্তি লাৎপদি অউবনা অতাবদগী নিংবা য়াদে। তুনিয়াবু তরেৎ তবা চংতুনা শেম্বা হৌনবরা?"[১৪] কায়বা নত্তে ঈশ্বর হায়রসিদি অমত্তনি নীংনীংবা মওং অমদা নীংলগা য়াই ; লমচৎ ফজরগা জীববু ওত্রগা ফরগা ধর্ম লৈবা মী ওইরে হায়না য়াবনি। জীবা হাত্তুনা চাবগী ময়োক্তা লৈবা য়াখলনি। অয়াংবা দর্শননি। দর্শন অসি পাঙনদা চঙদে। চৎনবীদা তাউরিবা পাঙন সমাজনা নম-হৎখি। মণিপুরদা লৈমিন্নরিবা সমাজ অনীগী মশা মশাগী সমস্যানি। ফীবম অসি অইবা খঙখি মসিগীদমক্তা নুংনাংখি। মশামক হিন্দু বৈষ্ণব ওইজববস্থু অকায়বা চৎনবীদি অঙাংহল য়ানীংদে।

নুপীগী থাক অসি মণিপুরদা, মতমসিদা হন্থনা লৈবা উই। সমাজ অনীমক্কী য়ানি। জহেবাবু কভিমানগুম্বা খবা য়াংবা থাক্কী মীওইনা তোমমিয়াদা পীনবা লাক্লে ; সদিয়াদা মচেমক লৌবা মতৌনা লৌ-শিন্দুনা লৌনগদবগী কন্না লাক্রবম্মে মমৈদা 'নুপীবু থাজদবা যাবরা মানা য়াদে হায়তুনা তোক্কদরা' হায়বগী থাজবদা খৌবালদা 'জহেরাবু ইনাক খুনবা নিপা অমদা থাজনবা য়া ঙাংনবা হৌখ্রে। পিশ্রে।' (লা: ৩৩৪) জহেরাগী মমা তোম্বীবীবী মৌ ওইনা লৈরম্মগা পল্টনগী সিফাই অমনা লৌখিবনি ; নিংঙোল অনী পোক্লুনা লৈবনি। তোম্ব-মিয়ানা মপুরোইবা লৈবী কভিমানবু অতুম লৌশিল্লি। জহেরাগা লুনা তৌনজবী ইবেমচা মৌ হল্লকপীনি মপুরোইবগী ময়ুমদা লৈহন্নবীনি —মরমদি পল্লমত্রে। কুঞ্জোগী য়াইফনবত্তা খনবা জহেরাবু লৌহন্দনবা কন্না হোৎনবিবা তাজাম্বিনা লৌল্লিবা নুপী অসি মাপননি—"জামিনীদি চহি পনবু পন্নিংদরে মমাম্নবদি মগু পোকলবনি। নুপী অহানবগী

১৪। জহেবা; লা: ৪৭

অহু থাইনবদগী অকোনবা থিরুবদগু খুদোং ইচা চাদহুনা মুপী মাপন শুরে। ময়ুমতা অমতা লৈতে।"[১৫] য়ারীনা মথা চথরম্লবদি হেল্লক-রুম্বগু য়ারি। মসিদা নত্রি লম্বেল্লদা চৎপা কুঞ্জাবী নহা অমগা (ইবেম্মচা) মপুরোইবা লৈরিবী মো নহা (জহেরা' মতমহুদা মৈতৈ লৈশাবী শম কোয়না ককপা চৎনরম্মী অহুগা পাঙনগীদি চৎনদে) অমগবু পাখং খরনা হেক্তা ইম্রহুনা 'হিদাক ঙাহুক অমতং ককা থকচ লাকচরা য়াগজ্রা' হায়রহুনা কোয়নবা হেক্তা লাক্লে। জহেরা ফজ্জে মৈতৈ-মুপীমক মাল্লি হায়বা উৎনবা তৌবরিদি হায়রবু মুপীবু য়াম্বনা খনবগী চৎনবা অমদি ময়েক শেংলি। য়াম্না য়াগনবা সমাজুনি করিগু লৈতে খল্লোকপা য়াবা লীচৎত্তি নত্তে। অইবদা পায়া খোকপরা খোক্তবরা হায়বদি উৎলমদরে। অহুবু থাক অসিমক্তি তমজনকমগী থাক নত্তে। সমাজগী ওইবা মীৎয়েংদা জহেরানে তোম্বীবীবীনে ফতিমাননে কল্লি; অতৈদি পাঙ্গল শোনবী ওইনা লৈ। মুপীগী থাক অসি অপাননা লালহৌ অমগা লোয়ননা থাঙ্গৎনবা ফুককৎনবা হোৎনদে হায়বদনি অঙাংহলনা থাক অসিবুদি পামথিদে। অহুনা মপানদা শোয়া উবা জহেরাবু মুংগী শক্তমদা য়ায়া কলহল্লি, খাঙবা কনবত্তা নত্তুনা নীংবদা য়ায়মক কলহল্লি; মমীত্তা লাইরিক ময়েক উহল্লি, লৌশিং চাউবগী মথক্তা। জহেরা ক্লাস ফোর ফাওবা তমহৌই। খাইনগীনা খাইনগী ওইব্রে অহুগা যুগ অসিগী সমাজদা মুপীনা ফিশা-লোনশাগী মথক্তা নিয়ম নাইবা স্কুলগী লাইরিক লাইগু তম্বা অমদি হৈহনবা হায়বসি লালহৌ অমনি হায়বা য়াই। মুপীগী মমল খঙবা অইবনা মুপী লাইরিক হৈহনবা ত্তঙাই ফদবনি হায়বসি খনখিবা অশেংবনি। মতমহুদা ক্লাস ফোর হায়বসি ফনা য়ায়া তম্মবনি। (অইবা মথা ক্লাস ফাইবতনি) মপুরোইবা নত্তুনা মুপীগী মরা লৌবা সমাজদা চৎন-দবগুম তৌবসি অইবা য়ানীংদে।

১৫। জহেরা; লাঃ ৩২-৩৩

কুনম্বুবা শতাব্দী ওয়াংগী অন্বায়সিদি মণিপুর কনা কজনা চাওখৎলবনি। লৈবাক-নিংথৌনা লাক্নবগী মথক্তা ম্লেচ্ছগী কাঙবুম্বু য়াওশিল্লক্লবনি। সনা লোইশঙ কয়াগী মথক্তা অনৌবা ওফিস কয়া হাংহ্না চাওখৎ থৌরমদা মায় ওনশিল্লবা মতমনি। প্রকৃতিগী ফজবদা খুৎশেমগী নীংথিজবা কয়া হাপচিনবা হৌরবনি। দেশ অপুম্বগী ওইনা লম্বী-খোং ইঙ্গি শিংলগদবনি। লম্নাই-খন্নাইদি লাইরবনা শহরগী ময়োনগা হেক তাইনরিবা মিয়্থোংগী লম অসিগী ফীবম য়েংশি—
"অয়াংবা গাডীনা চেনবদা লম্বীগী উফুলনা পাইথোকখিহ্না মায়কৈ-পুম্বা মমহাল্লে। অয়াংবা গাডীগী কাংখোংনা—ভাম্বুনা ইশি'দা মশা ফুহ্না চেনবগুম্না চেনবদা লম্বী চৎপা মুপী নিপা অঙাংনচিংবা পুম্বা মমায়-মচিন খুমহ্না সোরোক্কী ভনস্তাদা লোইনা হাইখনরে। লম্বী পুম্বা মুং ফাওবা পাইথোকখরে।"[১৬] শেম্নবা শা-নবা শীন্দবা নত্তে; শেল-থুম মস্তিক চা-না অহুম কাইরিবনি। শেম্বনি হায়হ্নম্বু শেম্মিবনি। লৈবাক লৈহাওনবি খণ্ডদে লাইননি খণ্ডদে 'লম্বী মপানগী উ-ন্নাদি উফুল পাম্বী ওইনা উরে। পৃথিবীগী শককম অসি পোমফ্রী শেৎপী চরু মৈ তিকপী ল'ইববী হন্নুবী অমগী মূর্ত্তি ওইনা উরে।' (লা: ৭) কন্বিগীনো ? খজিক্ত'দদি ওইরগা মন্নুংদদি য়াম্না পাক শনবা লীচৎ অমা শাগোম্নবা পাউখুমনি—

"ইঞ্জিনীয়ার আফিশকী ওভরসিয়ার, ঠিকারদারশিংগী পুকৈ থম্নবা অমম্বুং ইংরাজি কম্পানিগী মপোৎ শিংনবা থবক্তা ওইরক্লে।"[১৭]

য়াম্বদগী য়াম্বা চাদিংদা হম্বগী হম্বা থবক মুবগী লীচৎ যুগ অসিদগী হৌনা উরবা অইবগী মীৎয়েংনি। পৈশাগী ওইনম্বা তৌবা থবক মওংগী মতানি। আমীরগী মুপী আমীরীনা মুস্নিদা সনা মোহর

১৬। অহেবা; লা: ৭
১৭। লাইরিকসি

অনী পী—মানা পাম্বা অচুম্বা নত্তবা থবক পাঙথোক্লবা। (লাঃ ১১৮) শেল পীজবনি। ভোম্বীবীবীনা ময়ুম ইথোল নমহুনা লৌখিবগী মুকদ্দমা ভৌ হায়বা য়াখিদে—লাইরবনা শেল থুম লৈত্তবগী। ইচুম হেক চুম্না ময়ুম ইথোল মাঙখি। শেঙ্গা থুমজাগী চৎনবী উৎপনি। অন্নাংবা থাক্তা লৈবা সমাজগী মীওইশিংদা ইকোং ফোংনা চৎনরিবা লায়নাগী মশক ওইরবা লীচৎ—শেঙ্গা-থুমজা মচা থায়না উৎপনি। লীচৎ অসি অইবা য়ানীংবা নত্তে য়ানীংদবনি। সমাজদা কারিবা মাইহীংগী মফম অমদি মশক তাকপনি। মসি কোক্লনবা উপাই অঙাংহলনা থিখিদে—থিক্লবা কাম্নদবনা।

সমাজগী হুংঙাইত্তবা লীচৎ থরা উৎলিবসি, থরা থরদংদা ওইরবস্থ, কয়া ফীবম থঙনা শীংথারবনি। অহুবু সমাজগী সমস্যা নৈনবনা মপুঙ ওইবা উপন্যাস নত্তবনিনা উৎলগতা তোকপা তাবনি। কোক্লবা উপাই নৈনহুনা পুথোকলম্বগী কাম্নবা লৈত্তে। অহুবু উপাইগী মরমদা থন্দবা অমদি থঙদবদি নত্তে। মণিপুরদা চৎনরিবা লৌনবা য়াবা য়াদবগী মওং অসি থঙবগা লোয়নননা মসি কোক্লবা উপাইমক চপ চানা পুথোক্তুনা উত্রবস্থ লৈ নত্রগা হোৎনবা য়াই হায়বা অইবা নীংখিনা থঙবা জাৎনি। মওংবু, কুঞ্জোনা জহেরাবু লৌগে হায়রবদি লৌনবা য়াদবগী পল অসি হান্না থুগাইনবা হোৎনফম থোকইবনি হায়বসিদা উপাই অমা অইবনা তাক্লি—

"মহুদি করমনা তৌগদগে হায়রবদা, কুঞ্জোনা ব্রহ্ম সভাদা দরখাস্থ অমা থাগদবনি। পাঙন হায়রবদি মাংবা হেল্লি, 'যবন' হায়গদবনি। অহুনা 'যবন' অসিবু শেংদোকপা য়ারোইদরা? হায়রগা অচৌবা রা অমা থোক্কনি। য়াদে হায়বা প্রমাণ অহু ব্রহ্মসভানা সমুদ্রগী ঈথককুম্না পিরক্কনি। মসিদা কুঞ্জো মাগী মপুম্সি অম' লোম্ন খুমনিংঙাই লৈরবনি। মসিদা চাদ থক্তনা হোৎনরগা জহেরাবু কায়নবগী মৈ অসি, চুনানা হোৎতুনা উশিংশা থাবা মাইবগী লাইয়েংদা

য়েংলবদি খিৎ পোথাবা য়াই।"[১৮] হোৎনবা য়াবগী মওং নৈ হায়রবনি। অদুবু হোৎনহুনা য়েংবগী য়ানি, য়ারোই হায়রবনি ; ব্রহ্মসভানা য়ারোই হায়রবসু খঙলি। হায়রনা ভৌরকপগী অদুদা, কুপ্পোনা য়াম্না আশা চাউনা অমত্তং ক-কা শেংদোক খোক্তোক য়ারোইববা হায়না তাম্নরুবদা আঙ্গান্নিনা তথি-তথি য়াযাঙ য়ানগ্রবনি—"হুংঙাইদা ইবুংঙো ! মহুদি অজ্ঞা ব্যবস্থাকারীদা হংউ, ইয়াথা খোইনা তম্বদা য়াওবা পায়া, কোইবদা য়োখা লম নৎত্তরে। নকোকতুম কায়রকনি।"[১৯] হোৎনবা কায়রোই চৎলবীনা য়াদে। অসিনি। অসিনা হোৎনহল্লবনি ; অহুগীসু মথক্তা জহেরাগীদি য়ারীদা সমাজ য়াওরকপনি সমাজদা য়ারী হাপ্প নত্তে।

য়ানীংদবা কোঙ্গাই অমা উৎলবসু অফবা চাম্নবা চৎনবী থরসু, কনা য়াম্না অণ্ডাংহলনা উরি। মতম অসিমক্তি মণিপুর অসি, মণিপুরদ নত্তে ভারত অপুম্বা মীথা পোনগ্রবা অহুগা মীথা পোনবগী অফা-অপুন অহু কোক্লবা হোৎনবদা মথল কয়াগী মীওইশিংগী লমজীং মথাদা মায়কৈ খুদিংগী লান চঙলকপা মতমনি। লাল মতম কনা কনথৎলকপা অরোইবা লাইথায় ভারমদাইগী খোইরেন মশা পাম্নবা মতমনি। গান্ধীগী লমজীং মথাদা অহিংসাগী লম্বেনদা লাম্বেংনহুনা নীংথা তম্বা লৌনবা কন্না হোৎনরি। অমরোম্‌দা অমুক সুভাষখোয়গী হুকুম মনুংদা, অশাবদি অশাবত্তনা লোকদবনি হায়বগী হিসাবতা নীংথা তম্বদি মুন্দুনা শেত্তুনা লৌগদবনি হায়না হোৎনরি। লম্বেল অনীমক্তী লমথুং চপ মান্নে অহুগা, লমথুং অসি ফংবদা অনীমক্তী শরুক য়াম্ননা য়াওরি। মরক অসিদা থেন্নবা কয়াগী যুক্ষমদা হিন্দু অমদি মুসলমানগী মুকথায়নবা চিংথায়নবা লানফম অমসু কন্না য়ান্নরি। ইমুং-মনুংদা কন্না ঈশৌ লাংনরি ; ভারত মহী লাওবা মতম্নি। ঈরাং অসিগী মমি জহেরাদা তারি। অভোপ্পগী লৈঙাক খৌরম মুথৎনবা

১৮। জহেরা ; লাঃ ২৭৫-৬
১৯। জহেরা ; লাঃ ৩২

লাক্লবগী মাংমদা হিন্দু মুসলমান ময়াম-নহুনা লৈরি। মতাংসিদা অঙাংহলগী লেঙত্রবা পাউজেল অমসি—

"হিন্দু মুসলমান ইচিন ইনাও থমোয় অমতা ওইনা অমনা চৈবা অমনা শাওদা, অমগী ওক্তবা অমনা মারক্তুনা, তিন্নহুনা ভারত মাতাগী মখোংদা থাংইবা সনাগী য়োংহিলং থাদোক্লসি। মতম কুইনা মীগী কৈথুমশংদা লৈরহুনা চৎপা থাংবা য়াত্রবা থোং অনিনি, অহল ওইরবী ইমাবু হিন্দু মুসলমান ইচিল ইনাওগী লেংবান্দা খুৎ য়েৎ ওইনা কোন্দুনা হৌগৎনবা তৌসি। নত্রবদি নিংতম্বা ওম্মরোই।"[২০] চিঙাকী থেন্নবা, লাইনীং-লাইশোনগী মপান্থোংগী ওইবা লীচৎকী মান্নদবা পুন্নমক অসি কাউথোক্লগা অনী অসি পুন্না লৈমিন্নবা চুম্মে হায়বা মাকম অসি মরৈবাকপু মজাতিবু অপুনবা সমাজবু শুংশিবগী ঈহুলনি। ঈহুল অসি কুঞ্জো, জামিনি, আমীর জহেরাদা ফজনা হাপ্লি। কুঞ্জোগী মমা অশোনবী অহুদা ফাওবা হাপ্লি; থলহল্লি মচীননা থোক্লা হায়-হল্লি—'চান্নরবদি শুংঙাইনিদা।' (লাঃ ৩৩) কুঞ্জো-জহেরা অনীগী মা ঙাক নত্তে দেশ অপুম্বগী ওইবা, লৈবাক শুংশিবগী মাকম্লি। মান্নী মপুম শাগৎপদসু চপ চানা মতেং পাংবা মাখলনি।

অসুম্না হিন্দুগী গৌরিয়া অমদি মুসলমানগী অচৌবা জীব হাৎপা অসিনচিংবা য়ানীংদবা উৎপগা ঈরোযননা মরক মরক্তা মতাং মতাংগী ওইনা চিরবা মতমদা তেংবাংনবা, কৈরোন লৈকাই ওইনা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবা মাবগী মওং কয়াসু উৎলি। অরাকপা মীবু তরাম তরাম তৌনবা, অন্নাবা মতাংদা তেংবাংনবা মহৈ-মশিং তম্বদা অথাকপা অমদি থেন্নবগী মাখল থম্নদবা অমদি মীওইবগী থাক্তা অমনা অমবু থাক থাক্কী ওইনা ইকাইখুম্নবা অসিনচিংবা থাপাম্বা লীচৎ কয়াসু অইবনা ফোঙদোক্লি। অকবা মীদি নত্রগা অকবা চৎনবীদি ফনা অহুম লৈ।

২০। জহেরা; লাঃ ১৫৬

কবু করোই হায়রবদি ধর্ম-কর্মনা কহনবা য়াবা নত্তে। কত্তবনা হেনগ্রবা কতিমান-তোমমিয়া ইস্লাম ধর্মনা কহনবা ঙমদে লৈবাক্তী চৈরাকনা য়ারকপা তাখি। ময়ুম মকৈ তুম্নবী ইবেমচা খোইনা মাঙখিবা লৈত্তে। অফ-ফত্ত অনীনা পুনবা সমাজনি। অসিগুম্বা সমাজ অসিবু অঙাংহলনা য়াম্না নকশিম্না য়েংনবা লাক্লরি। মীচঙ য়াম্না হেন্না চঙহুনা হম্বনা নত্রগা হঙ্গৎনা য়েংবগী য়া লৈত্তে। মপুম্বগী ওইনা য়েংবদা, মশাগী পোৎনিনা, মৈত্তৈরোমদা লৈশিল্লি। অসিমু কোংনা নত্তে মশামু খঙখিরমদবা য়াই। ঈ-তোংগী য়াকমনি হো-নবনি। কনমক হায়হুনমু অরোইবা খোঙচৎতা পুঙ-ঝানদা চৎলিবনিনা ফুম্বগী রাকম মশাদা য়াওজগ্রবমু চৎত্রিবা কাঙবুনদি য়াবা হৌনদে। অমগীনা ফুম্বা হেক মতাবনি। ফজরি হিন্দুদগীমু থাপ্তোরক্লবা মুসল-মানদগীমু থৈদোরক্লবা শাবী-শানৌ অসিবু মৈম্ম থারমদে ফুমমু ফুমলমদে ঙারিয়ানগী চীংলম্বেলদা য়াংনা থনম্মী। সমাজদা শিম্নরম্মী। করম্বগী কনানা করি তৌবা তারি? য়েংবা তারি।

## জহেরাগী নুংশিবা

লৈশেম্বা মপু মাগী মুকখঙ হেক খঙঙমগ্রবা অথুপ্পশিংগী মহুংদা মীওইবগী থমোয় অসিমু অমনি। বৈজ্ঞানিকশিংগী মীৎয়েংদা য়েংবদমু থম্বাল মওং হাইরপ মাঙ্গগা থুত্তুমুক্তা চাউবা পোৎ অসিনা তৌরিবা থবক অসিমু অঙকপা অমনি।[২১] মসিনা তৌরিবা অমদি তৌহল্লিবা তাইবংগী থবক অসি ওম্মোকপনি খঙবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মসিনা

২১। The adult human heart is about the size of a clenched fist. Yet it generates enough energy in 24 hours to lift 68,000 Kilograms, or the Weight of a locomotive, 30 centimetres off the ground. It pumps about 16,360 litres of blood in 24 hours.—Arkady Leokum, Tell me why, Hamlyn, 14 inpr 1984 P. 279

কল্লকপা নত্রগা শোল্লকপদা থল্লায়গী পাঙ্গল (Will Power) নকা চৎনবা পোৎ নত্তে; মাইবা মাইবী, মৈ-ঈশিং চঙবা নত্তে। থল্লায়-গুম্বনি লৈরিমখৈ লৈরে লোইবা হুমীৎতা অহুম লোইরে পেচম্যাকর লীশীংনকা চৎনবা নত্তে। ঈশ্বরগী অশেংবা মরলনি।

হুংশিবা, অসিগুম্রবা ঙক্রবা থমোয়গী ঙক্রবা ঈথিল অমনি; মঙোন্দা মৈ, ঈশিং হুংশিৎ, অহাংবা, লৈবাক-মচল মঙাগী ফল চঙবা ঙমদে। মরম য়ুম্ফম ফল থিরুবা, তুকা থিরুবা য়াবা তাইবংগী মহুংগী ওইবা লীচৎ অমনি। অসিগুম্রবা হুংশিবা অসিদা খোঙদামিন্নখ্রবা জহেরা অমদি কৃষ্ণবিহারীনি।

অনীগী হুংশিবা শেংলবা অপাম-হুংশিনি; হুপা-হুপীগী হুংশিনবনি; মিহুংশি, মমাগী হুংশিবা, শ্রদ্ধা ভক্তি অমত্তা নত্তে। মখোয়সিগী মহুংদা অমরোমদা ফাওবা লৈশিন্দ, লৈশিনগে হায়না ফাওবা ত্তোদে। অপাম-হুংশি ওইনা হোৎকই, চথৈ অহুগা অপাম হুংশি ওইনা লোইখি। হুংশিবা লোইখিবদি নত্তে লৈরি, লোইখিবদি লৈশা-পাখং অনীগী হকচাংদনি।

অহানবা হেক উন্নবদা পোকখিবা অপাম-হুংশিনি। শক-শকা উন্নবদগী অনীমক্তা পোকহনবনি। (পোকহনবগী উপায় কয়ামুক লৈ— অয়েকপা লাই-কোটোনচিংবা উবদগী, মগুণ-মগুণ তা-নবদগী, হকথেং-নবদগী তিন্নরকপদগী অসিনচিংবা) থমোয়গী ঈথিলগী মহোশা ওইনা, ত্তোই, অহানবা উন্নবদা পোকপা হুংশিবসি চেৎকল্লি, মৈ-ঈশিং চঙগন্দে। তাক্লরুবা হৌনরুবা নত্তে অমী অসি হেক উন্নবদা হুংশিনৈ—

"জহেরা অসি কদায়দা লৈরিবনো হায়বা অসি মত্তোমদা খঙদরে; বুদ্ধি তাদে কুঞোদি মতম থরগী মমাংদগী জহেরাবু উরক্লহুনা বুদ্ধি থিত্তং তাবা ওইনা থোক্লে। মংদা মনি থুনবগুম অনি অসি লৈনৈ।"[২২]

২২। জহেরা; লাঃ ৯

অহান্নবা মুংশিবগী মতাংদা লৈশা-পাখং অনীমক ভাব তানরে, বুদ্ধি মাঙবৈ : নাক য়েংকী লৌশিং লৈরক্তে, তনিক তনিক্নৈ লৈকক-চাক্কম ইখঙ খঙনদে। পুন্নমকসি মথন্নতা ওইক্নরকপনি, মী মশা মশানা খঙনা ওইহল্লগে হায়না খল্লুনা অমদি লেপতুনা ওইহনবা নন্তে। লেপ্লগা খল্লগা ওইহনবমু য়াবা কীবম নন্তে। ফোঙদোক্লবদি নন্তে অতুবু খঙবদি শোয়দনা অতুম খঙনৈ। মীৎয়েং নায়েংদা ম্রাঙাং শাঙাংদা অমদি অপুনবা মওং মতৌদগী মমা অতু ফাওবা ভাব তাই-'কুঞ্জোগা জহেরাগা অনী অসি খংনবরা ?' হায়না খুদক্তা অতুম খল্লি।

অনীগী মুংশিবদা অপাম্বা (কাম) য়াওরি। অতুগা অপাম্বা অতুনা লৈতুনা পুথিবদি নন্তে। জহেরাদদি কামগী ঈরাং খরা হৈম্বে অতুগা কুঞ্জোদদি অপাম্বা চপ চানা য়াওরি। চুম্না নীংবা অতুগা মমিংদম্তা ওইরবমু মুংশিজতুনা লৈবা চায়বগী মওংতু নত্রি, কুঞ্জোদি জহেরাবু, জহেরাগী মশাবু, ফংবা পাম্লি অতুনা তাম্নরি ফংননবা হোৎনরি। জহেরাগী শক্লা শাবাম্না মাবু ঙাওহল্লি। ফজবদা ঙাওতুনা লৈজবা নত্রি ফজবা পোৎ অতুবু হকথেংননা ফংবা পাম্লি। মরাল নন্তে জীবগী—মীওইবগী হৌনবনি। ফংনবা হোৎনবদা পুন্নমক থাদোকপতা নত্রি, লোইরমাইদা, শিবা অমদি হাৎপগী মরক্তা অনীমকা তেমশীংননা মথুন্তা থাঙ পায়তুনা লেপ্লবা, ঈহুল অমদি ঈথক পুন্নমক মকম মরাং খঙদবা চনম্নবা অমদি চমম্নবা মরক্তা তিনগ্রবা মতম অতু ফাওবদা জহেরা মাগী থোৎলবা হকচাং কাম্নাৎ উবদা ঙাওরি—

"তুরগা কুঞ্জোনা শৎ হন্দোক্তুনা সংত্রিক লেপ্তুনা য়েংই। মথুংতগী থাং অতু তাখরে। জহেরা তপ্না হৌগৎলকএ। মথুং অনী অতু অমনা অমবু পাম্নতুনা নোই। ঙকশম অতু চাওহাই হাইতুনা চাই-থোকপা মশম অদো মতুংলোমদা লোইশিনখরে। মমিং অনি অতু মপি ওরো ২ তারে, মশম মমায় উফুল ঙাক্তা ভৈরে। কোট অতু

খুৎনা পায়বা মপা অহুদা খবাক য়েৎ ওইদা মফুংগী ফুরিৎ অপাবা অহুগা লোইননা খবৎ খবৎ তৎলে। খবাক অহু চাইকেৎ ২ উরে হিক হিক কণ্ডুনা লেপই।

কুঞো ঙাওবগী মথক্তা অমুক্তা ঙাওখরে। মতম কনা কুইনা লেপ্তুনা লৈনরে।"[২৩] ফজবা দৃশ্যনি। খযোয় তীং-তী' চাউবা কীবমনি। জহেরাবু খংউ উবদা ঙাওরবা কুঞোনা 'ঙাওবগী মথক্তু অমুক্তা' ঙাওরিবসি জহেরাগী নীংথিজরবা কায়াৎ উবদগীনি। ফোং-দোকপা অমদি ফোঙদোকপদা লৈবাকমচা তাবা তাদবগী য়াকম লৈবদনি অপাম্বা হায়বসিদি অপাম-ফুংশিদদি শোয়দনা লৈবা তারবনি। চৎনবী অমদি মশাগী মোরেলিটীগী থাক্তা কাজিনথিবা অমদি নমথ-থিবনা, মী অশেংবদি, কামগী ঈরাং অসি মীওইবমতোয়োমদা ঈথৈ পীথিবা ওয়বনি। ওমথিদবা তারগনা ওক্তবরোমদা চিংথিবনি। কুঞো হৌবদগী হৌনা মরম ওকপা নহা অমা ওইরক্লি।

অমরোমদসু অমুক জহেরাদসু ঈশ্বরনা পীবিরকপা অপাম্বা হায়বা ঈথক অসি লৈ। অনীংবা অমগা লোয়ননা মখোক কারকপগী হৌনবা কীজেৎ লৈতেং তৌরি; ফুমৌৎ খুদিংগী মওং চুম্না চুম্না কেরি; হান্না ফজবগী মথক্তা মশানসু শেমজরি। ঈশিং শোকপমক্তা চৎলবসু, মখোক কারকপগী হৌনবা লৈ হেক্লি খেৎলি—

"কৈজাগী খুদৈ অহুদা মখুৎ তৈংথোক্লে চংথিহনা লৈপন মনাক্তা হৌরিবা চিগোংলৈ অহু হেক হেক্তুনা মনাদা থরা থেৎচিল্লে, শমজিদা থরা, মখুত্তা থরা পায়শিল্লে।"[২৪] লৈরাং সুনা পায়া তৌরিবা লৈশাবী অমদা অপাম্বা লৈতবা হৌনদে, অল্লাহগী মেহরবানীনি।

---

২৩। জহেরা; লাঃ ৩৫৮

২৪। লাইরিকলি; লাঃ ৮

সুংশিযনা হানখয়ে। মতুং ভাষ তারকপদগীনি অমীনা মৈশা লাংবা হৌরক্লিবা। লাইগী খুশিন হান্নবহুনি, জহেরানা হান্নগী মৈন-জরকপা ময়াম অহুগা কুঞ্জোরোমগী চৎনবী মমাম অচুগা চপ চান্নয়ে। সুংশিববু অমুকা হেন্না চেৎশিলহনবদা মসিন্নু চাউরবা মত্তেং অমা ওইবনি। য়ুমলৈকৈলে, পুল্লিগী থাক, মশক মত্তৌ, লম, মরুপ মপাং পুন্নমক থাক অমত্তগীনি; অনীমক্তা থাজবু লাম্মুবা ওইনা খোক্তে। মিসুংশিগী তোম্বা, ভক্তিগী লাই ওনখিবা, শ্রদ্ধাগী গুণ য়াম্না হেনখিবা, পুন্নমক অহু অপাম-সুংশিদদি নাকোয়ননা অপনবা ওইরিবনি। মহুন্নু খোক্তে। অনীগী সুংশিনবা খোং অমত্তগীনি হেন্না চেৎশিন্নাংঙাইনি। তশেংনা চেৎলবা সুংশিবনি। লৌশিংদা মহৈ-মশিংদা মতমহুগী ওইনা চান্নরবনি। হেন্দবা ব্রাত্তবা হায়বা অহু খোক্লবনি। কীবম অসোমদগী য়েংলকপদা মান্নবা থাক্কী অহন্নমনশিংনা খুদক্তা হেক্তা লুহোংববা য়ারবনি। মীনম্নু লাইনম্নু খুদানম্নু, কনাগী স্বর্গ জন্নতনম্নু পুন্নমক্লা য়ারগদবা পুঙবানি।

অহুবু অইবগী কলমগী খুশেম, লাই মাগী থৌরাং অঙকপনি মীনা তম্বা ঙম্বা নত্তে। থুংনবগী ফজরবা লম্বেনদা অপনবা অমখক্তুং লৈরকই—অমখক্তুমক য়াম্বা নত্তে—জাৎ তিন্নদবা। লুরিবনা অমুক জাৎ মান্নদবা মশেন সুংশিনবসি শিনি খঙনা পানবগুম চেৎশিনগন্নি। ময়াম অসিননি জহে-কুঞ্জোগী অপাম-সুংশিনা লাইমতোন চীংগুম ফেৎ হাইন্রিম্না।

উপন্যাসকী যুগ অশিদা পল অসি ইনেম নেম্বা জহেয়ানা ঈশিং শোকপা চৎপদা হেক হেক ফানবা নত্রগা কাবা কোম্বোং (লাঃ ১২) অহুগুম্বা নত্তে, ভারিয়াম চীংজাওগুম্বা জাৎনি। মতাং অম্বান্নদা অঙাং-হলনা কোম্বোংগী মওং খজিক্তুং পম্মুনা শীংখারম্বা য়ান্নমক ফজবা পোমিংনি। পাকশম্না বর্ণন তৌগনবগী তৌগন্নবা খরগা শম্দোক্লা

অমদি লুখনা তৌয়রবদি মনাদা তম্ফা হংলমগদবনি। করে। হায়রিবা অপনবা অখিংবা অসিদনমি অনীবু খিংলিবা খিংবতা নত্তে পুমথং খংলিবা।

অনীমক ভাব তাবা লৌশিং শিংবা মহৈসু হৈনবা ঙাক্লি। পন অসি লায়না খঙোকখিদে। সমাজদা লৈবনি দলান শা-না শানা যুক্তমগী খল্লবা ঙমখিদে। খনবসু তাবনি। পন অসিমক্তনি অনীগী অপাম-সুংশিগী লমদাংদা য়াম্না চাউনা মকম কাল্লবা কায়নবা হায়বসিগী চৈথেংগী মহাও পীরিবা। শাংলবা সুংশিবগী লম্বেনদা উন্নখিবদি সুপ্রগী মঙারকখত্তনি। অত্তুম লোয়্না থুপ্নবু ওইরবসু নে-না তা-না পুক্লিংদা অনীংবা সুংশি ঈথক কয়া ঈংনা তপ্না কোংদোকপা য়ানা উন্নবা নত্তে। উন্নবগী সুংঙাইবদি ইয়াও য়াওত্রবনি। কায়নবনা মপুঙ ওইনা লৈরবনি। কায়নবগী মতাংদদি অনীমক থেংনবা য়াবা থোঙথাঙ পুম্নমক অমত্তা চিথদনা থেংনরবনি। কায়নবগী অরোইবা ফীবম ওইনা খন্নরবা শিবগা পাংথক্লবা বুদ্ধি তাদবা অতোপ্পা সংসার অমদা তাউখিহ্না অশি-অচঙগী য়াথল কাউহ্না অউবা থেংনবা অমদা য়ারী শাবা, অহুগা য়াম্বগুম হায়বদি হিংত্রবগুম লৈবা অহুগীদি হৌজ থেঙ্খাও কয়া থেংনরবনি। অইবগী কল্পনাদা শকুন্তলা অমদি যক্ষদগী খজিক্ত কাওবা তাত্রবনি।[২৫] কায়ন-মৈশানা লৈশা-পাখং অনীবু খজিক লাপথোক্লহনবদি লায়রদনা হেন্নহুম নকশিন্নহল্লি। অনীগী সুংশিবা চেৎশিল্লকই লোয়ননা নীংনবা অসুম অসুম হেনগৎলকই।

পন অসিনা সুংশিববু হন্না হন্না মন্নাক হাপকংলকপগী মতিক লৈশা-পাখং অনীদা থেম্নবসু পুরকই। অহৈয়া অমদি কুপ্লোদা সুংশি লম্বীদা চংখিন চংখিন্নবা য়াখল্লোন থেন্নহল্লকই। অনীগী দর্শন তোঙান তোঙাল্লকই। অহানবদদি খরদমক অহৌকগী ওইনা, থেম্নরম্বনা, মমৈথংদদি

২৫। খেং—অহৈয়া; লাঃ ২৭২—২৭৭

অমনা নোংপোক অমনা নোংচুপ ওনবগী মওংদা খেন্নরকই। (তুম্বদা মণিপুরদদি হিন্দুনা মমাঙ অহুগা পাঙননা মনীং ওনবগী চৎনবী লৈ।) হুংশিবা নীংনবগী মতাংদা অনীমক যান্নরি। পুন্নমকপু হুংশিবগীদমক্তা থাদোকপা নাচুংদবা অনীমক যানৈ। শিমিন্নসি হান্নবা কাওবা অনী যান্নরি খেন্নবা লৈতে।

য়াম্না চাউনা খেন্নরল্লিবসি লৌনা লৈনবগী মতাংদনি। কুঞ্জোনা হান্নরিবনা হুংশিনরে, নীংনরে পুন্নমক যায়োক্লরসি লৌন লৈনহুনা লৈমিন্নরসি অসিনি। মতাং অসিদা জহেরানা হান্নরিবনা হান্না হুংশিবগী হুংশিবা নীংনবগী নীংনবা নীংনহুনা ভোঙান ভোঙান লৈসি পুন্না লৈমিন্নগুমসি অসিনি। ভারিয়ানগী লম্বেলদা রাকম অসি মুন্না থন্ন-লৈনৰি। মখোয় অনীমক্তা মাগী মাগী চপ চপ চাবা মরৈ পুখোক্লবনি। হেন্নদে রাংনদে। মগুণ চপ মান্নবনি। মবীংজেনসু চপ মান্নবনি। মমৈদা মমৈদা হুপানা লৌহুনা লৈমিন্ননি অসিনি অহুগা হুপীনা লৈমিন্নবাদ সুকঙম ভম্মোই অসিনি। ভৌবদি জহেরানা লৈমিন্নসি হান্নবা সুকয়া য়াদবগী মরমসু কুঞ্জোগী থনবদগী মাবু চান্নবা হুংশিবদগীনি। মরমদি জহেরানা থনবদা মাবু লৌহুনা থম্মবদি কুঞ্জো জাৎ তারনি জাৎ তারবদি কুঞ্জো পুমলোই লোইরনি অন্নাবদা তারনি অসিনি। হুংশিজপ্রবা মাবু করিগুম্বা মওং অমদা রা-না লৈবা শি-না শি-না হিংহুনা লৈবা য়েংবা ভম্মোই। ফজদবা রাংদবা রাখল অমদি শম্না, দর্শন নত্তে। তমজনকমগী থাক্তা লৈবা হুংশিবনি। হুংশিবনা রাগদবগী শরুক অরাবা হুংঙাইতবা পুন্নমক মা মশানা কোনশিঙ্গুরগে হান্নবা শেম শারবনি। অহুবু কুঞ্জোনা সুকয়ামক য়ানীংদে। রাবা হুংঙাইবা অর্থ করিসু লৈত্রে, থেংনবা য়াবা পুন্নমক থেংনরসি, পুন্না লৈমিন্নরগা লোইরে হান্নবা লেপ্পসিনা কুঞ্জোগী অরোইবা অরেপ্পনি। কুঞ্জোনা থনবা মখোয় অনীমকীনি। অনীমক চপ চপ লেপ্পহুনা লৈ। নীংবদা

থোবা অনীনি খোঙকম সুকহন হন্দোক্লদে। হন্দোকে হায়বগী য়াথল কাওবা থনগে নীংনদ্রে—অমনা অমগী থনবদা অমনা অমবু শুংশিবদা। মথয়াই মথয়াইগী পোম্বা খানয়ক্লে। থয়াই পাম্মুরক্লরে; থয়াইবু থমোয়না ভমখরে। হিংলিবা জীবনা থয়াই পাম্মুরক্লবদি মথা নৈবা হৌনদরে। কুঞ্জ-জহেগী অপাম-শুংশি শেংলবা করিগুম্বা মথলগী পোৎয়ান য়াওত্রবা শুংশিবনি।

## জহেরাগী লোন্দা পুদা অমদি থূংইগী মওং

উপন্যাস হায়বসিমক্তবু য়ারেংগী মওংদা শেমদোক্লবা য়াহৈশিংগী পুম্নুম তারবা শক্তম অহুনি; অহুনা অচুম-অরান লেপ্পমক তারবদি মপুম ওইনা য়েংবা চুম্মী[২৬] হায়না স্কোলার অমনা হায়বা য়াহু নীং-শিংবা য়াই। উপন্যাস অমবু আসহক্ত'দনা মশক লেপ্পদি য়ারোই অহুবু সাহিত্যগী মচল অমনিনা য়াহৈ য়াতাদি শোয়দনমক চঙই হায়বনি। চুম্নগী য়াহৈদ নত্তে অচ'বা য়াহৈ-য়াতা মরু ওই। সাহিত্যগী মচল থেম্নবগী মতুংইন্না য়াহৈশিংসু থেন্নে। কবিতাদা শীজিন্নবা য়াহৈগা লীলাগীগা, উপন্যাসকীগা অহুম থেন্নে। মুন্না য়েংহুনা নৈনবা তারবদি শীজিন্নরিবা য়াহৈনা, অচাবা য়াহৈনা কোঙদোকপা পাম্মিবা য়ারীদ নত্তনা অপাননা ইকোঙ কোঙদোক্তবা মতম, মফম, সমাজ অমদি যুগ কজনা কোঙদোকপা ভম্মী। চেক্তা চেকশিন্না অমুক য়েংলবদি অইববু, মাগী মতম অমদি সমাজ-সংস্কৃতিবু মশক থঙবদা শীজিন্নরিবা য়াহৈনা চাউরবা মতেং ওইনরিবনি।

---

২৬। A novel is a totality, made up of all words in it, and it must be judged as a totality.—The English Novel (Introduction), Walter Allen

উপন্যাস অমদা অশেংবা তাইবং পুন্সিগী মীওই অমদি থৌদোক য়েকপনিনা[২১] মতমগী সমাজদা শীজিন্নরিবা য়াহৈ-য়াতা তঙাইফদনা শীজিন্নবা তায়। অঙাংহলনা মতমগী, অনৌবা মণিপুরী য়াহৈ ভাক্তা শীজিন্নৈ। অদুবা ইশিং শীজিন্নদে। মওং কায়হল্লগা অমদি কায়হন্দনা লৌশিনবদা অরবী, ফারসী উর্দু, হিন্দি, ইংলিস অমদি সংস্কৃতকী য়াহৈশিংনা নমা য়ামা নীংতম্না শীজিন্নৈ। মতম অমদি সমাজ য়েক-পনিনা শীজিন্নদবা য়াদবনি। করিগুম্বা মতাংদা মণিপুরীদা ময়ামগী ওইনা চংনদ্রিবা (কমন ওইদ্রিবা) থরম্বু শীজিন্নরকই—কাফির, চার-খানা, দরিয়াফ তৌবা, প্যাপলেন, গুরগুরী, অসিনচিংবা। করিগুম্বা মতাংদা মওং য়ামা হেন্না কায়বম্বু শীজিন্নৈ—সেলাম (<সলাম), হুইসার (<হোসিয়ার), শুকরখান (<সুপর কাইন) অসিনচিংবা। য়াহৈ লানবগী য়া নত্তে চংনরবনি চংনবা লোলদা লানবা শুকলৈ লৈতে। লোনশেমম্বু য়াওই—ভোটীবু ইশিংকোন অসিনচিংবা। মতাং মতাংগী ওইনা পাত্র মশেন য়ারী শান্নহনবদগী নত্তনা অইবা মশানা বর্ণন তৌবদা ইংলিশকী য়াহৈ মবাং কায়না অতুম শীজিন্নৈ—জংশন ওইবা, গাড়ীগী টর্ন থোকপা, ডিগ্রি চপ মান্নৈ অসিনচিংবা। ইংলিশতা মহৈ-মশিং তম্ব-তম্বীবগী মওং অসি পাক শন্না লৈরবা মতমনি। মমাঙ-থক্তা য়া ভাংবদা সংস্কৃত বাঙ্গলাগী য়াহৈ থেংলম্বগুম মতম অসিদা ইংলিশকী য়ামা থেংনরবা থেংনবা লাক্নরক্নবা সমাজগী মশক অমা নাক্কোয়ননা তাকপনি। মতাং অমদা (লাঃ ১৫১) হিন্দী মত্রগা উর্দুগী য়াহৈ-পবেংমক অতুম শীজিন্নরকই। অসিগুম্বা মতাংদদি ব্রেকেট মনুংদা মত্রগা মথাদা ফুট-নোট ওইনা অর্থ তাকলম্ববদি হেন্না ফজবা মওং অমা ওইগনি। পাত্রগী মশক অমদি মাগী মনুংগী ফীবম উৎপগীনি

২১। A fiction prose tale or narrative of considerable length in which characters and actions professing to represent those of real life are portrayed in a plot.

The Quest of Literature, G. J. Shiplay.

ফায়বদি নত্তে। ফজরিবদি সমাজ অমদি সংস্কৃতি উৎপন্নী ওইনা পাঙল-পাত্রশিংনা উর্দ শী রাহৈ লৈৎহল্লি হিন্দূদনা সংস্কৃতকী। অঙাংহল্লী রাহৈ-পুকৈ চাউই।

সাহিত্যদা ফোঙদোকপগী মওং (ষ্টাইল), শৈলী হায়বসি অইবগী করিগুম্বা পোৎ নত্রগা রাকম অমা উৎনবা মপুঙ ফানা পুম্নম ভাবরা অমদি তোপ্তোপ তারবা খুৎই অহুবুনি[২৮] হায়না থাজবা য়াই। পুকৈদা লৈরিবা রাহৈশিং অসিনা পরেং, পেরেগ্রাফ তাক্কক অমদি লাইরিক মপুম ওইনা লেমহনা ফোঙদোকপনি। মশাগী মওং অমা তোপ্তোপ তা-না অহুম লৈবনি। শৈলী নোংমদা শাগৎপ্রগা নোংমদা হেক্তা ওনবা য়াবা নত্তে; লু-দা তোংদা চঙপ্রবা সংস্কৃতিগী মচল অমনি। কীজেৎ-লৈতেংগুম্বা নত্তে কুচুকুমেনগুম্বনি; পোক-পদগী অহুম লোয়নরক্লবা পোৎনি। অহুননি শৈলী হায়বসি মী মশাহুনি হায়নরিবা।

সাহিত্যগী চৎনবী ওইনা য়েংহনা হায়রবদা জহেরা নীংথিনা লেমগৎ-শাগৎলবা সামাজিক উপন্যাসনি। অউবা নত্রবা অভাবনা য়ারী মথংমনাও নাইনা লৌরকপা মওংনি। য়ারী অম্নুম লৌবদা মরক মরক্তা মভাং মভাংগী ওইনা মশা ফন চোংথোরক্লুনা, য়ারীগী পাত্র অমা নত্রবসু পাত্র মরায় অমা হেম্না মোৎনচিংবা নীংভম্না পীবা ফোঙদোকপা, য়াথল থলহনবা, মমায় চুম্বা, খোমজীন তাশীন্দুনা মপান খোপ্পা অসি অঙাংহলনা পামজবা মওং অমনি। মতম অসিগী উপন্যাসকী চৎনবী

২৮ Style—a certain absolute and unique manner of expressing a thing in all its intensity and colour, as in living creatures the blood, nourishing the body, determines its very colour and external aspect, just so, to his mind the matter the basis in a work of art, inposed necessarily the unique, the expression, the measure, the rhythm—the form in all its characteristics.—'Appreciations', Style, Pater (1889) P.37.

মওং অমনি। (কমল, চাউবনচিংবদস্ু ময়েক শেংনা উই) ন্নান্নীগা পাত্রগা কীবমগা চপ চাবা, খঙবা অমদি খঙহনবদা নত্রগা থক্তোরকপা অর্থ (ধ্বনি) পীবদা চপ চপ চাবনা অন্নাম্বনি। অদুগা মরক মরক্তস্ু পশীং থোক্কে ভৌরকপস্ু য়াওরকই। জহেরা-কুজোগী কান্ননা মৈশাগী মতাংদা শকুন্তলা অমদি যক্ষগী ন্নঃ খজিক্তং পুশিল্লম্বা অহানবদদি কজে, মতাংগা চান্ননা থোকই। হেজিল্লক্কুনা ব্যাখ্যা মথা চথনা ভৌ-রকপা কান্নদে।

"মকম অসিদা কালিদাস অমস্ুং যক্ষ লৌরুবদা নোকক্কম লৈতে। করিনা যক্ষ অসিনা নোংদা পাও চেনখিবরা? নত্রগা কালি-দাসনা যক্ষগী অহাবা উহুনা নোংদা পাও চেনবিবরা অনিগী মরক্তা অমদি শোইররোই। ন্নারি ভাবা মীগী ন্নাখল থোপ্তা লৈরে"[১১] অসিন-চিংবা। শব্দোক্তা ভাকপা কান্নদে। অপাবা অতাবদা খজিক্তংনা শিন্নরম্মগা হায়রবদি সজেসটিব ওহবা মওংদা থমমম্বনা হেন্না ফজরমগনি। অদুগা মতোং অমদা জহেরাগী ফজবা শীংথাবদা ন্নাহৈ খরা হায়রুরগা শন্না, অলঙ্কার অমা, ওইনা 'জহেরা অসিস্ু জহেরামুক কজে' হান্ননা কীবান ভাইরম্বা য়ান্না কজে। (য়েং-জহেরা, লাঃ ১০৭) মতাং অমদা ন্নারী মপুঙগদি মরী লৈনচনবা য়াবা লৈনহস্রবস্ু করবা অকৈবা ন্নারী মতেক অমা পল্লম্মগা 'ন্নারী অসিনা মখোইগী নত্তে হায়বগী মসি থাদোক্লে।' (লা: ৫৭) হায়হুনা খরস্ু হৌদোকপগুম ভৌবা অদুগা উৎস্ু উৎলমদবসি কি ভাইবদা লং মনা মকোই চোম্না খমলম্বদৌনা থোকই; কান্নদে; কান্নদবসিস্ু অমাঙবা অমনি। অস্ুম্না 'চাউ-থোকখিনি' হায়বগুম্বা 'কান্নদে' হায়বনচিংবগী য়ুম্ফমদা থবৎ ককপা ভৌগল্লি। য়াদে হায়বা নত্তে ফজবা ন্নাৎলি হায়বনি।

শীংথাবদা প্রমাণ পাম্বৈ কয়ানা ময়েক লাহনবা অঙংহলগী তমজ-নফমগী ওচবা জোভোপ ভাবা মওংনি। অদুগা হজিনগনবা অসিমদি

১১। জহেরা; লাঃ ২৭৩

শন্দোকমল্লি। অমনা, অমুক হঙিনবা হায়বসি অকন্বা মওং নত্তে হায়বা অইবা মশা ফজনা খণ্ডই—

"অনি অচুদি ফমহৌরি। অনি অচুনা মখা অচুদা শানহৌবা য়ারি অচু অমুক লিরুচুনা কায়দে। ঙসাই ঙাংখিবা য়া অচুগী মঙুং-চনবা ঙাক্তনি। য়ারি অসি হয়া হয়া শারুবদা ঐখোইদদি হঙিনবা ঙাক্তা ওইনা থোকই জহেরাদদি হয়া হয়া ঙাংনা শানরিবা অচুক্কী মথৈ অহনবা ঙাক্তা ওইনা থোকই।"৩০ খণ্ডবনা চৎনদে। মহোশা হায়বসিদি অনীসুবা হৈনবীনি। অনীমক ওনবা য়ায়া লুনা থোকপনি।

মীগী শাওং-শাদা নত্রগা থৌদোক্কী ফীবম অমা শীংথাবদা অইবা য়ায়া কুপ্পা উশিন্দুনা কুপ্পা শীংথাবা ওম্মী। থৌদোক অমা পুশিল-লকপদা (তাক্ককী অহৌবনচিংবদা) পাক শন্না শীংথাবা হৌবগী হৈনবী অইবদা লৈ। য়ারী মমুদ তা-না খণ্ডবদা ফজরবা পায়ৈ অম ওইনৈ। ফজবা মওংনি হেয়া ফজরিবা মওং অমদি শন্দোকপা মরক্তা শী থাবা লোইশিল্লকপদা নত্রগা অমা হৌরকপগী অচুদা করি ওইবা. করি ওইরম্বা য়াবা নত্রগা করি ওইহন্নীংবা হায়বগী লাইথায় অচু ইকোং কোংনা তারমদনা অপাবগী য়াথলদা শিন্নরম্বা মওং অমা হেক হেক য়াওরিবসিনি। শয়া পীবনি। অচুবু অপাবগী য়াথলদা অচুম পাক শলহৌই। য়ারী মখা চথবদা—"অহুম অসি য়ারী মতাং অতৈম্বু, পুন্নমক অসি শান্নরগা ইবেমচাগা গোপালগা ইমুংদা চংখিচুনা হিদাক ঙাম্বক অমরোম য়া অমা ঙাংনৈ। 'ওইরম্বদি য়াই' হায়না নিংই, য়াফম অচু 'সিনি 'চুনি হায়বমক্তি কুঞ্জো তাদরে।"৩১ পায়রে খুদাপ চুম্লে হৈফেদোমগী মওংনি। উপন্যাসতা চান্নবা (অতৈ, মচনদম্বু) শৈলীগী কায়াৎ অমনি।

৩০। জহেরা; লাঃ ১৩৭-৮

৩১। জহেরা; লাঃ ২৮৫

পাত্র মশেন ৱারী শাহনবদা অয়াম্বা মতাংদা কাব্যগুম্বদা শীজিন্নবা মরুওইনা পেনা ছন্দদা শীজিন্নবা মওং, মমিং মথা পন্দবা, ব্রেকেট-নচিংবা হাপ্তুবা শম্না অম্নাই-অথুমগী মওংদা লৈবসি অতুম লৈ; অঙাংহলগী হৈনবী অমম্তুনি। মতম মকম চাদিং ইতৌ তৌদনা অতুম খঙহনবা য়াবা ফজবা মওংনি। অতুগা অপাননা ৱারী শাহনবদা 'অমম্তুং' নচিংবা হাপ্তুনা ইবদা, ভাষন পীবদা শীজিন্নবদৌনা খোকপা লোন্দা য়াওৱিবসিদি লুফাত্তে। (য়েং-জহেরা লাঃ ১৬৭ নাচিংবা) ঙাংনে শান্নবগী লোনগা ইবগী লোনগা খেন্নে। অশেংবা তাইবংগা য়ারিমথৈ নক-শিন্নহনবা হায়বসি নীংথিজনা শেমগৎ-শাগৎলবা উপন্যাস অমগী মরু-ওইবা কায়াৎ অমনি। মতাং য়াম্বদি নত্তে। য়ামদবনা চৎনদে।

উপন্যাসনচিংবা ৱারী য়াওবা মচলশিংদা পাউদমগী অচৌবা মগুণ অমনা, মতাং খরদা মথক্তা খরদি পনপ্রে, মখাদা করি হায়বগী খঙনীংবা পোকহনবসিনি। ৱারীনা হুংঙাইবগী মথা পাখবা অমদি তাবগী লোনচৎ অসিমদি সাহিত্যদদি অতুম লৈরিবনি। মসিগী মথক্তা হৌবদা, মথা চথবদা নত্রগা মতাং অমদা থম্মম্বদা খঙনীংহনবা হায়বা মওংগী পাউদমদা থম্বা য়াম্মক মরু ওই। অরাইবা খবক নত্তে। ময়েক্কীবুদি ৱাহৈ অমনা মথংগী ৱাহৈ, পরেং অমনা মথংগী পরেং, মতাং অমনা মথংগী তাঙ্কক অমনা মথংগী তাঙ্কক অমবু খুদক্তা গ্রি-গ্রি ভক্তুনা হেক্তা চথহন্নীংবগী মওংদা থম্মু হায়বনি। মতুমদি চপ চানা পাঙথোকপা ঙম্নবা ৱা নত্ত্রে—ঈশ্বরনা ঙমগদবা মঙাইরে। অতুবু খঙনীং খঙনীংহন্না পুহনা চৎপনা লোইবা ফাওবা পুবা অতুগা অরোইবদসু করিগুম্বা ময়াম অমা খঙনীংহন্না থনম্বা অসি ৱারীদা সাহিত্যগী ৱারী থৎলীদা মরু ওই। অঙাংহলগী থৎইদা, মাগী পাউদমদা হায়রিবা মওং অসি ফনা ফজনা য়াওই হায়বা য়াই। পাত্র মশক তাকপদা, অনৌবা অমা পুশিল্লকপদা, থোদোক অমা থোকহনবদা অমদি মতুগী ফল পুথোক্লবা লাক্লবদা পাউদমগী মওং অসি উবা ফংই। অরোইবা মতাংদা ইকোং

হেক ফোংনা জহেরাবু পাথং মচা অমা ওইনা পুশিল্লকুনা য়াম্না শাংনা চংমিন্নবা ফজবা মথলগী পাউদম্বগী মওংনি। অশেংবা সাহিত্যদি ম্নাহং কয়ামুক চেন্নে, পাউথুম মথল মথলপী অতুগা ম্নাহং য়াঙ্গোল অমম্তু থনম্মী ; অতোপ্পা কয়া অমগী মকমম্তু থনম্মী। অফবা ম্নারীগী পাউদমদা ম্নাহং মরী-মরী লৈ। অঙাংহলগী জহেরাদা থঙনীংবা কয়ামুক থঙই অতুগা কয়া অমম্তু লৈরি, অমুকম্তু লৈরকপা য়ারি। ম্নারীগা পাউদমগা চান্নরবদি শারেংম্তু থোংবা থাউম্তু থাকপনি।

পাউদমগী মতাংদা অঙাংহলগী মওং অমনা ম্নারীনি, ম্নারী অমা ইতুনা পাহন তাহনবনি হায়বা ম্নাফমসি হেক হেক নীংশংহল্লি। অপাবগা হেক হেক ম্নাফংনবগী লৈথোন অমা য়াওরি। পেনাগী শৈশক পরীংদা অশকপা 'উঝা'না ভাবোক্তা ম্নারীনি হায়বা উৎপ-গুম্বনি। থোবালদা জহেরাবু ইনাক খুনবা নিপা অমদা থাজগ্রে হায়রুরগা অইবগী গুণ নৈনরকই—

"মসিদা 'তোরকএদো, এনা অসাইনা মনিংএনে' হায়তুনা অপাবা অতাবনা হায়গদবা লৈরে। 'কদায়দগী জহেরাবু থাজগবনো, থোবান্দা চংখিবদি কুইজ্রি, কুঞ্জোগী য়েকনবা শেমগে হায়তুন। লাইরিক ইবা মীনা থাজবনি মহোয়গী কলমগী বুদ্ধিনি' শোয়দনা হায়গনি। তোম্তু তোজগনগ্রে।"[৩২]

অইবগা অপাবগা য়াম্না নকশিন্ননা চংমিন্নবগী মওং অমা উই। অতুবু হুংঙাইরকুবা মতাংদা ম্নারীনি হায়না নীংশিংলকপদি থরা য়াংখিগে তোই। সাহিত্যগী অশেংবা রসতি লুপশিল্লগা ফংবনি।

হোৌখিবা মতমগী ইতিহাসপু হৌজিক হৌজিক শেম্নিবা ইতিহাসতা হাপ্নগা তুংগী ইতিহাসকী মমিবুম্তু ভম্বা ভম্বা ম্নারীতু অফবা সাহিত্যগী মচল অমা ওইরবনি। তুংগী ফীবম শেম্বদা অঙাংহলগী ম্নাথল পরীং

৩২। জহেরা ; লাঃ ৩৩৪-৫

শোয়দনা য়াওগনি। মশুমগী ওইনা য়েংবা তারবদা জহেরা মায় পাক্লবা উপন্যাসনি। মুগসিগী পাউজেল পুবা ওমা উপন্যাসনি।

## জহেরাগী পোল্লোই : শিরগী বিচার

জহেরাগী পোল্লোই থমোয়গী তথকপা অমদি মিৎলুগী শিয়াং ময়ক্তা লৈবনি; ফজদবা পোল্লোই অমা নত্তে। অপাবগী থমোয়দা পেল্দবগী তকসী অমগা লোয়ননা লোইশিনবা অঙাংহলগী খুৎলোই-শিননি। অপাবগী থমোয়দা শাওবীং-শাওবীং লাউবা মরোইশিন অমনি।

মসিদা ওক্লিবদি, জহেরা হায়বী মুকস চহু অসিবু করিগী হাং-লিবনো ?—অসিনি।

জহেরা হায়বী অসি ইহান হেক হায়া মিহুথোংগী লৈকায় অমদা পুখোরকপদগীনা খোবালগী খুল অমদগী ভারিয়ানগী লম্বেল তায়া চৎমিন্নবা হোরকপা ফাওবগী মহুং অসি ফাওবদা মাবু হাৎপা য়াবগী মগুণ অমত্তা য়াওদ্রি। য়ায়া শোঙনা কনাগুম্বা অমদা অকনবা য়াহৈ অমফাওবা ভাওলুবা লৈতনা মশাগী লনাইগী পুন্সিগী অয়া-হুংঙাইদা ময়াই কাজনা ভাওজত্নুনা লৈরকপী চহু অমনি। য়ানা হোরকপীনি য়ানা হিংজবনি। য়া ভাওগন্দবগী হৌনবা অয়া-হুংঙাই পুম্নমক মথমোয়দা তাইনজত্নুনা কাচিন অমদা তাহুনা পওলৈ লৈজবদোনা হিংজরকপী জহেরানি। অস্তুগীসু ময়ক্তা আদর্শবু পামজবা কলমনা পাত্র অসিবু হীরম থুদিংদা তমজনফমগী থাক্তা লেমগৎচরকপনি।

হুংশিবদা পুক্লিং অনী লোওদবী, নীংবদা খোবী মীতেক মীয়ৌ খওবী, অত্তোপ্পগী অয়া-অনা মশক মুয়া খওবী, পুম্নমকপু অমত্তনি হায়না খনবত্তা নত্তনা পুক্লিং হকচাং য়াওনা খাজবী, কনাগুম্বা অমগী মফমদা দৎ ফাওবা হায়বা ওমজদবী শময়া হাক্লরবদা অচুম্বা

জমদি অহিংসাবু মখানা খুদম ওইনা লৈনবা হোৎনজবী অমা ওইনা পুখৎলকনি। মাগী মতমদা মীনা মঙোন্দা লানশিল্লকপনি মানদি কনাদম্বু লানখিদ্রি লানগেম্বু খল্লে। ফতিমান তোমমিল্লা, সদিয়াগী মতৈ, মিনুংথোংগী পাঙল ময়াম—পুম্নমক অসিনা মঙোন্দতা লানশিল্লকপনি। জহেরাদি থৈদোক্লবতা লাক্লজবনি। মানবতাগী মীৎয়েংদা অঙাংহলনা বুদ্ধ. জেসস অমদি গান্ধীগী ঈরিক থরা খীক্লুনা মচু লোক্লবা লাক্লরিবা অশেংবনি। অশেংবা পুন্সিদবুদি জেসস অমদি গান্ধী য়েক্লবনা হাৎখি চুম্মী। অদুবু জহেরাদি ময়াক অমদি উজোন য়ক লাউবীদা লৈগদবা কলাগী লমথুং অমা য়াওরিবা মচল অমগী খুৎশেম ওইনা লৈরিবীনি। তথি-তথি, তনা-তনা শিকম থোকপদি ফতিমান, তোমমিয়া অমদি জামিনিনচিংবা ধর্ম অনীগী মীহুৎশিংসিনি। নম্রগনা মরাল লৈরবা সমাজ অনী অসিদা ময়ামগী ওইবা দগি পীকম থোকপনি। অঙাংহলগী কলমদি 'সত্যমের জয়তে'গী লীকলমদা চৎপনি; মোদনিটিগী মীৎয়েংদা অশেংবা অচুম্বা অসি কুরাংবান্দ ঙাইশিল্লক্লবা উক্রোঙ অহোবদোনা হোরো-হোরো লাউশিল্লক্লবা ধর্মকাসি পাঙ্গঙ শাশিল্লক্লবা লোয়ননা ঈশ্বরক্লাসি শিখিবদোনা তোরক্লবা পুক্নিং অমদি কোককী শাউম অসোমদা লৈশিল্লুবা নক্রি। পুন্সিগী মমল চপ চানা লৈরিবা অইবগী থমোয়গী পাউজেল পুবা ঙম্মিবা খুৎইগী মওং লৈরি। অপুনবা থমোয়গী পাউনিংখোল পুজরিবী জহেরাবু হাৎকম থোক্লবনি।

মপাম্মোংগী ওইবা ধর্মগী অন্ননরা কুয়োম থোক্লোক্লুনা লংশেকথরগা মীওইবা লীচৎকী মচি অদু পুখোক্লুনা উৎপনা খুৎশেম অসিগী মক্লওইবা লমথুংশিংগী মমুংদা অথম্নবা অমা ওইনা লৈরিবা অঙাংহলগী প্লোথোক অমা ওইকম থোকই। যুগ অসিগী পাউজেনম্নুনি। অঙোবা খুমু অমগী শক্লমদা পাউজেল অসি পুজরিবী জহেরা করিগী ওইরোই। মাবু শিবগী চৈরাক পীবদি কলম-রায়েন লোয়শঙগী অফবা কৈনরায়েন ওইরিবা? মতমসিগী সাহিত্যগী মঙাল লৈরবা লমথুংদা

চঙশিল্লকপগী মওং অমা লাকই হায়রবা তাই। দধীচিগুম্বগী মীশি অহু নংকাখ্রি। ওইরম্মবদি মমানা মচা পম্বা হায়বহুমক ওইরম্বা য়াই।

নৌজরিবী থুপীমচা অসিনা শিবগী মরমবুদি লৈতবা নত্তে; পীরি। থুংশিবগী মতাংদা থুংনবা হায়রবদি, লৌন-লৈনহুনা লৈবা হায়বা রাকম অসি শিবগী মরম ওইনা লাকই। অখেংবা অহিংদা ঙারিয়ানগী অমম্বা লম্বেনদা রাকম অসি কয়া লৈনৈ। শাবী-শানৌ অনী অসি অমনা অমবু তশেংনা থুংশিরে হায়বা রাকম অসিদা খেন্নবা মোৎ অমদি চিংনবা রাখল অমত্তা লৈত্রে। কুম্ভোনা, থুগায়নবা কাঙবুগী খোরাং অমদি খোরমদা মতম থরা জহেরাগী থুংশিববু চিংনরুই। অহুবু জহেরাগী মওং অমদি রাঙাং তাবদগী চিংনদ্রে। জহেরাদি হান্নদগী অহুম চিংনজদে। অহুবু থু'নবগী মতাংদা, হায়র্বদি লৈমিন্নবগী মতাংদা জহেরাগী অমত্তা ঙায়রবা অর্মদি অরোইবা লায়খায়দি অসিনি—

“নীংজববু ময়েং তাগদগী শরুকপুদি পুন্সি অসিগী অপাম থুংশি কোবদা থুংনজগ্ররোই।”৩৩

কুম্ভোদি শিবা নত্রগা চঙবগী অৱা থুংঙাইগী রাখল নাচুংদ্রবনি। হাৎপগী রা পল্লুবদা জহেবানা মশাগী লেঙদ্রবা মোত্ত কোঙদোকই— শিবা কিদে; শিবগী নাচুংবা লৈতে; কুম্ভোদা থঙহল্লি—“জহেরাদি শিববুদি নীংনবগুম থুংশি।”৩৪ লোয়ননা অইবনা জহেরাগী ৰক্ চিকুনা লেপথিবগী লৈখোক লৈশীন য়াদবগী মথৌ অমসু শঙলকই—“জহেরা হায়বী অসি পাঙ্গন শোনবী থুপী অমনি। অহুগা মানা লেপথিবা পুক্লিংগী মায়কৈ অহুদগী হোংদে—।”৩৫ অরংবা থাং থাঙ্গৎথিবনা চৎনদে। জহেরা মচা লেঙদে। কুম্ভোগী উপায় লৈবা রা নত্রে।

৩৩। জহেরা; লাঃ ৩৫৪

৩৪। মথকীসি; লাঃ ৩৫৫

৩৫। মথকীসি, লা ৩৫৬

মুংশিনা হায়বা, খেন্বা, কিহনবা পুন্নমক উত্তা ঘী হৈরে ; মুঙদা ঈশিং চাইবগী মওংদা লৈরে।

কুঞোন্দু মুঙ অতেকপগুম্বনি। নীংবদা থোবা পান্বদা হন্দবা মীওইনি। মুংশিরে ; মুংশিরবদি অপনবা অকায়বা পুন্নমকী য়াথল পুন্নমক থুথারগা লোবা ভায় হায়বসি মাগীন্দু লেঙত্রবা মোত ওইরবনি। মুংশিরবী অদুবু ফংবা, মাগী থুংনবা পাম্বা অদুগা থুংননবা হোৎনবদা অথাকপা অমত্তা থমদবা অমা ওইনা লাক্লবনি। মাগী লেঙত্রবা দর্শননি—অরোইবা ওইনা পামজবম্দুনি—"থুংনগে হায়বগীদমক্তা নীং-নরিবনে।" অদুনা "থুংনজবনা পামজদুনা লাকচরবনি, নীংনবনা মুংঙাইবা অমম্দুং পামজবা ওইরবদি য়ুমদা কমদনা লৈজগদবনি।"[৩৬]

অনী অসি মুংশিবগী মতাংদদি মকম অমত্তদা চপ মান্ননা লৈরবম্দু থুংনবগী মতাংদদি মেরু অনী থেন্নবগুম থেন্নরে। কুঞো উপায় লৈতে। ঈশাগৎদুনা শিবা নত্রগা জহেরাবু ফংবগী য়াথন্দা লেপ্তুনা লাক্লবা কুঞোনা মশা ঙাকথোকপদা শীজিন্নবা পায়রকপা থাঙনা জহেরাগী চরমদা থিন্দুনা লোইশিনবনি।

শন্না কুঞনিরারীনা জহেরাবু হাৎলিবসি চৎলসি লৈমিন্নরুসি হায়বদা মুপন্না য়াদবদগীনি। কুঞোগী য়াকর্মদি শেংই—পুন্নমক থাদোক্লগা মুংশি অদুনা পুন্নমক থুথারগা লৈমিন্নগনি—অসিনি। মানা পান্নিবা জহেরাগী থমোয় তশেংনা ফংলবনি ; জহেরানা তশেংনা পীরবনি। মরক অসিদা মানা নীংবা কায়রিবসি জহেরা ফংদবসিনি। অকিং-অকায় ওইনা তোপ থাদুনা হাৎপম্দু নত্রি, ঈংনা, তপ্পা ভাব ভা-না থাঙনা চরমগী অকুৎপা মপা চপ চানা থিন্দুনা হাৎলগে হায়দুনা হাৎলি। মসিমক্তি হকমল্লি।

৩৬। জহেরা ; লাঃ ৩৫৪

য়থার্থ ময়ামগী মরক্তা তমজনকমগী পাউজেল অমা পুত্থনা লাকপা উপন্যাস অসি লোইশিল্লকপা মতাংদা থোমজীন তাশিন্দুনা ঘপান খোপ্পা হৌপ্রবনি। মরম্নাই ওইজ-ওইথক্কী য়াখলগী লীচাংদগী হিন্দুবু মুসলমানগী মীৎয়েংদা লাম্না উহন্নবা অমদি য়েংহন্নবা লাক্করম্বা তোমমিয়া অমদি ফত্তিমান মরালগীদমক্তা দশ্তি পীরে—

"মানি তোমমিয়ানা লৌরেদনা (ফত্তিমানবুনি), তোমমিয়াম্সু মাগী হাকতক্কী ফাদোক তাবে" হায়। গোপালম্সু তোমমিয়া ফত্তিমাননচিংবা পূম্নমক থংই।[৩৭]

অমরোমদম্সু অমুক নাকপাক নাকপাক তান্নহুনা য়ান্নরম্বা হিন্দু অমদি মুসলমান আমীরগী পুকচেল চাউরবা মতেংদগী চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা হোরে—

"ইবেম্মা আমীর অসিগুম্বা মুসলমান মশা তরাদং পোক্লবদি ভারতকী হিন্দু মুসলমানগী মরক্তা য়েংথিনবগী থৌইনসিন মচেৎ অমতা চংবা ঙম্মোইদা ফজথরে। মাগুম্বা লৈপাকমচাদি মুসলমানগী মহুংদা লৈরম্মোই। মৈতৈ পাঙন অনি য়ৈনবা নহোয়বু তাম্মোকপা হাক্তক্কীদো মানা কোয়না চেন্দুনা চান্ননবা হোৎনখি, অম্সুম্না চান্নহুনা তোকখিদো।"[৩৮]

লৈরম্বা থেন্নবশিং মফম অমত্তুদা পুশিন্দুনা লোইশিল্লে। লোইশিনবা ঙমদবা অমদি ঙমগনি হায়বগী থাজবম্সু য়াম্না থৈয়ায়ননা থোকপা জাৎ তাবগী য়াফম অসিমত্তা ঙাইরে। তশেংবদি মসিগী য়াহৌদগীনি জহেরানা কুঞ্জোগা লৈমিন্নসি য়াঙ্ক্রিবা অমদি মাবু হাৎলিবা। মৈতৈশী চাউনা ওন্নরবা লীচৎ অসিবুনি মানবতাবাদতা থরায় য়াওজবা অঙাংহলনা তাশীরিবম্সু। মসিগী মায়োক্তা চীংলেম্মবা খোম্লাউ অমা পুম্নুনা খোয়কপনি জহেরা। খোম্লাউ অসিবু শৌগত্তুনা লাকপা অঙাংহলগী

৩৭। জহেরা; লাঃ ৩১৭

৩৮। জহেরা; লাঃ ৩১৮

ভমজনকমগী রাখল অসি জহেরাবু হাংপদা য়াওথরে। ইস্তোকপা, হিদাকফু-ফিদা তিমদবা নত্রগা জাং ভাবনা ভমগ্রে। অমত্তা ওইবা অপুনবগী লীচংপু পামজবা অইবগী কলমনা পেনগদবা জহেরাগী মীশি নত্তে। মসোমদগী য়েংবদম্ব জহেরাদি শিকম থোক্তবনি। ঈংনা মেঙনা সত্যাগ্রহ ভৌহনা লাকচবী হুপীমচা অসিগী মীচঙ কোঙনা চঙগ্রবনি।

ভমথীরবা লীচং য়োক্তুনা থম্মিবা সমাজবু য়ারকপগী মওংদা জহেরাবু কলক পেম্না হাংপা য়াই হায়না থল্লবম্ব সমাজগী মায়োক্তা চংমিন্নরিবা কুঞোনা হাংপদি ভমজনকমগী থাক্তা লৈবা য়াগদবা মওং নত্তে। চুম্মী কুঞো পূন্নমক ভোবা ভম্বা, লেপগ্রবদি হন্দবা য়া ভাঙ-গন্দবা মথন্নভা পঙথন্দা থন্দুনা লৈজবা পাথঙনি। অপু-নবা অমা য়াওবা নিংবদা থোবা অমা ওইনা লাকপনিনা মা মী হাংপা ভম্বা মীভানি। মথন্নাগ্ন পাম্মুদবা পাথঙনি। নাক-য়েংকী পোংলুমদগী মপাম্বোংদা শোম্না উয়বম্ব কুঞ্জবিহারী সুংগী ওইবা পাঙ্গল অম্রদি থোনা চপ চানা লৈবা মৈত্তে অমনি। লাইরিক লাইস্থ হৈবা লোশিং লৈবা নাগরিক অমম্বুনি। সমাজগী পামদবা লীচংপু শেমদোকপমক ভমত্রবম্ব শেংদোকপদা মা মশা য়াওগে হায়না লেপ্পবা মীনি। —"অওইবনি ভাজাম্নি ঐদি মাঙলগা মাঙলে ভারগা ভারে, মাংবা শেংবগীদি করিম্ব থনবিদেদা, ঐনা ভা জাম্নিদা থুপ্তুনা কাম্নবা য়া নত্তে। মরুপ মপাং ওইনা কৌবদা কৌনরবম্ব ঐগীদি মপোক অসিমগী মহৈ য়ানজরবনি হায়না থল্লে।"[৩৯] হায়বগী লাইথান্নগা লোয়ননা মথোঙ থাংদোক্লবা লাম্মী অমম্ব ওইরবনি। মরৈদা ভাঙনবদা মায়থিবা লৈরক্তবা যামিনী ময়া কুমহুনা শাউহনবা ভম্বা মরৈ লৈবা নহা অমনি। রাথন্দগী ঈথক ইহুলনা ভম্না চংপা অক্টীং-অকায়গী মী নত্তে। অহুনা মানা জহেরাবু হাংকম থোক্তে। হাংপগী মরমনা, থায়দগী চাউবা মরম অমনা জহেরানা লোন-লৈনসি হায়বা য়াদবা অসিনি। হুপীমচা অসিনা য়াদ্রিবম্ব মাবু সমাজদা জাং ভাহম্নিংদবদগীনি। মসিম্ব মা মুম্না থঙই। হুংশিবম্ব শোয়দনা লোগনি

৩৯। জহেরা : লাঃ ৪২

ম্নাত্রবদি মাঙহনগনি হায়বগী মওং অসিনা জহেরাবু হাৎপা তারগদি কৃষ্ণবিহারীগী দর্শন ম্নাংবা নত্রে। তমজনকমগী থুহাৎ নত্তে। নাশি-খোংদা তাইবগী ম্না অমা লৈ।

কায়নবদা লোইবা ফজে; কায়নহন্নবা শীনবা পোরম নীংথিজে। অদুবু জহেরা হাৎপগী মতাংদদি অইবনা পোইটিক লাইসেন্স ময়েক শেংনা শীজিন্নরে। শীজিন্নবা ম্নাদবা নত্তে; হাৎপা পেন্দে হায়বগী ম্নানি।

## উপন্যাস অমা ওইনা য়াইথিং কোন্নু

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা অঙাংহলগী য়াইথিং কোন্নু লোক-কথা (ফুঙ্গা ম্নারী) দা য়ুম্ফম ওইরগা ইবা অহানবা উপন্যাসনি। ১৯৩৯ দা ইবনি। উপন্যাস হায়বা মচল অসি লাকথিবা চহী চাউরাক্না ১৪/১৫ শুরবনি। মোইরাং শাইওন[৪০] হায়না খঙনবা ম্নারীশিংগী নত্রগা শাইওনগী মনুংদা অমা ওইরিবা ম্নারীদগী লোৌবা ম্নারী অমদি খোংদোকশিংনি। ম্নারীদা অওনবা অমত্তা লৈত্তে হায়বা য়াই, চীঙ্গাং য়ৈদুনা মণিপুরদা লৈরক্লবা ম্নারী অদুমক্নি। খোংদোক-ম্নাখোকশু চপ মান্নে। খোংদোক্কী মরম অমদি ফল উৎপদা মান্নদবা, অমনা লীবগা অমদগী তাবা নত্রগা পাবগা, থর-থরা থেন্নবদি অদুম মরৈ[৪১] লৈবা তাবনি; ফুঙ্গা ম্নারীনচিংবা লোক সাহিত্যগী হৌনবীনি, মরাল নত্তে

৪০। শাইওনশিংদি মথংশীৎনা—অকোংজাম্বা কৌওইবী; হেঙ্গনহা-লাই-পুরেম্বী; খুম্নোল হাওবা-য়াইথিং-কোন্নু; কদেং থাংজহনবা-তোন্নু লাইঙ্গিংলেম্বী; খুবোম-পিদোংনু; ম্নাংলৈ পুঙ্গিংহৈবা-শাৎপচনু শিলহৈবী; খম্ব-থোইবী অসিনি। য়েং-ম্নাবেং-পবেং ('লোক সাহিত্য'-মীনকেতন) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ১ বা' ১৯৬৬ লাঃ ২৬

৪১। য়েং-মোইরাং শাইওন (অনীশুবা শরুক), সরাংথেম বরমণি সিংহ, ১বা, ১৯৮৪

মগুণ অমনি। য়াওরিবা মীওইশিং মমিং-মথা, লীচৎ-শাজৎ চপ অছুম মাগ্নে। লোম্না-পুদা থেম্নরে হায়বা য়াই। হান্নগীগা মান্নত্রে হায়না লৌবম্নু কায়দে। অছুগা মকমদি অওনবা—হাপচিনবা লৌখোকপা কৈম্নু য়াওদে; হান্নগীহু অছুম নৈরি। লোনগী মতাংদদি হান্নগীহু মুন্না খঙনরুবা মা নত্রে লোয়ননা য়ারী হায়বসিমক্তবু মতমগী সমাজদা খঙননবা লীবনিনা হান্নদগী থয়া থরা অছুম হোংলকপা তাবনি। মতম অছুদা নৈরম্মোইদবা ঙসি ঙরাংতা থোকলকপা মমিং মথা পোৎ-চৈন-চিংবা হাপত্রগা লোইরে। লোল নৌবগী অপনবা কৈম্নু নৈতে। মপূম ওইনা অমুক য়েংলবদা অঙাংহলগী য়ারী অসিদা উৎলিবা য়াকমগা (এম) হান্নগী য়ারীদা উৎপা পান্মন্মিবা য়াকমদা থেম্নদে। য়ারী হুংঙাই-হল্লগা হুপী হায়বসি হৈগুম্বা নৈগুম্বা লল নত্তে থন্নাই পানবা থমোয় চেনবা জীব অমনি হায়বা উৎলগা ঙাক শেল্লিবা অহল্লমননচিংববু য়ারকনি। য়াকমসি অনীমক্তা ময়েক শেংনা, থোইদোকপা নৈথোক নৈশিন তৌরুবা নৈতনা অছুম নৈহল্লে। অশৈবা অনীগী লমথু'ম্নু অমত্তা ওইনা তৌরে। অছুনদি, পূম্নমকসি য়েংলুবদা, চুম্নগী ফুঙ্গা য়ারা অমা চুম্না লাচনহুনা থনম্বা লাইরিক অমা ওইনা লৌবা কায়দে হায়না থনবা য়াবগী য়াকম নৈরকই। শেংলবা য়ানি; চম্না য়'রী লাচনবা লাইরিক অমদি নত্তে, উপন্যাস অমনি। উপন্যাসতি, চুম্মী য়ারীনি অত্তগা য়ারী পূম্নমক্তি উপন্যাস ওইবা য়াদে। উপন্যাস হায়রিবসিদি য়ারীহু ফোঙদোক্লবা লাম্থোক্লবা উপাই অমনি। শাইওন অসি পেনাদা, থোংজোমপর্বদা লীলাদা ফোঙদোক্লরি। অঙাংহলনা উপন্যাসতা ফোঙ-দোকপগী য়াদনি।

ফুনম্নুবা চহীচা অসিগী লোইরমদাইসিদদি য়ারী য়াওদবা নত্রগা য়ারীনা মপুঙ মরু ওইদবা উপন্যাস পুথোরক্লে। মথল মথলগী মমিং থোম্নরক্লে। লেপ্পম্নু নৈত্রি। য়াদবা নৈতে; জাৎ অমদা কাঙলুপ

কয়ামুক লৈবা য়াই লৈম্ব লৈনরি। লৈরকখিবস্ব য়ারি। অদুবু উপন্যাস অসি ইখিবা চহী ১৯৩৯ অদুৱাই কাওবদি মণিপুরীদা উপন্যাসকী পাকশন্না চৎনরবা মওং খরা নত্তনা অতৈদি মমী তমদ্রি।

য়াইখিংকোম্বু লোক-উপন্যাস নত্রগা চৎন-য়ায়ীদা য়ুক্ষম ওইবা উপন্যাসনি।

## খৌদোক-য়াখোক পরীং

ময়াম্না ইখঙ খঙনরবা খৌদোক-য়াখোকশিংবু মথং-মনাও নাইনা লেংশিন্দুনা পুখোকপদা অঙাংহলগী হৈ-শিংবা লৈ। অপাবা অমদি অভাববু মীৎয়েংদা খম্মগা খৌদোক লাম্থোকপা, মীওই পুশিল্লকপা অমদি য়ারী খোঙজেল নত্রগা খোঙয়াং শেম্মকপা অরাইবা থবক নত্তে। মসিদনি উপন্যাসনি হায়দে অমগা অমগা খেন্নরকইবা। মীগী শিংলি খঙবা তাবনি। শিংলি, অমুকম্বু মিহুল ময়েক শেংনা খঙবা অঙাংহলনা উপন্যাসকী অহৌবা মতাংদা, মপুঙ ওইনা অহানবা পন্দুপতা, য়াম্না থুনা অদুগা য়াম্না য়াঙনা পাখঙ শারেপ কারক্লবা হাওববু মশক শেংনা তাকলকই। অপাম-হুংশিনা মপুং ওইবা হীরমনিনা ময়াঙদগী হৌনবা শেম-শাবনি। খঙদবা য়াদবা পারী-পুরী, অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি অমদি মক্ষম মতম শন্না শন্না মতম মাঙহনবা তৌরুদনা চথবনি।

মরক অসিদা ইহান হেক হান্না হৌবদি দর্শনদা য়ুক্ষম ওইবা শৈরেং অমা অমদি ভাষনগী ওইবা য়াঙাং (অইবা মশাগী) অমগনা হোই। ফনা শাংনা চথে। অম্বমায়না তৌবসি পন্দুপ খুদিংগী অহৌবদা, ময়াইদা নত্রগা অরোইবদা—মক্ষম অমদা নত্রগা অমদা অত্তুম চথে। অরোইবা পন্দুপকী ইরোই লোইবা মতাংমক্তদা, হাওবনা কাওবদা তানা খিনবদগী হেক তুখিবদা থুমন মখে কারহুনা চেল্লি, অদুগা দর্শনগী ওইবা শৈরেং অমনা লোইশিল্লি—

হকচাংসিনা চৎপ্রবস্থ
লেংদবদি আম্মা-ভনি।
সমুদ্রগী লৈথাদা লৈপ্রবা
পুতাল-মণি-মানিক-শিংবু
উদবা কনা লৈবগে॥
অথাং কনবা উইন-কনবা
কমথোন-কমথোন-কাবদি
উত্তুপ ওইবা হকচাংনদি
কংবা ভস্বা নস্তে কম-অসিদি।[৪২]

উপন্যাস অসি অইবগী পুস্তিগী অরোইবা শরুক্তা ইবনি। পুস্তিগী অরা-মুংঙাই কয়া হকথেংনবস্তা নত্তনা পাবা অমদি ইবদগী মপুঙ ফারবা মী অমা চপ চানা ওইরক্লবা[৪৩] মভাংনি। লোয়ননা পুমলোই লোইবগী খোঙথাংদা লৈখিত্তনা পুস্তিবু য়াম্না য়াংথোক্না লৌথিবা মভাংস্থ নত্রি। (নোঙ্গাগদবা চহী মঙা-তরুক্ক লৈরি।) পুস্তি ময়েক শেংনা উরকপা মভাং চপ-চানা ওইরি। অত্তনা শাগৎলকপা পুস্তিগী দর্শন মভাং মভাংদা হাপখিবনি। ফজদবা নস্তে; সাহিত্যগা দর্শনগদি খা-নবা ইয়া য়াদবনি। অত্তমকপু ইহান হেক চানবদা মারেং মচা অমদোনা হাপ্লিবসিমদি শাংমল্লি। হাপ্ত হাপ্নে হায়বা খঙবা য়ানা হাপ্নি। মায় পাকপা অহোবা নস্তে। অস্থম্না মরক্তস্থ থজিক লুম্মন্না খোকপা য়াওই।

মতুং ভারকপগী কাওবা লোৎতনখিবা, মতুগী মরমনা মপা থুন্দো-রেম্বগা মুংঙাইনখিদবা থাঙ্গারাকপনা ওইবা অমদি হৌরককম মরু ওইবা মরম অমনা 'মোইরাং লমজা অমবু থুমগোং লাইরেম্বী ঐঙোন্দা

৪২। '—কোম্ব, ; লাঃ ১২৯-১৩০

৪৩। Reading maketh a full man, conference a ready man and writing an exact man—Bacon (1561-1626)

ইরাৎত্রবদি থুমহি পিরোই'[৪৪] হায়বা মাইবী লাইকাওনা ওইহনবা অহুম্মক মতা চাই। ফুঙ্গা য়ারীগুম্বা লোক সাহিত্যদদি নোংদম্বা, তান চারুবা, লাইগী খৌশিল অসিনচিংবসিগী মকম চাউনা লৈ। য়াম্না তোয়না য়াওবা কায়দে। ঙমহুনা য়াওহল্লবম্বু অকায়বা লৈতে। লোক সাহিত্যগী মচল অমনি। অহুগা শিকম খোল্লবা খাঙ্গারাকপবু হেক পুখোবকপগা খংহাৎ হাৎপদি ঙনবগুম তৌই। মপাগা মুংঙাইনখিদবগী মওং অহু ক্লাশ বেককুম্বগী মতেংনা ময়েক শেংনা তাকলম্লবদি হেম্না ফজরমগনি। ময়াম্না তা-ন খঙনরে হায়বগী খাজবদা য়াবী য়াখোঙ শন্দোক্না তাকলমদবম্বু য়াই।

হাওবা লোৎপ্রবা মতুংদা কোম্নুবু মখোক কারকপগী অয়ৌবী থাক্তা পুশিল্লকপা মওং চুম্মী য়ারীগী মথং মনাওগী মীৎয়েংদম্বু ফজে। ফজবা শীংখাবদা পাক-শন্না ইবা অইবগী হৈনবীনি। শীংখাবদা অপাম-মুংশিগী চপ চাবা মতাংনি হায়না নাকোয়ননা উৎনবা হোৎনবা য়ারীগা মতা চাবনি। হাওববু মঙদা উবা মুংশিবা ফাওবা য়ারী মশাগীনি। লাইগী মতেং লৌবা অইবা মশাগী কল্পনা নত্তে অহুবু শীংখাবগী হৈ-শিংবদি মশাগীনি। অহুগা অমুকম্বু মঙদা লাক্লিবা লাইবু অয়াংলৈমনচিংবা ওইহন্দহুনা লক্সাবু ওইহনবা (লাঃ ২৯)'অইবা মশাগী কল্পনানি। কোম্নু-পোংমুগী য়ারী য়াতাইদা অমদি অনৌগী লীচৎ য়েকপদা অইবগী কল্পনা ফজনা উই। অসিগুম্বনি য়ারীগী শরু পোলাংদা অইবনা হাপ্লিবা ঈ-তোংশা। লোক্তাক্তা চৎপা য়াবী মশাগীনি অহুগা চৎননবা পোখি মথং মথং পুখোকপদা অচাবা মরম পীনবা মতাংদদি অইবগী য়াথল চাউনা য়াওরি। ঈন চিংবদা হংগেন তাইখোং তৎপা য়ারী মশাগীনি অহুগা ঈন অহু খাবা অমদি শোনবদা ফজবা ময়াম উৎলিবহুদি য়ারীগী নত্তে অইবা মশাগী মীৎয়েংনি। হঙ্গেন তাইখোং তৎলকপদা লাইগী

৪৪। '—কোম্নু'; লাঃ ৯

খৌশিল ম্রাওরি। হাওববু কৌবা, পাক খোকলক্তবা; মখোরক্রুবদা খন্নাই খাগে। লেপ্পা; মমৈদা খোরকপা, উন্নবা, ভাংন-শানবা, নুংশি মপাউ ফোঙদোক্নবা অমদি লৌন-লৈনসি হায়না লেপ্নবা পুন্নমক অসি পাক-শন্না শীথারকই। মমৈদা হাওববু কোম্নুনা মাগী ইয়োংশঙদা লোম্নুনা থম্মি। ময়াম খঙহন্দবগী মরম মাগী কাদা মী অমত্তা চঙনদে হায়বনা ওইহল্লি।

লোম্না লৌন-লৈনহল্লবা মতুংদা মপা হোংনেমম্নুম্বনা মচান্নুপীবু লৈবাক-প্রজাগী ওইবা চিরবা তানফমদা কাওবদা পীখিবগী খৌদোক লাকই। খৌদোক অসিদা কোম্নগী অহল লমন, নিংথৌ ফাওবা ম্রাওনা নুংঙাইহন্দে। মতাং অসিদগী নুংশি-নুংঙোনগী কান্নবা মতাং হোরকই। মমা ময়াম চঙহুনা মপানা ম্রাখোকলম্বা নুমীৎতা লুহোংনবা কন্না খেম্মী। কোম্নু মুকয়া ম্রাদে। হায়দোক্তবা ম্রাদদনা হায়দোকহল্লি—

পল্লেম ইবেম্মা নচাদি মহু ম্রাবা খোক্তুরে।
হৈরাং লোনচৎনরকপা লোইদাম কুইবক্লে।
খোইজা খোইখা মিহুনহুংদা অক্লা মীতম লাকখরে
তাওজিং মহৈ ম্রানখরে, সরি নামুং শোন্নবু—
নমোম লৈখরে অসিগীদমক হায়বনি।[৪৫]

ম্রাকম অসি তাবদা মপা-মমাবু খজিক্তুং ঙকহনবা নত্তনা খোইনা শাউহন্দে। সমাজনম্নু কৈম্নু হায়নদে ম্রাগনবা সমাজ উৎপা ওইরম্বা ম্রাই। অহুগা নিংঙোলগী খাক্তুদি খরা শোকই। থমোয় পাল্লি নীং তম্বা পাম্মী হায়বদি ফজনা উংলে। হাওবা ময়াম মমাঙদা পুখোক্লে। ময়াম অহুম ম্রানৈ। মপাগা তিন্নবম্মী হায়দনা হোংনেমম্নুম্বম্নু ম্রাই। মরক অসিদা অমনা অমুক মপানা হাওবদা ম্রাশকহল্লগা 'ইমোম আসবু খাবুম অহুমদদি খুমন পুংদা খারুসিগবা' হায়না নিরে। হাওবনম্নু

৪৫। '—কোম্নু; লাঃ ৭৬

'থাবুম অহুমদা নত্তে, থাবুম চামা ওইসমু। চরৈ কীমন থুপ্পগে। ননাই ঐগী ইবুক্তা অমোৎপা অমতং পুকপ্রবদি চোরোম্না সাথী ওইগ্রগে।' হায়দনা য়াম্না পুকচেল চাউনা পীথোকই। সোমদনা লোংনা হাইথৈ। ভাব তারকপদা থাঙনা থিন্দুনা মথম্নতা শিজগে তৌই। কায়নবা থৌদোকশিং মওং তা-না হোরে। য়াশক ঙাকপগী ধর্মগী লম্বীদা চুপীজা অমবু পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নহল্লকপনি। উৎলিবা য়াফমলোমদা পুথৎলকপা পবীংনি। মঙানি চঙনা হাওবনা কোম্বু থেম্মী। মা মশাম্ম য়াওরবা অহলনমনগী য়াথং ঙাকপনা কল্লবা য়ুম্ফম ওইথি। কোম্ম য়ারকথি; কাওবগীদা চৎথি; হাওবনা কোমুগীদা মশক লোৎলগা হেক হেক চৎলি; উমৈ; থোইম্ন হনবী পোকথি। পাউদমদা য়ারীগী থোঙয়াঙ য়াম্না য়াঙই শীংথা-শৈথাবদা য়াম্না শম্বগী মওং লৈ। মথাদি করি হায়বগী থঙনীংবা পোকহল্লি। থৌদোক্কী নাক-য়েৎ শেম্বা হৈ।

থাংজিং লাইগী মত্তেং লৌত্নুনা হাওববু কোম্নুংদা কৌথৎলে। পল্লম্মগা কুইনা থম্মুরবী মচেমগী মত্তেং লৌত্নুনা লোৎথিবা হাওববু ফোঙদোক্কহনবনি। অংগম্বা ওহৈবা মতুংদা মচানুপা অমগা পোকলে, মম্নিং হাওদিগোল তকোল-লৌথিবা কৌরে। থাবুম অহুমদংগীদি হায়ত্নুনা চৎথিবা কোম্নু চহী-তরেত্ত হেন্না কাওবগীদা লৈথবে। হাওবা ইত্তৎতত্তনা চৎলিবনিনা পুমকায কায়নববা হায়বত্নুদি নত্তে। অনীমক অত্নুম্মক লেনবা অমদি থাঙবা ঙম্নরি; ঙমফম থোকই।

মতুংদা হাওবা কাওবা অনীগী মুক্নবা থংহৌ হৌই। অউননাই অমনা লংলা লংজিন ওইত্নুনা লোক অমদা কৈ অনী কূনবগী য়াকম কাওবদা থঙহল্লবা মতুংদা হৌবা মুক্নবনি। অহানবা ওইনা চায়নবদা মায়থিত্নুনা চেল্লকপা কাওবনা মাগী মচাম্মু চুপীম্মু নত্রবা মথোয় মমা মচা অহুম্মু ওৎপা নৈবা থৌদোক মথং মথং পুশিল্লকই। ওইদবা হায়জিন্দুনা কোম্বু তাম্থোক্লগা অঙাং অনী ওত্নুনা শিবা য়াবগী মরাল

মথং মথং লণ্ডহনবা য়ায়ীগীমুনি অহুগা অইবগী হৈ-শিংবমুনি। কাওববু নপুংষকনি হায়না উত্তুনা কোম্বু শেংহম্নবা অনীমক্না লাক্রে। কাওবনা মমা-মচা অহুম্ তুকৎচরকপগী মরম অইবনা মশাগী মোত ওইনা ফজনা পীরি (লাঃ ১০৭)। পাউ পুন্নমক তারবম্ হাওবনা খুদক্তা লান তাবদগী মরম পাঞ্জিনা পীবা ফল অমদা ওইহন্দুনা হুমীৎ মঙানি চুপ্না কাওবনা অঙাং অনীবু ওৎলি। লৈকাইগী মমা কুঞ্জমালা পুশিল্লকুনা অঙাং অনীবু অশেংবা মপা-মমা অনীগীদা চেলহল্লি। মতম কুইনা কায়-নরুরবা মপা-মমা মখোয় মরীমক অমুক পুনশিন্দুনা থুংনা-পোল্লোই ওইনা উপন্যাস লোইশিল্লি। মপান খোপচিল্লকপা ওইনা হাওবগা কাওবগা হুমীৎ হুম্নি চায়নহল্লগা কাওববু লোইশিল্লি।

লোক-কথাগী চম্বা লৌথুপ-লৌকোই নৈতবা য়াখন্দা পোৎলুম পীদবা মথন্নতা চৎচবা খোদোক-পরীংনি। সুংগী ওইবা মুক্কবা থোইনা য়াওদবা পরীংনি। হায়না নৈজরবা পরীংনি অঙাংহলনা শেংনা শীত্তোক-নাম্থোক তৌরগা তরু-তরু শেংদোকুনা থম্বনি। কম্থোক নাম্থোকপা মতাংদা য়েংবদা সুংঙাইনবা পায়দনা খোত্তনা থরা শেমজিন শাজিল্লি। চৎনবী মওংগী উপন্যাসনি।

মচাক য়েংবদা য়াইথিং কোম্বু উপন্যাস অমা শোয়দনা ওইরবনি। অমুক্কা কুপশিন্না য়েংবা তারবদি মসিমক্তি য়ারী অশাংবা নত্রগা উপন্যাস মচা—উপন্যাসিকা নত্রগা নোরেল্লেট (novelette) হায়বহুনি। য়ারী লীবগী নত্রগা খোদোক শেম্মকপগী ঈচেল অসি য়াম্না য়াঙই; ঈংনা তপ্না, লেঙঙম শাঙঙমদনা শমুনা চৎপদৌনা চত্তে; শজীনা চোং চোংহুনা হুন-হুন্দুনা চেনবদৌনা চেল্লি। উপন্যাসতি মরাখোন লমজেলনি অহুগা উপন্যাস মচাদি কিঃ মিঃ অম'নীগী লমজেলনি অহুগা মসিমক্না য়ারী মচাদৌনা মিঃ ১০০ মুকী লমজেলম্ ওইদে। য়াহৌদোক্কী মত্তাং শম্মী, ভোর্ব্বুং শাদানবগী য়াখোক অত্তেনবা ভুমনা হাওবা

লোংলি। কোন্থু মশক ভাক্লগা হুংশিনহল্লি লৈমিম্নহল্লি। অথুবা মতমদা কাওবগী লম মৈ চাকপদগী মপানা কোন্থু শীরগা থিন্থরুদে অত্থম থিল্লে। মভাং অমগী ওইনা কায়নরবা মতুংদা কাওবনা ভাম্বোকই মোইরাংদা হুংশি রায়থুংনৈ। শীংথা শৈথাবদা শন্দোকপগী অমদি হজিনবগী রাকম ইম্নাও রাওব্রে। শীংথাদবদি নত্তে; সুপচিন্না চামা শকপীগী মওংদা অত্থম থম্মে। রস চুপ্পদা হম্ববগী রাদি লৈতে।

মরু ওইবা রাকম অমনা অমুক রারী অসিদা উৎলিবা রাকম (aim) অসি যামদ্রে। মীওইবগী পাক চাউরবা পুন্সিবু শন্দোক্লা উৎপগী মতুত্তা পুন্সিগী লমদাং মচেৎ অমা—মতমদা হায়রবস্থু মপুঙ ওইনা চহী ভারৎমুক্তুংগীদা ওইনা উৎলে। মতমনদি চৎনদে য়াম্না তেনবস্থু য়াদে হায়বা লৈতে। অত্থবু মফাং মফা'লবা পুন্সিগী শক্তম অসিদগী নিঙোনবু হৈগুম লৈগুম শীজিন্নবা সমাজগী লোনচৎ মচা অমগী মায়োক্তা রাকৎ অমা পুথৎপনা মরু ওইবে। য়ামদ্রে অত্থনা পাক চাউব্রে। য়ামদবা রাকম অসি শম্না ময়েক শেংনা উৎলগা রাবী লোইখিদ্রে মভাং অমদা শৎ লেপদ্রে। যাম্না যাওনা চেম্ববকপা ঈচেল মরক্তা নোংহৌ লাকপদা সুমাঙদগী পোৎ ভহা-ভহা লোইশিনবদোনা লোইশিনখি—

'অহিং হু'খিল লেপ্তনা হুম্বিৎ হুমনি থেংনরক্নে। কুম্মৈ য়েংবা মথৈ চাক-সিন-নারে। থেংগৌ নিপান থোক্লা চোংলকপদা ভাওরোই নাইগী তুথুপ্তা নাম্বোকুনা ওইদা লৈবা ভানা নাম্বোকুনা য়েৎতা ভারে। মশা-মশা চেপথরকপদা হাওবনা ভাজিল লোংনা শেল্লমহুনা থুমন কাওববু মোইরাং থুয়োন থুম্দোবগী মচা লমজা হাওবনা থিনথরে। কাওবা তুরে। থুমন মথৈ কায়হুনা চেল্লে।'[৪৬]

অসিগুম্বা ঈচেল অথুবী অসি লাইরিক মশা অপুম্বগীনি।

৪৬। '—কোন্থু' ;। লাঃ ১২৭

উপন্যাস মচা অসিগী পোল্লোই অসি ময়ায়দা থবৎ ককপদোনা ভৌরি। অশৈবশিংগী অমদি উপন্যাসকার অসিমক্কী লমথুঙদা পান্দম ওইরগা য়েংবদম্লু ৱারী অসি লোইফম নত্রগা লোইশিনফম চাদবদোনা থোকই। ৱারী অসিদা মরাল থাইদগী চাউনা লৈরিবদি কোন্নুগী মপা ইবুংঙো হোংনেমম্নুম্বনি। ৱারক্কে থল্লিবম্লু মহাক অসিবুনি। অতৈদি তথী-তথীবা মরাল ইয়াও য়াওদবনি। কোন্নু হাওবা কাওবা অহুম্মক মাগী মাগী মফমদা মরাল য়াম্না লৈবনি হায়না লৌবা য়াদবনি। তৌবগীবুদি মীনি অহুম্মক—লোইনা ইরান লাম্নবা ঙাক্লি। অত্তবু পূম্নমক্কী মরুদি মপা অসিনি। মপা অসিমদি অঙাংহলগী কলম মচীন্দগী নাম্থোকখরে। মরাল সুকলৈমক লৈজদবা অঙাং অনী মমাগী মনাক্তা থুংলরে। লৈমিন্নরি। অন্নাবা কোঙ্গায় মায়োক্নহুনা চেল্লক্রবা কোন্নুনি। সুংশিজবা মপুরোইবগী ময়ুমদা মচা অনীগা মপুরোইবা হল্লকপা ঙাইরি। হাওবা কোন্নুগী লম্বেনদা অহুমম্নুবা মীওই ওইনা চঙলকপা (মতাং অসিগী 'অহুমম্নুবা মীওই : কাওবা' য়েংসি) কাওবা মরাল থরদগী লানফমদা তুরে। চম্না হিংনবা লাক্লজরিবা হাওবনা অরোইবা ওইনা মায় পাক্লে। উন্নবা অমদি থুংনবনা লমথুং ওইনা লৈরে।

লমথুং অসিমক অইবনা পামজখিবরা? থায়দগী মরাল লৈবা হোংনেমম্নম্বনা কদায়দা থমখ্রে। হংদবা য়াদবা ৱাহংনি। কাওবা হাৎপনা উপন্যাসকী লমথুং ওইফম থোক্ত্রি। মপানগী লান ঙম্বা নত্রগা ঙমদবদা ৱারীসি লেপফম থোক্ত্রে। মথা লৈফম থোকলি। কাওবা শিবদগী লোইশিনবা হৌরকপদা মঙাইরি। মপা লাক্লুনা থনম্বা (হায়বদি সজেসত্তিন্ন ওইবা) মওংগী পোল্লোই ওইদ্রে। লমথুং তাম্না হাইগৎলকপদা ৱারী লেপথোকখরে। পম্বু ংগী মীৎয়েংদা 'য়াইথিং কোন্নু' লোইদ্রি। ৱারী লেপখিবগা সাহিত্যগী মচল অমা মশান থোপচিনবগা মান্নফম থোকই পূনফম থোকই হায়বগী ৱা লৈবদি নত্তে।

পাক্তক্লনা শন্দোক্তুনা লৈবা ঝারীগী মফাং মফাংবা পরীং য়্লামদগী মতাং অমা নত্রগা খরতমক লোবা কায়দে। চুমদু চুম্মিবনি। অদুবু অকক্লবা ওইনা লোবা য়্লাবা পন্থুং অমা নত্রগা খরদি সাহিত্যগী মচল খুদিংদা লৈবা চুম্মী। ঝারী অমদি উপন্যাসনা ঝায়ক্লিবসি কাওবা ওইরম্মোই, মতম অদুগী সমাজগী মীচুৎ ওইনা লৈরিবা অহল-লমনবু ওইগদবা মাল্লি। লনাইগী ওইবা পুন্সিদগী সমাজগী ওইববুনা য়্লাম্না হেন্না লুনা ত্তৌজবা অঙাংহলনা সমাজদা পীগদবা মনা নত্রগা দশু মীরায়রমফম থোক্তে। ঝারী অমদি সাহিত্যবু মশক মুম্না খঙবা অইবনি। নাম্বোক্তুনা চৎথিবা সমাজ থিকম থোক্তা ?

হুপীগী মফমগী মায়োক্তা লৈবা শরুক্তী মচুৎশিনবা য়্লারিবা কাও-ববুদি চৈরাক ফংলে। ফংকম থোকই। অদুগা শরুক অসিগী মরু ওইরিবা অমসিমদি, মানা ঙমথ্রে। মসিমক্তি অইবনা কোমলপ থারুবননি। মরক মরক্তা অঙাংহলগী পাত্র খরদি হেক হেক নাম্বোকই। ঝারীদা য়্লাম্না কায়বদি নত্তে অদুবু পন্থুংগী মতাংদদি চন্না চন্নাগে ত্তৌরকপা য়্লাওই।

## হাওব-কোন্নুগী ন্নুংশিবা

মী-লাই কাবক শম্নরিঙৈগী শাইওনগী ঝারী ওইমনা মপোক লাংওনগী ঝাকম লৈরবম্নু, মঙদা উরম্বনা য়্লুম্ফম ওইরবম্নু হাওব-কোম্নু অহানবা উন্নবদা পোকখিবা অপাম-ন্নুংশিদা ইহান হান্না থোঙদাম্নিন্নবনি। অহানবা মমঙদা হেক উবদা মশাবু অমদি মথন্নায়বু পুমকৎ কথোক্লখি, মাতবু নীংজখি মহাকপু নত্তনা অত্তোপ্পা অত্তৈ অমা য়েংথ্রন্নোই হায়না চপ ম্নুংথি অমদি ঝাশকখি—

“মোইরাং থাংজিং কোয়রেল লাই! ঙসি ঐগী মঙদা উরম্বা মাবু নত্তনা নিপা হায়বা জাৎ অসি য়েংথ্রন্নোই। মাবু ঐগী লৈপুল ওইজবা

চিংউ নংনা পিনবিয়ু। মাবু ফংত্রিমখৈ কোন্থু কৌবী ঐসে ভরা চাথ্ররোই তুমথ্ররোই। খাংজিং নংনা সাথী ওইরসন্থু।”[৪৭]

মফম-মরাং খঙদনা খিংঙাও-লাইঙাও ওইনা শকখিবা ব্রাশক ওইজরবসু মপাগুম ব্রাশক চেৎপীনি অতুগীসু মথক্তা অশেংবা থমোয়দগী হৌরকপা ব্রাশক্লি। মপুন্সি চুপ্পা ব্রাশক অসি ঙাকখি। উত্রিবমখৈ, অহানবগী মতাংদা, চাক মরু অমত্তা চাখিদে। উন্নরবা মতাংদা চয়োম খোক্তুনা চামিন্নখি। নীংজরিবা মাবু উরক্ত্রবদা 'য়াইবী মাংলগে। ইবুধৌ! খাংজিং কৌবা নংনা সাথী ওইরো।' হায়না অমুকসু ব্রাশকখি। কোন্থুগী হুংশিবা অপাম-হুংশি অশেংবনি। ব্রাশক চেৎপদি, মতমত্থুগী ওইনা, মথোয় অহুম চপ মান্নে—মপা লৌশিন্নাকপা, কোন্থু অমদি হাওবা। মপুরোইবা হাওবনা ব্রাশক ঙাকপগী ওইনা কোন্থুবু থা অহুমদংগী ওইনা থাদোক্লবদা কোন্থু মথন্নতা শিজরগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লি, হোৎসু হোৎনৈ। ময়াম চঙন্থনা ফাবদগী অমদি মপু-রোইবনা খেন্নদগী য়ানীং য়ানীংদনা কাওবগীদা চৎখি; চহী তরেৎ লোম নৈমিন্নখি। মপান্থোংগী ওইনা নৈমিন্নবনা চৎনদে মতম মফম হায়রবা নৈত্তে মপুরোইবা হাওবতসু নীংথনা নৈজবী কোন্থুনি। মপা-ন্থোংদা মাগী মপুরোইবা অনী সুবোই নীংবনি তশেংবদি মাগী থমোয়দা মপুরোইবা অমত্তবু—হাওববু লাত্তুনা অহুম নৈ। সতী ওইবীগী থায়দগী মরু ওইবা গুণনি। ব্রাশক চেৎপা, অথাঙ কনবা ওইজবা থাদোকপা অসিনচিংবদসু কোন্থু অশেংবা সতী অমা ওইনা উৎপনি। শিবা চঙবগী অমাঙ-অতোংগী ব্রাখল থমত্রবী অশেংবা তালোই অমনি। হাওবসু হুপী অমত্তগী মপুরোইবা ওইনা অহুম নৈ।

মপানগী ওইনা সমাজগী মীৎয়েংদা য়েংবা তারবদি কোন্থু অসি কাওবনা লুহোংত্তনা লৌবা হুপীনি; হাওবদি নিয়মগী ওইবা মওংদা

৪৭। '—কোন্থু'; লাঃ ৩২

লুহোংবা নত্তে। অহুনা অতোপ্পগী নুপী হায়বদি মপুরোইবা লৈবী নুপী অমগা নুংশি-নুংঙোনগী মরী চথবনি হায়বগী থাজবদা পরকীয়া-প্রেমগী য়াথল পুশিল্লকপা য়াবগী মওংস্তু মাগ্না উই। অহুবু তশেংবদি মহু নত্তে। মপাম্বোংদা লুহোংই হায়বদনি কোনু কাওবগী নুপী ওইদে, মাগা হোংদ্রিঙেদা মাদি হায়না হাওবগী লোয়নবী ওইবী লোয়ননা মীরোল্লবী অশেংবা তালোইনি। অহুনা হাওবনা হায়না লৈরবা অপাম-নুংশিগী মরী অহু অহুম থমজবনি। মশাগী নুপীবু নুংশিজবনি। লুহোংহুনা খিল্লুবহুদি কায়নবগী মতাং অমা য়েকপতনি। অম্নুমা কোনুনস্তু মশাগী অশেংবা মপুরোইববু হায়গী নুংশি-মরীদা লেঙদনা অহুম থমজবনি। অহুমম্নুবা নুপা অমা—কাওবা, চঙলক্লিবসিদি চৎনবী মচা অমগী মপুরোইবা শাজবতনি। কাওবদি নপুংষক অমম্নুনি। (লাঃ ১০২) হাওবা কোনুগী অপাম নুংশিদা অতোপ্পা চঙলকপা নত্তে।

য়াফম অমনা অমুক নুপা-নুপী চায়বা নুংশিনবা হায়বসিদা থমোয় অনীমক চপ মান্নবা থবক তৌই। অমনা নুংশিরগা অমনা পাউথুম পীদ্রবদি—ফোংনবু ওইরবস্তু লোম্নবু ওইরবস্তু, নুংশিনবা কৌবা য়াদ্রে। থুবাক নাম্মতমক থুরুবা তাববদি যাম্না য়াংথিবা ভক্তি ওইরকপা অমা নত্রগনা পেংদা বেয়া লৈরবা অমগী ঙাওজবা অমা অসি মঙাই। কোনুনা কাওববু নুংশিদবা অমদি পামদবা আসমা শেংলে। কাওবনা নুংশিরবা ফাওবদা নুপা নুপীগী নুংশিনবা হায়বহু ওইদ্রে। অহুগা কাওবনা কোনুবুস্তু নুংশিদে, চুম্না ঙাইহাক পামলুবা হায়বহুনি। নুংশি-য়ম্মবদি কোনুদা তা লংলম্মোই; য়ামত্রবদা নুংশিবগী মচানি হায়বগী থাজবদা মরাল লৈজদ্রবা অঙাং অনীহুবু হাৎননবমক্তি ওৎলমমোই; মিনুংশি থরদা ওইরবস্তু উৎলমগনি। মানস্তু কোনুবু স্নুকনুং নুংশিদে। থমোয় অনীমক্না নুংশিবরোমদা স্নুকচঙ চঙদ্রে। অহুনা কোনুদি হাওবগীনি—হৌবদগী লোইবা ফাওবা। হাওবম্নুনি। অহুনা পরকীয়া নুংশিনবগী য়া লৈত্তে। মসোমদগী য়েংলুবদদি কাওবনা মথয়ায় চাক্লদনা

তা লংলিবহুম্ম চুম্মিবনি। ডকচাউ থেকথিবা কামজাও হুনখিবনা মপা চৈবা শকুনা মথরায় মাঙজখিবনি মাগী মুপীনি হায়দনা লৈরগ। অত্তোপ্পা অমগী মচা অনী মথং মথং পোক্লরবদদি তা লংবা তাবনি। মুংশিত্রবদি করিগুম্বা মওং অমদা পেৎলু য়াত্রবা তাইবং থমোয়নি—লাইগী মনানি।

উপন্যাস অসিদা উন্নবদগী হৌবা অহুগা থুংনবদা লোইবা অপাম-মুংশিনি। হায়গী য়ারীদদি কনাগুম্বনা কায়নহনবম্ম য়াওই। উপন্যাস অসিদগী লীলা ওম্বোকপা 'য়াইখিং-কোম্নু'[৪৮] দমকম্ম কোম্নু শিহল্লি। কায়নরবা ফাওবদা অনীগী মুংশিবদি থুংনখি।

মুপীগী থমোয়দা য়োক্তুনা থমজবা লেঙত্রবা অশেংবা মুংশিবনি। থাইনগী শাইওননা উৎলিবা মুংশিবম্ম মসিনি। অঙাংহলনা কায়দনা উৎলি। অপাম-মুংশি মশক খঙবা থমোয় অমা মুপীদম্ম শোয়দনা য়াওই হাযবা উৎপা ঙম্বা মুংশিবগী শক্তম অমনি। তমজনকমগী থাক্তা লৈবা অপাম-মুংশিগী মশক্লি। মরৌ লৈবা লৈথোক লৈশিন তৌবা অনৌবা মতমগী মুংশিবা নত্তে; হৌথিবা মতমগী অশেংবা অমদি অচুম্বা মুংশিবনি।

কায়নবনা মপুঙ ওইবা মুংশিবা অসি থাইনগী অশৈবা অমদি ঙসিগী উপন্যাসকারনা নিঙোনগী মমী-মপা শক্লিবা কাঙবুদা অনৌবা লৌশিং পীনবা উৎপনি।

## অহুমম্মুবা মীওই : কাওবা

মুংশিবগী লমদা অমদি মতৈ-মনাওগী পুন্সিদা অহুমম্মুবা মীওই অমা চঙলকপসি হোজিক্কী মতমদতা নত্তে মথাই থাইনদগী হৌরবনি। মুংশি লীচৎকী পরীংদা মীওই অসিনা পীবা অপনবনা থায়দগী মওং

৪৮। য়াইখিং কোম্নু, লীলাদা ওনথোকপা মৈত্রম বীর সিংহ অমদি হিজম যোবণি সিংহ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১বা, ১৯৭২

তাবা অমদি মরীক চুম্বা হেল্লি। খাইনথৈদগী কনমনা শীজিন্নবা খায়দগী চাউবা পাম্বৈনি হায়না লৌবা য়াই। হৌজিক্কীনবু মনো-বিজ্ঞানগী ওইবা মীৎয়েং চঙশিল্লকই হায়রবগী য়ানি। পাম্বৈগী পরীংদি মায়না অহুম লৈরিবা জাৎনি।

উপন্যাস অসিগী অহুমশুবা মীওইনি কাওবা—নপুংষক কাওবা। পাঙদবগী অর্থদা নত্তে চাদা-নাউদাগী মতাংদা মহী-ময়াই চেন্নবগী মওংদনি কাওবনা ওইরিবা নপুংষক। হুপা অসিমক্তি মোইরাংগী শাইওনগী মহুংদা নোংবান অমা ওইনা লৈখিবগী তৌবনি মরাল পঙলৈ লৈবা মী নত্তে। মথোনা লৈ মরোশিং চাউই থোনা ফৈ। মতীক-মগুন্দা হাওবদগী তাবা নত্তে হেল্লপতুম লৈ। হুংশিবা হুংশিদবগী য়াদি য়ারীদা লৈরে অহুগা মানা পাম্না লৌজবদি হোংনেমশুম্বগী মচাহুপী কোহুবুনি; হাওবগী চান্নথোইবী তালোই কোহুবু নত্তে। পাম্মবদি লোগে হায়বা তাবনি; য়ান্নরবদি লৌবশু তাবনি। পুন্নমক্তা লাল্লিবদি হুপীমচাসিগী মপা অসিনি। য়ারীনা লালহল্লিবশু মপা অসিবুনি। মপানা পীহুনা হোঙলবনিনা কাওবনা মাগী হুপী ওইনা ময়ুমদা খম্মবনি; লৌন-লৈনরবনি। কাওবদি কোহু-হাওবগী মরীসি খঙদবনি অহুগা খঙশু খঙহন্দবনি। খঙলম্বা তারবদি লৌরমদবশু য়াই, লৌদবা য়াদবা থমোয়গী ওইবা য়ারী অমা লৈবশু নত্তে খম্বশু নত্রি। ইচম চম্না ময়ামগী হৌনবা ওইনা লৌবনি। চৎনবীগী ওইনা কাওবনা কোহুদা করি লৈবগে হায়না হংখিদে নত্রগা অতৈদগী খঙননবশু তৌখিদে। মতমহুগী হৌনবনি। ময়েক্কীদি হৌনবী অসিগী মায়োক্তা হৌরক-খিবা য়ারীগী ঈহৌ অমনি।

পাম্বনি খঙদে য়ানীংবনি খঙদে কাওবগী তালোই ওইনা কোহু লৈরে। লৈরবা মতুং অসিদা কোহুনা লোম্না চৎলক্লিবা লীচৎ অসিদি অহিংবা মপুরোইবা অমনদি থাড়বদা হুংঙাইকম থোক্কে। কান্নদা

লিল চঙবা অমদি খুজিল্লা তুম য়ুবদা তুমকম চাকম খঙবা হৌনরে। মীগা লাইগা হাইরপ শয়রিডৈগী য়ারী ওইবগী তৌবনি মীদ-মীতগী তাইবং তারক্লবা মতমসিদা ওইরবদি মনোবজ্ঞানগী অইবশিং কৌ-হৌ চোংনরগদবনি। লাইনি হায়দে শ্রীরামচন্দ্রদ কাওবা থোবীনা মরাল পীরিবনি। বৈকুণ্ঠদা ঈরাং মরক মরক্তা হৌরিবা অসিন্দু সত্যভামা রুকমিনিহোরগী ঈশৌ-ঈরাং য়াওরিবনি। কাওবা মী ওইরবা হুপ। অমনি লাইমক নত্রি। মাগী হুপীনি হায়দনা থম্মীবা কোন্নুনা মওং পুম্নমক্তা মাগী ওইরমত্রবদা মথুৎসু ওইরিবা তা লংবা তাবনি; তাদ নত্তে অতৈসু লংবা অতুম য়ারি। চীনবুঙগী লাই-য়ারী ওইবগী কোন্নুদা পান্দবনি, অহোয়নদুম লাইনা ঙাকথোকথিবনি। নত্রগদি মথুৎ চুমগ্রবা কাওবনি। শাদা লান্দা হৈত্ত লাক্তবা অথোবা নত্তে। মানা মাগী লৌশিংপু মীরায়রকপা মরাল নত্তে। ওৎকম থোকই।

অতুগা মরাল লৈজদবা করিন্দু খঙদবা অঙাং অনীবু শিরসদু হায়না ওৎপদি ধর্ম নত্তে : মথৌনা লৈবা অথোবা ওইরবসু লৌশিংনা চৎপা মীনি হায়বা য়ারোই। শাউনীংকমদি থোকই। পান্মন্দগী হু তরেৎ থারক্লবা মাগী হুপী শারম্বী অতুগী মচানিনা সুংশিকমদি লৈত্রে; মশক উবদা থোয়দৌ অতুম লংখৎপা ময়েক্তা তাবনি। অতুবু অপঙবা ইচম চম্মিবা অপীথকশিংদা তাইনবদি লাপ্লি। মসিনি মাগী থায়দগী চাউবা মরাল। মাগী হুপী, মকুবোক, অমদি মাগী মায়কৈরোমদগী য়েংবদা মরুম্বা ওইরিবা হাওবদা পুক্লপ তাইনকম থোকই। মাগী হুপী য়ারকচবা তাই। মানা য়ারক্তবসু নত্তে। হাওবদা মানা শীংনরুবা লান্দে। অনীগী লান মশানা তাবনি। অততায়ী ঙাক্লি অনীমক। লোক অমদা কৈ অনী কুমদে। তৌবগীদি হাওবদা থমোয়গী ওইবা দায়িত্ব অমা য়াওরি। থুরায়গী ওইবা থৌনা অমদি পাঙ্গল পোক্লিং-ঙাইনি। মসিদগীসু মানা শগ্না মকৈ অমদা উপাই ওইহনা ঙমহৌবনি। মুমীৎ হুমি থেংনবা অনীতগী ওইবা লাননি। অমবু অমনা হেন্নবা

নত্তে—থৌনাদা, পাঙলদা অমদি লৌশিংদা। তাইবং নীচংকী মীৎয়েংদা য়েংবদা অনী অসিবুদি, মরাল লৈবু লৈনরবস্নু লৈত্তববু ওইনরবস্নু, শোয়দনমক য়েক্লকম খোক্লবনি। চায়নকম খোক্লবনি। মায়ধীবা মায়পাকপা হায়বসিদি অমগী হেক্তা ওইবা য়াই। কাওবা তুখিবদা চিংননীংঙাই খোইনা লৈত্তে।

অঙাংহলনা অহুমস্মুবা গুপা অসি শাইওনগী য়ারীদগী চপ চা-না অহুম লৌথৎলগা থনস্মবনি। হাপচিনবা অমদি লৌথোকপা খোইনা ত্তৌক্লত্রবনি। অহুবু নুরিবদি গুপা অসিগা উপন্যাসকী পম্বুংগা অনীগী মরক্তা থম্রিবা মবী অসি কবিনো? হংবা য়াবা য়াহংনি। কাওবস্নু মত্তম অহুগী সমাজগী শরুক অমা মহুৎ শিনবা য়াবা মীওইনি। হাওবা কোম্নুনা মায়গৈ অমা পুবা মত্তমদা হোংনেমস্নুম্বা অমদি কাওবনা অমা পুরি হায়না লৌবা য়াই। মীৎয়েং অসোমদা য়েংলবদি মাস্নু মকু-বোককুম সমাজদা লওজরবনি; গুপীগী মকমবু ইকায়থুম্নত্রবনি। অশেবা অমদি উপন্যাসকারগী রায়েন লোয়শঙদা চৈরাক ফংফম থোকপনি। কাওবা হাংথিবদা কলক পেল্লি; শিগ্রিহৈদা মাবু হাংহন্নীংই। মসি-মক্তি মপান মরা তাপ্রবা য়ারী ওইবগী খুদোংচাবা অমা ফংবনি। অপাবগী থমোযদা হান্নরা লৈববা কোম্নুগী মায়োক্তা লৈরকপহুদা মাবু হেক হৌবদগী য়েক্লবা ওইনা কম্বা কলেঙননা উবনি। লোক সাহিত্যগী মগুণ অমনি।

## লোন্দা-পুদা অমদি শৈলী

অরীবা মত্তমগী য়ারী পাত্র অমদি নাক-য়েং ওইরবস্নু য়াইথিং কোম্নুদা অঙাংহলগী লোল অনৌবনি। ২০ শুবা শতাব্দীদা য়ায়া নয়া শীজিন্নবা মীরোল্দগী লৌশিন্নুবা য়াহৈ নাংত্তয়া শীজিন্নৈ। মওং কায়হন্নগা লৌশিনবা য়াহৈশিংগী মহুংদা কোয়োম (<কলম, লাঃ ২৮), লোত্তা

(<সভা, লাঃ ১২৮), ভাবোক (<ভাবুক, লাঃ ৩২), জোৱার (জ্বর, লাঃ ৪৭) অসিনচিংবা পনবা য়াই। খরা লাপথিবা লোন্দগী লোবা য়াহৈশিংগী মনুংদা হুকুম (লাঃ ৩৫), ফাঁসী (লাঃ ৭) অসিনচিংবা য়াওরি। চংনরিবা মতমচুদদমু চংনরম্বা য়াবা য়াহৈনি হায়না খাজনবা য়াই। মতাংসিদা অইবা মশানা শীংখাবদা নত্তবা পাত্রগী য়ারী য়াত্তাইদা 'মহারাজ' হায়বা য়াহৈ অসি য়াম্না লায়না শীজিন্নরি—

"মচা ওইবশিংবু মমা মপা ওইবনা
নুংশিবা হৌনবা অচু মথৈদা নুংশিবনি মহারাজ!
সনা বুদ্ধি তৌবিয়ু—!"[৪৯]

অচুবু নুংঙাইত্তবদি মৈত্রবাক্তা নিংথৌবু মহারাজ হায়না কৌনবদি ১৮ সুবা চহীচাদা, মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ সনা হাক্তকুনীদনি।[৫০] মসিমক্তি নাক-য়েৎ অসি য়াম্না নৌমল্লি অচুনা য়ারী অসি নৌখোকহনবা ওইনা খোকই। অচুগা শাইওনগী য়ারীগী ওইনা খাজরবদা অরোইবা শাইওননি হায়না খাজনরিবসি চাউরাক্পা ১৪ সুবা চহীচাগী অচুয়াইগী ওইনা খাজনৈ অচুগা হাওব-কোন্নুগীদি খন্ন-খোইবাগী মমাঙগীনি হায়না খাজনৈ। য়াম্নমক নৌখোকহনবদি চুমদে। অমুম্না 'পুং' অসি হৌজিক চংনরিবা খড়ীগী পুং অসিগী মওংদা শীজিন্নৈ—

"অসিগুম্বা খৌদোক অসিদি কোন্নুনা পোকপদগী খেংনজরক্তি। করিনো তৌরিবসিবো হায়না পুং অমরোম খল্লে।"[৫১]

অসিগুম্বা মখলগী মতমগী চাং অসি শাইওনগী মতম অসিদা চংনরমগনি হায়বা খাজদে। য়াহৈ অমদি মসিগী অর্থ অসি ইচম

৪৯। '—কোন্নু'; লাঃ ১২

৫০। 'লৈবাক পুম্নমা মৈদা ইকপন্নুং অচুৱৈ হৌএ। নিংথেম্ মহারাজ কৌবন্নুং অচুৱৈ।' —চৈথারোল কুম্বাবা, লাঃ ৮৫

৫১। '—কোন্নু'; লাঃ ৩০

ইচম চম্বা নত্তে। মাহে অমনা সমাজ সংস্কৃতিগী মকম মতমগী লৌচং শাজংকী শরুক কয়ামুক পুবা ওম্বা য়াওরি। দর্শনগী মাকম কয়া ফুম্বা ওম্বা মাহেম্ মশাং খণ্ডবমখৈ লৈরিবা মাহে-পুকৈনি। মসিদগী অচাবা খনবা অয়াইবা নত্তে। মসিদম্ অইবগী চাউরবা পরীক্ষা লৈরি। পরীক্ষা অসি ইতিহাস, লোক অমদি বিজ্ঞানগী ওইবা হীরমদা ইবা মচলগীদনা হেয়া লুনা লৈ। নৌমল্লা খোকপা মাহে খরা অঙাংহলনা শীজিন্নৈ। মায়েংগী ওইবা খুৎইগী পাত্রগী মারী-মান্তাইদা 'অমন্নুং' শীজিন্নবর্সিন্ তাবদা সুংঙাইত্তে। (য়েং-লাঃ ৫৬) অদুবু মসিমদি অঙাংহলগী মতমগী ইবদা ময়ামগী ওইনা শীজিন্নবা মওংনি। কারবা নত্তে। মাহেগী অলংকার শীজিন্নবদা হৈ-শিংবদি অইবা মশাগী শীখো-রকপনি। অর্থগী অলঙ্কারদম্ অদুমঙাই। নান্না কজে। প্রমাণ পাম্নৈ শয় শয়া কজবা তাক্লি; ময়েক শেংনা মীৎতা শওশও উবগী মওংদা লৈ। চাংদমবা অমদি কীবম শীংথাবদা কল্পনাগী অমাংবা উপাই শীজিন্নবগী কজবম্ লেঙদনা লৈরি। কোম্নুগী মখোক কারকপা কীবম অমদি শাজং শাখেক্তা কামগী ঈহুল য়াওই হায়বগী নাকোইনবা ইঙ্গিং অমা উংলি—ইপান হেক পল্লুদনা—

"কোম্নুগী মায়খোং, কোম্নুগী হকচাং, বসন্তগী অয়ুক শাৎপা লৈয়াং, মপুঙ ফাবা হৈয়াং, মমুন ফারবা হৈগুমই। মসিবু উরগা মখোন কারকপা লনগী মপু লক্ষ্মী অদো লাইনি, অদুগী মথক্তা সুপীনি, অদুবু সুপী মানা সুপী কোম্নুবু সুংশিবা অমদি অপাম্বনা সুমহৎলে।"[৫২]

কোম্নুবু মাগী লৌচংকী মরমদা খম্নরুবদা কাওবনা তুকৎচবসি—

"ঈ-নাই-না পুমথরবা অশিবগী হকচাং অদু য়াদা ইনবা; অমাংবনা খন্নবা—হন-না প্রিক-প্রিক শৌরবা অমাংবা অপুম্বা কোমদা খদাং য়ৌনা ফুম্বা, লাকসিনবমুক তুকচবা পোকই।"[৫৩]

---

৫২। '—কোম্নু'; লাঃ ২৯
৫৩। লাইমিরকদি; লাঃ ১০৬

হকচাংদা ফাওবা প্রমাননি। অসিগুম্বসি ফজরবদা, সুংশিবদা, সুংঙাইবা অমদি য়াবদা মতা চা-না চা-না য়াওরি। ফজরবা থুৎইনি। অঙাংহলগী তোপ্তোপ্পা মগুণ অমনা য়ারেংগী থুৎইদম্ব তাংথক নাইবগী ছন্দ তাবগী ঈচেল অমা য়াওরিবসিনি। পণ্ডিত অতোম্বাপু শর্মগী য়াহৈদা হায়রগা "লাইরিক অসিগী ইথাইদগী তোঙানবা মগুণদি লাইরিক অসি ছন্দ পান্দুনা লেংবা নত্তে। অত্তুমদি ওইরগা কবিগী মহৌশাদগী থোকচরকপা জাৎহন্দ অমনা নপু্না মতুং ইনলি। মতুবু মৈতৈ সাহিত্যগী মরোন থিবিকনা তেংবাংহনা পারিবা অমসুং তারিবা মী থুদিংমকপু থমোইনা রসকী মশক লৌহনা পেনহনলি। মসি কবিত্ব শক্তি লৈতবা মীনা পংনা তানবা ফংবা মগুণ নত্তে।"[৫৪]

ফোঙদোকপগী মতাংদদি চৎনবী মওংগী অত্তুনি। য়ারী লীথবগী মওংদা অত্তুম লৈ। পাত্র মশেনগী য়াবী-য়াতাই য়াম্না য়াওবা নত্তে। শীংথাবনা নম্না য়াওবা মওংনি। পন্দুপ মচা কয়ামুক্তা অমদি শৈরেং মতেক-মতেক থরদা দর্শনগী ওইবা য়াকম অমদি ব্যাখ্যা ময়েক শেংনা শীজিন্নে। কায়বা নত্তে; রসকা লোয়ননা বুদ্ধি-লৌশিং শীবগী লমদাং অমনি। লোক-সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইবনিনা অশেংবা পুন্সিদদি অত্তুক হান্না চান্নদবা থোদোক-য়াথোক পুশিল্লি। ব্যাখ্যা থোইনা তঙায় ফদবা নত্তবনিনা শন্দোকপা ইথেং থেংনদ্রে। য়ারীগী থোঙজেল য়াম্না য়াঙই। অথঙবগা ওইবনিনা কিশি-কি-কি-হনা পুবগী কান্নবা লৈত্তে। শীংথাবনা হেনথিবনা ময়াম পোঙবা হায়বত্তুদি নত্তে। অত্তুবু অরোইবদি থংকক ককপদৌনা তৌই। অরোইবা ফল শীবগী মতাংদা চরা চরানা থোকই। য়াম্নমক য়াংলবা থাক্কী উপন্যাস হায়বত্তুদি ওইদে। মণিপুরী সাহিত্যদা লৌনা অমদি হৌজিক ফাওবদা তাঙনা থোক্লিবা মচল অমা ওইনা অমদি অহৌবা অমা ওইনা চাউনা মকম লৈগদবা 'য়াইথিং কোল্লু'নি।

৫৪। '—কোল্লু'; (য়াহৌদোক) 'য়াইথিং-কোল্লু'

## তরুকস্নুবা মতাং

# অঙাংহলগী লীলা

### অহৌবা মতাংগী লীলা অমদি অঙাংহল

মণিপুরীগী ইহান হানবা লীলা 'নরসিংহ' অসিনি। মসি খৃষ্ট-কুম ১৯২২ দা ইবুংঙোহল সিংহ লাইরেনমযুমনা ইবনি অমসুং ১৯২৫ দা (সেপ্টেম্বর তাং ৩০) ইহান হানবা ওইনা শান্নবনি।[1] মসিগী মমাঙদা শান্নরম্বা লীলাদি বেঙ্গলীনি নত্রগা বেঙ্গলীদগী হন্দোকপনি নত্ত-নত্রগনা বেঙ্গলী লীলাগী চপচাবা শক্তম লাকতুনা শান্নবনি। লীলা উৎপা য়েংবগী মওং অসিদি চাউরাক্লা ১৯০২-৩ অহুম্নাইদগী চঙলকপ্রবনি।

নরসিংহ (অরা-ওম্বা)[2] লীলা অসি মায় পাক্লা শান্নখিবদগী লীলাদা হান্নদগী থরায় য়াওরকপা মণিপুরী কয়ানা মণিপুরীদা লীলা মথং মথং ইহুনা শান্নবা হৌরকখি। মতমগী ভাবোকনা য়াম্না লুনা তৌবদগী লীলাগী মীওইশিংদা অনৌবা থৌইনশিন পীখি। অহুনা ডাঃ কমলগী 'দেবযানী'; দরেন্দ্রজিৎকী 'ভাগ্যচন্দ্র' অমদি 'মোইরাং থোইবী'; ললিতকী 'সতী খোংনাং' অমদি 'অরেপ্পা মরুপ'; মীনকেতনগী 'সীতা বনবাস' অমদি 'তোম্নু লাইজিংলেম্বী' ইবুংঙোহলগী 'বভ্রুবাহন পোকপা' অসিনচিংবসি মনম মনম থোকলকখি। পুম্নমক অসি মকম কয়াদা হম্না-হম্না শান্নখি। অপুম্না পৃথিবীগী অনীশুবা লাম্বাওনা মণিপুরদা য়োরকুনা কাং-থোং চাইবগী মতম কাওবসি, লাঙতিঙৈ মসুং কাওবা

১। নরসিংহ, 'ভূমিকা', ১৯৫২

২। লীলা অসি 'অরা ওম্বা' হায়না থোনবম্ন য়ানীংবগী মত অইবনা কোঙ-দোকই—মথক্কী 'ভূমিকা'দিদা।

য়াওনা, চথে। লাঞাওসু অমত্তা নত্রে ; অনীনি। পৃথিবীগী ওইবা অমা, অমনা ভারতকী ওইবা নীংতম-লাল। অনীমক কনথ্রবা ঙাক্তনি। মণিপুরসু লাল অনীগী মতুং অসিদা দোন-মোন হাইবা য়াওরিবনি। অহবু সুংঙাইরিবা অমদি লাল মরক্তা মণিপুরী সাহিত্য লেপথিদে মণিপুরী লীলাগী ঈচেল থৎখিদে। য়ামত্রবদা অঙাংহলগী (ইবেম্মা, পোক্তবীনচিংবা, ১৯৩৯-৪০ দা), দরেন্দ্রগী (ভাগ্যচন্দ্র, ১৯৩৯ দা) লীলাশিং থোকখি। লান চেল্লিঙৈদনি অঙাংহলনা 'থম্বাল' কম্না শিন্দোকখিবা। অসুম্না লাঞাও লোইরবা মতুং কাওবা মতাং থরা চথখি। মতুংদা লালগী চরাংনবা লোইখিহ্না তং তাবা পুন্সি অমা হৌরকপা অহুদগী কলাগী কায়াৎ পুম্নমক্তা অওনবা লাকখি। লীলাসু হান্নগী মওংদগী খেন্নবা লাকপা হৌখি। অপুনবগী ওইনা চাউনা ওনখিবদি নীংতম্মবা মতুংদগীনি। মীৎয়েং অসোমদা য়েংলগা থরা হাইদোক হাইজিন তৌরবসু চাউরাক্না ১৯২০ দগীনা ১৯৫০ হায়বদি চহী ৩০ অসি মণিপুরী লীলাগী অহানবা তাঙ্কক ওইনা লৌবা য়াই।

২০ সুবা চহীচাগী অহানবা তখায় অসি মণিপুরী লীলাগী মশক অমা লেপচবা মতমনি। মতম অসিগী লীলাশিং অসি শান্নবা ইবা (প্রদকশন ওরিয়েণ্টেড) ঙাক্তনি। শান্নবা ইবা লীলাদি ভাবোক্তা য়ুম্ফম ওই। ভাবোক্কী লকা য়েংহুনা পুথোরকখি ইতিহাসকী, ফুঙ্গা-য়ারীনচিংবগী (কোক, লিজেননচিংবা) পুরানগী অমদি মতমগী সমাজগী ওইবা লীলাশিং। ঙাইহাক পোথাবা অমদি সুংঙাইবা হায়বসিনা লীলাগী লমজৈ ওইখিবনিনা লীলাগী কায়াৎশিং লোইনা চম্না ফজবা ঙাক্লি। তাঞ্জা কংলবসু কংনা, কংদ্রে লৈথোক-লৈশিন তৌহুনা শেম্মগা ঈশৈ, জগোই অমদি ফাগি মচেৎ মচেৎ হাপ্লা অসিসু কায়াৎ ওইনা লৈখি। কীজেৎ লৈতেংদা, য়াঙাং শাঙাংদা থকহনবা অহুগা নত্তে হান্নবা থঙন থঙনা মানি নত্রগা মাল্লি হায়বসিনা ভাবোক্কী পুক্লিং চিংশিন্নবা মচাক ওইনা লৈবা মতমনি। চীং পাৎ তুরেল উ য়া য়ুমকৈ

হেক য়ারিবমথৈ মান-নবা লাক্লবদা য়াম্মক থয়ায় য়াওনবা মতাংনি।[৩] ইচম চম্বা পোৎলম অমদা মাল্লি মান্দে ঙাংনবদা য়া অমা ওইনা লৌনবা মতমগী সমাজনি। য়াঙাং শাঙাংদা লৈশি-লৈথোনবা, ঙাংবা মতমদা শেম-শাহ্নবা লাউ-থোংহনবা ভাবোকলোমদদা মায় ওনশিন্নগা ঙাংবসি মতমমতুগী চৎনবা ডাইরেকশন অমনি।[৪] শোয়দনা শান্নরগদবনি হায়বগী থাজবদা ইনবনিনা তাঙনা থোক্লবা আর্টিষ্ট মশীং য়ামহন্দবা য়াম্না য়ানা থোক্লিবা হুপী নেকপগী অয়াবা লৈবনা মরু ওইবী হুপী য়ারিমথৈ হন্থহনবা (করিগুম্বা কান্দা হুপানা হুপী শাবা য়াওথি) অসি মরু ওইবা মীৎয়েং অমম্ব ওইথি। লীলা অয়াম্বা ইকোং-কোংবা পাউতাক অমমম ঈরোইনৈ। মকা লামনা নোকহনবা থমোয় শোকনা কপহনবা অসি শেল তিংনা য়েংবা লীলাগী মহাও ওইনরম্মী। য়াহং পুহ্নবা লাক্লোইদবা চুম্না ময়েক শেংনা তরু-তরু লাকদবা ভাবোক্লিনা লীলানা য়াহংম্ব পুহনখিদে। তরু-তরু লাকই অহুদা ইয়াং য়াংনা হমখি। ভরত মুনিগী নাট্যশাস্ত্রবু, থঙনা নত্রবম্ব থঙদনা, শেংনা পূজা তৌরিবা মতমগী লীলা ঙাক্লি। মরু ওইনা পনবা য়াবা অমদি মতমসিগী লীলাদি হিদাক নত্রগা অমৃতনি; য়াম্না থৌবা, শীজিন্নবা শোয়রবদি থুং শোকন্নবা থূৎলাই নত্তে। নৌরিঙৈ মতম অসিদা লীলাবু থূৎলাই ওইনা শীজিন্নগে হোৎনরম্মীবসি অঙাংহলনি। সামাজিক লীলাগী মরুওইবা লমথুংদি সমাজ (মতমগী) মশক থঙবা অমদি চা-নদবা শরুক

---

৩। ১৯৭৫ দা নোংমা সাহিত্যকার (লৈখিত্রবা) ভাগ্য সিংহ য়েংথোইবনা, উন্নরুবা মতাং অমদা পনবিখিবদা অঙাংহলগী লীলা অমদা (পোকবী শোয়দনা ওইরমগনি) চৌংগী সিন অমদা চৌং মায়নবা ফাল-চৌকীনচিংবা লোনথৎলগা কীনা কুপ্নগা থমদা শোয়হুনা থেংনুবদগী মীংথায়রক্লনা য়া থোক্লখি হায়বসিনি।

৫। ফুল-ড্রেস রিয়ার্সেলদা লাউনা শংহুনা ঙাংমনখিবনা থোন তাথোকখিদনা পাওথোকলা মথোক মচানা থনাও তেংথন চুমথোক্লবনা কোজায়নি হায়না সাহিত্যকার ভুজনচন্দ্র শর্মানা কাগিগী শরুকমদা পনবিয়ম্মী।

মকম থওনা শেমদোক শাদোকপা অসিনি। অঙাংহলগী লীলা অনীমক-ইবেম্মা অমদি পোক্তবী-সামাজিক লীলানি। থাবল চোংবী[৫] লীলাসু সামাজিক ওইরম্মা য়াই। কমলগী দেবযানী অমদি ললিতকী সন্তী খোংনাং অমদি অরেপ্পা মরুপতা সমাজগী চেতনা (কোনসসনেস) খরদি উবা ফংই। অদুবু মুংশিবা য়ারী অমদি পাউতাক্লা মরু ওইখিবগী য়াকম অমা লৈ। মমি তাখিবা হায়রবদুনি; অদুগা অঙাংহলগীদনা হাকথেংনরিবা সমাজ অসিগী লোয়নবদা মুংঙাইতবা লীচৎ খরা অপানবা উৎপা অমদি নৈনবগী লমদাং অমা য়াওরি। য়ায়া হেন্না, মরু য়েঙনা হঙীন্দুনা ফুক্তোরকপদি নত্তে। মদুগী য়াখলমকপু নৈরমদবা য়াই। ময়ামগীগুম থৌদোক্লা মরু অদুম ওইরি। অদুবু পাত্রবু হায়রবদি মীওইববু, সমাজগী কায়াৎপু মমুংলোমদগী য়েংনদুনা নৈনবগী মওং অমা য়াওরি। ময়ামগী ওইবা তাইবং লীচৎতা অশোয়বা অশোনবা পুখোক্লবা অমদি নৈননবগী অপাম্বা অমা অঙাংহলদা য়াওরি। চথরকপা আদর্শগী ঈচেম্মা ময়ামগী ওইবা যথার্থ অমা উৎকে লাম্বোকে হায়বগী অপাম্বা অমা য়াওরি। মতম অসিগী মায়বা মগুণগী হোনবা পাউতাক অদুম য়াওরি। অদুবু পাউতাকী ওইনা ইবা নত্তবা অদুগা পাউতাক অদু মশানা লীচৎকী মতুংইন্না তাজরকপা ফল ওইনা থম্বগী মমি

৫। থাবলচোংবী (অমদি নিমাই সন্ন্যাস) খুৎই ফংব্রে। লীলা ওইনা য়েং-বিহোবা অমদি শান্নিন ফংবিহোবা কলাকারশিং মরুওইনা মীনকেতন, ভাগ্য, অরেকপম শ্যামসুন্দর, মুক্তনচন্দ্র শর্মা, নচিংবনা হায়বিরকপা মতুংইন্না লীলা অসিহা থাবলচোংবনা মতমগী নহারোলশিংনা ঙাওশিন্নবা চুরুপ থকপনচিংবা মুংঙাইতবা লীচৎ কয়া উৎপনি হায়বসিনি।

মতাং অসিদা য়াকম অমগা অমুক, নেত্রজিৎ সিংহনা অঙাংহলগী লীলা অনী নিমাই সন্ন্যাস অমদি থাবল চোংবী—অসিদি ফম্বাক্তা শায়বা লীলাগী মওং নত্তে; মমাং লীলাগী মওংদা অহাংবা মকম অমদা অদুম শায়বা য়াবা মওংনি; অদুগা মমাং লীলামকসু নত্তে হায়না তাকপিরকই। অকক্লবা খুৎই (Script) দ লৈ

হায়। মাংঙবদিনা তাব তাবাক্তে। অদুবু লীলা অমনি হায়বসিমদি শোয়ব্রে।

অমা য়াওরি। মসিগী ঈরোল্লননা, অমনা নরসিংহ, ভাগ্যচন্দ্র, মোইরাং খোইবী লীলা খনবাসনচিংবা ভোগ্লোপা মঙাল ভারবা মীওইশিংগী খোঙনা-খুৎনা লাম্বদা য়ারবা কঞ্জরবা শক্তম কয়াগী মহুত্তা হৌজিক হৌজিকমক সমাজদা ভোবোৎখদানহনা লৈমিন্নরিবা অমত্তগী ওইবা পুল্সি অমা লেনমিন্নরিবা ইবেম্মা বিজয়, লৈমতোন, কুমার, শীজা, যাত্তিনচিংবা মীচম কোজাই পুথোক্লুনা কম্বাক্তা উৎনবা লাক্লরি। ভোগাম্না লীলা উৎপগী মহুত্তা পুন্নমক লীলা শান্নমিন্ননবা অপাননা লাক্লরি। মীচম-পুল্সিদগী লাপ্পগা ভমজনফম মঙালনা কুপোক্তলবা সংস্কৃত লীলাগুম অত্তোন-অরেং ওইনা লৈবগী মহুত্তা অঙাংহলগী লীলা মীচম ভাইবংগী ওইনবা লাক্লরি। অশেংবা পুল্সিগা নকশিন্ননবা লাক্লরি। অনৌবা মখলগী সাধনা (মহোৎনা) অমনি। লাম্বোকপা পুথোক্কপগী মওংদা (টেক্নিক) অওনবা পুরক্লবা হোৎনবদি লৈক্তে; মান্নবা উচন অমত্তগী ওইনা অহুম লৈ। অদুবু রারী-রাভাইদা অশেংবা ভাইবংগা হেন্না নকশিন্ননা খোক্কপগী মওং অমা লৈ।

লীলা উৎপগী মতাংদসু লায়খোকহন্নবা লাক্লে। লালাগী রারীগী মতাননি হায়বা ভারগসু মপোৎ-মচৈ ইচঙ চঙহন্দনা মৈগী পাক-চাউবা কলগী মকম ইথম থমদনা য়ানবা মওংদা ইবনি। ডিরেক্শনসু পঙলু লুবা য়াওদে। চাউখোক্লা পাক-শনবা সাজোনগা লোয়ননা উৎপা য়াবগী মওংসু লৈ, লৈতবা নত্তে; অদুবু ইচম চম্না লাক্লবসু থোইনা কায়রক্লা লৈদ্রে। মঙ্গ চাউদবনা লীলাগী ফলদা কায়রোই। মতম অসিদা চথরিবা লীলাগী খুৎই অমদি ফম্বাক্তা পুথোকপদা অঙাংহলগী খুদোল চাউবা লৈ। মতমসুগী মায় পাক্লবা লীলা পুথোকপা মীওইশিংগী মসুংদা শীংথাদবা য়ারোইদবা অইবনি।

আদর্শগী মতম অসিদা য়থার্থগী মমী অমা অঙাংহলদা ভম্মী। ঈরোল্লননা লীলাবু সমাজ লেমদোক শাদোকদা থোৎলবা অমদি শক্তি

লৈরমা পাউবে মফম ওইরকবা হোৎনবা হৌবগী ঈরাং অমা উনি। সামাজিক জীবনদা অহেৎবা মায়ওন অমা পুরকপা মশেংনা ময়ুরি।

## সমাজগী ওইবা মুমৃকম (সোসিয়েল বেকগ্রাউণ্ড)

কুনমুবা চহীচাদা (অহানবা তথায়) মহৈ ওইনা কংলবা মমাগুণী চহী চা কয়াদগী মপান-মউ লিংলক্লবা অতুগা মতাং মতাংগী পোইরৈদগী মফম মফমদা ওল্লকপ্রবা সমাজগী মুমৃকমদা অঙাংহলগী লীলা থোক-খিবনি। সমাজদগী লোবা মচাক অমুক মুংদোক্লগা সমাজদা পীরম্বা পোথোকনি।

যুগ অসি ভারতকী অমদি পৃথিবীগী ওইবা লাল অনীনা মতম কনা কন্না নৈরিবা মতাং ওইরি। লৈঙাকলোন্দা পুমনো নোবা অওনবা অমা পুরক্লবা মায়কৈ খুদিংদগী মানা মানা পাম্বা লম্বেলদা হোৎনরকপা মতমনি। অরিবা লৈঙাকলোন থুগায়রগা অনৌবা অমা শেম্বা হৌরকপা মতমনি। লৈবাক কনমু কনবা অতুগা শেমমু শেম্মকপা মতম্লি। অরুবা তানকম্লি। বোম-তোপকী, হিংসা-অহিংসাগী খোঞ্জেল নোংম-নোংমগী অমুম কনখৎলকপা মতম্লি। চরাংনবা মতমনি। মুংঙাই-রিবদি লানকমগী লাল্লক অসিদা মণিপুরী সমাজ অমদি সাহিত্য অত্তেবা শমুগুম লীরী থোইরীনা অতুম চথরি মানা চৎকদবা মায়কৈ অমদা। শাগী-লানগী ঈরাং-ঈথকনা কল কৈমু কা হেন্না পীখিদে। হৌনবম্লি, সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতিদদি মপানগী পোৎলম অমনা মুৎইচ হেক নম্বগী মৈ খংঙান তানবৌনা কল খংতা তাহনবা তৌদে। তানমদি নত্তে অতুগা ওন্দবমু নত্তে। তৌবতবু তগ্না তগ্না লেওই হায়বা অথ্রমনা কাওহন্দনা ওল্লি। ওন্দবমু য়াদবম্লি ; মহৌশাগী লৌকলম অমুনি। লৈঙাকলোন অমদি পথাপকী মতাংদা শাগী লানগী মঙাল মরেক লেংনা উহে অতুবু লৈঙাক পথাপকী অহল্লমন অমা

ওইরিবা রায়েন লোয়শঙগী অশেংবা অমদি অরুবা শক্তম মচা থায়না উই। রায়েন লোয়শঙ অসি মনা অমদি দণ্ডিগী মতাংদদি মমীৎ থুমজিল্লি অছুগা অচুম-অরান থিবগী মতাংদদি মহাদেবগী অহুমম্পুবা মমীৎ ফাওবা য়োনা পাঙবা, সমাজগী কায়াৎ অমনি। লোয়শঙ অসি ময়ামগী কি-হজোইগদবা য়েক্লবা নত্তে লুনা চান্না তিমগদবা অশেংবা মরুপ্নি হায়বগী ময়াম্না খঙনকাক্লিবা, খঙবা য়াওরবশু মরম কয়ামুক্তগী থৈয়ায়নবা থম্লিবা রাকম অসি মচা তা-না তা-না য়েংবা য়ানবা দৃশ্য কয়া লীলাগী ফম্বাক্তা থাঙ্গৎলি। শিদ-হিদাক মোন-থাঙনরগা অয়োইবা য়াহিপ তানজবা হৌনবা নত্তে। খঙবদি চুম্মী, শীজিন্নগদবমক্নি। লীলা অনীনা শীবা পাউদমদগী মতমসিগী মহৌশাগী অমাদ শেমজিন শাজিল্লবা পথাপকী মওং-মতৌ ময়েক লানা উবা ঙম্মী। নাগরিক অমা ওইবগী লৌকম থোকপা খুদোংচাবা লৌবগী থৌইনশিল শীবনি। অইবা মশা মতমসিগী রায়েন লোয়শঙদা বাজে মোহোরী ওইনা লৈরকপনিনা মওং মতৌ লোনচৎ নীংথিনা খঙই; মসি মী থরদগী নত্তে পূন্নমক্তানি হায়বা উৎলি। নিংথৌ পাজরবশু গনঙন্ত্রগী মওং চৎলে হায়বগী মওং উৎলি।

ধমগী মতাংদা লীলাশিংদগী উবা ফংলিবসি হিন্দু ধর্মগী গৌড়ীয় সম্প্রদায়গী বৈষ্ণবকী লীচৎ অসিনি। মতম অসি হিন্দু ধর্মগী ফল তাবগী মহুত্তা ধর্ম অসিগী তোপ্তোপ্পা শক্তম অমা পুরবা চাউরবা সমাজ অমা লৈরম্বনি। মৈদিংঙু গরীবনিরাজ সনাহাক্তক্তা পাক শন্না শন্দোকপা হৌপ্রবা ধর্ম অসিনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মন্না চেৎহল্লবনি। লৈবাক নিংথৌগী ধর্ম ওইরম্বনি। মৈতৈ অমনা থোক্লকপদা ঈরু-মায়থছনা চন্দোন-চন্না থিন্দুনা 'কন্থিমালা' (ইবেম্মা লাঃ ৩৮—৩৯) শিন্থনা মশা-মশাগী শক্তমদা অপুনবগী শক্তম পুনরবনি। শ্রীহরি, বিষ্ণু, শ্রীধাম লেখা (পোক্তবী লাঃ ১২৬) অসিনচিংবা অথন অথম্রবা মশক-মওং

(কনসেপ্ত) পুরবা রাহৈশিং অসি অতম্বনা খল্লুবা, লেপ্লুবা লৈতনা চীনদা পুনরবা মতমনি। হিন্দু ধর্ম অসি অনৌবা নৎলক্রুবা অমদি নল্লিবা মতাং অমনি। মতমসিগী সমাজনা করিগুম্বা মথলগী রাকং অমত্তা ত্তৌদনা করিগুম্বা মওংগী অপনবা অমত্তা পীরুবা ত্তৌদনা পোকপদা লোয়নরক্লবা কায়াৎ অমগুম লৌরবা মচল অমা ওইরবনি। ধর্মগী মতাংদা রাখোক, মৈপোক-লাংহৌ অমদি সমস্যা করিশু লৈতবা মতাংনি।

কব-কত্তুবা, চুম্ব-লানবগী রাকম নত্তবদা য়ুগ অসিগী মগুণ অমনা হিন্দু ধর্মগা মৈত্তৈগী হান্নগী লৌচৎকা য়াম্না চান্ন-চিন্ননা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নন্নিবা অসিনি। মন্দিরদা মাংগোপতা সেবা অতুম মচৎনরি অতুগা সনামহী লৈমরেল হান্নগুম থাজনা থাগোন্নরি। হরি নামগী মন্ত্র লৈরি অতুগা পোংশেম যাতুগী মাইবা-মাইবীগী লাইরা-ত্তিলন্নাগী মহৈদসু কন্না থাজনরি। থাবল কন্না চোংলি অতুগা থাবলগী ঈশৈদা, থাবলগী শৈহেক্তা বৃন্দাবন অমদি নবদ্বীপকী লীলা কয়া, শৈথারি—

হরি হরি বোল (হে-হোরি)
হোরিবোল রাওশং মৈথারে
কৃষ্ণ অবের ত্তৈনরে
মীচং-মীচং নাইনরে
অঙাংবনা লৈত্তেংলে।।
অনীগুবা বৃন্দাবননি
নবদ্বীপকী ঈপাকনি
ভক্তনা কাওশিং ওইথরে
প্রেমগী ঈথক হোৌথরে।।[৬]

৬। পোক্কবী। লাঃ ৪১

অমুম্না লৌচৎ অনী অসি ঈশিংগা থাউগা নত্তে শক্তোমগা ঈশিংগা লৈমিম্নবদোনা মণিপুরী সমাজদা লৈরি। ধর্মগী লমদা সমাজ অসি শান্তিদা লৈরি।

সংস্কৃতিগী মতাংদা মণিপুরগী মশাগী ওইবা লৌচৎকী কাম্বাক মরাঙ কায়না লৈরি। ইমুং অমদা অমদি সমাজগী থোক্লোক কয়াদা সুপানা মরুওইবি মকোক ওইরি। সুপা লৈনা লৈনা সুপীনা পুম্না ইমুংসু লৈতবদি নত্তে; মসিনা কাংখন মসুংগী লৌচৎ হায়বসুনি। কন্যা থুদিংমক বরগীদা থিল্লি লৈরি। য়াওং ইনবসু মচৎনৈ। কীবমগী রানি খোয়দানবা লৌচৎতি নত্তে। সুপীগী মরা লৌদবদি নত্তে অহুগা হেক তুপথোকপা য়াবা রাদি সুপাগীনি। শাগৈ-জাৎকী রাকম কল কয়ামুক্তা লোয়ননা চৎনরি। লৌনবা য়াবা য়াদবদা মুম্বালগোনগী চঙদবা য়াদবা যুম্ফম ওইরি। লুহোংবগী মথল নিপানমক, চাংদা থরা হেন্দোক হেঞ্জিনগী রাদনি. লোইনা চৎনবি। অহল-লমনগী য়াথংনা দেবরানী ওইনবি। নিযম ইন্দবা (এক্সেপশন) হায়বসিমদি ব্যাকরণদতা নত্তে হীরম থুদিংমক্তনি; য়ামদবগী রাদনি লৈতবা হৌনদে। নিয়ম ইন্দবসিসু নিয়ম অমনি। মো লুহোংবা, লুপ্রা লৌবা, তুমন লৌবা সমাজনা অহুম য়ারি। জাৎ তাবগী লৌচৎ অহুমা য়ারিব-মথৈ কোমথোকপ্রে লৈত্রবা পুঙমুৎ মুৎখিবদি নত্তে। লৈবাক নিংথৌগী রায়েনদমক নত্রবসু ইম্নোকপা লোথৎপনচিংবদা মসিগী শক্তম অমা অহুম লৈরি। ময়ামসু অহুম য়ারি। সমস্যাদি ওইদ্রে। ওইসু ওইহনদ্রে।

থাজনবী চৎনবীগী মফম চাউনা লৈরি। তৌহৈবা তৌহৈদবা হায়বগী রাকম মথল থুদিংমকী রাখন্দা মপান মরুগা কোমনা লৈরি। অক-লৌচৎ কয়া থুথারবা হুবানবা অমনা কাওবা লৈবাক্তা থাজনা চক-চক সুম য়ান্দুনা শান্নগুম লাককুম তৌবসি তৌহৈদে, থাং অহু লৈবাক্তা য়ানবিসু '(পোক্তবী; লাঃ ৯৫) হায়না খিংলি। তৌবগীদি

ছুয়ানবগীমু চাউরবা, তৌহৈবা-হৌহৈদবগী, লীচৎ অমা লৈ। কাঙ-লুপকী ওইবা চৎন লম্বেল (ইথিল্ল) লৈনৈ; নিয়মগী রানি। চঙজরকপা মীবু, য়ুমদা লাকপা মীবু কনমক য়েক্লবা শকথঙদবা ওইতুনমু, চঙজকম পীবা, ঙাকশেনবা, তরাম-তরাম তৌবগী চৎনবী ময়েক শেংনা লৈরি। ঙাংথোকথিবা রাকম অমদি শকথিবা রাশক য়ায়মক মমল লৈনা লৌরি। চীন্দা নত্রগা থোক্লুনদা শিবগী রাকমনা তাইবংগীনি। মহৌ-শাগী লীচৎনি। 'সত্যনা সাথী', 'কন্থিমালা' 'বিষ্ণু-বিষ্ণু' অসিনচিংবা শরিগী মমল চপ চানা লৈরিবা য়ুগনি। হিদাক থকপা (মৈথু শীজিন্নবা) অসি হুপী হুপা অনীমক্কী ওইনা ফোংনা অতুম চৎনৈ। চুরুপ অমদি বেরী অসি ইজ্জৎ লৈবা লৈবাকমচা তাবশিংগী লৈত্তেংপোৎ ওইনরে। মতমগী ঈথিলনি। রাঙাং-শাঙাংদা নহা-অহল খায়দনা ব্যবহার তৌনবা চঙদবা রাত্রবা লৈবাক্কী চৎনবীনি—জাতি অসিগী তোঙানবা মওংগীনি। থক্কী অহনগী মিং পন্নদবা, পনবমক তারবমু মমাঙদা লৈত্তেং রাহৈ খরা হাপ্লবা, নও-মা হায়দনা পন্নদবা অসি ফজবা চৎনবীনি। থুরুম-লৈপাইগী রাকম সমাজদা মতা চা-না চৎনরি। নিংথৌ পাল্লিবা সমাজনিনা অঙম-অথৌ, লৈম-শিজ, শনা-লৈমগী অথন্নবা মকম লৈরি। ব্রাহ্মণ সংস্কৃতিগী ফল পাক শন্না তারিবা সমাজনি। হুপী সমাজদা মতীগী থুদা অমা থন্নরি। মাইবী-পাজিগী লমজীং-লমতাক থাজনা ইল্লিবা সমাজ অমনি। রারী-লাইরিক তাবা, থাবল-লিক্কোন, জন্ম-কর্ম, বারুনী, ঈশৈ-জগোই অসি অন্না-হুংঙাইগী উপাই ওইরি। লীলা-পালাগী ঈরাং থোইনা লৈত্রি, মমি তম্বদি হোরে। ধর্ম-কর্মগী ওইবা কুম্মৈনা মরুওইবা কুম্মৈ ওইনরি। অমগা অমগা মত্তেং পাংনতুনা অমনা অমবু য়েংনতুনা পুন্না হিংমিন্নবগী চৎনবা অসি কাঙলুপ থুদিং-মক্তা লৈ। পাপ-পুন্য অমদি প্রাইশ্চিৎকী রাথলনা লনাই অমদি অপুনবগী থৌরম থৌদাংবু মমায় কন্না চুম্মি অতুগা লাইবক্তা য়াম্না কন্না খাজনরি। আদর্শবু আদর্শগী থাক্তা থন্নরি নত্রগমু য়ামত্রবদা

আদর্শদা থম্মনবা লাক্লরি। ধর্মনা মায় পাক্লি অচুম্বনা মমৈদ-মমৈদা লাকচরি। অহোংবা কয়া নৌনা লাক্লবসু ঈংনা তপ্পা চথরিবা সমাজগী যুগ অমা ওইরি। অহোংবা কয়াসু তরায়া তৌনরকপা মতমনি।

অনৌবা অহোংবা কয়ামুক লাকপগী মমুংদা তঙাইফদনা শীংথাবা য়াবদি নোংচুপ্লোমগী মচাউথৎ অমদি মসিনা লোয়নরকপা মহৈ-মশিং (ইডুকেশন) অসিনি। মহৈ-মশিংগী মতাংদসু অমুক্তা মরুওইনা শীং-থাবা তাবদি স্কুলগী লাইরিক-লাইসু তম্বা অসিনি। স্কুলগীদি হান্নদগী তমহন্নরকপগী তমহন্নরকপা পুন্নমক্তা তমহন্নরি। অচুগা স্কুলগীদি অরিং-অরাংনা থোক্লিবা হীরম অমা ওইরি। ফিশা-লোনশা অমদি ঈশৈ-জগোইনচিংবা কলা কয়া হান্নদগী অচুম থাকুনা লৈরি। অচুগা স্কুলবু লাইরিক পাক শন্না তমহনবসিমদি যুগ অসিগী মনা অমা ওইনা লৈরে। অইবা মশামক স্কুলমচাগী স্কুল অম লিংথৎনবা মায় পাক্লা হোংনখিবা মীওই অমনি। স্কুলনা লাইরিক তম্বা চৎনহল্লি মতম অসিদা।[৭] হৌজিক লৈরিবা অরিবা স্কুলমচাগী স্কুলশিং (তম্ফাসনানচিংবা) অসি যুগ অসিগী থুদোললনি। মসিনা হান্ননা থরগীমথৈ রাংনা লৈজরবা মণিপুরী স্কুলগী থাক অসি রাংথৎহল্লি। ফবা-ফত্তবা মী মশাগীনি অচুগা ‘ইবেম্মা’দা বিজয় মীরৈবাক্তা ফাওবা মহৈ তম্মুই; ‘পোক্তবী’দা যাত্তি লাইরিক তম্মী ঠিকাদারনা প্রাইবেৎ তম্মী। যাত্তি মরোমদোম লেপচবা ওম্বী স্কুল অমনি থুংলেপ্তু পামদবগী রানা অমনি। স্কুল অয়োকপা জীব নত্তে; মীনি সম'জগী কায়াৎ অমনি হায়রবসি খঙহল্লকপা যুগ অমনি। মৈতৈ স্কুলদি হান্নদগী হৌনা নীংতম্মকপনি।

৭। সাহিত্যকার টি, থোইবী দেবীনা, উন্নরুবা মতাং অমদা ‘ঐথোয়না লাইরিক তম্মকপসি মহা লাল অমনি। মাংহ হান্ননা কাওবা হায়রিবসী। স্কুল কাবদা শেৎপা ফি-রোল হোংদোক্লনা মাথোন কাচিন্দা থন্নগা থোঙ-থুৎ হাব-থোক্লগা ইমুং চঙই; ঈকরথোক্লবদি চাকথুম চঙহন্দবা মাওই। মীনা অরিং-অরাং ওইনা উই।’ হান্ননা তার্কপিরকখি। হায়রিবসি ১৯৩০ শিংগী রাকখি।

অহুবু মুপাগদি থোং মাময়ক্তে। মাম্নবা পোরম শীনবা যুগ অসিদগী হৌবনি। নোংচুপ্পোমগী লাইরিক-লাইস্নু ভম্বদা অপা-নবা বিজ্ঞানগী লম্বেল অমা য়াওরি হায়বসিমদি য়াদবা য়ারোই। লম্বেল অসিনা হীরম খুদিংদা অনৌবা মীৎয়েং পীরি হায়বসি শেংলবা য়াকয়ি। কত্তদনা মীমক হাৎলবস্নু হাৎপ-তুপ্পগী কত্তবা লম্বেল অহুদা চুম্না চৎনবা মীৎয়েংদি পীরি। হিংহনবগী মতাংদদি করিগী খুরক হাংলুনি! অক-কত্তগী শক্তি মকম মতমগীনি। মরকায় অমদি প্রজানা থম্নায় য়াওনা হোৎনরবা শিক্কানি।

অনৌবা খোঙথাং অমনা যুগ অসিদা শেলগী মকম অসি থংহেন হেনগৎলকই। শেনদি শেননি, লাইফাওবা পৈশা তঙায় কদবনি— মহৌশানি। হৌখিবা যুগশিংদদি পৈশা অসি মীগী মনাই ওইরম্মী অহুগা মতম অম্নিদনা মী অসিবু পৈশানা লৈররে। শেন-থুমগী তাইবং (মেটরিয়েল ৱার্ল্ড) গী চাওশিনবা খুমাঙ অমনি। যুগকী য়াওননি। চাউপ্রবা থৌদোক্কি; য়েংহনা লৈবা নত্তনা উপাই লৈবা নত্তে। অঙাংহন্নগী লীলাশিংদা পৈশানা ওম্বোক ওম্বোকপা থবক তৌহল্লিবনি। পৈশানা অনৌ-অনৌবা শক্তম লৌরকপা অমদি লৌহল্লকপা থিংলুবা ঙম্বা য়া নত্তে। নীংখায়রবা পললি হেন্নহুম মপাং থেংনা য়ানখায়বা তারবনি। ঈরোইবা হৈবস্নু হৈত্তবস্নু ২০ শুবা চহীচাগী অরোইব-সিদদি সাহিত্যগী তাঙ্কক পুন্নমকসি চরম য়োনরে। ২১ গী ভত্থায়দদি, খোঙয়াং অসিদা চত্থরগদি, চিংখত্তুনা মবুক্তগী ওখোকহন্দুনা লারেংনবা কংকাল কাওবা পৈশানা লৈরবা য়াই। পৈশাগী মমল অম্নুম অম্নুম মাংলকপা মতাংনি; অরাম্বা ধাতুনা শারম্বা পৈশা অয়াংবা চেগী নোট ওইনা থোক্লকপা মতাংনি—

"লুখোয়—ইহে (লুপা ১ শীবা) লুপাগী নোট হায়বহুনে ঙসি ঙয়াংতা চৎনরক্লিবনি—"[৮]

৮। পোক্‌বী; লাঃ ৫৬

অসিগুম্মবা অয়াংবা লুপা অসিনা হুমহুনা পুথিবা সমাজগী শক্তম মীলাম্পিংদা উৎলি। য়থার্থ হায়বহুনি।

য়থার্থগী মতাং অমা ওইনা, ওল্লকপা শক্তম অমনা, নুপা-নুপীগী কোমথরক্লবা মরী অসিমম্নুনি। থম্ব-থোইবী, য়াইরিপোক থম্বালনু মাইনু পেমচাগী মতমদা লৈরম্বা অপাম-নুংশিগী লেঙভ্রবা শক্তম অহু নীকলকপগুম্বা অমা তৌরকই; সীতা অমদি সতী খোংনাংগী 'সতী' অহু সমাজ অসিদা থায়নগী হনুমান ভারকপগী মওং অমা লাকই। চাম্নবা নুংশিবা অসি ময়াক ইয়াও য়াওরক্তবগুম্বা অমা তৌরকই। আদর্শগী ওইবা থাক্তা লৈবদি ময়াওরি অহুবু পাকতক্লবগী মীৎয়েংদা য়েংবদা লোন-লৈনবগী মরী অসি হকচাংগী ওইবা ভাহাকী নুংঙাইবগী ওইনা তৌরকই। মৌ লৌবা, লুখ্রাবী অমুক থাজবা, মন্না-মপুরোইবা লৈবা নুপী ভাংনবা মরুম্বা-মরুম্বীগী লীচৎ অসি খোইদোক্না হঙ্গোইনা খন্নরক্তবগী ফীবম অমা লাকই। নুপী লোনবদি মথায় থায়দনগী মণিপুরী সমাজদা চৎনরকই। লোঞ্চা লোম্থু প্লবগী মওংসু মরৈরম্মী মীওইবগী সমাজনিনা। অহুবু পনবদা 'ম্না নম্ব'গী ইঙ্গিৎ অমদি লৈখি। যুগ অসিদদি 'পামদে কমদৌনি ওইরেদনা' হায়বগী য়াংখোকহনবা মওং অমা ঈরোয়নরক্লি। ওক্ত লীচৎপুদি লাই হাক্তক্তগী চৎনরক্লবনি। অহুবু সমাজদা ফোংবা হোরকপসিগী ফীবমদি ভাঙলম্বনি। মপাম্মোংগী অমদি হকচাংগী মরীদংদা সতীবু নৌনা মমল লেপ্লবা য়াথল লাকপা হোরকই। মীগী মমল হম্বরকই। মসিদা পুন্সি অসিম্নু হম্বনা থোক-লকই। থন্নায়গী মমল হম্বরকখিবনা ইশাগী নত্তনা অতৈগীদি শাগুম্-ভাগুম্বগী ওইনা লৈবা হোরকপগী মওং অম্যা লাকই। মীগী মরল নমহুনা লৌবা, নুপী কোইবা, হুরানচীম্হি তৌবা, লূট-পাৎ তৌবা, অ্যার শাম্নবা মীহাৎ-মীপুন অসি মতমসিগী নুপাগী ওক্তবা লীচৎ ওইনা লৈবনি। নুপী শেম্বা, য়ুমদা অভোম্না নুপা পুশিনবা লেন-থুম মিকানবদগী

ময়ানী ইজ্জৎ য়াম্মোনবা ময়সিনচিংবস্রিনা জুপীগী নত্তু-গ্রাকুৎ ওইন্‌রম্মী। শঙ লিংদুনা ওক্ত লীচৎনা শেন্দান-লম্বী ওইরগী য়াদি উদে; অদুবু লৈরম্বা য়াবক্সী ইন্ডিংকি 'ইবেম্মা'দা (লাঃ ১৩৬) থেংনৈ। চুম্না সুম্ভ ওক্ত লীচংকী মঙং ওইনা পনবগী য়া ওইরবসু সমাজদা লৈবগী মঙং মাস্তি। লৈকমসু খোকই। অদুগা সমাজ খণ্ডনা ইকোং কোংনা লৈবগী য়াদি পন্দে। অকবা অচুম্বা ধর্মগী ওইবা লীচৎকী মমল কজনা লৈরিবা মতমনি; চৎপা নত্রগা কংবা ঙমদবনা অমনি।

শেন-থুমগী কীরম য়াম্না কবগী য়াকম লৈত্তে। য়াম্না ইনাক খুনবা অমদি চরা শাংনা হেনবা য়াবা লাইরবা লৈত্তরগুম্বনি। ঠিকাদারগুম্বা, অঙম-অথোগুম্বা শেল য়াম্না মরাঙ কায়না কোয়না শীজিম্নবা ঙম্বা মী কাঙলুপ লৈ অদুগা মশীংদি য়াম্বা য়া নত্তে মশানা তাবনি। চাক্নি-ফিনিবা লৈত্তবা হোৌনদে; লৈবা তাবনি; ইবেম্মদা চাক্নিবা উৎলি. ঙক্না খোকপা অথন্নবা পাত্র নত্তে। হায়ু-হাযুগী য়াক্ম লৈ। লমজা লৈত্তবা সমাজ পৃথিবীদা লৈবা হোৌনদে। ময়ামগী য়ানি। স্নিদুংশিগা লোয়ননা য়েংনৈ। চাকহোং-ঙাহোংলিবা মতম্নি সমস্যা অমা ওইনা লৈত্তে। ওক্ত-লীচৎ চৎপা খরগীনা মঙং অমা ওইত্রে অদুগা থূৎ-না খোঙনা সু-নোম্বা অসিনা ময়ামগী ওইবা শেন্দান লম্বী ওইনা লৈ। লোয়শঙ কাবা কোক্লুংগী থবক তৌবা মীদি পঙয়াম য়াম্বা নত্তে লৈত্তবসু য়াদে। লৈবা-য়োনবা অমদি লম্লোন-ইত্তিকী খুমাঙ চাঙ-শিল্লবা যুগনি। ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানীগী মতমনি লম্বী খোং অমদি চথোক-চৎশীনগী উপাই মরাংকায়না লৈরবনি। ডিমাপুর লম্বেল হেন্না ফনা শেম্মবনি। যুমলোম্নবা অত্তে লৈবাকশিংগা (রাজ্য)-কছার, অসাম অমদি অন্না অসিনচিংবা মরী নীংথিনা লৈরে। লম্লোন ইত্তিকী মরীদা নত্তে চারৌ-ম্নোরৌনবগী মরী ফাওবা লৈরক্লবা অমদি থোয়-দানরবা মতম্নি। জুপীদি লোয়শঙদা থবক তৌনত্রি; মপান খোক্লুনা

সু-নোম্বগী মতাংদদি সুপী হায়দগী মনীং অছুম তম্মকই। কৈথেন্দা য়োনবা লৈবগী থবক অসি সুপীনা নম্না তৌনবা সমাজনি। কৈথেন সুপীগী মকম ওইনা তৌরি। শেন্দানগী অচৌবা লম্বেলনি।

কলাগী লমদদি যুগ অসিগীতা নত্তে যুগ পুন্নমক্কী ওইনা কলাগী হীরম পুন্নমত্তা মশাগী তোপ্তোপ তাবা শক্তম পুত্থনা লাকপা মণিপুরনি। যুগ অসিগী ওইনা লৈবা থুদোলশিংগী মখুংদা আধুনিক ঈশৈগী খোঙহৌ অমদি লীলা-ড্রামাগী ঈহৌ অসিনি। হান্নগী শৈশক শৈহেকশিংগী মথক্তা হিন্দুস্তানী শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী ঈথিল কংলবা অনৌবা স্বর কয়া মতমসিদা পোকপা হৌখিবা অশেংবনি। উস্তাদ থম্নৌ, ভাংবম ওজা নিমাইনচিংবগী সাধনা অমদি খুদোল ঈশৈগী ইতিহাসতা লেঙদনা লৈরবনি। বাসী, পুঙ, ঝাল, করতাল, পেনা খোলকনচিংবা অরিবা খোঙনবা অমদি লেন্নবা যন্ত্র কয়াগী পুক্কৈদা হারমনিয়ম ইসরাজ ক্লারি-য়োনেটনচিংবা যন্ত্র কয়া অমসু সঙ্গীত কলাগী লমদা পুশিনবা হৌরে। অইবা মশামক হায়রিবা সংগীত অসিদসু থরায় য়ান্না য়াওবা মীওইনি। যুগ অসিগী চাউরবা সাধনানি। তাউত্থনা লৈবগুম তৌবা ঈশৈ-জগোইগী কলাবু মশাদা য়াওজরবা পথাপ্তা লেঙদনা থন্নবা লান্নবা মতন্নি।

কম্বাক লীলা মতম অসিদা হৌখিবনি; অতৈদগী লৌরুন্নবসু কলা অমা ওইনা লিংথোক্নুনা লমদম অসিগী হারদা খংচাউ চাউহন-খিবদি মতমসিগী সমাজননি। থিয়েটরগী ওইনা য়েংবদা মণিপুর ড্রামাটিক য়ুনিয়ন, চিত্রাঙ্গদা নাট্য মন্দির, রূপমহল, এরিয়ান অসিনচিংবা অসি যুগ অসিদা শেমখিবা কম্বাক ঙাক্তনি। য়ান্না মরুওইবা সমাজগী মচল অমনি। কম্বাক লীলাবু য়ান্না কান্নবা কলা অমা ওইনা য়েংবা হৌরকপনি।

অনৌবা সাহিত্য মতম অসিমক্তদা হৌখিবা অমদি চাউখৎখিবা অচৌবা কলানি। হান্নগী সাহিত্যনা খংলেপ লেপখিবা মতাংদা অনৌবা অমা খংহৌ হৌবা মতমনি। ওন্নিবা অমনা অতৈ লোনগীদি

হৌখিবা সাহিত্যনা লাক্লিবা সাহিত্যগী য়ুম্ফম ওইনৈ। মসি ময়াইচনবা যুগ কাওবদি মণিপুরীদস্থ চথরম্মী। অদুগা ময়াইচনবা যুগকী সাহিত্যদি অনৌবগী য়ুমফম নত্রগা উকম ওইদে। ইনৌ নৌনা হৌজে। কনমক হায়শাবা হায়দুনি, হাইরপ হাইরপ মায়ৈ হায়দনা মশাগী লৈজরম্মী অদুগা মহুদগী শেমগৎলকপনি হায়না কংলপ য়েংলবস্থ পৃথিবীগী ওইনা চংনরিবা সাহিত্যগী মচলশিং—উপন্যাস, য়ারী মচা, য়ারেং, লীলা অসিদি হায়গী সাহিত্যদা থুকলৈমক লৈরমদবা শেংলবনি। শৈরেংদংদি তোপ্তোপ্পা শক্তম শাগোয়দুনা লৈজরকই। অসি কাওবা য়ায়ক্রুদনা 'অরিবা শৈরেং' হায়দনা চৈথল অমা ফীজী ফীনানা হম্মু লাকউনি হায়বগী মতা ওইনা থাজিন্দুনা থয়রি। অনৌবা মথলগী শৈরেং কাওবদা যুগ অসিদা লিংখৎলক্লিবনি। হিংমিয়রিবা সাহিত্যসিদি মশা অপুম্বা যুগ অসিদগী ঈহৌরকপনি। সাথী অমা লৈরি 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ'। পণ্ডিত লোয়শঙ অমা লৈন লৈন 'পরিষদ'কী তঙাইফদবা করি লৈখিবগে হায়বা নৈনবদা ফল অদুম মতাজবনি। যুগ অসিগী সাহিত্যকার কমল, অঙাংহল, চাউবা, দরেন্দ্র, নবদ্বীপ ইরাবত, মীনকেতন, শীতলজিৎ অসিনচিংবশিং অসিগী সাধনাদগী অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য থোকলকখিবনি। মরক অসিদা হাওদৈ-জাম্বা চৈতন্যগুম্বা সাহিত্যকারগী লম্বেলস্থ কাউফম থোক্তে। লীলাগী মরেকশিং—অশেংবা মশাগী ওইবা পুথোকখিবা সাহিত্যকারস্থ সমাজ অসিমকীনি।

## অঙাংহলগী লীলা অনী—ইবেম্মা, পোক্তবী

অঙাংহলগী লীলা অনীমকসি সমাজগদি য়ায়া নরুবা অদুগা তাইবঙ পুম্নিগদি থাপ্লবা সামাজিক লীলানি। থমোয়গী ওইবা লীলানি মাথাগী ওইবা, থোপ্তা য়ৈবা লীলা নত্তে। চম্মা ফজবা, পাবদা অমদি

য়েংবমা রস্ম মপুঙ ফানা চুপ্পা য়াম্না লীলানি। চৎনবী মওংদা ইরা অহুগা অচুম্বনা জয় ওই নত্রগা লাম্ববতনা লাকচৈ হায়বা পাউজাক য়ুম্বনা য়াথৈনবা মুক্তমহুগী সমাজগী ফীবমদা থায় ফজনা পাক্লবা লীলানি। অনীমক থুংন পোলোইগী সচা অমত্তদা হৈবা লীলানি। হুঙাই পোলোইঙাক্তা ওইগদবদা ইবেম্মদংদি অরোইবদা শিত্তনা অম্না পোলোই নত্রগা কায়ন পোলোইগী মওং অমদা লৈ। অহুবু জগশেংবিদি ইবেম্মম্থু থুংন-পোলোইনি শিবা ঙাক্তনা কায়ন পোইলোই নত্তে। শিকম থোক্তবা ইবেম্মনি। অশেংবা তাইবংদবুদি শিবা চঙবা ঈশ্বরগী মনীংনি, থম্নায়দি মামক্কী মপোৎ-মরলনি। অহুগা সাহিত্যগী অহমম্বা লৈশেমগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি ইবেম্মদি শিহম্বা চুম্বনি। শিহল্লিবগী মরম অসি অইবনা অম্না পোল্লোই অমগা (নত্রগা থরগা) হুংঙাইবগী অমগা (নত্রগা থরগা) ইগে উৎকে হায়না মরক্তা নত্রগা লোইরকপদা থরম্বা য়াই। নত্রগদি অরোইবা অঙ্কগী মরীম্বা উৎপগী মপুরোইবগী অমদি মপা মমাগী মক্মদা থরুং মফম চাদবগুম থোক্লবী সত্তা অমগী (ইবেম্মা) মফমদা লোয়রও শীংথোঙ ওইরবী লৈমত্তোন শিবহুদা লীলাদি লোইবা য়ারবনি। উৎপা পাম্বা পম্বুং (ফলাগম) অহু ফংলবনি। অহুবু ইরোই লোইবদা (মঙাম্বা উৎপা) লম্বেলগী য়াম্না শীকপা সিন অমগা মথংদা হোংলগা কাগী মচা অমগা উত্থুনা ইবেম্মা শিহল্লি। থমোয়দা পাম্বা দৃশ্যদি নত্তে ; পি তাবা সিননি। কপপু কপহনগে হায়রবদি হৈশিংলবা কলমনি মথা পীক থম্না লৈহ্রনবা য়ারি ; থূৎশেম হায়বসিদি লৈশেম মপুগী মনীংনি। অহুবু সাহিত্যগী মচল থুদিংমক তাঙ্কক্ অমমম লৈ। লোইফম থোকপা নত্রগম্বু লেপফম থোকপা মতাং লৈরি। লোইফম থোকপহুদা ইবেম্মা শিদফম থোক্তুনা শিহৌত্রে। মপান থরা হেন্না চেকশিন্না থোপচিন্নকপগী থজিক্কং চোম্বরকপদা ইবেম্মা শিহনবা ওইনা তৌরে। লীলাগী ফলদা মদিনা কা হেন্না কাম্নবা পীত্রে। ওক্তনা হৌরকপা বিজয়বু 'কহ্ন

মাঙ খূজায় কায়'গী কীবমদা থমহ্নুা পাউভাক্তা তমকা হৎলগে খোয়াং-লখা খোক্লবস্নু মাগীদমক্তদি হাম্নদগী হৌনা অকোকপদা কোয়েক মাঙথ্রবনি। অহুনা অময়োমদা শিবা ভাম্নবদি পাল্লিসি মাগী খোকপনি। অহুনা য়াখল অমা নত্রগা খরদগী অইবনা কোম্না হাপচিল্লম্বা য়াই। অহুগা কলাদদি অয়ানবা লৈতে। লানবা মাপ্সোয়িবদি মতম মতমগী ভাবোক্কী মীৎয়েংনি। মসিস্নু লানবা নত্তে অওনবনি। পোক্তবী লীলাগীদি মশাগী ওইবা শক্তমদা খোঙ-তোন মাম্নরি—জষ্টিস্নু লাই-সেলস্নু চাং অমদা লৈরি।

লীলা অনীমক সমাজগী পোথ্বা-হৈথাপোৎনি। ঈশৈ পামজবা সমাজনি অনৌবা মথলগী সুরদা অনৌ অনৌবা মতমগী শৈহেক্তা শকপা য়াবা ঈশৈ পীক-পীক থম্না য়াওরি। ইবেম্মদা ঈশৈ তরা-মাখোই অহুগা পোক্তবীদনা তরানীখোই হাপ্লি। অমমমনা কজবা কবিতা ওইবা য়াওরি। অচম্বস্নু য়াওরি। পোক্তবীদদি বন্দে মাতরম রাষ্ট্রগীতস্নু য়াওরি। মতমগী ভাবোকনা য়াম্না পাম্নবা লীলানি। য়াম্না তোয়না মকম কয়াদা উৎথি।

## ইবেম্মা (১৯৩২ ?)*

মতমগী সমাজগী ওইবা হীরম অমদা ইবা লীলানি। মশানা ওকচরক্তবা, মপান্দা লাইরিক তম্মুচো হায়দনা থাগ্রগা ভাওশিমহুনা খোকলকপা বিজয়গা মরম ওকপী ঈংবী তপ্পী ইবেম্মগা অহন্নমন মশেন য়ানহুনা লুহোংই। বিজয়না হাম্নদগী কোয়জবা, মরল মথুম কয়া তুমথ্রবা হৌজিক্লা নহা ওইনা লুথ্রা ওইরবা লৈমতোনগীদা অহুম লৈথ্রে। ইবেম্মবু হম্না য়েংত্রে। মরকসিদা ময়াম্না বিজয়দগী চাখোক

* লীলা অসি ১২।৮।৩৯ গী মমাঙদা শোয়দনা ইয়ে। য়েং—ইবেথা; লাঃ ১০৫।

থকতোকপী। লৈমতোনগী মমা শীজনা মাগী মরুপ্পা তোমচা থোয়গা তাম্নদনা বিজয়গী মাঙনবা শীল্লি। মশানা ইমা য়াজদবী লৈমতোন পোক্তবী মমাগী চক্রিদগী য়াওহনা বিজয়বু মাঙহনবদা শরুক য়াররকই। মরল মথুম তুম্মবা মতমদা ইবেম্মনা মপুরোইবা বিজয়গী য়াইকনবা অহৃগা য়ারবদি, অনী অসি লোৎখনবা ফাওবা হোৎনৈ। বিজয় য়াদে। মমৈদা বিজয়গী মরল, লৈমতোন অমদি মচাক মরল নমহনা লোনবা হোৎনরম্বা পূম্মক ফানরক্তুনা ফাদোক তাই। মরক অসিদা মীহাৎ-মীপুনদা চেম্হল্লবা মপুরোইবা বিজয়বুদি ইবেম্মনা কলহোই। নীংবা কায়বদগী য়েক্তুনতা লাকপী লৈমতোন মথন্তা শিজখি। ভাব তারক্লবা বিজয়না ইবেম্মবু মাগী মুপী ওইনা লৌরকই। অহৃবু ইবেম্মা মশা কেম্রবীনি ; শিখি।

লীলা অসি মতাং থরদা শৈরেংগী মওংদা ইবা মাল্লি। অহৃবু ঈশৈ তরামাথোই নত্তনা শৈরেংগী শরুক য়াওদে। ইচুম চুম্না লৈজবা হীরম অসি লাম্লোকপগী থৌদোক-য়াথোক পরীংস্থু, কিশি-কিহ্না য়াম্না নাকোয়ননা শেম্বা নত্তে ময়েক শেংনা মথং-মনাও কায়হনবা তোদনা শেম্মকই। হৈ-শিংবা মগুণ অমনা থৌদোক লাম্লোকপদা থঙনীংহনবা অমদি অয়াম্বা মতাংদা পোকহল্লি অহৃগা থৌদোক হান্নমা উৎলগা মহৃগী অচাবা মরম, হায়বদি থৌদোক্কী য়ুমকম কোম্নমা মতাং চাবা অমা য়েংলগা পীরকই। ফল করি তারক্কদবা হায়বগী থোয়াংবা পোকহন্নবস্থু লাক্লে। থৌদোক অমগা অমগা শমজিন্নবদা অচাবা মরম অমদি ফল পীবদা ময়েক শেংনবা অউৎপা (সিন) মচা-মচা তোয়না শীজিন্নে অহৃগা মসিনা পুবা ওম্মক্তবা মতাং য়াওরকপদা লাউনা য়াথন থনবা অমদি নাইতোম-য়াঙাং শাংনা শাংনা শীজিন্নবা য়াওরকই। টৈক্লিক মথল মথেলগী উপাই লোনবগী য়াদনি য়াথল অমদি নাইতোম-য়াঙাং (সোলীলোক) অসিদি শীজিন্নবা তাবনি। অহৃ

মরক মরক্তা কুন-চৈনবগী, হুয়ান চিঙ্গিগী য়াঙাং য়াওদবা থৌওং (এক্সন) ঙাক্তা উৎনবা অউৎপা মচা অমগী মচুংদা সিন হোংবা মচা মচাসু হাপ্পা য়াওই। মসিদি য়াম্না হেন্না কান্নবা নত্তে। সুমাঙলীলাগুম্বা ফিলমগুম্বদি মতম য়াঙদে অতুগা লীলাদদি অচৌবা থক অমমম চঙই; মতম মাঙই। শাগী লানগী নত্রগা বেলেনচিংবগী থৌওং লীলা (এক্সন প্লে) নত্তবনিনা কান্নবা য়াংলি; অচৌবা অউৎপা অমদা নপশিন্নবা শীনবা য়াই। মরুওইবা পাত্র অমা পুশিল্লকপদা হান্ননা পাউ পীবা খঙহনবা অসি অঙাংহলগী প্লোটতা ভত্তনা য়াওই। য়ারী পুখৎপগী থৌদোক্কী থোঙয়াঙদসু পিরামিডকী মওং এক্সপোজিশন ওফ ইনিসিয়েল ইনসিডেন্ট, গ্রোথ ওফ য়াইজিং এক্শন, ক্লাইমেক্স, ডেন্যুমঁ। অমদি কেটট্রোফী নত্রগা ভারতকী শাস্ত্রগী মতুং ইন্না হায়রগা—আরম্ভ, প্রয়ত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিয়তাপ্তি অমদি ফলাগম হায়রিবা থোঙকম মঙা অসিময়েক শেংনা য়াওরি। মসিগা ইয়োন্ননা শাস্ত্রদা পল্লিবা অর্থ-প্রকৃতি মঙা,—বীজ, বিন্দু, পতাকা, প্রকরী; অমদি সন্ধি মঙা,—মুখ, প্রতি-মুখ, গর্ভ, বিমর্শ অমদি নির্বহণ, অসিসু অতুম য়াওবা থেংনৈ। হায়রিবশিংসি হাপ্লগে নত্রগা ওই-হল্লগে হায়না অপাননা, মশক মুন্না থঙনা নৈনতুনা হাপ্পূত্রবসু মায় পাক্লবা লীলা অশাংবা অমদদি মশানা য়াওজরগদবা কায়াৎশিংনি। ভাবোক্তা রস মওং চুন্না ফংহনবগী য়ানি। শীল্লোক-শীজিনদা অইবা মশাগী হৈ-শিংবা উবা ফংলি।

পাত্র শেম্বদসু য়াম্না চনৈনবা চনম্নবা মথলগী লীচৎ পুবা য়াওদে; ভশেং ভশেংনা মশানা অতুম করবা, ফত্তবা অমদি মরকী অহুম অসিদনি উৎলিবসু। ফজরিবদি পাত্র পুন্নমক মশা মশাগী তোপ্লোপ ভাবা শক্তম অতু ইকায় কায়হন্দনা পুতুনা অতুম চৎলি। য়াঙাং শাঙাংদা, হৈনবীদা শাজত্তা মশা মশাগী সংস্কৃতি পুতুনা অতুম চৎহল্লি। ফজনা শেন্নবা মশেন্ননি। পাত্র-পাত্রগী কর্ম অমদি কৃরিগুম্বা কান্দা

লাইবক্কী মতুংইদ্রা মনা অমদি দগুি শীনবা মায়পাক্লা লাক্লে। ম্রায়েন-শঙগী অচুম্বা ম্রায়েনগুম্বনি। তৌবতবু ইবেম্মদংদি, কমলকপুগী ওইবা তাই, অরোইবদা শিবগী দগুি অমা অইবনা শীনবিরি। শিবা অসি অক-হুংঙাই নত্তে অহিংবা সমাজদা, দগুিনি অহুগা ইবেম্মদি দগুি কংকম থোক্তবনি। ম্রাকম অমনা অমুক ইথোক থোরক্রবা পাত্র, লৈমহন অমম্ থাৎপা শিবগী প্লোট অমদা পুশিন্নকই। হাগুবা অহুম ম্রাই। পাত্রগী মতাংদা মমা পোক্তবী অমা, কছারদগী মী অমা, লুপ্রা অমা অহুগা, মুপাদনা তোমচা কৌবা অমা, মুপীদনা যাতী কৌবা অমগদি লীলা অনীদা শোয়দনা ময়াওরে। পামজরুবা শক্তম অমদি মমিং ওইগনি। অইবগীম্ পামজবা লৈ; পামজগল্লি পাম্মিবহু উৎপনি। উৎপদা পামজনা পাম্মুবম্ লৈ অহুগা পায়দনা পাম্ম্বম্ শোয়না লৈবা তাবনি। পাত্র মচা মচা ম্রাম্রা হাপকল্লি; ইবেম্মদা মচা মচা ম্রাওরি। ম্রারীগী ওইনা শীদবা ম্রাদবা পাউ শীবদা শীজিন্নবম্ তাবনি।

লোম্দা-পুদা, অনৌবা মতমগীনিনা, নৌই। সমাজদা ঙাংন-শান্নরিনা লোনমক অহুম শীজিন্নে। অচম্বা ম্রারীগী শেংনা অতা-অতাবীগী শাবা ম্রারী-ম্রাতাইনি। প্রমাণ-পাহৈ অমদি অতৈ লৈতেংশিং থোইনা ম্রাওদে। মতা চাবা লোম্দা অহুম ঙাংহল্লি। কছারগী পাত্রশিংবু মণিপুরগী মণিপুরীগা লোয়ননা মতাং থরদা কছারগী মণিপুরী মানবা থরদং ঙাংহল্লম্মবদি হেন্না মওং তাগনি লোয়ননা মশানা নত্রগা অতৈ পাত্রনা কছারদগীনি হায়না মশক তাকলমত্রবম্ ম্রায়মগনি। তৌবগীদি মণিপুরদা চহী ম্রাম্রা শাংনা লৈরকপগী ম্রাকম উৎলি। অসিনা অহুম ম্রারবনি। লাইরিক হৈবশিংগী কাঙবু, মুপীগী, অার শায়বগী, দাকুগী, ম্রায়েন-লোয়শঙগী, সমাজশিংদা চৎনবা ম্রাহৈশিং লোম্দা-পুদাগী মওংশিং মতা চা-ন চা-না শীজিন্নে। মহৌশাগী মাল্লি। (নেচর তাই।) অহুগা ম্রা ঙাংবা অমদি ঙাংকুবদা পরেংদা 'অমম্বং'

য়াওহনবসিন্নদি (লাঃ ১১৮) অশেংবা তাইবং য়ানকাস্তে; ইবগী মওং চঙই। চংনরকপী য়থলগী লীলাগা চান্নবা লোলনি। মতমগী সংস্কৃতি উৎপা ওবা লোন্দানি।

## পোক্তবী (১৯৩১)

'পোক্তবী'স্মু চাউরাক্লা মতম অমত্তদা, 'ইবেম্মা'গী য়থংনা ইবনি। য়ারীদং থোদোক য়াথোকা মতুংইন্না থেৎনৈ; অতৈদি সচা অমত্তদা য়েবদোনা তোই। পোক্তবী মমা শীজনা, কুমারদা লুহোংগ্রবী নৈন্মা ইবেমহলবু কায়নহন্নগা, শেল-থুম, মাল-চাং মিহোবদগী লুখোই কোবা পৈশা পান্নবা মী অমদা শীনবা তোবগী মতাংনি। মপুরোইবা নীংবী ইবেমহলনা সুকয়ামক য়াদে, মমানা ওৎলি অমদি মাগী লোয়নননা মপুরোইবা কুমারগী মাঙনবা শীল্লি। মমৈদা কত্তবা কাঙবু কাদোক তাখি অহুগা লাগ্নদবী ইবেমহলনা মায় পাকখি। কুমারগা ইবেমহলগা অমুক নোহোনা উন্নখি অমদি থুংনখি। য়ারী কাওবা ময়াঙদি মান্নরি হান্নবা য়াই। য়ারী পরীং, থোদোক-য়াথোক পরীং, পাত্র শেম্বা, নাক-য়েৎ অসিনচিংবা পুন্নমক শাংবা-তেনবা নত্রগা চাউবা-পীকপগী চাংদা থন্না থেম্নবা নত্তনা অতৈ মওং-মতৌদি ইবেম্মা লীলাগীগা মান্নে। থেম্নবা হান্নববু মরুওইবা মীওই—হুপা-হুপী কায়নবগী অচোবা মরম অসি ইবেম্মাদনা হুপা বিজয়না ওই অহুগা পোক্তবীদনা পোক্তবী মমা শীজনা ওই। অতৈ পরীংদি মকম মমিং মথা ওন্নবতনি। পোলোইগী মতাংদা অচৌবা থেম্নবা অমনা, ইবেম্মা লীলাদা, উন্নরবা অমদি থুংনরবা মতুংদা ইবেম্মা শিখি, অহুগা পোক্তবীদনা থুংনৈ অমদি হিংমিন্নে। ফলদি অহুম মান্নে।

অঙাংহলগী লীলা অনী অসি যুগ অসিগী হুংঙাইবা অমদি নোনা থোকপা লীলানি। লীলা হান্নবসিমক নোংগ্নিবা অমদি কম্না

শেমগৎলক্লিবা কলা অমা ওইনা লৈরিবনিনা নৌনা অতুম্মক থোকপা ত্তাবনি। ভাবোক্লা য়াম্নমক লূনা ত্তৌখিবা লীলানি। অতুগা মকম মত্তমগী অমদি লোল-লীগী য়াকম নত্তনা লীলা মশাগী ওইবা মালেম-পুম্বগী মওং (য়ুনিবর্সিয়েলিটী) গী ওইনা য়েংলবদি খন্না য়াংত্তক ত্তাই। যুগ অমিগী লীলাশিংসু হৌ-ন য়েনশাং ওইনা ত্তৌবনিনা খন্না অতুম য়াংনা থোকই। য়াম্নমক শেম্মগা খুৎশেম চঙবা মান্নবগী মা য়াওদে খজিক্তা শেম্বদা খুৎশেম য়াম্না চঙবা মানবগী মওং অমা লৈরি। সুংঙাইবা, কপ্পা অমদি নোকপত্তনা কলাগী মখৌ লোইদ্রি মখুংগী ওইবা লুবদগী লুবা মকম (bottom) গী ওইবা অচুম্বা অমা খক্তোকপা ত্তাবগী য়াকম অমা কলাদা লৈকম থোক্লি। লীলা অমদি কম্বাকী কলাদসু অতুমঙাই। লীলা অনীসিনা মীৎনা শংশং উরিবা, সমাজনা খুদক-খুদক্তা হাকথেংনরিবা মচল অত্তা-অত্তাবীগী য়াহৈদা ময়েক শেংনা কোঙদোকই; কজদবা নত্তে; অতুগা অপা-অপাননা উৎপগা লোয়ননা মশক মওং অপাননা লৈত্তবা অতুগা লৈয়ে চুম্মে হায়বদি কাওরবা খোম্বাং য়ৈরকপগী শক্তম অতুমদি অইবগী লীলানা পীবদা নোম্নপ ত্তাই—য়াংনা থোকই। হায়রিবা খক্তোকপা শককম অসি কবিগী মহাকাব্য অমদি গদ্যকাব্যদদি য়াম্নমক হক্লা য়াউরি। শক্তম অসি কন্না য়াম্না হকথেংনবা অমদি হকথেংনহনবা ঙম্বগে হায়বগী মত্তাংদনি সাহিত্যকার অমগী প্রতিভা অমদি সাধনানা কোঙ ঙাম্নকইবসি।

লীলাশিং অসি, মথক্তসু পনথ্রে, মরুওইনা উৎননবা (প্রত্তক্সন ওরিয়েন্টড) ইবনি। প্রতিভা লৈবা ডাইরেক্টর অমসু চঙই। ডাই-রেক্টরগীসু মশাগী ত্তোঙানবা কল্পনা লৈজরি। মসিসু লীলাদদি থাদোকপা য়াবা, থাদোকপদি লায়রদনা মীরায়থোকপা য়াবা য়াকম নত্তে। ডাইরেক্টরগী কল্পনাগী য়ুমকম ওইনা অইবনা ব্রেকেট মখুংদা নত্রগা অত্তে অচাবা পাম্বৈ শীজিন্নহুনা মকম-মত্তম, মওং-মত্তৌ অমদি শাথেক-শাজৎ কম্না পীরি। পীবা ত্তাবনি। লীলাদদি চঙদবা

সুকয়ামক য়াত্রবা কায়াৎ অমা ওইগ্রবনা থোইনা পন্নত্রবগী য়াদনি। মসিদু চয়া উবয়ুক চম্বা পোৎ নত্তে লীলা মপুম পানথৎপদা মসিনা মায়ইগে অমা পুরিবনি। অপাবা অমদি অয়েংবদবু ব্রেকেট ওইজবনি অইবগীদি লীলা মশানি; কাব্যনচিংবদা বর্ণন তৌবা নত্রগা শীংথা-বগুম্বনি; কা হেন্না নীং তম্বা লৈত্তে হায়বদনি। মাল্লি মান্দে মওং তাই-তাদে ঙাংনরিবদু মম্বায়দনি। মপান্থোংগী পোৎলমনি হায়রদুনদু কীজেৎ লৈত্তেংদবা য়াবা নত্তে। অসিগুম্বা ডিরেক্সন পীবসিদদু চপ চানা চেকশিনবা তাবনি। শেক্সপীয়রগুম্বা কালিদাসকুম্বা লাইপোক্তি বেব্রেট মহুংদদু পী অতুগা য়ারী য়াতাইদদু উৎলমী; ইশোয় শোয়হল্লবগী পোথি অমনি। মম্বায়গী মতাং অসিদা মণিপুরীদদি খরা কোমথোক্লবা থেংনৈ। অঙাংহলগী লীলাদা শম্মন্না থোকপা ময়েক শেংকাত্তবা খরা য়াওই। য়াম্না শন্না 'লম্বী' হায়রগা থনম্মী। (পোক্তবী; লাঃ ১০১) য়ারী য়াতাই হেক্তা হৌই—অশাং অশাংবা য়া ঙাংনৈ; পাত্র মথং মথং চঙলকপগী য়া থোইনা পন্দে। চৎলিবরা কম্মীবরা পোথারিবরা অসিনচিংবগী মওং অমত্তা তাকলমদে। অমুম্না ইবেন্মা লীলাদমু অতু মঙাই। ফজনা ময়েক শেংনা শদ্লোক্লম্বা মতাংদু য়াম্না অতুম য়াওরি; পেন্সবা লৈ হায়বগী য়ানি।

মতম অতুগী ওইনা য়ায়মক নৌরিবা হীরম অমদি কোঙদোকপগী মওংগী লীলানি।

## লীলাদা য়থার্থবাদকী মমী (রিয়েলিজম)

সাহিত্যগী পথাপ (ডোক্ট্রিন) অসি তশেংবদি তরামাপনমুবা চহী-চাদা, ফ্রেন্স লোনদা ইহান হায়া মমী তমথিবা অমদি চাউথৎলকখিবনি।

অপা-নবা পান্দমগী ওইনা অশেংবা পুন্সিবু লাচনবগী (রেকোর্ড তৌবা) থৃংই অসি ফ্রেন্স লোনগী ওনরি ভি বালজাক (১৭৯৯-১৮৫০) না ইবা 'কমেডি হ্যুমেন' (Comdie Humain) হায়বা উপন্যাসশৃঙ্খলী হৌই অমদি লোন অসিমক্কী গষ্টব ফ্লুবর (Gustave Flaubert; 1821-80) গী 'মেদাম বোবারি' (Madame Bovary; 1956), 'সলাম্বো' (Salammbo; 1862) নচিংবা উপন্যাসশিংদা শন্দোকপা হৌরকখিবনি। অহৌবদদি পথাপ অসি উপন্যাসকী লমদগী ওইনা তৌরম্মী। মতুংদা সাহিত্যগী মচল অতৈদম্মু কোনশিন্নরকই।

অনৌবা মণিপুরীগী ওইনা অঙাংহলগী যুগ অসিদা পথাপ অসি চঙলকখিবনি। চংনরিবা অমদি খঙনরিবা অর্থগী ওইনা য়েংলবদি রিয়েলিজম অসি কুনম্মুবা চহীচাগী অরোইবা তখায়দা ময়েক শেংনা লিখংলকপনি। অহুগা মমী থরা থরা তম্বদি উপন্যাসতা 'মাধবী' অমদি লীলাদা হায়রগা অঙাংহলগী লীলাদা হৌরে হায়না লৌবা য়াই। ইশেং শেংববুদি অইবা অনীসি আদর্শবাদীনি।

লীলাগীদমক্তা কলম হেক পায়খংলকপদা অঙাংহলদা অপাননা য়ৈথিবসি মশানা হাকথেংনরিবা, মশাগা য়াওনমিন্নরিবা সমাজ অসিনি। অফ-ফত্তা অনী পুন্না লৈবা তাইবংনি; পুন্সিদা পুঙফ-ফরবা অমদি পুঙফং-ফত্তবা হায়বা লৈবা হৌনদে। মফম মতমনা অথোই-অহেন লেপ্পা তাবনি। কল্পনানা শাগংপা লৈরিবা অমদি লৈহন্নীংবা অফবা শরুক সাহিত্যনা উহনা লাকই। অহুগা অমুক ফত্তবা নত্রগা চা-নদবা শরুকম্মু উগনবা য়েংগনবা সাহিত্যকারনা কয়া কুইনা থৈদোকপা ঙমগদগে? মশানা তাবনি অঙাংহলনা পুন্সিগী অশেংবা থৌদোক-য়াথোক কয়া লাচন্দুনা ফম্বাক্তা পুখংলকই। করিগীনো হায়বা য়াহংগী পাউথুম অমনীদা নত্তে মরোল মরোল লৈবা য়াই। শম্না, নোংমদোল লৈচিনগী থাবনদা তোংহনা কল্পনাগী তোঙান তোঙানবা

শক্তম য়েংলম্বা অমদি য়েকলম্বদগী মশাগী ইমুং, লৈকাই, মাইকৈ লৈবাক অমদি পৃথিবীগী হাকথেংনরিবা কীবম য়েকপা হৌরকই।

পোক্তবা পোক্তবীগী লীচৎ আ-লাই হাক্তক্তগীনি ঈথিলনা পীবা মনানি, মনোবিজ্ঞানগী হীরমনি। অচুগা মসিনা অনৌবা মতমগী সমাজ অসিদা করম্বা শক্তম লৌরগা করি করি ভৌহল্লিবা হায়বসি অইবনা য়েল্লি। অম্মুম্না মীগী য়েংদবা মশাগী মপাম্বোংগী ওইজ-ওইথক খরগীদমক্তা অভোপ্পগী মাঙননবা ভৌবা মীওই কয়া সমাজগী ওইবা থৌদোক-রাথোক কয়াদা উৎনবা লাক্লরি। শেম্মুম পামদবা লনবু মিহৌদবা লৈবা হৌনদে, মীনি, মাগী মাগীনা হায়না খনবা হোৎনবা জীবগী হৌনবনি। মসিগুম্বা ঈশ্বরগী মনা অসিনা মী অমদি অভোপ্পা ইমুংবু মহী লাঙহনবা, কায়হনবা অচুগা খঙনবু ওইরবম্মু খঙদনবু ওইরবম্মু মাঙহন্নবা হোৎনবসি সমাজ অসিদা উরকই; য়েকলমই। অহোংবা কয়া লাক্লবা মতমগী সমাজ অমদি লনাইগী পুন্সিবু লৈরিবা কীবম অসিদা চপ-চানা য়েক্তুনা লাম্বোক্লবা কন্না হোৎনরি। সাধনানি।

সাহিত্য মীগী পোৎনি সমাজগী মরলনি। মীগী মপান নাইত্রবা, অরোই-অথম নাইত্রবা ভাইবং লীচৎ য়েকপনা সাহিত্যগী মথৌনি। হীরম অমদি ঈথিলদি হায়ে-হায়রগীচুনি—হুংশিবা, কিবা, তুকৎচবা খৎনবা চান্নবা কায়নবা থুংনবা অসিনচিংবা য়ুম্ফম অসিদি লেঙবা নত্তে। লেঙভিবদি অইবগী মীৎয়েংনি। মীৎয়েং অসিম্মু লীচৎকুম অহৌবা লৈপ্রবম্মু ময়াই অমদি অরোইবদি মফম খঙবা ঙম্বা নত্তে। চথরি। মীওইবনা হেক লৈরিমথৈ চথখিগনি। মহৌশানা অম্মুম অম্মুম হোংলিবনিনা অনৌবা মথলগী ঈথিলম্মু (ইনৃষ্টিক্ক) হাপকৎ-লকপম্মু কনানা খঙবা! হম্মবকপম্মু য়াদে হায়বা লৈত্তে। ওল্লি, ওনখিনি লোয়ননা ওলহনখিনি। সমাজ ওল্লি, মীৎকুপ খুদিংগী ক্যাইরেম্বাগী লৈচীনগুম অমুক্তা মান্নদবমথৈ ওল্লি। ওল্লবা মরক অসিদা

য়থার্থগী সাহিত্যকারশিংনা অকরবা মীৎকুপ অমদা লৈবা ঙাইহাক্কী ফীবম অছু কেমেরাগী মত্তেংনা কোটো লৌহোবদৌনা য়েকশিলহৌরি লনাইগীদমক অমসি ময়ামগী—সমাজগীদমক। লীছুনা থম্মিবনি। অঙাংহলগী কথাক্তা মরু তাথিবনি। পীশক পীকপা, মীৎনা উবা য়ারবা মরু বিন্দু অমদা চহী লীশিং কয়া, অপাম্বা মায়কৈ মায়কৈদা মশা-মরেং নীংতম্না কন্দোকপা, খৃষ্টগী আ-মমাঙদগী ঙসি ফাওবা ইশং শংনা হৌরিবা কলিফোর্নিয়াগী 'বিগ ট্রি' (উচ্ছাও) গুম্বা পাম্বীগী শক্তম য়াওরি হায়রবসিদা ঙক্কনীংঙাই লৈতে। ঙক্কনবা লৈরগদবা পুন্সিনি।

অঙাংহলনা মীওইবগী লনাইগী অমসি সমাজগী লীচৎতা পামদবা খুংঙাইজবা য়াকম কয়া থোদোক কয়া উরকই। নহা ওইরিবা বিজয়না, ইবেম্মা লীলাদা, লাইরিক লাইসু তম্বগী মহুত্তা ঙাওশিন্নছুনা লৈবা, ইবেম্মবু লুহোঙলবা মতুংদা হন্না য়েংদবা, নুপ্পাবী নহা লৈমত্তোনদা ইজ্জৎ অমসি মরল মথুম তিংনা ঙাওছুনা লৈখিবা অছুগা সতী ওইজবী ইবেম্মবু মওং কয়ামুক্তা ওক্তুনা থম্বা অসি অইবনা তরঙগী য়াথল অমদগী লৌরুবা নত্তে; মমাঙদা লৈরিবা মতমগী পুন্সিদগী লৌছুনা অশেংবা পুন্সিগা য়ায়া নকশিন্ননা য়েকপনি। মীগী মাঙননবা ত্তোবা মশাগী ওইজবা থিবা সমাজদা য়াৎপা নত্তে। অঙাওবা নুপা নহাদগী ওইজবা তালহৌবা লমচৎ অমসি ইজ্জৎকী য়াকম থোইনা থম্নুদবী নুপী সমাজদা লৈরি। লোন্নবী মমাগী চক্রি অমসি অনম অছুগা মছুগী কল অশেংবা পুন্সিদা হকথেংননরি। অশেংবা পুন্সিগুম লীলা অনীদা ময়েক শেংনা য়েকলি। লুট-পাট, হুরান-চিন্থি, তাকু-তরাংগী লীচৎকী কলনা সমাজনা লান্নংঙিবা মওং অইবনা লীলাদা উৎনবা লাক্লরি। মীহাৎ-মীপুন সমাজ থুদিংদা অশেংবা ওইনা থোক্লি। মসিগী ওইবা য়াবা খুংঙাইতবা মরম কয়ামুকসু অইবা মশানা থিরি। ফংসু ফংলি। পুন্সিনি।

সুংঙাইভবা পাময়বা থৌদোক্তি সমাজ খুদিংদা অহূম থোক্তুনা লাক্লবনি। সাহিত্যকারনস্থু অহুম্মক থেংনহ্নুনা লাক্লবনি। য়েকপস্থু মানা মানা হৈনবা মওংদা য়েক্তুনা লাকপনি। শম্না হায়রবদা পুন্সি অসিমক সাহিত্যদা য়েক্তুনা লাকখ্রবনি। লোক সাহিত্যশিংদা য়েক-লম্মীবা পুন্সি অসি পুন্সি নত্তে হায়বা য়ায়োই; লনাই অমদি সমাজগী পুন্সিনি। অপাম্বা থৌদোক য়াথোকস্থু পুন্সিদা থোক্তবস্থু নত্তে য়েক্তবস্থু নত্তে। অঙাংহনগী লীলাদতা নত্তে লীলা পুন্নমক্তা পুন্সিগী থৌদোক-য়াথোক য়েক্লরিবনি। হনুবা-হনুবী পান থাবা নত্রগা পেবেৎক্ত কাওবদা পুন্সি য়েক্লিবনি। থেন্নরিবদি, অঙাংহলনা মঙলানগী নত্তবা তাইবংগী পুন্সিবু কেমেরাগী মত্তেংনা কোটো নমহৌবদৌনা অশেংবা শক্তম অমা পুথোরকইবসিনি।

রিয়েলিজমদা ময়েক্তৌদি অশেংবা অতা-অতাবগী ওইবা থৌদোক্তা য়ুমকম ওইবনি অহুবু মতমগী সাহিত্যদদি সুংঙাইত্তবা অপুনবগী ওইনা পান্না থোক্তবা থৌদোক-য়াথোক লৌশিন্দুনা য়েকপদনা হেন্না থরায় য়াওরক্লি। মওং অসি অঙাংহলগী লীলাদা মরু পোকখায়রকই। তমজনকমদা মায়পুননা থরায় য়াওবগী মহুত্তা তীঙং-লায়জংলবা সমাজগী পুন্সিগী শক্তম অমা য়েকপা হৌরকপনি। শম্না, অঙাংহলগী লীলাদা য়থার্থবাদকী পো কাঙবা হৌরকখিবনি মীৎয়েং অসোমদা য়েংবা তারবদা অঙাংহলগী লীলানা অনৌবা মণিপুরী লীলাগী থোঙজেনদা মকম চাউনা কল্লি হায়বা তাই।

লীলাগী মতাংদা অঙাংহলগী য়াথল অমদি কিদম চৎনরকপী মওংগীনি। লীলা পানখৎপা অমদি উৎপগী মতাংদস্থু ভরত মুণিগী 'নাট্য-শাস্ত্র'বু চপ চা-না ইকায়খুম্নজরি। ভারতকী লীলা পন্নীংবু নৌনা মণি-পুরীদা পুন্সিন্নকপগী চাউরবা থৌদাংগীদমক অঙাংহলবু থাগৎক্ম থোকই।

---

তরেৎসুবা মতাং

# শৈরেং মচাদা অঙাংহল

## অহৌবা মতমগী কবিতা অমদি অঙাংহল

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবিশিংনি, অঙাংহল, চাউবা, ইরাবত, ময়ুরধ্বজ, নবদ্বীপ, কমল, মীনকেতন, দয়েন্দ্র, শীতলজিৎ অসিনচিংবা। খরা অমগন্থু লৈরম্বা য়ারি। অহৌবা মতমগী কবিশিংগী সাহিত্য সাধনাগী মতম অসি চাউরাক্লা ১৯৫০ কাওবনি হায়না লৌবা ভাই। মসিগী মন্থুংদা কবি মীনকেতনগা কবি শীতলজিৎকগী সাহিত্যদি লেপ্‌ত্রি কয়া চথরি; অতৈগীদি চপ লেপপ্রবনি।

কবিশিং অসি আদর্শবাদী ওাক্লি। নৌনা লিংখৎলক্লিবা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যব যাম্না লুনা চাম্না তৌজবা অশৈবশিংনি। মরৈবাক মক্তাত্তিব্ যাম্নমক কুংশিজবা কবি ওাক্লি। মশাগী নাৎ হায়বদি সংস্কৃতিবু কুংশিজবা অমদি মতুগীদমক্তা মশাদা চাউথোকপা পোকচবা মীওই ওাক্তনি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংবদা খুৎমাবা কবিশিং অসি রোমান্টিক কবিনি হায়বা য়াই।

মতম অসিগী শৈরেংশিংদা প্রকৃতিগী পোৎলমগী নীংথিবা অসি পাকশন্না শীংথাই। মহৌশাগী ফজবদা ওাওজবা কবিনা অনম্বনি। প্রকৃতিবু চুম্না শীংথবগীতা ওইনা শীথাবা অসি চৎনৈ। মসিগা লোয়ননা মুংশিবা পামজবন্থু উৎলি অন্থুগা অমুকন্থু প্রকৃতিবু মীওইবা ওইনা য়েংনবা অমদি উনবন্থু লাক্লে। মীৎয়েং খেন্নজরবন্থু কবি পুন্নমক্তা প্রকৃতিবু—ফজববু পাক্শন্না নীংথাই। কমলনা মরক মরক্তা

প্রকৃতিদা মশাগী অমদি সমাজগী শক্তম উরকপা মত্তমদা চাউবনা তাইবং পুক্সিগী অন্নাবা শরুক য়েকলকই। কমলনা প্রকৃতিগ তাইবং পুক্সিগা খেন্নবা লৈত্তবা পোৎশক ওইনা উরকপা মত্তমদা অঙাংহলনা হুজাগী তোঙান তোঙানবা শক্তম য়েংহনা হুংঙাইজে। নবদ্বীপ অমদি দরেন্দ্রনা প্রকৃতিদা মশা মশাগী ৱাখল হাপ্পবা লাক্লে। মীনকেতনবু প্রকৃতিনা পলেম শক্লা নাউকোনবদৌনা তৌই।

মরৈবাক মরমদম হুংশিবগী ৱাকম অসিমা কবি পুন্নমক্তা তঙাই ফদনা য়াওরে। মত্তমগী নাক-য়েংনা পীবা থৌইনশিননি; কল চপ মান্নে; কল্পনা অমদি কোঙদোকপগী মওং খেন্নবতনি। দেশ-ভক্তি পুন্নমক্কী মকমদা লৈ। হুংশিবগী শক্তম অমনি। হুংশিবা সাহিত্যগী ললনি। পুন্নমক্কী কলমনা হুংশিববু শীংথারি। উন্নবা অমদি কায়নবা অনীমক্তা হুংশিবগী মমল চপ চা-না লৈরি। লেঙলবা হুংশিবা জগৎকী মরলনি।

কবিশিং অসিদা তাইবং পুক্সি অসি মরেক-মহাও থোক্লিবা য়ান্নমক লূম-লূম লাউরিবা হিংবমক য়ারিবা ঈশ্বরগী খুদোল অমা ওইনা লৈরি। অন্নাবা-হুংঙাইবদি মহোশাগী খুজিননি। পেন্দবন্দু কোক্সাইনি। চেন্দ্ররিবা পুক্সিগী ঈচেলগী তোরৈ মতুংইন্না, অনেম-অন্নাং ঈথক কয়াগী মথক্তা তাউহনা অত্থুম মচৎলি। পুক্সিগা ঈচেলগা শীংনরুবগী ৱাকম লৈত্তে কন্না থোপ্তেল ৱাংনা ৱাকং লানথৎলুবগী ৱান্দু লৈত্তে। ঈরোয়ননা হোন্দ্রম্নিন্নে। ওথাক্লা উরুরু লৈশিনবা ইরৈ কয়ান্দু থেংনদবা নত্তে; লনাইগী ওইবা ইরৈন্দু ময়াওই অহুবু কীবম খুদিংমক্তা কীবম খুদিংমক্কা সঙ্কি তোনহনা খুয়া তুশীংনা অত্থুম চথে। তমজনকমগী থাক হায়বহুনি। মীৎয়েং অসামদগী য়েংবদা অহোবগী শৈরেংশিংদা মীগী মমল লৈরি অহুগা পুক্সি গা চীন্দা-পাউদানহুনা মস্তিরুরুবগী ৱাকম লৈত্তে। মীগী মমলদা অনৌবা

য়াহং খজিক লাকপদা আদর্শগী অমদি পাউতাকী কোমচাক্লা মেন-শিন্নবা অমদি মেনখৎনবা লাক্লরকই। সমাজনিনা কারগে তৌরকপা য়াওরকই অহুবু শৈরেংশিংসিদা য়াম্নবদা মরি চৎপদগী হেন্দে অহুগা মরি অহুম্ অয়াউবা নত্তে।

মতম অসিগী কবিনা কয়া চেকশিন্নিবসি লোলনি—মণিপুরী লোল। মতমগী ময়ামগী ওইবা লোন্দা-পুদাবু মথল কয়াগী লৈতেং হাপ্তুনা পুথোরক্লবা লাক্লবসি কবিশিংগী অচোবা থৌদাং অমা ওইনা উই। শেমদোক-নাম্থোক্তুনা কজনা ইবদা শীজিন্নবা য়ারবা লোল মপুম ওইনা শীজিন্নবসি মতম অসিগী চৎনবীনি। মৈতৈরোনবু মৈতৈরোন ওইনা থম্নবা লাক্লবা যুগনি। বাঙলা অমদি সংস্কৃতকী মমি তাদবদি নত্তে; তাকমম্ থোকই। অরিবা মণিপুরী য়াহৈ-পুকৈদগী নীংতম্না অখিংবা অপনবা লৈতনা শীজিন্নবগী মহুত্তা মতা য়েংহুনা খাই-খাইহুনা উচন চা-না চা-না শীজিন্ননবা লাক্লে। পুয়া-পুম্নিনগী লোনগী মহুত্তা ময়ামনা ভাংন-শা-নরিবা লোন্দারোমদা পুক্নিং চঙলকপা মতম্নি। কবিতাবু পুন্সিগা য়াম্না নকশিনহন্নবা লাক্লবনি। অনুবাদ অমদি মপা লাকপগী (এডোপ্‌টেশন) গী লমদম্ খুৎ থাবা হৌরকই (মেঘনাদ বধ কাব্য, মোইরাং থোইবীনচিংবা)। মতাংসিগী লোন্দাদম্ অশেংবা মৈতৈরোন ময়েক শেংনা উরবনি। মশাগী লোল অমদি সাহিত্যবু অকক্লবা মকম অমদা থম্মবা কবিশিংগী সাধনানি। নবদ্বীপচন্দ্র মীনকেতননচিংবনা বাঙলা অমদি সংস্কৃতকী ওইবা মগুণ কয়া মণিপুরীদা মতা চানা হাপ্পগী চাংয়েং থরম্ তৌই। অহুবু চাংয়েংদগী পঙহেন হেনখিদরে। অলঙ্কার অমদি ছন্দগী মকম কবিতাদা চপ চানা লৈরিবা মতমনি। কবিতাগী কোন-চাক অনী অসিবু ভঙাইমক কদনা য়াম্না পামজনা তৌজবা কবি ভাক্নি। অঙাংহল চাউবনচিংবা থরনা মৈতৈগী মশাগী ছন্দালঙ্কারবু

ময়া কেঙলকপা মতমদা দরেন্দ্র, নবদ্বীপ অমদি মীনকেতননচিংবনা সংস্কৃতকী মচলবু তাংথক নাইদনা শীজিন্নবা লাক্লয়কই। ইংলিশকী সোনেটসচিংবসু চাংয়েংদা থম্লনবা হোৎনবা কবিসু য়াওই। সাহিত্য অতৈবু চপ চানা ইকায় খুম্নজবগী শেংলবা য়াথলনি।

যুগ অসিদা সাহিত্যগী চৎনবা মচলদা মশীং সুনা থুং থারম্বদি অরিবদা অঙাংহল মথম্লতনি অতুগা নৌরিবদনা মীনকেতননি। অইবসিদি হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা ইরি; থুং থারি। অঙাংহলনা থুং থারম্মীবসি শৈরেং মচা, অচৌবা শৈরেং (মহাকাব্য), উপন্যাস, লীলা, য়ায়েং-শৈরেং অমদি পুন্সি-ৱারী (ওটোবাই-ও-গ্রাফী) অসিদনি। সাহিত্যগী লমদা অহানবা চঙলকপদা শৈরেং মচানা হাম্না হৌই। নহা ওইরিঙৈদগী শৈরেং মচা-মচা ইরকই হায়, অতুবু করম্বা কান্দগী ইবা হৌথিবা অতুগা ইহান হেক হানবা শৈরেংনা করিনো হায়বদি, হৌজিক ফাওবদি খঙবা ঙমনত্রে। শৈরেং মচা ইবদি ১৯৪০ ফাওবা হায়বদি নোঙ্গাগদবা চহী অহুম্মুক য়াৎলিঙৈ ফাওবদা ইরম্বা শৈরেং থেংনৈ।

অঙাংহলনা ইরম্বা শৈরেংশিং অসি 'মৈত্তৈ লৈরাং'[১] কৌবা থুৎই অমদা পুনশিল্লম্মী হায়না লৌবা য়াই। য়াম্নমক ঙম্লিঙৈ মতমদা ইথিবা ঈশৈ-ময়েক (লিরিক্স) শিংশু হায়রিবা লাইরিক অসিদা শিঞ্জিন্দুনা থম্লম্বা য়াই। ঈশৈ-ময়েকসু অশেংবা কবিতানি।

কবিদা ইনীংবগী ঈথিল অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী পোকলকথিবা অশেংবনি। "মীগী শাইওন্দা লাইগী মপু ওইরবা শ্রীশ্রী থম্বা থোইবী অনীগী লীলা অসি অপংবা লাইরিক ইবগী নাকোংদা তারকপা অসি পুক্নুংদগীনি। মীয়োন থংলকপদগী মাগী সুম্বা লীলা অসিগী ঈপাক্তা অকংবা উনা ওইতুনা থমোই অসিনা তাওতুনা লাকই; শকনিং

১। হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেং থরা (অনীম্নবা শরুক) খোমজিনবা হিজম য়োমগী সিংহ, ১৯৫০, 'য়া অমজং'

শোম্নিং ইনিংবনা পুক্নিং অসি লাংতক্নরকই।"[২] শামুরো পেনাগী মকন্নি। অঙাং ওইরিঙৈদগী অহল ওইরবা ফাওবদা পেনাদা থন্নায় নীংথিনা য়াওরক্লব্‌া কবি অঙাংহলনি। ইবগী কলম পায়থৎলকপদা থমোয় অমদি লোশিংদা ওংহনা লৈরকই—পেনাগী শৈহেক অমদি পেনাগী ন্নায়ী লীবগী মওং। কবিতাগী শক্তম লোহনা থোরকখিবনি ন্নায়ী। চাউর-চাউরবা শাংল শাংলবা ন্নায়ী কয়া খোকলক্লবগী খোঙ-থাং থাংবা হৌরকপনি ন্নায়ী মওংদা ইবা শৈরেং মচাশিং। থৌদোক-ন্নাখোক্কী পরীং অমদা ন্নায়ী—অতেনবদগীনা শাংলপ তৌবা ফাওবা, কোঙদোকপসি কবি অঙাংহলগী তোপ্তোপ তাবা মগুণ অমনি। নাচোম চিনবী, খোবাম্পোং নিংঙাইদবী, শিরবমক্তা মন্নানা য়ুবা, হুইনাও মচা য়েংবা, মমিৎ তাঙবদা মচু তাকপা[৩] অসিনচিংবা ন্নায়ীদা মুক্ষম ওইবা শৈরেং ঙাক্তনি। শৈরেং ন্নায়ীগুম হৌই ন্নায়ীগুম লোই। মরক্তা ন্নায়ী ন্নাতাই ফাওবা মওং চুম্না য়াওই। 'মমিৎ তাঙবদা মচু তাকপ'দা হৌই—'করিগুম্বা লৈকাই অমদা মমিৎ তাঙবা নিপা অমা লৈরমই।' 'নাচোম চিনবী'গী অরোইবদা মপান খোপচিন্নগা লোইশিন্নি—

মথক্তা ইকাইবা পোকখরে
পকচবী হুপী নিংথিবিদো
নাচোম চিনবা তোকখরে ॥[৪]

অসিগুম্বা মওং অসি অতৈদা উদে; কবি মশাগীনি।

কবিগী অতোপ্পা মগুণ অমনা সমাজ অমদি লনাই মীওইবু লক্লবা অসিনি। মতমসিগী কবিশিংদি য়াম্নমক চীং-লেম্মবা মওংগী (সিরিয়স টাইপকী) ওইনা তৌবা ঙাক্তনি। মশাগী তাইবং-পুন্সিদদি

২। 'থম-খোইবী শৈরেং'—'হৌরকফম'

৩। ললিতমঞ্জরী পত্রিকা, সম্পা০ অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, ১বা চহী, ৬বা মশীং, ফেব্রুয়ারী ১৯৩৪

৪। '—শৈরেং থম্মা', ২বা শকক, ১৯৫০

মীনিনা, ফাগি-কয়াং তৌনবা, মীয়া ঙাংবা, করেম্নবা লরুবা অতুম তৌরমগনি। অতুবু শৈরেংদদি পূম্নমক শককম লোইনা হজিল্লে; চীং-লেমনা মশা মশাগী আসনদা ফমদেংনবগুম উই; য়াঙাং-শাঙাং করিদ শোয়খিদগে হায়বা কাওবা য়ৌনা খল্পহনা ফম্বোই নীংই। অশোনবা অশোয়বা কয়াম্বু উনখিদবা নত্তে; উৎপম্বু অতুম উৎনৈ। অতুবু অঙাংহলদা লরুবা অমদি করেম্নবগী স্বুর অমা য়াওরিবসিদি য়াম্না ভাঙনা খোকই; ইয়াওমক য়াওদে হায়বা য়াই। তশেংনা মতুংগী হেক থংনবা যুগতা লাকপা সমরেন্দ্রগুম্না লরুবা-করেম্নবনা মপুঙ ওইবা শৈরেং ইবদি নত্তে অতুগা অহৌবগী ওইনা মমী অমা তৎদি অঙাংহলগী কলমদগী হৌরে হায়বা য়ারে। অম্বুম ইরকপদা য়াহৈ অনী-মরীদং মোংখিবগী য়া নত্তে অতম্নবা, অসিগীদমক্তা ইরম্বা কবিতা য়াম্না অতুম থেংনৈ। য়া-তাম্নবা, মীনাই লুহোংবা, চইন্নাও মচা য়েংবা, মচীন সনা তোপ্পা চেক, নাচোম চিনবী, থোবাম্দোং নিংঙাইদবী অসিনচিংবা শৈরেংশিং অসি করেম্নবা অমদি লরুবনি; লরুবনা মপুঙ ওইনা চথবা শৈরেংশিংনি।

সাহিত্যদা পাউত্তাক য়াওই। শৈরেংদা পাউত্তাক হাপ্পা অতুম চৎনৈ। থরা তেম্না খঙজিল-উশিল্লুবা মীগী মচীন্দগী পাউত্তাক মথন্নত্তা থোকচরকপা ময়েক্লা তাবনি। কবিগী কলমম্বু পাউত্তাক পীদ-লাক্কবা ঙম্বা নত্তে। লোম্না-থুপ্পা পীনবা ঙাক্লি। লাইরেন মশিঙ্থা লফোইদা ফুম্মগা য়োংনহনবা ঙাক্লি। অতুগা অঙাংহলদি, হেম্না লিশিল্লরুবা মতাংদদি, পাউত্তাক অসি ফোংনা হেক্তা পীরে। লোগে লোরোই মী-মীদা লৈবে, অতুগা শৈরেং মচা থবদি কোইথোক লাকথোক্লে, ময়াঙদগী হেক্তা য়ৈরে—

ঙাহাক্তগী ঈচেম্নি,
ঈচেন-তুগী মরুদি,
নতুংলোমদা লৈহৌরে;

কাপ্রগনু হন্থরো ;
অতোংবদা পম্বেংগনি
য়াইবী শোই' মাঙগনি ॥[৫]

* * *

নিংথৌরেনগী মচাম্বুনি,
দুন্দী ওইনা পোক্লবদি
নিপানি হায়বা য়াদে মাবু
পথাপনি মাসি মপুম্বী ॥[৬]

* * *

পাংদবা অত্তনবগী শরুক লৈত্তে,
অপংবগী মুক্ষম কংদে ॥[৭]

মমল, থঙদবা, অসিনচিংবা কবিতাশিং অসিদা পাউত্তাক কোংনা অহুম পীরে। কবিনা পামজবা মওংগী শৈরেংনি।

পুন্সিদা হুংঙাইত্তবা পামদবা থৌদোক-য়াথোক কয়া হাক-থেংনরি ; জগৎকী হৌনবনি। মীগী মপানগী অমদি মমুংগী লীচৎত্তা থুজীনদা যুবা তুমগুম্বা য়াকম কয়া অঙাংহলনা থেংনরি। তাইবং পুন্সিদা থোক্লিবা অশেংবা মওং অসি চপ চা-না, অহুগী-অহু ওইনা য়েক্লবা লাক্লরি। অপাম্বা, ওইহনবা পাম্বা কয়াগা ঈরোয়ননা হুংঙাইনা থোক্তবা কয়াম্ব য়েক্লি। মীৎয়েং অসিদা মুক্ষম ওইরগা য়েংবা তারবদি যথার্থবাদ হায়বদি, রিয়েলিজমগী মমি তায় হায়বা য়াই। চুম্বী রিয়েলিজমগী কবি অমদি নত্তে; অহুগা শীংথা শৈথাবদা মমী

৫। '—শৈরেং থয়া'—২বা ; 'ইনৌ চাবা' (১৯৩৮ দা ইবা), লাঃ ৩৬

৬। লাইরিকসি ; 'পথাপ', লাঃ ৩৭

৭। লাইরিকসি ; 'ভা-মচা', লাঃ ৩৭

অমদি অৱা হৌই। নীংখিবা সাধনানি। লৈশি-লৈখোনগনগ্রবা, প্রয়াণ-পাহৈগী লমদা চোকথবা লৈত্ৰবা কবিগী লোন্দা কাওবদা কহ্না-হৈথারকপগী য়াকম উরকই। কবিতা মচাগী মতাংদদি অঙাংহলগী লোল অসি নেঙকাত্তে। য়ারোগী অমদি লৌশিন্নুরিবা হীরমগীনিদি হায়ববু, অপাননা হেক্তা অহুম কোঙদোক্লে—

ঐনা মশিরে হায়বা শোয়ত্রবদা
মসিমতদি খাইনা তৌবিয়ু
ঐগী মথা-খোং অসিদগী লয়াই কাও
চৈ অমনা নিংথিনা লেংবিয়ু।[৮]

অমুয়া মৈতৈ-রং (খাদী) গী ফিবু পামজবা উৎপা মতাংদা, মতাংগী ওইনা, মীরৈবাকী ফিগী য়াকম লাকই। চাংদয়রকপগী মওংনি। মতম অহুয়াইদা (১৯৩১) মীরৈবাকী ফি য়াম্না লুনা চান্না তৌহনা শীজিন্নৈ। খাদীগী ফিবু খোওইনদবগুম তৌই। কবিগী থমোয়না মসি য়ানীংদে। মতম অহুদা মহাত্মা গান্ধীনচিংবা ভারতকী মীওই কয়ানা খাদী- ফিন-চিংবা লমসিগী পোংকী প্রচার কয়া তৌবগী ফল ওইগনি। ইশাগী পোং শীজিন্নগদবনি মীরমগী শীজিন্নবা চুমদে হায়বা য়াথল অসি কবিনা কন্নক পেন-না, য়াখোঙ থুমনা হেক্তা হায়রে—

য়াথন য়াওদবা জীবগুম,
মুমায়ন্থ থাবা নিপাগুম,
লমচৎ খংদবা মীওংগুম,
নংসিগে কম অপংবগুম,
বেশ্যাগী মমায় য়েংকরোই,
তুংদা কৈন্থ লৈহোরোই

৮। '—লৈরেং থরা, ২বা', 'শিরবমক্তা মরনা য়ুবা', লাঃ ২৩-২৪

ঐগী শক্তি তাহৌরোই
তাহাক সুংঙাইবা পামকরোই ।।[১]

রাখল অমদি লোশাংদা করুপ অহুম শীজিন্নরে। মতমগী থোঙথাংদগী অমা হেন্না থাংজিনবনি। অপা-অপাননা হায়রবসি কবিগী হৈনবী ওইনা লৈরকই। নাকোয়ননা ঙংবগী মহত্তা ময়াঙদা য়ানবনা কারণনি খল্লবা য়াই।

দেশ-ভক্তি, ঈশ্বর-ভক্তি মাতৃ-ভক্তি, সাহিত্য-ভক্তি কবি অয়াম্বদা লৈ। কবি অঙাংহলগী লীলা অনীগী ঈশৈশিংদা হরি ভক্তি অমদি মসিদগী অমুক সুপচিল্লকুনা অপানবা ভক্তি অমা ওইনা, কৃষ্ণ-ভক্তিগী রাকম অমা য়াওরকই। শ্রীধাম বৃন্দাবন অমদি গোলোক ধামগী ভাব অসি কবিগী অতৈ মচলশিং, হায়রবদি কাব্য, উপন্যাস অমদি য়ারেং-শৈরেংদস্থ উই। লীলাগী ঈশৈশিং শৈরেংশিংদদি মরেক লারে। লীলাগী য়ারী-পরীংদদি চান্নবস্থ য়াওই অদুগা চান্নদবস্থ। অদুবু কবিগী রাখলদি মরেক শেংই। শৈরেং ওইনা লৌবস্থ তাবনি। অদুগা ভক্তিরসকী ওইবা তশেংবা নবধা প্রভুভক্তিগী মওংলোমদা চঙশিনবদি নত্তে। হিন্দুগী গৌড়ীয় সম্প্রদাইনা পীরকপা মনানি হায়দবা য়ারোই। অতৈ ধর্মদা তাথীবা রাখল থমদে। অদুগা মশাগী নাৎ-পুদি থোইদোক হেন্দোক্লা লুনা তৌজে। হৌনবনি। মরৈবাক, মজাতি, মমারোন অমদি মশাগী সংস্কৃতিবু চেৎনা লুনা তৌজবগী রাখল অমা কবিগী শৈরেংশিংদা উরি। মতমসিগী রোমান্টিক কবিশিংগী অপুনবগী মগুণনি হায়বা তাবনি। হেনজিল্লিবদি হান্ননা লৈজরবা মৈতৈ সংস্কৃতিগা কোম্নমা লোশিল্লুবা হিন্দু সংস্কৃতিগা থেন্নবা থমজিবসিনি।

---

১। '—শৈরেং থবা (হবা)', 'মৈতৈ-য়ং' লাঃ ১৭

## অঙাংহল অমদি প্রকৃতি

রোমান্টিক কবি ওইবগী হৌনবনি, অঙাংহলনা প্রকৃতিগী পোৎলমশিংবু য়ায়া পামজনা মুংশিজনা তৌই। প্রকৃতিবু য়েংবদা কবিশিংনা মশা-মশাগী ওইবা কল্পনা শোয়দনা শীজিন্নে। কল্পনাগী মীৎয়েংহ্নু কবিগী মশাগী শীখোকয়কপা অমনি। অঙাংহল কজবা পামজবা, কজবদা ভাওবা ভমজবা কবিনি। ইচম চম্বা ময়ায়া উ-ন-য়েংনরিবা পোৎলম অমদা মশাগী কল্পনা হাপ্তুনা য়েংবা, মহুদগী ময়ায়া উ-নদবা শক্তম অমা উরকপা, উরকপা শক্তম অছুদা মুংঙাইজবা মতুংদা মুংঙাইজবত্থ কোঙদোকপা অসি কবিগী মহৌশানি। পাজমরুবা পোৎলম অমবু প্রমাণ-পাহে অমদি চাংদম্নবগী মওং কয়াদা অমদি অয়াম্বা মভাংদা, উল্লেখ অলঙ্কারগী মতেংনা শীংথাবা অসি কবি অঙাংহলগী শৈরেংগী সাধনা মথল অমনি। চীংদা হৌবা লশিং-লৈবু অশৈবগী চৈজীংদা থাবা লৈরোনগুম 'ইমালোনগী পেনা শৈরেং'[১০] ছন্দগী মওং অমদা শৈথারকই—

লৈয়াং মউত্তাবু হায়রগা,
কোরী শাজৈ মানবা লৈ।
লৈয়াং লৈনা ভাবু-য়েংলগা
জমান-চমান মানবা লৈ।
লৈয়াং মানা পোম্লি-ঙৈদা,
লুপা কোন্দুম মানবা লৈ।
পশিং লৈখোক অমদা,
শিঙেল লৈচু ভরেৎ খোকপা
য়াবা লৈ। (লৈয়াং কয়িৱো)

১০। কবি মশানা পজবা শৈরেংগী মওং অমা।

পোৎলম মশাগী ওইবা শা-ওং শা-দানা মপুঙ ওইবা (ওবজেকটিব) শৈথাবগী মওংনি। কল্পনাগী মীৎয়েংনা য়েংবনি। চয়া কজবা শক্তম শৈথাবনি। অসিগুম্বা মখলগী কবিতাশিংদা দর্শনগী, পথাপকী নত্রগম্ব পাউতাকনচিংবগী য়াকম য়াওহন্দে। সবজেক্টিরিটী মরু ওইদে মপুঙম্ব ওইদে। উল্লেখ অলঙ্কারদা (পোৎ অমবু হয়া হয়া শীংথাবা) লশিং লৈরাংবু শংশং উহন্দুনা হুংঙাইহনবনি।

কবিগী কলমদদি মেরাগী থাবলতা নত্তে ইঙাগী থাশিগী অমম্বা অহিংম্ব কজে। সাহিত্যদদি চং ফংনা থীরবা অথীবম্ব লময়োনা কজবা য়াই। তাইবং পুলিগী অয়া-হুংঙাই পুম্নমক কাব্যদদি হুংঙাইবা ঙাক্তনি—রসনি। তাইবংদদি থীরগদবা অয়াবগী দৃশ্য অমা অঙাংহলনা য়েক্লি ;—চয়া—

পুক্রি খোংবান কোংকুৎনা মকম খুদিংমক লৈখরে ;
শম্বন উরি-ভিথাংনা খুরক হাঙবা লৈতরে ;
করি,মতা উথিত্রে মায়কৈ খুদিং শীনখরে ;
নোংনা পুমকুপ কুপখরে শুক শুগুম মমখরে।
নোংগী মরি'মনা উতুপ উতুপকুম চাউখয়ে,
হুংশিংনম্ব শিংপনা মিং পাঙবা য়াখিদরে।[১১]

প্রকৃতিগী পোৎলম শীংথাগী ওইনা শীংথাবনা মপুঙ ওইবা পয়েংশিংনি। হৌজিক হৌজিকমক হেক্তা হকথেংনরিবা কীবমগুম্বনি। ইরোই লোয়রবদবুদি কবিগী মহৌশানি, কল অমা তারকই; মপু মঙোম্দা লৈশিল্লকই। অতুবু শৈয়েং মশাসিদি শক্তম শীংথাবনি ; পামজনা উৎলগে হায়না শীংথারবনি। অমুকম্ব নোঙাল্লমদাইদা নাইতোম থোকপা শজীকপু উবদা কবিদা হৌরকখিবা কল্পনানি—

১১। মণিপুরী শৈয়েং, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, 'নত্রম্ব কৌজবা মতামবে' লাঃ ৮৩

ঙৌনা পানবী নমায়দো চৌয়া কবী নঙাব্দো
ইকায়খীবী খোংথাংগী তনিক তনিক শককমদো
শিঙেল থয়ো থম্বালগা শজীক নংগা পাসিরা
অমৃত চেনবী নমায়দো তাউজীং হৈগা শকসিরা
চেংলৌ শকতা হেল্লবী লৈরাং গুণদা করবী
লৈনে শিঙেন কয়াবু নুরা নংগা মাল্লবী
লৈরাং অতৈ সিবুদি কোলোয় মিংবু শোয়দে
শজীক কৌবী নংতবু শোয়ৈ খাইনা কাউনদে।[১২]

লোল পঙথোং খোংপদি নত্তে অহুবু মঙালদি শজীকত শজীক-কীগুম মেঙই।

প্রকৃতি শীংথাবগী মতাংদা কবিগী পায়জবা হৈনজবা অমনা মী-ওইহনবা (পার্শোনিফিকেশন) অসিনি। অয়াম্বা মতাংদা পোৎলমবু মুজা অমগী শকুম লাকলকই। যুগ অসিগী কবিশিংগী মগুণ অমনি। মওং-মতৌ য়েকপদা, খোঙ-তোন শীংথাবদা লীচৎ-শাজং উরকপদা মুপী অমগী মশক কবিনা হেক-হেক উই। শজীকপু তনৌজরিবী মুজা অমগুম উরকই; লাংথবানগী লৈহাও লৈয়েনবু তাইবং মুজা পাংথকপী অমগুম কোরকই; পুন্নমক্তা মুজা লীচৎ অমদি চনু-শাজং ইয়াও য়াওই। মতমতুগী মৈত্রবাকপু নাউয়োক নাউকোলিবী পলেম অমগী শকুম লৌরকই—

লৈতৈ কোলোই লৈতেংবী,
মুংশিবী ইমা পুককবী
মিংল্লা থম্বাল মাল্লবী,
তরং লাইজ হোয়বী।
ইমাগী অরাবা কোরুসি

---

১২। 'শৈয়েং থরা, (১বা)', 'শজীক', লাঃ ২৯

পাক্কা রাখল ভৌরসি,
অকে অমৌ ভোক্লসি,
পলেম লমন শিংলসি ।। (মৈতৈ-রং)

অঙাংহলনা উরিবা নুপীজাগী শক্তমসিং ঈখৌ-ঈশাং পুৰী, তথক-তথকপী, খেংনা নীংথিবী নুজা নত্তে; চীংনা লেম্বী, ঈংনা ভগ্নী, মোং হাদবী ঈংনা ফজবী চনুনি। অদুগা নুপীগী হকচাং কায়াংকী ফজবা শীংথাবদা খোইনা পুক্নিং চিংশিনদে ; শৈরেং অচৌবশিং অমসুং উপন্যাসশিংদসিং শাংনা শাংনা শীংথাখি। 'শকীক', 'য়েংখংবা লৈহাও লৈরেন ভুবদা' নচিংবা থরদা থরগীমখৈসিং শীংথাই অদুবু কাসগী ঈথক ঈশাংগী য়াকস করিগুম্বা মতাংদমু য়াওদে। প্রকৃতিগী ফজবা উবদা অঙাংহল নুংঙাইজে, পেনমু পেনজে। অদুগা ফজবদা পুমঙাও ঙাও-খিবসি নত্তে; প্রকৃতিনা শৈরেং ইবগী ঈখিল অমসুং ঈচেল শীখিবসি নত্তে। তাইবং লৌচং য়েংবদা প্রকৃতিবু খানবনি। কবিদা অহৌবা অমসুং অরোইবা ঈখিল শীথিবসি তাইবং লৌচংনি—সমাজগী লমচংনি। অঙাংহলসি প্রকৃতিদা সমাজ উবা পাম্বা কবিনি সমাজদা প্রকৃতি য়েংবা পাম্বা নত্তে।

ভৌবগীসি মহোশাবু শীংথাবগীদা ওইনা শৈরেং ইবসি মণিপুরদা য়ায়বক তাওনা থোকই। যুগ অসিগী কবিশিংগী মনুংদা কমলদংসি শৈরেং থরদা শীংথাবগীদ ওইনা শীংথাবগী য়াকসনা মরু ওইনা লৌখি। মহোশাগী নীংথিবা অঙাংহলমু পামখিদবা নত্তে। নীংথিববু য়ায়বক লুনা ভোজবা কবিনি। অদুবু সমাজগী পুক্নিগীদমী থাইদোক্লগা প্রকৃতিবু অঙাংহলনা য়েংবা পামখিদে।

## অঙাংহল অমসুং সমাজ

অঙাংহলনা অপাননা পায়রিবসি (ভীল ভৌরিবা) সমাজনি—নাই-ভোম তাইবং অমমমগী কায়াংনা শাগৎলবা সমাজনি। কবিনা হেরো

থরায় তা-অবদি প্রকৃতিদা কাওবদা মহৌশাগী কায়াত্তা নত্তে, সমাজগী কায়াৎশিংদনি ; লৈরাং 'রারক কুন্দো' লৈ-না, লৈ-য়োনদা নত্তে ; কুন্দোগী সমাজনি—

রারক-কুন্দো ইত্তারোই লৈরাং নংনা করিগী
অয়া নপোৎ কাহ্না মপু কলা মতংদাং
রাশা-কথৈ থত্তুদা লৈরাং করি চিন্তানো
শোকন-পয় য়াদবা চংন-খোংন ওমদবা
শিঙেত্তন নংগী নখোংদো খুদোংথিবা 'কমনি
লৈরাং নংবু লাওনে মপু থোগন জৌসিনে।[১৩]

কজবদা রাৎতবী নীংথিবদা তাত্রবী রারক্তী কুন্দোনা করিগী 'শোকন-পয়' য়াদবা রারকতা শাত্তুনা লৈগদৌরিবনো ? (করিগীনো জহেরানা হিদাকফু ফিদা তিয়দনা থাইদোক্তুনা থমগদৌরিবনো ?) জাৎ তাবা হায়ববু করিনো ? করম্বা মহৌশানো ? কবিগী রাহংনি কবিগী পাউথুমনি কবিগী সমাজনি।

সমাজ-পুন্সিগী য়ুমকয়দি তাইবং লীচৎনি ; মীনি ; মী অযমমনি। মীগী লীচৎ য়েংবা উবা তাই, উহনবা তাই। অঙাংহলনা উহল্লি। অচুম্বা অফবা লীচৎ কয়া পুকচেল শেংনা শীংথাহ্না থাগৎলি ; হৌনবী, চৎনবী পথাপ কয়াগী রাকম হন্না হন্না শীংথাই অহুগা অপুনবগী ওইবা মুংঙাই-রাইফগী পাউজেল তত্তুনা পীরি। য়ানীংদবা পামদবা চুমদবনি হায়না থনবা লীচৎকী মতাং লাকপদনি অঙাংহলনা তিঙ শোল্লা রানীংদবা ফোঙদোল্লিবা। থোদোক অমদি রাকমগী রিএকশন-প্রতি-ক্রিয়া মেওদে থোংতে ; ফোঙদোকপদা মুপাদ মুপাসিঙাই। থোংনা নৌনা মথমোয় কাজীজহ্না নত্রগা মথয়তা মুংঙাইজদনা পুক্লুংদা রাকৎ কুমহ্না পিরাং শিম্বহ্না লৈবা কবি হৈনদে ; অপাননয় লক্লে, নাকোয়ননা করেল্লে অহুগা ফন চোংথোক্তুনা ফৈজোম গুপ্পা হেক্তা তাথৎলি—

১৩। '—শৈরেং থরা (১বা)', লাঃ ২১

য়েংউ পহৌনা খোংদাই শেৎলিবা,
ইমানা পোমক্রী থাংলিবা ;
মখোইগী চয়ে হোংসিবা !
কৈজোম গুঞ্চা ভাখৎসি,
লাইর-পাম্বী ফুক্তোকসি ;
লাও হুমাংমন লমন শিংলসি !![১৪]

অসিগুম্বা মতাংদদি করেয়কুনা লরুগ্রগনা লকরে নত্রগদি স্নারক্তা নাকোয়ননা গুংবা হৈনদে, কবিনা লক্ষনা ব্যঞ্জনা-কা থোইনা য়েং-লমদরে অবিধাগী অতা-অতাবীদা ময়াগুদগী হেক্তা হৌরে—

তুংগী লম্বী য়েংলসি,
ইচা ইনাওবু য়োরুসি,
ইমাগী লমন শিংলসি,
পহৌ খোজুল লৌরসি,
লাইর-খাওবু থম্ন-ফী,
লাইর-নমবু কম্ন-ফী,
পলেম খুৎকী লংহিংকী,
হোংলসি চয়ে লংবৌ ফী !![১৫]

অমুকমু—

মমন য়াওদবা শম্বীগুম,
জাৎ-বিজাৎ-তি থক্লবগুম;
জীবগী উপাই তৌবগুম,
জীব অপুম্বা য়োকপগুম,
হে ! পুকচেন শেংবা নিপাশা,

১৪। ‘—শৈরেং খরা (২বা)’ ‘লমন’, লাঃ ৩

১৫। ‘—শৈরেং খরা (২বা) ‘মৈতৈরোং’, লাঃ ২১ (১৯৩১ খ্রী ইবা)

জীবনু সুঙশিবা হৈবশা,
ধর্ম ওইজবা নহৌশা,
জীব য়োকলয়ো মরুপশা ॥[১৬]

তান্তারুবা মঙাংদা য়ায়া লাকশিনবা তাইবং লীচংকী থাজবদা কনাগীনু মতেংগী আশা তৌরুদনা সুপা খোঙ্গা লিংজেল ফুতুনা মখোক-ইখোক, হীরম খুদিংদা চঙশিন্নবা খোনা হাপ্পি—

চুরেল অতুগী তারুকম,
তাইবং সমত্র মপান্দা,
মমায় নোংথক য়েংছনা,
হঙ্ভুনু কনানু খুম্নকওই।
চুরেল অতুগী ঈচেন্দা,
ঈপাক অতুগী ঈথক্তা,
হাননা পাউখুম নৈরবনি,
মঙোন্দা হংছনা তারুকওই।[১৭]

তাইবং মীপীদি অশোনবগী অশোনবা ভাক্তনি। অমমমগী অশোনবা ময়াম পুনশিন্নগা অপুনবগী চাউনা শোনবা অশোনবা ওই-রকই। অঙাংহল অশোনবা থাঙবা হৈনদে। চুমিন্না নোংদম্বগা সন্ধি তৌনছনা অপোম্বা নিংদোল থাগোমছনা পোথাখোকপা কবিদা হৈননা খোক্কে। মায়নৈগে অমোমদা কবি চীন লূমছনা নৈখোকপা পামদে; লাউরে হেক্তমক—

হৌজিক হৌজিক য়েংলবদি, মীনাই কোকপা হৌনদে
মীনাই মম্না হনকদে মীনাই পাম্বী থকনু লিংকদে।

---

১৬। '—শৈরেং থম্না (২বা) মকল'; লাঃ ১১-১২ (১৯৩৪ দা ইবা)
১৭। লৈরেং-শৈথন, ১বা ১৯৬২, 'অয়েখা নক্তে' লাঃ ১৫ (১৯৩৩ দা ইবা)

ভীষ্‌ম ব্রত তৌজহ্নবা মীনাই পাম্বী-ফুকতোকখিসি
মীনাই পাখংশা ! মীনাইনা মীনাই পোল্লবা
মীনাই লুহোংবা তৌহুসি ।[১৮]

অশোনবা অসি লৌথোকপা তায়। পামজদবা লীচং থাদোকপা অমদি থাদোকহনবা তাই। মতমহুত্তদা য়াইকবা ওইগনি। শেমদোক থাদোকপগী য়াথল অমা অঙাংহলগী য়াথল পয়ীংদা উবা ফংই। পোৎ-লম অমা, নীংথিবা অমা অল্ল-অহেন অমা উয়কপদা, অহানবদা কজবদা নীংথিবা উবদা লেপ্তরুয়বন্থ মথংগী মীৎকুপ্তা ময়ামগী ওইনা অতোপ্পগী ফনবা, কজনবা অমদি কায়নবা থল্লকই। লোক্স্‌ংদা, মত্রপা লুবাক মহুংদা মশেক-মঙাল কয়া লোয়ননা নৈবা মণি অঙাংহলনা পামদবা নত্তে শাম্মী ; করি ওইরবা মতাংদা পাম্মকপগে হায়ববু—

মাগী মণিগী খুদোপনা,
সিবিসন্থ নিংথিজনা
সুপনা সমাজগী খুৎনিংথৌদা।
মাগী নিংথিবা মগুণনা,
ঙানবিসন্থ মতম চুপনা,
নিংথিনা সমাজগী মায়থোংদা। [১৯]

অহুনা সমাজদা নৈমিয়রগা 'মাগীদা ময়েংবা' মীওইশিংবু লক্লে করেয়ৈ ; 'শিরবমকত্তা মরুনা য়ুবা' কাঙবুবু ময়ামদগী লাপথোকহন্নবা চেক-শিলহল্লি ; অতোপ্পদা তৌবা 'দান'গী মমল তাকই ; চীক্লা লোয়া য়ারক্তা শাৎপা 'য়ারক-কুপ্লোবু ময়াম মমাঙদা থোরক্লবা কৌথোকই ; 'মমল' হায়বা থিরুদনা তোল্ল-তায়ববু য়োক্লবা য়াথল ফোঙদোকই ; পূয়মক্তা 'মৈ:ত-য়'গী কি শেং-চা-হ্নবা নৈবাকী সেবা তৌনবা থৌইনশিন

১৮। '—শৈরেং থয়া (১বা)' ; 'মীনাই লুহোংবা' ; লাঃ ৪৫
১৯। '—শৈরেং ৎয়া (২বা)' 'ললোনপোৎ' ; লাঃ ২৬ (১৯৩৬ দা ইবা)

পী। মকম মতম পুন্নমক্তা ঐপী হায়বা থাক্তবমথৈ ময়ামগী ফনবা তৌছনা মিচংকী উরোং খিল্লখনা অথোইবনি হায়না কবিনা শৈখাগ্নি—

নঙবু ফংগে নিঙবনা নঙবু ফংন হৌনত্রা
নঙবু ফংঙোই নিঙবনা নঙবু ফংন হৌনত্রা
ফংনি ফংঙোই খঙদনা নঙবু খিবা থোকপন্না
ঐপী হায়বা থমত্রগা নঙবু ফংবা ভাবন্না
মিংচৎ পাম্বা নিপাও নঙগী শরুক থাকপন্না
তাউজিং মাপী মহৈদো নঙনা চাগে খনবন্না।[২০]

অমরোমদা অমুক লৈমিন্নরিবা মীওইববু মুন্না য়েংলগা লীচৎ খঙনবা লাক্লে অহুগা লীচংশিং অহু সমাজগী ওইবা উকমদা য়েংলগা মমল লেপ্পবা লাক্লে। সমাজদা চান্নদবা, লোয়নবদা পক্লদবা লীচৎ খল্লোকই। মচু কয়ানা তিনবা সমাজনি মী মখল মখল লৈ। চান্নবন্ন মনৈ; অহুগা অমরোমদা অসিগুম্বা মীওংম্ন লৈতবা নত্তে—

অচুম অরান খঙজদে মীবু য়ানবা ঙাংই
জীব অমগী য়েংদে মশাগীদা ময়েংই।
থৌজান লৈত্তে নশাদা ফন্নে নঙগী ফরগা
মীগী মাঙবা উদে লোইরৈ নবুক থল্লগা।
লৈবাক মাঙবা পাম্মুদে লোইরে নশা হিংলগা
ইকায়-শঙোয় হাংইদো পেনকৈ নথৌ পাংলগা।[২১]

অতোপ্পগী য়েংদবা মা মশাগীতা খনবা অমদি খবক তোবা কয়া লৈ। ওইদবা ঙাংবা অচুম্বা লোৎপা মীওইম্ন পীক থম্না লৈরি। তাইবং অসিনা তৌরিবম্ন মপা-মমা কাওবা মচাগী মফমদা ওইদবা ঙাংবগী মতং হকথেংনয়কই। চম্মবা, থাজগনবা সমাজ অসিবু থাজন্নিবা মিৎ-তাংবগী য়াকং অমনি—

২০। মণিপুরী শৈরেং; 'মিংচৎ খিবা' লাঃ ৭৭
২১। '—শৈরেং থন্না (১বা)., 'মচিন সনা তোম্না চেক' লাঃ ৪০

পাব ! ঐ অসিদি অতাবদা খওজবনি থেংনবদা উজবনি
তাবদা খওনবা থেংনবদা খওনবা মতাঙ্গা তাকপিবু ।[২২]

অসুম্না য়থার্থগী মতাম চঙবা মীৎয়েংনা সমাজবু অমদি সমাজগী কান্নাংপু য়েংবদা পামদবা হুংঙাইতবা শককম কয়া উরকই। উরকপচুমক কবিনা উৎপনি। মসি কোন্নবা উপাই মতাং খয়া থিন্নবমু য়াওই অচুগা থিদনা লৈরিবা কীবমচুমক লাম্হোক্লগা তোকপম্নু য়াওই। তোবদি অনীমক্তা কবিগী পামজবা লমথুংদি অকবা সমাজ অমা তানবা অসিনি। হুংঙাইতবা দৃশ্যগী য়াংমদা অক-হুংঙাইগী শক্তম লৈরি হায়বসি কবিদা শোয়দনা কাওয়বা য়াফম্রি। য়াকম অসিনা মাঙবা খম্মগা সমাজগী কীবম য়েকপনি।

অশোনবা অশোয়বা মতাং লৈজয়বমু অঙাংহলগী সমাজ লৈবা য়ান্নিবা সমাজ অমা ওইরি। নাজরবমু লাইওং খঙলি অচুগা লাইনামু মপান-ময়া তাহুনা সমাজ মশা অপুম্বদা শম্লোকখিজ্রি; লায়েংবা য়ারি। লৈথাও চায়বা নত্রগা স্থূম্না তুমহল্লবা সমাজ অমা ওইজ্রি। মীগী মমল লৈরি; অচুগা, খঙবমু খঙনরি। অচুনা সমাজবু য়েথায়বা-থুগায়বা পামদে। শেমজীন শাজিনবা, অতেক অকায় য়েংচুনা মেনবা কোৎপা তোরবদি ময়েক থোকপা সমাজগী পুন্সি ওইনগনি হায়বসি কবি অঙাংহল কয়া থাজরি। অচুনা চুয়া পাউতাক্তনা খবক য়াথিগনি হায়বসিগী য়াকম অমা কবিগী শৈরেংশিংদা য়াওরি। কলি চঙলক্তবদি নস্তে অচুগা ধর্ম ময়ায় চায়থরক্তবমু মস্তে। অচুবু জাইবং ঈয়েনবুঙ অসি হোয়ো হোয়ো লাউয়বা উক্রোং অহোবদি ওইজ্রি অচুনা কল্কিদা অবতার তৌবিরনবা হায়জজ্রি। সমাজ ওম্মোকপগী ভঙায়কদবা হায়বচ লৈজ্রি। মপুম ওইনা কংবা কংদবগী য়াকয়া অমনি অচুগা আদর্শগী

২২। সাহিত্য-পাত্রি- ৭১/৭২ বা মশীং ১৯৭১, 'মমিং তাজবদা মচু তাকপা' লাঃ ২৬

মমরদি লৈরি অতুগা শত্তবন্থ শত্তনরি। ঊথক থরা হৌবগী রাজনি উরেনবুং ইরেনবুং অতুম ওইরি।

## লোন অমদি ইবগী মওং

শৈরেং মচাগী মতাংদদি অতাংহলগী মৈতৈরোন অসি নোরে। য়াম্নি মখৈ অরিবা রাইহে লৌশিন্নদরে। লৌজিন্নবা তারবন্থ, হুম্ভিগী পুন্সিদগি লৌজিন্নত্রবন্থ ময়ামগী ওইনা লৈরবা রাইহেদমক লৌজিন্নরে। পলেম, পহৌ, লাইজ, তলা, রাকয়ৈ অসিনচিংবা অসিগী লেং অসিনা অরিবা ওইনরে। অতুগা মশীংন্থ য়াম্না হন্থরে ( শৈরেং মশীং য়ামদবনন্থ মরম অমনি )। অমরোমদা অমুক অতৈ লোনদগী লৌশিনবা রাইহেশিংন্থ হন্থরে, অতুগা লৌরিবা থরা অসিন্থ মণিপুরীগী ওইববা অয়ান্থনি। মওং অমনা অমুক, মওং কায়হন্দবা রাইহেনা নম্না থোক্লে। জীব, অমৃত, মণি, কানূন, স্বর্গ, জাতি, বিজাত, ভক্তি, মহারাণী, অজ্ঞা অমিনচিংবা ময়েক শেংবা ওাক্তনা অনম্বা ওইররে। মওং কায়হল্লগা লৌশিনবা রাইহে য়ামত্রে অতুগা মওং য়ান্নন্থ কায়হত্রে। মতাং লাকপা মতমদা সেমজিনবা রাইহে কয়া—লমহাই লৈ, চাওগোইহুং, লংবোকী লংহিংকী, অসিনচিংবসি মওং চুম্না ফজনা উই। পক্লে চা-নৈ। কবিনা শেম্বা চা-নবা রাইহেদা—

> লৈরাং নওবু অমত্তুং নাপ্না থক্তা থেৎপদা
> পাথং শকী তেংবাংলৈ। হুরা শম্নাং থক্তুদা
> থেৎলুরগা অতুকন্থ শম্নাং চেংলৌ ভামরৈ।
> মীওঙ্ মীশক নাইদনা লৈরাং ইচন চম্নরৈ।[২৩]

২৩। মণিপুরী শৈরেং, ৩বা সংস্করণ, য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা'; লাঃ ৮৪

অনুপ্রাস (শব্দালঙ্কার) অমসি উল্লেখ (অর্থালঙ্কার) অনীগী অপুনবা বর্ননসি। কজনবা তাবদা হুংঙাইনবা শেম্বা য়াহৈ কয়াগী লৈঙ্গে ওইনবা পরেংশিংনি। 'নেমত্রিক নেম্বা' 'মথা থোঙ', 'বেশ্যা', 'মথি', 'মতৈ মনাও', অসিনচিংবা য়াহৈশিং অমসি না, বু গী অ নচিংবা ইবদা শীজিনবা য়াহৈ মচেৎ কয়া লৌথোক্লনা ঙাংবগী উচ্চরণগী ওইনা শীজিন্নরকপা য়াহৈ অমসি পুনশিনবা য়াহৈ কয়া, য়ায়া চয়া চয়া লায়না শীজিন্ন-রকপসিনা অঙাংহলগী লোল অসি সমাজগা—তাইবং সনাজগী পুন্সিগা য়ায়া মকশিন্নরকই।

করি'মত্তা কংদরে মঙান মশক খঙদরে।
(নঙবু কৌজবা মঙায়রে)
জীবই 'য়াবা খংনবনি (মৈতৈ-রং)
হেকই মথে খায়গনি। মুয়গন্থ ঙাইথোদা।
(য়েংথংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা)
অমম' লোকী লোক-হুংদা থোহু হুংগুম তাবরা
(মিঙচৎ থিবা)

অম্বুয়া 'হায়জরকঅনি', 'মহোয়', 'নৈ'না', 'শোইদ' অসিগুম্বা কয়া অমা নীংতম্না শীজিন্নরি। মসিগা ঈরোয়ননা অমুক, বাচ্য (য়োইস), পাউদম (নেরেশন) অমসি, পোথা-লেপকম (পংচুয়েশন) গী মতাংদা অঙাংহলগী পরেং শেম্বদা (কনষ্ট্রকশন) মণিপুরীগী অশেংবা শক্তম উবা ফংই— ইংলিশ, হিন্দী, সংস্কৃতকী মখি তাদে ; অশেংবা মখিদি অরিবা মৈতৈ-য়োনগী কজনা তাই। মায়কৈ অসোমদগী য়েংবদা মৈতৈয়োনবু অশেংবা মৈতৈরোন ওইনা সাহিত্যগী লোল অমা ওইনা থম্নবা লাক্লখিবা মৈতৈ অশৈবনি হায়না চাউথোকপা য়াই। মতম অহুমসি অরিং-অয়াংনা থোক্লম্বা য়াই। অঙাংহল নাচুংখিদে। লোন্দাগী মঙং অসি অইবগী সাহিত্য মপুমদা উবা ফংই। মশাগী শৈলীনি। অঙাংহলগী লোন্দাগী

য়াহৈ-য়াতা ৰ্ম্মগী ওইবা নত্তে মর্ত অসিগী সমাজ অসিগীনি; তাইবং পুন্সিগী লোন্দানি।

লোক কথা অমসুং লোক গীততা মৈত্রবাক্তা চৎনবা য়ারী লীবগী শৈলী অসি অঙাংহল য়াম্না পামজে। মসিগী মমি ময়েক শেংনা তাই। য়ারী হায়বসিমক্তদু ইত্তেন ত্তেনবা পল্লদে। অঙাংহলদি অশাংবা অচৌবা য়ারী লীগনি। কবিসিংদি অশাংবা লমজেন, ময়াখোন চেনবা মীনি, অত্তেনবা চেনবা পল্লকাত্তে। খোঙহৌ ময়াই অমসুং পম্বুং ওকয়াগী খুচেন খেৎনে। খেম্নবা তাবনি। অয়াংবা পোৎ পুবদা অরাম্বা খোনগৎপদৌবা খোনগৎপা য়াবা নত্তে। অরাম্বা অমা খঙনা নত্রবসু খঙদনা, শৎ হাইগৎলুবা য়াবা নত্তে উপশিন্দুনা তুবগী য়াকম লৈরি। অয়াংবসু অচু মঙাই লূম্না হোৎনরুবা য়াবা নত্তে; শৎ হাই-গৎলকুনা অরাম-অয়াংগী চাং (বেলেন্স) কায়রক্কদবা য়া লৈ। অঙাং-হলদা কবিতা মচাসি য়াংলপ খোকই; চাং কায়বমক্তি নত্তে অচুবু মপোৎ খন্দবা শঙবায়গুম ইচাং চাংবগুম থোকই। মসিগী অচৌবা ময়ম অমনি অচৌবা অরাম্বা পুবা হৈনরুবা অশাংবা য়ারীগী খুৎলী লৌরুবা।

য়ারী অমা য়াওবা শৈরেংদা কবি পম্বুং য়োনা মায় পাকই, মপা খিবা য়ায়। অইবগী কল্পনানা অপাবগী কল্পনাদা শিন্নরম্মী। 'থৌবাল্লোং নিংঙাইদবী', 'নাচোম', শিরবমক্তা ময়ানা য়ুবা', হইনাও য়েংবা', 'মমিৎ তাংবদা মচু তাকপা' অসিনচিংবা শৈরেংশিংগী অত্তেনবা য়ারী শৈলী য়ায়মক কজবনি। 'য়েংখংবা লাংথবানগী লৈহাও লৈরেন তুবা' কাওবদা ময়ক ময়ক্তা ইতিহাস অমসুং কবি মশাগী কল্পনাগী য়ারী হাপচিন্দুনা তমকা হৎনবা লাক্লে। কজরবা লৈত্তেংনি। শৈরেংগী সুংঙাইবগা য়ারীগী খঙনীংহনবগা অনী পুন্না চৎমিন্নে। 'অবিধাগী ওইবা য়াহৈ, পরেং অমসুং স্তবকশিংদা লক্ষনাগী নত্রগা ব্যঞ্জনাগী থকতোরকপা অর্থ অমা শীবা ঙম্বা লোন্দানা ঈমায় চোন্না থল্লি। পাউতাকী কুপ্নবা

মরু- কয়া শরুকইরনা, হৃদয়্যগী মওংদা লৈ। তাইবং মীগী হুংগী শক্তম পুবা ওখা য়াহৈ-য়াভানি।

শৈরেং অয়াম্বদা শীংথাবা অসিমন্ন্ কবিগী মশিঙাং ওইনা লৈ। পোৎলম অমা নত্রগা জীবম অমবু হয়া হয়া তোঙান তোঙানবা পরেংনা শীংথাবা কবিনা খোয়দাজে। অবিধানা অতা-অতাবীদা শেংনা অপা-অপানননা হায়রগা হায়রে নত্রগদি প্রমাণ তৌহনা, চাংনয়হনা নত্রগা শক্তম লাকুনা কোঙবোকপসি কবিগী কবিতাগী শাদোং অমা ওইরি। অঙাংহলগী যাহদি য়াহৈদা নত্তে প্রমাণ-পাহৈদা লৈবনি। কবিগী কল্পনানা য়াংবা তারবদি শক্তম লাকপদনি। শক্তম লাকপা অসিনা অঙাংহলগী শৈরেংগী শরুক ওই। শক্তম লাকপা মতাংদা কবিগী মওং অনী উই—প্রকৃতিদা মীগী শক্তম লাকপা অমা, অমনা মীওইবদা প্রকৃতিগী। লাংথবানগী লৈহাও লৈরেনবু হুজা অমগুম উরকই; মহোশা-হুজা মঙোন্দা তাইবং হুজাগী থমোয় হাপলকই—

অহৈ—

শয়াং কোয়করুরবী নঙগী নঙ নতৌনা,
লৈরাং পুহুম তাজবী, খুত্তা য়েন্দাই পায়বীনি।
হুরাশিংগা লোয়নননা লাক-অম্বদো ননাক্তা
শীঙেন ননাক য়োবদা "লাকশি লাকশি" কৌবদো
সুয়া খঙনখিবনি লৈরাং নপান হেক্পদা !!
ইহান হানবা নহাকী নপাল অমত্তং ফংবা
মঙমহদা ঐখোয়না পামহনা মুৱৈদো !
"হেকই মথে মায়গনি। মুয়গহু ভাইখোদা !"
হায়না নঙনা য়ায়েনবি। য়েংজবদা ঐখোয়না
"মায়ৈ চুমই" হায়হনা তোকৈ ঐখোয়না নোক্তুনা।[২৪]

২৪। মণিপুরী শৈরেং (অবা) 'য়েংথংবা লাংথবানগী' লৈহাও লৈরেন তুবদা' লাঃ ৮৩

অমুদা য়ারক-তুলো, শজীক, উচেক, লৈরাং পূরমক অতাংহলগী কয়রাদা তাইবং লৈরাংনি মীওইবা ওাক্নি। অমরোমদা অমুক তাইবং মীগী নীচং-শাজং রেকপদা প্রকৃতিগী পোৎলম, মায়-মায়বা খন্দুনা পূশিল্লকই, প্রমাণ-পাইহনা কয়া পীরকই। পাওদবা অমদি অতনবা মী অমা শীংখাবদা ওা মচা ওইনা রেকলকই—

পুত্রি মচাদা লৈবনু
মরার লাইজ কংখিনি ;
অচোবা ঈপাকনু কিজে,
অচোবা লেমৈশিংগী
তোকনি চিজাক ওইহনা ॥
পাওদবা অতনবগী শরুক লৈতে,
অপওবগী মুক্ষম কংদে ॥[২৫]

অতোপ্পগী খল্লবা মা মশাগীতা মরেংবা মীবু মহৌশাগী পোৎলম লৈকংলাগা চাংদমরকই—

খাওহনা নংগী মৈতবু,
পাইনথি চেক্লা শিংনবু
লৈওোইলমগী লৈহাওগুমবা,
নংগী মৈতনা মকনবা ॥[২৬]

মীওইবগী পূল্লিগা ঈচেলগা চাংদমরকই ; তাইবং অসিগা ঈপাকক্না চাংদমরকই লোয়নগা পোরুকম লমদমবু অমদি লৈবাকপু ইমা অমগুমা রেংলকই। অমুমা প্রকৃতিবু মী ওইহল্লকই অহগা অমুক, অমরোমদা মীবু প্রকৃতিগা চাংদমরকই।

২৫। '—শৈরেং খরা' (২বা), 'ওা-মচা'; লাঃ ৩৭

২৬। '—শৈরেং খরা' (২বা) 'য়াগীদা মরেংবা',; লাঃ৩৮

মৈতৈয়োনগী অরিবা সাহিত্য অমসুং লোক সাহিত্যদা চৎনবা শৈশকময়াম অঙাংহল য়াম্না পামজনা তৌই। পেনা শৈশককী হন্দগী মওং য়াম্না নুংনা তৌই।

পাউতাক শীবা অমসুং নক্লবগী হীরমদা অঙাংহলনা শৈরেং মচা খরা ইরম্মী। পক্লনা থোকই। করেম্বনা মপুঙ ওইবা শৈরেং ইবা হৈবা কবিনি। মসোমদা পূক্নিং য়াম্না হেন্না চঙখিবা কবি অমসুং ওইদে; ওইনবসু হোৎনবা উদে; ওস্মম্মোইদবসু নত্তে।

অঙাংহল, শেংনা হায়বা তারবদা, কবিনি; পোকনক্লবা কবিনি। নিয়ম নাইনা পরীং অমা নাইনা তম্নবা লৈত্রবা থোক্কে খুৎস্নবা ইমা সাহিত্যগী অশেংবা মপাম্বী ওইরিবা অঙাংহলগী মীৎয়েংদা, মাগী য়াথনদা মাগী থৌদোকদা অমসুং মশাগী শাজৎতা কবি ওইবগী শক্তম অমা চপ চানা য়াওরি। মণিপুরী সাহিত্যদা তম্বিরবা খুদোলশিং অসি য়েংলুরগা অমসুং ফংলিবা অশৈ থোওং ময়াম অসিবু চেকশিন্না নৈনরগা অঙাংহলবু অশৈরেনগী (মহাকবি) কিদা অমা শীকম থোক্লবনি। ইশাগী কবি অমবু ইকায় খুম্নবা হায়বসি ইশাবু ইকায়খুম্নবনি; সাহিত্য পুম্নমকপু ইকায়খুম্নবনি।

---

## হাপচিনবা ১

## অঙাংহলগী সাহিত্য

অকংবা অমদি কোঙলবা ;

১। ইবেম্মা, ষ্টেট লাইব্রেরী, ১বা, ১৯৪৮
২। খন্দ-খোইবী-শৈরেং (অপুনবা) নিউ বুক ষ্টোল ; ১বা, ১৯৬৪
৩। খঙ্গাল ; ও. কে. ষ্টোর ইম্ফাল ; ১বা, ১৯৪৭
৪। জহেরা ; কিতাব মহল, মণিপুর ; ১বা, ১৯৬৪
৫। পোক্তবী ; নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ; ১বা, ১৯৮৪
৬। য়াইথিং-কোন্থু ; অচোম ইবোবী সিংহ, য়াইস্কুল ; ২বা, ১৯৬৫
৭। লিঙ্গেণ্ডল ইন্দু ; য়া. কু. সনাজাওবী দেবী য়াইস্কুল ; ৪বা, (?)
৮। হিজম অঙাংহলগী শৈরেং খরা—১ ; হিজম রোমনি ; ১বা, ১৯৫০
৯। হিজম অঙাংহলগী শৈরেং খরা—২ (মথকীসি)

খুন্নই কংগ্রিবা

১। খাম্বল চোংবী
২। নিমাই সন্যাস
৩। পুন্সি য়ায়ী *
৪। মৈতৈ লৈয়াং
৫। পাট্টে-পাউরো, *

* অঙাংহল মশানা শীরবা নত্তা খোজবা মখিং নত্তে ; মওং-মতো চাউরাক্না তাকপা ঙমংখোননি।

## হাপচিনবা ২

### য়ারী-য়াতাই শাবদা মচাক শীবিররকখিবা মীওইশিং

অরেকপম শ্যামসুন্দর সিংহ : লীলা, য়ারেং অমসুং থিয়েটরগী ময়মদা লাইরিক ইবা ; বেঙ্গলীদগী মণিপুরীদা ট্রান্সলেশন য়াম্না তৌবা ; ট্রান্সলেশনগী ওইনা ১৯৯০ দা সাহিত্য একাদমী মনা ফংবা ; ওজা ওইরম্বা ; অঙাংহলগা নহা ওইরিঙৈদা লীলাগী থবক কুইনা তৌমিন-নরকপা ; লৈ : য়াইস্কুল পুলিস লেন, ইম্ফাল।

অশাংবম মীনকেতন সিংহ : শৈরেং, লীলা, য়ারেং, সাহিত্য নৈনবা, পুন্সি য়ারী ইবা ; লীলা য়াওরকপা ; লোল নৈনবা ; অঙাং-হলগা লীলা অমসুং সাহিত্যগী লমদা থবক তৌমিন্নরকপা সাহিত্য একাদমী মনা (১৯৭৭) অমসুং পদ্মশ্রী মিংথোল ফংখ্রবা ; লৈ: উরিপোক পঞ্চাই মনীং, ইম্ফাল।

থোইবী দেবী : উপন্যাস, য়ারীমচা, য়ারেং, শৈরেং ঈশৈ ইবীনি ; ট্রান্সলেশন তৌই ; ১৯৮৯ দা ট্রান্সলেশনগী ওইনা সাহিত্য একাদমী মনা ফংই ; সাহিত্য অমসুং তুপীগী মহে-মশিংগী লমদা থরায় য়াওবীনি। লৈ : য়াহেং লৈকাই, ইম্ফাল।

নিংতোম্বম ইবোবী সিংহ (লৈথিখ্রবা) : লীলা, য়ারেং অমসুং ট্রান্সলেশনদা থুং থাবনি ; ১৯৮৩ দা সাহিত্য একাদমী মনা ফংই ; লীলা য়াওবা, ডাইরেক্ট তৌবা অমসুং লীলা পানথংপগী লমদা নহা ওইরিঙৈদগী থরায় য়াওরকই। লম করাদা অঙাংহলগা থবক তৌমিন্ন-হৌই ; মমগী লৈ : শীংজমৈ ওক্রম লৈকাই, ইম্ফাল।

ভাগ্য সিংহ য়েংখোইবা (লৈথিখ্রবা) : উপন্যাস ইবা, লোল নৈনবা অমসুং মরামগী থবক তৌবা পণ্ডিত অমনি। মমগী লৈ : য়াইস্কুল পুলিশ লেন ইম্ফাল।

লাইশ্রম নেত্রজীৎ সিংহ (লৈখিত্রবা) : লীলা ইবা, য়াওবা ডাইরেক্ট তৌবা অমদি লীলা পানথংপগী লমদা থৱায় য়াওরকখিবা মীওইনি। অঙাংহলগা নহা ওইনা লীলা-পালাগী লমদা থবক কুইনা তৌমিন্নরম্মী; লৈ : ব্রহ্মপুর খুমুখোং, ইম্ফাল।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ : শৈরেং অমদি হারেং ইবমি; ঈশৈ নোংমাই অমদি লাইরেকপদা থৱায় য়াওবা কলাকারনি; ১৯৭৬ তা সাহিত্য একাদমী মনা কংই; নহা ওইরিঙৈদা অঙাংহলগী থৌই থৱা পাহৌবা ঊহৌবা অমদি অইবা মশাবু থঙহৌবা মীওইনি; লৈ : য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।

হিজম রোমনি সিংহ : ওজা অমদি ময়ামগী থবক তৌবনি; লীলা অমদি ফিল্মদা থৱায় য়াওই; অঙাংহলগী ইচাগুপা, গুপাদদি অহনমি; (গুপা অনী অমদি নহা ওইনা লৈখিত্রে) অঙাং ওইরিঙৈদগী অপোকপনা য়াম্না নুনা তৌবা, লোপ্নিন্নবা, অয়াম্বা মতমদা লোয়নচনা লৈবা ওইরকই; লৈ : য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।

হিজম সমরেন্দ্র সিংহ : শাগেগী য়াম্না নক্লবা, শাগেগী পারী-পুরীগী লাইরিক থম্নিবা মীওইনি। সংস্কৃতিদা থৱায় য়াওবা মীওইনি; সরকারগী লোয়শঙদা থবক তৌরি; লৈ : য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল।

---

# ইন্দেক্স

লোইরবা